# মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা

(অহানবা শরুক)




সম্পাদক

শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ

# ꯃꯩꯇꯩ ꯅꯠ ꯁꯪꯀꯤꯔꯇꯟ ꯅꯩꯅꯕ

# মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা

সম্পাদক

শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহ

# কংচরি

লৈখিদ্রবা, লৈখিদ্রবী ওজা গুরুজন খিবিক্কি মফমদা

তোল্লবা নচানা খুদোল তমজবি লৌশিনবীযু

**মৈতৈ নট সংকির্ত্তন নৈনবা**



**Ved Marwah**
Governor of Manipur



Raj Bhavan
Imphal 795001

# FOREWORD

Culture is neither merely performing arts and literature, nor a set of values, symbols and myths as generally believed, but a way of life, dynamic and variable. It is a potent and strong building force among human beings. It is not to be merely admired and drawn upon but has to be studied in depth as a means of identification and mutual understanding.

The people of Manipur have their own distinct and rich cultural tradition. Nata Sankirtana is an essential ingredient of this rare asset. I hope that the book entitled "Meitei Nata Sankirtana Neinaba", to be published by the Guru Gulapi Nata Sankirtana Academy, Imphal, will contribute towards the preservation and promotion of the Nata Sankirtana of Manipur. In fact, the contribution made by the Academy towards promotion of Nata Sankirtana deserves appreciation by all.

I wish the Guru Gulapi Nata Sankirtana Academy every success in its future endeavors.

V.P. Marwah.

**(Ved Marwah)**



**Dr. M. Nara Singh**
Minister (Seri . Arts & Culture)
MANIPUR

Tele No · 444299 (R)
221296 (O)

Imphal 19-10-2002



# MESSAGE

It is learn that the Guru Gulapi Nat Sankirtana Academy, Kwakeithel Nganapi Thong Mapal, Imphal is publishing a book MEITEI NATA SANKIRTANA NEINABA on the 21st October, 2002 on the occasion of its 10th Guru Kirtana Celebration.

The book itself studies on the origin till the modern forms of the legendary Nata Sankirtana prevailed in the State right from the inception of the cultural history of the State In addition to it, the commentaries offered by 33 (thirty three) Research Scholars / Artists draw the practical sequences of the Nata Sankirtana making the contents of the book much more exhaustive in its study In fact, the book will surely serve the need of the Nata Sankirtana as a reference book abridging its cultural sequences This may ultimately lead the Nata Sankirtana artists follow its proper forms & sequences and make the performances more complete and attractive

Lastly, I convey my best wishes to the publisher of the book for his arduous effort of editing the contents of the Book in such a manner causing piles of Nata Sankirtana interest & patronage The book itself is recommended as one of the cultural reference books and the effort a grand success

(Dr M Nara Singh)



**L. IBOMCHA SINGH**
**MEMBER**
Manipur Legislative Assembly

Tel 221030 (R)
444553 (R)



# MESSAGE

It gives me immense pleasure to write a few words on the book entitled **" Meitei Nata Sankirtana Neinaba"** edited by Shri L Lakpati Singh and published by the Guru Gulapi Nata Sankirtana Academy Imphal

I have gone through the book and it rightly deserves praise worthy The Manipuri are famous throughout the world for their dance and music

This book deals with different aspects of the Manipuri Nata Sankirtana which is an integral part of Manipuri Vaishnavites

The editor of the book Shri L Lakpati Singh is a distinguished Guru of the Nata Sankirtana in Manipur and at present working as a Guru at Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy (JNMDA) Imphal He has presented a number of Nata Sankirtana performances all over the world His name is known in every nook and corner of Manipur as a Nata Sankirtana Singer

I hope the book will be of great help to the students as well as to the Nata Sankirtana lovers His efforts in this field deserve to be encouraged and appreciated

19.10.02.

**(L. Ibomcha Singh)**

**Dated/Imphal**
**The 19th October, 2002**



**Jawaharlal Nehru**
**Manipur Dance Academy**
Imphal 795 001 Manipur (India)

Gram JAW AHAR
Telex 296-215 JNDA IN
Phone 2220297 2223119 (off.)
2221920 (Res.)
Fax 0385 2220 297

# ৱাহৈ খরদং

গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা খোমজিন্নগা পুথোকপা **'মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা'** হায়বা লাইরিক অসি য়াম্না মতাং চানা পুথোবকপনি হাযনা লৌজনিংই। মণিপুরী বৈষ্ণব খুদিংমক্না নট সংকীর্ত্তনগী অচৌবা মফম অমা মণিপুরী সমাজদা কল্লিবা অসি থংই। হিরম অসিদা লাই ওইরবা লৈবাক্না ঈকায়-খুম্নরবা ওজা কয়া পোকখ্রে। কয়া অমসু হৌজিক লৈবাক্কী সেবা তৌবিরি। নট সংকীর্ত্তনগী মশক অসিনা মণিপুরীশিংগী পুন্সিদদা নত্তনা মণিপুরী কলাদসু অচৌবা মফম অমা কল্লি : অদুবু ঐখোয়গী পুক্নিং নুংনাংজরিবদি অসুক য়াম্না মরু ওইরিবা কলা অসিগী মরমদা ইবা লাইরিক মরাং কাযনা পুথোকপা ঙমদবা অসিনি। হৌখিবা চহি খর অসিদা ওজাশিংনা কন্না হোৎনবিবদগী লাইরিক খরদি মঙাল উরে। মসিনা ঐখোয়না স্বর খরদি হোঞ্জবা ঙম্লি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা একাদেমী অসিনা গুরু লাকপতি সিংহগী লমজিং মখাদা নট সংকীর্ত্তনগী তোঙান-তোঙানবা হিরম কয়াদা তোঙান তোঙানবা ওজাশিংনা ইবা অপুনবা লাইরিক অমা পুথোরকপা হায়বসি তরাম্না ওকনিংই। লাইরিক অসিনা পুন্নমক্কী খৌরাংবা অসি কোকহল্লগনি হায়বদি নত্তে। অদুবু নট সংকীর্ত্তনগী অতোপ্পা লাইরিক অমা মণিপুরী কলাগী পুক্কদা হাপচিনবা ঙম্লে হাযবগী নুংঙায়বা অমা পুক্নিংদা পোকচে।

ঐহাক্না গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীবু খংজরকপা কুইরে। মসিনা শিনবা থৌবম কয়া লাইবক ফবদগী য়াওজরক্নি। একাদেমী অসিনা পাংথোকপা লৈবাক্কী থৌবম কযাসু যেংজবে। মতিক চাবা ওজা অমসুং ছাত্রশিংনা কন্না হোৎনদুনা নট সংকীর্ত্তনবু চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিবা সংস্থাননি হায়বসু খংজে। একাদেমী অসিগী অচৌবা মশক অমনা তৌবিবা, শক্লিবা, শোল্লিবা খুদিংমক লাই ওইখ্রবা নট সংকীর্ত্তনগী কলাদা অচৌবা থৌদাং লৌবীবম্বা গুরু গুলাপিগী মিংদা কৎচবা অসিনি মসি পাকপা অমনা গুরুগী মফমদা তৌজবা অচৌবা খুদোলনি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা নট সংকীর্ত্তনগী মচল খুদিংমক হিবম অসিদা চংশিল্লিবা মীওই পুন্নমক্না কান্নবা ফংগনি নিংই নট সংকীর্ত্তন অসি শুমাংদা মান্দবতা, ষ্টেজদা পুথোকপগা লোয়ননা চেদা নিংথিনা পুথোক্নুনা ভুংগী মীবোলনা ফংজহৌবা যাবা লন ওইনা খোমজিন্দুনা থম্বীবিবা গুরু লাকপতি অমদি গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী থবায যাওবিনিবা ইবুংঙো ইবেম্মা পুন্নমকপু ঐগাক্না অমুকসু থম্মোয শেংনা থাগৎচবি।

শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহ
দিরেক্টর
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমী
ইম্ফাল

# বাহৈ অনি মরিদং

**গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমী**, ঙানপীথোং ইম্ফালনা লাইগুকশিংনা তাবুনুংদা চেৎনা য়োমদুনা থম্বিরম্বা মমল য়াম্লবা নট সংকীর্ত্তনগী থরাই ওইবা মখল মথেন শক্লোন কয়াবু মণিপুরগী শক্লাইরবা অখং-অহৈ ওজা গুরু কয়াগা তান্নদুনা গোমজিন্দুনা "**মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা**" কৌবা লাইরিক অসি পুথোকচরে। নিংথিরবা লাইনিক্নি। নট সংকীর্ত্তনগী তোঙান-তোঙানবা বিষয়শিংদা কুপ্না নৈনরগা ইথোরকপা য়াম্না কান্নবা লাইরিক্নি। মখল মথেল য়াম্লে। অদুবু চাংজৌ-লাম্বা ফংদবা মহাসাগরগী মশক ওইবনিনা-কয়ামসু লৈরি  লৈরমখিগনি-থিরু-থিরুবগা খংবা য়াবা-খংনিংবা। নিংশিংবদা বারবা মতমগী মমাংদগী লৈরম্লবা মহাপুরুষ কয়ানা তাংনা তাবুনুংদা চেকশিন্না থম্বীরম্বা ফংবদা বারবা সংকীর্ত্তনগী তোপ-তোপ্পা, তোঙান-তোঙানবা শকলোন কয়া উচ্চবনি।

ইপানাৎ ইপুনাৎনা থম্বিরম্বা লিক্রমনি। মরোমদোম লেপচবা ঙম্বা খুদোলনি। মণিপুরী সাহিত্যগীসু অনৌবা লৈথেৎ-লৈনম চেনগনি। মাংলমচৎপু তাকপীবা তুংলমচৎকী ওইবা খুদোলনি। হৌরকলিবা কলাকার কয়াগীনা লমজিং মৈরানি। কোলোয়না সনা মিংথোনবা সনা লৈবাক মণিপুরদা কলা সংস্কৃত্তা খুমাং চাওশিনবা মহাপুরুষ কয়া লৈরমই তাকপা খুদোলনি।

তাইনবদা বারবা তাইবংপানবু কৌরবা তাইবংগী লৈত-লাইরা চৈথেংলক্তো-অবা মৈশা মৈখুলক্তা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা কয়াগী মতিক বানা মরিক চুম্না নিয়ম কয়া কয়ানা মখল মথেল থম্বিরম্বা সংকীর্ত্তনগী শকলোন কয়া - কৎথোকপতনা শরুক ওইখিবা - লাই-শিংদুনা য়াৎলম্বা লিক্রম-উগনি লাইরিক অসিদা মথং মথং।

পুণ্ড ঈশৈদি য়েলহৌঙৈদগী ঐখোয়গা শাগোন্নরকপনি। মতমগী ঈচেলনুংদা অনৌবা-ঈনোং কয়াগা লৈজরম্বা ঈচেলগা ঈতিন্নদুনা শেমখিবা নট সংকীর্ত্তনবু - মপালশাং মহৈ য়ালহনবদা তেংবাংগদবা খুদোলনি। লাইগুরুশিংগী লিকলম কায়দনা মার-খোঙ্গুল লিদুনা হেন্না থিজিন্দুনা হেন্ন-তমশিননিংবা পোকহনবা খুদোলনি।

লুরিবদি, ঐখোয়গী হৈনবী লাইনা -- পাগন্দবা, থিগন্দবা, হংগন্দবা, অহৈবা খরদা পেনথোকপা অসিনি। লাইরিক অসি নৈনহন্নিংই, আমৃতগী রস চুপহনজনিংই। ঐখোয়গী ইরলনি, করম্বা-লৈবাক্তসু ফংলোইদবা। মুল্য মন্ত্রগী মশক ওইবা লাইরিক অসিবু অরেম্বদা নাথৈদুনা কান্নদনা তাদুনা লৈগদ্রা অসিনি বাজরিবা।

লাইবিক অসিনা সংকীর্ত্তনবু পামজবা, নুংশিজবা ভক্ত- বৈষ্ণব অমসুং কালাকাব কযাদা অনৌবা মঙাল অমদি শোইদনা পীবগনি।

ভক্তি, ব্যবহাব, প্রেম অমসুং অহিংসাদা য়ুম্ফম ওইবা নট সংকীর্ত্তনগী মচু মখল মাথেল কয়ানা লেংশিনবা ফজববা নাচোমনি লৈনম চেম্নবা। অসিগুম্বা খুদোল কয়া অমসু তম্বা ওম্বা ওইজগে হায়না ঈশ্বরদা খুকমজৈ।

খুরুমজরিবা

শ্রীআর কে সনাতোম্বা সিংহ

প্রসিডেন্ট

১৮/১০/০২ গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমী, ইম্ফাল।

# বাহৌদোক

ঙসিদগী চহি ২২৫ গী মমাংদা রাজর্ষি ভৈগ্যচন্দ্রগী মতমদা বাস লিলা হৌদোক্লুনা নট সংকির্ত্তনবু পাকথোক চাওথোকহনবিখি। মসিগী মতুংদা নুপী অমসুং অঙাং য়াওবা শৈশক কয়াসু হৌদোকপিখ্রে।

মতম অদুদগী শক্লরম্বা ঈশৈগী শৈহেক শৈদাদি, লমদম অসিগী হান্না লৈজরম্বা শৈহেক শৈদানি অদুগা শক্লিবা লোলদী বেঙ্গলি অমসুং সংস্কৃত লোলনি। অওনবা নাইবা মতমগী খোংচৎনি, হান্না শক্লরম্বা শৈহেক শৈদা লৌরগা, শক্লিবা লোলনা মৈতৈ লোন্দা শকপা ঙম্লবদি লৈবাক মীয়াম্বু লায়না ভাব তাহনবদা হেন্না খুদোং চাগনি খনবা মীওই খবা থোক্লকখি। মীওইশিং অদুগী মরক্তা মিং ওইনা পঞ্জববদা শ্রীকোঞ্জেংবম ওজা ..তোয়াইমা সিংহ, সনখ্যা সুর্জববন সিংহ, শ্রীশংগোলশেম ওজা কালিদমন সিংহ, শ্রীখাংঙেনবম ওজা গুলাপি সিংহ নচিংবনি, শিংথাবা যারবা ওজাশিং কয়া অমসু লৈরি। ওজাশিং অসিনা মৈতৈলোন্দা অনৌবা ঈশৈ ময়েক কয়া সন্দা নাইনা শৈরেংগী মওংদা শেমদুনা ইথোকপিরম্মী। ওজাশিংনা ইবিবম্বা খুৎই ওইনা অমসুং নমথোক্লবা লাইরিকশিংগী মনুংদা **নিমাই সন্যাস, ঝুলোন যাত্রা, খুবাক ঈশৈ, নিতি লীলা অমসুং শ্রীশ্রীগোবিন্দ থৌরম শৈরেং** অসিনচিংবা। লাইরিকশিং অসিনা সংকীর্ত্তনবু পামজনা হৌবক্লীবা মীরোল অসিগী লমজিং লমতাকপীবা লাইরিক ওইরবে।

**মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা** কৌবা লাইরিক অসিদা নট সংকীর্ত্তনগী ছাত্র-ছাত্রী কয়া অমদি লাইরিক-লাইসু হৈরবা মীওই কয়াগী মতেং ওইবা য়াববা ৰারেং কয়া থেংনবীগনি। শমলপ্না পঞ্জরবদা মোইবুং খোংবা হৌরকপা, পেনা খোংবা হৌরকপা, খোংজোম পাবর্ব শকপা হৌরকপা,

পুঙ য়েবা হৌরকপা, কীর্ত্তন শকপা হৌরকপা অমসুং সংকীর্ত্তন শকপদা চংলিবা মীওই অমগী গুন কয়া (গুরু শিষ্যা পরমপরা) তোঙান-তোঙানবা মীরোন কয়াদগী তোঙান-তোঙানবা শোক-তারিক্কা কোননবা হাপ্তুনা লেংথোক্লবা, নৈনথ্রবা ৱারেংশিংশি য়াম্না কানবা ওইগনি খল্লে।

অরোইবদা একাদেমী অসিনা **গুরু কীর্ত্তন সেবা** পাংথোক্লকলিবা থৌরম খুদিংমক মৈতৈ খুন্নাইগী মঙ্গলগীদমক পায়খৎচবনি। লাইরিক ওইনা পুথোকপদা অশোয় অঙাম য়াওরবসু করিসু খংজদ্রিবা নচা-ননাই ঙাক্লী খনবীদুনা ঙাকপিগনি। হকথেংনবা পাওতাক পীবিদুনা মতম কুইনদগী অৱাৎপা ওইনা লৈরক্লবা নট সংকির্ত্তগী ওইবা থৌরম অসিবু হেন্না ফাগৎহনবদা মতেং পাংবীয়ু। লোয়ননা লাইরিক লাইশু হৈরবা সংকীর্ত্তনবু নুংশিবিবা মীওই কয়া কয়ানসু অনৌবা ৱারেং কয়া পুথোকপীদুনা হেন্না কুপথনা নৈনবদা খুমাং চাওশিহন্নবা হোৎনবীরক্নি হায়না আসা তৌজে।

অশেংবা পান্দমদা কলা অমবু মতম শাংনা হিংহন্দুনা লৈহনসি। পান্দম অসি ফংহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিনবা কোটি প্রর্থনা তৌজরি।

**শ্রীয়েনকোকপম গোপাল সিংহ**
সেক্রেটরী,
গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমী,
ক্বাকৈথেল ঙানপিথোং মপাল, ইম্ফাল।

# গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী মাইকৈদগী ৱাহৈ খরদং

জাতি অমগী সংস্কৃতিবু শেম্নিবা মচাকশিংগী মনুংদা লাইনিং পানদম ধর্ম্ম নিতি হায়বসি খ্বাইদগী মরু ওইবা শরুক অমনি। জাতি অমবু কয়াম লিরবা অর্মদি কয়াম চাওখৎপা হায়বদু জাতি অদুগা শাগোন্নরিবা লাইনিং পান্দম অদুনা মশক তাকপা ঙমই হায়বসি সাধারন ওইনা চুম্নবা ৱাফমনি। সংস্কৃতি অমত্তগী ওইবা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যাগী মরক্তা অনকপা মরী লৈনৈ। জতি খুদিংগী সাহিত্য অমসুং লোলদা জাতি অদুগী ধর্ম্মগী মমি শোয়দনা তাগনি। জাতি অমগী সংস্কৃতিনা জাতি অদুগী মী খুদিংমক্কী লূ-তোংদা নপ্তুনা লৈবগুম মখোয় মখোয়গী ধর্ম্মগী পান্দমসু মখোয় মখোয়গী হৈনবীগা শাগোন্নদুনা লৈ। ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙদা, করিগুম্বা অমা ইথোবকপদা অমসুং অতৈ অতৈ পুক্নিংগী ভাব ফোঙদোকপদা জাতি অদুগী ধর্ম্মগী মমি শোয়দনা তাগনি। ধর্ম্মনা সংস্কৃতিগী পান্দমবু ফজহনবগা লোয়ননা সাহিত্যাগী থাকসু বাংখৎহল্লিবনি। ঙসিদি বিজ্ঞান্না ধর্ম্মগী মাযযোক্তা লেপ্লরে।

ধর্ম্মগী উদ্দেশ্যাদি বিজ্ঞান নত্তে। বিজ্ঞানগী মতেংনা মীওইবদা কান্নবা খুদোংচাবা কয়া ফংহল্লি লোযননা শক্তি কয়া ফংবা ঙমই। অদুবু শক্তিশিং অদু কবম্না শীজিন্নগদগে হায়বগী পান্দম শেমদুনা তাক্তবনা অরানবা মওংদা শীজিন্নহনবদগী মাঙনবগী মশক ওইরকই। পুথোক্লিবা বিজ্ঞানগী পোৎশিং অসি নত্তবা পোৎলম কয়া অমসু মশক ওইনা লৈরি। থোইদোক্লা হায়রবদা পুথোরক্লিবা পোৎলমশিং অসি মহৌশাদগী লৈরম্লবা পোৎশক শোয়দনা ওইগনি মরমদি লৈতবা পোৎ কন্নানসু পুথোকপা ঙমলোই।

ধর্ম্মগী অশেংবা শক্তমদি সত্যম, শিবম, সুন্দরমনি। বেদ, শাস্ত্র অমসুং পুরান কয়া অসি ধর্ম্মগী অঙ্গশিংনি। আত্মা মশক খঙনবা হোৎনবা হায়বা অসি হিন্দু ধর্ম্মগী উদ্দেশ্যনি।

ধর্ম্মনা মীওইবগী পুন্সিবু মতিক চাবা লৌশিংগী মঙান ফংহল্লি লোয়ননা পুক্নীংবু শান্তি ওইহন্দুনা মুক্ষ পদবী ফংহনবা ঙমই হায়বসিদি অখণ্ড-অহৈ জ্ঞানীশিংনা হায়দুনা লৈববা ৱাফমনি।

ধর্ম্ম হায়বসি জগত সংসারদা লৈবিবা জীবশিংগী ফনবগীদমক্তা লৈবিবনি। ঐখোয় ঐখোয়না শাগোন্নবিবা ধর্ম্মগী পান্দমবু ঙাক্না চৎচবা হায়বসি ধর্ম্ম খুদিংমক্কী পান্দমনি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী তোপ তোপ্পা মশাগী ওইবা ফজবা লৈজে। ধর্ম্ম অমনা ধর্ম্ম অমবু হুন্নদুনা ঙাওনবা চৎনদে। হিন্দু ধর্ম্মগী ওইনদি নোংঙাল্লকপদগী তুমলমদায় ফাওবগী তৌগদবা নিত্য কর্ম্ম কয়া শেমদুনা লৈ লোয়ননা দেবতা কয়াদা খুকমজনবা মন্ত্র তোপ্পা তোপ্পা লৈ। থোইদোকপা অশি অনাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম, ফিবোই, অঙাং মনা হুৎপা, গগুন থাংবা লাইমিং লৌবনচিংবগী নট সংকীর্ত্তন যাওবা থৌরম কয়া লৈজে ধর্ম্ম অসিগী নিতিদি বেদ, পুরান, শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাক্না শ্রীহরিগী চরন ফংনবা থৌবাংজবনি।

বাখল্লোন অসিদা যুস্মম ওইজবগা খৃঃ ১৯৯৩ দগী **গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমী**-না মৈতৈ লমদম অসিদা চৎনবিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী অচৌবা শরুক অমা ওইনা থমজদুনা লাক্লি। ঙসিদি চহি ১০ (তরা) গুরবা থৌরম অসিগী পোৎথোক ওইনা লমদমসিগী অখণ্ড অহৈ কয়ানা অইবা খুদোলগা লোয়ননা ঙাওবিখিবা অমদি অইবা মশা লাক্তরদগী একাদেমী অসিগী মীওইনা পাংথোকচখিবা খুদোল কয়া অদু মীয়ামগী মাঙদা থমজবি। খুদোল তম্বিবকখিবা ৱাফম খরদি অবোইবা শরুক অদু শমজিনবা মওংদা অইবগী বাখল্লোনদি কয়াহন্দনা পব্লিসিটি কমিটিগী অয়াবা যাওনা সম্পাদক্তা লোয়ননা তাথোক তাশিন শেমদোক শেমজিন তৌজে। মসিদা খুদোল তম্বীবকপা অইবশিংনা থোইদোক্না ৱাবৌবিবোই হায়না খনজে।

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী লাইনিং পান্দম অসি লমদম অসিগী চৎনরোল ওইনা লৈরকপা চহি ২৫০/২৬০ গী মথক ওইখ্রে। অদুবু মপানগী মীওই খরনদি অশেংবা শক্তম ওইনা হান্নদগী লৈরক্তবা নৌনা হেক্তা শেমজিনবা ওইনা উরি। মদু শেংদোক্নবা অমদি অশেংবা অচুম্বা পান্দম্ বু খঙহন্নবগীদমক্তা থৌরাং অসি লৌখৎচবনি। থৌরাং অসিদা কলা অসিবু নুংশিবিবা ভদ্রলোক ভদ্রমহিলা কয়ানা থব়াই য়াওনা খুদোল তম্বিরকই। খুদোন কয়া অসি তোঙান তোঙানবা হিরমদা ইবিরকখিবনি।

ঙসিদি কুপ্না নৈনরবা লৈবাক্কী অখণ্ড-অহৈ কয়ানা খুদোল তমবিরক্লিবা রাফম কয়াদগী অরেপ্পা সংকীর্ত্তনগী রুপ অমদি রসকী ঈচেলগা লোয়ননা তত্ত্বগী বাফম কয়া মনুং অমসুং মপানগী থিজিনবিবা মীওই কয়াগী মতেং ওইরগনি খঞ্জে।

হেন্না থোইনা খঙননবগীদমক্তি লমদম অসিগী অফোঙবা লাইবিক সংকীর্ত্তনগী মবী লৈনবশিং অসিদগী খঙবিবা ঙম্লগনি।

লাইরিক অসিগী মহাও খঙবদি লমদম অসিগী মীওই খুদিংমক্কী ওইনা কান্নবা ফংগনি হায়না থাজে।

শ্রী পি যুগেশ্বর সিংহ
ভাইস প্রসিদেন্ট
গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমী
ঙানপিথোং মপাল, ইম্ফাল

# সম্পাদককী শমলপ্পা বারোল

মৈতৈ সনা লৈবাকতা নিংথৌ ক্যাম্ব (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) সনা হাক্তক্তা বাঙ্গলা কীর্ত্তন চংলকপা হৌবকখি। হৌজিক ফাওবদা যেংলুববদি চহি ৪৫০গী মথক ওইবগদ্রা খঞ্জে। নিংথৌ চবাইবোংবগী মতমদা (খৃঃ ১৬৯৭ ১৭০৯) নিংথৌগী অযাবা যাওনা ব্রহ্মন কযাবু চংজফম লৌহন্দুনা থুম্বুথোং ময়াদা চেক্কী ফুবা শাবগা বাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তিবু আটি কৎতুনা লাৎপা হৌখি। মতাং অসিদা সংকীর্ত্তনগী মযোল চোংবা হৌবে হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা লৌনবি। নিংথৌ পামহৈবগী (খৃঃ ১৭০৯ ১৭৪৮) মতমদদি সংকীর্ত্তন কযা পাংথোক্লুনা ঈশৈ নোংমাইগী লম্বীবোমদা চংশিনবা হৌবম্মী খৃঃ ১৭৭৬ তা মহাবাজ ভগ্যচন্দ্রগী (খৃঃ ১৭৬৩ ১৭৯৮) মতমদদি লাংথবাল কোনুংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিবু নিকপন তৌখি। চহি অসিদা জগোই বাস হৌদোকপদা স কীর্ত্তনগা কোননা পাঙথোকখি। কোনুংদা পালা লোইশং লিংদুনা অষ্টকাল সেবা চৎপা হৌখিদুনা লৈবাক নিংথৌগা অমত্তা ওইনা যানববা নট সংকীর্ত্তনগী থৌবম অসি চৎনবা হৌখি মতুংদা নুপীগী ওইবা সংকীর্ত্তন লিংখৎপা হৌখি। মহাবাজ চন্দ্রকীর্তি অমসুং চুবাচন্দ মহাবাজগী মতমদা অনৌবা লৈথেং কযা হাপতোক হাপচিনা তৌবকখিদুনা চাওখৎপা মাযকৈদা চংশিল্লকখি।

## গুরুজনশিংবু নিংশিংজবা

খৃঃ ১৯৮১ দা গুরুদেব মিং ওইনা পঞ্জববদা শ্রীখাংঙেনবম গুলাপি সিংহগী শম্বৎসব নুমিৎ নিনি চুপ্পা অহবাত্র (নুংথিল পুং ৩ দগী হৌবগা মথং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩ ফাওবা চৎথদুনা পাংথোকপা) চথদুনা পাংথোকখি। থৌবম অদু যাইস্কুল জন্মাস্থান্দা লৈবা সনখ্যা শ্রীবাজকুমাব মধুর্যজিৎ সিংহগী শঙ্গায মান্দপতা পাংথোকখি। নুমিৎ অসিদা মণিপুবগী নট সংকীর্ত্তনদা মীযাম্না শকখংনববা শক্লাইববা শৈশকপা ওঝা ইবুংঙোবু

(গুলাপি) নুংশিবীবা শৈশকপশিং মিং ওইনা শ্রীনোংমাইথেম ওজা চাওবী সিংহ, শ্রীওইনাম ওজা গুলাপ সিংহ, শ্রীখাইদেম ওজা বিরমঙ্গল সিংহ, শ্রীঅবুজম ওজা চাওবা সিংহ, শ্রীয়েনখোম ওজা ইবোমচা সিংহ, শ্রীনামৈবাকপম ওজা ইবোমচা সিংহ, শ্রীতোইজম ওজা নিত্যাই সিংহ, শ্রীকোন্থৌজম ওজা সনাতোন সিংহ, শ্রীলাইশ্রম ওজা ইবোহলমচা সিংহ, শ্রীইকুংবম ওজা ইবোতোম্বী সিংহ, শ্রীনামৈরাকপম ওজা মনাও সিংহ, শ্রীথৌদাম ওজা যাইস্কুল সিংহ, শ্রীথোংঙাম ওজা গোপাল সিংহ, শ্রীনিংথৌজম ওজা ইতোমচা সিংহ, শ্রীখাইদেম ওজা অমুযাইমা সিংহ, ওজা বাবাতোন সিংহ, শ্রীরাক্রম্বম ওজা মনিযাইমা সিংহ, শ্রীতখেনচঙবম ওজা ইবোচৌ শর্ম্মা, শ্রীশৌগ্রাকপম ওজা চানবী সিংহ অসিনচিংবনি। নুপী শৈসকপীশিংদি শুবদনী দেবী, মুক্তাবৈ দেবী, মাধবী দেবী, বাধেসনা দেবী, লৈরেনতোম্বী দেবী, অশংবী দেবী, লৈপাকলোংপী দেবী, গম্ভীনি দেবী, রাজকুমারি সনাতোম্বী দেবী, থোনানীশাবী দেবী, বামোন ইবেযাইমা দেবী মেম্মা দেবী, পুজারি দেবী, শ্যামা দেবী, বামোন বিনো দেবী, কুমারি বঙ্গলা দেবী, সোরোজিনি দেবী, তোম্বিনৌ দেবী অসিনচিংবা, নহারোল শৈশকপা শৈশকপী কযানা শরুক যাওখি। অতানবা নুমিৎকী অধিবাস শৈবদা সনখ্যা মধুর্যজিৎ সিংহনা সবাগী মওংদা ঈশৈ থোনবীখি। মথং শকথনবক্তুনা শ্রীকোঞ্জেংবম ইবোমচা শর্ম্মা মযাম্না আভিবাম শাবা হাযনা খংনবা ওজাশিংগী মৈবা ওজা হাযনা খংনবা শ্রীশগোলশেম কালিদমন সিংহ অনিনা ঈশৈ হরোইনা থোনবীখি শ্রীথাংজম ওজা চাওবা সিংহ, শ্রীমাইবম ওজা ইন্দ্রচাঁদ সিংহ অনিনা দুহার থোনবিখি শ্রীখোমদ্রাম ওজা সেনুবা সিংহ, শ্রীথোংনিজাম ওজা হেবামোৎ সিংহ শ্রীমযাংলম্বম ওজা ভেগ্যচন্দ্রা সিংহ, শ্রীওবম ওজা যাইমা সিংহ, শ্রীমুতুম ওজা গোকুল সিংহ শ্রীপুখ্রম্বম ওজা নাটক সিংহ, শ্রীথাংখৈমযুম ওজা নিলচান্দ সিংহ, শ্রীক্ষেত্রিমযুম ওজা মণি সিংহ, শ্রীনাওরেম ওজা বোকুলজাও সিংহ, শ্রীহিদাম ওজা বাবুধোন সিংহ অসিনচিংবা ওজাশিং কযানা পুঙ থোনবীখি। অহবাওদা শকখিবা শৈশক্তি নট সংকীর্ত্তনগী হান্না চৎনবম্বা বেঙ্গোলি মযেক নত্তবা, ওজা ইবুংঙো (গুলাপি) মশানা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপীরম্বা অমসুং শেম্বীরম্বা "**শ্রীশ্রীগৌর গোবিন্দ থৌরম শৈরেং**" দা য়াওরিবা ঈশৈ ময়েক ঙাক্তনি। ঈশৈ ময়েকশিং অসিদা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং, অহিং, অমদি নোঙাল্লকপগী তোঙান তোঙানবা রাধা গোবিন্দ অষ্টকাল লীলাগী প্রেম রসতনা থল্লবা রস কয়া অসিদা লেংবিরক্লিবা ওজা গুরুজন অমদি শেবক শখা পুন্নমক্লা কাংলুপ কাংলুপ খায়দোক্লরগা মাগী মাগী রাগ অমসুং রস যেপ্তোক্লদুনা মতম কাযদনা অহরাত্র সেবা তৌজখি। তিনবীরবিবা বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী, শৈশকপা, শৈশকপী, অযৈবা, অখোংবা পুন্নমক প্রেমগী ঈথক ঈহৌদা পুমতাও তাওনখি। ওজা ইবুংঙোবু (গুলাপি) নিংশিংলুবগা নুংশিজব্বনে, ওজা ইবুংঙোগী ময়েক অমদি শৈহেক্তা শরুবকপনে, পুঙগী বাগ অচৌবা মথং মথং যৈরকপদা অঙকপা, নুংশিবা, অকি-ত্ত চুংবা অমা পোকচবকখি। অসুম তৌনা ঈশৈ শকপসু পুঙ যৈবসু, মোইবুং খোংবসু, ভাবকশিংসু যাওনা কপ্পা কপ্পা পাংথোক্লবকপদা অঙকপা বসনা থলহনখি। পুন্নমকসি উকুবগা ননাইগী থম্মোযদা কাওবা ঙম্লবোইদবা অমা ওইহনখি। থৌওং অদু নিংশিংলুবদা সনখা ইবুংঙো শ্রীরাজকুমার মধুর্যজিৎ সিংহ, শ্রীঅহঙ্খেম গৌরমনি সিংহ, শ্রীমাইবম চন্দ্রহাস সিংহ অমদি শ্রীনিংথৌখোংজম ওজা তোম্বী সিংহনচিংবা পুন্নমকপু কাওথোকপা ঙমজরোই।

### গুরু কৃপা অঙকপনি

নোংমা ইখং খাংহৌদনা ঐগী যুমদা যেংকোকপম গোপালদেব ইনাও শাসি লাকই। মতাক লৈখিদ্রবা ওজা ইবুংঙোগা (গুলাপি) নক্লনা মরি মতানি মতাকসি ওজাগী অহরাত্র লোইস্ত্রবা মতুংদা থংনবা অহানবনি। ঐনা ইন্দম চম্লা তাই। "গোপাল কবম কবম তৌবি, কবি তৌরে, কনি থবক্লিনো" পুহো কৈহোংবা শ্রদ্ধ কর্ম্মগী ঈশৈ শকপা নকপা লাক্লিরোই থল্লুই অদু গোপালনদি ওজা ইবুংঙোগী (গুলাপি) মীংদা কলেজ অমা লিংখৎসি হাযবগী বাফম হৌদোকপা লাকপা ওইবমখি। হান্নদা ওজা ইবুংঙোগা (গুলাপি) লোযনবম্বা ওজা কয়া অমদি শেবক শখা কযানা শেমলম্বা "নট ঈশৈ শৈদমশং" কৌবা মমিংদু পুথোক্লুনা থন্নমিনৈ। ওজাগী মীং

লৌরগা "গুলাপি নট ঈশৈ শৈদমশং" থোন্দুনা অমুক শেমই। অরোইবদা খরা পাকথোক চাওথোকহনবা হেনগৎলা খন্নদুনা **"গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী"** গী মমীং অসি ময়াম তানদুনা থোনবগা লোয়ননা খৃঃ ১৯৯৩ দা একাদেমী অসিগী মমীংদা রেজিষ্টর তৌখি। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা অমনা রেজিষ্টর তৌববা মতুং **"গুরু কীর্ত্তন শেবা"** দা তত্তনা য়াওবিবা ঐগী ইয়াম্বা শক্লবা য়ুম্লেম্বম নিলমনি সিংহনা (শৈসকপী য়াইস্কুল ইচে গম্ভিনী দেবী অমসুং ইবেম্মা বঞ্জনা দেবী অনিগী মবুং) **"গুরু"** হায়বা রাহৈ অসি হাপচিল্লবদি বেবহার লৈবা হেনগনি তাকপীবদগি খৃঃ ১৯৯৭ তা **"গুরু"** হাযবা রাহৈ অসি বেজিষ্টর ওফিসতা চৎতুনা হাপচিনখি।

ইনাও ইবুংঙো গোপালগা থেংনকল্লবা মতুংদা মতম কযাগী মমাংদগী নিংজবকপা রাখলদা মাংওইনবকই। লাইওইখ্রবা ওজা গুরু কযাগী পাউতাক মথং মথং নিংশিংজবকই।

ননাইনা নহা ওইবিঙৈ ওজা ইবুংঙোগী সঙ্গাযদা চৎচদুনা ঈশৈ তমজবকই ঈশৈ তম্বা হৌদ্রিঙৈ মতমদা যাহৌ ঙম্না হৌদুনা ওঝা ইবুংঙোগী শুমাং বাই শিজিন্নকৈ, ওজানা লেংখৎলকপদা মনুং অচৌবা চংনবা ঈশিং থবা শোকচিল্লে, নোংমনা ইমাবেম্মগী চাকশঙগী অরাং অপা হঙ্গৎলে, নোংমসু চেন্দা চদুনা ফৌ পেক্লদুনা মিলদা পুবগা হকথোকই, অসুম্না ওজানা চান্দীবা মীৎকোং সংলনবা হোৎনজকই, নোংমা ওজাইবুংঙোনা চাম্বকপা মতমদা ঈশৈগী বস, শৈহেক শৈদা, তাল-লয় হকচাংগী শাথেক শানোম মখল মখেল মুনা রাগি লিবি, তত্তনা তাকপি তম্মিবকখি। ওজাইবুংঙোনা করতাল মবোল, হকচাংগী শাথেক শানোম হৈন্দবগীদমক্তা খুবাইদগী মিং ওইনা ফাল্লবদা শ্রীথাংজম ওজা চাওবা সিংহ, ঐবু পোকপিবা ইপাইবুংঙোগসু মরুপ ওইনা ওজাসিদসু তমহনবিবকই।

ওজা ইবুংঙোনা (গুলাপি) লৈখিদ্রবা তুংদা মাইবম ওজা মীং ওইনা পঞ্জববদা শ্রীমাইবম ওজা ইবুংঙোহল সিংহ, নিঙোমথোংজাওদা লৈবা ওজাইবুংঙোগী সঙ্গায়দা ঈশৈ অমদি চোলম তম্বা চৎলি। মাইবম ওজাসি

ঐগী ওজাইবুংঙোনা (গুলাপি) লুনা চান্না বেবহার তৌজবা ওজা অমনি অদুনা ননাইনসু থোইনা হঙ্গোইনা চৎচৈ ওজাইবুংঙোসিগী মফমদগী চোলোমগী মণ্ডং, ঈশৈগী খোলৈ-খোম্বোক কয়া অমদি অষ্টকালগী প্রাত লীলাগী ঈশৈ শৈশক পরেং কয়া তাকপীরকখি। অসিদসু নত্তনা গুরু শিষ্যগী মাংফদ্রবা ৱারি কয়া তাকপীখি। ওজা ইবুংঙোগী (ইবুংঙোহল) অপোকপী সনা-ইবেম্মানা ঈশৈ তৌবা য়াম্না পামই তাকপীরম্বদু ওজাগী অপোকপী ইমাইবেম্মানা লৈখিদ্রবা তুংদা য়েংখোম ওজাদা (মঙ্গোল সিংহ) বোরিজদুনা ঈশৈ, চোম্লোম তম্বা হৌখি হায়না তাকপিদুনা "গুরুগী কৃপা ফংজদুনা ঙসি ফাওবা লৈবাক্কী সেবা খরা খরা ফংজরিব অসিনি", অসুম্না হায়বিরকখি। অমুকসু গুরু কীর্ত্তনগী মরমদা অসুম্না তাকপীখি – "খুরানা গুরুজন খিবিক্কিনি খঞ্জদুনা অঙম্বা মতমদা কৎলিবদো গুরু ময়ামগীনি। পৈশা চংনা হোৎনবা ঙমদ্রবসু পুকচেল শেংনা ঙমজবা খরদংনা কৎপসু কাইদে। নিংজবা লালসা অদুগী মতুং ইন্না ঈশ্বরনা অদুম পীনবিরকই। হয়েং ঐ,খোয়না লৈখিদ্রবা তুংদা গুরুজনগীদমক্তা লৈ-মনা অমত্তা ওইরবসু কৎলকউ।" অসুম্না পুক্নিং নুংশিনিঙাই ওইরবা ৱারি তৌবিরকখি।

নট সংকীর্ত্তনগী শৈশকপা অমা ওইনা মৈতৈলোনগী শৈশক শৈদাসিবুদি পামজকবা, লৈবাক অসিদা নত্তনা মপাল লৈবাক্কি মীওইশিংদসু খংহননবা হোৎনবিখিবশিংগী মনুংদা মীং ওইনা পঞ্জরবদা সনখ্যা শ্রীরাজকুমার "মধুর্যজিৎ সিংহ অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম ওজা "তোম্বী অনি অসি মরুওইবনি।

সনখ্যা "মধুর্যজিৎ সিংহনা এস এস বি দা লৈরিঙৈ, কাংগী মতমদা সঙ্গায় মান্দবতা এস এস বি গী সিফাই য়াওনা খাঙেম্বম ওজা ইবুংঙো অমসুং সনখ্যা ইবুংঙো শ্রীরাজকুমার "মধুর্যজিৎ সিংহগা লোয়নাদুনা নট সংকীর্ত্তনগী শেবোক শখাসিং, সন্নাইরবা ঈশৈগী ওজাশিং মীং ওইনা পঞ্জরবদা শ্রীতোয়জম নিতাই সিংহ, শ্রীকোম্থৌজম সনাতোন সিংহ, শ্রীথোঙাম গোপাল সিংহ, শ্রীশৌগ্রাকপম চানবী সিংহ, শ্রীরাংখৈ সিংহ অসিনচিংবনি। পুঙগী ওঝাশিংনা শ্রীলাইশ্রম ওজা তোলেন সিংহ,

শ্রীলোইতোংবম ওজা নিংথেমজাও সিংহ, শ্রীলৌবেম্বম অঙ্গো সিংহ অসিনচিংবা মযাম পুন্দুনা খুবাক ঈশৈ তৌথি। মসিগী মতুংদা সিফাই খবদি সনখ্যাদা হাযজদুনা সিফাই তোক্লগা ঈশৈ তৌখিবদগী লৈবাক্তা শক খংলবা মীওই য়াওখি। অদুদসু নত্তনা ওজা ইবুংঙোগা (গুলাপি) তানবিদুনা সনখ্যানা "নট ঈশৈ শৈদমশং" লিংখৎনবা হোৎনবিখি।

লাই গুরুশিংগী পাওতাক কয়া ফংজরুবদগী ঐগী পুক্নিংদা গুরু কির্ত্তন তৌবগে লেপচখি। মবম পুন্নমক শ্রীনিংথৌখোংজম ওজা তোম্বীগা তানজখি। হাযজরুবা পুন্নমক ওজানা ঐগী থৌনা হাপ্লিখি। ওজাদি লৈখিদ্রবা ওজা ইবুংঙোগী (গুলাপি) লৈকাযদা চাওবকপা অদুগা লুনসু তিন্নবকপনি তাকপি, মতম অদুদা ওজা মসামক মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শৈশকপা অমা ওইদ্রবসু শৈশক অসিবু চাওখৎহন্নিংবা পামজবা মীওইনি। ওজা ইবুংঙোবু (গুলাপি) যাম্না থাজবা, নুংশিবা, অসিদসু নত্তনা ওজাগী শেবকনি হাযনবদি শেবক ফাওবা থাজৈ অমদি নুংশি হাযনা তাবপী। অমনা হংলুবা খুদিংমক্তা খংদবা যাওদে হাযবা যাই। হিবম খুদিংমক্তা চৌবা মতেং কয়া পিবী, লোযননা অশোয অভাম যাওদনবা মতম খুদি হোৎনবি। মনাইনা ওজাদা একাদেমীগী বাবি অদুসু হাংদোকচরে ঃ

ঐখোযগী ওজাইবুংঙোনা (গুলাপি) লৈখিদ্রবা নুমিৎ মেবাগী ১৪ নি পানবা অদুগা মমাংথক্তা লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবী গুরুজনশিংগীনা মেবাগী ১৫ নি পানবা পুর্ণিমা নুমিৎ, থাগীসু মপু যাবা ওইবকপা (মেবা রাযুংবা) অসিদা ওব শাওং নুমিৎ নিনি চপ। পা থোক্নবা শা থাং তারে হসুম্না একাদেমীনা রেজিষ্টার য শা চহি ২, ১৯৯৩ দগী গুরু কির্ত্তন শেবা পা থোকপা হৌজখি।

গুরু কীর্ত্তন শেবাগী থৌনম অসি মেবাগী ১৪ নি পানবা অহানবা নুমিৎ অসিনা আধিবাসকী রাখল থমজবগা, মথংগী নুমিৎ মেবাগী ১৫ নি পানবা (পুর্ণিমা) নুমিতা পুর্বগুরুজন পুন্নমক্কী মফমদা লৈ-সু কৎচদুনা অর্ঘ-শেবা ওইজবা, লাইবিক লাইসু হৈবব অখণ্ড অহৈশিং অমদি নট সংকীর্ত্তনগী মবমদা খঙহৈববা ওজাশিংনা নৈনচে (রারেং) কযা পাথোক্লুনা

নৈনজরগা দেমোষ্টেসন কয়াসু উৎপিখি। চহি অমনা লৈবাক্কি শক্লাইরবা/শক্লাইরবী ওজা গুরু অমদি সেবক-সখা কয়ানা কাংলুপ-কাংলুপ খায়দোক্লগা নট সংকীর্ত্তন শৈশক্কী শেবা ওইখি। চহি অমদনা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শৈশকপা, শৈশকপী, ছাত্র ছাত্রি অথোয় অহেন খনগৎতুনা প্রমান পত্রনচিংবা পি। চহি অমনা অমুক নট সংকীর্ত্তনগী পুঙগী চলোম, দুহারগী করতাল চোলোম নাইতোম ওইনা অমসুং কাংলুপ ওইনা মখল মথেল কয়াগী থৌরম পাংথোরকখি। অসুম্না চাওখৎহন্নবা পাউতাক কয়া পীবিরম্লবা ওজা গুরুজন কয়াদি থুপখিবা য়াওখ্রে। অদুবু পুর্ব্বগুরুজনগী পরমপারাদা য়ুম্ফম ওইবা গুরু কীর্ত্তনদি লৈহৌরি, হেন্না চাওখৎলকপা ওইরকসনু, লৈহৌখিসনু মীরোল মথং মথং গুরু কির্ত্তন অসে।

গুরু কীর্ত্তন সেবাদাপাথোকপিখিবা নৈনচেশিং (ৱারেং) অদু লাইরিক ওইনা নমথোক্লগা পুথোকচনবা হোৎনবদা ননাইনা সম্পাদক্কী শক্তম লৌজদুনা অহানবদা সক্লাইরবা এক্স এম পি শ্রীনিংথৌখোংজম ওজাঁ তোম্বী সিংহ, শ্রীঅহন্থেম ব্রজচান্দ সিংহ, শ্রীজি বি শর্ম্ম (গৌরচন্দ্র) অনিশুবদা শ্রীপোৎশংবম যুগেশ্বর সিংহ অরোইবদা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিন ইনাওশিংগা তানজদুনা "**মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা**" কৌবা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনজরকখি। অইবা অইবীশিংগী খুৎনা ইবা ৱারেংশিংদা পাবদা বঙ্গালী অমদি সংস্কৃত লোনগী অৱাবা কয়া থেংনজে। পুঙগী অমদি রাগগী নোতেসনগী খুদোং চাদবা অসিনি। অদুবু তঙাইফদবা মতাংদা অইবা অইবীশিংগী পাওতাক লৌজরগা কায়দনবা হোৎনজখি। অসোয় অঙাম থেংনবিরবসু অপরাধ খিবিক ঙাকপিগনি নিংজে।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবদা পুক্লিং থৌগৎহনবীরকপা শক্লাইরবা মীওইশিং মিং ওইনা পঞ্জরবদা অহানবদা ইকায় খুম্নজরবা শ্রী ভেদ মারৱা, মণিপুরগী গবনর, অনিশুবদা শ্রী(দাক্তর) মোইরাংথেম নর সিংহ, আর্ট এন্দ কলচর মিনিষ্টর, অহুমশুবদা শ্রীলোংজম জয়চন্দ্রা সিংহ, জে এন মণিপুরি ডান্স একাদেমিগী ডাইরেক্তর, মরিশুবদা শ্রীলাইসোম ইবোমচা সিংহ, এম এল এ অমসুং একাদেমি অসিগী থৌ-পুবিরিবা ইচিল-ইনাও পুম্নমকপু তৌবিমল খংবা উৎচরি।

নট সংকীর্ত্তনবু নুংশিবিবা ওজা গুরু মরুপ মপাং ইচে ইচল পুন্নমকপু হায়জরুবদা অৱাবা মতম কয়া কায়থোকপীদুনা মমল নাইদ্রবা ৱারেং কয়া ইবিরকপা অসিগীদমক সম্পাদককী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোংদোকচরি। লাইরিক অসিবু নৈনবিদুনা অনৌবা নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা নৈনবা লাইরিক কয়া অমা পুথোকচবদা মতেং পাংবিয়ু হায়না হন্না হন্না প্রর্থনা তৌজরি।

**মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন** নৈনবা কৌবা লাইরিক অসি তুংদা হৌরক্লীবা ছাত্র ছাত্রী কয়াগী মতেং ওইগদ্রা খনজদুনা ময়ামগী মফমদা শিন্নজরে।

হরে কৃষ্ণ

**শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি**

# সংকীর্ত্তনগী রাগঅচৌবগী পুঙলোন

**শ্রী শৌগাইজম থানিল সিংহ**
*গুরু, জে এন মণিপুর দান্স একাদেমী*
*য়ুম্নাম লৈকাই*

বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপন্দ ওইবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী বাগ অচৌবা হাযবা অসি খ্বাইদগী মরু ওইবা রাগনি হাযনা গৌবিয সম্প্রাদয অসিনা ঙসি ফাওবদা লৌনবি। বাগ হাগবসি শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি নিরুপন তৌবনি। মরম অদুনা বাজর্ষি মশামক অমসুং লাইগুরু ওজাশিংনা রাগ অসি হৌবদা অকায অতোয হাযবদি ভঙ্গ হেক ওইবদা তাবিবা ভাবক যৈবিবা বাদক কলাকার অমদি কর্ম্মা কর্ত্তা অহমদা অমাঙবা য়ংবা দোষ নত্তনা অফবা ওইদে হায়না থাজনবম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা ওঝাশিংনা বাগ অসি হৌবদা যাম্না লুনা অমসুং কিন্না হোৎনবমই। বাগ অসিগী মমিং **নট রাগ** কৌই অদুবু অয়াম্বনা **রাগ অচৌবা** হায়না অদুম কৌনরে।

অদুগা অমনা ওঝা গুরুশিংনা রাগ অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী মুর্ত্তি সমপুর্ন ওইবা অমদি নিতি লীলাগী শক্তম অসিবু মপুঙ ফাবা ওইবদগী অমসুং রাগ পুম্নমক্কী মরুনি হায়না "মুল রাগ" হাযনসু কৌই। অদুনা নট সংকীর্ত্তনগী মনুংগী রসদা রাগগী রস, তালগী রস, অভিনয়গী বস, পুঙলোনগী রস অমসুং ঈশৈগী রস অসুম্না মাগী মাগী রস তোঙান তোঙান্না অমুক থায়দোক্লি। মরু ওইনা ঙসি ঐনা পায়খৎচরিবা অসি "রাগ অচৌবা" পুঙলোনগী, নুংগী ওইবা ভাব রস অদুদনি। রাগ অসিগী নুংগী ওইবা ভাব রস লৌখৎত্রিঙৈগী মমাংদা রাগ অচৌবা অসিগী চাউরাকপা ক্রম অমতং তেনতক্না পিজরি।

শ্রীরাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপন্দা ওইবা থাঙ্গৈশেংবা রাগ অচৌবগী বিবরনদি অনৱা ৪ নি। অলঙ্কার হাপ্তবা। অদুগী মতুংদা গুরু ঘাটনি। মতুংদা ঈশৈগী রাগ তাননবা পুঙলোন, অদুগী মতুংদা ঈশৈ রাগ হৌরে। বাগ পঞ্চম ফাওবা যৈগনি, পুঙলোন খায়দোক্কনি। রাগ দীর্ঘ হায়রগনি অমসুং দীর্ঘদগী ঘোর হঞ্জিনবা ঘোর হেক হঞ্জিনবগা পুঙলোনসু খায়দোক্কনি। মথংদা অহানবা সঞ্চার য়ৈগনি। ঈশৈনা "হ্রস্ব" পুঙগী সঞ্চারসু অনিশুবা, ঈশৈনা "পঞ্চম" পুঙগী সঞ্চারসু অহুমশুবা ঈশৈনা "হ্রস্ব" পুঙগীনা বব সঞ্চার তাগনি। মখাদা গৌরাঙ্গ অবতারগী ঈশৈ শক্তুনা পুঙগী হৌনবী খব য়ৈরগা কার্ত্তিক সঞ্চার তাগনি। ঈশৈ রাগসু ঘোব হঞ্জিনগনি। পুঙসু ঘোর হঞ্জিনগনি। মসিনি শ্রীগোবিন্দনা মনাই রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রগী মফমদা পীনখিবা বাগ অচৌবগী চাওবাকপা মথং মনাও।

রাগ অচৌবা হৌবসি লাই গুর্কশিংনা মখল মবি থোক্লা খায়দোকই। মখল মরি থোক্লা খায়দোক্লুবগী মবমদি সংকীর্ত্তনদি মখল মখা য়ামই মদুদি নিংথৌগী শ্রাদ্ধ অমসুং কীর্ত্তন, মৈতৈগী পূর্ন বসসগী শ্রাদ্ধ, দীক্ষা তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, কর্ন্নবেধ তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, নুপীগী শাদ্ধ, বাস, লুহোংবা, লুগুন থাংবা, নাহুৎপা, লাইগী জিবন্যাস, সম্বৎসর, লীলা অসিনচিংবা সংকীর্ত্তন মযাম অসি য়ুম্বুগী বা তাবগা মখল মরি অসিগী মনুংদা অমা হৌগনি। মখল মরি অদুদি

১। তেন তেন তা তঃ তাং।। মসিনা অমুক গর্ভদা চংদনবা বৃন্দাবন বাস ওইখিনবনি।।

২। তিং তিং তাৎ ত্ব তাং।। মসিনা হরিগী চবন্দ ইনশিনবিবনি স্বর্গবাস ওইখিনবনি।।

৩। থেন থেন তেন তেন তাতঃ ত্বতাং।। মসিনা মাগী অফবা ধর্ম্ম তানবদা মহৈ ফংনবনি।।

৪। গিনগ্র ঘিন্তঃ ঘিন্তঃ ঘিন তেন তেন তাতঃ ত্বতাং।। মসিনা অমুক গর্ভদা চঙদুনা পোক্লবনি।।

মথক্কী রাগ অচৌবা খুৎহৌ মরি অসি অমুকসু অসুম্না খায়দোক্লি মদুদি অহানবদা—

(১) নম্বর অসিনা নিংথৌগী শ্রাদ্ধ, কীর্ত্তন, অধিবাস, সম্বৎসর, ব্রাহ্মান দীক্ষা তৌরবগী শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর, প্রনালিকা ফংলবী ব্রাহ্মান নুপীগী শ্রাদ্ধ অসিনচিংবদা হৌদুনা কার্ত্তিক সঞ্চারদা লোইগনি।

(২) অনিশুবদা অসিনা নিংথৌগী মচাশিং, নিংথৌগী শাগে ঙাইশিং, ব্রাহ্মান পুর্ন বয়স, মৈতৈ প্রনালিকা ফংলবা অঙম অথৌ, নুপীমক ওইরবসু প্রনালিকা ফংলবা, অহল ওইবা অহল ওইবীশিংগী, রাস, অধিবাস, শ্রাদ্ধ, কীর্ত্তন অমসুং সম্বৎসব অসিনচিংবদা হৌগনি। লোইবদি কার্ত্তিক সঞ্চারদা লোইগনি।

(৩) অহুমশুবা অসিনা প্রানালিকা ফংদ্রিবা নিংথৌগী মচানুপী, মশু, শাগে ঙাই যজ্ঞ তৌগদবগী অধিবাস, মৈতৈ পুর্ন বয়সকী শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর অসিনচিংবদা হৌগনি। লোইবদি বর সঞ্চারদা লোইগনি।

(৪) মরিশুবা অসিনা নিংথৌগী মচা মশু লুহোংবা, তুলশী হোংবা, পুষ্ট্রি হোংবা, লাইশঙ হোংবা, দীক্ষা তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, কর্নবেধ তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, নুপী মচা, নুপা মচা বয়সশিং অসিগী কর্মদা হৌগনি। লোইবদি বর সঞ্চারদা লোইগনি।

রাগ অচৌবগী লোইবনা বর সঞ্চারদা লোইবা থোক্লবদি মথক্কী সঞ্চারদু লোইরগা করতাল অমমম থাবা পুঙলোন অদু য়ৈগনি হায়বদি গৌরচন্দ্র মেল তাগনি মদু তারমদ্রবদি বর সঞ্চারদা লোইবা য়াদে হায়না ওঝাশিংনা তাকপিরমই।

**হৌজিক রাগ অচৌবগী নুংগী ওইবা ভাব রস মখাদা পিজরি ঃ**

তেন তেন তা তঃ . . . তাং।। হায়না অহুমলক য়ৈরিবদি শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ হায়না অহুম্নক শোনবগী ভাবনি। গিম্নগ্র ধে ধেন হায়বসিনা রাধা কৃষ্ণ হায়বগী ভাবনি।

গিন্নগ্র ধে ধেন তেন তেন তা তঃ তাং।। হায়বা অসিনা শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ রাধাকৃষ্ণ, শ্রীগোবিন্দ, ইহ-সংকীর্ত্তন স্থানে ত্বং আগচ্ছ ত্বং আগচ্ছ অসুন্না আবাহন তৌগনি।

**ষোল নাম — হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**

**গিন্নগ্র ঘিন তঃ ঘিন তেন তেন তেন** অসিনচিংবা অসিনা নাম প্রচারনি। মতাং অসিদা ঈশৈ শকপনা 'শ্রী কৃষ্ণ প্রীতি আনন্দ বল হরিবোল হরিবোল' হায়না লাউগনি। দোহার পালানচিংবনা 'হরে হরে' হায়না খুমগনি।

মথংদা — **অষ্টনাম - হরে রাম হরে রাম।**

তেন তেন তেন তেন তেন তেন

তঃ তেন তাং তঃখিং খব খব

মতাং অসি যৌরবদা ডাকিনী, যোগিনী ভূত প্রেতনচিংবা পাপী পাষন্ড পুন্নমকপু নৈহংলি হায়বা ভাব ফোংদোকই। বর্নন তৌরকপনা ভক্তি প্রেমতবু কচ্চদুনা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি বর্নন তৌজবনি শ্রীচবন শ্রীমুর্ত্তিদু লিংখৎচবদা শ্রীচন্দগী কটিং "খ্মা " যৌবে।

**ছয়নাম** - রাম রাম হরে হরে।

খিংতা তঃ খিংতা তঃ

হরি নামতনা মুর্ত্তি লিংখৎচবদা কটিংতগী শ্রীকণ্ঠ যৌবে।

**এক নাম** - "হরে"

খব খব তেন তঃ তেন তঃ তেন তঃ তেন তঃ

পুঙ কর্তালগী ধ্বনিনা শ্রীমুর্ত্তিবু লিংখৎচবি। অতৎপা নৈতনা নিল্লক্লি, হরিনামগী মালানা প্রেমগী ঈরিক খিকচবা, ভক্তিগী মখা পোনবিবা শ্রীমুর্ত্তি মপুঙ ফারক্লে। মতাং অসিদা শ্রীকণ্ঠদগী শির "কোক" যৌরক্লে। পুঙ য়ৈবা, ঈশৈ শকপা অমসুং পালা পুন্নমক্লা ঙক নোনগনি।

শিব অমসুং নারদ মুনিনা বীনা যন্ত্র পায়দুনা শ্রীবিষ্ণুগী মুর্ত্তি শাগৎপগুম, সংকীর্ত্তন বর্নন তৌরকপদা হরি নামতনা মুর্ত্তি শাগৎচরি।

**গুরুঘাট** — গিন্নগ্র ধে তা থেন গিনতা তেন তা তেন তা তাং।।

হরি নামতনা আবাহন তৌদুনা পুক্লিংগী অপাম্ববু কৌজখিবা গুরু ঘাটকী মতাং অসিদদি "রসরাজ মুর্ত্তি আবির্ভূতং" ওইবিররে।

মন্ত্র, তন্ত্র, পুন্নমক্না ইবুংঙোগী থবায় হকচাংনচিংবা ওইরিবনি।

মতাং অসি য়ৌরক্লবদা শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙ্গদগী পঞ্চতত্ত্ব চিংথোক্লগনি। লীলা শান্নবদি য়াদ্রি, জীবন্যাস মখল অহুম রাংলি। গুরুঘাট হেক য়ৌরকপদা তুংলোমদা খোঙফম অমত্তং হন্দোক্লিবা অসি, মুর্ত্তিদি মপুং ফারবা আভবণ লৈতেংদি য়াওদ্রিবা মঙালতনা তিল্লবা উদয়গিরিগী মতোন্দা নুমিৎকী মঙাল্লা ফাওদোক্লকপগুম সংকীর্ত্তন বর্নণ তৌবকপদা রসরাজ মুর্ত্তিনা ঙাল্লক্লবদা প্রেম ভক্তিনা লমজিংদুনা মাঙওইননা শ্রীগৌরাঙ্গ দর্শন তৌজবনি হাযবা ভাবনি।

গুরু ঘাটকী অবোইবদদি মপুঙ ফাববা পুর্নিমাগুম ঙাল্লবনি মতম অসিদা পুঙ য়ৈবা ঈশৈ শকপা দোহারনচিংবা পুন্নমক্না পঞ্চাঙ্গ- খুকউ লৈতাদুনা মফম মঙা শোক্না খুরুমগনি। রাগগী শরুক্তি মতাং অসিদা লোইরে।

**পঞ্চতত্ত্ব**--হান্নগী মতৌগুন্না অমুক হৌগত্তুনা পঞ্চতত্ত্বগী অধ্যায় লৌথরগনি। মদুদি--

**গিমগ্র গিত্তঃ গিত্তঃ গিত্তঃ গিত্তঃ গিন তেন তেন অসুন্না পঞ্চতত্ত্ব পুথোক্লে জীব সঞ্চারিনী তৌদ্রি, মতাং অসিদা পুঙ য়ৈবনা ঈশৈ শকপদা ঈঙ্গিত পীদুনা ঈশৈ রাগ হৌরগনি-- তা রি তা না রি তা না তা না।** ঈশৈ রাগ হৌরিঙৈদা পুঙস্ লেপ্তনা য়ৈগনি। পুঙগী হৌনবী অমত্তা কায়দনা য়ৈগনি। ঈশৈগী রাগনা পঞ্চম অমসুং দীর্ঘ অনিমক্তা পুঙনা, মফম মতম অমত্তা কায়দনা য়ৈগনি।

পুঙনা মাগী হৌনবী মথং মথং য়ৈরক্লগা অরোইবগী তুকা '৫' মক অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী পঞ্চপ্রান ওইবা ইবুংঙো মঙামক্কী মশক্তি, মথক্তা ওইখিবা মুর্ত্তিশিং অসি জীব সঞ্চারিণী তৌখিগনি।

**জীব সঞ্চারিণী**— তাগ্র গ্রতাং তঃ গিন্তা থেন খিন্তা।। মতাং অসিদা ইবুংঙো '৫' মক্কী জীব মপুং ফারে হায়বা ভাব অমা ফোংদোক্নে। আভরণ লৈতেং শুরবনি। পুঙগী জীব সঞ্চারিণীগী অরোই অরোইবদা ঈশৈগী রাগসু হৌগনি। ঈশৈগী রাগ লোইরক লোইরকপদা পুঙনা সঞ্চারিণী য়েগনি। পুঙ করতালগী মতুং ইন্না ভাবক বৈষ্ণবশিংনা ভাব-তনা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু হৃদিদা অরেপ্পা ওইনা শাগচ্চরিবা অদুগী জীব সঞ্চারিণী তৌখিগনি।

মসিগী জীব সঞ্চারিণীদি —

**খিন থেন্তা তেন্তা খিত্তা তঃ থেন্তা তেন্তা খিত্তা তঃ**। মতাং অসিদা অনিশুবা ভাব ফোংদোক্নে। পুঙলোন অসিনা লোইরকপদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি, রাগ অসি লোইরকপদা কর্ম কর্ত্তা না ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু পুঙ করতালগী মতুংইন্না হৃদিদা ভাব-তনা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু শাগৎচরিবা অদুগী জীবন সঞ্চারিণী তৌখিগনি।

মদুদি —

**গিন তেন্তা তেন তঃ তেন্তা তেন তঃ**।। মতাং অসিদা অহুমশুবা ভাব ফোঙদোক্নে। জীব সঞ্চারিণী মতাং অসিদা লোইরে। জীব সঞ্চারিণী অহুম অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী ভাব অহুমমক (তিণবঙ্কা) মপুং ফারে হায়নসু লৌনৈ।

**বড় সঞ্চার** -- তাং তাখিৎ তেন্তা খিত্তা খিত্তা . . . অসিনচিংবা বড় সঞ্চার লোইরগা মথাদা "বেড়ি ঘাট" তারগনি। বেড়ি ঘাট হায়বা অসিদা মথক্তা ওইখ্রিবা ইবুংঙো মঙামক্না খোঞ্জেল থোক্না ঈশৈ শক্তুনা কৌজরকই।

**গৌরপোদ মেল বেড়ি ঘাট** — তা তেন্ তা খিৎ তা তঃ তা তেন
তা খিৎ তা তঃ।।

**লম্বিঘাট** — ধিন ধেন ধিন গিন্নগ্র ধেন তা তেন তা খিত্তা তঃ।।

**সেতুঘাট** — ধিন তত্ত খিত্তা ধিন তত্তা খিত্তা ধিন।।

**গৌরপোদ মেল থাবা** — ধেন তা তঃ তেন তা তঃ।।

**গৌরপোদ তাঙ্কপ** — তা গিন্ন ধেন ধিন ধেন
তা গিন্ন ধেন ধিন থেন।।

**মেনকুপ** — ধিন — ধিন তা — তাং
— খ্র খ্র তা থেন — ।।

**নিত্যাইবদ** — গিন তা তাং — তেন তা খিং
তা ধে ধন তা ।।

**কার্ত্তিক সঞ্চাব** — ধিন খ্রখ্র তেন তা তেন্তা তঃখিং তাং — ।।

কার্ত্তিক সঞ্চার অসিগী মনুংদা লৈরিবা রসদি মথক্তা ওইখ্রিবা সংকীর্ত্তন অসিগুম্না অমুক হন্না পাক চাউনা শন্দোকখিগনি হায়বা কার্ত্তিক সঞ্চার অসিনা খঙহল্লি। মদুগী মরমদগী সঞ্চার কৌনবনি। মসি 'অহানবদা গৌর সঞ্চার কৌরম্মী। করি মবমদগী কার্ত্তিক সঞ্চার থোনখিবগে হায়বগী অকুপ্পা মরোলদি সঞ্চার অসি শ্রীশ্রী গোবিন্দ নিরূপন তৌরবা তুংদা, গোবিন্দগী অগ্রদা রাজর্ষি মহারাজ মশানা মেরা থাগী কার্ত্তিক পুর্নিমা ইরাই নুমিৎতা রাস কৎপগী উপলক্ষদা 'অহানবা সংকীর্ত্তন হৌবদা ইবুংঙো মশামক্লা পুঙ থোন্দুনা য়েৰিখি। মতম অদুদা 'অহানবা ওইনা কার্ত্তিক সঞ্চার অসি য়েখি।

কর্ত্তা মহাবাজনা লেংজবা অমদি কার্ত্তিক মাসতা সঞ্চার অসি ফোঙদোকখিবা পুঙলোন ওইখিবা মবন্না মসিগী মমিংবু ওঝা গুরুশিংনা কার্ত্তিক সঞ্চার হায়না মিংথোনবিখি, মসি হৌজিকসু কার্ত্তিক সঞ্চার হায়না ফাওরি।

**রাগ ঘর হঞ্জিনবা** —
ধে — তা তাং
— ধিন ধিন গিন্নগ্র
ধে — তা তাং
— ধিন ধিন গিন্নগ্র
ধে — তা তাং
তাগ্র খ্রাং খিং তাং
খিং তাং খিং তা

তঃ খিং তা তঃ খ্র খ্র গিন গিন
থেন তঃ গিন — — — খর খর
তাং — তেন — তা — তঃ —
গিন ন গিন ন ধিন ।।

পুঙলোন অসিনা মথক্তা তৌখ্রিবা রাগনচিংবা অমদি মখাদা লাক্কদৌরিবা সংকীর্ত্তন অসিগী অকায় অতোই পুম্নমকপু ঙাকপিয়ু হায়না খুরুমজবনি।

অসুম্না রাগ অচৌবা অসি হৌবদা য়াম্না লুনা ওজাসিংনা থম্মিরম্মী।।০।।

১৭/১০/৯৪

# নট সংকীর্ত্তন ঈশৈ রাগগী হৌরকফম

শ্রী লাইশ্রম ইবোহল মচা
*কাকেথেল লাইশ্রম লৈকাই*

ঙসি তিনবিরিবা সভাসিগী মফমদা রাগগী ওইবা বাফম খরদং হঙথচগে।

রাগ হায়রবদি ॐ কার প্রণবগু রাগ কৌই।।

মদুদি নাদ ব্রহ্মাগী মশক ওইবা প্রনব অদুবু পরী কৌই। মীওইবনা হোল্লিবা খরদা তোংলদুনা মথকলোমদা কারকই পশ্যন্তী কৌই। হৃদি য়ৌরগা বুদ্ধিগা তিন্নরে মধ্যম কৌরে। খৌরি য়ৌরগা বৈখরী কৌরে। চিনবান য়ৌরগা খর খোল্লেল থোক্লে। (প্রমান)

(অলঙ্কার কৌস্তুভ প্রথম কিরণ পৃঃ ৫)

মূলা ধারাৎপ্রথম মুদিতো বস্তু তার পরাখ্য।

পশ্চাৎ পশ্যন্তম হৃদয়গো বুদ্ধি যুক্ত মধ্যমাখ্য।।

বক্রে বৈখর্যথ রুরুদিষো রস্য যন্তো।

সুষুম্না বদ্ধস্তস্মাত্তবতি পবন প্রেরিতো বর্ম সজ্ঞব।।

শ্লোক্ অসিদা হায়বনি।।

ঐখোয়গী মণিপুরদা ঈশৈ ওইনদি শক্লগা রাগ মশক নাইনা হৌদবদা ওইরিবা রাগদি ॐ কার প্রনব তৌরগা রাগগী শক্তম ওইরগা তোকপা। ঈশৈ, হেক্তা শকপদি।।(পোয়োক) অষ্টি শঙ্কয় তৌবদা শিজিন্নরিবা অসিনি, রাগ মশক নাইনা হৌনরমদে মসি নিংথৌরোল কয়াদগী ঙসি ফাওবদা চত্থনরিবনি। হায়গ্রিবা অসি রাগগী মশক মচু মমিং নাইদবনি।

অদুদগী রাগগী মশক মচু মমিং নাইবা অসিদি অথাম শাগেদা পোকপিরম্বা (গুরু রসানন্দ) ওঝানা হৌদোকপিরম্বা রাগশিং অসিনা ঙসি ফাওবদা সংকীর্ত্তনগী রাগ হৌরগা শক্লরক্লি ।। মদুদি (মল্লব) না চিংলদুনা পুরুষ (৬) রাগীণী (৩৬) অদুদগী উপরাগ পুরুষ উপরাগ পুরুষগী রাগিণী কয়া পুন্নমক অসি অথাম ওঝা পুরেল্লা থম্বিরম্বনী। মসিদা লম লমগী ওইনা মান্নে অমসুং মান্নদে হায়বগী মরমদা খরা।

মতম অদুদা ওঝাগী নাক্তা তম্লবা ওঝাশিং খরা অদু খোল্লে থোকপা অমসুং থোক্তবা, খোম্থাং শুবা শুদবা নাইরম্বা তাই খঞ্জে। অমনা ইরগা তম্বা য়াদবনা মরম ওইদুনা তমখিবা খরা অদু অকাও কাওদা লৈরম্বা য়াই খঞ্জে। মরমদি। খুরাই, বাংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুল পানা মরি অসিদা মান্নে মান্নদে হায়বা কয়া লৈরিবসিনা শাখিনি। মরমদি ওঝা অনি অহুম্না পুথোকপা নৎতে ওঝা অমত্তগী মোৎনি মান্নফম থোকই তম্বা কান্দা খোল্লে থোকপনাতম্বা, থোক্তবনাতম্বা অসি হৌজিকসু অসুম লৈরিবসিনি। হায়রিবসি ঈশৈদা নৎতে করতাল খুখৎ চোলোমগী শাথেক, তাঞ্জা, ঈশৈগী ছন্দ, পুন্নমক অসি হৌজিকমকসু লৈরিবনি - অসিনা মরম ওইদুনা খরা মান্নবা মান্নদবা ওইবনি খঞ্জে। অসি নৎতনা সুংমান মান্নদবা মমিংদি মান্নবা কয়াসু লম লমগী ওইনা লৈরিবনি মসি করি করম তৌরগা লেঙদনা চপ মান্নবা য়াগদগে খঞ্জদুনা ইজবনি অমসুং সভাদা হংগৎচবনি।।

তশেংনা হায়জরবদা মান্নফম থোকই, মান্নদবদি য়াম্না মুন্না তমদে তাকপনি, য়াম্না মুন্নবু তম্লবদি মান্নফম থোকই, খোম্থোক নুংশিবা নুংশিদবা অদুনা অমনি।।

মখল অমনা ক্লাসিকেল তৌবিবা ওঝাশিং কাংবুনা মমিং মাপ্নে মওং তিন্নদে হায়নসু বাদি কয়া পিরী- অদুবু ঐখোয়গীদি ঈরৈপাক্তা পোকপা ওঝানা ঈরৈপাক্কী ওইনা থম্বিরম্বা অসিনা ঐখোয়গী ইজাতিগীনি, মীগীনা মীগীনি হায়জনিংই। মরমদি দেশ বিদেশ পুন্নমক্তসু মমিংদি মান্নরগা মান্নদবা য়াম্না লৈ। ঐখোয়গীদি লৈরিবা অসিদং শোয়দনবা মান্ননবা তম্বা অসিদংতদি তৌবিয়ু হায়না ঙসি তিনবিরিবা সভাগী মফমদা থমজনিংই।

হান্নদি লিপি থাদুনা তম্বা নৎতবনা খরা শোয়নবনি হৌজিক্তি চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না লিপি হাপ্পা খরা হৈরকপদগী শোয়নদনা তম্বা য়াগনি খঞ্জে।

অদুদগী অমনা থাংমৈবন্দা লৈবা চিংশুবম ওঝা ইবেতোনগী রাগগী লাইরিক অসি য়াম্না ফৈ অদুবু মান্নবা মান্নদবা অদুগা খরদি ইরগা খরা অমনা অদুগা মান্নে হায়রগা তোকপা অসিনচিংবা কয়া লৈবদগী ননাই ঐনা মান্নবসু অসিনি মান্নদবসু অসিনি খংনেনবগীদমক থৌগলগী মওং ওইনা তুংগী লম্বি খঞ্জিক্তং ওইগদরা খঞ্জদুনা রাগ রাগিনী খরদং লিপি হাপ্লগা থমজরে ননাই ঐনদি লায়রজবনা মরম ওইদুনা লুপা য়াম্না চংনা ফোংজবদি ঙমজদ্রি।।

মখল অমনা রাগ রাগীনি অসিদা নত্তনা লালসাগী ঈশৈ ৩৪ সু হান্নগী ময়েক অদুগী থৌগল, মৈতৈ লোলনা ওইজরগা, লিপি হাপচরদুনা লৈজরে ফোংদোকপদি ঙমজদ্রি।

মখাদা রাগ রাগিনীগী লিপি য়াওবা খরদং সভাদা থৌগল ওইজগে।।

রাগগী য়েংগদবা নিয়ম (খুদম)

— শাংনা চিংগু হায়বনি,

= চিংসু চিংবা কোনসু কোনখৎপনি,

— চিংসু চিংবা কোনসু কোনথবনি,

— কোনসু কোম্থবা লংসু লংবনি,

— কোনসু কোনখৎপা লংসু লংবনি ।।

## খম্বাজ রাগিনী

**চম্পক গন্ধ ভাষিনী সুবর্ন্ন বস্ত্র ধারিনী**
**গান বাদ্য ভাবিনি ক্ষ্যাতি খম্বাজ রাগিনী।।**
লৈহাউগী মনম নম্বিনি। সনাগী মচু শেৎপিনি।।
ঈশৈ পুংলোনসু হৈবিনি। মমিংনা খম্বাজ কৌবিনী।।
(সাঃ) সা-গ, গ-ম, প ধ নি, নি, নিনি সা

(আ) তা-হা, রি-হি, রি ই ই, ন, তহ না

হজিন্‌কদ্‌ সাঁ,সাঁ, ঋ,সাঁ, নি, ধ ধ নি ধ প, ম ম প ম গ,
রি, ই, ই, ই, ই, ত অ অং অ আ, না, আ, অং, অং আ,
সাঁ নি ধ-প ম গ ঋ সা সা, ঋ নি সা,
রি ত ন-ত ন ন না আ আ, রি রি রি ॥

(পঃ) সাঁ — সাঁ, সাঁ, সাঁ, সাঁ, সাঁ, নি, সাঁ, নি, ধ, প,
তা — রি, ত, ন, ত, না, আ, রি, ই, ই, ই,
ধ — প, প — ম, ম — গ, গগ গ গ ম, প ধ নি সা
রি — ই, ত — অ, ন — অ, তহ ন ন না, তা আ আ আ ॥

(দীঃ) সাঁ- সাঁ সাঁ সাঁ সাঁ সাঁ নি, সাঁ ঋ সাঁ ঋ নি সাঁ-
তা- রি ত ন ত না আ, রি ই ই রি রি রি-
মঁ — পঁ গঁ — মঁ, পঁ, মঁ, গঁ, পঁ, মঁ, গঁ, ঋঁ, সাঁ, সাঁ ঋঁ সাঁ
তা — অং, আ — অঃ রি, ই, ই, রি, ই, ই, ই, রি ই ই ই
ঋ, নি, সাঁ,
রি, রি, রি।।

## কদম রাগ পুরূষ

কদম নাম রাগর, প্রিয়ার প্রেম-বিতাষর।।
শেবত বস্ত্র দধারয়, হাস্য যুক্ত বিমোহর।।
স্বর্ন হার বিভূষয়, সদা কাম উল্লাসর।।

মমিংনো কদম্ব কৌরিবনি, প্রিয়াগা শান্নবা পামজবনি।
অঙৌবা ফিজোল লৈতেংবনি, চংখোনবা ফিভম্না ওইরিবনি।
সনাগী লিকথাঙনা ওাল্লিবিনি, নোকপদা রাশিদো লৈরিবনি।।

(ঘঃ)
সা সা, মম গগ পপ প ম ম গ, গ, গ গ গ গ
আ তা, রিহিং রিহিং রিহিং রি ই হি ই, তা, রি ত ন ত
মম — প — গ, গ, ঋ, সা, ঋঋ সা, নিসা
নহা — অং — আ, রি, ই, ই, রিহিং রি, রিরি।।

(পঃ) সা — সাসা ঋঋ সাসা — নিনি, নি —
তা — রিহিং রিহিং রিহিং — রিহিং, তা —
নি ‿ সাঁ নি ধ প — পপ — মগ (হঙ্গিন্নবনী)
রি ‿ ইং ই ই ই — রিহিং — ই ই,
গ — গ গ গ গ মম ‿ প — গ, গ ঋ সা, ঋঋ সা, নিসা
তা — রি ত ন ত নহা ‿ অং—আ, রি ই ই, রিহিং রি, রিরি ।।
(দীঃ) ম প ধ সাঁ — সাঁ নি সাঁ — গঁ — গঁ গঁ গঁ গঁ–
তা আ রি ই — ন ত না — তা — রি ত ন ত–
মঁমঁ ‿ পঁ— গঁ, গঁ ঋঁ—সাঁ, ঋঁঋঁ, সা, নিসাঁ
নহা ‿ অং—আ, রি ই—ই, রিহিং, রি, রিরি ।।

## তিরুদ ধানসী রাগিনী -

**কুঞ্জ গৃহ সার্দ্ধং তিরোহিত রতী মুদা**
**অলি বৃন্দৈ-প্রঃ পৃচ্ছতি-তিরুদ্ধানসী সংস্কৃতা।।**

কুঞ্জগী লীলাদা রাখল্লা লৈজবী
রতী রসদা থম্মোয়না পামজবী -।।
খোইমুনা ঙংবদা খোয়রাংনা খঙজবী
মমিংনা তিকদ ধানসী কৌজবী -।।

(ঘঃ)
(সাঃ) সা—সা সা সা সা, সা সা, সা, সা সা নি সা-
(আঃ) তা—ঙা আ আ আ, রি রি, রি, রি ত ন ত-
ঋমঋ, সা ঋ, ঋ, নি, সা,
নাঅংআ, অ হিং, রি, রি, বি,
(পঃ) প— ম, প সাঁ—নিনি ধপ মগ
তা—আ, বি হিং—রিহি রিই রিই
গ গ গ ‿ ম —গ ঋ - সা, ঋ, নি, সা,
বি হি হি ‿ ই—রি ই - ই, রি, রি, রি, ।।

(দীঃ) প— ম, প সাঁ নি সাঁ—নি সা ঋ গ - ঋ - সা ঋ নি সাঁ,
তা—আ, রি ত ন ত—না আ আ অং-আ- আ রি রি রি,
মঁমঁ — ঋ মঁ- পঁ মঁ পঁ — মঁ, মঁমঁ — ঋ — সাঁ
রিহিং — ই ত-না আ অং — আ, রিহিং — ই — ই
ঋসাঁ — নি, সাঁ সাঁ নি সাঁ নি সাঁ ঋ গ ঋ—সাঁ
রিহি — ই, রি ত ন ত না আ আ অং আ—আ
ঋ নি সাঁ
রি রি রি ।। পঞ্চমদা হনজিল্লু।

মতৌ অসুম তৌনা লিপি পাঙ্গরগা রাগ বাগিনী খরা থমজরে কনাগুম্বনা তান্নবিগে তমগে হায়রবসু য়াননবা মওং মতৌ ছন্দ মাঙখিদননবা থমজরবনি।

ননাই ঐনা রাগশিং অসি তমজহৌবা গুরুদি তেরা কৈথেন্দা লৈবিরম্বা য়ুম্নাম শাগৈদা পোকপা শ্রীগুরুগী নামবু ফাল্লগা (চাওবা, নাতুম) হায়না মীপুম খুদিংনা খংনরবা অদুগুম্লবা শ্রীগুরুদেবগী কৃপাদগী, মথংদা নেপ্রা মেঙ্গোর পুখ্রি মপান্দা লৈরম্বা ডান্স কলেজগী ওঝাসু ওইবিরম্বা ওঝাগী নামবু ফাল্লগা (কোঞ্জেংবম তোয়াইমা) গুরু অদুগুম্লবা ওঝাদগী তমজহৌবা ঙাক্তনি।

রাগগী মরম খরদং শব্দ রূপ কল্পদ্রুমগী লমায় ১১৪৩ শুবদা ইবগী লোন্দি সংস্কৃত লোন্নী। রাগ অমসুং রস পুথোকপনা মী তরুক্তি মখোয় অদুদি সোমেশ্বর, রামেশ্বর, কালানাথ, হনুমান, কোহলা অমসুং ভরত। মখোয়না হান্নবা পুথোকপদগী তারগা শেমখিবনি। মদুদা স্বর্গ, মর্ত, পাতাল, মফম অহুমগী তোঙান তোঙান্না খায়দোকখি। রাগ পুরুষ তরুক্তি মমীংসু খেন্ননা থমখি। কালানাথ, শোমেশ্বর অনিগী মোৎনা শ্রীরাগ, বসন্ত, পঞ্চম, ভৈরব, মেঘ, নটনরায়ন অসিনা অমা। রামেশ্বর, কোহলা অনিগী মোটনা মলব, মল্লার, শ্রীরাগ, বসন্ত, হিলোন, কর্নটক অসিনি। মসিদা তোঙান তোঙান্না মফম অহুম শ্বর্গ, মর্ত, পাতাল অহুমগী য়েঙ্খোকখি। অদুদগু মর্ত লোকতসু মফম তোঙান তোঙান্না থমখি। মদুগী মফমদি য়াম্মি খুদম

ওইনা হায়রবদা শনজিংগী অৱাং নোংপোক মথা মনিং শমুদ্রগী মপান্দা শান্দোকখি। মফম অদুদি--

অঙ্গ রঙ্গ, কলিঙ্গ, শৌবিব অসিনচিংবা মফম কয়ানি। মসিদা রাগগী মমিং তোঙান-তোঙান্না খরা খেন্নবা লৈখি। অদুগা মেরুগী পুর্ব্ব পছিমদদি মলব, মাল্লর, শ্রীবসন্ত কর্নটক্কী হিলোন পুরুবী অসুম্না মমিং লৈবনা শগোলশেলদা কর্নটকনা পুগনি মসিগী মরমদা কীর্ত্তন মালা কৌবা লাইরিক রঘুনাথ দাসনা ইবদসু য়াওবি। রাগশিংগী থোরকফম অমসুং লৌখিবা মাইকৈ মীশক মথা মাইকৈগী মপু বৃহস্পতিনি সখীনা চম্পাকলতানি, মনা কর্নটক অসি লৌখি অদুনা শাগোলশেল নুমিত্তা কর্নটক রাগানা পুগনি শগোলশেলগী সখীসু চম্পাকলতানি ঐখোয়গী ভারতবর্ষগী ৱাফমনি।।

চিংঙামথা ঐজ্ঞা বিরমঙ্গল শর্ম্মনা ফোংবা রাগগী লাইরিকতসু শগোলশেল নুমিং কর্নটকনা পুগদবনি। থাংজ নুমিৎতা পুরুবীনা পুরিবসে রাগ ময়াম হৌনরক্লবদি ভৈরবীনা থাংজ পুগদবনি।।০।।

# মণিপুরদা চৎনরিবা সংকীর্ত্তন অহৃমগী মওং

**শ্রী অথোকপম পরিজাৎ সিংহ,**
*ফেলো, অরিবা পালা*
*জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাদেমী, ইম্ফাল।*

**সংকীর্ত্তন করিনো হায়বগী মতাং ঃ**

সংকীর্ত্তন হায়বসি ঈশ্বরগী মমিংশিংবু শোঞ্জববুনি হায়বদি "সংকীর্ত্তনকরা'। (ষ্টুদেন্তস ফেবরাইত ডিক্সনরি বেঙ্গলী টু ইংলিশ-আষুতোষ দেব) যুগ মরি -সতা, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলিদা মথংশিংনা ধ্যান, যজ্ঞ, অর্চনং, অমসুং সংকীর্ত্তন হায়না চৎনরি। ভারত দেশ অসিদা সংকীর্ত্তন হায়বসি খা ভারতনা ইহান হান্না হৌদোকখি হায়না লৌনৈ মরমদি ইহান হান্না খুন্দাবদি দ্রাবিড়শিংনি, আর্য্যশিং নত্তে। রাফমসি পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মনা 'মৈতৈ কীর্ত্তন' দা অসুম্না হায়রি। "কীর্ত্তনদি মখা থংবা ভারতনা হাল্লি।" *(লামায় ৬)*

**মণিপুরদা সংকীর্ত্তন ঃ**

মণিপুরদা সংকীর্ত্তনগী হৌরকপসি মৈদিংঙু ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) "মণিপুরী কীর্ত্তন" হৌদোকখি হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা লৌনরি। নিংথৌ অসিগী মতমদা 'বিষ্ণু লাৎপা' (চৌফা খেকখোম্বনা ক্যাম্বদা পিরকপা) হৌখি। স্বর্গদগী শালগ্রাম ওইনা বিষ্ণুনা মৈবুনগুম্না ইরং লংনা পাইথরক্লগা পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বদা পীরকপনি হায়না অতোম্বাপুনা ফোঙদোকই। "বামন খুম্ভোকলোন" কৌবা লাইরিক্কী মতুং ইন্না ব্রাহ্মননা তাক্কুনা শ্রীবিষ্ণুদা 'শঙ্গোম ক্ষীর' কৎতুনা নিংথৌ ক্যাম্বনা মহাপ্রসাদীবু চাই। নিংথৌগী মশাদা পকপা অনাবা-ফুগাম

ফখি হায়নৈ। লাইরিকয়েংবম (লাইয়েংবম) শাস্ত্রদা লৈতবা অসি ক্যাম্বা মতমদা লাকখিবনি। মতম অসিদা নবদ্বীপতা চৈতন্য মহাপ্রভু পোক্তরি।

নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমদা লাইরিকয়েংবম লৈকাইগী হিদেন্দগী ফারকপা ব্রাহ্মনবু বিষ্ণুগী সেবা তৌহনখি। ঈশৈগী শৈশক্তি ভোগ আরতি ওইনা তৌরম্বা জাৎনি। পুঙ য়াওরম্মী হায়না ফংঙি। "মৈদিংঙু ক্যাম্বদগী মনাই সেক্তা পুংয়েবগা সিন্নৈএ।" "চৈথারোল কুম্বাবা" লাঃ ২০ মতমসি ঈশৈ-শৈশক অসি অপোম্বা লৈগী মতৌগুম্বনি হায়না লৌবা যাই। পুঙ হায়বসি অহানবদা মমায় নাম্মতা লাই হৰাওবদা শিজিন্নবম্বগুম নিংথৌসিগী মতমদদি পুঙ মনাও (য়েৎ) অসি শিজিন্নবা হৌবকখি। পুঙগী মমিং 'বংদেশ পুঙ' থোনখি হায়না শ্রীসোইবম ওঝা (পুঙ) লসমন হঞ্জবা জযপত্রনা তাকপীবম্মী। মতমসিগী মৈতৈগী হান্না লৈজরম্বা শৈহেক শৈদা নাহৈরোল, শিকপলোন, হুইকপলোন, জাৎ, লমইন, হিবিপাবোৎ, হিবিথাংবৈ, খুলং, ঈশৈনচিংবগী মমি তাবম্বা জাৎনি হাযবা যাই। ৰাফমসি শ্রীখাঙেম্বম গুলাপী সিংহ, শঙ্গীত রত্ননা ইবা 'শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দ থৌরম শৈবেং'গী নট ঈশৈগী হৌরকফম লামায(ঘ)দা উৎলি। খুদম ওইনা তোল্লবা ননাইনা অসুন্না উচ্চরী–

অবিবা-অনৌবা শৈশক্তা
**নিখিগুরা করুনা সিন্ধু অবতার।**
**নিজ গুন গাঠিয়া নাম চিন্তামনিহে।**
**জগতে পড়ায়লি হার (এঃ)।।**

চবাইবোংবা নিংথৌগী মতম্দা মহাদেবনিংবা 'অমদি বিষ্ণু নিংবা অনিগী তিনশিন্নবগী মতাং উবা ফংলে। বিষ্ণুগী ইবাৎ-থৌনিদা শৈশক ওইনা অবিবনা চৎনখি। অদুবু পামহৈবা (গৰীবনিৰাজ খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) মতমদা বাঙ্গলা লোন অমদি সাহিত্যগী শৈহেক শৈদা ধর্ম্মগী যাওন কন্না চঙশিন্নকখি। শান্তিদাসকী ইথিলনা বামান্দী ধর্ম্ম মৈত্রবাক্তা চৎহনখি। ঐখোযনা মণিপুরদা সংকীর্ত্তন চঙলকপগী মতাং 'চৈথারোল কুম্বাবা'দা অসুন্না থেংনবি– "মপা ইবুংঙো ময়াংঙম্বগী লু লৌবা চৎলে নাম সংকীর্ত্তন শক্নুনা শ্রাদ্ব তৌরমএ।" *(লামায় ১০৮)*

নিংথৌসিগী হাক্তক্তা শকপা কীর্ত্তনবু 'বঙ্গদেশ' হায়না খঙনখি। বঙ্গালী অমনা কোম্ভৌজম শাগে ওন্দুনা বঙ্গদেশ পালা কীর্ত্তন হৌদোকখি। নিংথেম পুখ্রি মপান, ৱাংখৈ লৈকাইদা লৈরিবা রাম, সীতা, লক্ষমন, হনুমান, গরীবনিৱাজ, শান্তিদাসকি মূর্ত্তিশিং শাবা হৌদোকখিবসি নিংথৌ অসিগী মতমদনি। রাম সীতাগী মূর্ত্তি অসি অৱা-লানদা মাঙলুরে। অদুনা নরসিংহ সনা হাকতক্ত অতোপ্পা রাম সীতা অনি শাখি অদুবু মাঙলুরবা পামহৈবগী রাম সীতা অমুক ফংলকপদগী হৌজিক্কী ৱাক তানবদা মাঙলুরবা রাম লক্ষমন, হনুমান বিজয়া দশমী নুমিৎতা গোবিন্দ মাণ্ডবতা লেঙথোক্লিবসিনি। শৈশকসু জয় জয় রামচন্দ্র, রঘুকুল শিরমনি (চালি তাম্থা) ওইনা সংকীর্ত্তন ওইনা লেঙথোক্লি। হৌজিক্কী লৈরিবা মহাবলি উমংগী হনুমান ঠাকুরগী সেবাদা বঙ্গদেশ শৈশক্লা থৌগনখি।

**ভাগ্যচন্দ্র (চীংথংখোম্বা, কার্ত্তা, জয়সিংহ)**

খৃঃ (১৭৬৩-১৭৯৮) না গৌড়ীয় দীক্ষা নরোত্তম পরীংগী শ্রীরূপ পরমানন্দদগী লৌরবা মতুংদা সংকীর্ত্তন রাসলীলা কৎখি। বঙ্গদেশ পালাগী শৈশকসু কন্না হোৎনখি। অনৌবা নট সংকীর্ত্তনসু হৌদোকখি। বঙ্গদেশ পালাদগী শৈশক্লা গোবিন্দগী থৌগন চৎপদা অৱা লানগী মতমদা চাবথকপা ফংদবদগি লৈপাক চাদুনা লেনখি হায়দুনা লৈপাকচাবা পালা হায়না খঙনখি। লৈপাকচাবা পালাশিংনা মথং মথং শৈশক অসি তম্বিদুনা সেবকশিং য়ামহনখি। মমৈথঙদা খুল খুল খুদিংদা (হৌজিক্লা লৈকাই লৈকাই) সেবকশিং অসিনা সংকীর্ত্তন (শ্রার্দ্ধ অসিনচিংবা) শকখিবদগী 'সেবক পালা' হায়বা অমা অদুগা শাখা পালা হায়বা অমা থোকখির্বনি। পালা মরি—ভুগোল (লম্মীৎ-তুম্মীৎতা) খায়দবা মীদা, থৌগন্দা লাল্লুপকি ওইনা খায়বা ১। লাইফম (অরিবা লৈবাক চাবা পালা) ২। খাবম পানা (অরিবা সেবক পালা) ৩। অহল্লুপ্ পালা (পালাহন) অমসুং ৪। নহারূপ (পালা নহা)শিং অসি পালা লোয়শঙদা অষ্টকালসি গোবিন্দগী ওইনা ভাগচন্দ্র মতমদগী হৌজিক ফাওবা চৎনরক্লি।

**বঙ্গদেশ অরিবা পালাগী হৌজিক্কী মতমদা শক্করিবা শৈশক ঃ**

থায়নগী শৈশক্তা রামানদী শৈশক লৈরম্বস্ য়াই। অরাবদি লাইরিক ওইনা ইহৌদবা, রেকোর্ড লৈহৌদবা, অরিবা লোযশঙ, লাইরিক শঙগী লোয়শঙ নিংথিদবা, লান তোয়না তৌবনচিংবনা ওইবম্বা তাই। হৌজিক্কীদি গৌরাঙ্গ শৈশক্তা ওইনা তমজরকই। শৈশক্তি বাংলা লোনদা অসুন্না শকপা ওইনা তৌই ঃ—

১। পুঙ বাগ হৌবা,

২। ঈশৈ বাগ তাবা - শ্রীসিন্ধ, মালব, শ্রীরাগ অসিনচিংবা কৌমাবীক, কুমুদ

৩। আবাহন - হৌজিক্তি হাপ্পবে নীতি লীলাদা. থাযনগী মতমদদি হাপলমদে।

৪। গৌবচন্দ্র

৫। দুইতাল ঘাট

৬। বাজমেন

৭। তানচপ - থাযনা লৈবমদে হৌজিক্কী মতমদা হাপচিনবনি। তোপকি ওঝা অথোকপম মেবা হঙ্গবা. কৈশাম যাইমা ঈশৈ হনবা অবিবা অনিনা ভাবোক্লা নোকই হায়দুনা শক্লখিবনি। খুদম —
**প্রনত সকল সুখ দায়কং, ব্রজনায়কং হে, হে বল্লভ রাজকুমার** (লুহোংবা শৈশক্তা শিঙ্গিন্নবনি)।

৮। তাল অমা যৈবা (একতাল, চাবিতাল, রুদ্রতাল. একতাল মচা পঞ্চম-নচিংবা)

৮। নিত্যাইপদ

৯। ছয গোষাই ঈশৈগী রাগ ক্রম ১। ঘোব, ২। পঞ্চম ৩। দীর্ঘ (অনীবক) ৪। প্লুট (অনীবক) ৫। পঞ্চম + ঘোর ৬। ঘোর (পুন্না মাপল) অসিনি।

**পুঙ করতাল ঃ**

পুঙ অসি চাওই, মনাও (য়েৎ) য়াম্না চাওই মরু (ওই) অসি লুম্না মখোল হৌই, মরুম্না মমায় পাকপা হেল্লি। পুঙ অসি করতালগী মখোনগা চান্নবা শেমলকপনি। করতালদি মমায় পাকই, মরীদি কাপ অমগা মখায়নি। পুঙসি লাংতেং পুঙ লাই হরাওবদা য়োম্বা ফিয়োমদগি মতৌ তম্মকপনি।

**ফিজেৎ ঃ**

১।ফৈজোম অঙৌবা মচু খুদুপ তরা শাংই, খুদুপ অহুম পাকই।

২।থায়নদি ফৈজোম ময়াইদা খোংতায় তায়নরম্মী, মদুনা ফজবা ওইনা চৎনরম্মী।

৩।খ্বাংয়েৎ ঃ- খুদুপ ৬$^{১/২}$, ৭ শাংবা, পাকপা খুদুপ ৪$^{১/২}$ পাকপনা ওই। অনিরক য়েৎপা ওইগনি। থায়নগী মতমদা খ্বাংয়েৎ মথক্তা পাখংবগী ময়েক্না ফিজিন ওইনা য়েৎনরম্মী, হৌজিক্তি তৌনদ্রে।

৪।কোকয়েৎ - অঙৌবা মচু।

**পালাগী মকোয় ঃ**

ঈশ্বরনা নোংপোক ওল্লবদি ইশৈহনবনা মায় নোংচুপ ওন্দুনা খোম্বাংবগী মনাক্তা লৈগনি, খোমদোন মখা থংবা মায়কৈদা অরোইবদা লেপকনি, দুহারনা অরাং থঙবদা হৌজিক্কী নট অনৌবগীগা চপ মান্ননা লৈগনি। পুঙ য়ৈবা অনীনা ঈশৈহনবগী মমাঙদা খোমদোন দুহার অনিগী মরক্তা অহানবা সংকীর্ত্তন হৌরকপদা লেপকনি। রাগ পুঙ লোইরগা ঈশৈহনবগী য়েংতা হঞ্জবা হিদং লৈগনি।

**মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক অরিবা পালাগী সংস্থানশিং ঃ**

১। তোপ খোংনাংমখোং বঙ্গদেশ সঙ্গীত বিদ্যালয়।

২। মোইরাং। ৩। কুম্বী। ৪। ককচিং। ৫। ওইনাম।

হৌজিক্কী মতমদা শৈশক— লোনগী মিথয়েংদা মৈতৈলোন্না শক্করে। আকাশবানী ইম্ফালনা শক থগলে। ষ্টেট কলা একাদমী, ডান্স কলেজনা হিরম অসিদা পুক্নিং চিংশিল্লি।।০।।

**মতেং লৌখিবা লাইরকশিং ঃ**

১। **চৈথারোল কুম্বাবা**-লাইরেনলাকপম ইবুংঙোহল, নিংথৌখোঙজম খেলচন্দ্র (অহানবা থৃৎনম ১৯৬৭ ইং, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।)
২। **মৈতৈ কীর্ত্তন** - অতোম্বাপু শর্ম্মা, ভাগ্যবতী লাইব্রেরী, ইম্ফাল মণিপুর ১৯৬৫।
৩। **মৈতৈ জগোই** - সুনচান্দ শর্ম্মা, শ্রীশ্রীগোবিন্দ নর্ত্তনালয় ইং, ১৯৬৫।
৪। **শ্রীশ্রীগৌরগোবিন্দ থৌরম শৈরেং**- (নটঈশৈ) গুলাপী সিংহ অনিশুবা ফোঙবা জুলাই ১৯৯২ ইং।
৫। **ষ্টুডেন্টস ফেবরাইট ডিক্সনরী বেঙ্গলী টু ইংলিশ** - এ টি দেব সাহিত্যকুটির কলকতা, ১৯৯৪ ইং।
৬। **মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান বিজয পঞ্চালি শ্রীভাগ্যচন্দ্র চরিৎ**- লাইশ্রম মঙ্গী, লোংজম মণি, মহাভারত প্রেস ১৯৬৭ ইং।
৭। **এ সোর্ট হিস্তরী ওফ মণিপুর**- ঝলজিৎ, ও কে স্তোর ১৯৬৫ ইং।
৮। **সেমিনার ওন অরিবা পালা** - জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমি, ইম্ফালগী পেপর্বাশিং - ১৯৮১ ইং।
৯। বুখী ওঝা তোমচৌ সিংহগী বাঙৈশিং।
১০। লৈখিদ্রবা ঐগী পাবাক্তি হঞ্জবা অরিবা পালা (গোবিন্দ) অথোকপম মেবা অমদি কৈশাম য়াইমা ঈশৈহনবা (অরিবা) গোবিন্দ পালা লোইশংদগী থেন্নহৌবশিং।
১১। **ইমপেক্ট ওফ বৈষ্ণবীজম ওন মণিপুরী কলচর** (এম এ ডিজরতেসন, জবাহরলাল নেহরু ইউনির্ভসীটি, কাঞ্চীপুর) প্রো ডবলিউ যুগিন্দ্র সিংহ, ১৯৭৪।

৭/১০/৯৫

# চৎনরিবা সংকীর্ত্তনশিংগী হৌবদগী হৌজিক ফাওবদা মণিপুরগী লাইরিক্তা অমদি অতৈ রেকোর্ডশিংদা ফংবা ৱাফম

**শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ**

*উরিপোক*

মণিপুরদা চৎনরিবা সংকীর্ত্তন অসি মরু ওইনা (১) অরিবা (বংদেশ) পালা, নট সংকীর্ত্তন অমসুং মনোহর শাইনি। অরিবা পালা অসিবু বংদেশ পালা কৌই। মসি বঙ্গদেশ লোমদগী পুশিল্লকপনি হায়দুনা বংদেশ কৌখিবনি।

মণিপুরদা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ ফাওবা পানখি। খৃঃ ১৪৭০ দা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বগা অনিনা খম্বৎতা লান্দাদুনা ক্যাং খমপৎ ঙমখি। মৈতৈগা পোংগা লম য়েন্নখি- **পোংগী লমদি হৈনৌ খোঙনেম্বগী মখৈনে, মৈতৈগী লমদি মুংখোং মুৱাইগী মখৈনে। নোংপোকলমদা লোইচারিগীমখৈ, মখা লমদি মিয়াতোং কৌবা চীং হৈনৌ খোঙনেম্বা পোকপগী মখৈ, খারি লৈপাক অয়াম্বা পুম্না খায়রম্লে। শমশোক য়িম্মাংদি পোংগী লমনে, য়ুমনিংদি মৈতৈগী লমনে।** —

"A tract of country was then made over to the Rajah of Muneepoor by the King of Pong, extending east to the Naojeeree a range of hills running between the Mao and Kyendwen rivers, which was then established as the boundary between the two-countries. South, the limit extended to the Muyatoung or Muya hills, and north, to a very celebrated mangoe tree near Moongkhum, between the Naojeeree hills and the Kyendwen river"--

*RB Pemberton - Report on the Eastern Frontier of British India p. 118*

কুমজা অসিদা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বদা সনা মোহর ৮০ না শাবা তখেনখুনুশাবা স্নাগী কাকোকঅমদা হাপ্তুনা বিষ্ণু পিরকখি। ক্যাম্বা মহারাজনা বিষ্ণুপুর কোনুংদা বিষ্ণু লাৎপগীদমক শারম্বা চেক্কী লাইশঙ হৌজিক বিষ্ণুপুর লম্মাংদোংদা বিষ্ণু মন্দির (temple) লৈরি। (*) (**)

"ব্রাহ্মান্না হৌনবী মতুং ইম্না পূজা তৌদুনা ক্ষীরনচিংবা কৎতুনা বিষ্ণু লাৎপা মতম অসিদা কীর্ত্তন অসি খূবাকখূদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই।

✓ **হে রাম গোবিন্দ গোপাল কৃষ্ণর চরন লইনু স্বরন।।**

মৈদিংঙু চরাইরোংবগী হাক্তক্তা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) ধর্ম্ম পুন্নমক্কী ইবাং অমা হৌই। মমৈদা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা তিনখ্রে। মহাকথক্তা 'বংদেশ' হাযবা পালা অসি হৌদোকই। ঈশৈনা 'রাম কৃষ্ণ গোবিন্দ' হাযবা মযেক তবেৎ অসিনা হৌই।" (১)

পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বদা শ্রীবিষ্ণু পীবকখিবসি খৃঃ ১৪৭০ (শকাব্দ ১৩৯২) দনি। গৌডীয বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌদোকপা শ্রীচৈতন্যদেব শকাব্দ ১৪০৭ (খৃঃ ১৪৮৬) ফালগুনী গ্রহন পূর্নিমা সন্ধ্যা মতমদা নবদ্বিপ্তা পোকখি। অদুনদি গৌডীয বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রবর্তক শ্রীচৈতন্যদেব পোক্লিঙৈ চহী ১৫/১৬ কী মমাঙদা মণিপুবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা বিষ্ণু লাৎপা হৌবে।

---

(*) চৈথারোল কুম্বাবা চহী page 432

(**) This temple has been declared to be the ancient monument (temple of Vishnu at Bishenpur in Manipur State) by the central Government with SRO 1843 dated 4-11 1952 published in part II Sec 3 in the Gazette of India November 8 1952

**(১) Souvenir J.N.M. Dance Academy, Imphal 1964, pp/55/56**

সঙ্কীর্ত্তন--ফোংদোকপীবা ওঝাশিং : (১) শ্রীসোইবম লসমোন সিংহ হঞ্জবা জযপত্র (২) শ্রী সনাজাওবা বাজকুমাব, ইশেহনবা জযপত্র (৩) শ্রীহামোম তোম্বা সিংহ দুহাব (৪) শ্রীঅভিবাম শর্ম্মা (৫) শ্রীথাংজম চাওবা সিংহ, খুরাই, লমলোং (৬) মযাংলম্বম ইবোবী সিংহ, শগোলবন্দ মৈনো লৈবক (৭) শ্রীশগোলসেম কালিদমন সিংহ, থাংমৈবন্দ খুযাথোং (৮) লাইশ্রম অপাবী সিংহ, হঞ্জবা, উবিপোক নাউবেমথোং।

বঙ্গলা কীর্ত্তন অসি ১০ শুবা শতাব্দীদা মহীপাল রাজাগী সভাদা অহানবা লাকপা হৌখি। লক্ষনসেনগী সভাদা কবি জয়দেবনা মশামকনা ইজবা গীত গোবিন্দ কীর্ত্তন ওইনা শকখি। মতম অসিদগী হৌনা কীর্ত্তনগী শৈশক অসি চাওখৎপা হৌখি। মহৈ মহৈ পান্নরকখি।

বঙ্গলা কীর্ত্তনদা কায়দা মরিথোক্লা মথং মথং গারের হাটি, মনোহরশাই, রেনেটি, মন্দারিনী হায়না লৈ। শৈশক শৈদা তালনচিংবদা খরা খরা খেন্নৈ।

১) গারের হাটি হায়বসি ঠাকুর মহাশয় (নরোত্তম দাস) না খৃঃ ১৫৮৩ দা শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিব অমা হোঙই। অসিদা ঠাকুর মহাশয়না মশামক য়াওনা সংকীর্ত্তন শকখি। মদু রাজসাহী জেলা খেতুরী গ্রাম (গারের হাটিদা)দনি, য়াম্না মমিং চৎপা থবক অমা ওইনা থোকখি। অদুনা গারের হাটিগী শৈদা হায়না কৌনখি।

২) মনোহরসাই হায়বা অসিবু শকপা মফমগী মিং লৌদুনা থোনবনি।

৩) রেনেটি হায়বা কায়দা অসি মথক্তা হায়রিবা গারের হাটি মনোহর শাই অনি অসিগা মান্নদে মওং অমনি। শাজৎ থুনা য়াংনা চৎপা তাল মচাতনা নম্না শিজিন্নবা শৈদা অমনি। মসি বিপ্রদাস ঘোস কৌবা রানী হাটি পরগনাদা লৈবা বর্দ্ধমান জিলা শ্যামানন্দগী শিষ্য অমনা হৌদোক্লম্বনি।

(৪) মন্দারিনি অসি চহি খরগী মমাঙদগী তোঙান্না লৈখিদ্রে। মথক্কী অহুম অসিদা তিনখ্রে। থোইদোক্লা মনোহর শাইদা হেন্না চঙশিনখ্রে।

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাক্তক্তা খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ দা বিষ্ণু লাৎলি।

"খাগেম্বগী হাক্তক্তা খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২"

"চরাইরোংবগী মতমদা খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯ দা কৃষ্ণ"

" গরিবনিবাজগী মতমদা - ১৭৪৮ কৃষ্ণ লাৎলি মতুংদা।

রাধারমন রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী ময়াম্বুং গৌরশ্যাম ময়াম্বনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা লাৎলম্মী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পাল্লবদা শকাব্দ ১৭১৫

(খৃঃ ১৭৯৩) মেরা ১৯ নি য়ুমশকৈশা ইবেম্মা য়াওম্বী লৈমখুবীনা রাধারমন পুদুনা বৃন্দাবন্দা চঙখি।

খৃঃ ১৭৯৮ দা তীর্থ লেঙবদা চীংথংখোম্বা মহারাজনা ময়াম্বুংনা লাৎলম্বা শ্রীরাধারমনজী খুরুম্বা লেঙঙী। চীংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপদা অসুমনা ইরি **"গঙ্গা ইরৈমা পূংবু তানকংলবদা ... লাইরেন মৈদিংঙু রাজচক্রবর্ত্তী থোইথোইবদি মহাননোং লাইরেন মশাবি শ্রীশ্রীযুক্তা গৌরশ্যাম সিংহ অবাং ফাৎলৌ মরাম্বনা পোইরৈ সনা পূংদা কোরৌ নোংজা খুদিং পুরুম্লবদা শ্রীরাধারমনজি থোইথোইববু লাইরেন মৈদিংঙু ময়ামগী হেবি লৈমখুবী নোংয়াই ঙাংবম চনূনা ঝাংঙম সনা পুঙগী নবঙ্কিা লৈময়াইবু তান্না ঈরাৎপুরুমঙম্বগী খোইমোম সনা মখোঙখাদা দর্শন চাংজৌ চেপনা রোন সন্দেশ খুৎয়োম কৎনা য়োইনা পুরুমলুইএ।"** *চৈ:কুম . 2nd edition লা: ১৬৩*

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮

শকাব্দ ১৬৯৮ (খৃঃ ১৭৭৬ —) হিয়াঙ্গৈ ১২ নি ইরাই নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক মতুং পুঙ ১ চংলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষণ মেহেন্দ্রিগী ক্ষণদা বিষ্ণুপুর কোনুংদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌই। *(চৈঃ কুঃ ১৯৭)*

মাইবম চক্রপানিনা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৭৬১ (খৃঃ ১৭৭৯) কালেনগী ৩ নি লৈবাকপোকপদা বিষ্ণুপুরদগী কাঞ্চিপুর তান্না লৈপাক পুম্নমক ওংএ। কুম অদুগী হিয়াঙ্গৈ ১১ নি ইরাইদা কাঞ্চিপুরগী রাস মন্দলদা শ্রী গোবিন্দ অভিষেক তৌএ। নুমিৎ মঙানি রাস শান্নে। *(চৈঃ কুমঃ ১২০)*

নিপা পলাদা মতোন ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লে, ধরশাইনা দুহার চৎলে, শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রনা পুঙ থোনখি —

লৈপাক চাবা - শকাব্দ ১৬৯৭ লমদা থা নোংমা পানবা য়ুমশকৈশদা কাইনাদা থৈবোং য়েংবা চৎলে। কাইনাদা পাঙনবমবু অন্নাবা তাবা কোকপীখি। *(চৈঃ কুমঃ ১২৯)*

সেবোক পালা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা লিংখৎখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথেমপিশক্না কাঞ্চিপুরদা পাল্লিঙৈদা নাম পালা - হৈস্লাম পূর্ননা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৭৬৩ (খৃঃ১৮৪১) হিয়াঙ্গৈ থা নোংমা পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা নরসিং তিল্লাদগী শ্রীরামচন্দ্র প্রভু পুরকপা থুংলৈ। অদু নুমিৎতা নাম পালা লিংবা হৌএ। ফিকেকি, তুপী অচৌবা উপহল্লে। যণ শাদুনা শ্রীরাম প্রভুগী মমাঙদা মহা সংকীর্ত্তন শকএ। ২০নি ঈরাইদা খ্বাইরম্বন্দা লাইশঙ মাগুপ শাবদা শ্রীরামচন্দ্র প্রভু লৈহনএ। *(চৈ: কুম - 2nd Edn. না ২৪৯)*

নিতি ব্রহ্মমুর্ত্তিদা কৌখৎতুনা প্রাত স্নান তৌরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পাদ পদ্মতা মানসিক সেবা প্রেম সেবাবু নিতি তত্তনা ত্রিসন্ধ্যা অহুমবু তত্তনা তৌরিবা মঙ্গলার্ত্তি সন্ধ্যার্ত্তিনচিংবা পুন্নমকপু তত্তনা দর্শন তৌরিবা অমসুং শ্রীভাগবতনচিংবনা অয়াম্বা গোষাই গ্রন্থ পুন্নমকপু শ্রবন তৌরিবা থাশি থানিন একাদশীনচিংবা নিতি হাঙদনা জযদেব নামপালাবু মহাসংকীর্ত্তন তৌবা শ্রীযুৎ স্নখ্বা যুবরাজবু শ্রীব্রাহ্মন বৈষ্ণব পাত্র মন্ত্রী প্রজা পুন্নমক্না নিংথৌ ওইবিবো ফম্বান হাঙফদে হায়দুনা শ্রীমণিপুব পুবন্দব শ্রীনরসিংহ মহারাজনা চহী ৫১ শুবা ফাইরেন ১৯ নি শগোলসেনগী অয়ুক য়ুথঙ্গা নিংথৌ ওইএ। অদু নুমিৎতা শ্রীগোবিন্দজি, শ্রীজগন্নাথ শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র ৩ না লাইশঙ অমদা তিনহনএ। *(চৈ কুম - 2nd Edn পেজ ২৬৬)*

লম্বোইবা পালা — শকাব্দ ১৯৭৩ খৃ. ১৮৭১ লমদা থা ১৪নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা মহারাজ চন্দ্রকৃর্ত্তি সনা হাক্তক্তা লম্বোইবা পালা লিংএ।

শ্রীযুৎ নবসিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা শকাব্দ ১৭৬৭ (খৃ ১৮৪৫) কালেন পূর্নিমা য়ুমশকৈশদা শ্রীবৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণনা তৌবগুমনা কুঞ্জ পুখ্রী তৌদুনা জলকেলি তৌবা হৌই - ইঙা থাগী ১৫ নি পানবা পূর্নিমা ১৮৪২ ইং জুন তারিখ ১৫ শগোলশেন্দা জলকেলি শান্নবা লোয়এ) — *(চৈঃ কুঃ ২৬৭)*।।০।।

৮/১০/৯৫

# নট সংকীর্ত্তন অমসুং মৈইরাং কংলৈরোল

**শ্রী হৈস্নাম মাঙ্গোলজাও**

*প্রিন্সিপাল, "মোইরাং কংলৈ ঈশৈ শৈদম শঙ"*

*সেগা রোড খ্বাইরাকপম লৈকাই*

লৈখিদ্রবা শ্রীখাঙেম্বম ওঝা গুলাপীগী মিংদা পাঙথোকপিরিবা 'গুরু কীর্ত্তন সেবা' থৌরম অসিদা বাহে অমা অনিদং ঙাংজরনবগী তাঞ্জা অমা পিবিরকপগীদমক্তা শিনবিরিবা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীবু থাগৎচবগা লোয়ননা হরাউ নুঙাইবা ফোঙদোকচরি। অদুমকপু মতাঙ চানা পঞ্জনিংহৌবা বাফম অমনা ঐঙোন্দা ঙাঙজরনবা শীনবিরক্রিবা বাফম অসিনা নট সংকীর্ত্তন অমসুং খোংজোম পর্ব্ব হায়না তাকপিরক্লম্বনা হেন্নবু পেঞ্জবা অমদি নুঙাইজরম্বা ওইজরমগদবনি। মরমদি মোইরাং কংলৈরোলগা নট সংকীর্ত্তনগা লৈনবিবা মরি অসিদগী খোংজোম পর্ব্বগা নট সংকীর্ত্তনগা লৈনরিবা মবি অসিনা হেন্না মিৎয়েঙ চঙফম অমদি নৈননিঙাই লৈরমগনি খঞ্জে। অদুবু মগুন লৈরবা কালা অসিগা মোইরাং কংলৈরোলগা মরী ইরৈমক লৈনদে হায়বদি য়াদবা লৈবনিনা খঙজবা খরা অদুক পঞ্জরক্কে। অদুবু অহানবদা কালা (নট সংকীর্ত্তন) অসিগা খোংজোম পর্ব্বগা লৈনরিব মরী অসিনা খর-খজিক হান্না বামাঙ য়াঞ্জবমগে।

খৃষ্ট কুমচৎকি ২০ শুবা শতাব্দি, য়ৌশিল্লকপা অদুবায়দা মণিপুর অসিদা ফিশুবনা শিনফম ওইবিরম্বা লৈবাক্লা ধোবী লৈনৌ হায়না খঙনবিরম্বা মপাল লমদগী লাকপা, বেঙ্গলী ঈশৈ শৈশক শৈদাবু মখোন মবা নুংশিনা শকপা শোনবা হৈবিরম্বা নুপা অমা লৈবিরম্মি। ওঝা ইবুংঙো অদুমক্কী মিংলেনশি লৈনৌ হায়নমক্তি হাননা কৌবিরক্লম্মোই হায়নসু লৈবাক্কি অখণ্ড অহৈ কনাগী মতসু ফোঙদোক্লে। ওঝা অসিনা মতম কুইনা

কংলৈ লমদম মণিপুর অসিদা লৈবিরম্লগা মরম লমদম ভারত্ত অমুক হন্নবিখি। অদুবু পংকুই কুইদনা, বৃটিশ অমদি মৈতৈশিংগা লান শোক্লবা তারকপগী তানফম অমা লাক্লবদা বৃটিশশীংনা মণিপুরগী লম্মীৎ তুম্মীৎ তাক্লনবগী ওইনা অমুক হন্না মণিপুরদা পুথোকপিরকখি। মতম অদুদা শোক্লখিবা লান্দা বৃটিশকি মখুত্তা মৈতৈনা শাথিনা লাইবক থীবা মওঙদা মাইথিখি অমদি মৈতৈ লমদম অসিবু বৃটিশশিংগী লোইলম ওইহনলকখি।

মৈতৈ অমদি বৃটিশ অনিগী লান্দা মৈতৈনা য়াম্না শোক্লা মাইথিখিবা অদুদগী ওঝা লৈনৌসু ওইরক্লিবা ফিভম অসিবু "ঐগী খুৎসু য়াওরবোইকো" হায়না খঞ্জরুবদগী থম্মোই শোক্লা পেঞ্জরুদবদগী মরম লমদমদা হনখিদনা মৈত্রবাক্কী সাপম (শমচেৎশাবম) য়ুম্নাক্তা পুন্সিনবিখিদুনা লৈবিখি। তুংদা, মৈতৈ অমদি বৃটিশকি লানফমদা, মরু ওইনা খোংজোমগী লানফমদা কম্লবা য়াম্লবা বৃটিশগী লান্মি মমাঙদা মৈতৈনা উৎখিবা থৌনা লিংজেনবু শৈথাদুনা, মশানা হান্ননা হৈজদুনা লৈরবা নট মনোহরশাইগী হৌরকফম ওইনা লৈনবিবা বেঙ্গলী শৈশক্তা সুব ছন্দ পান্দুনা শকপা শোনবা হৌবিবকখি। মরম অসিনা নট সংকীর্ত্তন, নট মোনোহরশাইগা হকথেংননা মরী লৈনরকপা শৈশক হায়বগদি খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক অসিবু পঞ্জরুবনা হেন্না চুনবা লৈগদ্রা হায়না লৌজে।

মথঙদা মোইরাং কংলৈরোলগী শৈশক অসিগী মতাঙদা পঞ্জরকপা তাবগদি মসি মপুঙ ওইনা মৈতৈগী পেনাগী শৈশক্তগী লৌরকপা ওইনা লৌবিবি। অদুগা অমরোমদা মৈতৈগী খুন্নুং ঈশৈ হায়রিবা শৈশক অসিদি মৈতৈ ঐখোয়গী য়াম্না লিরবা ইনাৎ ওইনা পাথাঙ পুথাঙদগী চৎলন শোন্নরক্লবা শৈশক শৈদা অমনি। মৈহৌরোলগী লিরবা মতম অদুদদি শৈশক অসি খোইদোক্লা যন্ত্র অমত্তগী মতেঙ শিজিন্নদনা অশৈবা অদুনা খুৎকাপ্পি কাপতুনা শৈশক্লরম্বা শৈওঙ অমনি। অসুন্না কুমজা কয়া লেপ্লক্লবদা শৈশক শৈদা অসিবু লৌদুনা নুপা শাবা অমা, অমদি নুপী শাবা অমা, অনি কক্‌বায়নদুনা শকপা 'খুন্নঙ ঈশৈ হায়বশি অমুক তারকখি।

অসুম তৌনা চৎনরক্পা অসিদা শৈশক অসিগা পেনাগী শৈশক্কদি মরী থোইনা লৈনরমদে। পেনাগী লাইরোল শৈশক হায়বসিদি মৈত্রবাক অসিদা হয়িচক্তগী লৈরক্লবা য়াম্না লিগ্রবা শৈশকনি। 'খুম্নুং ঈশৈ' অমদি মসিগী মথাঙ 'খুম্নঙ ঈশৈ' হায়বসিনা পেনা শিজিন্নদুনা শকপা হৌরকখিবসিদি ইকুই কুইদ্রিবা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তগীনি । করম্বা মওঙদা হৌদোক্লমখিবনো হায়জরবদা - শ্রীযুৎনা 'জীলা দরবার' লেঙবা মতাঙদা ওঝা চনম্বা পেনা থোংবনা শ্রীযুৎকী শমু শনিঙদা তোংদুনা শাংলবা চীঙশাং লম্বেলগী অরা পোখাননবা থৌগল তৌবীখি। চীঙশাং লম্বেলনদি শাংবনিনা পেনাগী লাইরোল শৈশক অসিবু হঞ্জিন হঞ্জিন থৌগল তৌবিরকপদগী হঞ্জিনমল্লক্লুনা শ্রীযুৎনা তম্বা ফাউরক্লগদ্রা রাজরক্লদুনা চনম্বা ওঝানা রাখল তৌবগা হৈশিংনা মোইবাংগী খুম্নুং ঈশৈ কংলৈরোল মতেক অমা পেনাগা লোইননা থৌগল কৎখি। শৈশক অদুবু তাকবদা শ্রীযুৎনা মিৎলু পীবাং তানা তাবিখি । অমদি 'জিলা দববাব' হল্লক্লগা মৈতৈ কোনুংদা অমুক্তগা শকখিনবা তাকপিখি। অসুন্না সনা মাঙ্দা থোনবা যাননবগীদমক্তা ওঝা চনম্বনা ওঝা থোকচাউ, ওঝা নোবীন অমদি ওঝা কুন্দোবু তানবিদুনা 'মোইরাং খুন্নুং ঈশৈ' শৈথোনবীদুনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তকসিদগী হৌদোকপিরমখি। মসিগী তুংদা ধোলক শিজিন্নদুনা মথক্কি শৈশক অসি লৌদুনা অতোপ্পা শৈশক শৈদা খরগা হাপচিনবিবগা শেমখিবা মোইবাং কংলৈরোল অসিদি ঐহাকপু তাকপী তম্বীরম্বা লাইওইবিখ্রবা ওঝা হিযাংথাংদগী, লৈবাক্লা কুলিচাউবা হায়না খঙনবীবা নোংথোম্বম চাওবনা হৌদোকপিরম্বনি।

তশেংনদি ওঝা অসি নহা ওইরিঙৈদা পেনা শকপা ওইনা হৌবিরকপনি। মমৈদা ধোলক তম্লুনবগীদমক্তা কছারদা লেংবিখিবনি। মফম অদুদগী ধোলক অসিবু মমুৎ তানা হৈবিরবা মতুঙদা মতম খরা কছারদা নুপীমচা পালা তম্বিদুনা মতম খরা লেনবিরম্লগা কুপ্না ফারবা মোইরাং কংলৈরোলগী শৈশক অসিবু কছার লমদমদা ধোলক পায়দুনা শকপা হৌবিখি।

মতাঙ অসিদা নৈনবা য়াবা ৱাফমদি, ওঝানসু পনবিরম্বগী মতুঙ ইন্ন-কছাড় লৈবাক্তা চৎনবা বঙ্গদেশকি শৈশক (ওঝানদি বংদেশ পালা হায়না তাকপিরম্মী) খরা মোইরাং কংলৈরোল্ অসিবু শেম্বদা য়াওখি তাকপিরম্বা অসিনি। অমরোমদা অমুক্সু মৈতৈগী থাইনগী অরিবা লাইরিক থিবগী ছন্দগসু মান্নবা খরা লৈসু তাকপিরম্মি। ৱাফম খর অসিগী মতুং ইন্নদি বংদেশ পালা অমদি লাইরীক থীবা হায়রিবা নট সংকীর্ত্তনগা মরী য়ান্না নক্নবা সুর শন্দশিং অসিবু লৌশিল্লুবগী ৱাফম অমা লৈবনিনা নট সংকীর্ত্তনগা মোইরাং কংলৈরোলগা তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী অমদি লৈরি হায়না লৌজবসু তাবনি। অদুগা মরুওইবা ৱাফম অমনা, মৈতৈ ইশাগী পেনা হায়রিবা যন্ত্র অসিবু শিজিন্নরুদনা ধোলক হায়রিবা নট সংকীর্ত্তনগা মরী নক্নবা যন্ত্র অশিবুসু শৈশক অসিদা শিজিন্নরিবা লৈবাক মীয়াম্না উনবিরিবসিনি। অসুম্না তৎন থানবা য়াদনা লৈরক্লবা মরি অসিবু হেন্না চেৎশিননা খোমজিনবিবগী মওংদা নট সংকীর্ত্তন শকপিবা মমীঙ লৈরবা শৈশকপা খরনসু পেনাগী শৈশক্তগী লৌরকপা মোইরাং কংলৈরোলগী ছন্দ মতেক মতেক খববু লৈথেক হৈনা থেৎনবিদুনা শক্ল শোন্নবা য়াওর্বিরিবা অসিবুসু তাজরুরগা মিৎলু পীরাং তানা পেন্নসু তাজরিবনি।।০।।

# মণিপুরগী ধোপ পালা অমসুং ঝাল পালা

**শ্রী সোরাম বুধ সিংহ**

***এলাংবম লৈকাই***

মণিপুরগী ধোপ পালা অসি মহারাজ গম্ভীরসিংহ অমসুং নরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা হৌদোকপিরম্বনি হায়না ওঝা গুরুশিংনা তাকপিরম্মী। হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা ধোপ পালা অসি হৌগত্তুনা শকপা অমসুং ফম্‌দুনা শকপা অনিথোক্না খায়দোকই।

**হৌগত্তুনা শকপা ধোপ পালাঃ**

শৈশক অসিদা পালানা "ঝাল" পায়দুনা, পুঙ য়ৈবনা "ধোপ রাগ" হৌই। মতুং তাবদা ঈশৈ শকপনা ঈশৈগী রাগ হৌদুনা শক্রগনা. পুঙ্ য়ৈবনা "ধোপ সঞ্চার" য়ৈ। কনাগুম্বা ওঝাশিংনা ঈশৈগী "রাগ" হৌদদুনা গৌরচন্দ্র তাম্রবদি "ধোপ সঞ্চার" য়ৈদে। শৈশক অসিদা ঈশৈগী "রস" তা সণাতন সঙ্গ, বৃন্দাবন যাত্রা, মান শৃংখলানচিংবা শকই। করিগুম্বা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবদা "সণাতন সঙ্গ" শকপদা মখা শাংথনা শক্লিংলবদি ঈশৈ শ্রীসচিনন্দন অসি মখা শমথদুনা শক্লে। সনাতন সঙ্গগী শৈশক অসি মনোহরশাইগী শৈশক্না য়াম্না নকশিন্নে।

**হৌগত্তুনা শকপগী ফিজেৎ ঃ**

ফৈজোম কুঞ্জা তুংলোমদা য়েপখৎলি, খ্বাঙয়েৎ য়েৎলি, কোয়েৎ মচা হাপ্লি, পুঙয়ৈবা অনিনা পুঙ য়ৈ। মসিনা খুল্লক্তা চৎনবা মওংনি। অদুগা করিগুম্বা গোবিন্দজিউগীদা শকপা তারগদি ফৈজোম কুঞ্জা তুংদা য়েপখৎলি, পুঙয়ৈবা ঈশৈ শকপা, দুহার, খোনপাংবনা খামেন চৎপা

শেথলি, খুজি-তালনচিংবা হাপনৈ। পালানা ফুরিৎ অচোনবা "বক্রবন্ধি" লিথলি, পুঙয়ৈবা মরিনা পুঙ য়ৈ। মসিনা শ্রী গোবিন্দজিউগীদা চৎনবা মওংনি।

**ফমদুনা শকপা ধোপ পালাঃ**

ফমদুনা শকপা ধপ পালাদা পালানা "ঝাল" পায়দুনা শক্তে। অখোংবদা শীজিন্নবা যন্ত্র খরা মমিং পল্লবদা তানপুরা, হারমনিয়ম, ইসরাজ নচিংবা যন্ত্র কয়া শীজিন্নৈ। শৈশক অসিদা খুল্লক্তদি তবলা নৎত্রগা ধোলক শিজিন্নৈ অদুগা গোবিন্দজিউগী মান্দোপ্তদি "ধোলক" খক্তমক শিজিন্নৈ।

**ফমদুনা শকপগী ফিজেৎঃ**

ফৈজোম অঙৌবা শেথলি ফুবিৎ পুময়াৎ অঙৌবা লিথলি, কোয়েৎ মচা হাপ্পি ইন্নফি অমা ইল্লি। শৈশক্তি হিন্দুস্থানি শঙ্গীতকা য়াম্না নক্লে।

**"ধোপকী শিজিন্নফম ঃ**

হৌগত্তুনা শকপা "ধোপ পালা" অসি শ্রাদ্ধ, দেব কর্ম্মনচিংবদা শীজিন্নৈ। নিংথৌগী শৈশক্তদি ফুরিৎ অচোনবা "বক্রবন্ধি" লিথলি অদুগা খুল্লক্তা ফুরিৎ অসি শিজিন্নদে।

ফমদুনা শকপা "ধোপ পালা" অসিনা গোবিন্দজিউগীদা ঝুলোনগীদমক থরানগী হুম্নি পানবদগী হৌবগা পুর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী শৈশক হোংদুনা শকই। মেরা থাদা দুর্গা পূজাগীদমক নোংমা পানবদগী হৌরগা ১০ নি পানবা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী শৈশক হোংদুনা শকই।

খুল্লক্তদি মেরা থাগী দুর্গা পুজা মনুংদা "ধোপ" অসি শিজিন্নবা থেংনদে অদুগা ঝুলোন্দদি শৈশক হোংদনা শিজিন্নৈ।।০।।

# সংকীর্ত্তনগী পুঙগী হৌরকফম
# অমসুং চৎথরকপগী ৱারী

**শ্রী ময়াংলম্বম ভাগ্যচন্দ্র সিংহ**
*শিংজমৈ চিংঙা মথক*

হীরম অসিদা অখঙবা ইবকউ হায়না তাকপিরকপা অসি য়াম্না লাইবক ফবনি হায়না লৌজে। সংকীর্ত্তনগী পুঙ হায়বা অসি সংকীর্ত্তন মখল খরা লৈবনা, নৈননিংঙাই ওইব্রা হায়না খঞ্জে। অদুমক ওইনা মৈতৈ লৈপাক্কি অহানবদা পুথোকখিবা পুঙগী মরম ওইগদ্রা হায়না খঞ্জদুনা মখাদা খরদং ইজরি।

মৈতৈ লৈপাক্কি লাইশিংনা অহানবদা ৱাংলেন হায়না কৌবা উনা পুঙ শারগা তিংবা হৌখি। মরু মনাউ নাইবা পুঙ অসি তিংবা লোইরগা অঙৌবা ফি অমনা য়োমগনি। পুঙ খুদোপ (পুঙনা) অনিদা পুঙলী লোল্লগা থাংবা য়াননবা চপ চানা শেম্লগা য়েৎকী লেংবান্দা থাংদুনা (য়ান্দুনা) মরূ-মনাউ অনিদা খুংনা খৎতুনা যেবা হৌখি। পুঙ অসিগী মমিং ৱাংলেন পুঙ হায়না মিংথোনখি। হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না ৱাংলেন পুঙ হায়না কৌনরি খংনরি। মতৌ অশুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা পুঙ য়েবগী থৌরম অসি হৌদোরকখি হায়না লাই ওইখ্রবা ওঝাশিংনা ৱারী ওইনা তাকপিরম্মী।।

লাইরমলেন্দগী হৌনা লাইগী নিংথৌরেন কয়াদা মথং মথং চৎথরকপনা খৃষ্টগী অনিশুবা শতাব্দী, মৈতেঙু খুইয়োই তোমপোক্কী সনা হাক্তক্তা নুংবী মনা হুৎতুনা হরাও কুম্দে তৌঙৈদা, ৱাং কৌবা উনা পুঙ ৬ শারগা ৱাচেৎকী চগোদা সউন পাং তিংলগা পুঙ তিংখি। থৌরম অদুদা নিপা ৬ না পুঙলী শেম্লগা লেংবান্দা থাংদুনা মরূ মনাউদা খুংনা

খৎপগা লোইননা চোং ফন্দুনা মীয়ামগী মাঙদা য়েখি। সনা হাক্তুগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা পুঙ ময়াম য়েবা চৎনবা হৌখি।

শমলপ্পা বারী –

শকাব্দ ১৩৮৯ শুবদা, মৈতেঙগু ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তা কিত্না ময়ুমনা পুঙ ঝাল থিরুদুনা বিষ্ণুগী আরতি কৎখি।

শমলপ্পা বারী –

শকাব্দ ১৬৩১ শুবদা, মৈতেঙগু পাম্হৈবা সনা হাক্তক্তা খৃষ্টাব্দ ১৭০৫ শুবদা হরি সংকীর্ত্তন হায়না মিংথোনখি। সনা হাক্তক্তা কিত্না বাজী ওঝানা অরিবগী মেল ১২ পুথোকখি।

শমলপ্পা বারী –

শ্রীযুত মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা খৃঃ ১৭৭৬ শুবদা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌবা হৌরগা খৃঃ ১৭৭৯ শুবদা শ্রীগোবিন্দ অভীষেক তৌখি। অভীষেক নুমিৎকী নিপা পালাদা শ্রীযুত মহারাজনা পুঙ থোল্লগা ওঝা প্রেমানন্দনা পুঙ্ থৌগন তৌখি। মতোন ইবুংঙো ঙৌব্রম সাইনা ঈশৈ হল্লি, ধর শাইনা দুহার চৎলি, সংকীর্ত্তন অসিদা হৌখিবা পুঙগী রাগনা নুবা রাগনা হৌখি। ঈশৈগী রাগনা মঙ্গোল রাগনা হৌদুনা কৎখি। মথংগী রাস কৎপদশু পুঙয়েবা ঈশৈ শকপা অমত্তা হোংদনা কৎখি। পুঙগী রাগনা নট রাগ হৌখি। ঈশৈগী রাগশু নটরাগ হৌদুনা কৎখি।

সনা হাক্তক অসিদা কৎখিবা সংকীর্ত্তন অহুমগী মরম অরীবা কোর্ব্বেক লাইরিক্তা ইদুনা থম্বীরম্বা থৌরমশিংবু পাউদমজবা ওইনা মখাদা মথং মথং ইজরক্লে ঃ-

**সংকীর্ত্তনগী লক্ষন্ অমসুং মদুদা পুঙগী থৌদাং ঃ**

শ্রীরাধা কৃষ্ণ ভ্যাং নম।। সংকীর্ত্তনগী লক্ষন হায়গে।। সংকীর্ত্তন কৌবদি **লীলা সংকীর্ত্তন কৌবা ১ গুন সংকীর্ত্তন কৌবা ১ মহাসংকীর্ত্তন কৌবা ১** মখন অহুম অসিনে। লীলা সংকীর্ত্তনগী লক্ষনদি প্রজানা তৌনরিবা সন্ধানামগী লক্ষন অসি লীলা সংকীর্ত্তন কৌই। (সন্ধনাম হায়বদি নুমিৎ

তারকপা সন্ধা মতমদা অধিবাস হৌরগা অহিং চুপ্পা শৈশক অহুমলক শক্লগা নোংঙাললকপদা মথং মথংলেপ্তুনা নুংথিল চুপ্পা শক্লগা নুমিৎ তারমদাইদা লোইরিবা অদুবু সন্ধানাম কৌই)

**গুন সংকীর্ত্তন**গী লক্ষনদি নুমিদাংগী অর্ন (চাক) পিজরগা চৌদ্ধমাদন হৌরগা ঈশৈগী রাগ হৌদুনা গন্ধচন্দন শক্লগা বাসক শকপা অদুনা কলহান্তরিতা ফাওবা শক্লগা (নোংঙাল্লগা) নিত্যলীলা তাদুনা নুংথিন চুপ্পা শক্লগা বিজয় তৌরগনি। অদুদগী চৌদ্ধমাদল অমুক হৌরগা জগোই লাইরেন মথেকনচিংবা অসি তৌরগা জয়ধ্বনি তৌদুনা লোইরিবা অসিনা গুন সঙ্কীর্ত্তন কৌই।

**মহা সংকীর্ত্তন**গী লক্ষনদি অয়ুক অঙনবদগী হৌগনি। পুঙনা রামায়ন হায়বা অদুনা হৌগনি। ঈশৈগী রাগনা মল্লাব রাগনা হৌগনি রসনা পূর্ব্ব রাগ চিত্রপট শক্কনি। নুংথিন অদুদি ভাবোক সম্প্রদাই অসিনচিংবা পুন্নমক অর্ন (চাক্) পিজরোই, তল, ক্ষীর, সন্দেস অসিনচিংবা পাকানা পিজগনি। অদুগা নুমিৎ তারবদা অর্ন অমুক পিজবগা চৌদ্ধমাদন হৌরগনি। হৌবদি- - মোইবুংনা হান্না হৌগনি, পুঙ য়েৰনা সংকীর্ত্তন মপুরোমদা মাই ওনশিন্দুনা খুৎ লোন্নদুনা লৈগনি, অদুদগী সংকীর্ত্তন মপুনা জযধ্বনি লাউবগনি। জযধ্বনিগী চৈতন্য নিত্যাই হায়বকপা অদুদা পুঙ হৌরগনি, পুঙগী উঙ্কার ৬ শুবা পুঙলোনদি গ্রগ্র ঘিন-টাক-ঘিন-হায়বা অসিদা "তোপ্" থাগনি, অদুদগী চৌদ্ধমাদলগী হৌনবা লোইনা হৌগনি, অদুগা ঈশৈগী রাগ হৌনবী কায়দনা হৌরগা গৌরচন্দ্র গন্ধচন্দননচিংবা শকলগা বাসক তাদুনা কলহস্তবিতা ফাওবা শক্কনি। অদুদগী পুঙগী নদীয়া হায়বা রাগ অদু হৌগনি। ঈশৈগী রাগনা মল্লব রাগ হৌদুনা নিত্যলীলা শক্কনি, অদুনা নিত্যাইপদ ছয়গোষাই ফাওবা শকপা লোইরগা চৌদ্ধমাদল অমুক হৌদুনা জগোই লাইরেন মথেক্লচিংবা শাদুনা লোইরিবা অসিনা মহা সংকীর্ত্তন কৌই।

জগোই লাইরেন মথেক অসিদি অধিবাসতদি য়াওরোই। বিজয় (অরোইবা)-তদা য়াওগনি।

মহা সংকীর্ত্তন অসি তৌরবদা, তৌগদবদি সংকীর্ত্তন মপু অদুদা সনা তাংগা অমা লুপা তাংগা অমা ফিরোই শুনা কৎকনি। দধি মঙ্গলগী চফু অদুদা তুলসি মনা লিশিং অমা চামনিপাল (১১০৮) হাপকনি। সংকীর্ত্তন মপুনে, পুঙ য়েবনে, ঈশৈ হনবনে, দুহারনে, মরি অসিনা শ্লোক অমমম থিনগনি। শ্লোক্তি মানা মানা ফাবা পঙথি থিবা য়াদে। মাগী হৌনবী কায়দনা থিগনি। অসিনা মহা সংকীর্ত্তনগী লক্ষননে। মসিদি নিংথৌতনা তৌগদবনে। মহাসংকীর্ত্তন অসি কার্ত্তা মহারাজগী হাক্তক্তা মঙারক তৌই। গম্ভীরসিং মহারাজগী হাক্তক্তা অহুমলক তৌই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তা অমুক তৌই। অদুগী তুংদদি তৌখিদ্রে। অসিবু শোয়দনা তৌবা নিংথৌ অদুদি রাজ চক্রবর্ত্তি কৌই। সংকীর্ত্তন অহুম অসি ওঝাশিং পুন্নমক্লা বস ৬৪ দগী মরু মরু ওইবা খন্দুনা লেংলমলবনে।। ইতি সমাপ্তং।। ০।।

১৯/১০/৯৪

# মৈতৈ পুঙ অমসুং পুঙগী হৌরকফম

**শ্রী ঋাংখৈময়ুম নীলচান্দ সিংহ**

*শিংজামৈ ৱাংমা ভৈগাবতি লৈকাই*

অহানবদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অমসুং সংকীর্ত্তনগী মপুঙ ওইবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুবু খুরুমজে। তিনবিরিবা ওঝা গুরু অমসুং লৈখিদ্রবা গুরুদেববু খুরুমজরগা পাঙদ্রবা ননাইনা গুরুশিংগী কৃপাদগী ফংজবা পুঙগী ৱারী ৱাখোং খরদং সভাগী থৌগল তৌজবদা অরানবা পুন্নমক ঙাকপিনবা নিজরি। ঙসিদগী নুমিৎ নিনি চুপনা পাঙথোক্কদৌরিবা গুরু কীর্ত্তন সেবাগী অনিশুবা কুমওন থৌরমদা করি খঙজদ্রিবা ঐহাকপু পুঙগী মরমদা করিগুম্বা খরদং হায়জনবগী খুদোংচাবা পিনবিবা অসিগীদমক গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাডেমীগী শিনবিরিবা পুন্নমক্কী মফমদা তৌবিমন খঙবা উৎচরি।

মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকত্রিঙৈ মমাংঙৈদগী চৎনরকপা লাইনিং অমা লৈজরম্মী। লাইনিং অসিদা তাইবঙ মালং অসিবু শেম্বীবা অমত্তা ঙাইবা মপু গুরুনা অথোইবনি হায়না নিংনরম্মী মহাক্তি নুপা নুপী অনিমক্কী মশক ওইবনি খাইদোক্লগা গুরু লৈমরেন হায়না স্বকিয়া রসতা নিঙনৈ। মহাক্কী অনিঙবদগী তাইবঙ মালেম শেমদুনা খুম্হোকলবদা লাইবুঙথৌ ৯ লাইনুরা ৭ নচিংবা হরাও তয়াম শান্নখি। মসিবু লাই হরাওবা হায়দুনা খঙনৈ মতুংদা লাইদগী মীনা শমথহৌরগা ঙসি ফাওবা লৈবাক অসিদা পাঙথোক্লি। লাইদগী সমথরকপদা নোংপোক অমসুং পাম্হোইবী অনিগী মতুংদগীদি স্বকিয়া রসতগী পরকিয়া রসদা মপুঙ ওইখি। অসিগুম্বা হরাওবা শান্নবা অসিদগী লৈবাক অসিদা পুঙ হায়বা য়ৈরগা খোঞ্জেল পুঙ লোন, শিজিন্নবা য়াবা (যন্ত্র) পোৎশক অসি শেমখি।

হিন্দুগী বেদ শাস্ত্রশিংগী মতুং ইন্না সত্য যুগকী অহানবদা শিব মহাদেবনা জগোই শাববু লাইয়ামনা উরবদা ব্রহ্মানা লৈপাকন্না শাবা পুঙ অমা গনেশতা পিদুনা জগোইগী তান চানা পুঙ য়ৈনবা শিন্নখি। মসিদগী পুঙ থোকখিবগী ঝারি পিরি। অসুমনা মহাদেবগী দম্বরু অমসুং শোরারেনগী দুন্দুবী-নচিংবা পুঙ কয়া থোক্লকখি।

লৈবাক অসিদা ইহান হান্না পুথোকখিবা পুঙদি লাইবুংথৌ লাইকুরা (লাইনুরা) শিংনা লৈশেম্বগী মতুংদা পুঙ থোনবদা, য়ু থকওঁদনি। লাইশঙ অসিনা পুঙ লৈপুঙ অমা থোনবদা য়ু ৮ লক থকই। মতমনা নোংমা চঙই। য়ুথক ৮ লক্তা লৈপুঙ অমা থোনবা অমসুং নোংমা চঙবা মতম অসিদা য়ু হাপলম্বা উনিং অমা খুৎতগী নাম্থদুনা লৈমাইদা তাখি। অহাংবা উনিংনা লৈপাক্তা তাবদা তোং হায়বা খোম্থোক অমা থোকখি। খোম্থোক অদুনা লাইশিংনা লৈপুঙ অমদগী অতোপ্পা লৈপূং (মযান্না ফমদুনা পোথাবগা য়ু থক্লিবা লৈপুঙ) মফম অদুদা চেল্লক চোংলক্লুনা থুংলবগা মতম চপ মান্নকুবদগী মতুংগী শান্নবা মতমদা শান্নবা যাওদবা লাই নুপা অমনা উনিং পাযদুনা লৈমাইদা তোং তোং হাযনা য়ৈদুনা মখোন থোকহন্দুনা তান থাবদগী মমৈদা পুঙ থোবকখি। অসুমনা লৈপুঙ থোনবদা মখোন থোকপা পোৎশক অমা যৈদুনা শিজিন্নবা পোৎশক অদুবু পুঙ শেম্বদগী ওইখিবনি হায়না পুঙ কৌই।

অমরোমদা নোংমগী মতম খঙনবদসু য়ুথক ৮ নিপান্না নোংমা শাবদগী অদুগুম্বা পুঙ অদু য়ৈবগা মতম খংনবকখি। খোম্থোক খোঞ্জেন অমসুং তাম্থা মতমগী মতুং ইন্না তোংলকখি। হবাওবদা পুঙ য়ৈনরকখি। উক্রোং অহোবা উকক অকংবা অমসুং শাগী মচি সউন্নচিংবদা য়ৈবা খোংবসু হৌদোকক্লখি। খুঃ মমাংদা চকপা তিংশাংনা হাওরমচীংদগী যান্‌বা চিংয়েনশিন্দা লাইরেল মউন্না পুঙসি অমসুং পুংমাই ওইদুনা সেম্বা পুঙনা মী লাই শম্নওঁগী অহানবা পুঙনি। পুঙ অসিবু সোবারেন্না ৱায়রগা মচা অরাইলৈমদা উনবীখি। পুঙশিগী মতেংনা চকপা খুন ৯ ঙমখি হায়না চকপরোন্দা শিংথানরি। পুঙ অসি পুথোকখিবদগী চকপা তিংশাং পুঙতিংবা হায়না ফাওখি।

খৃঃ মমাংদা লৈরম্বা পুঙ অমনা মোইরাংগী লাংতে পুঙনি পুঙ অসি মোইরাংগী খুয়োন মোরিবনা য়ৈরম্মী। অরিবা পূয়া খরগী মতুং ইন্না লাংতে হায়রিবা পুঙ অসিনা লৈবাকসিদা খুৎনা খৎতুনা য়ৈবা পুঙমায় অনি পানবা পুঙ অহানবনি।

সোরারেন হায়রিবসি মতমদুদা মতীক লৈনা পানখিবা অঙোম শলাইনি হায়বসি মচা নুপী অরাইলৈমা হায়বসিনা প্রমান ওই হায়না পণ্ডিতশিংনা তাকলি।

খৃঃ ১৫৪-২৬৪ দা পানখিবা মৈদিংঙু *খুইয়োই তোমপোক্পি* মতমদা পুঙ তিংখিবগী ৱারোন *চৈথারোন কুম্বাবা* অমসুং *নিংথৌরোন লম্বুব*-নচিংবা লাইরিক্তা ইরি। *কুম্বাবা* অমসুং *নিংথৌরোন লম্বুব*দা পনবীরম্বদগী মতেক অমত্তং লৌখৎচরি।

"অরাংকৌবা লম্মানগী য়াওরৌ শজি কুরাংতান কুরাংমউন লৈনা হুনা ৱাংলেন পুঙ তম্ববু ৱাংলেন পুঙলোন থোকখিএ। য়াওরৌ শজি কুবাং লোনবু লোন থোকখিয়ে। কোবৌ নুমিৎ মাদি অরাং লমদমখৈ লোনলোই লম্মানগী পাম্বা কৈরেন-তান কৈরেন মউন লৈনা হুনা ৱাংলেন পুঙতম্ববু ৱাংলেন পুঙলোন থোক্তখিয়ে। পাম্বা কৈরাংলোনবু লোনথোকখিয়ে। কোরৌ নুমিৎ মাদি মানবী চকলৈ কাও কাওরেন লেংবা শন নোংতা লাইরেন পাখংবা মচন শেরা কোংতিংনু ফামন মুকমু হায়মৈ চোনবু মানবী কুরাং মউন লৈনা হুনা কোয়াং মীতম কোন লেয়া খারোই শেম শউন খুরৈতিং থাংরাই লী পুনশী কাচেৎ লিয়াথৌনা লিরেন শাগা ফন্না ৱাংলেন পুঙতিংববু ৱাংলেন পুঙলোন থোরক্লে। অদু নোংগীবু মৈতেংঙু খুয়োই তোম্পোক শম্লোং পুঙ পুথোকপা ও তৌনা কৌএ।"

মথক্কী ৱারোন অসিদগী খঙবদি মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্পি মতমদা ৱাং কৌবা উদা অৱাংলমদগী ফাবা শজিগী মউন্না পুঙ তিংবদা শজিগুম পুঙখোন থোকখি ফজবা পুঙলোন থোকখিদে। মতুং নুমিৎ অমদা অৱাং লমদগী ফাবা কৈ অমগী মউন্না পুঙ তিংবদসু কৈগুম মখোল থোকখি। মতুং নুমিৎ অমদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মচন শেরা

কোংতিংনুগী ষণ অদুগী শমথরকপা (ধারা) মমৈ পুঙবি ষণ অমুবি অমগী মউন লৌরগা ৱাগী চগো শেমদুনা লিনা পুল্লগা পাং তিংলগা শেন্নবা শউন্না ৱাংলেন পুঙ তিংবদা পুঙগী পুঙলোন থোক্লে। অদু নুমিৎতগী মৈদিংঙু খুয়োই তোমপোকপু শম্থোং পুঙ পুথোকপা হায়না কৌখি হায়রি। ৱারোনসিগী মতমদুদা পুঙ তিংবগী জ্ঞান নিংথিনা লৈবে হায়বা তাকই। নিংথৌরোন অসিগী হাক্তক্তা ৱাং কৌবা উনা পুঙ তিংখিবদগী পুঙবু ৱাংলেন পুঙ কৌনবকখি। য়ুথক পুঙজা যৈবদা ৱাংদা তিংবা পুঙনা য়ৈনরকপদগী পুঙজা (মতম) বু ৱাংলেন হায়রগসু খংনরম্মী। পুঙযৈবগী মথৌ পাঙথোকপবু তানয়ৈবা, শঙ মফম অদুবুনা তানযৈশঙ কৌই।

অসুমনা লৈবাকসিদা হবাওবা লোইবদগী হৌনা পুঙ শিজিন্নরকপনা মতম খঙনবা শা লান অমসুং লৈবাক নিংথৌগী অতৈ থৌরম কয়াদা পুঙ শিজিন্নরকখি। লৈবাকসিদা লৈবকখিবা পুঙ মখলশিংদি খোং, হবাওপুং, লাইপুঙ, যাইপুঙ, তানয়ৈপুঙ, খুনপুঙ, লানপুঙ অমসুং মমৈদা হায়বদি (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা হিন্দু লাইনিং চঙলক্লবদা নোংচুপ হাবমগী পুঙ মশক্তগী শেমখিবা কীর্ত্তনগী মখলশিং অসিনি। মৈতৈগী অহানবা পুঙদি মমাই নামতা পাল্লি মোইবাংগী লাংতেনো মমাই অনি পাল্লি অমনা ভারতকি অঙনবা মতমদগী চৎনরকপা পুঙ খরদি লৈপাকনা শারগা পুঙমাই পুঙলি শউন্না তিংবনি মতমগী মতুং ইন্না লৈপাকসিদা খোল, পখ্বাজ, ধোলোক, ডাফৎ, খঞ্জুরি, তবলা অমসুং ধুলকিন্নচিংবা অতৈ মখলশিংসু চাওখৎলক্লি।

সংকীর্ত্তনদা য়ৈনরিবা অমসুং পূজা কৎনরিবা পুঙশিং অসিগী মরমদা তোঙান তোঙানবা অর্থ মতীক মগুণ অমসুং মখোয়গী ৱারিশিং ইবা লাইবিক কয়া ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীদা লৈখ্রে। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি যুগ মরিগী মনুং ২৮ শুবা কলিগী অরোইবদা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা নবদ্বীপতা ফোঙদোকপিরম্বা কলি জীবগী লাম্নবা পাম্বে ওইবা নাম সংকীর্ত্তনগী পুঙদি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা হেন্না খঙবিরে। ননাইনা লৌখৎচরিবা মমিংতা ওইবা পুঙগী হৌরকফম অসিদি ইরমদম অসিগী

য়েলহৌঙৈদগী লৈজরক্লবা বারী লাইরিকশিংদা পনবিরম্বা খরদং লৌখৎচবনি অখং অহে কয়ানা হেন্না কুপ্পা থিজিনবিরবদি অসিদগী হেনবা বারি বাখোং কয়া লৈরমখিগনি হায়না নিঙজে। মৈতৈগী লুরবা থেঙ্গৌ অমদি ঔগ্রিনটিংবা পুঙ চোলোমগা মরি লৈনবা পুঙলোন অমসুং তান কয়াগী শাস্ত্রিয় ওইবা অথুপ্পা ভাব রশ কয়ামুক লৈ হায়বশি ওঝা গুরুশিংনা তাকপিরি। মরমশিং অসি লৈবনা পুঙবু জগতকি মপু শ্রীকৃষ্ণমক্কি হায়না পূজা তৌনরি। য়ৈবদা থোক্লিবা পুঙলোন খোঙ্খোকশিং অসিসু মশাগী অর্থ লৈজবনি। পুঙলোনশিং অসিনা ইশৈগুম্না ইশ্বরগী নাম শোল্লি অমসুং জগৎকি মবুংঙো মবেম্মা অদুগী শক্তম শাগৎলি লোইননা তাইবঙ জিবগী মঙ্গল ওইহল্লি।।০।।

***বারেং অসিগী বারী বাখোঙ লৌফম অমসুং মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং।***

১। চৈথারোল কুম্বাবা। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।
২। অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস। নিঃ খেলচন্দ্র সিংহ
৩। লৈশেমলোন - খুৎই লাইরিক।
৪। চকপরোন - মোইরাংথেম চন্দ্রসিং, পণ্ডিৎ অচৌবা।
৫। মশিল — খুৎই লাইরিক
৬। অনোইলোন — খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, পণ্ডিৎ অচৌবা
৭। কংলা লায়াৎ —
৮। মৈতৈ জগোই — মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, পণ্ডিৎ অচৌবা

(খুৎই ওইনা)
৯। তানয়েরোন লাইরিক।
১০। মৃদঙ্গ নির্ণয় - শ্রীরূপ গোস্বামী।
১১। লাংঙোন - মোইরাংথেম নরেন্দ্র।
১২। সংকীর্ত্তন বিচার - চিত্রেশ্বর শর্ম্মা
১৩। মোইরাং কংলৈরোন অমসুং
১৪। মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা - ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

# পুঙগী মরোল

**শ্রীনাওরেম বোকুলজাউ সিংহ**
*চীংঙামখা লিব্রা লম্বি*

পুঙগী মরোল হায়বা অসিগী মতাংদা ওঝা গুরুশিংদগী তাজ তমজহৌবা খরদং ফোঙদোকচরি।

পুঙ হায়বা অসি উ মখল খুদিংমক্তা ওইবদি য়ারম্বা য়াই। অদুবু ওঝা গুরুশিংদগী ঐখোয়না তাজবদদি ঝাং, হৈনৌ, লৈহাউ, থৈবোং, উরাংমৈ হায়রিবা উ মখল মণ্ডা অসিনা অয়াম্বা পুঙ ওইনৈ।

অদুগা পুঙগী মুর্ত্তি শাগৎলকপদদি অতোপ্পা উ মখল খরসু চঙই। চঙইবা উশিংদি উইন, নানপ, লাইদাক হায়রিবা উ মখল অহুম অসিনা নাওথোং ওইনৈ।

পুঙগী খোম্বোক লৌনবগী মতাংদদি শা কয়ামরুমগী মনুংদগী শা অহুমখক চঙই। চঙইবা শাশিংদি ঃ- ষণ, ঈরোই, ষণদং হায়রিবা শাশিং অসি চঙই, চন্নফমদি ষণ হনুবীগী মউন্না পুঙগী মনাওগী মমায় ওই, মরুগী মমায়না ষন্নাও অমোম চহি ফাদবনা ওইনৈ, ঈরোই মউন্না মনাওগী মরিল ওই, অদুগা ষণদংগী মউন্না পুঙগী মরি ওই।

**পুঙ হায়বা অসিদা ওজা গুরুশিংনা লৌরিবা রসতি ঃ**

পুঙ হায়বা অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী মশক্তি, পুঙগী মনাওদা মচা তরুক লোম্নি মসিনা শোই গোশাইগী মশক্তি, মরুদা মচা নিপান লোম্নি মসিনা অষ্ট শখিগী মশক্তি, পুঙগী মনাওদা মরিল হায়বা অমা য়াওই মসিনা নোরতোম থাকুরগী মশক্তি, পুঙগী কত্তা অসিনা ইবুংঙোগী মিৎপান্নি,

পুঙগী কাপ অসিনা ইবুংঙোগী নয়ননি পুঙগী খুদোপ অসিনা মহাদেবগী মশক্কি, পুঙগী থাঙ্গং মরি অসিনা অনন্ত দেবগী মশক্কি, পুঙগী মশাদা মুরিবা অসিনা খে কৌই ভাবতি ইবুংঙোগী কুচুগী মশক্কি, পুঙগী মথক্কী শউন্দা ঙাঙলিবা অসিনা নান্ কৌই। ভাবতি ইবেম্মগী কুচুগী মশক্কি, মসিবু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা **অন্তরে কালারুপ, বাহিরে গৌররুপ** হায়না রস চাই।

পুঙগী মরি হুমফুমরি (৬৪) লোল্লি অসিনা ভক্তা হুমফুমরি (৬৪) গী মশক্কি। পুঙগী মনুংদা হোরিবা অসিনা জগৎনি অদুগা মনাওনা তাং হায়বা শব্দ মরুনা ঘিন হায়বা শব্দ অনিগী হুংকার অসিনা জগৎপু শেম্নবগী মশক্কি। পুঙগী মথক্তা য়োল্লিবা পুঙয়োম অপাবা অসিনা ফিজেৎ লৈতেংনি।

পুঙগী খোঙ্লোক ঃ

"ত্রগ্রা তেন তা তাং" হায়বা খোঙ্লোক অসিগী খুৎলোনবু লোগোর কৌই।

"তাৎ" হায়বা খোঙ্লোক অসিগী খুৎলোনবু "চাপোর" কৌই।

"টক" হায়বা খোঙ্লোক অসিগী খুৎলোনবু "তুকা" কৌই।

"ঘিন" হায়বা খোঙ্লোক অসিগী খুলোনবু "লুবা" কৌই।

"খিৎ" হায়বা খোঙ্লোক অসিসু "লুবা" কৌই।

পুঙগী শব্দশিং ঃ

"তাং" হায়বা শব্দনা শ্রীকৃষ্ণনি।

"ঘিন" হায়বা শব্দনা শ্রীরাধিকানি।

"টক" হায়বা শব্দনা বিষ্ণুনি।

"তা" হায়বা শব্দনা ব্রহ্মানি।

"তাৎ" হায়বা শব্দনা মহাদেবনি।

পুম্নমক অসিগী পুঙগী খোঙ্লোকশিং অসিবু ওজা গুরুশিংনা ইবুংঙো ইবেম্মগী মশক্কি হায়না লৌই।

**নট সংকীর্ত্তনগী তাল শেম্নকপগী ৱারি ঃ**

নট সংকীর্ত্তনগী তালশিং অসি মখাদা পিজরিবা খুদম ওইনা হায়রবদা—

১। তানচপ ঃ- মাত্রা = ৪ তাম্থা = ১ ফাক = ১

২। একতাল অরাওবা ঃ- (তালচপ অরাওবা) মাত্রা = ৮ তাম্থা = ১ ফাক = ১

৩। তিনতাল মচা ঃ- মাত্রা = ৭ তাম্থা = ৩ ফাক = ১

৪। তিনতাল অচৌবা ঃ- মাত্রা = ৮ তাম্থা = ৩ ফাক = ১

৫। দুইতাল অচৌবা ঃ- মাত্রা= ১৬ তাম্থা = ২ ফাক = ২

৬। দুইতাল শেখর ঃ- মাত্রা = ৭ তাম্থা = ২

৭। মেনকুপ ঃ- মাত্রা = ৬ তাম্থা = ১ ফাক = ১

৮। মেনকুপ মচা ঃ মাত্রা = ৩ তাম্থা = ১

৯। চালি ঃ- মাত্রা = ৮ তাম্থা = ৩ ফাক= ১

১০। রূপক ঃ- মাত্রা = ৬ তাম্থা = ২ ফাক = ১

১১। তিনতাল দশকোশ ঃ- মাত্রা = ৭ তাম্থা = ৩

১২। দশকোশ ঃ- মাত্রা = ৭ তাম্থা = ৫

১৩। শুরফক্ক ঃ- মাত্রা = ১০ তাম্থা = ৩ ফাক = ২

১৪। দুইতাল মচা ঃ- মাত্রা = ১২ তাম্থা = ২ ফাক =২

১৫। খুজি তাল ঃ- মাত্রা = ১৬ তাম্থা = ৭ ফাক = ৩

১৬। শপ্ত তাল ঃ- মাত্রা = ২০ তাম্থা= ৭ ফাক = ৩

১৭। বিরদশক ঃ- মাত্রা = ২৪ তাম্থা = ৮ ফাক = ৪

১৮। কোকিল প্রিয়তাল ঃ- মাত্রা = ৩৬ তাম্থা = ৬ ফাক = ১২

অসিনচিংবা মথক্তা ইরিবা তালশিং অসিগী মনুং চম্না ঈশৈগী ভাব রস কয়া লৌশিন্দুনা মখল মখলগী তালগী মমিং থোন্দুনা নট সংকীর্ত্তনদা শিজিন্নরিবা তাল কয়ামরূমশিং অসি ওঝাশিংনা পুথোকপিরম্মী।।০।।

# মৈত�ৈ পুঙগী খুৎফম

**শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মঙ্গী সিংহ**
*শিংজমৈ ৱাংমা ক্ষেত্রি লৈকাই।*

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু অমসুং শ্রীগোবিন্দজীউবু খুরুমজে।

অহানবদা ঐগী শিক্ষা গুরুবু খুরুমজে, লোয়ননা গুরু কীর্ত্তন সেবা পালন্দা লেঙশিনবিরিবা সভাপতি, অথোইবা অতিথি অমসুং ওঝা গুরু, ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব পূন্নমক্কী মফমদা ভক্তি কৎচরি।

ঙসি গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা গুরু কীর্ত্তন সেবাগী উপলক্ষদা ননাইবু 'মৈতৈ পুঙগী খুৎফম' হায়বসিদা পুঙগা মরি লৈনবা ৱাফম খরা থৌগন ফংজৌ তাকপিরকপসি লাইবক ফবনি। অদুবু ননাইনা মতাক চাজদবনা থৌগন মপুঙ ফানা পাঙথোকচবা ওইথোক্তে। গুরুজনশিংদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবা অমসুং গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীবু ইকাইখুম্নজবা ওইনা ননাইগী ৱাখন্দা ফাওজবা ৱাহৈ মঙা তরাদং সভাগী থৌগন তৌজগে। অশোয় অরান ঙাকপীনবা নিজরি।

**'মৈতৈ পুঙগী খুৎফম'** হায়বসি কদাইবু কৌবগে? কবিবু খঙনবগে? ননাইদি অশেংবা খঙজদে। অদুবু খুৎফম হায়বা ৱাহৈসিনা পুঙগী লমদদি তুকা চাপর ওইগদ্রা খঞ্জবদগী মহৌশা ওঝা গুরুশিংনা চৎনরম্বা মওংগা হৌজিক্কী মতমদা অয়াম্বনা চৎনরিবগা খজিক খেন্নবা উজবদু পনবনা চুমগদ্রা হায়দুনা ৱাফম অমতং লৌখৎচরি। মদুদি নট সংকীর্ত্তনগী রাগ অচৌবদা য়েনরিবা পুঙলোন **"তেন্, তৈন্ তাঃ টক্, তাং"** (অহন্নক), মথংদা **"ঘিন, ঘিন, ধে, ধে, তেন্, তৈন্, তাঃ, টক্, তাং। থৈদ্, ধে, তেন্, তৈন্, তাঃ, টক্, তাং। ঘিন্, ঘিন্, ধে, ধে, তেন্, তৈন, তাঃ, টক, তাং। ঘিন, ঘিন,**

**ঘিন্ত ঘিন্, তেং, তেং, তেং ,তেং , তাঃ, তাং, তাঃ। ত্রঘিন্, তঃ, তাং ত্রঘিন্, তঃ, তাং, ত্রঘিন্, ত্রঘিন্, ত্রঘ্র, ঘ্র, ঘ্র, ঘিন্, তঃ, তাং (অনীরক)। ঘিন, ঘিন, ঘিন্, তঃ, তক্, ঘিন্, ঘিন, তঃ তক্...”** অসিনচিংবা পুঙলোনশিং অসি শ্রীমূর্ত্তি শাগৎপনি। ইংন-তপ্পা, চেকশিন্না শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা তুকা চাপর শেংনা য়ৈগদবনি হায়না ঐগী ওঝা ইবুংঙোনা তাকপিরম্মী। মসিদা ফিংনা, তহা তহা অমসুং থুনা য়ৈরবদি অকায়বা-অশোয়বা থোক্কল্লি; তৌহৈদে হায়বিরম্মী। মতমগী ঈচেন্দ হৌজিক্তি থুন-য়াঙনা য়ৈরগা অফবা অমদি অহৈবা শরুবগী চৎনবী ওইরে। পুঙলোন্দসু খজিক খেন্নবা থেংনজে। মসি ওঝা-ওঝাগী মুক খেন্নবদগী ওইরিবরা নত্রগা পুঙলোনগী অর্থদা মান্নদবা লৈবনরা ওঝাশিংনা মান্ননবা শিনবীবা চুমলোইদ্রা? রাগগী মতাং অসিগা লোয়ননা পুঙ য়ৈবীরিবশিংনা হৌজিক ঈশৈগা চান্ননা তোয়না হঞ্জিনবা অমসুং থুজিল্লকপদা পুঙলোন শমজিল্লকপা তুকা চাপর শেংলক্তবা কয়া অমসু চৎনবক্লি। মসি পূন্নমক য়েংলুবদা ওঝা গুরুশিংনা য়াদে, তৌহৈদে হায়বীরম্বশিং অদুতনা অফবা ওইনা চৎনরক্লি। ননাইবু তাকপী তম্বীরম্বা গুরুশিংনদি তৌহৈদে হৌনদে হাযবিরম্বনা হৌজিক মতমসিদদি অঙকপা ওইনা থোকচৈ। ননাইনা হঙ্গৎচরিবসিদি খবদনি গুরুজনশিংনা হেন্না খঙবিরবনি। হাযজনীঙবদি কয়া লৈরবসু ননাইনা পাঙজদবনা সভাগী গুননা চাউবনা মখাতানা মৈতৈ পুঙগী পাক চাউববা খুৎফম পুঙলোনগী মরমদা থৌগন তৌজবা ইতীক ওইদ্রে। মতাংসিদা খুরুমজরি।।০।।

৮/১০/৯৫

# রাস লীলাদা মণিপুরি 'পূঙ' অমসুং নট সংকীর্ত্তনগী শরুক

**শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ**

*উরিপোক নাউরেমথোং, ইম্ফাল, মনিপুর।*

মৈতৈনা পূঙ হায়রিবা অসি লৈথক-লৈখারোল পুদিন্নচিংবা লাইরিক্তা য়েংলবদি ইহান হানবদা মতমবু তাক্লবা রাফমগা মরি লৈনৈ। রাফম অসিদগী লৌদুনা জগোই ঈশৈগী মতম পিনবদসু পূঙ কৌখি। পূঙ হায়বা রাহে অসিনা অহানবা হৌখিবগী রা লাইরিক অনিসিদা ইরিবদি — তাইবঙ পানবা অসিনা লৈবাক শেম্বা মতমদা লাইবুঙথৌ মাপল লাইনুরা তরেৎনা লৈপূঙ থোক্লি। লৈপূঙ ৮/৮ শুবদা মখোয়না অচা-অথক তৌদুনা পোথারম্মী। অসুম্না পোথাবা অসিবু য়ু থকপা মতমদা লাইনুরা অমগী মখুত্তগী য়ু থক্লবা উতোং অদু নাম্থোক্লুনা লৈপাক্তা তোং লাউনা তাখি। য়ু থকপা লোইবগী মতম চানা তাই হায়দুনা 'তাল' কৌরে। মখোয়না য়ু থকপা মতম অদুবু য়ুথক হায়না খঙনদুনা লৈপূঙ ৮/৮ শুবদা য়ুথক ওই। অদুনা লৈপূঙ অমা থোনবগী মতম অদুবু পূঙ অমা কৌরে। মতম অদু তাক্লবগীদমক উতোংগুম্না মমায় নামতা পানবা পোত্তা শউম্না কুপশিন্নগা পূঙ তাক্লবা অমা শেম্লে। অদুবু 'তাল' য়ৈনবা পূঙ হায়বদগী 'তালয়ৈ-পূঙ' থোক্লে।

অসুম তৌনা মতমগী মতাং অমসুং মদু তাক্লবদা য়ৈনবা অনিমকপু 'পূঙ' কৌরে। মতম অদু তাকপদা পূঙ অদুদা চৈ অমা য়ৈ, মদুবু তালয়ৈচৈ কৌই। অদুগা পূঙ অদু মমায় নাম্মত পানবনা মতম তাক্লবা তালয়ৈ পূঙ কৌরগা জগোই ঈশৈনচিংবদা মতম পীনবা পূঙদি মমায় অনি পাল্লে।

মসি তিংখিবনা চকপা তিংশাংনা তিংখি হায়না চকপতিংশাংলোন্দা ইরি। মদুগী মতুংদা মৈদৈংঙু মৈতৈ নিংথৌ খোইয়োই তোম্পোক্লা পানবা মতমদা মরু মনাউ হুইথবা পুঙ অসি 'ব্লাং' হায়বা উদা শন্দং মউন্না তিংবা হৌখি।

হায়রিবা ব্লাফম অসি খৃঃ ১৯৬৪ দা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী ফোঙখিবা সোবিনিয়রগী লমাই ৩১ শুবদা শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ রিশার্চ স্কোলার পণ্ডিত অসিনা ইবা ব্লারেংদগী লৌথোকচবনি। মতম মতমগী ওইনা 'লৈরোন পুরান্দ' য়াওবা ব্লাংলেন নহা পুঙতিংবনা পুঙ তিংবা হৌদোকখি।

'চোলোম'

'তুদেংলোন পূরান্দা' য়াওবা 'উথুম' হায়বা উচেক্লা খোংনা খোংনা মফে থাংদুনা চৎপদগী চোলোম লৌই। হায়রিবা ব্লাফম অসিনা শ্রীথোঙাম মাধব সিংহ পণ্ডিত অসিনা তাকপীরকপনি।

মৈদিংঙু খোইয়োই তোমপোক্লা নিংথৌ ওইবা মতমদা শজি মউন্না পুঙ তিংদুনা য়ৈনবদা শজিগুম্না খোংএ, মদুদগী কৈ মউন্না অমুক তিংবদা কৈগুম্না খোংএ। মতুংদা যন-শন্দং মউন্না তিংবদা 'পুঙ' গী মখোল থোকএ। মৈদিংঙু খোইয়োই তোমপোক্লা চহি ১১০ পাল্লমএ।

ব্লাফম অসিনা চৈথারোল কুম্বাবগী অহানবা লমাইদা য়াওবদগী লৌথোকচবনি। অসুম্না লাইরমলেন্দগীনা মীরমলেন ফাওবা 'পুঙ' হায়রিবা ব্লাহে অসি শিজিন্নরকখি। ইজরিবা অসিনা 'নট সংকীর্ত্তন' অমসুং 'রাস লীলা' অনিসিদা শিজিন্নরিবা (য়ৈনরিবা) 'নট পুঙ' হায়না খ্বাইনা খঙনরিবা অসিগী মরমদা ইজবনি।

মৈদিংঙু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তি নিরূপন সেবা লোয়বদা 'নট সংকীর্ত্তন' অমসুং 'রাস লীলা' কৎননবগী থৌরাং তৌরকখি। মদুদা য়ৈননবা হায়দুনা মনাই হাও চাউবদা য়াথং পীদুনা মাগী লৈফম নুংবা খুন্দগী ব্লাং হায়বদু উকক্ অমা লৌহল্লুরগা শ্রীগোবিন্দবু নিরুপন

সেবা তৌখিবা সাপম লক্ষন সিংহদা তাক্লুনা 'নট পূঙ' অসি শাহনখি তিংসু তিংহনখি।

খৃঃ ১৭৭৯ শকাব্দ ১৭০১ গী হিয়াঙ্গৈ থা পানখৎলকপা ১১নি ঈরাই নুমিত্তগী হৌদুনা ১৫ নি পুর্নিমা নুমিৎ ফাওবা লাংথবাল (কাঞ্চিপুর) কুঞ্জবন্দা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা রাস লীলা কচ্চখি। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রনা নট সংকীর্ত্তন (নিপা পালা) গী পূঙ থোল্লি, মতোন ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লি। মতোন ইবুংঙো ধরশাইনা দোহার চথলি, ওঝা প্রেমানন্দনা পূঙগী থৌগল তৌই। মজা ইবেম্মা ভাগ্যবতী (বিম্বাবতী)না বাধা শাই। মহারানী হরিমতিনা জগোই মকোক চিংই শ্রীযুৎকী গুরু শ্রীরূপ পরমান্দ, শ্রীঙাংবম ওঝা সুরুপানন্দ, কবো খুবোম্বা সিধান্ত অসিনচিংবা গুরুশিংনা তান্নরগা তম্বিদুনা রাস লীলা অসি শান্নখি। অসুম্না শান্নখিবা রাস লীলা অসিনা মণিপুরদদি অহানবনি। রাফম অসি অহানবদা ফোঙবা চৈথারোল কুম্বাবগী লমাই ১২০ দা য়াওরি, মাইবম চক্র পানিনা চৈথা-কুম্নি। বিজয় পঞ্চালি হায়বা লাইবিক্তসু রাফম অসি য়াওই।।০।।

৮/১০/৯৪

# নট সংকীর্ত্তনগী "পুঙ" অমদি মনোহরশাইগী "খোল" গা খেৎনবগী অমসুং মান্নবগী মরমদা

**শ্রী সোরাম বুধ সিংহ**
*এলাংবম লৈকাই*

নট সংকীর্ত্তন পুঙগী রাগ মখলদি য়াম্মী অমসুং মমিং তোঙান তোঙান্না রাগ অচৌবগী মখল, রাগ মচাগী মখল অনি থোক্লা লৈ।

**রাগ অচৌবগী মখল ঃ-**

(১) রাগ অচৌবা (নট রাগ) (২) নদিয়া রাগ (৩) রামায়ন রাগ (৪) টুতিলা রাগ (৫) ঝমরি রাগ (৬) পদ্মা রাগ (৭) পদ্মা পুরান অসিনচিংবনি।

**রাগ মচাগী মখলঃ-**

(১) নুরা-রাগ (২) কমল-রাগ (৩) হরিনাম অহৌবা-রাগ (৪) শ্যাম অহৌবী-রাগ (৫) নদিয়া চম্পু-রাগ (৬) চালি অহৌবী-রাগ (৭) জগৎনাথ মঙ্গোল-রাগ (৮) টুরি বসন্ত-রাগ অসিনচিংবনি।

অসুম্না নটকী মনুংদদি অসি নত্তবা রাগ মখল কয়ামুক লৈরি। রাগ অচৌবগী মখলশিং অসিনা "শ্রাদ্ধ" (শোরাৎ) "কীর্ত্তন" নচিংবদা হৌনৈ। অদুগা রাগ মচাগী মখলশিং অসিনা লুহোংবা, নাহুৎপা নগুন থাংবা ঈশৈ ফাংনবা অসিনচিংবা সংকীর্ত্তন মখলশিংদা শীজিন্নৈ। অদুগা মনোহর শাই "খোল"গী রাগদি মখাগী অসুম্না লৈ। (১) বোরো মথা-হাত্তুটি (২) বোরো-হাত্তুটি (৩) মধ্যম-হাত্তুটি অসিনচিংবনি।

অসি নত্তবা মখল কয়াসু লৈরি অদুবু হাত্তুটি হায়রগা রাগগী মখল অদুম খঙনৈ। হাত্তুটি অসি লোইরগা "বেড়ী ঘাট" কোয়দুনা "যন্ত্র মিলন"

ওই, অদুবু সঞ্চারনচিংবা নট সংকীর্ত্তনগীগুম্না য়েদে। তিউৎ য়েদুনা মসিগী মনুংদা নুংঙাইবা মখল অনিগী বোল হাপ্পুনা য়ে।

নট সংকীর্ত্তনগীদসু মতাং অসিদা তিন্তাল মচা, অমসুং তিন্তাল অচৌবনচিংবা য়ে। মতাং অসিদা থোইনা খেন্নদে। মখাদা মনোহরশাইগী তাঞ্জাউ খরগী মমিং পীজরি মদুদি ঃ-

(১) বীশোম তাল (২) সোচি শেখর (৩) কাটা শোমতাল অসিনচিংবনি।

নট সংকীর্ত্তনগীদসু মতাং অসিদা তাঞ্জাউ মখল কয়া য়ে মদুদি ঃ- (১) এক তাল মচা (তানচপ একতাল) (২) উজবহার (তিন্তাল অচৌবা চারিতাল, অমসুং মচা) (৩) ঘনবারি (তিন্তাল দশকোষ) অসিনচিংবা য়ে।

নট সংকীর্ত্তনদা ঈশৈ কোন্নবীনচিংবা মখল য়াম্না শীজিন্নৈ অদুবু মনোহরশাইদদি ঈশৈ কোন্নবী অসি থোইনা শীজিন্নবা তাদে। " বেডী ঘাট" কী মতাংদদি নট সংকীর্ত্তন্দদি রাগ তাবদা মখল-মখলগী ঈশৈ কোন্নবী অমদি তালনচিংবা য়েরুরগা "মেন" শাগৎলমদাইদা "বেড়ী ঘাট" কোয, যন্ত্র মিলন ওই অদুগা মনোহবশাইদদি হাত্তুটি লোইরগা "বেড়ী ঘাৎ" হান্না কোয়রগা যন্ত্র মিলন ওইরগা মখাদা তালনচিংবা মখল মখল য়ে।

রাজমেনগী মতাংদদি নট সংকীর্ত্তনদা মখল মখল লৈবগুম্না মনোহব শাইদদি লৈতে। মনোহর শাইদদি ঝবিনা "লয়" পুশিন্দুনা কন্না য়েদুনা মেনগুম্না শিজিন্নৈ। নট সংকীর্ত্তনগী মেন থারগা তাঞ্চপ শৈগোন্নবী যৈ, অদুগা মনোহর শাইগীনা "বোল" অমদি "তেকহাই" না অদুম শীজিন্নৈ। নট সংকীর্ত্তনগীনা "মেনকুপ মপী" অমদি মেনকুপ মথংশিৎনা য়ে, অদুগা মনোহর শাইগীনা মতাং অসিদা একতাল নৎত্রগা অড়াগুম্বা য়ে। মথংদা বৈঠানচিংবা ফমদুনা তাল মখল-মখল য়ে, নট সংকীর্ত্তনগীদসু মতাং অসিদা মখল মখলগী তালনচিংবা য়ে।

ছোই গোবাইগী মতাংদদি মনোহরশাইদা হৌগত্তুনা য়াম্না কন্না মখল-মখলগী তালনচিংবা য়ে। অদুগা নট সংকীর্ত্তনগীদদি মতাং অসিদা

মনোহর শাইগীগুম্না কন্না য়েদে। তাল খরা মমিং পল্লবদা — চারিতাল, লোফা, অড়া অমসুং ঝরিনচিংবা অসিদদি অনিমক পূঙলোন চপ মান্না শীজিন্নে।

**খুৎফমগী মতাংদা খেন্নবা খরা**

(১) মৈতৈ পূঙদা শীজিন্নরিবা "টুকা" অসি খোলদদি "চুতকী" কৌই।

(২) খোলগী মনাউদা খুৎপীনা ইন্থদুনা খথবা অসি "পেৎচ-পরন" কৌই। মৈতৈ পূঙদদি খুৎফম অসি শীজিন্নদে।

(৩) খোলগী মরূদা খুৎপীনা ইন্থবা অসিবু "গুপোক" কৌই। মসিসু মৈতৈ পূঙদদি শীজিন্নদে।

(৪) খোলগী খুৎফমদি অযাম্বনা "টুকা" অসি শীজিন্নদে, অদুবু সুকয়াওমক য়াওদবদি নত্তে।

**চোলোমগী মতাংদা খরদং ঃ**

মৈতৈ পূঙগীদদি চোলোমগা পূঙলোনগা কোন্ননা তন্নে; খুদম ওইনা রাগ মক্তা হৌবদগী হৌনা ফিরেপ ফিথুপ মিৎয়েংনচিংবা নিয়ম নাইনা হৌই। মথং-মথং তাল-মেন্নচিংবা পূঙলোনগী মতুং-ইন্না অকনবা অথোৎপা অমসুং অকেবা অসিনচিংবা চোলোম কয়া তৌই। অদুবু মসি খোলগীদদি থোইদোক্না মৈতৈ পূঙগীগুম্না শীজিন্নদে।

**ফিজেৎকী মতাংদা খরদং ঃ**

নট সংকীর্ত্তনগী ফিজেত্তি কোয়েৎ হাপ্লি ফৈজোম শেৎপদা নট বড় বেশকী মতৌ লৌদুনা গুঞ্জা শাদুনা অমসুং নামৈ লৈদুনা শেৎলি। ফৈজোমগী মথক্তা খ্বাঙয়েৎ য়েৎলি, ফৈজোম গুঞ্জাগী মতোন খ্বাঙয়েৎকী মতোন অমসুং নামৈগী মতোন্নচিংবা মচা-খায়না ত্রিকচ্ছ তানা শেৎলি।

অদুবু মসি মনোহর শাইগীদদি কোয়েৎ হাপ্তে, ফৈজোম গুঞ্জা শাদে নামৈ লৈদে খোলগী ফিরেপ্তি মনাউ নমথরগা হকচাং পৈথদুনা থাংই। অপৈবদা ফজবনি। মতাং অসিদা মৈতৈ পুঙ অমসুং খোলগী খেন্নবা অমসুং মান্নবগী মরমদা খরদং পঞ্জবা লোইজরে।।০।।

৭/১০/৯৫

# মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন অমসুং পুঙগী হৌরকফম

**শ্রী পুখ্রম্বম নাতেক সিংহ**
*চজিং পুখ্রি অচৌবা মপাল*

সভাপতি অমদি অথোইবা অতিথিগী তাংবল লৌবিরিবা, তিনবিরিবা লাই-গুরু, ব্রাহ্মণ্-বৈষ্ণব, অহল-লমল অমদি ছাত্র-ছাত্রি পুন্নমক্কী মফমদা খুরুমজরি। মৈতৈপুঙগী মরমদা থোইনা হেন্না খংজবা নত্তে, ওঝাশিংনা তাকপিরম্বা বাহৈ খরদং মথাদা ইজবা অসিদা অশোইবা অরানবা কয়ামুক্ য়াওরলগু ঙাকপিগনি।

শকাব্দ ১৩৮৯ শুবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগী মনাই লৌরান পেরে-খোংবগা, মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মনাই শেক্তা পুংবৈবগা শিনৈএ। পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা পিরম্বা বিষ্ণু অদু মৈদিংঙু ক্যাম্বনা লাভুনা ব্রাহ্মন্না সেবা চৎপা হৌখি। বিষ্ণুগী গৌরিদা কিত্না ময়ুমনা পুঙ ঝাল থিরুদুনা বিষ্ণুগী আবতি কৎখি।

শকাব্দ ১৬৩১ শুবদা মৈদিংঙু পামহৈবা সনা হাক্তক্তা রামন্দি ধর্ম্ম মপুঙফানা চৎখি। মতম অদুগী ওইবা পুঙগী ওঝাশিং কয়ানা পুঙগী রাগ (অহৌবা) মখন মখা কয়ামুক্কা লোইননা রাজমেল ১২, ধুমেন ৪ তান মখল কযা কয়া, ঈশৈগা, মরোনগা, পুঙলোনগা কোন্নবা তান মখল কয়াঅসিদা নত্তনা তানচপ পরেং কয়া অমা মেনকুপ পরেং অসিনচিংবা পুঙলোল কয়া কয়া পুথোক্লুনা চৎনরম্মী। হৌজিক্তা ঐখোয়না অরিবগী পুঙ-পুঙজাও, অরিবগী পুঙলোল হায়না খংনরিবা অসিনি।।

মতমগী য়াওন্না অনৌ অনৌবা রাখল হেন্না হেন্না ফজগদবা মওংদা পুথোকপগী রাফম অসি হিরম খুদিংমক্কী ওইনা অতৎপা লৈতনা চৎথরকই।

শকাব্দ ১৬৮১ শুবদা মৈদিংঙু কার্ত্তা সনা হাক্তক্তা পুঙগী মওং পিকশিনবা, (মনাউ মখোল পিকশিনবা) করতালশু পাকলম্বদগী পিকশিল্লগা থাগৎহন্দুনা মখোল নৌনা পিকশিনবা, করতাল মরী চোম্বুবা, মতৌ অশুম্না পুঙ করতালগী মওং থোইনা হেন্না ফজবা মওংদা ওইখি।

মতম অদুগী পুঙগী ওঝাশিং ওঝা সরূপানন্দ, ওঝা লাংলেলহনবা, ওঝা কিত্তারুপা, ওঝা কিত্তারাধা, ওঝা তেনশুবা, ওঝা শ্যাম্মা অসিনচিংবা ওঝাশিংনা অহানবদা নুব্রা রাগ (অহৌবা) অসি শেম্মী, মথংদা গৌর সঞ্চার (হৌজিক্তা ঐখোয়না কার্ত্তিক সঞ্চার হায়না খংনরিবা অসি অহানবদা গৌর সঞ্চার হায়না কৌরম্মী) রাগ ঘড় হঞ্জিনবা, তিন তান মচা, রাজমেল, তানচপ, মেনকুপ অরোইবা, অসিনা সংকীর্ত্তন অমা মপুঙ ফারে।।

মথংদা কৌমুদি রাগ ('অহৌবা) অসি শেম্মী। মথংদা রাগ অচৌবা অলঙ্কার (অহৌবা) শেম্মী। রাগ অসি নিতি লীলা মপুঙ ফাবা খরা ব্রাথলি হায়দুনা রাগ অচৌবা অমা ওইনা তোপ্পা থমখ্রে। মথংদা নট রাগ, মুল রাগ হায়না খংনরিবা রাগ অচৌবা অসি লেংই। রাগ অসি তেন, তেন, তা, টাক, তাং-অসিনা হৌরগা সংকীর্ত্তনগী অরোইবদশু তেন, তেন, তা, টাক তাং-অসিনা লোইগনি।

মুলরাগ অসিগী অহানবা গুরু ঘাটকী অহানবা অধ্যায়দা পুঙলোলদি তেন, তা, টাক, তাংখিৎ তা, তাং-হায়বা অসিগী মহুত্তা তেন, তা, তেন্না, তাং, খিৎ, তা, তাং-অশুম্না খুৎলোল অমত্তং হোংলগা জগোই রাসকী নিপা পালাদা হৌননবা নট রাগ অসি লৈখ্রে। রাগ অসিনা তেন তেন তা টাক তাং-অসিনা হৌরগা অরোইবদা "ত্রঘিন" হায়না লোইগনি। রাসতা য়েনবা পুঙলোনশিং ভঙ্গী অচৌবা অসিনচিংবা পুঙলোনশিং লেংবা লোইরে। নট রাগ মুলরাগদি লাইরিক ওইনা ইদুনা মমিং মৃদঙ্গনির্ণয় হায়না কৌখি। শ্রীযুৎ মহারাজবু বৈষ্ণবশিংনা নোরোত্তোমমক্কী হায়না খন্দুনা লাইরিক অসিদা নোরোত্তোম লিখিতং হায়না ইদুনা অঙ্তে পুঙলোন থিবিক্কা লোয়ননা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী শ্রীচরন্দ কচ্চখি।।

সনা হাক্তক অসিদা ঠাকুরশ্যাম্মা হীদং ওঝানা রামায়ন অহৌবা পুথোক্নুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কৎখি। সিনাম ওঝা পুরেন্না নদিয়া অহৌবা পুথোক্নুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কৎখি। ওঝা লাংলেনহনবনা তানচপ পরেং, মেনকুপ পরেং কয়া কয়া পুথোক্নুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কচ্চখি। গুরু বন্দনা তান অসিনচিংবা মখল কয়াগী পুঙলোন পুথোক্নুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দ কচ্চখি।

খৃঃ ১৭০৫ দগী হৌনা হরি সংকীর্ত্তন হায়না কৌরম্বা অদু শ্রীযুৎ কার্ত্তা মহারাজগী সনা হাক্তক অসিদা "নট সংকীর্ত্তন" হায়না মিংথোনখি।

শাকাব্দ ১৭৩৫ শুবদা মৈদিংঙু মার্জিৎ সনা হাক্তক্তা নিত্যাই ধুমেল শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউদা কচ্চখি। শকাব্দ ১৭৪৭ শুবদা মৈদিংঙু গম্ভীরসিং সনা হাক্তক্তা কাং চিংবা হৌখি। শকাব্দ ১৭৬৫ শুবদা মৈদিংঙু নরসিংহ সনা হাক্তক্তা গৌবধুমেন শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কচ্চখি। শকাব্দ ১৭৭২ শুবদা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা লাইবেম্মা ধুমেন শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কচ্চখি। মতৌ অশুম্না নিংথৌরোন খুদিংমক্তা অনৌ অনৌবা পুঙলোন পুথোক্নুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দ কচ্চখি।।০।।

# নট সংকীর্ত্তন অমসুং মনোহরশাই

**শ্রী অহন্থেম ব্রজচান্দ সিংহ**
*কৈশামথোং অহন্থেম লৈকাই*

**হৌরকফম ঃ**

নট— শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী গুন (অনুগাশিং) বৈষ্ণবশিংনা চৎনবা বাঙ্গলা কীর্ত্তন অদু তেখাওদা (আসামদা) চৎনরম্বা পুঙ অমসুং করতাল অমদি শৈশক্তা খজিক্তুংদি থৈরপনা--মদুবু মণিপুরদা বংদেশ (বঙ্গদেশতগী) হায়না পুরকখি-- মতম কুইনা শক্লরবা নৈনরবা মতুংদা মওং অমা তারকখি- পুঙ মওং, করতাল মওং খবা খরা হোংদোক্লে শৈশকশু ফনা য়াম্না হোংদোক্লে। অনৌবা মওং অসিবু নট(হান্নগী অনৌবা হায়রম্মী) অদুগা বংদেশ, পালাবুনা অরিবা পালা হায়না খঙনখ্রে। অওনবা অমা লাকপা অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পাল্লম্বগী লোইরমদাইদনি।

মনোহরশাই -- চৈতন্য মহাপ্রভুগী তুংইনবা বৈষ্ণবশিংনা শকশোনবা কীর্ত্তনগী মওং অদু মনিপুরদা লাক্লগা মনোহরশাই হায়না খঙনরে। বাঙ্গলা লৈবাক্কী মনোহরশাহী হায়বা পারগনাগী মমিং লৌদুনা মফম অদুদা চৎনবা কীর্ত্তন শৈশক অদুবু মনোহরশাহী হায়না খঙনখি। অসি মণিপুরদা লাকপদদি গড়েনহাটি, রেনেটি অমসুং মন্দারিনি হায়বা মওং অহুম অসিসু য়াওরগা মরি অসিনা পুনশিল্লগা ওইবা শৈশক অদুবু মনোহরশাই অদুম্মক কৌরে। মণিপুরদা ইহান হানবা মনোহরশাই শকপসি খৃ: ১৭২৫ দা নিংথেম পুখ্রী হোঙবদনি হায়না ওঝাশিংনা তাকপিরম্মী। পুখ্রী হোঙবদা **"ময়িম (ময়ুম) বাঙ্গলা লোন্দেবগী রাম নামুংবগী মিংথৈনা শক শোন্না পুখ্রী হোঙএ"** হায়না নিংথৌরোল কুম্বাবদসু য়াওরি।

মনোহরশাই শৈশক মওং ইতা তাদনা য়াম্না কুইনা খাঙখি। কাইনথংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তুক্তা বাঙ্গলাদগী ঈশৈ অমসুং পুঙগী ওজা চেম্থোক্তুনা মথ্বায়না পাম্বা কাঙবু কয়ামুক তমহন্লবী অদুগা মণিপুরগী মপান্দসু কীর্ত্তন তম্লুনবা মী থাদোকই।

মনোহরশাই চাওখৎপগী মতমদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমগা চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমগা অনি অসিনা ইহেন হেনবনি, বুধচন্দ্র মহারাজনা নোঙ্গাখিবা মতুংদগীদি মনোহরশাই শিথবা অদুম হৌখ্রে।

কীর্ত্তন অসিদা শিজিন্নরিবা পুঙ অমসুং করতাল অসি বাঙ্গলাদেশতা চৎনরিবগা খরা মান্নফাত্তে; কীর্ত্তন পাঙথোকপগী মওং ফিজেৎ ফিবেপ্পচিংবসু খৈন্নে।

**মওং মতৌঃ**

নট সংকীর্ত্তন অমসুং মনোহরশাই সংকীর্ত্তন অনী অসিগী শৈশক শৈদা অমদি নিযমনচিংবদা খবসু মান্নে অদুগা মান্নদবা খবসু লৈ।

মান্নবাঃ- কীর্ত্তন অনিমক পুঙগী বাগনা হাল্লি, ঈশৈগী বাগনা কোল্লি অনিমক্তা গৌব চন্দ্রিকানা হৌই, নিত্যাইপদনা লোইশিল্লি।

মান্নদবাঃ- মনোহবশাই কীর্ত্তন্দা বেড়িঘাট অনিরক কোয়। নটকীর্ত্তন্দা অনিরক্তগী হেল্লি। মনোহরশাইদা ফি অনিদগী হেন্না শেত্তে, নট তনা ফি অনিদগী হেল্লি।

নট কীর্ত্তন্দা বেড়িঘাট অমদি ফিজোন্নচিংবা অনিদগী হেল্লিবা অসিগী করি তত্ত্ব লৈবনো মদু খঙজদে - মনোহরশাইগীদি বেড়িঘাট অমসুং ফিজোন্নচিংবা অনি অনিতা মওইবা; অসিদসু নত্তনা তাল অমদি তালগী চাপর ফাওবদা প্রকৃতি পুবষ, লঘু-গুরু, ওয়-য়েৎ অসুন্না অনি অনি কায়দনা চৎলি। মওং অসিবু যুগল-মন্ত্র অমদি যুগল উপাসকী কায়ফদবা নিয়মনি হায়না ওঝাশিংনা চৎনরম্বা অমদি তাকপিরম্বা মতুং ইন্না ঙসি ফাওবদা ঙাক্তুনা চত্থরি। মসি কায়রবদি কীর্ত্তনগী পোৎ নৎত্রে খঙনবগী মওংমক ওইনা থাজনরি।

মণিপুরগী মনোহরশাই সংকীর্ত্তন্দা রাগ অচৌবা হায়না খণ্ডনবা বিলাৱত-ঠাটকী রাগ অমা অমসুং রাগ মচা হায়না খণ্ডনবা খমাজ-ঠাটকী রাগ অমা, অনী অসিগী মনুংদগী অমনা রাগ হৌদুনা সংকীর্ত্তন শক-শোনবগী নিয়ম অসি ঙসি ফাওবদা চৎনরক্লি। করিগুম্বা অষ্ট প্রহর ওইরবদী রাগ অনীমক পুন্না হৌই। অষ্ট প্রহর কীর্ত্তন নৎত্রবদি রাগ অনী পুন্না হৌবা চৎনদে অমসুং হৌনদে। রাগ অসিগী মরমদা নৈনবা মতমদা ওঝাশিংনা তাকপিরম্মী— সংকীর্ত্তনদদী রাগনা প্রধান ওইদে। রাগগী ছায়াদা, রাগগী মফম খরদংতা শোক্লগা ভাব রসনা প্রধান ওইনা শক্তদবনি। বেদ-গান ওইবা রাগগী অকক্লবা নিয়ম কয়াবু কলি জীবনা ঙাক্লুনা শক-শোনবা ঙম্নরোই হায়বসি খঙবিদুনা কলি জীবগীদমক্তা যুগ ধর্ম্ম ওইবা সংকীর্ত্তনবু পুথোকপিরম্লিবনি, মদুদি ঃ-

(ক) কৃত্তে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ।। (শ্রীমদ্ভাগবত
১২/৩/৫২)

(খ) কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গো পাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রয়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।। (শ্রীমদ্ভাগবত
১১/৯/২৯)

অদুগা রাগগী মরমদা

রঞ্জকো জনচিত্তানাং স রাগঃ কথিতো বুধৈঃ। (সঙ্গীত দর্পন ২/১)

**লোইশিনবা ঃ**

মহৌশাদি নট অমসুং মনোহরশাই শৈশক অনি অসি য়াম্না ময়েক শেংনা কাইদা পুম্নমক্তা মান্নরমদে। হৌজিক্তি পুঙ করতালগী মওং অমসুং ফিজোল অনি নৎত্রগদি ইমান মান্নবগুম তৌখ্রে। পুঙ খোলগা রাম করতালগা ওইরগনা মনোহরশাই ওইনা হেক্তা খল্লে। মসিগী মরমদি গায়ক অমসুং বাদকশিংনা য়াম্না লৌথোক লৌশিন তৌনখ্রে অদুননি। মসি ফনা ফবা মওংনি। মণিপুরদা চৎনরিবা বাঙ্গলা কীর্ত্তনগী শৈশক মনোহরশাই হায়বসি ফনা তৌদুনসু মৈতৈগী হৈনবী শৈহেক শৈদা

চঙখিদুনা তোপ তোপনা মৈতৈগী ওইনা অদুম্মক লৈরগদবনী। "চলু গজ গামিণি", "আরে সখী কিশোভা গোররূপ" জয় রাধে জয় কৃষ্ণ দেও শ্রীচরন (লুহোংবা কোয়বদা-রূপ লাবনি, তানখিদ্রে) শ্রীরাধ মাধব যুগল চরন মাঠে হায়বা অসি, পুরা নট্কী ওইখ্রে। অসিগুম্না শাইগী ওঝা কয়া অমনা নট্কী ঈশৈ ছন্দগা কোম্বনা লৌদুনা শরুবা কয়াসু য়াওরি।।০।।

১৯/১০/৯৪

# ভারতীয় শাস্ত্রীয় সঙ্গীত্তা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন

**শ্রী লাইশ্রম বীরেন্দ্র**

*য়াইস্কুল হিকহনবা লৈকাই*

সঙ্গীত মীওইবগী মফমদা ঈশ্বরনা পিবিবস্বা কলাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংলবা কলানি। মরম অদুননি 'নবিদ্যা সঙ্গীত্যা পরা' হায়না পণ্ডিতশিংনা লাউবি। সঙ্গীতকারশিংনা, কলাকারশিংনা সঙ্গীতপু লুনা, নুংশিনা তৌজে মবমদি সঙ্গীতনা মথোযগী পুক্নিংবু মতম পুম্নমক্তা শান্তি পীবি, বারবা থম্মোযবু শৌগৎপি লোযননা প্রেম-ময ভগবানগী শ্রীঅঙ্গদা কংথোকচবা ঙমজে।

পাক চাউরবা ভারতকী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ক্ষেত্রদা পিক্লবসু পিক্লা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী মফমসু চাউনা কন্দুনা লৈরি। ইনক নক্লা, ইফোং ফোংনা, ইঙান ঙাননা লৈজরবা ফাওবদা ঐখোয ইশানা মশক তাকপা ঙমজদ্রি। ভারতবর্ষদা মরু ওইনা মখল মরিগী সঙ্গীতকী মশক উবা ফংই ঃ হিন্দুস্থানী সঙ্গীত, বাঙ্গলা সঙ্গীত, মহারাষ্ট্রিয় সঙ্গীত অমসুং কর্নাটিক সঙ্গীত অসিনি। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা মীয়াম্না মরুওইনা খঙনরিবদি হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অমসুং কর্নাটিক সঙ্গীত শন্না হায়রবদা অৱাং ভারতকী সঙ্গীত, খা ভারতকী সঙ্গীত হায়না খংনেরি। অনিমক ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্রদা য়ুমফম ওইবা ঙাক্তনি, লোয়ননা সারঙ্গদেবগী সঙ্গীত রত্নাকরগসু মরী লৈনৈ। অনিমক সামবেদগী সঙ্গীত পাদ্ধতিদা হৌরকফম ওইনা লৌনৈ। শতাব্দী ১৪ ফাওবদা অনি অসিগী সঙ্গীত পদ্ধতিদা খেন্নবা উখিদে অদুবু মসিগী মতুংদগীদি অৱাং ভারততা মুসলমান সম্রাটশিংনা পানখিবদগীদি ঈশৈগী যন্ত্র য়াওনা ঈশৈগী শৈশক ফাওবদা অহোংবা অমা থংলাক লাকখি।

ফরে অদু ওইরবদি খেন্নরক্লিবা অসি করি করিদনো হায়বসিগী মরমদা খজিক্তং পঙ্গগে ঃ

(১) অৱাং ভারত্তা থাইনদগী লৈরক্লবা ঈশৈদা নাট্যগী শক্তম অদু হৌজিক্তি শুকয়াও য়াওশিন্নক্তরে, অদুবু খা-ভারত্তদি ঈশৈদা নাট্যগী মশক অমসুং কীর্ত্তনগী মশক য়াওনা চৎমিন্নৈ।

(২) অৱাং ভারত্তদি রাগ অমদা শুদ্ধ 'ম' অমসুং করি 'ম' অনিমক শিজিন্নবা রাগ য়ামনা লৈ, অদুবু খা ভাবত্তদি লৈতে।

(৩) তালগী মতাংদদি অৱাং ভারত্তদি ইচম চম্বা অরায়বদা শিজিন্নৈ অদুবু খা ভারততদি তালগী মতাংদদি য়াম্না লুশিনবা হেল্লি।

(৪) অৱাং ভারত্তদি সঙ্গীত হায়বসি রাজা মহারাজ, নবাব, বাদশাহ-শিংগী ওইনা তৌই অদুগা খা ভারত্তদি মন্দিরগী থৌরমদা মরুওইনা শিজিন্নৈ।

(৫) অৱাং ভারতকী অফাওবা ঈশৈ শকপশিংগী মরক্তা লাইরিক কয়া হৈগন্দে অদুবু খা ভারতকীদি অফাওবা ঈশৈ শকপশিংগী মনুংদদি লাইরিক হৈবা, শাস্ত্রদা খঙবা মীওই ঙাক্তা ওইগল্লি। অদুবু তৌথোক্লকপদদি খরা শোল্লি।

মথক্কী খেন্নবশিং অসিদগী ঐখোয়গী লম অসিগী সঙ্গীতগী ঈশৈশিং অসিগা মান্নবা খেন্নবা খঙদোকপসু য়াই। মতাং অসিৱাইদা পন্নিংবা অমনা **অৱাং ভারত অমসুং খা ভারতকী শাস্ত্রিয় সঙ্গীত লৈবগুমনা ঐখোয়গী নোংপোক ভারতকী ওইবা শাস্ত্রিয় সঙ্গীত অমা লৈফম থোকত্রা?** হায়বগী ৱাহং অমা লাকপা য়ারি। ফরে, মসিগী মতাংনা কোন্না লৌখৎচরক্কে, হৌজিক শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকা সংকীর্ত্তনগা করি মরী লৈনৈ, করি খেন্নৈ হায়বগী মতাংদা খজিক্তংগা পঙ্গগে।

ঐখোয়গী য়াম্না ইরায় লায়বা ময়াম্না খঙনরবা ৱাফম অমনা ঐখোয়না মতম অমদা কলাৱাতী ঈশৈ হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্কা শাস্ত্রীয় সঙ্গীত অসি তাবা চৎপদা চুম্নগী রাগ সঙ্গীত্তা ঈশৈ তাবা ওইনা, হায়বদি কলাকার

অদুগী ঈশৈ শকপগী হৈশিংবা গুন, অগুকপা খোঞ্জেনগী মখল মখলগী অওনবা উৎপা ওম্বগী শক্তি ময়াম অদু তাবা ওইনা লৌনৈ। অমনা সংকীর্ত্তন তাবা চৎপা হায়বা ৱাফম অসোমদা লাকখ্রবদি ঈশৈ তাবরোমদা নত্তনা ভক্তি ভাবি অমসুং রাগ-অনুরাগ লোমদা হেন্না পুক্নিং চিংশিনবা রাধা কৃষ্ণ লীলাগী অঙ্গদা লৈরিবা রস হুমফুমরিগী থোইদোক হেন্দোকপা রসগী অভিব্যক্তিরোমদা পক্নিং চিংশিল্লি, ভাগবদ ভক্তিগী ভাব সাধনাগী ৱাখনলোমদা চিংশিল্লি। শ্রীচৈতন্যদেবনা কীর্ত্তন শকপগী চৎনবী অসি তোয়না তৌই। কীর্ত্তন হায়বা ৱাহৈ অসি কীর্ত্তিদগী লৌবনি - কনাগুম্বা দেব দেবী নৎত্রগা মানব-মহামানবশিংগী গুণ-গান তৌবা অদুবু কীর্তন শকপা কৌই। পদাবলীগী কীর্ত্তন শকপদু ভগবানগী গুণ-গান তৌবদুনি হায়না লৌনৈ। চৈতন্য-চরিতাম্মৃতকারনা মসিবু সংকীর্ত্তন হায়না প্রবর্তক তৌই। করিনা "বহিরঙ্গ সঙ্গে নামসংকীর্ত্তন, অন্তরঙ্গ মনে রস আস্বাদন" মসিননি সংকীর্ত্তন হায়না লৌনরিবসি।

ভগবানগী নাম গুণ শকপদা খোঞ্জেল ৱাংলা শকপা অসি মমাংঙৈদগী চৎনরক্লবনি। সংকীর্ত্তন হায়রগা মী অমত্তনা শকপদু খঙনদে, মীয়াম পুল্লগা শকপদু সংকীর্ত্তন শকপা হায়না লৌনৈ। পুঙফম মতম নাইদনা রাগ অমা হেক্ত শকপসি মার্গ সঙ্গীতগুদি য়াদে, অদুবু ভক্তি রত্নাকরদা নরহরি চক্রবর্তীনদি রঙ্গ-মঞ্চদা অমসুং রাজ সভাদদি ঈশৈগী কালদোষ লৈতে হায়না তাকপি। অসিনি সংকীর্ত্তনগা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকা খেন্নরকপা।

হৌজিক ভারতকী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকা সংকীর্ত্তনগী সঙ্গীতকা লৈনবা মরীগী মতাংদা খঞ্জিক্তংগা পঞ্জগে ঃ অনিমক রাগ সঙ্গীত গুাক্তনি, অনিমক ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্রদা য়ুমফম ওইরগা শেমখিবা সঙ্গীতনি। রাগগী শক্তম য়েংলুরগসু খেন্নবা ফংই, অদুগীসু মথক্তা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী রাগশিংগী মশকা য়াম্না থিনা খেন্নৈ - মসিগী মতাংনা কোন্না লৌখৎচরক্কে। অৱাং ভারতকী হিন্দুস্থানী সঙ্গীত পরম পরাগী মিং নত্তে, আলাউদ্দিন খিলজীনা ভারত্তা পানবা মতমদগী (১২৯৬-১৩১৬) হোংখিবনি মদুগী মমাঙদদি হিন্দু সঙ্গীত হায়না কৌরম্মী। মদুসু নোংমে-নোংমগী ভারত্তা

মুসলমানশিংনা খোঙদারকপদগী হোংদোক্লকপা, শেমদোক্লকপা, অনৌবা পুথোক্লকপা, মপান্দগী পুশিল্লকপা রাগ মখল কয়া, মওং কয়া হিন্দুস্থানী সঙ্গীত্তা মশক ফজ্রহল্লকখি, মশীঙ হেনগৎহল্লকখি। মীয়ামগী মত মতুং ইন্নদি হৌজিক্কী হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী পথাপ অসি মুসলমাননা পানবামতমনা ঐখোয়দা লম্মন তোনশিনহল্লবনি হায়না লৌনৈ। অদুবু মতম অদুব্বাইদা ভারতকী সঙ্গীত্তা কন্না থিজিন খোৎচিনবগী লমদা চঙশিনখিবা ইউরোপ মচা কেপটেন দে, কেপটেন বিল্লার্ড কুম্বনদি মুসলমানশিংনা লাক্তিৈঙগী মমাঙদা লৈরম্বা রাজা, মহারাজশিং কয়াগী মতমদা য়াম্না নিংথিনা চৎথরম্লবা ভারতকী সঙ্গীতকী যুগ অদু মুসলমানশিংনা হেক লাকখিবদগীদি মরাম চায়থবা হায়বা অমা ওইখ্রে হায়না লৌখি; মবমদি সঙ্গীতকী থিওবীদা চঙশিল্লম্বা খোঙজঙ, থাংজিল্লম্বা খোঙথাং অদুবু মুসলমাননা লাকপদগী খংতা তাখিবা অদুবু নুংঙাইতবা ওইনা লৌখি। সম্রাট আকবরনা মশামক্কী রাগ কয়া, অমীর খুশ্রুগী রাগ কয়া, তানসেনগী রাগ কয়া পুথোকখি, শকহনখি মতম অদুগী নিক-নিক থল্লবা আকবরগী রাজ সভাদা ঈশৈতনা নিলহনখি। মদুগী মতুংদসু লেপ্লা লৈতনা অনৌবা বাগ কযাসু পুথোকখি - ইকুই কুইদ্রি ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ইন্দিরা গান্ধিনা খঙহৌদনা লৈখিদবদা 'ইন্দিরা রাগ' হায়বা অনৌবা রাগ অমসু পোকখি, রাগতদা নত্তে তাল ফাওবা ইন্দিরা তাল হায়বা অমগসু পোকখি। হায়রিবা 'রাগ ইন্দিরা' হায়বা অসি - ঠাট বিলাবল, জাতি: ঔড়ব-সম্পুর্ন, বাদি-স্বরগা, সম্বাদি: নি প্রকৃতিঃ শান্ত, চলনঃ বক্র, বড়া খ্যাল, একতাল বিলম্বিত-লয় অসুম হায়না শরুখি হায়নৈ।

অদুবু সংকীর্ত্তনগী ঈশৈদি থায়নগী পরমপরাগী খোংচৎ অদুদা অদুম লৈজে- রাগ, রাগিনীগী স্বরশিংদা অহোংবা লৈরক্তে। রাগগী মতাঙদদি কোন্না পায়খৎচগে, হৌজিক সঙ্গীত অনি অসিগী হৌরকফমগী মমিং মথানচিংবগী মরমদা পায়খৎচগে।

সারঙ্গদেব সঙ্গীত রত্নাকরদা 'গীতম' হায়না খঙনবা য়াম্না নুংশিরবা শৈশক অসিগী মতাংদা ফজনা পল্লি। 'গীতম' হায়বসিগু অমুক মখল

অনি থোক্লা খায়দোকইঃ 'গান্ধর্বম' হায়বা অমা 'গানম' হায়বা অমা। 'গান্ধর্বম' মার্গ সঙ্গীতনি' 'গানম' হায়বসিনা দেশী গাননি। গান্ধর্বম মার্গ সঙ্গীতনি হায়বসি ভরতনসু হায়। ভরতকী 'গান্ধর্ব' অসিবু অমুক কল্লিনাথনসু শৌগৎলি। সারঙ্গদেবনা অমুক দেশীগান অসিবু প্রবন্ধ সঙ্গীতনি হায়। অদুদি প্রবন্ধ করিনো?

সঙ্গীত অমবু হৌনবী পথাপ ঘর পঞ্চম দীর্ঘ মতুং ইন্না (Systematically) ধাতু (music part) হায়বদি উদগ্রাহক, মেলাপকা, ধ্রুব অন্তরা আভোগ লোয়ননা অঙ্গ তরুক (limbs) স্বর, বিরুদ, পদ, তেনক, পাত, তাল। অদুগা জাতি মণ্ডা, নন্দিনি, মেদিনী, দীপনি, ভাবনি, তারাবলী অসিনা পুন্না শেন্নবা সঙ্গীত অদুবু প্রবন্ধ গীতি কৌই। মসিদা রাগগী শরুক য়াওখ্রবনি। মরম অসিনা পথাপ নাইনা শেমদোক্লবা প্রবন্ধ হায়র্বাসিসু classical type of song নি হায়বসিনি। 'গান্ধর্ব' অসিসু প্রবন্ধ গীতিনি। প্রবন্ধ গীতি অসিবু অমুক ধ্রুবপদ প্রবন্ধ হায়নসু খঙনৈ। হৌজিক্তি উরে, গান্ধর্ব নত্রগা মার্গগী মখলগী শৈশক অসিবু প্রবন্ধ হায়না খঙনরে। ভরতনসু সারঙ্গদেবনসু গান্ধর্ব অসিবু প্রবন্ধ গীতি হায়না লৌরে। মতঙ্গনসু মাগী বৃহদ্দেশীদসু 'প্রবন্ধ' অসিবু দেশীনি হায়, মরমদি লম লমগী মওংদা লৌবা শৈশক্লি অদু ওইরবসু classical ঈশৈনি হায়না, অদুগীসু মথক্তা পণ্ডিতশিংনসু ধ্রুব-প্রবন্ধ' হায়বসি হিন্দুস্থানী ধ্রুবপদগী লময়ানবনি হায়না লৌই। অসুমনা প্রবন্ধ হায়বা ঈশৈ অসি তরাহুমদোইসুবা শতাব্দী ফাওবদা মীনা যান্না পান্নবা ঈশৈ ওইনা তানরকখি। অদুবু তরামরিসুবা শতাব্দীদগীদি ধ্রুবপদনা শিনখ্রে, প্রবন্ধ তপ্পা তপ্পা মাঙখি। অদুবু প্রবন্ধ পুমমাঙ মাঙখিদে, বৃন্দাবন্দা বৈষ্ণবশিংগী মন্দিরদা হিংদুনা লৈখি।

বৃন্দাবন, প্রবন্ধগীতি হায়বা বৈষ্ণবতগী ওইহৌরবা Culture অদুগী অফাওবা সেন্টর অমা ওইরকখি। বেঙ্গলগী বৈষ্ণবকী ইতিহাসতগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মীঃ মতম অদুগী বৈষ্ণব পণ্ডিত স্বরূপ দামোদর, রায় রামানন্দ, স্বামীকৃষ্ণদাস, স্বামী হরিদাস, কৃষ্ণদাস কবিরাজ, রঘুনাথ দাস গোস্বামী, ঠাকুর নরোত্তমনচিংবা পণ্ডিত পুন্নমক প্রবন্ধগীতি অসিদা অখঙবা অমা হায়বদু ওইরকখি।

কবি জয়দেবনা মহাক্কী গীত গোবিন্দ হায়বা ঈশৈ অদুসু প্রবন্ধগী মওংদা ইবনি। মহাক্কী গীত গোবিন্দনা ১২ শুবা শতাব্দীদা বাংলাগী অফাওবা প্রবন্ধ অমা হায়বদু ওইখি। অসুম্না প্রবন্ধ গীতিনা মায়কৈ অমরোমদা লৈহৌরে। অতোপ্পা প্রবন্ধ গীতিদগী ওনখিবা ধ্রুবপদ প্রবন্ধ অমদি ধ্রুপদ ঈশৈনা শতাব্দী, ১৫ দগী গ্বালিয়রগী রাজা মানসিং টোমরনা ফজনা হিংহন্দুনা লোয়ননা অনৌবা ধ্রুপদ কী মশক খরা অমুকসু হোংহন্নকখি। সুলতান অলাউদ্দিন খিলজীনসু মাগী দরবারদা ধ্রুপদ শৈশক অসিবু য়াম্না পাম্না থৌগৎলম্মী। সুলতান অসিগী মতমদা অমীর খুশ্রু হায়বা ইন্দো-পারসীয়ান পণ্ডিত কবি অমসু ঈশৈ শকপসু ওইবা নিপা অদুনসু ধ্রুপদ প্রবন্ধ গীতি অসিবু য়াম্না পামজনা তৌরম্মী। মতম অসিমক্তদা খ্যালগী শৈশক হৌদোকখি অদুম ওইনমক ধ্রুপদকী অপাম্বা অদুদি অদুম্মক চৎথখি।

অসুমনা হিন্দুস্থানী সংগীতকা প্রবন্ধ গীতিগা তোখাই তোখাই তানখি। বাংলাগী সংকীর্ত্তন, আসামগী কীর্ত্তন, মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন প্রবন্ধ গীতিগী মায়কৈন্দা লৈখি। স্বামী প্রজ্ঞানানন্দ না মাগী ওইবা মিৎয়েং অমদা অসুমনা পল্লি : "The present styles and systems of Kirtana prevalent in Manipur is completely different from the forms and styles originated from Thakur Narottama" মাগী observation অসি চুম্মী সংকীর্ত্তনগী ওইবা ভাব অমসুং রসতা পদাবলী সাহিত্যগী ঈচেলদা লেঙদনা লৈরবসু অতৈ musical forms অমসুং Structural styles দদি শোয়দনা খেন্নফম থোকই। মরমদি লম লমগী সংকীর্ত্তনগী মওং শেম্মকপগী ইতিহাস খেন্নবননি হায়বদি তোঙান তোঙানবা Historical Development of Regional Vaisnava Music হায়বা রাফম অসি লাকপদগীনি।

শ্রীমন মহাপ্রভুগী মমাঙদসু কীর্ত্তন হায়বসিদি অদুম লৈরক্লবনি, অদুমনাদি ওইরগা মওংদা শাজৎতদি হৌজিক্কী ওইরিবা অসিদগীদি খেন্নে হায়রি। মতম অমগী চর্য্যাপদ হায়দুনা বৌদ্ধ তান্ত্রিক্তা মতেং পীবা গীতি সাহিত্যনি। চর্য্যাগীতিগী নাথ গীতি লৈরম্মী। চর্য্যাগীতিগী মতুংদা জয়দেবগী গীত গোবিন্দ, পদাবলী কীর্ত্তন নচিংবা মথং মথং লাকখি। ঐখোয়গীসু অদুমঙায় : মণিপুরদা ইহান হেক হান্না ক্যাম্বা নিংথৌ সনা হাক্তা

বিষ্ণু লাৎপদা লাইগী থৌগল তৌবদা শকখিবা ঈশৈগী মশক, অনিশুবদা চরাইরোংবা নিংথৌ সনা হাক্তক ফাওবদা মথং মথং চৎথরকপদা বৃন্দাবন চন্দ্র, জগন্নাথ অচৌবা, মদন মুহোনজী লাত্তুনা রাধা কৃষ্ণগী থৌগন তৌবদা শকখিবা কীর্ত্তনগী মশক, অহুমসুবদা গরীবনিৱাজ সনা হাক্তক্তা পালা লিংদুনা রামজী প্রভুগী থৌগনগীদমক কোক্তা শলাই য়েত্থুনা বংদেশ পালাদা শকখিবা, মরিশুবদা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা লৈবাকচাবা সেবক পালানা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌবা, অসুমনা মথং মথং নিংথৌ নিংথৌগী সনা হাক্তক্তা চৎথরকপা, শেমদোক্লকপা, চাওখৎলকপগী খোঙথাং মতুং ইন্না ওইরকপা হৌজিক ফাওবদা ওইনিবা সংকীর্ত্তনগী মশক পুন্নমক অসিদা খেন্নবা শোয়দনা লৈরিবনি। অদুবু বাংলাগীনা বাঙ্গালীগীনি মণিপুরগীনা মণিপুরীগীনি মান্নফম থোক্তে।

অতোপ্পা বাফম অমনা বাংলা চর্যাপদ বাংলা লোক সঙ্গীতকী মশক অমনি। মতাং অসিদা Dr Hare Krisna Mukhopadhyay না অসুমনা পল্লিঃ "পদাবলীর ভাষা বাঙ্গালা ও মৈঠিলী মিশ্রিত এক কৃতিম ভাষা, পদাবলীর ছন্দ, সংস্কৃত, প্রাকৃত ও বাংলার লোক সঙ্গীত হইতে গৃহিত"। হায়বদি পদাবলীগী লোন্দা অসিদি বাংলা অমসুং মৈঠিলী অনিনা যান্নশিল্লগা শেমদোকপা লোনদানি অদুগা ছন্দ সংস্কৃত প্রাকৃতনা বাংলাগী লোকসঙ্গীত হায়বদি খুনুং ঈশৈদগী লৌবনি"। অদুনদি খাঙেনবম ওজা গুলাপীনা তাকপীরম্বা ঐখোয়গী সংকীর্ত্তনগী ছন্দনী শাজৎসু মণিপুরগী লোক সঙ্গীত্তগী লৌই হায়বসিদা অকায়বা লৈতে হায়নিংই।

মসিনা মসিগী ওইখরে, মথক্তা ঐনা পঞ্জখিনা অবাং ভারতকীসু হিন্দুস্থানী সঙ্গীত লৈরে - খা ভাবতকীসু কর্নাটিক সঙ্গীত লৈখ্রে, ঐখোয় নোংপোক ভারতকীসু সঙ্গীত অমা লৈফম থোকইনা। লৈবসু লৈরিবনি, লৈনা লৈনা পুথোকপা ঙমদ্রিবনি। ঐখোয়গী রাগদি ভারতকী খ্বাইদগী লিরবা রাগ কয়া ঐখোযগী মণিপুরদসু ফংই। অরিবা হিন্দুগী রাগ কয়া কামরূপতা শিজিন্নে হায়বসি সঙ্গীত দামোদরদসু পল্লি। অসিমসু ঐখোয়না খঙই নোংপোক ভারত আসাম-নচিংবদা রাজনৈতিক অমসুং সামাজিক্তা মুসলমানশিংগী ইথিন করিমতা য়ৌরকখিদে। অসিনা তাকপদি অবাং ভারত্তা সঙ্গীতকী অহোংবা লাকখিবদু মতম অদুদদি য়ৌরকখিদে হায়বসিনি।

হিন্দুস্থানী সঙ্গীত মশক লাক্‌পদা তোঙান তোঙানবা লম দিল্লী, গ্বালিয়র, পাটিয়ালা, কোলহাপুর, জয়পুর, বারানসী, আগ্রা, মহারাস্ট্রনচিংবদগী ঘরনা ঘরনাগী সঙ্গীতকী মওং খোমজিনবগুম ঐখোয়গী নোংপোক ভারতকীসু খোমজিনবা য়াই। ঘরানা হায়বসিদি মফম মফম খুদিংমক্তা লৈনবা ঙাক্তনি 'লৈরক অমা শৈশক অমা' হায়বদুনি। ঐখোয়গী নোংপোক ভারতকী ঘরানা অনি লৈ হায়না লৌবা য়াই। (১) মনিপুরগী ঘবানা (২) কামরূপকী ঘবানা, অনি অসি লৈরবদি ঐখোয়না ইরাই লাইনা পুথোকপা য়াববনি।

অতোপ্পা মতেং অমনা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা খৃঃ ১৯৮১ দা পুথোকখিবা নট ম্যুজিককী সেমিনার অমদা পুথোকখিবা 'বাগ' শিং অদুগী বিকোমেন্দেসনদা উপলক্ষ অদুগী অবজারভর ওইবিখিবা Dr M R Goutam অমসুং R Satyanarayan অনিনা অনৌবা আশা অমা ওইনা A new finding অমা ফংখি। মখোয়গী laboratory দা কুপ্পা পবিক্ষা তৌদুনা য়েংবদা ঐখোযগী বাগশিং অসি কর্নটিক ম্যুজিক্কী মতুংইন্না শঙ্করাভবনা অমসুং হরিকাম্বোদীগী মেল অদুগা হিন্দুস্থানী ম্যুজিকতনা বিলাবল অমসুং খামাচ ঠাট কী শাগৈনি হায়বসিমদি খঙবা ঙম্মে। Raga Structure দি অবিবা Indian Musical Theory গী মাপ্পি হাযবনচিংবা তাকপিবকই। অদু ওইরবসু Theory খবদি ফংলে।

ভাবত্তা রাগ-রাগিনী গী মবমদা মখল মখলগী মত কযা লৈ। অফাওবা পণ্ডিত Sir William Jones না হিন্দু সঙ্গীতকী মখল মখলগী সংস্কৃত অমসুং পাবশ্যাগী লাইবিক কযা ইবিবা মীনি। 'তোফৎ-উল-হিন্দ' কৌবা পাবশাগী লাইবিক অদুদা হিন্দু সঙ্গীতকী মক ওইবা মত মবি লৈ হাযনা পল্লি মদুদি ঃ ব্রহ্মাগী মত, ভবতকী মত, হনুমন্তগী মত অমসুং কল্লিনাথকী মত। **মণিপুরগী নট সঙ্গীত্তা চৎনরিবা মত অসিদি নারদ সংহিত্যাগী মতনি হায়বদি মত অসিগী মখাদা লৈবা রাগ রাগিনিশিংদি, মালব, মল্লার, শ্রী, বসন্ত, হিন্দোল অমসুং কর্নাট রাগিনীশিংনি।।০।।**

# হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অমসুং নট সংকীর্ত্তন

**শ্রীদেবকিশোর শর্ম্মা**

*শগোলবন্দ মৈনো লৈরক*

হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অমদি নট সংকীর্ত্তন হায়না খঙনবা হিন্দু সঙ্গীত (Indian music) অনি অসি, সঙ্গীত সম্প্রদায় তিন্নদবা তোঙান তোঙানবা সঙ্গীত শৈলী অমমন্নি। হিন্দু সঙ্গীতকী মনুংদা মশক থোক্না স্থাপন তৌরবা সঙ্গীত শৈলী সম্প্রদায অনিখক লৈ। অহানবনা (দক্ষিনী) কর্নাটিক সঙ্গীত, অনিশুবনা (উত্তরী) হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অনি অসিনি। সঙ্গীত শৈলী (শৈহেক) হাযবসি য়াম্না লূ-নাল্লি. ঈংঙি অমসুং নৌই। যাম্না delicate ওইবা মরম্না অমগা অমগা ভোৎশিন্নখিদুনা সম্প্রদায়িক ওইবা মশক মাঙখিবা যাবগী অকিবা লৈ। মরম অদুনা মাগী মাগী মশাগী শৈহেক (শৈলী) অদু কলাকার মশা মশানা চেকশিন্না ঙাক্নুনা. ইশা ইশাগী ইশক মাঙখিদনবা থম্লরিবনি। দক্ষিনী অমসুং উত্তরী সঙ্গীত শৈলী অনি অসিগী গায়ন শৈলী হায়বদি শৈশক মশা মশাগী তোঙান তোঙান্না লৈজে। উত্তরী হিন্দুস্থানী সঙ্গীত শৈলী (শৈহেক) অসিগী গাযন শৈলী হায়বদি শৈশক খরদং লৌখৎলবদা—**ধ্রুপদ, ধমার, খ্যাল, টপ্পা, ঠুমরী. হোলী, গজল, কব্বালী, ভজন, কীর্ত্তন, গীত, কজরি** অসিনচিংবা। গায়ন শৈলী কীর্ত্তন অসিগীসু মশাগী শাখাশিং লৈরী, মদুদি **নামকীর্ত্তন, মাহিমাকীর্ত্তন, গুনোৎকীর্ত্তন, লীলা কীর্ত্তন** অসিনচিংবা।

**লীলা কীর্ত্তন :** ভারতবর্ষদা লীলা কীর্ত্তন হৌরকপগী মতম অসি ৬ শুবা শতাব্দীদা দক্ষিন ভারত্তা বৈষ্ণব কবিশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমলীলা শকপা হৌখি, মতম অসিবু অহানবা ভক্তি আন্দোলন হায়না খঙনৈ। মসিনা মথং মথং পাকথোরক্লুনা ১২ শুবা শতাব্দীদা বঙ্গদেশ য়ৌরক্লুনা

কবি জয়দেবনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেমলীলা মধুর-রসপু মহাক্কি গীতগোবিন্দনা শকপা হৌখি। অসিগী মথংদা ১৫ শুবা শতাব্দীদা খ্বাইদগী মপুং ফাবা অসুবা মূর্ত্তিদা, শ্রীরাধাকৃষ্ণ কীর্ত্তননা বঙ্গদেশ অপুম্বা থুমখি। মতম অসিবু অনিশুবা ভক্তি আন্দোলনগী মতম হায়না খঙনৈ। মতম অসিদা বঙ্গদেশকী বৈষ্ণব কবিশিংনা, ঙসি ঐখোয়গী মাঙদা লৈরিবা বৈষ্ণব পদাবলী ময়াম অসি পুথোকপিরম্বনি। হৌজিক্কী অনৌবা যুগ অসিদদি মতিক চাবা বৈষ্ণব পদকর্তা লৈরক্তবা মরম্না, অনৌবা পদাবলীদি মরাং কাইনা থোক্লককপা উবা ফংদরে। মরমদি, পদকর্তা অমা ওইবদা চঙবা গুণ অসি - অধ্যাত্মবিদ্যা বেদান্ত দর্শন মুন্না খঙবা, রস শাস্ত্র মশক থোক্না হৈবা, অলঙ্কার শাস্ত্র অমদি গীতিকাব্যগী বিচার কুপ্না খঙবা, অদুগীসু মথক্তা কবিত্ব শক্তি লৈবা কবিনা ইদ্রবদি বৈষ্ণব পদাবলী ওইবা ঙমদে, মরম অসিনা অনৌবা পদকর্তা লৈরক্তবদগী অনৌবা পদাবলী মরাং কায়না ইবা ফংদ্রে।

হিন্দু সঙ্গীতনা করম্বা মতমদগী মতৌ করম্না শাস্ত্রীয় সঙ্গীত ওইরকপা, অমদি স্বরনা সঙ্গীতকী মথ্বাই করম্না ওইখিবা হায়বা অসিগী মরমদা খরদং নৈনজগে। খৃষ্টগী মমাং চহি ২০০০ দগী ৩০০০ ফাওবা অসিবু বৈদিক যুগ হায়না খঙনৈ। ঋগ বেদদা বীনা, বাঁশী, ডমরু, উবা ফংই। বীনা যন্ত্র অসি শাবা মতমদা শ্রুতিগী পাদম য়াৎলগা শাদ্রবদি বীনা যন্ত্র ওইবা য়াদে, মরম অদুনা বৈদিক যুগতা শ্রুতি ২২ লৈরে হায়বসি খঙবা ঙম্মি। সপ্তস্বরনা সামগান তৌই হায়না সামবেদদা উবা মরম্না, শ্রুতি ২২ না সপ্তস্বর সেম্বা লোইরে হায়বসি খঙবা ঙম্মি। শ্রুতি অমসুং সপ্তস্বর অসি বিজ্ঞানগী পান্থৈনা শেমদ্রবদি স্বর ওইবা য়াদে, মরম অসিনা সঙ্গীতকী মথ্বাই ওইরিবা স্বর অসিনা তাক্লিবদি, সঙ্গীত হায়বা কলা অসিদা বিজ্ঞানগী শরুক চাওনা য়াওরি। মদুগী প্রমানদি - মীওইবনা চুম্না ৱাবি শাঁবদা হৌরিবা (ৱাংলিবা) খোম্থাং অসিবু মধ্যম গ্রামনি হায়না লৌনৈ, মধ্যম গ্রামগী স্বর অসিদা মী অনিনা চপ মান্নৱা লাউমিন্নরগা অমনা অসুম অসুম ৱাংখৎখিবদা, হাম্নগী স্বর অসিগা অমত্তা ওইনা তিন্নরকই, অসুম অসুম, ৱাংখৎখিবা খুদিংগী হন্না হন্না তিন্নরকপা অসি লোইবা খম্বা নাইদে। স্বর অনেম্বগা

অৱাংবগা তিন্নরিবা অসিবু গ্রাম হায়না খঙনৈ। গ্রাম অমবু নাকোংনা তাবা ঙম্বা চাংদা বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা মতুপ্ ২২ থোক্লা খাইদোকই মদুবু শ্রুতি হায়না কৌই। শ্রুতি ২২ অসিনা সারে-গ-ম-প-ধ-নি-স্বর। অসিদা য়েহ্নোক্তুনা সপ্তস্বর অসি শেম্মী। সপ্তস্বর অসিনা গীত ঈশৈ হায়বসি শকই। বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা সপ্তস্বর অসি শেম্বা মরম্না, পৃথিবীগী লৈমাইথক্তা লৈরিবা জাতি খুদিংমক্না শক্করিবা ঈশৈ পুম্নমক অসি অমখক্তনি, অনি সুদে হায়বদা অরানবা মচেৎ অমত্তা য়াওদে। অদুবু ঐখোয়না তাবদদি ইংলিশ ম্যুজিক, চাইনিজ ম্যুজিক, আরব্যান ম্যুজিক অমদি ইন্দিয়ান ম্যুজিক হায়না তোঙান তোঙান্না তাবা ফংই। মসিগী মরমদি মথক্তা হায়খ্রিবা সঙ্গীত শৈলী (singing style) অদুনা তোঙান তোঙান্না তাবনি। মরম অসিবু খঙদবা কলাকারশিংনা অতোপ্পা সঙ্গীত শৈলীগী প্রয়োগ কৌশল (Technique) শিংবু মশাগী সঙ্গীত শৈলীদা হাপচিল্লুবদগী মশাগী সঙ্গীত শৈলী অদু মাঙহন্নবগী মরম ওইরকই।

**নট সংকীর্ত্তন** — ঙসি ঐঙোন্দা পীবিরিবা বিষয় অসি হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অমসুং নট সংকীর্ত্তন হায়বা অসিনি। হিন্দুস্থানী সঙ্গীত হায়বা অসিনা সঙ্গীত শৈলীনি (শৈহেক), অদুগা নট সংকীর্ত্তন হায়বা অসিনা গায়ন শৈলী (শৈশক)নি অদুবু নট সঙ্গীতকী গায়ন শৈলী কীর্ত্তনবু নট সংকীর্ত্তন হায়না চৎনখিবা মরম্না চুম্বা লানবগী ৱাফম লৈত্রে, ঐখোয়গী চৎনবী লোন ওইখ্রে। অদুবু ৱাহৈ খরা অসি ঐনা পঙ্গক্নবগী মরমদি - শাস্ত্রগী বিচার তৌরকপদা শব্দগী অর্থনা তোঙানবা ভাব পুখিদনবা হৌদোকচবনি।

খৃঃ ১৪৬৭ তা মণিপুর নিংথৌ ক্যাম্বনা বিষ্ণু মন্দির শাদুনা সন্ধ্যা কীর্ত্তন তৌবা হৌদোকখি। মসিনা, মথং মথং চাওখৎলক্তুনা চহি ৩০০ শুরকপা মতমদদি বংদেশ পালা কীর্ত্তন (বঙ্গদেশ পালা কীর্ত্তন) হায়না খঙনদুনা মপুং ফারবা পালা কীর্ত্তন ওইরকপা মতমদা রাজশ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী শাখাদা শ্রীরূপ পরমানন্দদগী গৌড়ীয় দীক্ষা তৌদুনা মৈতৈ পুন্নমক্না লোয়নননা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ওইখি। নিতিগী সঙ্গাই মাঙ্গোনদা তৌবা শ্রীভাগবত পাঠদা ভক্তি সিদ্ধান্ত ঠাকুরগী

ভাগবত ব্যাখা চহি শাংনা তারক্লবদা জগোইনা তাইবংপানবগী মপুবু উপাসনা তৌবা লাইনিং মনাং "লাই হরাওবা" কৌবা অসি রাজর্ষিনা ভাগবত ধর্ম্মনি হায়না লৌই। মসিনা মরম ওইদুনা জগোইনা ঈশ্বরবু উপাসনা তৌবা লাইনিং মনাং নট সঙ্গীত শেমগৎতুনা শ্রীগোবিন্দদা নট সংকীর্ত্তন কৎলম্মী।।০।।

১৮/১০/৯৪

# "নট সংকীর্ত্তন অমসুং শাস্ত্রীয়তা"

**শ্রী লাইশ্রম বীরেন্দ্র**
*য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই*

সঙ্গীত শরুক অনি থোক্লা খাযদোকই ঃ শাস্ত্র (Theory) অমসুং সাধনা (Practice) হায়না। মরম অসিদগী শাস্ত্র অমসুং সাধনা হায়রিবা অনি অসি সঙ্গীত তম্বদা য়াওদুনা লাক্লবা হিরম ঙাক্তনি। তৌবগীবুদি সাধনা অসিনা music-culture মরু ওইবা থৌদাং, শরুক লৌজরবসু শাস্ত্র অসিনা মপুঙ ফাবা সঙ্গীতকী সাধনা অসিবু খঙননবগী পাম্বৈ অমসুং শৈলী খঙননবা হোৎনবগী থৌদাং লৌরি। শম্না হাযববদা সাধনানা সঙ্গীতকী মগুন খঙহল্লি অদুগা শাস্ত্রনা সাধনাবু অচুম্বা লম্বীদা পুননবা লমজিংবদা মথৌ চাউনা লৌবি।

সঙ্গীতকী শাস্ত্র (Theory of music) হায়বসি করিনো? ঈশৈগী ব্যাকরন (Theory) গী মওং অদুতবুরা? সাধনাদগী হেন্না ৱাংবাজাৎলা নত্রগা সাধনাগী প্রতিপুরক্লা? শাস্ত্র হায়বসিদা ঐখোয়দা শন্দোকনা তাকপা ঙম্বা কল্পনাগী ৱাখল য়াওরি, সঙ্গীতকী মরু ওইবা মচাক খোমজিনবা ঙম্মী। অমরোমদা মসি সঙ্গীতকী শিক্ষাদা অরোইবা পানদমফম ফংননবা হোৎনবদা খঙননবা শিজিন্নবা খুৎলায়নি হায়বা য়াই। মসিনা অৱাংবা থাক্কী আদর্শ অমদি ভক্তিমার্গরোমদা খঙহন্নবা মায়কৈরোমদশু পুশিল্লি হায়বা ফাওবা য়াই। তশেংবমক্তি, শাস্ত্র, সাধনাবু প্রতিপূরক ওইনা থৌ পুরিবনি, শাস্ত্রনা লমজিংবগী থৌদাং হায়বদি সঙ্গীতকী চৎনবী অমসুং মুল নীতিনি, লোয়ননা সঙ্গীত সাধনাগী উপভোগ ফংননবা লমজিঙবিনবা উপায়নি।

শাস্ত্র হায়বশি ব্যাকরনগী মশক য়াওই, ইতিহাশকী মশক য়াওই, স্বনবিদ্যা শ্রুতিবিদ্যা য়াওই, পটশিলপ য়াওই, মনস্তত্ব বিদ্যা য়াওই, সৌন্দর্য বিজ্ঞান বিষয়ক অমসুং দর্শনিক ময়াম অসিনা সঙ্গীতকী মপুঙ ফাবা সংজ্ঞা হায়বদু ওইগদৌরিবনি।

(১) ব্যাকরন ঃ- মসিদনা স্বরগী, খোঙ্হোঙ্কী সুরগী, তালগী, লয়-মাত্রানচিংবগী চৎনবী মরু ওইবা নিয়মনচিংবা য়াওরি।

(২) ইতিহাস ঃ- সঙ্গীতকী মতম হায়বদি করম করম্বা মতমদা করম্বা যুগতা হোংলকপা মওং শাজৎ শুনা তাক্কদবনি।

(৩) স্বনবিদ্যা শ্রুতিবিদ্যা (acoustics) ঃ- খোঞ্জেলগী অমসুং মখোলগী ইথক মতৌ মওংদা যন্ত্রগী মখোল, মীওইবগী খোঞ্জেলগী কুপলবা খোঙচৎ অহাংবা মালংদা শব্দোকখিবগী বিজ্ঞানগী মতেংতনা খঙবা ঙম্বা মখোলগী মগুন অসিনচিংবা।

(৪) (Iconography) পট শিল্প ঃ- রাগ রাগিনীগী তোঙান তোঙানবা মমি ওইনা শকলিবা তারিবা মীপুম খুদিং পুক্লিংগী পরিমন্দলদা ফাওরকপা মশক অদুবুনি।

(৫) মনস্তত্ব বিদ্যা (Psychology) ঃ- মসিসু কলাকার অদুনা ফাওহনবা পুক্লিংগী ওইবা মওংনি সঙ্গীতকী ক্ষেত্রদা য়ামনা চাউনা মথৌ অমা পুই। মসিনা মীওইবগী থম্মোইদা ফাওহল্লকপা ইথিল ঈশৈগী ঋাখল হেক পিক্লিবা অঙাংদগী হৌরদুনা অহন ফাওবদা ফাওহনবা ঋাখলনি।

(৬) (Aesthetic) সৌন্দর্য্য বিজ্ঞান ঃ- তোঙান তোঙানবা খোঙ্হোক অমসুং সুরদা পুক্লিংদা ফাওবা ইথিল পীবা সঙ্গীতকী চাউরবা মচাক অমনি।

(৭) দর্শনিক (Philosophy) সঙ্গীতকী দর্শন অসিদি সঙ্গীতকী তশেংবা মওং, মগুন খঙবা ঙম্বদি সঙ্গীতকী দর্শন অসিতনি হায়না ভারতকী দর্শন শাস্ত্রগী মীওইশিংনা লৌই। সঙ্গীতকী গায়ক অমদি শ্রোতা শিংবু মপাল নাইদ্রবা শান্তি অমসুং নুংঙাইবগী লাইরৈবাকতা পুবা ঙম্বদি সঙ্গীতকী দর্শন অসিতননি হায়বসি পুম্নমক্না থাজনৈ।

পুন্নমক অসি সঙ্গীতকী শাস্ত্রদা য়াওরি।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা নারদনা মহাক্কী শিকসাদা অসুমনা ইরম্মী ঃ

লৌকিকং চ বৈদিকং চ গানং দশগুনযুক্তম

তু বৈদিকং কার্য্যমিত্যুক্তম।

হায়বদি বৈদিক্কী সামগানদসু লৌকিক (দেশী) দসু শাস্ত্রিয় ওইবা মশক্কী ঈশৈদা গুন তরা অসি য়াওই লোয়ননা ঈশৈ অদুদা তশেং তশেংনা তোঙান তোঙান মশক অমসুং মওংদা উবা ফংই গুনশিং অসিনা রাগশিংবু ফজহল্লি। মমাংঙৈগী musicologists শিংনা গুনশিং অসিবু ফোরমুলা ওইনা শেম্নম্নবনি।

(১) রক্তম ঃ- বিনাগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা থোক্রককপা ঈশৈগী নুংশিরবা শৈশক্লা মীওইবা অমসুং শা ফাওবগী পুক্লিংবু, থৱায় য়াওনা খংনিঙবা পোকহনবা অমসুং পেলহনবা ঙম্বা।

(২) পূর্ণ ঃ- ছন্দ, পদ অমসুং অক্ষরনা শ্বর অমসুং শ্রুতিগী মপুঙ ফাবা মশক শেম্নরকপদা মতেং পীবদু তশেং তশেংনা উৎপা ঙম্বা। অদুবু তুংদা লাকপা ম্যুজিকোলোজিষ্টশিংনদি শ্বরগী মথং মনাউ নাইনা শিজিন্নবকপদা উদাবা, মুদারা, তাবা, সুনা শিজিন্নবা অদুবু পূর্ণ কৌই হায়নসু হায়নৈ।

(৩) অলংকৃত ঃ- শ্বরগী খোম্থোক অৱাংবদা অনেম্বদা ইরায় লায়না উৎপা ঙম্বা। অমরোমদা হায়নিংলিবা খোম্থোক্কুনা ফজনা থোকহনবা ঙম্বা।

(৪) প্রসন্ন ঃ- ইরায় লায়না খংহনবা ঙম্বা।

(৫) ব্যক্ত ঃ- পদশিং অদু ফোঙদোকপদা ধাতু (music-parts), কথা (words), ছন্দ (metres), শ্বর (notes) অমসুং রাগ পুন্নমকনা মপুঙ ফানা উৎপা।

(৬) বিক্রুষ্ট ঃ- ৱারেং অমসুং ৱাহৈ মশক শেংনা খঙহনবা ঙম্বা। করিগুম্বা অতমদসু অৱাংবা শ্বরদা শেংনা উৎপা ঙম্বা।

(৭) শ্লাক্ষন ঃ- তোঙান তোঙানবা ঈশৈগী চাংচৎতা মচা তানা ফজনা উৎপা ঙম্বা অমসুং বিলম্বিত ওইবা অতপ্পা চাংচৎতনা লায়না শেংনা উবা ঙমগনি।

(৮) সম ঃ- বর্ন মরিগী শাজৎ (four melodic movements) লয় অমসুং মাত্রাদা মফমচানা শেম্বা।

(৯) শুকুমার ঃ- তোঙান তোঙানবা শপ্তক কী শ্বরশিংদা ঈরায় লায়না ফজনা উৎপা ঙম্বা।

(১০)পদ খুদিঙদা, ময়েক্তা, শ্বর খুদিঙদা ইতিং তিংনা ফজনা নুংশিনা খঙহনবা।

অসিনি থায়নগী (Musicologist) শিংনা শাস্ত্রিয় ওইবা মখলগী ঈশৈশিংদা লৈগনবা গুন তরা হায়না লৌনরম্মীবা।

ফরে মসিনা মসিগী ওইখ্রে মনিপুরদা বৈষ্ণব করম্না লাকখি করম্বা মখলগী বৈষ্ণব লাকখি? অদুগা কীর্ত্তন শকপা অসিনা করম্বা মতমদগী হৌখি? কীর্ত্তন শকপা হায়বসি নোংপোক ভারত্তদনি হায়বা য়াই নোংপোক ভারত্তা শক্রিবসি বেঙ্গল, আসাম, মণিপুর অসিনি, অৱাং ভারত্তী মীরাবাইগী ভজন, তুলশীদাসকী ভজন, তুকারামগী ভজন অসিনচিংবা - নোংচুপ ভারত্তনা মহারাস্ত্রগুম্বদা অভংকারবনচিংবা - খা ভারত্তনা ত্যাগরাজকী পুরন্দরদাসকী মখোয়সু কীর্ত্তনসু হায় তৌবদি কীর্ত্তনগী গুন লৈনা শকপদি নোংপোক ভারত্তদনি হায়নৈ নোংপোক ভারতকী ওইনা নৈনরবদা ঃ বাংলা লৈবাক্কী বৈষ্ণবতি চৈতন্য দেবগী স্কুলগীনি মণিপুরগীসু চৈতন্যদেবগী স্কুলগীনি, আসামগীদি সঙ্করদেবগী স্কুলগীনি। মণিপুরদা বৈষ্ণব লাকখিবসি ক্যাম্বা নিংথৌ হাক্তক্তনি তরামঙাসুবা শতাব্দীগী অঙনবদা মণিপুরদা বাংলা লৈবাক্তগী কীর্ত্তন শকপা লাক্কুনা কীর্ত্তন শকপা হৌখি হায়না রেকোর্দ তৌদুনা লৈরে হায়রি।

ক্যাম্বা মহারাজনা চৈতন্যদেবদগী চহি ১৮ হল্লি। শঙ্করদেবনা ক্যাম্বা মহারাজদগী চহি ১৮ হল্লি। শঙ্করদেবনা চৈতন্য দেবদগী চহি ৩৬ হল্লি। বাংলাগী অথোইবা বৈষ্ণব ঠাকুর নরোত্তমনা বৃন্দাবন্দগী হল্লকখিবসি ১৫৮২ দনি মতম অদুদদি চৈতন্য দেবদি নোংগাখরে, ক্যাম্বা নিংথৌসু নোংগাখরে। মথক্তসু পঞ্জখরে মণিপুরগী বৈষ্ণবকী স্কুলদি বাংলা লৈবাক্কীনি হায়না অদুগা অসিমসু হায়নৈ The Manipuri style of Kirtana owes it debt to

Thakura Narottama, as Narottama went to different places of Assam, to propogate his new style of Kirtana, together with the Vaisnava religion. মসিমসু হায়রি After Thakura Narottama, his worthy desciple Ganga Narayan Chakravarty also made similar tour round Assam and Manipur. শঙ্করদেবনা কন্না ময়ুম থাদোক্তুনা ধর্ম্ম শন্দোকপা মতমদদি চৈতন্যাদি পোকত্রি। মরম অদুনা শঙ্করদেবগী মতমদা অসাম ফাওনা মণিপুরদা বাংলা লৈবাক্তগী কীর্ত্তন শকপা লাক্রম্মোই। লাকপা তারবসু খাগেম্বা মহারাজ হাক্তক্তগীদি ওইরমগনি।

অসামগী neo-Vaishnavism ঃ শঙ্কর দেব ( ১৪৪৯-১৫৬৮) না লিংখৎখিবনি। শঙ্কর দেব অমসুং মহাক্কী সেবক মাধবদেবগনা বরগীত, অংকীয়গীত, কীর্তনঘোষা, নামঘোষানচিংবা ধর্ম্মগী শৈশক কয়া ইখি। মখোয়গী মনুংদগী বরগীতকা, অংকীয়গীত অনি অসিদি আসামগী বৈষ্ণব সঙ্গীত্তা শাস্ত্রিয় সঙ্গীতকী মনুংচনবা য়াই হায়না মহেশ্বর নেয়গনা হায়খি। অনি অসিদা য়াওরিবা ঈশৈশিং অসি রাগ য়াওবা ঈশৈ ঙাক্তনি অতোপ্পা অমনা আসামদদি রাগিনী লৈতে মসিনা তাকপদি মসিগুম্বা শাজৎ অসিদগী শাস্ত্রিয় সঙ্গীতনি হায়না লৌনখিবা হায়বসিনি।

অদুবু লুরিবদি রাগশিং অদুগী স্বরশিং অদু হৌজিক্কী চৎনরিবা হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অমসুং খা ভারতকী সঙ্গীতকী মশক্কা মান্নদে। আসামদদি মরী পানবা নত্রগা অকাম্বী যন্ত্র অসি বৈষ্ণব ছাত্রশিংদসু নাম-ঘরশিংদসু হৌজিক শিজিন্নরক্রে হায়না হায়রি। মতম অদুদা শিজিন্নরম্বা রাগশিং অদুগী স্বরশিং অদুগী অইবা অমত্তা ফাওবা থম্লক্তে অদুগী মথক্তা ঈশৈ তম্লকপা মতমদসু চীঙ্খাংদগী চীঙ্খাংদা ঙাক্তা ওইনা তম্নরকপা অসি পরম পরাদগী চৎথরকপনি হায়নসু ফোঙদোক্রি। রাগগী শাজৎসু ছাত্র-ছাত্রগী ওইবা খেন্নবদি খর খরদি লৈ হায়নৈ। অদুবু মীওই খরনা মপানগী style হাপচিন্দুনা বরগীতকী অহোংবা অমা লাক্দরা হায়বসি শ্রী নেয়োগনা নুংশা থিরি। অদুবু য়রিবখৈ রাগ ময়াম অসি খোমজিন্নগা অরাং ভারতকী অমসুং খা ভারতকী রাজ্যশিং অসিগা খেন্নরিবা অসি থিজিনবা ফৈ হায়না খন্নৈ। ১৯৫৭ অদুবাইদা মখোয়গীসু Bargit Research (Preliminary

Committee) হায়বা সংস্থান অমা শেমখি Dr. Maheswar Neog না Secretary নি, Ravi Srimati Sabita Devi, Hon. Secretary, Assam Sangit Natak Academy, নচিংবা মীওই খরনা Office bearer ওইদুনা থবক চংথখি। মহাক্না অমুক মত পীরি - শঙ্কর দেবনা শেম্লম্বা রাগগী মশক অদু হৌখিবা চহি ৪০০ হেল্লবা অসিদদি মতুং তাহৌবা গায়ন বায়নশিং অদুনা চেকশিনহৌদবদগী ভসি মাঙথরক্লুনা হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী মওংগা মান্নদবা অসি থোকখিবা ওইরমগনি হায়না মীওই খরনা ভাংনেবা অদু মাসু য়ানিংই হায়খি।

হৌজিক বাংলাগী পদাবলী কীর্ত্তন অমদি নরোত্তম ঠাকুরনদি রস কীর্ত্তন নত্রগা লীলা কীর্ত্তন অসিগী মতাংদা খরদং লৌখৎচগে চৈতন্য দেবনা নাম কীর্ত্তন হৌদোকলম্মী - ১৬শুবা শতাব্দীদা নরোত্তম ঠাকুরনা কীর্ত্তন অসিবু 'ধ্রুব প্রবন্ধ গীতি' হায়না থোন্দুনা ময়ামদা শন্দোক্লম্মী। খৃঃ ১৫৮৩ দা মতম অদুগী শাস্ত্রিয় সঙ্গীত্তা শক খঙলবা গোবিন্দ দাস চক্রবর্ত্তীনচিংবা পণ্ডিত কয়ামুক্না পদাবলী কীর্তন অসিদা আলাপ, রাগ কয়াদা কুপলবা শ্রুতি, স্বর অরিবা গ্রামদা স্বর তরেৎকী মুর্চ্ছনা, তাল, লয় কয়া য়াওনা পদাবলী কীর্ত্তনসি ফজহনখি আচার্য্য নরহরি চক্রবর্ত্তী অমদি ঘনশ্যাম দাসনসু মসিগী মরমদা ভক্তি রত্নাকরগী মাপলসুবা অধ্যায়দসু পল্লি। মরম পুন্নমক অসিদগী কীর্ত্তন অসি কীর্ত্তন প্রবন্ধ গীতি শাস্ত্রগী মওংগী ঈশৈনি হায়না লৌনখি। অদুবু অৱাবদি মীওই কাংলুপ খরগী মায়কৈদগী মখোয়গী রাখলদা পদাবলী কীর্ত্তন অসিদি লোক সঙ্গীতনি ভজনগুম্বা লাইশোন ঈশৈনি অদুনা মসিদি শাস্ত্রিয় সঙ্গীত্তগী পুমতোপ তোপ্পী হায়না মত পীরি। অসিগুম্বনা হন্থনা খল্লিবশিং অসিনা কীর্ত্তনগী হৌরকফমগী অশেংবা ইতিহাস অদু মশক খঙদবদগীনি হায়না লৌনৈ।

নরোত্তম ঠাকুরগী লীলা কীর্ত্তন অমদি রস কীর্ত্তন হায়বসিগী তোপ-তোপ্পা গায়ন শৈলী লৈজে, মহাক্না মদু গাদেরহাট পরগনাগী মিং লৌদুনা গারেনহাটি হায়না লিংখৎখি। শৈসক অসি লুমন্দুনা তপমন্দুনা মীনা কয়া পাম্নখিদে। খরা লৈরগা বিপ্রদাস ঘোষনা মহোরসাহী পরগনাগী মিং লৌদুনা মনোহরসাহী হায়বা অমা লিংখৎখি। ঠাকুর গোকুনানন্দনা রেনিটি,

বেনীদাসনা মন্দারিনী অদুগা কবিন্দ্র গোকুলনা ঝাড়খণ্ডি হৌদোকখি। অদুবু হৌজিক্তি ইকাউ কাউনখ্রে শরুখিদরে।

ঘনশ্যামদাস নরহরিনদি কীর্ত্তনীয়া শিংনদি হৌজিক ফাওবদা গীত প্রকাশ, সঙ্গীত পারিজাত, সঙ্গীত শীরোমনি, সঙ্গীত রত্নমালা বাচস্পতি, সঙ্গীত দামোদর, সঙ্গীত নারায়ন অসিনচিংবদা য়াওরিবা চৎনবী নিয়ম, পুন্নমক ঙাক্লা চৎলি। কনামতনা শাস্ত্রিয় ওইরবা চৎনবী নিয়ম অসিবু কনামতনা থুগাইবা ঙম্লোই হায়না তাক্লি। শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী রাগ, তাল পুন্নমক ঙাক্লা ভারতকী নাট্য শাস্ত্রগী মতমদগী চৎনরক্লবা সংকীর্ত্তন হায়বদুগী মতুং ইন্না চৎনরক্লবনি। হৌজিক্কী বৈষ্ণব পদাবলী কীর্ত্তনগী রুহিদসু চেকশিন্না ঙাক্কুনা চৎলি হায়না তাক্লি।

বৈষ্ণব (savants) শিং কৃষ্ণদাস কবি রাজ, কবি-কর্নপুর, রাধামুহোন ঠাকুর, ঘনশ্যাম-নরহরিদাস অতৈ অতৈ কয়ানা পদাবলী কীর্ত্তন অসি শাস্ত্রিয় সঙ্গীতনি হায়বসি মখোয়গী লাইরিক গোবিন্দ লীলামৃত, আনন্দ বৃন্দাবন চম্পু, পদামৃত সিন্ধু, সঙ্গীত শাস্ত্র সংগ্রহ, ভক্তি রত্নাকর, গীতচন্দ্রদয়নচিংবা লাইরিক কয়ানসু য়াখ্রবনি।

হৌজিক মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনদা শাস্ত্রিয় হায়বগী মতাংদা লাক্লে। মণিপুরসু বাংলাগী পদাবলী কীর্ত্তনদগী নরোত্তম ঠাকুরনা হৌদোকপা লীলা কীর্ত্তন অমদি রস কীর্ত্তন হায়রিবা অসিসু অদুম্মক চৎনৈ ভাব-রস চপ মান্নে খেন্নরিবা হায়ববু রাগগী মশক লম লমগী চৎনবী মতুং ইন্না কীর্ত্তনগী মশক্তা খেন্নরকপা খরদুতনি, মরুওইবা শাজৎতি অমত্তনি। সংকীর্ত্তনগী ব্যাকরনগী শরুক্তি শ্রীনরহরি চক্রবর্ত্তি নত্রগা ঘনশ্যামদাসনা ইবিরম্বা সঙ্গীত সার সংগ্রহ রাগ রত্নাকর অমসুং গীতচন্দ্রদয় কৌবা লাইরিক অদু মৈতৈ লোন্দা পদ্মশ্রী পণ্ডিত সুরচান্দ শর্ম্মানা মৈতৈ লোন্দা সম্পাদন তৌদুনা ইথোক্কুনা লৈরে মসিদা লোইনা য়াওরবনি। ঐজ্ঞানা তাকপিরি মতম অমদা ঐখোয়গী লাই ওইখ্রবা অহনশিং অদুগী মখুৎতা বেঙ্গলদা ফাওবা ফংদ্রবা লাইরিক কয়া ঐখোয়গী অহল লমনশিং অদুগী মখুৎতা লৈরম্মী হায়না তাকপী। রাগ রত্নাকর হায়বা লাইরিক অদু বেঙ্গলদা ফংদদুনা কলিকত্তাদগী লাক্লগা ঐজ্ঞাগী মখুৎতগী খোমখি হায়না তাকপি।

মসিদগী, খণ্ডবা ঙম্মী মদুদি থায়নগী ওঝা, গুরুশিংনা কয়াগী মতিক মাঙজিন থানা সঙ্গীত কলাদা শ্রদ্ধা লৈরম্বগে হায়বদু ঐখোয়না উরে হায়না ঐজ্ঞানা তাকপি। অসিগুম্বা গুরুশিং অসিবু ঐখোয়না মতম পুমনমক্তা কোক নোনজফম থোকই।

অদুনদি অহনশিং অদুনা ব্যাকরনগী শরুক মখৈদি লোইনা শেম্বীরমলে। তৌবতবু রাগ রাগীনিগী মতাংদা খজিক্তং চমমনরি। মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তনদা চৎনরিবা রাগগী মশক্কা হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী মশক্কা মমিঙ মান্নরবসু খোঙ্গোক্তদি মান্নদে। বাংলা পদাবলী কীর্ত্তন য়াওবা রাগগসু মমিং মান্নরবসু হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী রাগ রাগসু খৈন্নে। আসামীগী বরগীতকী রাগ মশক্কসু হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী রাগগী মশক্কসু খৈন্নে। খা ভারতকী মশকসু খৈন্নে।

মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা Western Musicologist Alain Danielou হায়বা নিপা অমনা অসুমনা ইরম্মীঃ Though the many schools of music in Indian today each lay claim to the same ancient treaties, there are important differences in the music of the various parts of India. Hardly any of the modes of South Indian music are exactly indentical with those of the North Indian. Even in the North, ragas and styles greatly differ from one province to another.

Musicologist অসি মুন্না কুপ্পা থিজিল্লুরবা মতুংদা চমমনরবা ময়াম অসিগী (solution) অমা পুথোক্লকপনি। ঐনা মণিপুরগী রাগগী মতাংদসু হৌখিবা চহিগী মীফমদসু পঞ্জখ্রে অমুক পঞ্জররোই। সঙ্গীতকী খোংজেল অরেপ্পা লৈতে চাউখৎপগী মতুং ইন্না হোংলকই শেমদোক্লকই ঐখোয়গী ওজা গুরুশিংগী মফমদগী মখোয়দগী 'সাধনা' শিংদগী লৌশিনহৌবা খোমজিনহৌবা নত্তনদি 'শাস্ত্র' গী শরুক শাজিনবা ঝাগনি। মরু ওইবা লেঙদ্রবা 'শাস্ত্রবুদি' হান্নদগী লৈজরবসু অহোংবা নাইবা সমাজনিনা 'শাস্ত্র' গী মশকসু হোংলোই হায়নিঙাই লৈতে। অহোংবা অদুনা সমাজদা অকায়বা লাক্লবদি মদু ময়াম্না থিংবিহৌনবা হোৎনবসু মথৌ তাগনি।।০।।

# মণিপুরদা চৎনরিবা সংকীর্ত্তন অহুমগী মওং
# "মনোহরশাই"

**শ্রী অহঙ্খেম ব্রজচান্দ সিংহ**
*কৈশামথোং অহঙ্খেম লৈকাই*

মণিপুরদা চৎনরিবা সংকীর্ত্তন অহুম হায়বসিদা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা তাক্লিবসি — (১) অরিবা নৎত্রগা বংদেশ, (২) মনোহরশাই অমসুং (৩) অনৌবা নৎত্রগা নট, অহুম অসিবুনি। অহুম অসিগী মথক্তা "ঢপ" (**চৈতন্য সম্প্রদায় ঢপ, ঝুলন ঢপ অমসুং দেবী ঢপ**) অসিসু চংনৈ। ঐখোয়না নৈনগদৌরিবসি মথক্কী সংকীর্ত্তন অহুম অসিগী মরমদা, থোইদোক্লা মনোহরশাইগী মতাংদনি। মওং অহুম অসিগী মনুংদা মণিপুবদা ইহান হান্না লাকখিবদি মনোহরশাইনি।

নিংথৌ ক্যাম্বনা পানবা মতমদা বিষ্ণুপুরদা মন্দির শাদুনা বিষ্ণু লাৎপা হৌবা মতমদা আরতি শক্লবা কীর্ত্তনিয়া থিবদা অঙাবা অমা ওইখি হায়নৈ। মৈতৈনা তৌবা ঙম্বা থবক নত্তে মীতোপ মীয়ান লংখাই থাংবা থিয়ু হায়দনা লৈবাক শীনবা থুংনা মী থাদোক্তুনা কোয়থি থিবদা ফংদুনা বাঙ্গলা কীর্ত্তনগী (মনোহরশাইগী) আরতি কংখি হায়নৈ। মসি অইবা লাইরিক্তদি থেংনবা নত্তে, ওঝাশিংনা ৱারী তৌনবদা তাজহৌবনী মসিগী মতুংদা অমুক নিংথৌ পামহৈবগী হাক্তক্তা নিংথেম পুখ্রী হোঙ্বদা মনোহরশাই (বাঙ্গলা কীর্ত্তন) শকখিবগী ৱা নিংথৌরোল্ কুম্বাবদা য়াওরিঃ-

**"নোংদা লাইগী কুমশিং ১৭১৮, চৈথাবা নোংমাইথেম্ব লাইজাগী কুমদা ঈশিং তাঙঙমএ। লৈবাক কুম কাংবা থোকএ . . . ৱাংখৈ লমহিং লমহাংদা পোইহৈ হুপ্পা মীয়াম হৌনা খুনচা নাইচা পরেং শিন্না মমুং লম**

১০০ মরাক লম ১০০ পাকপবু তৌএ, কালেন থাদা লোইএ . . . ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুন্না তিন্না যজ্ঞ মণ্ডম য়াওনা ময়িম বাঙ্গলা লোন্দবগী রাম নামুংবো মিংখৈনা শক্কা শোন্না পুখরী হোত্তএ।"

"রাম নামুংবগী মিংখৈ" হায়বসিনদী মতম অদুগী ধর্ম্মদি রামান্দি ওইবা তাই—মতমগী হায়রুরবদি চৈতন্য মহাপ্রভুনা নোঙ্গাথ্রবা মতুং চহী ২০০ রোমগী মনুংনি। কীর্ত্তন অসি বাঙ্গলা কীর্ত্তন ওইরবসু চৈতন্য কীর্ত্তনদি নত্তে।

মণিপুরদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগা লোয়ননা হৌজিক খণ্ডনরিবা মনোহরশাই কীর্ত্তন, বাঙ্গলা কীর্ত্তন অসি লাকখিবনী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মণিপুরদা বাঙ্গলা কীর্ত্তন মওং অনি লাকখি — (১) ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকখিবা গোষাইশিংনা শকপা বাঙ্গলা কীর্ত্তন (মনোহরশাই) অমসুং (২) ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাওরোমদগী পুরকপা বাঙ্গলা কীর্ত্তন (বংদেশ)। মতম অদুদা তেখাও (আসাম) লৈবাক্তা চৎনরম্বা কীর্ত্তন অদু বাঙ্গলাদেশকী মওংনি হায়দুনা বঙ্গদেশ নৎত্রগা বংদেশ হায়না খণ্ডনখি। মসি ঐখোয়না হৌজিক অরিবা হায়না খণ্ডনরিবা কীর্ত্তন মওং অসিনি।

মণিপুরদা লাকখিবা বংদেশ কীর্ত্তন মওং অসি বাঙ্গলাদেশতা মতম অদুদা ওইখিবা কীর্ত্তনগা মওং য়াম্না খৈন্নে। অরিবা পালাগী ঈশৈ অসি য়াম্না মুন্না তারবদি চীংগী লমদা খৃষ্টান ধর্ম্ম চত্তবা ইপা ইপল ইচিন ইনাউশিংনা মখোয়গী লৌলোকপা অমদি হরাউবা মতমদা শকপা ঈশৈগা য়াম্না মান্নে। ...(কুম অমা স্টেট কলা একাদেমীনা শিনবা অরিবা ফেষ্টিভেলদা ফাষ্ট তাখিবা ত্রিপুরাগী অরিবা পালানা অরাম্বম নিত্যাইনন্দগী মাণ্ডবতা শকখিবা ধন মোর নিত্যানন্দ নিঙসিঙতি)।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌবা মতুংদগীদি শ্রীগোবিন্দগী সেবাগীদমক্তা ঈশৈ শকপা কাণ্ডবু শেমগৎনবা পালা লোয়শঙ লিংলে। লৈবাক প্রজানা গোষাইশিংগী বাঙ্গলা কীর্ত্তন মওংদু শকপা হৈনদবনিনা অরিবগী (বংদেশকী) মওংদা শ্রীগোবিন্দ নাম কীর্ত্তন সেবা হৌরে। অসুম ওইনমক অখন্নবা মশক নাইবা থবক থোক্লকপদা

গোস্বাই ঈশৈ হায়বদি মনোহরশাই কীর্ত্তন শকপগী প্রমান ফংই। লংথবাল কোনুংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ইহান হানবা রাস কৎপদা য়েংখিবা পুঙদি মনোহরশাইগী খোলনী অমসুং গোস্বাইশিংনা মনোহরশাইগী মওংদা গোবিন্দ দাসগী রাসকী ঈশৈশিং অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী অখন্নবা শ্লোকশিং শকথি হায়না ওঝাশিংনা ৱারী তৌবিরম্মী। মতম অম্বাইদগী হৌনা অরিবা পালানা লৈবাক নিংথৌগী ওইনা অদুগা মনোহরশাই (বাঙ্গলা কীর্ত্তন) না অখন্নবা থরতগী ওইনা লৈবা হৌরক্লে।

অনৌবা নৎত্রগা নট সংকীর্ত্তন অসি অরিবা পালাদগী শেমদোরকপনি — পুঙ, করতাল, শৈশক পুম্নমক অসুম খর খর হোংদোরক্লুনা পুমতোং তোঙানবা অমা শেমখিবনী। শৈশক শৈওং অসিবু করিগীদমক্তা নট হায়দুনা কানানা করম্বা মতমদা মমিং থোলমলিবনো অমসুং করম্বা মতমদা মওং তাবা হৌখিবনো হায়বসিগী অরেপ্পদি খঙজদ্রে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অনৌবা নৎত্রগা নট সংকীর্ত্তন অসিগী ফিজোল যন্ত্র অমসুং খোলহেক পুম্নমক পুম্নগা য়েংবদা তশেং তশেংনা মৈতৈগীতা ওইবা ঈশৈ মওং অমা ওইখ্রে।

মনোহরশাইনা চাওখৎপা হৌরকপসি শার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পানবা মতমদনি। বাঙ্গলাদেশতগী ওঝা— ঈশৈদা (১) ব্রহ্মানন্দ গোস্বামী, (২) গৌরচান্দ গোস্বামী অমসুং (৩) ক্ষেত্রমোহন গোস্বামী অদুগা পুঙদা (১) হারু, (২) মাখন অমসুং (৩) বেণী ওঝা তরুক অসি কৌথোক্লুনা মনোহরশাই সংকীর্ত্তনবু পাক চাউনা শন্দোকহনখি। গোস্বামীশিং অসিগা তিন্নহৌবা অমদি মখোয়দগী তমহৌবা ওঝাশিংদি চীঙাখম ওঝা মেরী, পোরোমপাৎ ওঝা হায়না খঙনবা মাইবম ওঝা ইবুঙোহল, নাম্বম ওঝা খোংলেণ, ওঝা ঠাকুর রেবতী অমসুং হাওবম ওঝা থুমজাউ পুরেল (মিংদি খঙদ্রবা, ফমনা মিং ওইনা খঙনগ্রবা) ওঝাশিং অসিনি। গোস্বামীশিংগা লেঙ্গা ওইবা মথক্কী পরেং অমসু লৈখি হায় অদুবু লাইবক থিবনা ওঝাশিং অদুগী খোঙ্গুল লীবা ফংদ্রে।

ওজাশিং অসিগী মথক্তা ওঝা কয়া অমসু মীরেবাক্তা চত্নুনা তম্নুরগা মণিপুরদা হল্লক্লগা সেবক কয়া পোক্লুনা শকপা শোনবা তৌরি। ওঝাশিং অদুদি- ওঝা দামোদর দাস বাবাজী (মহাবলী মহন্ত), ওঝা নীলকমল, ওঝা অবুজম তোমাল অমসুং ওঝা নোংমাইথেম তোম্বা অসিনি। হায়রিবশিং অসি শার চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদনি। মতম অসিদদি মীনোহরশাই অসি পাক শম্না মণিপুরগী মফম খুদিঙদা শন্দোক্লে। গোস্বামীশিংগা তিন্নহৌবা মথক্কী ওঝাশিংদগী চথরকপা ওঝাশিংদী ওঝা নিত্যাইবাদ সনা, ওঝা ঝুলন সনা, লাইশ্রম ওঝা গোপাল, লাইশ্রম ওঝা কুলবিধু, ওঝা নোংথোম্বম য়াইমবী, থাইদেম ওঝা নোংয়াই, ঙাংবম ওঝা চাউবা, মোইরাংথেম ওঝা মোইরাংথৌবা, হোদাম ওঝা হেরাসিংহ, ওঝা মোংজম তিলক, ওঝা হিজম সনাথোই, ওঝা নাম্বম পাকা, ওঝা হাওবম গৌরমনি, ওঝা মুতুম কালা অসিনচিংবা ঈশৈদা অদুগা পুঙদনা ওঝা ঠাকুর রেবতী, ওঝা ঠাকুর তোলেন অচৌবা, ওঝা হাওবম পীতাম্বর (সুবদার মেজর হায়না খঙনবা), ওঝা অহন্থেম শঙ্গাই, ওঝা নোংমাইথেম শঙ্গাইনিংথৌ, ওঝা নোংমাইথেম ব্রজবিধু, ওঝা হাওবম গোপালমচা, ওঝা কৈশাম বিশ্বরূপ, ওঝা ঠাকুর রাসবিহারি ওঝা লাইশ্রম লক্ষন, ওঝা নাউরেম অতো অসিনচিংবা ওঝাশিং অসিনী। ওঝাশিং অসিদগী অমুক শমথরকপা সেবক কয়া কয়া ঙসি ফাওবদা মনোহরশাই কীর্ত্তনবু মপূঙফানা শকশোনবগী থবক চথরি।

মণিপুরদা চৎনরিবা মনোহরশাই সংকীর্ত্তন অসী গড়েরহাটি, মনোহরশাহী, রেনেটী অমসুং মন্দারিণী হায়বা বঙ্গদেশকী কীর্ত্তনগী মমিং লৈবা মফম মরি অসিদা চৎনরিবা শৈশক মরি অসিনা পুন্নগা মনোহরশাহীগী মমিংদগী লৌদুনা মনোহরশাই হায়না অদুম চৎনখিবনি।

মতাং অসিদা ঐখোয়না ঙাঙোমগী ওঝা যোগেন্দ্রগী মরমদা রা অমা অনিদং পনবা দরকার ওই। জাপান লান মমাঙগী ভাবোক অয়াম্বনা ওঝা যোগেন্দ্রগী ঈশৈগী মগুন খঙই। ওঝাগী ঈশৈশিং কলঙ্ক ভঞ্জন, মথুরা বিরহ, সুবল বেশ-নচিংবদা ঈশৈ তাবা অমদি ওঝা যোগেন্দ্রবু য়েংবা

লাকপদা তিন্‌বা ভাবোক অসি যাত্রাবালী য়াম্না নুঙাইবা অমগী ভাবোক্তগী হেন্না য়াম্মী। হৌজিকসু কনা কনাগুম্বনা হায় – "মনোহরশাইদি ওঝা যুগিন্দ্রনা শিবদা পুম্রে মনোহরশাই শকপা মী লৈত্রে"। চুম্মী, ওঝাগী ফিরেপ, মায়পু (অভিনয়) য়াম্না ফজে, খোন নুংশি, ব্যাখা ৱাঙাং ৱাতা ফজে অদুবু শৈশক্তী মনোহরশাই, ওইফাম্ভে; অদুনা ওঝাগী মতমগী মনোহরশাই ওঝাশিংনা ওঝাগী ঈশৈবু নট চঙই হায়দুনা মনোহরশাই নম্ভে হায়। অতোপ্পা ৱাফম অমনা ওঝাগী ঈশৈগী ওজা লৈতে। অদুনা মনোহরশাই ওঝাশিংনা ওঝা যোগেন্দ্রবু মনোহরশাই শৈশকপা অমা ওইনা মশীং থাদে। অদুবু ঐখোয়না ওঝাগী ঢোঙ (শৈশক) অসীবু "যোগেন্দ্র মনোহরশাই" হায়না কৌবা য়াই। কাউবা য়ারোইদবা ৱাফম অমনা খৃ· ১৯৭৫-৭৬ অদুৱাইদা ওঝানা মনোহরশাই সভাগী সভাপতি ওইরিঙৈদা ঐনা সেক্রেটরী ওইরিঙৈ, নোংমা ৱারী শাবদা ঐঙোন্দা তাকপিখি– নুপামচা! ঐসু নখোয়গী তাঞ্জাউশিংদু শকপা হৈনে অদুবু মদু মৈতৈগী নাকোংনা তানিঙদে অদুনা শক্তবনি। মীনা তাবদা নুঙাইবমখৈদা শক্কদবনি– খন্থবা য়াবা অর্থ লৈবা ৱার্ফম্নি :

বাঙ্গলা লৈবাক্কী চৈতন্য কীর্ত্তন অসি মনোহরশাইনি মসিদগী পোকখিবনি অবিবা (বংদেশ) অমসুং অনৌবা (নট)। নট সংকীর্ত্তনদি ইংরেজী লোনগুম্বনি মঙোন্দা চন্দবা লৈতে। অরিবদগী খণ্ডদে, চপতগী খণ্ডদে মনোহরশাইদগী খণ্ডদে, আধুনিক্তগী খণ্ডদে খরা ফজে খনবদু হেক্তা লৌশিল্লগা মতম খরগী মনুংদা নট হেক্তমক ওইহনবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মসি মৈত্রবাক অসিদা মৈতৈনা লৈরিবমখৈদি হিংদুনা লৈরগদবা শৈশক শৈওং অমনী।।০।।

৭/১০/৯৫

# মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন অমসুং শাস্ত্রীয়তা

**শ্রী জি. সি. শর্ম্মা**

*এলাংবম লৈকাই*

ওসি মণিপুরগী মফম খুদিংদা শক্করিবা নট সংকীর্ত্তন হায়রিবা শৈশক অসি লমদম অসিদা হিন্দু ধর্ম্মনা চঙলক্লিংঙৈদগী হৌনা লৈজবক্রুবা লমদম অসিগী শৈশক অমনি। মসি ঐখোযনা কনাদগীসু তম্লুবা শৈশক নত্তে। শৈশক অসি শক্লুবা পৃথিবীগী অতোপ্পা জাতি অমত্তা লৈতে। ৰাফম অসিমক্তা শৈশক অসি ঐখোয ইশাগীনি, অতোপ্পদগী তম্লুবা নত্তে হায়বসি মশানা তাজবনি।

হিন্দু ধর্ম্মনা লমদম অসিদা চঙলক্লিংঙৈদগী মৈতৈ জাতিগী ওইবা ধর্ম্ম কর্ম্মদা শিজিন্নবা তোপ তোপ্পা শৈশক অমা লৈবমগনি হায়বসি মশানা তাজবনি। শৈশক অদুগী মমিং কবি কৌনবম্বনো হায়বদুদি খঙদবে। তোঙান তোঙানবা থৌদোক্কী মীং ওইনা লৈদুনা অপুম্বা মিং অমা লৈতবা ওইরম্বসু য়াই। য়েলহৌঙৈদগী লমদম অসিদা অওনবা যাওন কয়া লাকখিবগা লোয়ননা শৈশক্তা শৈদাদা অওনবা কযা অমা শোযদনা লাক্রমগনি। ওন্নক্রিবা কযা অদুগী মবি মখোঙ খঙবা মী খবদি লৈবম্বা যাই অদুবু মতমগী ইবোন্নুংদা লুপখিদুনা অয়াম্বনদি খঙবা ঙম্নবোই। অদুগা মনুংগী লু-তোংদা চুদুনা লৈখ্রবা লেঙদবা শৈদা অদুদি হৌজিকসু অদুম লেঙদনা লৈগনি অমসুং শক্রুকপা শৈশক খুদিংদা মদুগী মমি তাগনি।

মমাংঙৈদগী চংনবম্বা ঈশৈ শৈশকশিং অসি তশেংনমক ধর্ম্মগা মবি লৈনবা ঙাক্তনা অয়াম্বনি।

মতৌ অসুম্না ধর্ম্মগী ওন্নকপা শক্তমগী প্রভাবসু শোয়দনা ঈশৈ শৈশক্তা তাফম থোকই। খা-নোংপোক এসিয়াগী মফম পুম্নমক অসি,

মণিপুর য়াওনা, বৈদিক ধর্ম্ম লৈত্রিঔদা, 'শিব' নিংনরম্মী। লাইনিং অসি অসুক্কী মতিক চেৎলম্মী মদুদি লমদম অসোমদা বৈদিক ধর্ম্মনা শুকচঙ চঙবা ঙম্লমদে। মমৈদা য়ারক্তুদুনা 'শিব' বু 'মহেশ্বর' হায়না মিংথোল পিদুনা বৈদিক দেবতা ওইহনখি। মসিগী মতুংদগীদি বৈদিক ধর্ম্মনা তপ্না তপ্না মাইকৈ অশোমদা চঙলকপা হৌরকখি। মতৌ অসুম্না এসিয়াগী খা নোংপোক থংবা লমশিংদা শৈবধর্ম্ম, বৌদ্ধধর্ম্ম অমসুং হিন্দুধর্ম্মগী য়ানশিন্নবা মচু অমা ফজনা উবা ফংই। খুদম ওইনা পল্লবদা ইণ্ডোনেসিয়াগী লমশিংদা কুরু শিব হায়দুনা পূজা তৌনৈ। মৈতৈগী লাই হরাউবদৌনা ইরাৎ পূজা তৌই। হিন্দুশিংগী গীতা অমসুং ভাগবত পাঠ তৌবগী মওংদা পেতান্দ (বেদান্দ) পাঠ তৌই মদুগা ধর্ম্মনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি। বৌধ ধর্ম্ম অমসুং বৈদিক ধর্ম্ম অনিমক্কী হৌবকফম অসি আর্য্যাবর্ত্ত ওইবনা অমগা অমগা তোর্থশিন্নবদা থোইনা অরুবা থোকখিদে।

বৈদিক ধর্ম্মবু য়াম্না মপাঙ্গল কলহল্লম্বা মতম অসি শঙ্করাচার্য্যগী মতমদনি। মদুগী মমাঙদা বৌদ্ধধর্ম্মনা এসিয়া মহাদেশকী শরুক অযাম্বা কোন্দুনা লৈরম্মী। ভারত্তগী হৌখিবা ধর্ম্ম অসি এসিয়া মহাদেশকী নোংপোক থংবা শরুক অয়াম্বা থুংখিরম্মী। শঙ্করাচার্য্যনা বৈদিক ধর্ম্ম হৌবকপদগীদি ভারতবর্ষদগী বৌদ্ধধর্ম্ম পুম্মাঙ মাঙখি হায়বা য়ারে।

বৌদ্ধধর্ম্মনা পাকশন্না শন্দোরকপা মতম অদুদা লমদম অসিগী চৎনবিদসু শোয়দনা ধর্ম্ম অসিগী মমি তারমগনি হায়বসি হায়মনবা থোক্রোই। মরম অদুনা মতম অদুগী ঐখোয়গী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী শৈশক্তা শোয়দনা অওনবা খর লৈরমগনি। অবানা লান্দারক্লুনা চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা অওনবা অসি হেন্না হকচিন্না থোক্রমগনি। অদুবু লমদম অসিগী চৎনবী অসিনা মপাঙ্গল য়াম্না কনবা হায়বদি Survival গী Potentiality য়াম্না লৈবনা মবম ওইদুনা খুন্তাক লানশিরবসু চৎনবী অসি মাঙখিরমদে। মমৈদা অবানা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎথ্রবসু লোন্দা-পুদাদা অবাগী মমি খরদি শোয়দনা পকহৌরমগনি।

শিবধর্ম্ম অমসুং বৌদ্ধধর্ম্মনা হান্না মখোঙ শোমদুনা থন্নম্লবনিনা আর্যবর্ত্তগী অতোপ্পা ধর্ম্ম 'রামান্দি' না চঙশিল্লকপদা লায়না খোঙদাফম

ফংবা ঙমখি। মসিগী মতুংদা নোঙ্গকচবনা মরু ওইবা গৌড়িয় সমপ্রদায়গী বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চঙলকপা মতমদদি লমদম অসিগী থোৎচ-নৌজবা চৎনবীগা য়ান্না চাশিন্না তিন্নখি।

অসুন্না মথক্তা পনখ্রিবা য়াওনশিং অসিগা লোয়ননা লমদম অসিগী ওইজবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী শৈশক্তা অচৌবা অওনবা অমা ওইরক্তুনা ঙসি ঐখোয়না খঙনরিবা নট সংকীর্ত্তন হায়বসি ওইরকখি। ঐখোয়না কনাদগীসু তম্নুবা নত্তে। ঐখোয়না শেমজখিবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা য়েংলবদা নট সংকীর্ত্তন অসিগী অঙ্গ ওইরিবা তাঙ্গ-পাইবী (পুঙ চোলোম) য়ান্না নৌরিবা অওনবা অমনি। লমদম অসিগী মীওইনা অওনবা অসি অদুম পান্না য়ানরি।

**বিশিষ্ট অদ্বৈতবাদ/লীলাগী অর্থ**

ঐখোযনা হৌজিক খঙনিংলিবদি ঐখোযগী অশেংবা লৈজবম্বা মওং অদু কবিনো? কনানা মতৌ কবম্না কবম্বা কান্দা কবি অওনবা পুবকখি। ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম শোয়দনা থিবা ফংগনি হায়বগী চপ চাবা থাজবা লৈ।

হৌজিক নৈনগদৌবিবা মরুওইবা ৱাফমদি - ঐখোয়গী নট সংকীর্ত্তন অসি শাস্ত্রীয় সঙ্গীত ওইনা লৌবা য়াবরা হায়বা অসিনি। য়াম্না লায়না হায়বা য়াই মদুদি মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসি করিগুম্বা হান্না লৈজরম্বা সঙ্গীত শাস্ত্র অমগী মথাদা লৈতে অদুগা মশাগী ওইবা শাস্ত্র অমসু লৈতবনিনা হৌজিক ওইরিবা নট সংকীর্ত্তন অসিমক্তি শাস্ত্রীয় সঙ্গীত হায়বা য়াবগী মওং লৈতে।

হৌজিক Western Classical Music হায়বিবা অসি ১৮ শুবা শতাব্দীদা রোমানশিংগী শৈশক্তা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্বা শৈশক অদুবুনি। অদুনদি ঐখোয়গীসু ১৮ শুবা শতাব্দী অমসুং মদুগী মমাংদগী তোপ তোপ্পা শৈশক্কী শক্তম অমা লেঙদনা লৈজরম্বনিনা, মদুদা য়ুম্ফম ওইবগা ঐখোযগী শৈশক শৈদাগী ব্যাকরন শাস্ত্র অমা শেমগৎপা যাই। অসুন্না তৌরবদি ঐখোয়গী নট সংকীর্ত্তন অসি শাস্ত্রীয় সঙ্গীত ওইনা শক তাকপদা থোইনা লুনা থোক্কদবা মান্দে।

## হরিনাম সংকীর্ত্তন/মহা সংকীর্ত্তন

মাইকৈ অসোমদা থরদং হেন্না কুপ্না নৈনবা তাবদা 'নট সংকীর্ত্তন' হায়বা বাহৈ অসিদগী হৌনা নৈনবা য়াই। বাহৈ অসিগী মনুংদা ফোংনা অমসুং লোৎনা য়াওরিবদি - নট, সম, গীত অমসুং কীর্ত্তন অসিনি। বাহৈ অসিদা কীর্ত্তন হায়বা শরুক অসিনা হেন্না মপূং ওইনা লৈবনা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতনি হায়বদা য়াফম থোক্তে। শাস্ত্রীয় ওইগদৌরিবা অসিদি সঙ্গীতনি। গীতম, বাদ্যম, নর্ত্তনম অহুম অসিনা পূম্নগা সঙ্গীত ওইগদৌরিবনি। নট সঙ্গীত অমসুং সংকীর্ত্তনদি সঙ্গীত শাখা ওইনা লৈগদবনি।

ঐখোয়গী ঈশৈ, শৈশক্তা গীতম, বাদ্যম, নর্ত্তনম্ অসি য়াওবনিনা 'সঙ্গীত' নি হায়বদি য়ারে। সঙ্গীত অসিগী ব্যাকরন শাস্ত্র অমা শেম্নবদি শাস্ত্রীয় সঙ্গীতনি হায়বা অদুম য়ারগনি।

সঙ্গীত্তা অঙ্গ অহুম য়াওই। মদুদি ধ্বনি, শব্দ অমসুং অর্থনি। ধ্বনিবু রাগনা পুল্লি, শব্দবু ছন্দনা পুল্লি অদুগা অর্থবুনা গুন হায়বদি অবিধা, লক্ষনা, ব্যঞ্জনা হায়রিবশিং অসিনা পুল্লি। (গুন তরা)

সঙ্গীত শাস্ত্রগী ব্যাকরন অসি ইবদা অধ্যায় তরেৎ লৈগনি। মখোয় অদুদি (১) স্বরাধ্যায় (২) রাগাধ্যায় (৩) তালাধ্যায় (৪) নৃত্যাধ্যায (৫) ভাবাধ্যায় (৬) কোকাধ্যায় (৭) হস্তাধ্যায়

হৌজিক ঐখোয় ময়াম পূনশিন্নদুনা ঐখোয়গী লৈজরিবা শৈশক অসিগী ব্যাকরন অমা শেমদুনা ঐখোয়গী শৈশক অসিবু শাস্ত্রীয় ওইহনগদৌরিবনি। ঐখোয়না মীগী শাস্ত্রগী মপাল তাংদুনা ঐখোয়গী শৈশক শেমদোক্কদবা নত্তে। ঐখোয়না মীঙোন্দা ঐখোযগী ইশৈ অসি শাস্ত্রীয় ওইনা শকখঙবিয়্ হায়দুনা বানোম্মুগদবা নত্তে। ঐখোয়গী লৈজরিবা শৈশক ময়াম অসি পূনশিন্নগা মণিপুরী সঙ্গীত অমা ব্যাকরনগা লোয়ননা শেমগৎপগী মথৌ অমদি তারি।। ০।।

# বৈষ্ণব অমগী পোকপাদগী শিবফাওবদা চংকদবা লিচং

শ্রী হৈস্নাম ইরাবোৎ সিংহ
*শগোলবন্দ*

চৈতন্য চরিতামৃতগী অধ্যায় ১৬ কি মনুংদা গৌর মণ্ডলগী মতাংদা ভক্তশিংনা প্রভুদা হংখি, ননাই ঐখোয়বু করি তৌদুনা লৈগদগে য়ুমদা। প্রভুনা কৃষ্ণ নাম সংকীর্ত্তন তৌ অমদি বৈষ্ণব সেবা তৌবিয়ু, মসি তারবদা ভক্তশিংনা নাম সংকীর্ত্তন হায়বদুমা খঙজরে অদুগা বৈষ্ণব হায়বদুবু কনাবু করম্ববু বৈষ্ণব হায়গনি? তারবদা প্রভুনা কৃষ্ণগী নাম শোনববু বৈষ্ণব কৌই। বৈষ্ণব মখল অহুম শুই মদুদি ঃ-

(১) বৈষ্ণব, (২) বৈষ্ণব তর অমসুং (৩) বৈষ্ণব তোম হায়বা অহুমসিনি।

বাখল অমনা শন্না হায়রবদা অন্তকালগী নিয়মবু নিংজরগা নাম নুংশিনা শোঞ্জরগা নামগা লোইননা দেহে ত্যাক তৌখিবসি বৈষ্ণবকি নিতিনি। মসিদি কনা ওইখি কলি যুগতা বর হরিদাসখক্তনা ওইখি হায়না হায়জরি মসি চরিতামৃতগী মত্তা হায়জরি।। ০।।

# হরি সংকীর্ত্তন্না ময়ামদা
# করি পিবিবা হায়বসিগী মরমদা

**শ্রী য়ুম্নাম যাত্রা সিংহ**
*থাংমৈবন্দ য়ুম্নাম লৈকাই*

বদরিকাশ্রমদা মুনি ময়াম্না লাইনিং লম্বিদা য়েংনবদা অরেম্বা খঙনদ্রবদা মুনি ময়াম্না অদুদি বেদ ব্যাসতা হংলুসি হায়দুনা লাকপদা নৈমিষা বন্যদা চেল্লিবা গঙ্গাদা ব্যাসনা স্নান তৌরম্মী, বাহৈদি করি হায়না ধন্যকলিজিব, ধন্যনারী, ধনসুদ্র অসুম্না সোন্দুনা লুপ্লম্মি। মতম অদুদা মুনি ময়াম্না হংখি বেদ ব্যাসতা- অসুক ফংত্রবা কলি যুগপু ধনাকলি হায়দুনা স্নান তৌরিবসিগী মরম অমুক্তা খংজনিংঙি হংবদা গঙ্গা ইয়াইদা স্নান তৌনা তৌনা মুনি ময়ামদা খু. খি।

**যৎ কৃতে দশভির্বর্ষে ত্রেতায়াং হায়নেন যৎ ঃ।**
**দ্বাপরে তমা শেন অহো রাত্রেন তৎকলৌ ঃ।**

সত্যদা চহি তরা ধ্যান তৌবগা ত্রেতাদা চহি অমগা মান্নগনি। দ্বাপর যুক্তদি থা অমগা মান্নগনি অদুদগী কলি যুক্তদি নোংমতং অহিং নুংথিল (অহরাত্র) সংকীর্ত্তন তৌবগা মান্নগনি অসুম্না বেদ বাসনা তাকপীখি। মরম অদুনা সংকীর্ত্তনদি মুৎকদবা নত্তে কলি জিব পুন্নমকপু মুক্তি পিবিরিবা সংকীর্ত্তন মাহা যজ্ঞনী।।০।।

# সংকীর্ত্তনগী ওইবা নুংগী বাখল

**শ্রী থোকচোম ইবোহল সিংহ**
*ককবা মাইবম লৈকাই*

কলি যুগতদি হরিনাম শোনবনা মহা যজ্ঞনি। মহা সংকীর্ত্তনগী।। কীর্ত্তনগী মাইকৈ মরিশে মথাথংবা মাইকৈদা বলরাম অবতার ওইবা শ্রী নিত্যানন্দনি। মনিংথংবা মাইকৈদনা পৌনিমাসী দেবী অবতার মাধবেন্দ্র পুরি গোশ্বামীনি। অরাংথংবা মাইকৈরোমদা নারদগী অবতার ওইবা শ্রীবাস ভক্তনি। নোংপোক্তা হনুমানগী শক্তীনা ওইবা মুকুন্দ ভক্তনি। মরুওইবা ফম্লিবা মীওইশিংদো সংকীর্ত্তন মকোইগী ভাবক্নি। সংকীর্ত্তন অদুগী ভাবোক মথং মথংদি মুনিন্দ অনন্ত সুরারেল কৌবা লাই অসিনচিংবশিংনি। পৃথীবিদা লৈরিবা মরোল অহমগী জিবা তিন কাং পুন্নমক লাক্নুনা ভাবক ওইরি।। (ঈশৈ তারি) কৃষ্ণ চৈত্যনা প্রভুনা তিনবঞ্ছা চাবা প্রেমগী লমন শিংবা লাকপদা সখা সখি ইপা ইমা গুরুজন পুন্নমক ভক্তগী শক্তম, ওইনা পোক্নুনা হরি সংকীর্ত্তন তৌরি। হরিনাম সংকীর্ত্তনবু হৌদোকপীরি। লাকপিদুনা ভাবক ওইবিরিবা মীশিং অদুবু বার্ত্তন নিমন্ত্রণ ফংবা কৌই। মসিদা থওইদদুনা লাকত্রবদি ঐগি ইথৌনা হেন্না লুরবদি মীওইশিংদুদি চুমদে ফত্রে। অদুগুম্বা মীওইশিংদো গৌরাঙ্গগী সংকীর্ত্তনবু মীরাইবগি দোসনা মশাদো প্রাইচিং তৌহৌত্রবদি মহাক্লা পুল্সি মতাংচাদনা কাইনবা শিবা তারবদি যমগী কুন্দ ৮৪ দা লুপকনি। হরি সংকীর্ত্তন থৌওইদবগী দোষনা অদুগুম্বা জিবশিংদা চানবীহৈবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা তোল্ল-তারবা মখোয়বু লান্নবা থৌরম, হরিনাম শোনবা তম্বি তাকপীরম্মী। হে! জিবশা পাওতাক্তি হে কলি জিবা মমা ৮৪ গী মচা ওইনা পোকপনি। অদুগুম্বা মপোক অদুদি ঈশিংদা লৈবা জিবগীনা মমা লাক্ষ ৯ নি। লৈনুংদা লৈবা

জিবগীনা মমা লাক্ষ ১০ নি। উচেক বায়া পাইবা ওম্বা জিবশিংগী মমা লাক্ষ ১১ নি।

মথোং মরি পানবা জিবগীনা মমা লাক্ষ ২০ নি। অচৎ চৎতো নুং, উ, নাপী শিংনা জিবশিংগী মমা লাক্ষ ৩০ নি। বা ওাংবা ওম্বা, বাথল থনবা ওম্বা জিবগীনা মমা লাক্ষ ৪ নি। হরিনাম সংকীর্ত্তন গুন শোনবনা অমসুং তাজবনা মপোক কয়াগী পাপ কোকপা ওম্মী। হরিনাম শেংবিনবা মন্ত্র পুজা যজ্ঞ রাগ রাগিনি অমত্তা লৈতে। অদুগা পাপ দোষ পুজা যজ্ঞ রাগ রাগিনিনচিংবা দোষতি হরিনাম্না শেংবিবা ওমই। মরম অসিনা গুরুনা পিবা হরিনাম অমসুং সংকীর্ত্তনবু শাগোম্নগদবনি। কলি কান্দদি হরিনাম সংকীর্ত্তনদগী হেনবা অমা লৈত্রে হায়দুনা রঘুনাথ ভক্ত গোশ্বামীনা কীর্ত্তন চিন্তামনি কৌবা লাইরিক্তা ইদুনা থম্বিরমই। মতাং অসিদা সংকীর্ত্তনগী বারোল অসি লোইশিঞ্জরগে ।।০।।

# হরি সংকীর্ত্তন্না ময়ামদা করি পীরিবা?
# লাইগুরুশিংনা চৎলম্বা মওংগা করি খেন্নবা?
# ফগৎলক্লিব্রা মাংথরক্লিবরা? ফগৎনবা পাম্বে করি?

শ্রী অহন্থেম গৌরমনি সিংহ

*কৈশামথোং অহন্থেম লৈকাই, ইম্ফাল।*

অহানবমক্তদা শ্রীভগবান ব্যাস দেবদা কৃপা পীবীদুনা ইবুংঙো মাগী তত্ত্ব জ্ঞান অমদি অথুপ্পা মাগী লীলাশিংবু ফোংদোকপা ঙমহনবীখিবা অদুগুম্বা ননাই ঐবুসু কৃপা পীবীদুনা ঙসি বাহৈ খরদং ফোংদোকপা ঙমহনবীয়ু হায়না ইবুংঙো মাবু খুরুমজে।

**ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপী জনবল্লভায় নমঃ।।**

অনিশুবদা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা শীঙ্গদুনা পাংথোকলিবা গুরু কীর্ত্তন সেবা অহুমশুবা কুমওনগী থৌরম পরেং পাংথোকপগী সভাপতি, অথোইবা অতিথি অমসুং লেংবীরক্লিবা ওজা, গুরু, বৈষ্ণবশিংবুসু খুরুমজরি।

অহুমশুবদা হিংলিঙৈ মতমদদি সখ্য ভাবনা মপুং ওইখিদুনা নোংমত্তা ভক্তি কচ্চখিদ্রবা ইয়াম্বা শক্লবা শ্রী খাংঙেনবম "গুলাপী সিংহবু ঙসি হন্না হন্না খুরুমজরি।

ঐ ইশামক্তি ধর্ম্ম শাস্ত্র, ধর্ম্ম গ্রন্থ য়াম্না পাদুনা খংহৈবা অমদি সভা অমদা বক্তৃতা তৌজখিবা মীসু নচ্চদে। মমিৎ তাংবা মী অমনা মমিৎ তাংদবা উরিবা মীশিংবু লমজিংবা ওইনা থোক্কনি। মসিসু সভাগী ঙাকপীহৈবা গুন্না ঙাকপীয়ু।।

**হরি সংকীর্ত্তননা ময়ামদা করি পীরি ? করিগী দমক কথলি ?**

ঐনা অহল লমনশিংদগী তাজবদা অহানবা যুগ অহুমদা চৎশিনবা **যুগ-ধর্ম্ম, যাগ-যজ্ঞ অসিনা ইবুংঙো মাবু ফংবা ঙমদে। মদুদি ঐশ্বর্য্য পদবী ফংনবা রাজসিক ভক্তিনি।** যাগ যজ্ঞনা প্রেম ভক্তি পোকহনবা ঙমদে। ইবুংঙো মাদি প্রেম ভক্তি নত্তনা মাবু ফংবা অমদি খুদুম চনবা ঙমদে। অদুনা কলি যুগতা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা প্রেম ভক্তি পোকহন্নবা হরি সংকীর্ত্তন হৌদোকপিরম্মী। হরি সংকীর্ত্তন কৎলিবা অসি সনা লুপা লৈগে, পৈশা খরচ তৌগে হায়দুনা কৎনবা নত্তে। প্রেম পোকহনবীনবা ভক্তি তম্বিনবা কৎনরিবনি। শক-শোল্লিবা মী অদুনা প্রেমগা লোইননা শক্রুকপদা অতাবা ভাবক অমদি কর্ম্মধারী অদু প্রেম পোক্লরিবনি।

**লাইগুরুশিংনা চৎলম্বা মওংগা করি খেন্নবা ? ফগৎলিব্রা ? মাংথরক্লিব্রা ? ফগৎনবা পাম্বে করি ?**

ঐখোয়না দ্রামাদা কালাকার অদুনা উৎলিবা অভিনয় অদু উরগা ঙাংলিবা খোম্হোক (শব্দ) তারগা কলাকার অদুগী থম্মোয়দা ফাওরিবা অশাউবা হরাওবা অমদি ৱারিবা অদু শরুক য়াই। ভাবোকপু শরুক য়াহনবা ঙমলবতদা কালাকার অদুনা শারিবা মহাক্কী শরুক অদু মহৈ য়াম্লি হায়নৈ। **কনাগুম্বা নুপা অমগী নুপী অমা অতোপ্পা অমগা নয়ক নায়িকা ওইনা ষ্টেজদা কুম্বদা নায়িকা অদুনা মশা অসি অতোপ্পা নুপা অমগী নুপীনি হায়না খল্লকপা মতমদা মহাক্কী উৎলিবা নয়িকাগী শরুক অদু মহৈ য়ানবা ঙম্মোই। লীলা অদুদা পক্লিং লুপকদবনি। লীলা অদুগী শরুক অপুম্বা মাগী ভাবতা মপুক্লিংদা হাপকদবনি। মহাক মশামক কাওথোক্লদবনি।**

ইবুংঙো মাবু নিংবদা শোনবদা পুক্লিং, শব্দ (বচন, খোম্হোক) অমসুং হকচাং কায়াৎ অহুম অসি থোং মান্নগদবনি। পুক্লিংদা ফনা লুনা নুংশিনা খঞ্জরবসু খোম্হোক্লা য়াক্লা অমদি মায়থোংনা অশাউবা উৎলবদি মাদু নুংশিবগী খুদম নথত্রে, চান্নবা হায়বা য়াদ্রে। অসুম্না নাম শক শেল্লিবা বৈষ্ণব কালাকার অদুনা মনুংদা চেল্লিবা রস, ভাব অদু মুন্না খংগদবনি। অদুবু অৱাবদি হৌজিককালগী ঈশৈ শকপশিংনা অসোমদা ৱাখল চংবিখিদ্রে।

অশকপা মীগী দোষ নত্তে। মরমদি সংকীর্ত্তনদা পুঙগা থানদে, পুঙ য়ৈরিবা মীদসু ঈশৈ অদুগী রস, ভাব অমদি অর্থ খঙবা তাবনি। ঈশৈ অসিসু মোনোলোগ মখল অমনি, তাল ছন্দ হাপচিনবদনি। গায়ক অদুনা রস অদুদা য়াওরিবা মমা ইবেম্মা যশোদা, সখাশিং, সখিশিং, কৃষ্ণ অমদি ইবেম্মা রাধানচিংবা লোইনমক্কী মতাং মতাং শরুক য়ারি। মখোয়দা লৈরিবা মতাং মতাংগী ভাব অদু গায়ক অদুনা চেনবা তাবনি। ইবুংঙো, ইবেম্মা অনিগী লীলা অসিদি থোৎপ্রবা, নৌখ্রবা ইচেলনি। খৌরাংবা, উননিংবগী খোইরাংবা খোইশাওনবা অমসুং উননবগী শীঞ্জ লাংজরিবী সখিশিংগী নুংঙাইজবগী প্রেম অসিগুম্বনা পিকথল্লি। অদুবু হৌজিককালগী গায়ক, গায়িকা অসিনা পুথোক্লকপা অভিনয়, বিকার, খোঙ্গোক অসিগা নুংগী ভাবকা চানহনবা ঙমদ্রে। মপাল লমগী মতৌ তমদুনা স্বর শাংনা চিংবা ঙম্বা, অদুক্কী মতিক হঞ্জিনবা ঙম্বা রাজসিক গুনগী শৈহেক শৈদা মান্নবা হোৎনরে। মদুদি নাকোংদগীনি, থম্মোয়দা ফাওহন্নবা ঙমদে। প্রমান অমদা কনাগুম্বা অমবু খৎ-খৎ লাউই য়াম্না খৎলি নুংশিদে অদুগা মহাক্তি তপই, ঈংই, নুংশি হায়নৈ। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী, নুংশিবা হায়বসি অতপ্পা, অঈংবা অমসুং অচিকপদা লৈ, অরাংবদা লৈতে হায়বা।

মমাংঙৈগী ওজা-গুরুশিংদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লীলা অসিদি মশানা নুংশিজরবনি, মসিদা নুংশিনবা হোৎনরুরগা নুংশিবা মাংখিগনি হায়বগী মতাগুম শকশোন্নরম্মী। নাম শোনবদা ঐশ্বর্য্য য়াওদনা ভক্তি প্রেমগা লোয়নননা শোন্নরম্মী। মশাদা ভক্তি প্রেম য়াওদবা মীনা শোনবদা শকপদা ভাবক্কী থম্মোয়দা ফাওহন্নবা ঙমদে। মসিনি খেন্নরিবা, মিৎকী কুম্মে, নাকোং ফাওদমক পেলহনবা থম্মোয় য়ৌহনবদি ঙমদবা। হৌজিক্তি নংনা কৈদা, ঐনা কৈদা, নংনা হেনবা য়াব্রা, ঐ নিপা অদুনি মমিং অদু কৌবনি হায়বা ভাব অমগা লোয়নননা শরুরে। অঙকপগা নুংশিবগা অনিসিদি য়াম্না লাপনৈ, নকশিন্নবা য়াদে। মপাল লমগী মতৌ তমদুনা শক্তি উৎলিবা অদুক্কী মখে নুংশিবা লাপথোকখিগনি। মদুনি হরি সংকীর্ত্তনগী ভাবকা মপাল লমগী ঈশৈ শৈশক্কা খেন্নরিবসি। মমাংঙৈগী

ওঝা পুঙৱয়েবশিংনা পুঙ হায়বা অসি যন্ত্রনি, ঈশৈ থৌগৎনবা, তাল অতম্বা, অথুবসি চাং অমদা ফাদুনা থমদুনা ঈশৈগী তুং ইনবনি হায়বা উৎলি। হৌজিক্কা ঈশৈ য়াওদবা Stage (ষ্টেজ) দা মনিংতৌনা য়েবা চোংবগী মওংদু সংকীর্ত্তনদসু য়েদুনা অঙকপা মওং অমা ওইরে। করিমুক হায়রুগনি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরক্লিবা ফেজোম মশেৎ, নামৈ লৈরিবা মরে, শারিবা গুণ্ডা মশা অসিনদি চৎনবা য়ারক্তবা, খোংগ্রাও অশাংবী উপত্রবদি য়াদবা চলমনা পুঙৱয়েবা অফবা ওইনা চৎনরক্লে। হোংদোক্লিবা পুম্নমক অসি নুংগী ওইবা ভাব অদু খঙনা শকপা শোনবা অমদি য়েদবদগীনি।

মদু থংগে হায়রবদি সাধনা চংই। সাধনা অসিবু গুরুগী কৃপা নত্তনা হায়বদি তাকপী তম্বিদনা খঙবা ঙমদে। মসিগী মতাংদা পঙ্গনিংবা মতাং অমা লৈরে। মমাংঙৈদা ব্রহ্মাগী মচা মায়ায়াওদবা সনক, সনন্দ নচিংবা মরিনা বৈকুণ্ঠদা হরি খুরুমগে চৎলুবদা মনাই অনিনা মখোয় মরিবু করেম কথাইনদুনা ঙাংবদগী শাপ তৌবা তারবদা হরি মশামক্তা লেংথোরক্তুনা মনাইগী দোষদি মপু মাগীনি ঙাকপীয়ু হায়বা বা অমা লৈ। অদুনা হৌজিক ওইরিবা মওং অসিদি তম্বিরিবা ওজাশিংগী দোষ য়াওদে হায়বা য়ারোই। ওজাশিংনা রসতা, ভাবতা কায়রিবা হরি সংকীর্ত্তনগী মনুংদা চেপ্লিবা ঈচেল অসি স্তান তাহনবা চংই। ছাত্রশিংনা ঈচেল অদু খঙনবা গুরুদা আশ্রয় তৌবা তাই। মসিনি ঙসিগী গুরুকীর্ত্তন অসিগী উদ্দেশ্যদি।

ব্রজরাজ নন্দন কৃষ্ণনা মনাই ভক্ত রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রদা চানবীবা মতমদা, মাগী লীলাশিং শন্দোকপা ঙম্নবা হায়দুনা যুগ অবতার খুদিংগী লোয়নদুনতা লাক্লবা ভক্তশিংবু মণিপুরদসু পুথোকপীরক্তুনা শ্রীহরি সংকীর্ত্তন লিংখৎপিরম্লিবা অসিবু তেক্ত কায়দনা য়োকপা নত্তনা মাঙনবা মশক থীনবা হোৎনবদি ঐখোয় সমাজনা থিংনবা হোৎনসি।।০।।

ওঁ তৎ সৎ।।

৭/১০/৯৫

# চোলোমগী ৱারী

**শ্রী অবুজম চাউবা সিংহ**
*লংথবাল*

চোলোম হায়বসি য়াম্না লুই, ময়েক লৈতে। লাইগী শক্তি চঙলবা ওঝাশিংনা শেম্বিরম্বনি। খুৎনা শারগা জগোই, খোঙনা থাঙৎতুনা লৈরগা চোলোম হায়রিবসি ইশাদগী থোকপা ঙাক্তনি। হেক পোক্রকপদগী আদি গুরু ইপানা নাম তম্বিরে, চাউরে নোকপা হৈরে, মখোল থোক্লা নোক্রক্লে। খুদুম তারম্বদু খুৎশা তিংথোক্লে, পোৎ পায়বা হৈরক্লে। মমাগী মতম্পাক্তা পম্লগা জগোই তম্বীরে। ময়েক্তি রৈর-রৈরৈ, তাদিংদিং-তাদিংদিং, কেরেদা কেরেদা, অসিগী ময়েকসি হায়দুনা তম্বী। অদুদগী মথন্ত্র ফম্বা ঙম্লক্লে অমদি ময়েকসি মমানা হায়রগা মথন্তা শাজবা ঙম্লক্লে। মপোক থা য়ৌরে, মখোঙ থাংবা থোক্লে। মতমসিদা মমানা হৈনা-হৈনা হায়দুনা চীংলে। অদুদগী মশাপুবা ঙম্না থাংলক্লে। অদুদগী মমানা মখুৎ পায়দুনা থাবল চোংবা তম্বিরে। তাহে চোংলসি। মসি পুম্নমক চোলোমগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি।

শিক্ষা গুরুন্না চোলোমগী **ফিদুপ অহুম তম্বিরে, ফমফম অহুম তম্বিরে, খোঙফম অহুম তম্বিরে, মিথয়েং অহুম তম্বিরে।** মসিনা হকচাংগী ফিদুপকী ৱারীনি। অদুদগীদি মেনকুপ মপীগী শাজৎ লাক্লে। অহানবগী শাথেক তিনফা-ইরোইবদগী লৌবনি অসুম্না তাকপীরম্মী। লাক্রিবা ঈশৈদুগী মতুং ইন্না থম্রাংচাক্কী শাজৎ, মাঙদা গ্রীগ্রী চেনবা, চপ লেপ্পা, মশা খপ্পা অদুদগী লৌবনি। মেনকুপ অকুপ্পা তারকপদা চৎকদবা শাজৎতি শামুদগী লৌবনি (হায়বদি শামুগী মফৈ মুকপদগী) অদুদগী থক্তা খাদা য়েংলিবা মিথয়েং

অসিনা খুনুনা মখৌ পোংনা খোংদুনা মমৈ মশা ফম্নগা লৈবা মওংদগী লৌবনি। অদুদগী কুপশিল্লকপা, লোইশিল্লকপদা থাংগদবা খোঙথাংনা শগোল খোঙচৎ গপ-গপ হায়বদুদগী লৌবনি। চোলোমগী শাজৎ, মসি ফাওবদা লোইরে হায়না ওঝানা তাকপী তম্বিরম্মী। পুন্নমক অসিবু তাকপী তম্বিরম্বা ওঝাগী নামদি শ্রী শরাংথেম গুলামজাৎ সিংহনি। বারী লিজরিবা শ্রী অবুজম চাউবা সিংহনি।।০।।

১৮/১০/৯৪

# চোলোমগী ফীরেপ খোঙথাংদা মৈতৈগী বীদ্যাশিং, মুক্সা, থাঙ-তানচিংবা শা-উচেকশিংগী শাথেক শানোমদা মসি কদায় ফাওবা তাবা

**শ্রী অবুজম চাওবা সিংহ**
*লাংথবাল মন্ত্রী খোং*

ঙসি অসিগুম্নবা গুরুকীর্ত্তণ নুমিৎসীদা তীনবীরিবা ওঝা গুরু অমদি খ্বায় পুন্নমক্কী মফমদা, ঐনা চোলোমগী মরমদা ওঝা গুরু কয়াদগী খংজ-তমজহৌবা খরদং হায়জবা ফংজরীবসী ঐগী লায়বক ফবনী।

ঐনা হায়জগদবা বিষয়দী ঃ- **চোলোমগী ফীরেপ খোঙথাংদা, মৈতৈগী বিদ্যাশিং, মমী কদায়ফাওবা তাবা মুক্সা, থাং-তানচীংবা শা-উচেকশীংগী শাথেক-শানোম হায়বগী মতাংদনী।**

চোলোমগী ফীরেপ খোংথাংশিংদা মৈতৈগী বীদ্যা হায়বদি থাং-তাগা লৈনরীবা মরী হায়বা তারগদি, ইশাগী খোঙফম অহম হায়বসিনী তৌবতবু চোলোমদনা খুনিং খুদোল অহম লাপ্পা লেপ্পা, খুদোল হায়দোকপা, খোঙদোলগী খুনিংনা অমুক হন্দোকখিবা. খুনিংদগী অমুক খুদোলনা হায়দোকখিবনি। মসিবু চোলোমগী খোঙফম অহম নত্রগা থোংখোঙ শাবা হায়নসু কৌনৈ। অদুদগী চোলোমগী ফীরেপ শাথেক শানোমগা মুক্সাগা লৈনবা মরীদা হায়বা তারগদি, মুক্সাদা খুকউ শুপ্পা, নীঙ নমথবা, খুৎ য়েৎ অমদি ওই অনিমক লোইনা তিংথোক্লগা অতোপ্পা কোন্নরিবা মীদুগী ফী পায়দুনা লেপ্পা ফীরেপ অদুগসু চোলোমগী ফীরেপ, শাথেক্তা মান্নে হায়না ওজা গুরুশিংনা তাকপীরম্মী।

শা, উচেকশিংগী শাথেক, শানোমগসু চোলোমগা মরী লৈনৈ হায়বসি ওজা গুরুশিংনা তাকপিরম্বগী মতুংইন্না ঃ-

(১) তীনফাগী শাজৎ ঃ- খুদোল হাইদোক্লগা, খোঙবিগী মমাংদা খুদোল মরি লাপ্পা য়েৎকী খুনিং তারে, অদুদগী ওইগীসু তারে, মসিদগী অমুক য়েৎ- ওই নায়না চৎকনি মসিবু তীনফাদগী লৌবা শাজৎনি হায়না তাকপিরম্মী।

(২) শামুগী শাজৎ ঃ- শামুনা মখোঙ থাংলমদাইদা মফে ফুক্কৎলগা মুক্তুনা য়েৎ-ওই নাইনা চৎপদো মদুদগীসু চোলোমগী খোঙথাং লৌই হায়নসু তাকপিরম্মী।

(৩) খম্রাংচাক্কী (উচেক) শাজৎ ঃ- খম্রাংচাক্কী জ্-জ্ চেল্লগা চপ লেপ্তুনা মশা নীকপদো মদুদগীসু চোলোমগী শাথেক লৌই হায়নসু হায়বিরম্মী।

(৪) খুনুগী (উচেক) শাজৎ মিৎযেং ঃ- খুনুগী শাজৎ মিৎয়েং চেপ্পা য়েংলগা মশা অনি থাদদুনা লৈরগা চৎখিবদো মদুদগীসু চোলোমগী শাথেক অমদি শাজৎ লৌই হায়বিরম্মী।

(৫) শগোলগী খোঙচৎ ঃ- চোলোমগী লোইশিনলকপা মেনকুপ অকুপ্পদা থাংলিবা খোঙথাং হায়বদি গপ-গপ হায়না চৎপা খোঙচৎতুমক শগোলনা চৎপা খোঙচৎকা মান্নে হায়নসু তাকপিরম্মী। মসিদা চোলোমগী খোঙথাং পুঙলোন লোইরে হায়না হায়বিরম্মী।

মথক্তা ঐনা হায়জরিবা পুম্বা লাই ওইখ্রবা ওঝা গুরুজনশিংনা তাকপী তম্বিরম্বা ওৗক্লি।। ০।।

৭/১০/৯৫

# সংকীর্ত্তন বিচার

## (১)

**শ্রী ইরুংবম ইবোতোম্বী সিংহ**

*থাংমৈবন্দ য়ুম্নাম লৈকাই লিলাশিং খোংনাংখোঙ, ইম্ফাল*

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু, ব্রজগী রাধা কৃষ্ণ অনিনা অমতা ওইনা নবদ্বিপ্তা পোকপিরগা কলিদা সংকীর্ত্তন হৌদোকখি। মসিগী শমলপ্না ৱারিবু সংকীর্ত্তন বিচার হায়না লৌনৈ।

**সংকীর্ত্তনগী মফম (মাণ্ডব)**

সংকীর্ত্তনগী মাণ্ডব কনা অমনা য়ুম্বি মখোং মাপল (৯) ওইগনি হায়নৈ মসি ভক্তি মাপলগী ভাবনি। কনা অমনা য়ুম্বি মখোঙ তরানিথোই (১২) ওইগনি হায়নৈ মসিনা দ্বাদশ গোপালগী ভাবনি। পুম্নমক্কী ময়ায়দা কল্প বৃক্ষ লৈ, মসিদা আশন অমা থাগনি, আশন অসিগী মাঙওইননা হৈরুক তাঙ্গ, পানা তাঙ্গা, ধুপ দ্বিপ কৎকনি। অহানবদা পুঙ, করতান পুথোক্লুনা আসন অমদা থম্লগা নিত্যাই পুজা কৎকনি। মাণ্ডবকী মাইকৈ মরিদা সমপ্রাদায় মরি ফমগনি, মাণ্ডবকী মোইরাং লাইজি পাংবদা মাণ্ডব মপু (ভাবোক মকোক) ফমগনি। মোইবুং খোংবনা নোংচুপ্তা ফমগনি। **সংকীর্ত্তন তৌগদবা পুঙ য়েবা ঈশৈ শকপা দুহার পুম্নমক হুন্ফুমরি (৬৪) ওইগনি।** চৌষষ্টি মহন্তগী ভাবনি। হৌজিক্তি য়াম্নখিদ্রে। ইহান হান্না লাকপা মতমদা মীপুম খুদিংমক্তা **মাণ্ডবকী চিংখৈ থবো চিথেক্তা থোং অমা থমগনি, লৈরিবা থোং অদুদা চঙদুনা অহানবদা খুরুমনি,** মথংদা মন্দলি ময়াইদা খুরুমগনি মথং মথং ওইনা মাণ্ডব মপু, নোংচুপ ভাবোক, মখা ভাবোক, নোংপোক ভাবোক, অৱাং ভাবোক খুরুমগনি। মাণ্ডব মপুবু কনা অমনা মাধবেন্দ্র পুরিনি হায়, কনা অমনা শ্রীনিত্যাইনন্দ প্রভুনি হায়নৈ। মসি মতমগী ৱানি।

সংকীর্ত্তন হৌরমদাইদা ভগবতী পৌর্নিমাশীগী মশক লৌরিবা অরাংফম্না লৈ-চন্দন তৌগনি মসি ধুপদ্বিপ য়াওরোই চন্দনগা লৈগতা ওইগনি চন্দন অদু ফংলবদা সংকীর্ত্তন থৌগল তৌগদবা মীপুম খুদিংমক্কা অশেংবা ফীঙৌ শেংকনি, মপান চনবা ফী নত্রগা অরাং তুরাং ফী শেংনদে। খামেন চৎপা ফী নত্তবা অতৈ শেংনদে। নামৈ লৈবা খ্বাংয়েৎ য়েৎপা কোয়েৎ য়েৎপা, করতাল পাইবা মসিনা নট সংকীর্ত্তনগী মওংনি। ঝাল পায়রগা শকপা রাম করতাল পায়রগা শকপা ফুরিৎ লিৎলগা শকপা মখল থরসু লৈ। সংকীর্ত্তন তৌগদবা মীপুম খুদিংমক দ্বাদশ তিলক থিনগনি উরিক নগুন থাংগনি. হায়রিবা ফীজোল অসি শেংলগা মাগুপকী চিংখৈ থংবা থোঙদা পুঙয়েবনা মাং থারগা ঈশৈহনবা দুহার মথং মথং নাইনা করতাল অদু থজিন মপা ফাওবা য়ৌনা পুখৎকনি গুঞ্জা মতোন খুৎ য়েৎনা পায়রগা ভক্তিগী মওংদা কোক নোম্না চঙলক্লগা ইকোয় কোয়না ভক্তি তৌনা খুরুমগনি। মতম অসিদা ভগবতী পৌর্নিমাসীগী শক্তম লৌরিবা অরাংফম্না গন্ধ চন্দন পুশিল্লক্লুনা পুঙয়েবদগী গন্ধ চন্দন কৎকনি অমসুং লৌগনি মসি মাগুব মপুসু লৌগনি। পুন্নমকশি লোইরবা তুংদা মীপুম খুদিংমক পঞ্চাঙ্গনা চপ মান্নবা খুরুম্লগা হৌগৎকনি পুঙয়েবা অনিগী ময়ায়দা মাগুব মপুনা হরিধবনি লাউগনি।

**শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ প্রীতি অনন্দে বোল প্রেমসেকহ**
**শ্রী রাধা কৃষ্ণ প্রভু নিত্যাই চৈতন্যাদ্বৈত ।**
**শ্রী রাধা রানী কহতশন্ত সাধো মধুর রসবানি হরে হরে।**

হরি ধবনি অসিগী মনুংদা চৈতন্য হায়বা বাহৈ অসি য়ৌরকপদা পুঙগী রাগ চৈতন্য নিত্যাই হায়না করতালগা চপ মান্নবা, অসিগী তুংদা করতাল নিকথরগা ঈশৈ হনবনা, শ্রীরাধা কৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে হরিবোল হায়না লাউগনি পালা ময়ামনা হরে হরে খুমগনি। অসিগী তুংদা পুঙগী নুবা সঞ্চার অহুম য়ৈগনি, অবাহন ঈশৈ অমা শক্কনি মত্তাং চানা রাগ হৌরগনি। মসি শ্রীঅঙ্গ মুর্ত্তি শাগৎপনি নিরুপন তৌবনি। চেকশিনগদবা অমনা রাগ হৌরিঙৈদা কনাগুম্বা অমতনা পানা খা চাফদে, মিংফম চোইফদে

মিং হস্থনা নতোন নাকচিদা য়েংদুনা য়াম্না নোম্নুক্না ভক্তিগা লোয়ননা নৈগনি। মথংদা ঈশৈ হনবনা গুরু বন্দনা থিগনি, ঈশৈ তিন্নল অমনা রাগ তাগনি, মসি তিনবঙ্খাগী ভাবনি মখাদা দুইতাল তাগনি। অসিগী তুংদা বেরিঘাট কোয়গনি মসি নবদ্বিপ পরিক্রামনি। কোয়বা থুংবগা করতালগা পুঙগা অনি মিলন মসি রাজমিলননি। মখাদা ঘাট থারগনি মথং মথং লাকপনা মেল থারগনি মসি সম্ভোগ মখল অমনি। মসিগী মখাদা তানচপ তারগনি মসিনা বিশ্রামনি মেনকুপনা শক্কর্ণ সম্ভোগনি মসিগী মখাদা মখল কয়া কয়া ঈশৈগী তাল য়েনবনচিংবা তৌরগা অরোইবদা নিত্যাইপদ শক্লগা ছয় গোষাইদা তুতিলা খিওদুনা লোইগনি।

ওঝাশিং কনা অমনা মনশিক্ষানা হৌরগা মনশিক্ষানা লোইগনি হায়নবসু য়াওই।।০।।

অথংবা খরদং শমলপ্পা ইজবনি
পাক্লা চাওনা ইজবা নচ্চদ্রে।।০।।

১৪/১০/৯৪

# দুহার চোলোম-দা
# অরিবা অমসুং অনৌবা ঈচেল

**শ্রী কোন্থৌজম সনাতন সিংহ**
*কাকৈথেল*

শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তুক্তা সোরোকখাইবম ওজা শেঙ্গুম্ব সিংহনা রাজমেন্দা দুহার চোলোম হৌদোকখি। মতুংদা ওঝা হাউরোকচম শামু সিংহনা রাজমেন অবৈবী পুথোকখি। মথং মথং ওইনা ওজা কয়ামুক্না দুহার চোলোম উৎলকখি।

দুহারগী চোলোম মত-কাই লিরবা মমাংথক্তগী হৌজিক ফাওবা অসিদা ফনা য়াম্না তৈনরবগুম উবা ফংই। মসি কলাকার অদুগী শাওং-শাদা অমসুং ফিরেপ, কোন্নবা ৱাখলদগী অহোংবা লাকখিদবা নত্তে, নত্রগা মসি য়াওন হায়বদু ওইবা তাই।

হৌখিবা মতমদা মাঙজিন থাখিবা ওজা গুরু মঙা-তরা নত্তনা সংকীর্ত্তন দুহার চোলোমগী ওজা-গুরু অয়াম্বগী মত-কাই, অভিনয়, কয়ামুক উজরকখি। পামজরুবা চোলোম কয়াসু তমজরকখি, তমজরক্রি।

**অরিবা অমসুং অনৌবা দুহার চোলোমদা তৈনরকপা খরদং ঃ-**

মমাঙথক্কী দুহার চোলোম মতম মতমগী মতুং ইন্না খজিক খজিক থৈদোরক্তুনা হৌজিক অনৌবা য়াওন অমা ওইরকইবা অসি ওজাদগী তম্মুবা নৎত্রগা তম্নকপা ওইরবসু অভ্যাস ৱাংনা থমজিনখিবা, ওজাগী মত-কাই লৌশিনবা ঙমখিদবা ফজনা পুক্লিংদা সাধনা ঙমদবদগী থোক্লকপনি হায়বা তাই। অহোংবা লাকপা অসিনা হৌজিক্কী সংকীর্ত্তন বিদাবদা ফজবা ময়েং তাহল্লি। হৌজিক্কী চোলোম অসি য়েংলগা সংকীর্ত্তন

চোলোমগী ফজবীদু অসিরা হায়না হৎনরকপদদি খুম্ফম খঙলোইদৌরি। দুহার চোলোমগী ফিরেপ, ফিভম, ফিদুপ, মিথয়েং-নায়েং, অভিনয়নচিংবা চেকশিনদবদগী চোলোমদা মপুঙ ফাদবা ফজবা থাংপা ওইরকই।

সংকীর্ত্তন দুহার চোলোমগী ফজবদি প্রকৃতিদা তাউদুনা লৈরগতা ওইবনি-রস মপুং ফাবনি হায়বসি মমাঙথক্কী ওজাশিংগী মত-কাইদগী, অমদি ওজাশিংগী থৌগল ফংজবদগী খঙজরকই। দুহার চোলোমগী লেঙ-ওৎপা, শাথেক-শানোম, ফিদুপ, খোঙথাং মিথয়েং-নায়েংনচিংবা প্রকৃতিগী পোৎলম অমদা পানশিনবনি। চোলোম অসিদা নাট্যগী মপুং ওইবা কায়াৎনা রস মাপল অমদি স্থায়িভাব পুথোকইবনি। শামুগী শাজৎ, কাঙাগী খোঙথাং, শজিগী মিথয়েং, খম্নাংচাক্কী শাথেক-শানোম, থরো-থম্বালগী রতি শক্তম অসিনি রসকা কোন্নবা নাট্যগী অভিনয় চোলোমদা চঙলিবা । অসিগুম্বা চোলোম অসি প্রতিভা লৈবা ওজাশিংতনা পুথোক্রম্বনি। প্রতিভা লৈবা ওজাশিংদসু সাধনা (ব্যুৎপতি) অমসুং অভ্যাস তঙাইফদে। গুন অহুম অসি থাদোক্লবা ইয়ামক য়াদে, হেক থাদোক্লবদা রস, ভিভাব, অনুভাব থোক্তে, চোলোম মপুং ফানা উৎপা ঙমদে। মসি খঙদুনা মমাংথক্কী ওজাশিংনা লৈরিক অমতা হোৎনমদে, লেঙ-ওৎপা, নাট্যগী শক্রোন উৎপদা য়াংলেন হুমাং চেনবনি মরু ওইনা লাইগুরু ভাবোকশিংনা করি হায়খিগদগে হায়বা চৈরাক কিবদগী পুক্নিং হকচাং লুপ্পরম্মী।

থায়নগী ওজাশিংগী মত-কাই য়েংলগদি নট সঙ্কীর্ত্তন্দা য়াওরিবা 'নাট্য কলা' হায়বসি দুহার চোলোমদা মরু ওইনা লৈ হায়জবা তাই। কলা হায়বসি কলাকার অদুনা পুথোক্লিংলিবা শক্তম অদু থাখল চঙনা পুথোরক্লগা রস য়াওবা শক্তম অমা ওইনা মীয়ামদা মমি তাহনবা অদুনি - কলাকার অদুগী থম্মোয় অমসুং থাখল অদুগা অন্তরা, স্থায়ী, রস-ভাব চুপলিবা ভাবোক্কী থম্মোয়গা অমত্তা ওইনা, তিন্নহনবা সহৃদয় (সহোদয়) ওইহনবা অদুমক রসনি, অথাংবা কলানি। দুহার চোলোম হায়বসি থাক অসি য়ৌরিবনি।

## দুহার চোলোম-দা অরিবা অমসুং অনৌবা ঈচেল

**দুহার চোলোমগী মরুওইবা অমনা গুরু ভক্তিনি।** **সঙ্কীর্ত্তনগী** ময়ায়দা শ্রীবিষ্ণু-গৌরচন্দ্র লেঙশিল্লিবনি। নাম-শ্রবন তৌরিবা, ব্রাহ্মন বৈষ্ণব লথানি। নাম প্রচার তৌরক্লিবা ঈশৈ হনবগী প্রভাব পুম্নমক দুহার চোলোম তৌদুনা, উৎনিংলিবা রস-ভাব অদু প্রকৃতিগী পোৎশক অমদা উপমা তৌদুনা ব্যবহারগা লোয়ননা পুথোকপনি। মসিদা মিৎফম চোইবা য়াদে, খোঙথাং কায়বা য়াদে, হেঙ্গৎনা উৎলুবসু চৎনদে, হুম্মল্লবসু ফজদে-মসিনি চোলোম - চৎনবী অরিবা। মসিবু হৌজিক কনানা খঙলিবগে মশক খঙদবা মোহিনী রুপকী লাই অমা য়েকপা কলাকারগী কলা ওইদে লাই অদুগী মরুমদা লৈরিবা মগুন মীয়ামদা মমি তাহনবা অঙাংবা কলানি। **অসিনি দুহার চোলোম অরিবগী ঈচেল।**

দুহার চোলোমগী অনৌবা ঈচেল অরিবা ঈচেলদগী খাইদোক্তে, হোংদোকখিবসু নত্তে, ঈচেল ওইবগী হৌনবা থেক্না খোয়না খজিক খজিক থৈদোকপদনি। ঈচেল অরিবদগী হোংদোক্লুনা চৎখিদবনা হৌজিক্কী দুহার চোলোম অসি অনৌবা ঈচেল কৌবদা য়ানা থোকই। চুমই; মিকুপ খুদিংগী পোৎ খুদিংমক মশক হোংবনা হৌজিক্কী দুহার চোলোমসু অনৌবা ঈচেল অমা ওইদবদি নত্তে। অরিবা শক্তমদগী অনৌবা শক্তম্না হেন্না ফজফম থোকই; ফজরিবনি। অদুবু দুহার চোলোম অনৌবা ঈচেল অসিদা কলাগী রস, কলপনা অদুনা অরিবা দুহার চোলোমগী অধ্যাত্মিক মমল অদু থমলিব্রা হংজনীংই। পাউখুমদি কলাকারগী য়াখল্লা মপাম্হোংগী ফজবদা তাউহনখিবনা-রস অমসুং কল্পনাগী মমিদি ভাবক্কী থম্মোয়দা চঙবা ঙমদবরা অসিনি।।০।।

১৮/১০/৯৪

ওঁ নমঃ গনেশায়

# নট সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা

**শ্রী থিংবাইজম বাবু সিংহ**

*উরিপোক নাউরেমথোং, ইম্ফাল।*

মণিপুর সনা লৈবাক অসিদা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীনা মনাই ভক্ত রাজ ভাগ্যচন্দ্রগা লোয়নদুনা ব্রজগী লীলানচিংবা, রস কয়ামুক শান্নগে নিংদুনা শ্রীধাম ব্রজবৃন্দাবন্দগী লেঙবিরকখি।

খৃঃ ১৭৭৬ তা ভক্তরাজ ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী শ্রীমূর্ত্তীবু নিরুপন তৌজখি।

খৃঃ ১৭৭৯ দা হিয়াঙ্গৈ থাগী পানখৎলকপা ১১নি পানবদগী হৌরগা পুর্নিমা ফাওবা নুমিৎ মঙানি (৫) চুপ্না কাঞ্চিপুরগী কুঞ্জবন্দা নট সঙ্কীর্ত্তন অমসুং জগোয় রাস লীলা অনি অসি কৎচখি।

ৱাফম অমনা শ্রীগৌরাঙ্গ ভাবিদগী ওইরগা ব্রজগী লীলানচিংবা রস পুন্নমক শক শোনগনি হায়বা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নিয়ম (মত) মতুং ইন্না ভক্ত রাজ ভাগ্যচন্দ্রনা, জগোয় রাস লীলা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নট সংকীর্ত্তন (নিপা পালা) না হান্না কৎচখি।

নট সঙ্কীর্ত্তন অদুদা শ্রীযুৎ সনা খুৎমক্লা পুঙ থোনখি। শ্রী ঙাংবম ওজা প্রেমানন্দনা শ্রীযুৎকী পুঙ তুংইনখি। মতোল ইবুংঙো ঙৌরাম শাইনা ঈশৈ হনখি, মতোল ইবুংঙো ধরশাইনা দুহার চৎখি। অসুম্না নট সঙ্কীর্ত্তনগী অহৌবদা পুঙগী নট রাগ অচৌবনা শ্রীশ্রী চৈতন্য নিত্যাই অনিবু নিরুপন তৌজখি। খুদম খরদং ঃ-

তেন তেন তা তঃ। — তাং — —।
চৈ ত ন্য নি। — ত্যাই — —।

হায়না য়েদুনা হৌরগা শ্রী চৈতন্য নিত্যাই অনিবু নটরাগ অচৌবগী পুঙলোন্না নিরুপন মপুং ফানা তৌজখি অমসুং নট সংকীর্ত্তনসু মপুং ফানা কৎচখি।

মথক্তা পঞ্জাপ্রিবা নুমিৎ অসিদগী মণিপুর সনা লৈপাক অসিদা নট সংকীর্ত্তন অমসুং জগোয় রাস লীলা অনিগী অনৌবা য়েন্নিং অমা হুন্নকখি। অদুগা নুমিৎতুদগী হৌদুনা জগোয় রাসলীলা শান্নবা খুদিংগী অহানবা ওইনা নট সংকীর্ত্তন্না হৌরগা মথংদা জগোয় রাস লীলানা শমথদুনা শান্নরকখি। মরম অদুনা নট সংকীর্ত্তন অমসুং জগোয় রাসলীলা অনিসিগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরি অমা ওইদুনা লাকখি। ঙসি পাংথোক্পিরিবা গুরুকীর্ত্তণ অসিগী ফজরবা শোভা অসিদা তিনবীবিবা কালা বিদ্যাদা মমল য়াম্লবা ওঝা গুরুগী মাংসিদা রাফম অমতং খল্লা নৈনবিনবা হায়দুনা থমজরি।

রারমদি ঃ- নট সংকীর্ত্তন অমসুং জগোয় বাস লীলা অনি অসি নোংমতদা কৎমিন্নদুনা লাক্লি, হৌজিক হৌজিকমকসু পুন্না কৎমিন্নরি। অদুবু জগোয় রাস লীলা অসিদি ভারত্তা চৎনবিবা ক্লাসিকেল জগোয় হায়না শিংথানরিবা জগোয়গী মশিংদা মণিপুরগী জগোয় রাস লীলা অসিসু মনুং চনবা জগোয় অমা ওইরি।

অদুগা নট সংকীর্ত্তন, নট-পুঙ অনি অসিদি করম্বা থাক্তা লৈরিবগে হায়বা অসি খঙবা ঙমদবগুম্না লৈরি। মরম অদুনা ঙসিগী তিনবিরিবা ওজা গুরুশিংনা খল্লা নৈনবিনবা হায়দুনা থমজরিবা রাফমনি।। ০।।

৮/১০/৯৫

## নট সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা অনিগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী

### (১)

শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানিশাবী দেবী

*য়ুম্নাম লৈকাহ*

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপিবস্বা ভক্তি ৫ গী মনুংদা নাম সংকীর্ত্তনসু অমনি। মসিদগী শ্রীশ্রীকৃষ্ণ প্রেম পোকনি। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন্না থম্মোয মিংশেল শেংদোকনি, সংসারগী মৈচাক মুৎহল্লি, সংকীর্ত্তনগী মশক ওইনা ভক্তিনা ডাম্ভোইবনপদা পুম্নমক মঙ্গল ওইনবই হায়বসি শ্রীমহাপ্রভুনা তাকপিখ্রবনি। নাগীদগী হেন্না ফাওবা ত্রোন্না খঙ্ডদনা, উপাম্বীগুম্না অখাঙ কন্না নাম কীর্ত্তন তৌগদবনি হায়বসিসু তাকপীবমই। কলিযুগ তা লাম্নবগী উপায়দি হরিনাম সংকীর্ত্তনদনি। মবমদি কৃষ্ণনামদি কৃষ্ণদগী তোঙানবা নত্তে। অসিমক অমওনি কনাগুম্বনদি কৃষ্ণনামনা কৃষ্ণদগী হেন্না মগুন লৈ হায়বনি

শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তগী লিংখৎলম্বা সংকীর্ত্তন তৌজিক্তি নট সংকীর্ত্তন হায়না কৌই। নটগী মতৌগুম্না ঈশৈ শকপদা নওনা কবতালনচিংবা খিণ্ডদুনা জগোয় শাবদগী নট সংকীর্ত্তন হায়না খঙনবনী। পুঙগী বাগ অচৌবা নৎত্রগা মসিগা মান্নবা বাগ অমা হৌদুনা পালাশিংনা সিদ্ধ-দেহগী ফীভম য়ৌদুনা সখীভাব য়ৌববা মতমদা শ্রীগৌবচন্দ্রদা চঙজে। মবমদি গৌবাঙ্গদি বাধা কৃষ্ণ অনিগী অপুনবনি। মনুংদা কৃষ্ণরূপ, মপান্দা গৌবাঙ্গরূপ হায়না হায়নবি। শ্রীকৃষ্ণগী অনিঙবা অহুম পাঙথোক্লবা গৌবাঙ্গ অবতাব তৌবনি, ব্রজলীলাসি নবদ্বীপ লীলাদা মপুং ফাবে হায়বসি বৈষ্ণবশিংনা চেৎনা থাজনবি। মরম অসিনা

গৌরচন্দ্রিকা হৌদবা য়াদে। অমুকসু নিত্যাইনন্দনা বলবামগী মশক্তি. নবদ্বীপ লীলাদি গৌর-নিত্যাই অনিগী লিলানি। অসিনা সংকীর্ত্তনগী লোইশিনবদা নিত্যাইপদ তাদবা য়াদে। সংকীর্ত্তনগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা চত্থরিবসি ভক্ত অমগী ভজনগী মশক্কী, লাইনিং পরৈ অমনি। মবক্তা থুগায়বা শুকয়া য়াদে মহা যজ্ঞনি।

অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী লাইনীং পরৈ অসিদা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীকৃষ্ণগমক্কী মংতাক্তগী বাসলীলা পুথোকপিবমই। শ্রীমদভাগবততা তাকপিরম্বা গোপীগী প্রেম হায়বসি কযামুক মগুন লৈবগে হাযবদুগী অঙকপা মশক অমা জগোয় ঈশৈনা ফোঙদোকপিবমই। গোপী প্রেম কমদৌবগে মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীবাধাগী প্রেম্না কমদৌবগে হাযবদু শ্রীগৌবাঙ্গগী অরোইবা পুন্সিগী শকুক্তা গম্ভীবা লীলাদা মশক শেংনা তাকপীবমই। চুম্নগী শকশোনবদগী শকমক হেক উবনা ভক্তশিংদা পেঞ্জবা হেল্লি। জগোয ঈশৈ পামজবদা ঙাওরবা লমদম অসিদা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা বাস লীলা অহুম পুথোকপিরমই **কুঞ্জরাস, মহারাস** অমসুং **বসন্ত** রাসনি। **নিত্য রাস** অমসুং **দিবারাস** কোন্না চঙলকপনি।

লুবিবদি সংকীর্ত্তনগী লাইনীং মওং অসিদা বাস লীলাসু চঙহনবা তাবনি। মপান্দা তোপ্না থম্বা য়াবা নত্তে। শক্লিবা ঈশৈসু ব্রজলীলা ঙাক্তনি। অদুনা রাসলীলা কংপা তাববদি গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভাবীদা ব্রজলীলা শান্নহনবা তাবনি। বৈষ্ণবকী লাইনিংদি ভাব বসকী মওংনি - ভাব-তগী প্রেম অমসুং প্রেমদগী মথং মথং মহাভাব য়ৌনবা ভজনগী মওংনি। অসিনা ইবুংঙোগী ভাববেশতা, ইবুংঙোমক্লসু রাধা-কৃষ্ণগী অপুনবা ওইরিবনিনা, বৃন্দাবনগী রাস লীলা অসি শান্নবা তাবনি। অসিনা সংকীর্ত্তনগী শৈশক্তা মতাং চানা থনম্লগা রাসলীলা শান্নহল্লিবনি। রাসলীলা কৈদৌঙৈদসু মতোমতা কংপা য়াদে। সংকীর্ত্তনগী শরুক অমা ওইনা, বৈষ্ণবগী লাইনিং পরৈগী মতাং অমা ওইনা, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লীলাবু ভক্তশিংদা দর্শন তৌহনবিবিবনি। ভাবোকশিংনা রস চুপচরিবনি। রাস লীলাগী ঈশৈ, পুঙগী মশক পুন্নমক সংকীর্ত্তনগীনি। জগোইগী শরুক্তা রাধা, কৃষ্ণ অমসুং

গোপীশিংগী ওইবনা মৈতৈগী হান্না লৈজরম্বা খুৎথেক শাথেক্তা রস চুপ্পদা নুংঙাইনবা খঙহৈরবা ওঝা গুরুশিংনা অনৌবা খরা পুথোক্লম্বতনি। সংকীর্ত্তনদসু পালা অমসুং পুঙগী চোলোম ওঝাশিংনা শেম্লম্বনি।

তশেংনা হায়রবদি রাস লীলাদি সংকীর্ত্তনগী থানবা য়াদবা নুংগী মশক অমনি। সংকীর্ত্তনদা পালানা শক্লিবসি বৃন্দাবনগী লীলানি। অষ্টকালদা শক্লবনিনা অহিংগী লীলাগী শকুক য়াওদবতনি। অদুবু ভজনদদি চিথবা য়াদে। অসিগুম্বা ভাবীগী শরুক্তু মুর্ত্তি পালহন্দুনা রাস লীলাদা পুথোরকপনি। **সংকীর্ত্তননা অমা রাসলীলানা অতোপ্পা অমা হায়না লৌবা অসিমকসু কুপ্পা য়েংশিল্লবদি লানগনি। অনিমক অমত্তনি।** মপানগী মরী নত্তে - কুন্মে অনি শম্নহনবা নত্তে। ভাব অমত্তনি। নুংদসু মপান্দসু অনিমক অমওনি হায়না লৌবদা অচুম্বা ওইগনি।।০।।

# নট সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা অনিগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী

## (২)

শ্রীমতি রাজকুমারী থম্বালম্না দেবী

*লাইরিকয়েংবম ময়াই লৈকাই।*

ঙসি তিনবিরিবা সভা অসিগী ইকাই-খুম্নবদা মতিক চারবা সভাপতি অমসুং অথোইবা অতিথি অমদি ওঝা গুরু, লাই গুরুশিংগী মফমদা ননাই ঐনা ভক্তি কৎচরি। মতিক মণ্ডন লৈরবা ওঝাশিং অমদি লাইগুরুশিংগী মফমদা পংলবা, করিসু খংজদ্রবা তোল্লবী ননাই ঐহাক্কী কবিগুম্বা বাহৈ খরদং সেবা থৌগনজবা অসিদা অশোই-অঙাম, অবাল-অস্থই কয়া য়াওরবসু ওঝাশিং অমদি সভাগী ঙাকপীহৈবা ওননা ঙাকপীয়ু হায়না তোল্লবী ননাইনা হন্না-হন্না ভক্তি কৎচরি।

ননাই ঐহাক্কী চেরোলসি সভাদা থৌগনজনবগী মতমশি থুম্নখিবনা নিংজবদি কয়া থুংজদ্রবনি। অদুবু ননাই ঐহাক্কা খঙঙবা খরদং খিজরুবা খরদং ময়ামগী সেবা তৌজবনি। অবানবা কয়া য়াওরবসু ওঝাশিংনা চুমথোকপীদুনা ভুংগী পুন্সিদা খঙজনবা তোৎনকপনি অমসুং ওঝাশিংনা থৌজাল পিবিদুনা ভুংগী পুন্সিদা ফগাৎনবা শক্তি পানবিয়ু হায়না প্রাথনা তৌজরি।

নট সংকীর্ত্তন অমসুং রাসলীলা অনি অসিগী মরক্তা য়াম্না নক্নবা তৎন-থানবা য়াদবা অচৌবা মরি অমা লৈনৈ। নট সংকীর্ত্তন অসিসু শ্রীরাধা গোবিন্দগী নাম গুন ময়াম পরেং লেংদুনা ঈশৈ ওইনা খোঞ্জেল বাংনা শকপা শোনবনি। অদুগা রাসলীলা হায়বসিসু সংকীর্ত্তনগী মওংগুম্না শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলা, রস অমসুং গুননচিংবসু ঈশৈনা শকপা শোনবনি।

মণিপুরগী রাসলীলাগী জগোই রাস হায়বসি য়াম্না লিরবা অমসুং মণিপুরী জাতি ঐখোয়গী খ্বাইদগী অথোইবা অমদি লেমজনিংঙাই ওইরবা জগোইনি। নট সংকীর্ত্তনসিসু ভক্তি রসকী অশেংবা মশক্নি। নট সংকীর্ত্তনগী মতুংদা শাম্নগদৌরিবা রাসলীলাগী রাধা কৃষ্ণগী ঈশৈ শক্কনি। কলি যুক্তা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অথোইবনি। অদুগা মীওইবনা ফংগে হায়না তাম্লিবা অদু ফংননবা "জগোই রাস" অসি কৎনরিবনি। কৃষ্ণগী নাম অমুক শোনবনা অশ্বমেধ যজ্ঞ কোটি অমা কৎপগা মান্নে। *(চৈতন্য চরিতামৃতা)*

খৃঃ ১৭৭৬ (শকাব্দ ১৬৯৮) হিয়াঙ্গৈ থা ১২ নি পানবা, ইরাই নুমিত্তা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা য়াথংনা বাংখৈ পণ্ডিত গোপী রামসিং পাচা হনবদা শ্রীগোবিন্দ মুর্ত্তি শাহন্দুনা ইংশোক ১৭৭৯ (শকাব্দ ১৭০১) হিঁয়াঙ্গৈ থাগী তরামাথোইনি (১১) পানবা ইরাই নুমিত্তা লংথবান কোনুং (কাঞ্চিপুর)গী রাস মণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিসেক তৌরগা নুমিৎ ৫ নি রাস লীলা কৎতুনা শান্নখি। মসিবু মণিপুরী জগোই রাস হায়না খংনখি। জগোই রাস অমা কৎপা তারবদি নট সংকীর্ত্তন নিপা পালা অমা হৌদবা য়াদে।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চৎনবী নিয়ম মতুং ইন্না শ্রীগৌরাঙ্গগী বাখলদগী থোরকপা ব্রজ লীলাগী রস কয়ামরুমগী ঈশৈ অদু নট সংকীর্ত্তন (নিপা পালা) শক্রগা বৃন্দাবন বর্নন্দা থম্লমগনি। মখা রাসলীলাগী শরুক্কা শমথগনি। নট সংকীর্ত্তন অমা শকপা তারবদি অহানবদা গৌরচন্দ্রিকা অমা শক্লে। মসিবু গৌরচন্দ্র হায়নসু খঙনৈ। শ্রীগৌরাঙ্গগী রুপ, গুননচিংবা শক্রগা গৌরচন্দ্রগী ভাবাবেষতা ওইখিবা, রাধা কৃষ্ণগী লীলা কীর্ত্তন তৌনৈ। অসুম্না রাধা-কৃষ্ণগী লীলা কীর্ত্তনগী মমাঙদা শৈশক অদুগী বাহৌদোক ওইনা গৌরাঙ্গগী ভাবাবেষ শকই হায়দুনা মসিবু গৌরচন্দ্রিকা নৎত্রগা গৌরচন্দ্র হায়না খঙনখি। অসি গুম্বা গৌরচন্দ্রিকা শকপগী নিয়মসি বৈষ্ণব সমাজগী লুচিংবা শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা মহাক্কী পোকফম লমদম 'খেতরী' (উত্তর বঙ্গদা লৈবা) হায়বা মফমসিদা বৈষ্ণব সম্মেলনগী মহোৎসবতা রসকী

শৈশক্তা, গৌরচন্দ্র হান্না শক্লগা মথংদা লীলা কীর্ত্তন শকপগী মওঙ ওইনা অহানবা হৌদোকখি।

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী কীর্ত্তন "মণিপুরী জগোই রাস" অমসুং মণিপুরী Classical জগোই খুদিংমক নট সংকীর্ত্তনগী মনুং চনবনি। জগোই রাসতা শক্লিবা ঈশৈ অয়াম্বদি নট সংকীর্ত্তন্দগী ঙাক্তনি। জগোই রাসসিদা শিজিন্নবা নথব্রগা য়েনরিবা পুঙলোন অয়াম্বসু নট সংকীর্ত্তন্দগী লৌবনি। ওজা গুরুশিংনা পুঙলোনগী মতুং ইন্না ঈশৈ লেংলম্মী, ঈশৈগী রস ভাব য়েংনা জগোই শেম্লমই। জগোই ইশৈ পুম্নমক পুঙলোনগী মতুং ইন্না শেমই। অদুনা মণিপুরী জগোইদি পুঙনা প্রধাননি হায়নরিবনি।

নট সংকীর্ত্তন (নিপা পালা) অসি রাগ অচৌবনা হৌগনি। মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী মনুংদা **"রাগ অচৌবা"** হায়বসি য়াম্না লুবা অমনি। রাগ অসি হৌবদা অকাই অতোই য়াওরবদি পুম্নমক্কী ওইনা অমাঙবা ওই। রাগ অচৌবা অসিনা পুম্নমক্কী মরুনি হায়দুনা মসিবু **"মুল রাগ"** হায়নসু কৌই। নট সংকীর্ত্তন নিপা পালাদা রাগ মচা হৌবা চৎনদে। "রাগ অচৌবা" অসি ভাগ্যাচন্দ্র মহারাজগী স্বপ্নাদা (মঙদা) শ্রীগোবিন্দনা তাকপিরম্বনী অসুম্না হায়নৈ। শান্নগদৌবিবা লিলা অদুগী মমাঙদা মদুগা মবী লৈননা পাঙথোকপা অমদি শান্নগদৌবিবা লীলানচিংবা অদুগী য়েখায থিনগায়বা থোক্তনবা ইশ্বরদা চঙজদুনা ইশ্বরগী গুন কীর্ত্তন তৌবনচিংবা লীলাগী অহানবা শরুক্তা তৌবা, হৌনবী থবক মখেবু **"পুর্ব্বরঙ্গ"** হায়না খঙনৈ।

**"পুর্ব্বরঙ্গ"** গী মশক ওইনা নট সংকীর্ত্তন নিপা পালানা রাস লীলাগী মমাঙদা হৌবা অসি চৎনরকই। মন শেনবা (রাখাল রাস) জগোইদদি নট পালা য়াওদে। হৌনবী মতুং ইন্না নিপা পালা অসি ফিনা অমদি লৈ চন্দননা বোরিগনি। অসিগী মতুংদা নট সংকীর্ত্তনগী হৌনবী মথং মথং চৎথগনি। অসুম্না নিপা পালাগী ইশৈ লোইরবা মতুংদা রাস লীলাগী জগোই অসি হৌনবগীদমক্তা পুঙ য়েবা, ইশৈ শকপীনচিংবা পুম্নমকপু ফিনা অমদি লৈ চন্দননা বোরিগনি। মথংদা রাস লীলাগী ক্রমসিং মথং মথং চৎথগনি।

জগোই রাস হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নিপা পালানা হান্না শকপসিনা য়েংগদৌবা ভাবোক পুন্নমক্কী অশেংবা ভক্তি রসকী ভাব অমা ফাওহল্লি। অদুগা রাসলীলা অদুগীসু য়েংনিংবগী খৌরাংবা অমা হেন্না পোকহনবগী মচাক অমা ওইহল্লি। জগোই রাস হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা নট সংকীর্ত্তনসিনা **পুর্ব্বরঙ্গ** ওইনা হৌবসিনা কৎকদৌরিবা রাসলীলা অদুগী হেন্না ফজহন্নবগী মপুং ফাবা মচাক অমসু ওইহল্লি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা নিপা পালানা হান্না হৌবসিনা রাসকীদমক্তা পোৎলোই শেৎপদসু খুদোং চাবা অমা ওইহনবা ঙমই। অয়েংবা ভাবোকসু ঙাইবগী অৱাবা অদু কোকহল্লি। অমরোমদা নট সংকীর্ত্তনগী ইচম-চম্বা তরু-তরুবা অঙৌবা ফিজেৎ অমদি রাসলীলাগী থৱানমিচাককুম্বী তনিক তনিক্লবা মনি পরেং ঙানবগুম্না নিংথিজরবা পোৎলোইগী ফিজেৎ অনিসিগী তশেংবা খেন্নবা মগুন অমা ফোংদোকহল্লি। নট সংকীর্ত্তনগী নিপা পালাগী ফিজেৎথি অঙৌবা ঙাক্তা শেৎকনি। মচু শিজিন্নবা যাদে। মরমদি ঈশ্বরগী পুজাদা মৈতৈ লৈবাক্তা অঙৌবা মচু নৎত্তুনা অতোপ্পা মচু খক শিজিন্নদে। অঙৌবা মচুগী ফিজেৎ অসিনা অথোইবা **"স্বাতিক"** ওইবা মতৌ অদু উৎলি। নট সংকীর্ত্তন্দা যাওরিবা পালা পুন্নমক **"দ্বাদশ-তিলক"** (চন্দন মফম ১২) অসি থিনগনি। উরিক নগুন শিগনি। মসি তৌদনা মীদি সংকীর্ত্তন য়াওবগী অধিকার লৈতে। চন্দন মফম ৫ দি বনা যাওনা থিনগনি। নট সংকীর্ত্তনগী ফিজেত্তি পালা খুদিংমক চপ মান্ননা মপান চন্দবা অঙৌবা ফৈজোম শেৎকনি। মাঙদা গুঞ্জা হাপকনি। ফৈজোমগী মথক্তা ইন্নফিনা খ্বাংয়েৎ কন্না লাকশিনগনি। নামৈ লৈরগা ওইদা ফিজিন তাহনগনি। খ্বাংয়েৎ য়েৎপগী ফিজিন অসিনা য়েৎতা তাহনগনি। নরসিংহ মহারাজগী সনা হাক্তক্তদি খ্বাংয়েৎ য়েৎপগী ফিজিন অসি যেৎ ওই অনিমক তাহন্নরম্মী। পালা খুদিংমক কোকয়েৎ নৎত্রগা কোয়েৎ য়েৎকনি। পালাগীনা কোয়েৎ অচৌবা য়েৎকনি অদুগা পুঙ য়ৈবগীনা কোয়েৎ মচা য়েৎকনি। পালাগী কোয়েৎ অচৌবগী মতোন্দা **"পেত্রুক"** হায়না খঙনবা অমুবা মচুগী ফি লৈতেংফি মচা অমা থেৎকনি। পুঙ য়ৈবগী অমদি অতৈ কোয়েৎতদি অমুবা ফি **"পেত্রুক"** অসি থেৎলোই। ঈশ্বর পুজা তৌবা মতমদা কোক্কী শম উহন্নদে। মরম অদুনা

কোয়েৎ য়েৎলিবনি। মৈতৈ জাতিগী কোয়েৎতি শলাইনি। শলাই কোয়েৎ অসিসু মখল য়ামই। মদুদি ঃ- মপুম, মতেক, য়েৎনা নম্বী অমদি ওয়না নম্বী অসিনচিংবা। কোয়েৎ মপুম সংকীর্ত্তনদসু শিজিন্নৈ অদুগা লুহোংবগী বোরনসু য়েৎনৈ। অসিগুম্বা নটকী ফিজেৎ লৈতেংশিং অসি পুম্না মখল নিপাল শুগদবনি। মসিবু "অষ্ট-বেশ" হায়না কৌই। মদুদি (১) দ্বাদশ তিলক (২) কোয়েৎ (৩) উরিক (৪) নগুন (৫) লেংয়ান ফি (৬) ফৈজোম (৭) খ্বাংয়েৎ (৮) মনুংফিনি। থাইনা মমাঙঙৈদদি ফৈজোমগী মখাদা খুদৈ মচা অমা শেৎনরমই হায়না হায়নৈ। মসিবু ফিনুং-ফি হায়নৈ। নট সংকীর্ত্তন্দা (নিপা পালাদা) মৈতৈ পুঙ অমদি করতাল মরী অশাংবা পানবা শিজিন্নৈ। অদুগা রাসলীলাগী সুত্রদনা মৈতৈ পুঙ অমসুং মন্দিলা শিজিন্নগনি।

নট সংকীর্ত্তন অসি শকপা লোইরবা মতুংদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী ৱারী মণিপুরী জগোই রাস অসি হৌগনি। কীর্ত্তন বিচারগী মতুং ইন্না পুঙ য়ৈবা অমদি ইশৈ শকপী (সুত্রধারী) বু ফি অমদি লৈ-চন্দনা বোরিরবা মতুংদা পুঙ য়ৈবা সুত্রধারনা পুঙগী রাগ মচা হৌগনি। সুত্রনা ঈশৈগী বাগ হৌরগা বৈষ্ণব বন্দনা অমদি বৃন্দাবন বর্নন তাগনি। মথংদা কৃষ্ণ অভিসার অমদি রাধা অভিসার তাগনি। গোপী ময়াম লেঙথোক্কুনা মণ্ডলী সাজন তৌরগা তিন্তাল, মেন, তানচপ অমসুং চালী তাগনি।

জগোই রাস অমা কৎপা তারবদি ভঙ্গি পরেং অসি শাদবা য়াদে। ভঙ্গি পরেং অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুর্ত্তিবু অবাহন তৌদুনা শাগৎলিবনি। ভঙ্গি শারিঙৈ মতমদা ভাবোক চৎনহৈদে। অঙাং ফাওবা তুমহন্নরমদে। রাসতা ভঙ্গি জগোইনা উৎলিবা অসিনা অশেংবা ধ্যানগী মতৌনি। জগোই রাসতি নুংগী ওইবা জগোইনি। অয়ৌবী লাইনীং লম্বীনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিদা লুপ্পুনা পুম্নমক কাউথোক্কুনা নুংঙাইবা ঙম্বা অদুগুম্বা রাসনি। অসিগুম্বা রাসকী জগোই অসিদি য়াম্না চিঙ-লেম্বা তপ্পা জগোইনি। নুংশিৎনা শিৎপদা উনা-না লেংবগুম্বনি। রাসকী জগোইদা ইথক ইরাংগী শরুক য়াওদে। জগোই শাবা মতমদা কৃষ্ণ অমদি গোপীশিংনা ভাবোক্তা য়েংনদে। মচানা শাবা কৃষ্ণদা মপানা দন্দবৎ তৌদুনা খুরুম্নরিবনি। রাস লীলাসিদা য়াওরিবা গোপিশিং অসিসু অচম্বা অমত্তা নত্তে। মুনি ঋষি কয়াগী শায়োননি

হায়নরিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী ভাবকী মুর্তি ওাক্তনি। মীওইবা জীবগী আত্মাগা পরমাত্মাগা শান্নমিন্নবনি। মীওইবা জীবগী জীবাত্মানা প্রকৃতি হায়বদি নুপীগী শক্তম ওইনা লৌদুনা অদুগা ভগবাননা পুরুষ (নুপা)গী শক্তম ওইনা লৌদুনা শান্নমিন্নবনি। মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীমতি রাধীকানা প্রকৃতিগী মশক্তি অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পুরুষকী মশক্তি। প্রকৃতি, পুরুষ অনিনা অলিঙ্গনচিংবা তৌবদগী থোরকপা মধুরয্য রসকী মপুং ফারবা রাসলীলা অমনি। অসিগুম্নবা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী রাসলীলা অসিনা তাইবংদা অমাং-অতা লৈত্রবা প্রেমগী লংলবা অমদি ৱাংলবা মশক অমা উৎথপিরম্মী। ভক্তিগী মশক ওইরবী গোপীশিংনা রাসলীলাগী রসতা লুপচদুনা শ্রীভগবানগী অমৃতগী মশক ওইরবা প্রেম সমুদ্রদা লোইবা নাইদনা লুপচদুনা প্রেমান্দ অমদি পর-ব্রহ্মাদা তিন্দুনা পোকপগী মহৈ য়াম্লে হাযনা লৌনরিবনি।

ঈশিংগী পিক্লবা ইরিকশিংনা পাক্লবা সমুদ্রদা তাদুনা ঈতিনখিবগুম্বনি। নুমিৎকী মৈশানা মিচং-মীথায় নাইদবগুম, শ্রীভগবান শ্রীকৃষ্ণদি মিচং-মীথায় নাইদে। অনকপদা লৈবনা হেন্না মৈশা ফংবা, অরাপ্পদা লৈবনা ৱাৎনা মৈশা ফংবা হৌনশানি। ভক্ত অদুগী মশাদা মায়া পক্লবদি কৃষ্ণ ফংবা ঙমদে। পুকচেল শেংনা নিংবতনা কৃষ্ণবু ফংবা ঙমগদবনি। মরমসিনা রাসলীলাসি ভক্তি রসনা মরু ওইরিবনি হাযরিবনি। রাসলীলাসিগী মপুং ওইবা রসতি মধুর রসনি। শ্রীমতি রাধিকানা মাগীনি হায়বা লৈজবা খাক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা কৎথোকখি। শান্ত, দাশ্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হায়বা রস মখল মঙাসি সুনা রাসতা তিল্লিবনি। মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা, ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা অথুপ্পা, কুপশ্রবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাসিবু মীওইবদা শন্দোক্কে হায়বগীদমক্তা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা সংকীর্তনগী মওংদা হৌদোকপিরমই।

রাস নৃত্যগী জগোইদা অভিনয় মখল ৪ চংই।

(১) **অঙ্গিক** ঃ- হকচাংগী মায়-মিৎ অমদি খুৎনচিংবনা লেংবা ওৎপা তৌদুনা পুক্লিংগী ভাব ফোংদোকপা।

(২) বাচিক ঃ- বা ৱাংবা, ঈশৈ শকপনচিংবা তৌদুনা ভাব ফোংদোকপা।

(৩) আহার্য্য ঃ- ফিজেৎ-লৈতেং অমদি লিক-কোম্নচিংবনা অর্থ ফোংদোকপনি।

(৪) স্বাত্তিক ঃ- পুক্নিংগী ফিভম, বিকারগী মওংনা ফোংদোকপা অসিনি।

রাসলীলাগী জগোইদা চেললিবা ইচেলসি ভক্তি মার্গগী অয়ৌবা থাকনি। রাসকী ফিজেৎতা মায়দা অঙৌবা অপাবা ফীনা কুপকনি। মসিনা ঈশ্বরবু নত্তবা মিথয়েংনা য়েংদনবনি। শম মথক্তা বাংলো তুমনা পুনগনি। পুজাগী মতমদা শম উহমদে। রেশম ফুরিৎকী মথক্তা অঙৌবা ফিনা থবাক মপাদা য়েৎকনি। মসিনা নুপীগী ফিভমবু শেংনা উদনবনি। খোঙ্গদগী খুদোল ফাওবা অথাবা পোৎলোইনা কুপশিনগনি। মসিনা জগোই শাবা মতমদা ওইরকপা বিকার অদু উদনবনি। মসি শারিবা মী অদুগীতা নত্তনা অয়েংবা ভাবোক্কীসু রস কায়বা থোক্তনবনি।

রাসকী জগোইদা লোংলৈ, উপলৈ য়াম্না তোয়না য়াওরিবা অসিসু ঈশ্বরবু তৎতনা নিংশিংজবনি। লোংলৈ জগোইদা খুৎ অনিমক থাঙ্গৎতুনা য়েৎলোমদা লোংনা লৈথোরকপা অসিনা তাইবংপানবা পুম্নমক্কী মতৌবু তাকপনি। উপলৈ জগোয়দা হকচাংগী য়েৎকী খুৎ হায়দোক্লকপা অসিনা ইবুংঙো মঙোন্দগী থোরকপনি তাকপনি। ইবুংঙো মাগী কাল চক্রগী মতুং ইন্না য়েৎকী খুৎনা মতম কয়া কোয়না লৈরুরগা অমুক হঞ্জিনফমসু ইবুংঙো মঙোন্দনি হায়দুনা হকচাংনা ওয়-ওইননা লৈরগা খুৎসু থাংগৎতুনা কোয়না অসুম পুরক্লগা হকচাংনা লৈবা লোইবগা মান্ননা হান্নগী মফম থবাক্তা অমুক পুশিল্লজ্জুনা থমগনি। মসিনা ইবুংঙো মঙোন্দগী থোকপনি, হনজিনফমসু মঙোন্দনি হায়রিবনি।

জগোই রাসকী জগোইদা লোংলৈ, উপলৈ তৎতনা য়াম্না তোয়না য়াওরিবা অসিনা ঈশ্বরবু মতম পুম্নমক্তা নিংশিংজবা অমদি কাউজদে হায়বা ফোংদোক্লিবনি। তাইবং পানবা অসিদা মীওইবা ঐখোয়না মালেমসিদা কোয়না চৎলুরগা হনজিনফম (য়ুমদা) দা হঞ্জিনবগুম্বনি।

হায়বদি মীওইবা ঐথোয়না শিরবা কান্দা ঈশ্বরদা তিনখিবগুম মীওইবগী জীব আত্মানা পরমাত্মাদা তিনখিবনি। অসিগুম্নবা রাসলীলাগী জগোই রাস অসিনা মীওইবগী অরান খুভম (মুক্তি) ফংনবগী অথোইবা লম্বীনি। অসিগুম্নবা মুক্তি ফংননবগী লম্বী ওইরবা রাসলীলাগী জগোই রাস অসিগা ভক্তিগী মশক ওইরবা নট সংকীর্ত্তনগী নিপা পালাগা তথন-থানা য়াত্রবা অচেৎপা মরী লৈনহল্লি। ঙসি ফাওবদা মনিপুরী ঐথোয়গী চৎনবী অমা ওইনা রাস লীলাগী মমাঙদা নট সংকীর্ত্তন নিপা পালানা হৌবা অসি চৎনরক্লি অমসুং তৌনরি।।০।।

১৮/১০/৯৪

# বাঙ্গলা পদাবলীগী মথক্তা মৈতৈ ওঝাশিংনা হুপচিল্লম্বা বাঙ্গলা শৈরেং অমসুং মৈতৈ লোনগী শৈরেং

**শ্রী শঞ্জেনবম চন্দ্রহাস সিংহ**
*উরিপোক*

(১) বাঙ্গালী কবিশিংনা লেংলম্বা পদাবলীশিংদা মৈতৈ ওঝা লাই গুরুশিংনা 'ছন্দ' পাল্লগা থম্বিরম্বা ঈশৈ য়াম্না মরাং কায়না লৈ। ওঝা ধনসিংহনা খোমজিন্দুনা থম্বিরম্বা ওঝাশিংগী ঈশৈ ৮০০ হেন্না লৈ। (**"সংকীর্ত্তন মহাত্মা"** দা য়াওবা) থিজিল্লবদি মসিদগীসু হেনগনি।

(২) বাঙ্গালা লোনগী ঈশৈশিংসি খরা লিরবা অমসুং খরা নৌরিবা হায়বা খেন্নবা খরা ওঝাশিংগী মরক্তা হায়নরি। মসি চুমদবদি নত্তে। অনৌবা ঈশৈ **'ছন্দ'** দি ফাবদা মতম চংদে। অরিবা ঈশৈগী **'ছন্দ'** দি ফাবদা মতম চঙই।

(৩) ইমা লোন্দা লৈরবা শৈরেংশিংগী অমুক নৈনরশি ঃ-

(ক) ইহান হানবদা থাগৎনিংঙাই ওইবা পোৎতি ঃ- রসসু, ছন্দসু, লোনসু বাঙ্গলা লোনদা লৈবা ঈশৈশিংদগী করিমত্তা তাংদবা অমসুং মানদবা ঈশৈ কয়ামরুম থেংনরি। (**ওঝা তোয়াইমগী ঈশৈ, অমসুং সনখ্যা সর্য্যবরন সনাগী ঈশৈ খুদম ওইনা**)

(খ) অনিশুবদা ঃ- ইমা লোন্দদি লৈরবা ঈশৈ **'ছন্দ'** দি বাঙ্গলা ময়েক্তা লৈরবা, ঈশৈগী 'ছন্দ' তাংবা (হায়বদি মান্নবা ছন্দ) অসিগুম্বা ঈশৈ কয়াসু লৈবা উই। অদুগা রসতি বাঙ্গলাদা লৈবা রসদুগা মান্নদবা (হায়বদি খরা থৈনবা) মসিগী মতাংদদি ওঝাশিংগী মরক্তা মাগী মাগী মোৎ পিনরকপা মান্নদে।

(গ) ইমালোনদদি লৈরবা ঈশৈ - রসদসু কায়প্রবা, ছন্দদসু হান্না লৈবা 'ছন্দ' গা খেৎনদবা অদুগুম্বা ইমালোনগী ঈশৈ কয়াসু লৈরে। মসিগী মতাংদদি ওঝাশিংগী মরক্তা থোইদোক্না মোৎ ভেদ ওইবা তাজদে অমসুং উজদে।

মথক্কী (ক), (খ), (গ) শিংশি সভাদা অদুম থমজরি।

ইশাগী ওইবা মোৎতদি অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ইমা লোন্দা ঈশৈ থমবিরিবা ওঝাশিং পুম্নমকপু থবাই হকচাং য়াওনা থাগৎচরি। ইমালোনগী "কলচর" দা অগুকপা মতেং পিরি।।০।।

৭/১০/৯৫

# মণিপুরি লোন্দা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন

**শ্রী রাজকুমার মধুর্য্যজিৎ**
*য়াইস্কুল জন্মস্থান*

য়েলহৌঙৈদগী ইপা ইপুশিংনা হেক পোকপদগী কৌবা ঙম্লকপদদি, মৈতৈনা লোনবা লোন মৈতৈ লোন অসিনি। মৈতৈ সনা লৈময়োন অসিদা তাবা মীওইববু মৈতৈ হাইনা খঙনরকই, হৌজিকসু অদুম খঙনরি। মৈহৌরোনদগী হৌনা ঈশৈ শকপা লাই শোনবা মৈতৈগী মরক্তা লোনবা লোন অসিদা তৌরকই। মৈতৈনা গৌর ধর্ম্মগী ওইবা বৈষ্ণব কাংলুপ্তা চঙশিনবা নুমিত্তগী হৌদুনা শকপা শোনবা গৌরগী লোন্দা হায়বদি বাঙ্গালা লোন্দা মপুং ওইনা চৎথরকই। মরু ওইনা গৌর ধর্ম্মদা সংস্কৃত শ্রীমদভাগবত অমসুং চৈতন্য চরিতামৃতগী রস ভাবনা মরুওইনা চঙলকপনা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌনা শ্রীশ্রী গোবিন্দদা কীর্ত্তন, রাস, অভিসেক তৌবা পুন্নমক্তা শ্রীরূপ পরমান্দা ঠাকুর গুরুগী পাউতাক বাখলদা চৎথরকপনা বাংলা লোন্দা, কীর্ত্তন, রাসনা চিংবদা কৎলকই। শ্রীযুৎকী সনা হাক্তক্তা অনৌবা নট শৈশক পালা অসি কথখি। মসিগী মমাংদা শ্রীযুৎ গরিবনিবাজ সনা হাক্তক্তা অরিবা পালা হৌদোকপিদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী থৌগল তৌরি। ঈশৈ হৌদোকপনা কোন্থৌজম ওঝানি পুঙগী ওঝানা ধনিরামনা মরু ওইনা হোৎনদুনা বাঙ্গালা লোন্দা পুথোকখিবনা বঙ্গদেশ পালা হায়না মিংথোনখি। মহারাজগী সেবকশিংনা ঈশৈ তম্লবা মতুংদা সেবক পালা হায়না মিংথোনখি। মতম অসিদা মৈতৈলোল শ্রীশ্রী গোবিন্দ সেবাদা চঙদ্রি। হৌজিক্তি মৈতৈলোন্দা ওইনা তৌবসি মতমগী খোংজেন্দা মণিপুরদা চৎনরকপনা, মৈতৈ লোনসি নিপালগুবা সেদ্যুলদা চম্লবনা পাক চাউনা কোন্দুনা মণিপুরী লোন হায়না চঙশিল্লসি হাযনরে।

মতমগী খোঙথাংগী মতুং ইন্না ইমা লোন্দা শকপা শোনবা পান্নরক্লি। মসিদা মৈতৈলোনসু মণিপুরী লোন হায়না পাক চাউনা কোনবসু পান্নরি। নট সেবাদদি মৈতৈলোন্না অচেৎপা ওইগদ্রা খৗ্রে মরমদি চাউখৎপগী খোংথাঙদা মণিপুরী লোন হায়রবসি মণিপুর লৈবাক্কী মিংখৈ হোংলকপা তারক্তুনা "মণিপুর" গী মহুত্তা "কংলৈপাক" হায়না খোল্লনসি হায়রবদী মৈতৈলোন করিদা তারক্কদগে খল্লনিংঙাইহনি। অদুনা মৈতৈলোন্দা নট সংকীর্তন হায়জবনি। মৈতৈলোন, মণিপুরী লোননী পান্নরবনি। অদুবু মণিপুরী লোন, মতমগী ইচেল কনানা খঙগনি। অরিবা মীরোল্লনা ঈশৈ তাবদা মৈতৈলোন্দা শকপসি রস, ভাব মতমগা চুনদবা য়াওই হায়রি। মসি মতমগী ওঝাশিংনা মৈতৈলোন্দা শকপদা ময়েক শেংনো মফম মতম য়েংবা হায়বসি চাউরবা থৌদাং লৌবা তাবনি। লোন্না, ভাব, রস, মতম অদু ফোঙদোক্তুনা নাম তারিবা পুন্নমকপু বৈক্তবশিংবু পামহনবা হায়বদু ওইহনবা তাবনি।

মৈতৈলোন অমদি মণিপুরী লোন হায়বসি অমত্তনি হায়না পঞ্জগে। লোন অসিনা নোংম নোংমগী য়াওন হোংদোকপা ঐখোয়গী সমাজ কাংলুপ্তা চঙলক্তবা নত্তে। হান্নগী অরিবতনা ফৈ হায়নিংঙাই লৈতে। অনৌবতনা চাওখৎপনি হায়বসু ওইদে। কলাকার অমা ওইনা হান্নগী বাঙ্গলাসু খঙদবা য়াদবা মরুওইবা নট শৈশক ওঝাশিংনা থম্বিরম্বনিনা, হৌজিক্কি মণিপুরী লোনগী মতম অসিদা তুং-মাঙ য়ান্না য়েংবা মথৌ তাবরা খঞ্জে। নত্রবদি মৈতৈলোন্দা শকপা ঈশৈ রস, ভাব মফম মতমদা য়ান্না কায়বা লাকপনা তাবা য়াদ্রে। অসিনি হায়নরিবা খল্লরিবা। "নট ঈশৈগী শৈশক অসি ঈশ্বর ভক্তিদা লুপ্তুনা প্রেম্না মরুওইবা শৈশক অমনি।" বারি তৌবীরম্মী— শ্রীখাংঙেনবম ওঝা "গুলাপীনা য়ান্না শেংলবা বাকম অমনা লৈখিদ্রবা ওঝাগা মরক মরক্তা বারি তৌজবা মতমদা ওঝানা হায়বি, "লাইরিক লাইসু হৈরবশিংগী মরক্তা থবায় য়াওবা কলাকার ওইনিংবা য়ান্না য়াওরক্লবা মৈতৈলোন ইমালোন্দা নৈনদুনা লাইরিক লাইসু মতিক চানা পুথোকপা স্তুরকপা মতমদা শৈরেং লেংবিনবা য়ান্না খোরক্তুনা নটকী সেবা তৌবিরকপা মতমদা নুংঙাইবা হেনগনি"। "মতমগী ওইনা অহোংবা কয়া ইমালোন্দা নট শৈশক পান্নরকপনা তুংগী চাউখৎপা হেনগনি হায়বসি

য়ান্নরবা অমনি। খুদম ওইনা হায়রবদা ওঝাগী লাইরিক শ্রীশ্রী গোবিন্দ থৌরম শৈরেং নট ঈশৈ অহানবা শরুক শোক ১৯৭২ দা ফোংবা অসিনা মরিক চুন্না নট শৈশক্কী সেবা তৌরি হায়বসি হায়মনবা থোক্রোই। মতম পুন্নমক্তা ওঝাবু মৈতৈ সমাজনা নিংশিংদুনতা লৈরগদবনি। লৈসু লৈরি।

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী মতম ফাওবদা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মন্দিরদা মৈতৈলোন্দা নট পালা অরিবা, অনৌবা নুপী পালানচিংবা থৌগল তৌবা স্বর্গীয় ডুম্রসিংহ বড় সেনাপতি শ্রীযুৎকী ময়াম্বুং অহলনা মৈতৈলোন ময়েক শুদে খোম্থোক চুমদে হায়দুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌবা য়ারমদ্রে। মমৈদা শ্রী ওকেন্দ্র মহারাজনা বোৗডকী প্রেসিদেন্ট ওইরবদা (১৯৭৪) মৈতৈলোন্দা বাসেশ্বরিগী থৌরমদা নিপা পালা অহানবা ওইনা সংকীর্ত্তন কৎপা হৌথি। মতম অদুদা ইশামকসু বোর্ডকী ভাইস প্রসিদেন্ট, এডভাইজরসু ওইদুনা নুপা পালা কৎলকপনা ঙসিফাওবা তত্তনা কৎলি। মথংদা রাস কৎপদা শ্রীখাংঙেনবম ওঝা গুলাপী সিংহনা ঈশৈ হনবদা, ঐনা দুহার ওইনা মৈতৈলোন্দা রাস কৎলি। হৌজিকসু শ্রীশ্রী গোবিন্দগী থৌগল তৌবা য়াবা য়ান্না লৈরি। মৈতৈ লোন্না চঙশিনবা হনবা লৈত্রি। ঐখোয়সু মৈতৈলোন নত্তনা লোন অতৈদা নট শৈশক কীর্ত্তন শকচদে।

মতমনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবা মথং মথং লাকখিগনি লাকহনবীনবা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন্দা খুরুমজসি হায়না নোম্লুকচরি। পাউদমজবদা নুংঙাইজবদি মণিপুরী সঙ্গীত নাট্য সভানা থৌরাংদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মন্দিরদা রস ৬৪ মৈতৈলোন্দা কৎচবা ফংগ্রে। মণিপুরগী ওঝাশিং অমসুং ইমালোন্না নটকী সেবা তৌজবা পাম্বা পুন্নমক্কী পুক্লিং হকচাং হনবা লৈত্তনা হোৎনবিবগী মহৈনি। হৌজিক লৈরিবা অরিবা অমদি থুপথ্রবা ওঝা গুরুশিংগী মপান্ননি। কাউঙমদ্রবা মৈতৈলোন মণিপুরী লোনগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌরগদবনি। মরম অদুনা গুরু ওইবা ওঝাশিংগী নিংশিং নুমিৎ অশিদা ভক্তিগী পিরাংনা গুরু কীর্ত্তন কৎপশিদা ওঝাশিংগী চরনশেবাদা কচ্চরি লোয়ননা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন্দা ইমালোননা অষ্টকাল শেবা ফংহনবিনবা নিজরি।।০।।

১৬/১০/৯৫

# সংকীর্ত্তন বিচার

## (২)

**শ্রী য়ুম্নাম যাত্রা সিংহ**

*থাংমৈবন্দ য়ুম্নাম লৈকাই*

ঙসি সভাপতিগী য়াথং লৌজরগা পাঙদ্রবা ননাইবু সংকীর্ত্তনগী মরমদা বাহৈ খরদং ঙাংজৌ হায়না তাকপিবসি ননাইগী লাইবক ফবনি। সংকীর্ত্তনগী গুন্দি সমুদ্রগা প্রমান্নি। ননাইদি করিসু খঙজদে অদুবু গুরুশিংনা তাকপী তম্বীবা খরদং শমলপ্না হঙ্গৎচগে।

হরি সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ য়াওবা অমসুং শকপা তারবদি অষ্ট বেষ শেৎকনি, দ্বাদশ তিলক থিনগনি। য়ুমদগী লাকপদা শেৎপা ফিদু সংকীর্ত্তন্দা শেৎপা য়াদে। লৈ চন্দন লৌরগা অশেংবা ফি শেৎকনি। সংকীর্ত্তন অসি অচম্বা নত্তে। শ্রীগৌরাঙ্গ য়াওরি, শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী সংকীর্ত্তননি। ঐখোয়দি য়াওজরুবনি, প্রভুগী ভক্ত অমা ওইরুবতনি। সাধক ভক্ত ওইরম্বদগী শিদ্ধক ভক্ত ওল্লগা ব্রজ লীলা নাম রুপ-গুন মরি অসি ইবুংঙোনা মহা সংকীর্ত্তন্দা ভাব কয়া পুথোক্লুনা ভক্তশিংদা খঙহল্লি।

মতম মতমগী লীলা পুথোক্লুনা ইবুংঙোনা শান্নরি। মসি হৌজিক্কী মতমগী হায়রগা খাইদগী মকোক অদুনা লৈরিবা মরোই-মনাও পুন্নমক্তা নঙ অদু ওইয়ু / নঙ অদু ওইয়ু হায়দুনা তাক্লগা থবক অদু পাঙথোকপগুম্না ইবুংঙোনা ভক্ত পুন্নমকপু মাগী মাগী মশক খঙহল্লি। মপোক অমদা মদু ওইরম্মী, হৌজিক্লা অসি ওইরবনি হায়বদু ইবুংঙোনা খঙহল্লি। মদুদি চিম্না ঈশৈ শকপা, খোঙনা তান থাবা, খুৎনা শক্লিবা ঈশৈদুগী ভাব ফোঙদোকপা অমসুং খুৎনা চৎলিবা মাইকৈদা মিৎ থমগনি। মিৎফম্না খুৎকি খুদোনবু থাদোক্লুবদি হকচাং শাথেক অদুমক লাকচরগনি, হায়বদি

ঈশৈ শকপা দুহারনা খঙগদবনি। অদুনা চীন, খোঙ, খুৎ, মিৎ অমসুং হকচাংগী শাথেক্লা থম্মোয়দা লৈরিবা অমম্বদু ঙাম্থোকলক্কনি। ঈশৈ শকপদা লৈরিবা নাদ ব্রহ্মাগা ভাবোক্তা লৈরিবা ঈশ্বরদুগা অনি অদু হেক থেংনবদা মাঙদা তুম্লিবা অঙাং ফাওবা কান্দুনা প্রেমদা ঙাওখিবদগী চেনশিল্লিবনি। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞনি। হায়নিংঙাই লৈতনা, মগুন চাউরবা সংকীর্ত্তন্নি। কলিগী সংকীর্ত্তনবু শ্রীগৌরাঙ্গনা য়াম্না চাউনা থাঙ্গথলি, কবি কয়ানসু ইরি মদুদি মসিনি —

**"কৃত্তে ধ্যায়তু বিষ্ণু ত্রেতায়াং যজ্ঞতু মখৈ,**
**দ্বাপরে পরি চার্য্যয়াং কলৌ তৎ হরি সংকীর্ত্তনম"**
হায়না ইরম্মী।

সত্য যুগতা তপ তৌদুনা বিষ্ণু নীংই। ত্রেতাদা যজ্ঞ তৌদুনা বিষ্ণু নীংই। দ্বাপরদা পূজা তৌদুনা হরিবু নিংই। কলিদদি সংকীর্ত্তন কৎপনা পুন্নমক অদুগী পুন্যদু ফংই। মরম অদুনা কলিদদি হরি সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞনা জয় ওইরি। শ্রীগৌরাঙ্গনা নিত্য নৈমিত্য লিলা রস চুপ্লি। মসি গৌরাঙ্গনা কলিগী জিবদা ফোঙদোক্লা তাকপিরি।।০।।

*ওক্টোবর, '৯৬*

# নট সংকীর্ত্তন্দা ওঝা নাইনা তম্বগী মথৌ

**শ্রী লাইশ্রম ইবোহল মচা সিংহ**

*কাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই*

ঙসি তিনবীরিবা সভা অসিগী ময়াই তাংবল লৌবিরিবা সভাপতিগী য়াথং লৌজরগা সভাগী মাংদা ৱাহৈ মতেক খরদং থৌগলজগে।

**মণিপুর ইমা লৈপাক অসিদা গৌরধর্ম্ম লাকপগী ৱারি মতেক অমা**

মণিপুরগী ইনিংথৌ চরাইরোংবা মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ওইখিবা ৱারিনী। মতম অদুদা রামগোপাল বৈরাগ্য গুরু অসি লাক্লুনা লৈরে। রামগোপাল বৈরাগ্য গুরুনা চরাইরোংবা মহারাজদা রাগ নুগা ভক্তি পীঃ। অদুদগীদি মতম খরা লৈরগা শান্তিদাস গোষাই লাক্লগা রাম ভক্ত রামান্দি ধর্ম্ম চংখ্রে। মতুংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা রামগোপাল বৈরাগ্য গুরুদা চঙজরুবদা রামগোপাল বৈরাগ্য গুরুনা সেবক য়াম্বসি দোষকী মশক্তি হায়না য়ানিংদবা উৎখি। অদুদগী য়াম্না পামজনা মহারাজনা তকশিন্নক্লবদা রাম গোপাল বৈরাগ্য গুরুনা মতম অদুদা তাকপীরকই। পরমানন্দ গুরুদা চঙজৌ হায়না তাকপীবদগী মহারাজনা পরমানন্দ গুরুদা চঙজরে, মতম অদুদা পারমানন্দ গুরুনা সেবক অফবা ফংঙবদা হরাওবগা লোয়ননা মহারাজবু লৌশিনবিরে।।

পরমানন্দ গুরুদেবনা মহারাজদা গুরু, কৃষ্ণ, বৈষ্ণব, মশক খঙনবা তৌ, হায়না তাকপীরকই পরমানন্দ গুরুদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম অশেংবনি। মতৌ অসুম তৌনা মণিপুরদা গৌরধর্ম্ম লাকখিবনি। অদুগী মথক্তা পুঙ ঈশৈগী জগোইগী থৌরম হান্নয়া অদুমক লৈরম্মী, অদুবু মওং অমগী ঈশৈনি, মতৌ অমগী পুঙনি, থৌওং অমগী জগোইনি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা

শ্রীশ্রী গোবিন্দ নির্পন তৌজরগা জগোই রাস কৎখিবা অদুদগীনা পুঙ, ঈশৈ, জগোই, মপূং ফারক্লে, মতম অসিদা লৈবা ওঝা গুরুশিংগী কৃপাদগী য়াম্না রানা রানা তমজরগা লৈপাক্কী সেবা তৌনরক্লি।

চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তদি মপুঙ য়াম্না ফারদুনা সংকীর্ত্তনগী হৌনবী পুম্নমক মতম অদুদা লৈবা ওঝাশিংনা পুঙগী ময়াম, ঈশৈগী ময়াম, জগোইগী মখল পুম্নমক শুরে। মতম অদুদগীনা ঙসি ফাওবা চৎথনরি। মসি পুম্নমক অসি রাহৈনা খরা হায়রগা চেদা খরা ইরগা হেক্তা য়াবা রা নৎতে। ওঝাশিংদুনা তম্নরকপা কান্দা অঙাওবগী মতৌগুম, চাবগী থকপগী নুংঙাইবগী রাখল পুম্নমক থাদোক্লগা গুরুগী কৃপা ফংননবা তাম্নদুনা তমজরগা গুরুগী কৃপানা থোং ওইদুনা মীংচৎ ফংজরগা লৈপাক্কী সেবা থৌগল তৌনরক্লি। অদুদগীনা ঙসি ফাওবা চৎথরিবা অসি গুরুগী কৃপা ঙাক্তনি।

**গুরুগী কৃপা হায়বসিগী প্রমানঃ**

ননাই ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুল তম্বদা য়াওখিবা পারা মতেক্ অমা, অদুদি "**গুরু খল্লু মরু ফংঙি**" অসিনা অশুম্না প্রমান্নি। মসিদা য়াম্না শন্দোক্না হায়ননবা লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈজদে, মসিদা করম্না তৌগদগে হায়বা অসিদি লাইরিক ইবনা চৎনরোই, রাহৈ ওইনা ফনা হায়বনসু কান্নরোই, মী মী মহাক অদুনা চৎলিবা সাধারন্ তৌরিবা থৌদৌ অদুদা খঙগদবনি।

ঙসি জগৎ অসিদা বিদ্যা তম্বা হায়বসিগী মরমদা রাহৈ খজিক্তংগী ইজগে, ঈশৈ খঙদে, পুঙ খঙদে, জগোই খঙদে, উ শুবা খঙদে, মাইবা শাবা খঙদে, রারি লিবা খঙদে, পেনা শকপা খঙদে, খোংজোম পর্ব্ব শকপা খঙদে লৈরিবা বিদ্যা পুম্নমক তমজবা হায়বা অমা, তম্বিবা হাযবা অমা, তম্বিবা হায়বা অসিনা ওঝা কৌই। তমজবা হায়বা অসিনা সেবক কৌই। পুম্নমক অসিদা তম্বিরিবা তাকপীরিবা ওঝা অদু মহাক্কীদি গুরু কৌই। **গুরু অদুগী কৃপা লৈত্রবদা মী অদুগী তৌজরিবা পুম্নমক অদু মঙ্গল ওইদে।**

মরম অদুনা গুরুনা চানবিননবগীদমক থম্মোয় শেংনা চঙজবা তাই। চঙজবা মতমদা মী অদুনা খঞ্জগদবা ৱাখল্দি অহানবদা গুরু মশক্ খঙনা তম্বনা তমলিবা বিদ্যা অদুগী মহৈ য়াম্নবগী মশক্তি, গুরুগী কৃপা ফংননবগা লোয়ননা থম্মোয় শেংনা তম্বা তাই। করিগুম্বা মী অদুনা বিদ্যা অদু তৌজবা কান্দা গুরুনা মাংওইননা থম্নগা মী অদুনা থৌগল ওইনা লৈজরগা থবক অদু তৌরবদি শোয়দনা থবক অদু প্রসিদ্ধ ওইগনি। মী অদুনা খঞ্জগদবা ৱাখল্দি গুরু হায়বসি কনানো, করিনো হায়বসিনি।

শ্রীগুরু দেবদি সক্ষ্যাৎ ব্রজরাজ নন্দনমক্কী খনগনি, প্রমান্দি –

**গোঃকার গোবিন্দ প্রোক্তা রোঃকার রাধিকা পরা**
**দুয়োরেকং সমাযুক্তং গুরু ইত্যক্ষর বিধিয়তে।** অসিনি।

প্রমান অমনা মনশিক্ষা, মনকিঃ আশা হায়বা ঈশৈ অদুগী মমৈদা য়াওরিবা, **শিক্ষা, দিক্ষা, গুরু শ্রীনন্দের নন্দন দেহে মাত্র ভিন্ন একই স্বরূপ** অসিনি।

সিদ্ধিগী প্রমান্না প্রার্থনা অমদা য়াওরিবা **গুরু কৃপা সিদ্ধরূপ প্রেম সেবা সুখী** অসিনি।

প্রমান অমনা **ইহলোকে গুরু পরলোকে গুরু গুরুসে আমার কার্ত্তা। গুরু কৃপাবিনে ভব সাগরে পড়িয়াছে জনম গোঙঙাইলুরে।।** অসিনি।

**সিদ্ধ বাবাজী অমগী ৱারি ঃ**

মতম অদুদা গুরু ওইগদৌরিবা নিপা অদুনা ঐদি সেবক্ লৌররোই হায়না ৱাশক্লে। সেবক ওইগদৌরিবা নিপা অদুনা গুরু অদু নত্রবদি গুরু খল্লোই হায়না খন্না লাকচৈ। শোমদদি গুরু অসি সেবক লৌররোই হায়না ৱাশকখ্রে হায়বা অসি নিপা অসিনা তারে। মী মহাক অসিনা করি উপায় লৈরী খনবদা গুরুগী মাঙদা চঙবদি য়াদ্রে, অদুনদি, গুরুনা নোং ঙাল্লমদাইদা ষ্ট্রৌগংতুনা ওইকুনা ফৎতরবা অদু নিপা অসিনা মঙং তানা শেংদোক্লগা মচি অমদা তুমিন্না লৈ, মতৌ অসুম তৌনা তৌনা নুমিৎ নিনি হুপ্পি শুরক্লবদা, গুরু অসিনা নোংমদি য়েংলগে খন্দুনা থবক অদু লোইরগা

তুম্মিন্না য়েংদুনা লৈরে। মতম অদুদা নিপা অদুনা থবক অদু তৌরিঙেদা গুরুদেবনা ফারে। গুরুনা নিপা নহাক্কা তৌরিবা অসি করিগীনো হংলক্রুবদা নিপা অসিনা খুমজরকই, গুরুদেব গুরু দেবনদি সেবক লৌররোই হায়না ৱাশকপীরে হায়বসি ননাই ঐনা তাজরে, ননাই ঐনদি গুরুদেব নত্রবদি অতোপ্পা গুরু অমদা গুরু ওইরোই হায়না খঞ্জবদগী মপান থোক্কা চঙজবদা য়াদ্রবসু গুরুগী সেবা করি লৈ খঞ্জবদগী ননাই ঐনা ফংজবা য়াবা সেবা মখল অসি নত্রবদি অতৈদা লৈত্রে খঞ্জরগা গুরুগী সেবা অসি ফংজবনি হায়না খুমজরকই। ৱাহৈ অসি তাবদগী গুরুনা নহাক্কী অসিগুম্বা থম্মোয় অশেংবা অসিমক্তনা মরম ওইদুনা ঐগী ৱাশক কায়রবসু কায়থ্রসনু হায়না গুরুগী ৱাশক কায়রগা নিপা অসি সেবক ওইনা লৌশিনবিদুনা তম্বিখি। শ্রীগুরুগী কৃপা মপুং ফাখিবনা মরম ওইদুনা নিপা অদু জগৎ শিনবা থুংনা ফাওখি।

ৱারি অমনা ঃ- (মণিপুর ইমা লৈপাক অসিদা ওইখিবা ৱারিনি।)

য়াইস্কুল পানা অসিদা লৈরম্বা চিংঙাখম ওঝা পুরেল অসিদা চঙজদুনা তম্বা, খাগেমপলি মনুং অসিদা লৈরম্বা ঐগ্যা তোল্লচৌনা ঈশৈ তমজবনি। ঐগ্যাসে তান চাদে খোল্লৈ থোক্তে অমসুং য়াম্না ফাগন্দে অসিনা মরম ওইদুনা ঐগ্যা অসিনা ঈশৈ তম্বা লাকপা কান্দা, অসোমদনা ওঝানা তোল্লচৌ লাক্লগা ঐ লৈতে হায়য়ু হায়না ইবেম্বৌদা শিন্নরম্মী। ওঝানা ফমুংদা হিপ্লগা কাংখল থাদদুনা তুমিন্না লৈ। মতম অসিদা ঐগ্যা তোল্লচৌ লাক্লগা ওঝাদি কদায়দা লেঙখ্রে, হায়না হংজবদা, ইবেম্বৌনা নংগী ওঝাদি হায়গে তৌরিঙেদা ঐগ্যানা ঐঃ খঙজরে খঙজরে হায়না হেক্তা চঙখিদুনা কাংখল হাইদোক্তুনা ওঝাগী চরণ নোইরুবদা ওঝানা "তুরেল ৱাম্নগী চরোৎ ফানবা নখুৎ অদো ঐভোন্দা নোইবিরক্কনু" হায়না ঐগ্যাদা হায়খি। হায়না হায়না ঐগ্যানা থৌগঞ্জে। মতম খরা লৈরবদা ওঝা অসি মীরোল চোইরক্রে, কোয়না কোয়না চৎলক্রে, অদু ফাওবদা ঐগ্যানা থৌগঞ্জখি। নোংমদি নুমিৎ য়ুংবাকান থোকপদা চৎপনা ঐগ্যাগী কোম্ভোং মপা য়ৌবগা মপা চানদুনা; ঐগ্যানা, ওঝাবু! করিনো হাঃ! নুমিৎসি চপ য়ুংলে মফম

অসিদা অমুক্তং চাইথবিবনা ফংলোইদরা হংগংলি; ওঝানা ফৈ, হায়না লেঙশিন্দুনা চাইথরে, ঐগ্যানা লাইগী প্রসাদি অসি অমুক্তং লৌবিয়ু হংগংলবদা ওঝানা লুক অদু হানা-হানা ওঝাগী গ্যান ঙাইহাক্তং তাবা মতম ওইবনা ঐগ্যাদা য়েংলদুনা ওঝানা তাকপিরকই। **"তোল্লচৌ নঙনা ঐবু ওঝানি হায়বা অদুমক্তা অশেংবমক ওইরবদি ঙসিদগী নঙ লৈপাক্কী সেবা ফংজবা ওইয়ুকো"** হায়না বব পিবিখি। অদুদগী ঐগ্যানা থৌগল্লগা সঙ্গায় য়ৌখ্রে। মতম থরা লৈরগা ওঝা থুপখ্রে। গুরুগী কৃপানা মরম ওইদুনা ঐগ্যা তোল্লচৌ অসি গোবিন্দগী থৌগল ফংজখি। হৌজিক শক্করিবা **সম্ভোগগী ঈশে দুহমুখ হায়বসি ঐগ্যানা লেংবনি শেম্বিরম্বনি।** মতৌ অসুম তৌনা ওঝাগী কৃপা ফংনবা তান্নরম্মী।

হৌজিক্তি সেবক্কা ওঝাগা মান্নরে, থৌদৌ ঝাঙাং পুন্নমক মান্নরে, ঈশে তৌবা হৌবগা, ফাওবগা মান্নরে, ঈশে তমগে নিংবগা, পালা য়াওগে নিংবগা মান্নরে, ফাওনিংবগা ফাওবগা চপ কোন্নে, হৌজিক্কী মতমদি ঝানা তম্বা কান্নদরে খোঙ্গ্লে থরনা লৈপাক্কী সেবা ফংনরে ঝাহে থরা অসিনা অরোইবা ওইজরগে।।০।।

# কলি যুক্তা হরি নাম সংকীর্ত্তনগা লৈনবা নুংগী ওইবা ভাব

**শ্রীশ্রী রাধা কৃষ্ণ জয়তি**

**শ্রীগুরু দেব জয়তি**

**শ্রী থোকচোম অমুমচা সিংহ**

*শিংজমৈ মথক থোকচোম লৈকাই*

**অহানবদা ঃ**

গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা শ্রীগুরু কীর্ত্তন অহমলক শুবা চহিগী সেবা ওইবা নুমিৎ অসিগী তিনবিরিবা ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী, ওঝা গুরুবু অহানবদা কোক নোঞ্জদুনা ভক্তি কচ্চরি। অনিশুবদা সভা অসিগী ময়াইগী তাংবলদা লেংশিনবিরিবা সভাপতি অমদি প্রধান অতিথি ওইবিরিবদা কোক নোঞ্জরগা ভক্তি কচ্চরি। অহুমশুবদা গুরু সেবাদা পুক্লিং চংনা সেবা ওইবিরিবা একাদেমীবু শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবিনবা প্রার্থনা কচ্চরি।

**অনিশুবদা ঃ**

কবিসু খংজদবা তোল্লবা ননাই ঐঙোন্দা কলি যুক্তা হরি নাম সংকীর্ত্তনগা লৈনবা নুংগী ওইবা ভাব ইরগা পাথোকচৌ হায়না তাকপিরকই- হায়বিরকইবা বাহং অসিগী পাউখুম পিজনবগী জ্ঞান লৈজদে। শ্রীগুরুনা তাকপিরকপা অদু পাউদমজগে, পাউ তমজবনি হায়না খনবিদুনা অপরাধ ঙাকপিগনি। যুগ মরিগী শ্রীকৃষ্ণ দর্সন ফংনবা সাধনা খেননৈ হায়না তাকপিরম্মি।

সত্যদনা ধ্যান, ত্রেতাদনা যজ্ঞ, দ্বাপরদনা পুজা, কলিদনা শ্রীহরি নাম কীর্ত্তন।

মথঙ্কী যুগ অহুমদদি অফোংবা শ্রীরূপ অবতার তৌবিদুনা লীলা শাম্নবিখি। কলিদদি শ্রীরূপ ফোংদোকপা অবতার লীলা লৈত্রে। শ্রীকৃষ্ণনা অথুপ্পা অবতার ওইবা ভাব ভক্তি তম্বিনবা শ্রীধাম নবদ্বিপতা লেঙসিনবিরকলে ইবুংঙোনা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু হায়না নাম লৌবিরদুনা। শ্রীগুরুনা তাকপিরম্মি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা কীর্ত্তন মখল মরিগী সাধনা পুক্লিং চঙনা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংনবা অমতা ঙায়বা পাম্বৈনি কলিগী মীওইবা পুন্নমক্তা তাকপিরি।

কীর্ত্তন মখল মরিগী রহস্য অমদি সাধনা অহানবদা লীলা কীর্ত্তন অনিসুবদা গুন কীর্ত্তন অহুমসুবদা নাম কীর্ত্তন মরিসুবদা ভাব কীর্ত্তন অতোপ্পা রাখল লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা একানতিক ওইনা জগৎ অসি শ্রীকৃষ্ণ ওইনা উবা ধ্যান সমাধি ওইবা। মসিগী খুদমদি শ্রীচৈতন্য দেবনা শ্রী জগবন্ধু দর্শন ফংবদা স্বাতিক বিকার ওইখিবা অদুনি।

অহানবা লীলা কীর্ত্তনগী রহস্য শ্রীহরি মহাসংকীর্ত্তন তাল-মাত্রা-রাগ রাগিনি সুবনা শ্রীকৃষ্ণ আবাহোন তৌবা লীলা কীর্ত্তন অসি তাজরগা অমদি শ্রবন ওইজরুবগা মীওইবা জিবশিংদা সংসারগী ও-জ্ঞাননা থম্মোইদা কৃপতুনা লৈরমবা অমম্বা অদু শ্রীকৃষ্ণ নুংশিবগী জ্ঞান পিনরকই।

অনিশুবদা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন করমবা মতমদা ফংগদগে হাযবা উকন্ঠা তৌজরকই । শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব তাকপা ধর্ম্মগী লাইরিক শ্রী ভগবত গীতা, বেদ-বেদানতা, শ্রীমৎ ভগবত, উপনিষৎ, চৈতন্য চরিতামৃতা, গুন্না কীর্ত্তন শ্রবন ওইরকই সাধু সঙ্গ তৌনিংঙকই সৎগুরুদা প্রানালিকা লৌজরগা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংনবা সাধনা অমদি আরাধনা তৌজরকই।

অহুমশুবা কীর্ত্তন নাম জোব তৌবা মথক্তা লীলা কীর্ত্তন, গুন্না কীর্ত্তন অনি অসিগী রস শ্রীকৃষ্ণনা পিনবিরবা মতমদা নাম জোব তৌবা নাম শোল্লকপা মতমদা প্রেমানন্দা পিনবিরকই। হায়না তাকপিরম্মী।।

মরিশুবদা ভাব-সোরোন অমদি অতোপ্পা সংসারগী রাখল পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা সমর্পোন তৌজরবা, একান্তিক ওইনা জগৎ অসি শ্রীকৃষ্ণনি হায়না ধ্যান তৌজবা, শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংগনি। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা তাকপিরম্বনি হায়না শ্রীগুরুনা তাকপিরম্মী।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।

হরে রাম হরে রাম রামা রামা হরে হরে।।

অরোইবদা করিসু খগুজদ্রবা ননাইনা শ্রীগুরুদেবনা তাকপিরকপা খরদং পাউ তমজবা অসিদা অরানবা অসোয়বা য়াওখিবা পুন্নমক ঙাকপিনবা কোক নোঞ্জরগা ভক্তি কচ্চরি। ঙসিগী গুরু কীর্ত্তন সেবাদা পুক্লিং চংনা শ্রদ্ধা নৈনা হোৎনবিরিবা একাদেমীবু শ্রীগুরুদেবনা থৌজানবিনবা প্রার্থনা কচ্চরি। হরে কৃষ্ণ হায়বা নাম অসিনা অতিয়াদা নিল্লসনু।।০।।

৮/১০/৯৫

# নট সংকীর্ত্তনদা অধিবাস অমসুং ধুমেল

সনখ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম
*কৈশামপাং খোকচোম লৈকাই*

মণিপুরদা শ্রীহরি সংকীর্ত্তনগী থৌরম পাংথোকপা চৎনরকপা অসি ঙসিদগী চহি ৪০০ রোম শুরে। ঙসি ঙসিমক মপাঙ্গল লৈনা হিংলিবা নট সংকীর্ত্তন অসিমক্কী মশক লেপখিবসু ঙসিদগী চহি চনিরোমদি হেন্রে। অদুবু থৌরম অসি ধর্ম্মগী মার্গদা হক্লা লৈখিবনরা, মীয়াম্না নাম শোনবতদা হেন্না পুক্নিং লুপখিবনরা, থৌরমসিগী মরমদা নৈনবা মাগী ক্রম, বিধি, অধিকার অমদি অরান অহইনচিংবদা লমজিংবিগদবা অইবা লাইরিক ওইনা পুথোকপগী থবক্তদি খুমাং ইচাউ চাউশিন্দনা লৈহৌরবগুম তৌরি। মরমসিদগী পূর্ব্ব গুরুজনশিংনা করম চৎনরম্বা, মখোয়গী মতমদগী ঙসিনা মওং কদোমদা হোংলক্রবা অসিনচিংবা নৈনবদা মমুৎ ইতা তাবা ঙমদনা লৈবগুম তৌরি। নামবুদি লেপ্তনা শোন্নরক্লী, লমদমসিগী চৎনবা পর্ব্বদিন কয়াদা শ্রাদ্ধদা, ফিরোইদা, শিবা-নাবদা নট সংকীর্ত্তন, থানবা ইয়া য়াদবা মচাক অমা ওইরি। অদুবু লাইবক থীবদি অখঙবা অহৈবা গুরুজন অমমম্না থুপখিবদা থৌরম অসিগী মরুওইবা বিধি, বিধান্নচিংবা খরা খরা শুম লোয়নবিখীবদগী মমৈদদি হৌনবী বিধি বিধান, ক্রম, অধিকার অমসুং তৌহৈবা তৌহৈদবনচিংবা ইমাঙ মাঙখ্রবা, লমজিং য়াওদ্রবা, শুপ্নতগী নামতমক পংশোন শোনবগী থবক মখল অমা ওইরকপগুম তৌরি। সংকীর্ত্তন য়াওবীনবা চোংথোকপীরক্লিবা বৈষ্ণবশিংগী মবক্তসু খরদি মসিগী মনুংগী নীতি নীয়মশিংগী কারিকা অমসুং নিরুক্তনচিংবা খঙগে হায়না শুকহোৎ হোৎনদবসু য়াওরম্লগনি নিংই। পুন্নমক অসিগী দায়িত্বদি নাম শোনবিরিবা বৈষ্ণবশিং যজমান অমগী ভাবতা নাম শ্রবন তৌবিরিবা

ভক্তশিং অমদি মন্দিরদা দারুক মূর্ত্তি লিংখৎতুনা ইষ্টদেববু নক্সা পুজা তৌবিরিবা পুজারিশিং অহম্মক্কী ওইফম থোকই হায়না নিংঙৈ।

তশেংনমক মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা ইমারোলদা ইবা লাইরিক খুৎ থেক্তুনা মশীং থিবদা লায়রি। লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা মৈতৈগী পুংলোনবু নোটেসন তৌদুনা ইথোকপা লাইরিক্কসু মশিং হেল্লি। লৈপাক্কী মমিং লৈরবা পুঙগী ওঝাশিং খরগী অবদাননি। ঈশেগী শুর লিপিনচিংবা নোটেসন তৌদুনা ইথোকপা লাইরিক্তি ইরৈ লৈতবগুম তৌরি। শ্রীখাংঙেনবম ওঝা ্গুলাপীগী শ্রীশ্রীগোবীন্দ থৌবম শৈরেংনচিংবা ফংলিবা লাইরিক খরা অসি মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনদা শরুবা কাব্যশিংবু শুরলিপিগী ভাব য়াওদনা ঈশৈ মযেক ইথোকপগী ঙাক ওইনা তৌই। মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনদা শীজিন্নবিবা চোলোমগী মরমদা ফজনা ইবা লাইরিক অমা অনিসু লৈজবে, মদুসু দুহাবদা শিনফম ওইরিবা লৈবাক্কা শকখঙলবা ওঝাশিং খরগী মমল নাইদ্রবা অবদান্নি। অযাম্বা লাইরিকশিং অসি নট সংকীর্ত্তনবু মশাগী শিনফম ওইনা মপুক্কি কংথোক্লবা গুরুজনশিংদগী থোরকপা ঙাক ওইনা তৌই। নট সংকীর্ত্তনবু শিনফম ওইবীরিবা ওঝাশিংদগী নত্তবা অতৈ গুরুজনশিংদগী থোবকপা লাইরিক্তা পন্দিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মগী লাইরিক অনি মৈতৈ কীর্ত্তন, মৈতৈগী সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ, ঐগ্যা সুরচান্দ শর্ম্মগী রস হুম্ফুমরি, কুমারী রঞ্জনাগী নট সংকীর্ত্তন অমদি ঐগ্যা চীত্রেশ্বর শর্ম্মগী নট সংকীর্ত্তন বিচার মঙা অসিখক্তমক ঙাইবি হায়বা তারি। অতৈদি বঙ্গালী ভাষা অমসুং সংস্কৃত ভাষাদগী হন্দোকপা সংকীর্ত্তনগা মবি লৈনবা লাইরিকশিংনি। মদুসু মশিং য়াম্বা নৎত্রি।

রাহংদি ঙসি ঐখোয়গী মাংদা থম্বিরিবা লাইরিক খরা অসিনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী মশক অমা চপ চানা লেপ্পা ঙম্লবরা? নট সংকীর্ত্তনগী ইতিহাস মাগী ক্রম, বিধি, নিয়ম বৃত্তী প্রবৃত্তি চৎনবা চৎনদবা তৌহৈবা তৌহৈদবগী বিচারনচিংবা পুম্নমক লাইরিকশিং অসিনা খঙহনবা ঙম্লবরা? হায়রিবা রাফমশিং অসিগী সংগ্রহ কারিকা অমসুং নীরুক্তবু মযেক শেংনা ইথোক্লবা লাইরিক ওইরবরা?

তশেংনা হায়বা তারবদি মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজদদি নট সংকীর্ত্তন অসি পুন্দিগা থানবা য়াদবা ফীভমদা লৈরি। মসিনা জাতিগী মশক তাক্লি। জাতিগী কলা সংস্কৃতীগী য়ুম্ফম মসিনা ওইরি। পোকপা, শিবা, লুহোং-কৈহোংবদা মসিবু যজ্ঞগী মহৎ শিন্দুনা শিজিন্নরি। অদুগা অমরোমদনা অমুক অসি য়ৌনা সমাজগী থানবা য়াদ্রবা সমাজসিগী সংস্কৃত্তিগী য়ুম্ফম ওইরবা অসিগুম্বা হীরম অসিগী মশক মশা অমদি সমাজসিনা ময়েক ইশেং শেংনা খঙবা ঙমদবগুম তৌরি। খঙনবা হোৎনরুবদা ৱাহং কয়া চোংথোরকই। **খুদম ওইনা নট সংকীর্ত্তন অসি সঙ্গীত মখল অমরা? সঙ্গীত ওইরবদি করম্বা শাস্ত্রগী যুক্তিনা পুনবা সঙ্গীতনো, করম্বা সম্প্রদায়গী মখাদা লৈবনো? মসিদা রাগ কয়া শিজিন্নরি?** শ্রীরাগ, বসন্ত, তোরি, মৌরী, বাগেশ্রী, মল্লার অসিনচিংবা কয়া, মখোয়শিং অসি করম্বা সম্প্রদায়গী করি শাস্ত্রনা যুক্তি ওইদুনা করম্বা শীজিন্নরম্বনো? নত্রগা মসি করিগুম্বা সম্প্রদায় অমত্তগী মখা পোন্দবা, নাম শোনবা অমসুং কীর্ত্তন তৌবা নুঙাইনবা সঙ্গীত সমপ্রদায় খুদিংদগী পংলৌ লৌশিল্লগা শিজিন্নবা অথিং অরাক লৈতবা ভগবানগী নাম, গুন অমসুং লিলাসিং মদুগী কাব্যশিং ইশৈ ময়েকশিং অদুনা হেন্না মরু ওইবা ভক্তি সঙ্গীত মখল অমরা? সংকীর্ত্তনগী, মমাংদা নট শব্দ অমা তপ্লিবসিনা কদোমদগীনো করি অর্থদা তপ্লিবনো?

অমুকসু অতোপ্পা মায়কৈ অমদা নট সংকীর্ত্তন অসি নাট্য মখল অমরা? অদু ওইরগনা নাট্যগী ধর্ম্মী, সিদ্ধি, বৃর্ত্তি, প্রবৃত্তি, রস, ভাবনচিংবগী মশক্লা করি করিনো? করম্বা শাস্ত্রনা যুক্তি ওইনা পুনবা নাট্য মখলনো? মাগী অরাল অহই, দোষ অপরাধনচিংবগী বিচার করিগী মতেংনা তৌগনি। চুম্মী মসিদা রসাশ্রয় কাব্য পুন্নমক্কী মতাংদদি শ্রীরূপ গোস্বামী পাদগী উজ্জলনীলমনি অমসুং কবিরাজ গোস্বামীগী শ্রীশ্রী গোবীন্দ লীলামৃতমনা যুক্তি ওইদুনা শিজিন্নরক্লি হায়বা ভক্ত-বৈষ্ণব পুন্নমক্লা খঙবিরবা ৱাফম্নি। শ্রীরূপগোস্বামী পাদনা পীবিরম্বা শৃঙ্গার রস কাব্য মখল হুম্ফুমরিবু ইননবগী ভক্তিদা য়ুম্ফম ওইদুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা রস হুম্ফুমরি হায়না পুথোকপীরমদুনা ঙসি ফাওবা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা শিংথানরি,

শীজিন্নরি শক্করি। অসিগুম্বা রস কাব্য হম্ফুমরি কয়া অমসু ইবা য়াথিগনি মদুগী অপরাধ, দোষ, অরান-অহুই পুম্নমক শ্রীরূপ গোস্বামী পাদগী উজ্জ্বলনীলমনিনা যুক্তি ওইদুনা লেপ্পা য়াগনি মসিনা কাব্যগী বানি। নাট্যগী বাফম য়ৌরকপদদি পাউখুম পীবা বানা থোকপগুম মতৌই। পর্ব্বগুরুজনশিংনা মায়কৈ অসিদা করম্না নৈনবিরম্বগে হায়বসিদা থিজিনবা বাংহৌরবগুম তৌরি।

মায়গৈ অমরোমদা অমুক মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসিদি মহাযজ্ঞনি হায়নরি। মসিনা করম্বা ভাবতগী হায়রিবনো? তশেংনমক মসি যজ্ঞ অমরা? যজ্ঞ অমা ওইবগী হৌনবী সংকল্প, অবাহন, সুচি, হোমনচিংবগী বিধি অমসুং নীয়ম য়াওরবরা? করম্বা বেদগী বিধি মতুং ইনবা যজ্ঞ মখলনো? মসিগী যুক্তিনা করিনা ওইগনি। মাগী অপরাধ, দোষনচিংবগী বিচার করিনা তৌগনি।

মথক্তা থমজরিবা বাফমশিং অসি অধিবাস অসুং ধ্রুমেল অনিমক্তা নট সংকীর্ত্তনগী অঙ্গ ওইবদুনা নৈনদবা য়াদবা মতাং থোক্তুনা খরদং সম্পৎনা থমজবনি। মথক্তা থমজরিবা বাহং কয়া অসি অধিবাস অমসুং ধ্রুমেলগী মতাংদসু অদুম লৈখিগনি। ঙসিদগী চহি ২০০ গী মমাংদা মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তননা উৎপত্তি ওইরকপা মতমদা অধিবাস অমসুং ধ্রুমেলগী মশক কমদৌরম্বনো অমসুং ঙসিনা করম চৎনরি? অহোংবা কয়াম লাকখ্রবা অনৌবা চৎনবিনা কয়াম হাপচিল্লকখ্রবা? নট সংকীর্ত্তন অমা পাংথোকপদা অধিবাস অমসুং ধ্রুমেল অনি অসি চঙদবা ইয়া য়াদবা থৌরমশিংলা নত্রগা অনিসি য়াওদ্রবসু অদুম চৎথবা য়াবা, থোইদোক্লা মরু ওইদবা নট সংকীর্ত্তনগী অঙ্গশিংলা? অঙ্গ অনি অসিগী বিধি, নিয়মনচিংবা তাকপা মৈতৈলোলদা লাইরিক কয়া য়াম্না লৈরবগে? অমদি পুর্ব্বগুরুজনশিংনা অঙ্গ অনি অসিবু করি করি শাস্ত্রদা যুম্ফম ওইরগা শেম্বিরম্বনো? অঙ্গ অনি অসিগী থবক থৌরম চৎথবদা অপরাধ অমসুং দোষনচিংবা য়াওরক্লবদি করি করিনা যুক্তি ওইদুনা বীচার তৌগদগে? মতাং অসিদা পনবা য়াবা হায়ববু পন্দিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মগী "মৈতৈগী

**সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ"** কৌবা লাইরিক্তা শম্পংনা অধিবাস অমসুং ধ্রুমেলগী মরমদা নৈনবিরম্বা খরা অসি নত্তনা অতৈদি মাগী মাগী শিনফমগী মরিদা হায়বদি পুঙগী ওঝাসিংনা পুঙগী ক্রমদা অমদি ঈশৈগী ওঝাশিংনা ঈশৈ ময়েক্কী ক্রমদা ইবা লাইরিক খরতমক থেংনরি। **"মৈতৈগী সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ"** কৌবা লাইরিক্তা অধিবাস অমসুং ধ্রুমেলগী মরমদা পনবিরম্নিবা খিবিক অসিমকসু *পন্দিতরাজনা মশানা হুকথেংননা উরকপা থেংনরকপা অদুমখৈতনি হায়না ময়েক শেংনা পনবিরি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক্তগীনা *পন্দিতরাজনা মাগী লাইরিক অসি ইবা মতম ফাওবদা অধিবাস অমসুং ধ্রুমেলগী ক্রমদা, বিধিদা, কয়া য়াম্না অমদি কদাই ফাওবা অহোংবা লাকখ্রবনো হায়বনচিংবা অসিদদি খঙবা ঙমদনা অদুম মরৈরি। ঙসি ঙসিমক অধিবাস অমসুং ধ্রুমেলবু নৈনবদা, সঙ্গীতকী মার্গদগী নৈনগদরা নৎত্রগা নাত্যগী মার্গদগী নৎত্রগা যজ্ঞগী মার্গদগী নৈনগদরা, নৎত্রগা গৌরীয় বৈষ্ণব অচার্যাশিংগী মোৎতমক লৌখত্তুনা নৈনগদ্রা হায়বশি অরুবা ৱাফম ওইরি।

অরোয়বদা হায়জনিংবদি ঙসি ঙসিমক মৈতৈ সমাজদা অধিবাস অমসুং ধ্রুমেল, নট সংকীর্ত্তনগী অংশ ওইনা ফজনা হিংলি, চৎনরি। ৱাৎহৌরিবদি হিরমসিদা মমুৎ তানা নৈনবগী থবক্কি। অনিসিগী হৌরকফম থিবনি। চৎনরম্বদগী চৎনরকখিদবনচিংবা কয়া পুথোক্লদুনা অনিসিগী হোংলক্লিবা মশকপু নৈনবদুনি। ধ্রুমেল্লা, ধুমেনলা, মসিবু প্রাচিন কালদা করম চৎনরম্মী, গৌড়িয় বৈষ্ণবশিংনা করম চৎনরকই, অমদি মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তন্দনা করম চৎনরি। শব্দগী অর্থ অমসুং ভাবার্থনা করিনো? অধিবাসকীসুনি। চৎনরম্বদগী চৎনরকখিদবা হায়বসিদা থোয়দোক্লা ঙক্লিংঙায় ওইদে। মসিদি সমাজ খুদিংগী মহৌশানি। মৈতৈ লোম্না নট সংকীর্ত্তন শকপা চৎনরমদে, ঙসিদগী চহি কুন্থ্রামুক্কী মমাংদা শক্লরম্বা নট সংকীর্ত্তনগী শৈহেক শৈদা ঙসিদি চৎনখিদরে, শক্লখিদরে। অঙাং ওইরিঙৈ উখিবা অধিবাসগী মশক ঙসিদি ইউ উখিদরে। হীরমসিদা য়েলহৌঙৈদগী অহোংবা কয়া লাকখিরম্লগনি তুংদসু কয়া লাকখিগনি। অদুবু মতম

মতমদুগী চৎনরিবা মশকশিংবু ময়েক শেংনা শেংনা রেকোর্দ তৌদুনা থম্লম্বা ঙম্লবতদা হিরমশিংদুবু তুংদা নৈনরকপশিংদা লমজিং মৈরা ওইনদুনা হেন্না ফগৎপা মায়গৈদা চংশিন্নকনী হায়বসিদি সমাজ খুদিংনা থাজনবা, য়ানবা ৱাফম্নি। নত্রবদি মতম মতমগী থোকউ থোকউবা লম্বীদা কুমথখিদুনা তপ্পা তপ্পা মাঙখিবা নত্রগা মওং হোংখিবা মশানা তাবনি। মসিদি ইতিহাসনা শাক্কিনি। মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তন্না হেন্না ফগৎপা, হেন্না মঙাল চাউবা, হেন্না শুচি ওইবগী মায়গৈদা চঙশিন্নরুনবগী দায়িত্বদি ঙসিগী নট সংকীর্ত্তনগী সেবা ফংবিরিবা ওঝাশিং, শ্রবন তৌবিরিবা ভক্তশিং অমসুং গৌড়িয় বৈষ্ণব সমাজগী ব্যবস্থাকারিশিংগী খুত্তা লৈরে হায়বসি শোয়দ্রে। অহন্না পুক্নিন্দুনা পুন্না নৈনমিন্নবগী তঙায়ফবদা লৈরে। শ্রীমদ রাধাগোবীন্দনা থৌজানবিসনু।।০।।

১৪/১০/৯৪

# নট সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ

**শ্রী ফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা**
*(শাস্ত্রী - কর্ম্মকাণ্ড শিরোমণি)*
*উরিপোক*

ভশেংনমক মৈতৈগী ওইবা সনাতন ধর্ম্মগী মশক তাকপা তাববদি নট সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অসি নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বা য়াই। নট সংকীর্ত্তন অসিবু মহাযজ্ঞনি হায়না শাস্ত্রগী ওইবা খুদম কয়াসু লৈ। অদুগী মওং খরা অমা মাণ্ডপ ময়ায়দা অঙৌবা ফিগী আসোন অমা থাগনি, অদুগী মমাঙদা হৈকক অমা, পানা অমা, ধুপ থাওমৈগা লোয়নননা হান্না পূজা কৎলনি, মসিগী মমিং মন্ত্রি পূজা কৌই। মাণ্ডপ্পা কোবসিনববু মণ্ডলি কৌই, য়ুমগী থোঙলোমদা মণ্ডলীগী থোং ফাৎলি। থোংদুগী ওই য়েত্তা পুঙযেবা অমা লৈ, ওইরোমদা পুঙ মকোকচংপা, য়েৎলোমদা পুঙ তুংইনবা লৈ, অসুম্না পুঙগী রাগ হৌরগা পুঙ অনিমক মণ্ডলী মনুংদা চংদুনা পুঙ যে' মথাং অসিদদি পুঙ মকোক্লা যেত্রা অমসুং তুংইনবনা ওইদা অমুক লৈররে। পুঙ য়েবা মকোক্কী ওইদা দোহার লৈ। দোহারনগী ওইরোমদা ঈশৈ শনপা ময়াম অমা লেপই, মখোয়দুবু বাঁহিন কৌই। বাঁহিনগী অরোইববু মৈতৈশিংনা খোমদোন কৌই। পুঙ তুংইনবগী য়েংতা খোনবাঙতোন খোনবাংবা মকোক লৈ। খোন বাংবগী য়েংতা মথং-মথং অতৈ খোনবাংবশিংনা খোমদোন ফাওবা লেপই, খোনবাংবগী মপাদা মণ্ডলী ময়ায়দা ঈশৈ হনবনা লৈ। অসুম্না নট কীর্ত্তন পাঙথোকই। 'নট কীর্ত্তন' হায়বা য়াহে অসিমক হেক্তা হায়জিনবা শেমজিনবা য়াহে নত্তে ভরত নাট্য শাস্ত্রনাচিংবা অতোপ্পা শাস্ত্র কয়াগী প্রমানসু লৈ। নট কীর্ত্তন হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা পালা- শিংনা খুকউ লৈতাদুনা ফমই অসিগী নুংদা

অর্থ লৈ — মরমদি আসন য়াওদবা রঙ্গভূমিদ প্রৌঢ়-পাদ ওইবা শরুবগীদমক খোঙদোননা লৈবাক্তা তাবনি। নট পালাশিংগী ফিজেৎনা ত্রিকচ্ছ শেৎকনি, নত্রবদি মাংই, কীর্ত্তন তৌবা য়াদে হায়বা শাস্ত্রগী সংবিধান লৈ। কীর্ত্তন তৌবা য়ানবগীদমক ইনফিনা খ্বাঙদা য়েৎলি, নিপাগী ফিজেৎ গুনবগীদমক কোক্তা-কোয়েৎ য়েৎলি। হায়রিবসিগী শাস্ত্রগী প্রমান ঃ-

"বিকচ্ছোহনুত্তরীয়শ্চ নগ্নশ্চাবস্ত্র এবচ।
শ্রৌতং স্মার্ত্তং তথাকর্ম্ম ন নগ্নশ্চিন্তয়েদপি।।"

অমুকসু ত্রিকচ্ছ ফিজেৎ অসিগী খুদম ওইনা যজ্ঞবলক্যঃ মুনিনা তাকপিরম্মী—

"পরিধানাদ্বহিঃ কক্ষানিবদ্ধা হ্যাসুরী ভবেৎ।"

অসুন্না স্মৃতিনসু তাকপিরি—

"বামে পৃষ্টে তথা নাভৌ কক্ষত্রয়েমুদা হৃতঃ।
এভিঃ কক্ষৈঃ পরিধত্তে যো বিপ্রো স শুচিং স্মৃতঃ।।"

ইত্যাদি অর্থ . . . . . । ফিজেৎ অসি নত্রবদি নাট কির্ত্তনকারসিংনা সংকীর্ত্তন মণ্ডলিদা চংবা য়াদে। শাস্ত্রগী বিধান অসি ঙাক্লা নট তৌরিবদি পৃথিবীদা মণিপুরদনি অতৈদি কনামতা ঙাক্তে।

চণ্ডলনা দ্বাদশ তিলক থিনগনি, ঙক্তো তুলসিগী মালা নোংপোক ওন্না মাগুপ মপুনা ফম্বা অসি নট কীর্ত্তনগী শাস্ত্রনা তাকপা বেদদা চপ-চানা য়াওরবা সংবিধাননি। শাস্ত্রগী প্রমানঃ-

এবং-বিধং সভানাথঃ প্রাঙমুখো নিবিশেন্মুদা।
বর্ত্তেরন পার্শ্বয়োস্তস্য কবি মন্ত্রি সুহৃদজ্জনাঃ।।
তদগ্রে নটনং কুর্যাৎ স্থলং রঙ্গ উচথতে।
রঙ্গমধ্যে স্থিতে পাত্রে তৎসমীপে নটোত্তমঃ।।
দক্ষিনে তালধারী চ পার্শ্বদ্বন্দে মৃদঙ্গকৌ।
তয়োর্মধ্যে গীত্তকারী শ্রুতিকারস্তদন্তিকে।
এবং তিষ্ঠেৎ ক্রমেনৈব নাট্যাদৌ রঙ্গমণ্ডলী।।

**সংকীর্ত্তন**

**বিকরাল অকী তুংজুংবেনা থল্লবা কলিসিদা অধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক, আধিদৈবিক, অবাবা মখল অহুম অসিনা কলি জীববু তত্তনা খুদোং থিহল্লি।** অবাবা মখল অহুমসিদগী নাহ্রোকচরগা জীবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন ফংজনবগী অনিশুদ্রবা পাম্বৈদি নত্রগা সাধনদি সুপ্লগী **"হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ"** অসিদনি। **ৱাহৈসিমক** বেদ ব্যাসনা ভাগবত্তা ইবিরম্মি—

**সম সম্যক রুপেন কীর্ত্তনম সংকীর্ত্তনম।**

**অর্থাৎ** ..........। সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী পরম-পরাসি আদি দেব সৃস্তিকর্তা ব্রহ্মাগী মতমদগী হৌরক্লবনি হায়বগী শাস্ত্রগী প্রমান লৈ।

উদাহরনঃ-

**(১) যং ব্রহ্মা বরুনেন্দ্ররুদ্রমরুতঃ স্তুন্বন্তি দিব্যৈঃ**
**স্তবৈ-বেঁদৈঃ সাঙ্গপদ ক্রমোপনিষদৈর্গায়ন্তি যং সামগাঃ।।**

শ্লোকশিং অসিনা খুদম ওইদুনা ভগবাননা গীতাদা হায়বিম্রে— বেদশিংগী মনুংদা শামবেদ কৃষ্ণ ঐগী অথোইবা বিভুতিনি। মরমদি সামগাননা ভগবানগী নামশিং, গুনশিং কর্মশিং অদুগা ভগবানগী চরিত্র পুন্নমকপু ৱাংলবা খোঞ্জেলদা শোঞ্জবা কীর্ত্তন তৌজবা য়াই। কীর্ত্তনত্না (ভগবানগী নাম শকচ শোঞ্জবদনা) ভক্তশিংগী অমসুং সমপূর্ন জগৎ অসিগী মহা মঙ্গল প্রদান তৌবিবা ঙম্মি। মরম অসিনা সাম-গায়কশিংনা বেদ মন্ত্রশিংগী সামগান্তনা মরম ওইদুনা ভগবানগী নাম্বু গায়ন কীর্ত্তন অমদি আবাহন তৌবা ঙমজখি। অসিমক খুদম ওইনা ভাঃ ১২।১৩।১ দা (১) **য়ং ব্রহ্মা ... ।। অর্থাৎ- ব্রহ্মা-বরুণ-রুদ্র-মরুতগণ সিংনা দিব্য স্তুতিসিংনা** মরম ওইদুনা ভগবানগী গুন সংকীর্ত্তন্দা লুপ্তুনা লৈরকখি, সাম সঙ্গিতকী মর্মজ্ঞ ঋষি মুনি অঙ্গ, পদ, ক্রম অমদি উপনিষদসিংগা লোইননা বেদশিংনা মরম ওইদুনা ভগবানগী নাম শোনখি। যোগীশিংনসু ধ্যাস্তনা লেংদ্রবা অমসুং লুপসিন্নবা পুক্কিংনা ভগবানগী ভাবময় মুর্ত্তিবু দর্শন ফংজবা ঙমখি হায়বগী খুদম কয়া লৈখ্রবনি। মরম অসিনা সংকীর্ত্তন অসি গুসি ঙরাংগী ওইবা ৱাফম নত্তে হায়বসি শেংলে।

ভক্ত প্রহ্লাদনসু 'সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ'বু ভাগবতকী আধারদা নবধা ভক্তি মখল ৯ গী মনুংদা ২ শুবা মশিংদা শিংথাবিরম্মি। অসিমক ভাঃ ৫।৬।১৩-২৪ দা মহা সংকীর্ত্তনগী পরিভাষা অসুন্না তাকপীরম্মী ঃ—

**"সংকীর্ত্তনং ভগবতো গুণ-কর্ম্ম-নাম্নাং"**

**অর্থঃ**- ভগবানগী নাম-গুণ-কর্ম্মসিংগী মরমদা কীর্ত্তনম . শক-শোঞ্জববু মহা সংকীর্ত্তন কৌই তাকপিরম্মী। অতোপ্পা অমনা **যাজ্ঞবল্ক্য স্মৃতিগী 'বীরমিত্রোদয়'** কৌবা টিকাদা অমূক অসুন্না ইরি--

**"সংকীর্ত্তনম নাম ভগবদগুণ নাম্নাং স্বয়মুচ্চরণম"**–

**অর্থঃ** ভগবানগী নাম-গুণ- কর্ম শিবিকপু স্বয়ং মসানা উচ্চস্বরদা খোঞ্জেল হৌনা সোঞ্জববু "সংকীর্ত্তন কৌই। মতাং অসিদা সামুহিক সংকীর্ত্তনগী মতাং পন্দবনা **"বৃন্দাবন মহিমামৃত"** কৌবা লাইরিক্কী লৌথোক্লগা হাযরি।

**"বান্যা গদগদয়া কদা মধুপতেঃ নামানি সংকীর্ত্তয়ে"**
**অথবা সংকীর্ত্তনম নাম স্বয়ম সম্মিলা বা একস্বরেণ**
**গদগদগিরা ভগবন্নাম গুণকর্মণাং কীর্ত্তনম সংকীর্ত্তনম ইতি।**

"**অর্থাৎ— মী অমনা নত্রগা মী ময়াম্না পুন্না তিন্নরগা খোঞ্জেল অমত্তদা থম্মোই শেংনা পূক্নিং লুপশিন্না অহিকপা খোম্থোক্তা ভগবানগী নাম গুণ কর্ম্মশিংগী মরমদা শকচ শোঞ্জনবু "সংকীর্ত্তন" কৌই**। অসুন্না বেদগী প্রমান কয়ানা সংকীর্ত্তনগী পরিভাষাবু কনা তৌবিরম্মি। পুম্নমক অসিগী আধারদা অমুক সুপচিন্না কলি-কাল অসিগী ওইনা সংকীর্ত্তনগী প্রবর্ত্তক = হৌদোকপীখিবা কনানো? বিষয় অসি নৈনবা তারবদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুবু শীংথাবা য়ায়। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেবনা কলিদা হরিনাম সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ অসি মতৌ করম্না তৌগদগে হায়বসিগী মরমদা অসুন্না তাকপিরম্মী--

**তৃনাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।**
**অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়, সদা হরি,।" (সিক্ষাষ্ঠক)**

**অর্থাৎ** – সংকীর্ত্তন তৌগদৌরিবা গাযকশিংদা তঙাইফদনা চংদবা য়াদবা গুণশিংদি মখোযনা মশাবু নাপীদগীসু হেন্না তোল্লী খল্লগা অমদি উপাঙ্গীশিংদগীসু হেন্না খাংবা কনবা ওইবগা লোইননা মসাগীদমক্তনি হায়বা কবিগুম্বা অমত্তা ওইজবা থিদনা মসামকপু পুম্নমক্কীদমক কংখোকপা বাখলগা লোইননা মতম পুম্নদা শ্রীহরিগী পেনবীনবা ভাবনাদা ভগবানগী নাম-গুন কর্ম্মশিংগী মবমদা কীর্ত্তন তৌগদবনি অসিনি। অসুন্না কীর্ত্তন তৌজববদি শোপ্তবিবা অতাবা অমসুং কর্ম্মধানিশিংনা পবমাত্মাবু ফংজবা ঙম্মি। অসিনা সংকীর্ত্তনগী মবমদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেবগী অচেৎপা বাখল থম্মিখি

শ্রীমদ ভাগবতদা ব্যাসদেবনা অমুক ওয়াকপিবম্মী, কলি কাল অসিদা ভগবানশিংনা সংশাগৎ বংসল ভগবানগী সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অসিদনা যজ্ঞসু যজনসু অদুমক লৈই। অসিগী প্রমান ওইনা ভা ঃ ১১।৫।৩২ দা অসুন্না ইবিবম্মা মদুদি

"কৃষ্ণবর্নং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গস্ত্রপার্ষদম্।
যজ্ঞৈ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।।"

অর্থাৎ– কলি যুগতা ভগবানগী শ্রীবিগ্রহ অসি কৃষ্ণবর্ন ওই। মদুদি নিলমনিসিংগী মচু দগী লংলবা মঙালগী ঈচেলগুম্না চেনখোরকই অদুগুম্না ইবুঙো মাগী অঙ্গগী মঙালসু লংই। হৃদয়না চিংবা অঙ্গ, কৌস্তুভনচিংবা উপাঙ্গ সুদর্শননচিংবা অস্ত্র অমসুং সুনন্দনচিংবা পার্ষদসিংনা থৌগল্লি। মত্তৌ অসুন্না শ্রেষ্ঠ বুদ্ধি শমপন ওইবা মীশিংনা মখল অসিগী যজ্ঞনা মবম ওইদুনা ভগবানগী ফংজনবা পেনবিনবা আবাধনা তৌজখি। অসিগুম্না সংকীর্ত্তন রূপী যজ্ঞ অসিদা ভগবানগী নাম গুন অমদি ইবুঙোগী লীলানচি'বা কযাগী বনন তৌভবগা লোইননা সংকীর্ত্তনগী শরুক মফম যাম্না রাংনা থম্মীবম্মী। সংকীর্ত্তন তৌজবদনা মীওইবনা মায়া-সাগবসিদগী লাইনা লানথোকচবা ঙম্মী হায়বসি শাস্ত্রগী প্রমান কযামুক লৈ। ভগবদ গীতাদা ভগবান কৃষ্ণমক্না হায়বিখি -

"মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে।"

**অর্থাৎ**— মীদুনা ঐতবু নীংজরবদি মায়া সংসারদগী লাইনা লাঞ্জে। অসিনচিংবা ভগবদ বচন সিং-সি লৈবনা কলিদদি সংকীর্ত্তননা অথোইবনি হায়বাসি অরেপ্পনি।

**সংকীর্ত্তন মখল ঃ**

সংকীর্ত্তন অসি সাস্ত্রদা মখল অহুম থোক্লা পিরি মদুদি (১) নাম কীর্ত্তন (২) লীলা কীর্ত্তন (৩) গুণ কীর্ত্তননি।মতৌ অসুন্না ভগবানগী নামলীলা অমসুং গুনসিংবু ৱাংনা শকচ-শোঞ্জবসিবু 'কীর্ত্তন' হায়না 'ভক্তিবসামৃতসিন্ধু' নচিংবা ভক্তি গ্রন্থসিংদা ময়েক লানা ইরি—

**"নাম লীলা গুনাদিনাং উচ্চৈ ভাবানুকীর্ত্তনম।"**

অসুন্না শ্রীমদ্ভাগবত্তসু হায়রি—

**সংকীর্ত্তনম ভগবতো গুণ ষষ্ঠনান্নাম।"**

অসুন্না ভগবদনামামৃত রসকী পান তৌজবদনা অমসুং শ্রবন-কীর্ত্তন তৌজবদনা মহাপাতক পুম্নমক্ক খুদক্তা পাপ কোকচবা ঙমজে। মতৌ অসুন্না নাম শোঞ্জরিবা মীসু মশানা তৌজবা পাপ পুম্বা কোকচবা ঙম্মী। ভগবান কৃষ্ণ মঙ্গলকপ্নি অদুগা মহাক্কী নামসু মহামঙ্গলগী মশক্নি। কৃষ্ণগী নাম শোঞ্জবনা মীওইবনা মঙ্গলময় ওইজবা ঙম্মি। সংকীর্ত্তন অসি শ্রেষ্ঠ-বাচিক ওইবা তপ মখল অমনি হায়না শাস্ত্রনা তাক্লি। সংকীর্ত্তন্না মীওইবগী 'বানী'বু শুদ্ধ ওইহল্লগা মধুর-মধুর-রস-স্বাদন্না আত্মাবু শেংদোকপিরগা ভগবৎ স্বরুপপু তশেংনা উজবা ঙমহল্লি। ভগবানগী নাম সংকীর্ত্তনদা লৈরিবা প্রায়শ্চিৎ শক্তিগুম্না অতোপ্পা প্রায়শ্চিৎকী সংবিধান অমা লৈত্রে। সংকীর্ত্তন্না মরম ওইরগা মীওইবগী পাপ-পুম্বা মরু ফুক্লা মাংহনবা ঙম্মি।

অসিগী প্রমান ঃ- ভাঃ ৬।৩।৩১দা তাক্লি।

**"তস্মাৎ সংকীর্ত্তনং বিষ্ণোর্জগন্মঙ্গলমহেসাম।**

**মহতামপি কৌরব্য বিদ্ধে কান্তিকানি স্কৃতাম।।**

**অর্থাৎ**—অচৌ-অচৌবা পাপশিং অমদি পাপ-বাসনাশিংবু মরু ফুক্লা মাংহনবা ঙম্বা সর্ব্বোত্তম প্রয়শ্চিৎ অমা মশক তাকপা তারবদি সুপ্নগী

ভগবানগী গুণশিং মাগী লীলাবু অমসুং ঈশ্বরগী নাম শক-শোনবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রে। বাফম অসি (ভাঃ তরুকশুবা স্কন্ধগী অজামিল উপাখ্যানত্তা) ময়েক শেংনা তাক্লি। ভগবন্নাম কীর্ত্তন শ্রবন্না অমঙ্গলকারী দোষ পুম্নমক মাংহনবদা নত্তনা ধর্ম্ম-অর্থ কাম-মোক্ষ পুরুষার্থ মখল মরি অসি ফংবগা লোইননা মখল মরিগী বাচিক পাপ্পচিংবশিংসু কোকহনবা ঙম্মি। কলি-কাল অসিদদি শ্রীকৃষ্ণগী নামতনা পাপ পুম্নমক কোকপা ঙম্মি। সত্যদা ধ্যান, ত্রেতাদা যাগ, দ্বাপরদা অর্চন তৌবনা ফংবা ঙমখিবা মহৈ পুম্নমক অদু হৌজিক কলি অসিদদি হরিনাম সংকীর্ত্তন্না ফংজবা ঙম্মি হরিনাম সংকীর্ত্তন অসি গুন পুম্নমক্কী সারনি অসিদা নত্তনা সংসার সাগর অসিদগী লানবীনবগী অমত্তা ঙাইরবা নৌকাগী মশকশুনি। নাম সংকীর্ত্তনগীদমক দেশ কালগী থোইদোকপা নিয়ম অমা লৈতে। নাম সংকীর্ত্তন্দি সর্ব্বদা-সর্বত্র মফম মতম পুম্নমকতা শক শোনবা যাবগী অধিকার লৈ।

গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম-সমপ্রদায়দা অমসুং বৈদিক সনাতন ধর্ম্মগী গ্রন্থ পুম্নমক্তা হরিনাম সংকীর্ত্তনগী মহিমা অসিগী মবমদা বর্ননা কয়া তৌখ্রে। গৌড়িয় বৈষ্ণব সমপ্রদায়গী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি হরিণাম সংকীর্ত্তনতনা প্রধাননি। ভজন অমসুং কীর্ত্তননা সমপ্রদায় অসিগী প্রাণনি: রাধা-কৃষ্ণ ইবুঙো-ইবেম্মা অনিমক্কী প্রেমরসময়ী উপাসনানা সমপ্রদায় অসিগী মরু ওইবা লক্ষনি (পুম্বুং) নি। শব্দ কোশ অমদি অভিধানশিংদা কীর্ত্তন, শব্দগী অর্থ কথনম (হায়বা ঙাংবা) অসিনি। কন্নাগুম্বা অমগী বিময়দা কবিগুম্বা খরা হায়বা ঙাংবা অসিমক বিময়দুগী মরমদা কীর্ত্তন তৌবনি হায়না খংনৈ। ঙাংবা শকপসি য়াম্না নেম্না অমসুং য়াম্না বাংনা হৌনা ঙাংবসু য়াই। মী অমত্তনসু ঙাংবা য়াই নত্রগা মী ময়াম তিন্নরগসু ঙাংবা য়াই। করিগুম্বা মতমদা সুর-তাল লয়-পুং করতালনচিংবশিং অসিগা লোইনবগসু ঙাংবা শকপা য়াই। ভারতীয় সংস্কৃতিগী টিকা গ্রন্থখিবক্তা সংকীর্ত্তন শব্দ অসিগী বিশেষ অর্থ কয়ামুক তৌবিরম্মী—

**"সম্যকপ্রকারেন দেবতানামোচ্চারণং সংকীর্ত্তনম।"**

**অর্থাৎ**— য়াম্না নিংথিনা দেবতাশিংগী নাম শোনববু 'সংকীর্ত্তন' কৌই তাকপিরম্মী।

শ্রীমদ্ভাগবতত্তা নবযোগীশ্বরোপাখ্যানান্তর্গত কলিগী উপাস্য অবতার অমদি মদুগী উপাসনা বিধিগী মরমদা শ্রীকরভাজন ঋষিনা হায়খি—

**কৃষ্ণবর্নং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গস্ত্রপার্ষদম**
**যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।।**

**অর্থাৎ** — কলিযুগ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী বর্ণ নিলমনিগী দিব্যোজল কান্তিগী মতৌগুম্মী। গৌর কান্তিবিশিষ্ঠ অদুগুম্বা ভগবানগী অঙ্গ, কৌস্তুভনাচিংবা ভুষন উপাঙ্গ আয়ুধ চক্রনচিংবা অমদি সনন্দনা চিংবা ভগবানগী পার্ষদসিংগা লোইননা হরিনাম সংকীর্ত্তননা প্রধান ওইবা যজ্ঞনা মরম ওইদুনা বুদ্ধি লৌশিং লৈরবা মীশিংনা কলি অসিদা অর্চনা তৌই। শ্রীধরস্বামীনা শ্লোক অসিদা শিজিন্নরিবা "সংকীর্ত্তন" শব্দগী ব্যাখাদা হায়বিরম্মী-**'সংকীর্ত্তনম নামোচ্চারণম'** অর্থদি ভগবানগী নাম উচ্চারণ অসিমক সংকীর্ত্তন কৌই। নামোচ্চারণগী বিষয়দা শ্রীজীব গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতকী ৭/৫/২৩ গী আধারদা তাক্লিবা 'শ্রবনং কীর্ত্তনং বিষ্ণো' হায়বনচিংবা শ্লোক্তো তাক্লিবা কীর্ত্তন শব্দগী ব্যাখ্যাদা অসুম্না তাকপিরম্মী- **"নাম কীর্ত্তনম বেদমুচ্চৈরেব প্রশস্তম।"** নামোচ্চারন অসি উচ্চশ্বরদা য়ুম্ফম ওইগদবনি। মরম অসিনা উচ্চস্বরদা ভগবননাম কীর্ত্তন তৌববু হরিনাম সংকীর্ত্তন কৌই তাকপিরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্তসিংবু ফোংদোক্লগা গৌড়িয় বৈষ্ণবচার্য শ্রীজীব গোস্বামীনা মহাককী লাইরিক "ক্রমসন্দর্ভ" দা ইরম্মী-

**সংকীর্ত্তনম বাহুভির্মিলিত্বা তদগানসুখং শ্রীকৃষ্ণ গানম।"**

**অর্থাৎ**— ভক্ত কয়ামুক পুল্লগা বাংলবা খোঞ্জেলদা সুর-তাল-লয় পুর্বক মৃদঙ্গ-বাদ্যনা চিংবগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণসুখ জনক কৃষ্ণপ্রীতি মূলক ওইবা ভগবানগী নাম্না চিংবা কয়াগী গুণবু শিংথাদুনা খোজেল বাংনা শকপা শোনবা অসিবু **"হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ"** কৌই হায়না খংনগনি তাকপিরম্মী। অসুম্না শ্রুতিনা চিংবা গ্রন্থশিং পুরান শিরোমনি শ্রীমদ্ভাগবতনা চিংবা অতোপ অতোপ্পা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা হান্নদগী হৌনা অদুম্মক নাম সংকীর্ত্তনগী বর্নন অসি তৌদুনা লাক্লি অমসুং ফংদুনা লৈরক্লি।

তশেংনা হায়রবদা সংকীর্ত্তন অসি শ্রী চৈতন্যা দেবনা আবির্ভাব ওইদ্রিঙৈগী মমাংদগী হৌনা কীর্ত্তনগী চৎনবী নত্রগা মহত্ত্ব (মগুণ) অসি শাস্ত্রশিংদা হান্নদগী লৈরকখ্রে-লৈরম্লে অসিনি। সত্য-ত্রেতা-দ্বাপর-কলি যুগ মরি অসিগী যজ্ঞ মখল মরি শাস্ত্রনা বিধান তৌবিরম্মী মদুদি দ্রব্যযজ্ঞ, যপযজ্ঞ, তপযজ্ঞ, স্বাধ্যায় জ্ঞানযজ্ঞ। মরিসিগী মনুংদা মরিসুবা স্বাধ্যায় জ্ঞান যজ্ঞ অসি মরিশুবা যুগ কলিগীনি। জ্ঞান যজ্ঞ হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতপুনি। অসিগী মরমদি ভাগবত্তা হরিনাম সংকীর্ত্তনগী মহত্ত্ব কয়াবু মরিক চুন্না বর্নন তৌরি। তশেংনমক শ্রীমদ্ভাগবত অসিদি সমপূর্ন সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী শ্রীবিগ্রহ মক্তি হায়না লৌবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা মখল তরুক্কী লৈরিবা তাৎপর্য্য নির্ণায়ক লিঙ্গশিংদসু শ্রীমদ্ভাগবতকী তাৎপর্য্য অসি "হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ" আধারদা য়ুম্ফম ওইরগা ইথিবনি। ইহান-হানবা মক্তদা ঐখোয়না ভাগবত মহাত্ম্যমদা সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী বিলক্ষণ ছবি উবা ফংই। খুদম ওইনা-দেবর্ষি নারদনা জ্ঞান-বৈরাগ্য অমদি ভক্তিগী অবাবা কোকপীনবগীদমক্তা শ্রীমদ্ভাগবত মহা সংকীর্ত্তন যজ্ঞ হৌরকপমক্তদা করতাল ধ্বনিগা লোইননা মী লাই, শা, উচেক, স্থাবর, যঙ্গম পুম্নমক পুল্লগা সংকীর্ত্তন মহা-যজ্ঞ হৌখি। অসিগী ইতিহাসিক প্রমান ভাঃ/মঃ/৩/৬৭ তা ইরি—

"ভক্তিঃ সুতৌ তৌ তরুনৌ গৃহিত্বা প্রেমৈকরূপা সহসাদাবিরাসীৎ।
শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ হরে মুরারে নামেতি নামানি মুহুর্বদন্তি।।"

অসুম্না ভাগবত মহাত্যমগী অহানবা শরুকমক্তদা হরিনাম সংকীর্ত্তনগী শক্তম উবা ফংলে। অতোপ্পা খুদম অমনা শ্রীশুকদেবনা রাজর্ষি পরিক্ষিৎতা ভাগবত প্রবচন পীদ্রিঙৈগী মমাংদা হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞনা আরম্ভ তৌখি। খুদমঃ-

"সংকীর্ত্তনং যৎস্বরনং যদীক্ষণং যদবন্দনং যচ্ছবর্ণং যদর্হনম।
লোকস্য সদ্যো বিধুনোতি কল্মষং তস্মৈ সুভদ্রশ্রবসে নমো নমঃ।।"

মতাং অসিদা রাজর্ষি পরিক্ষিৎ মহারাজদি মাগী প্রশ্নদা নাম শ্রবনগী আধারদা পুক্লিং চংই অদুবু ব্যাখা তৌগদৌরিবা শ্রীশুকদেব মুনিদি মশাগী

শৈহৌদা মঙ্গলাচরন্দা হরিনাম সংকীর্ত্তনবু অহানবা মফম পিখি। লোইনবা সংকীর্ত্তনগী মহত্ত্ববু অমদি স্বরহস্যবু মপুংফানা তাকুনা হান্না খংহনখি। অর্থাৎ শ্রীশুকদেবমক্না ভাগবত প্রবচন পীদ্রিঙৈগী মমাংদা ভাগবতকী মাংমক্তদা সংকীর্ত্তননা হান্না হৌখি হায়বা তাকপনি।

ভাগবতকী মচি-মচি খুদিংমক্তা তাক্লি- স্বয়ম ভগবানগী মুর্ত্তিদি অবতারগী ওইবা ফিভমদা জীবগী প্রত্যক্ষ কল্যান তৌবি অদুগা হরিনাম সংকীর্ত্তন্দি— **"বিভিন্নদষাষু বিভিন্নস্থানেষু" পুন্নমককী ওইনা মহা মঙ্গল প্রদান তৌবি**। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী মহত্ত্বপূর্ন ওইরবা তত্ত্বশিংসি ভাগবতকী গর্ভদা পাথোক্তুনা থন্না লৈ। মায়া জগৎতা লৈরিবা মায়া জীবশিং অসিনা ভগবৎ ফংনবা লম্বীদা অপনবা লৈরিবশিংসি কলিদদি ইরাই লাইনা হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অসিদনা শ্রী হরিবু ফংজবা ঙম্মি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী আধারদা অসুর বালকসিংনা নোংমা হংখিবা ৱাহংগী পাউখুমদা প্রহলাদনা হায়খি—

**যেঽহঙ্গ ত্বদঙঘ্রিশরনা ভবতঃ কথায়াঃ**

**কীর্ত্তন্যতীর্থ যশস কুশলা রসজ্ঞাঃ।**

**অর্থাৎ**— মীওইবনা অরাংবা থাক্তা লৈগে হায়রবদি হরিনাম সংকীর্ত্তন্তনা ঙম্মি। ভাঃ ৩/১৫/৪৮।

শ্রীমদ্ভাগবত্তা হরিনাম সংকীর্ত্তনগী মরমদা অত্রুংরনসু অসুম্না হায়বম্মি—

**অবতারো হরেযোঽয়ং কীর্ত্তয়েদন্বহং নরঃ।**

**সংকলপাস্তস্য সিধ্যন্তি স যাতি পরমাং গতিম।**

**অর্থাৎ**— মীদুনা হিংলিঙৈ মতমদা হরিনাম সংকীর্ত্তনবু তৌজরবদি মহাক অদুনা লৌকিক পারলৌকিক অনিমক্তা কর্ম সিদ্ধ ওই। ভাঃ ৮/২৪/৬০ দা মতৌ অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবত অসিগী মশক তাকপা তারবদি হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ-ময়নি হায়না লৌবা তাই।

শ্রীমদ্ভাগবতকী অহৌবদসু শ্রীশুকদেবনা হরিনাম সংকীর্ত্তন হৌখি। মরক্তসু ভাগবতকী মচি-মচি খুদিংমক্তা হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী

মণ্ডান্তনা লংলি। অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতকী উপ সংহারদসু শ্রীশুকদেবনা হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞনা লোইশিল্লি। খুদমঃ- ভাঃ ১২/১৩/২৩ দা শুকদেবনা হায়খি—

**"নাম সংকীর্ত্তনং যস্য সর্ব্বপাপ প্রনাশনম**

**প্রনামো দুখ শমনস্তং নমামি হরিং পরম।।"**

উপসংহারদা কলি কাল অসিদদি হরিনাম সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ অসি নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈত্রে হায়বদি মখাদা পীরিবা শাস্ত্রগী বচন অসিনা প্রমান ওইরে মদুদি ঃ—

**কলের্দোষনিধে রাজন্নাস্তি হ্যেকো মহান গুণঃ।**

**কীর্ত্তনা দেব কৃষ্ণস্য মুক্তসঙ্গঃ পরং ব্রজেৎ।।**

**কৃতে যদ ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।**

**দ্বাপরে পবিচর্যায়াং কলৌ তদ হরি কীর্ত্তনাৎ।।**

**- ওঁ তৎ সৎ -**

*ওক্টোবর, '৯৭*

# মণিপুর নট সংকীর্ত্তনগী অশম্বা ইতিহাস অমসুং বিচার

**শ্রী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**

*খোংমন মণ্ডজিন*

মণিপুরদা চৎনরিবা নট সংকীর্ত্তনগী ইতিহাস খঙনবা হোৎনবদা কীর্ত্তনগী হৌরকফম খঙদবা য়াদ্রি। কীর্ত্তনগী ইতিহাস থিগৎলুবদা মতিকচাবা মচাক বাৎপনা চপচাবা খঙবা ঙমদে। অদুমকপু অফংবা খরদগী কীর্ত্তন হায়বসি খা ভারতকি আড়বাবশিংনা খুন্দ মমাঙ চহী লীশিং অমগী মতমদা হৌদোকখি হায়রি। ভারতকি ইতিহাসকার প্রো ডা পি বি দেসাই, কর্নাটক বিশ্ববিদ্যালয় ধরৱারনা "দি স্পিরিট ওফ ইন্দিয়া" ভোলুম অনীদা (National Role of Karnataka through the Centuries) কৌবা রারেংদা অমসুং পণ্ডিত শ্রীহরিলাল চট্টোপাধ্যায কলিকতাগী "ব্রাহ্মন ইতিহাস অমসুং কীর্ত্তন শ্রীপদরত্নমালা" নচিংবদা ফোঙদোকপিরম্বা খরদগী কর্নাট প্রদেশকি কুনী কৌবা ব্রাহ্মন কাংলুপ (১) কেতোর কুনী (২) কানদ (৩) উরিচী অমসুং (৪) অবর ভোকল হায়বশিংসিনা চহী লিশিং লিশিংগী মমাঙদগী শ্রীভগবানগী রূপ-গুন, লিলা অমদি মঙোন্দা চঙজবগী মরূশিং শকচ-শোঞ্জদুনা প্রেমদা লুপচরকই। ব্রাহ্মন কাংলুপ মরিসিবু কুনী নৎত্রগা আড়বার হায়না খঙনরকখি। মখোয়না কার্নাটি প্রদেশতগী ভারতকি অতৈ মফমশিংদা থুন্দাখি-শন্দোকখি। মখোয়গী লাইনিং-লাইশোনদুবু মমৈদা 'কীর্ত্তন' হায়না খঙন-চৎনরকখি।

'কীর্ত্তন শৈশক অমসুং অভিনয়দা ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্রগী শরুক চঙখি (অহানবা শতাব্দী বি.সি.দা)' হায়না প্রো. দেসাইগী মোৎ পিরি।

মসিগী খুদম ১২ শুবা শতাব্দীদা থোক্লকখিবা শ্রীসারঙ্গদেবগী "সঙ্গীত রত্নাকর" নি। মসিদগী ১৫ শুবা শতাব্দী য়ৌরকপদা কর্নাটিক সঙ্গীত হায়না মশক মমিং হোংলকখি হায়না প্রো দেসাইনা ফোঙদোক্লি।

আড়বার অমদি কুনী ব্রাহ্মনশিং অসি অরাং-নোংপোক ভাবত্তসু খুন্দাখি। মখোয়গী মীরোন ঠাকুর, ভট্ট, আচার্য্য অমসুং ব্যাস মিংথোন চৎনরকখি। বঙ্গদেশতা তবাশুবা শতাব্দিগী অরোইবা শরুক্তা চংলকখি। মতমসিদা বঙ্গদেশকি মপুং ওইখিবা বিজয়সেননা নবদ্বীপতা আড়বার কীর্ত্তনদগী 'বাংলা কীর্ত্তন' শেমগৎখি। শ্রীচৈতন্যদেবগী মতম (১৪৮৫-১৫৩৩) দা নট সংকীর্ত্তন পোকখি। মতাংসিদা নিংশিংহৌগদবদি শ্রীনারদগী "পঞ্চমসার সংহিতা" অমসুং সঙ্গীত শাস্ত্র খবদা নট সংকীর্ত্তন হায়বসি সতা যুগতগী চৎনরকলে হায়বি। খুদম ওইনা-

"সংহিতানাং প্রচারায় মনসা ভরতাদয়ঃ।
ভদ্রং নাম নটং চক্রুসুতো ধ্যান প্রভাবতঃ।।৪।।"
নানা শাস্ত্রং চ কাব্যং চ বর্নাস্তে কথয়ন্তি চ।
রঞ্জয়ন্তি সভাং সর্বাস্তেনটাঃ পুনরুত্তমাঃ।।১৮"

অর্থদি সংহিতানচিংবা শন্দোক্লবা ভবতনচিংবা ঋষিশিংনা ধ্যান তৌদুনা ভদ্র কৌবা নট অমা শেমখি।৪। মখল মখা য়াম্বা শাস্ত্র অমসুং কাব্য বর্নন তৌবা অমসুং সভা পুম্ববু নুংঙাইহল্লিবা নটশিংসিনা অথোইবা ওইবম্মী।।১৮

পঞ্চমসাব সংহিতাদা হায়রিবসি ভদ্র কৌবা নট শৈশকপা অমা ঋষি মুনিশিংনা শেমখি। মহাক্লা কাব্য অমদি শাস্ত্রশিং শক্লুনা অতাবা অয়েংবা ভাবকশিং পেলহনখি। মখোয়সি অথোইবা নট শৈশকপনি হায়বনি লাইরিকসিগী মখা তাবা শ্লোকশিংদা ভদ্রদগী অতিভদ্র, সুভদ্রনচিংবা মচা মশু কয়া শন্দোক্লুনা লাইশিংগী মতমদগী মীরোল ফাওবদা নট সঙ্গীত শন্দোকখি হায়রি।

মণিপুরগী মতাংদা কীর্ত্তন শৈশক ওইনা মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) সনা হাক্তক্তা বিষ্ণু পূজাদা আরতি কৎতুনা খোলগী পুঙ য়ৈরগা

শেন খিংদুনা ঈশৈ শকখি হায়বসিদগী হৌফম থোকই। খাগেম্বগী মমাঙ ক্যাম্বা সনা হাক্তক (১৪৬৭-১৫০৮) বিষ্ণু পূজাদা কীর্ত্তন শকখি হায়বা মাঙদা ইবিরম্নিবশিং অসিগী মতীক চাবা প্রমান ঙসি ফাওবা ফংজদ্রি। পূজা কৎলম্বদি য়াই, মসিগী খুদম অইবা লাইরিকশিং ফংজৈ, অদুবু কীর্ত্তন শকখিবগী খুদমদি খাগেম্বা হাক্তক নত্তনা অতৈ ফংজদে। অঙনবা মতমদা কীর্ত্তন ঈশৈ শকপশিংবু লমদমসিদা কীর্ত্তনিয়া কৌনরম্বদগী কীত্না হায়না শকখঙনরকখি হায়বসু 'নোংচুপ হারমলোল অমদি মুম্নাক শাগৈ' পুয়াশিংদা শিংথাবিরম্মী।

মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) মতমদা মরু হুনখিবা কীর্ত্তন শৈশক অদু হিন্দু ধর্ম্ম চৎচবা নোংচুপ হারমগী ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রী অমদি অতৈ কাংলুপশিংনা মখোয়গী লাইনীং অমসুং নাথকি থৌরমশিংদা চৎনরকপদগী তপ্না তপ্না মপান-মরা শন্দোরকখি। লৈবাকসিদা হান্না চৎনরম্বা লাইনীং লাইশোল, জগোয়-ঈশৈগা তিনশিন্নরকখি। বাংলা কীর্ত্তন-সংকীর্ত্তনগী স্বর শব্দ, শৈহেক-শৈদা ওইরম্বদগী মণিপুরগী স্বর-ছন্দ চঙলবা অনৌবা শৈশক ওল্লকখি।

মৈদিংঙু চরাইরোংবা (১৬৯৭-১৭০৯) দগী মৈদিংঙু গরিবনিবাজ (১৭০৯-১৭৪৮) মতমদা হিন্দু মৈতৈ অমসুং ব্রাহ্মনশিংগী পোকপা শিবদা কীর্ত্তন-সংকীর্ত্তননা মপুং ওইবা শরুক য়ারে। মতমসিদা পাঙথোকখিবা কীর্ত্তন শৈশকশিং অদু খাগেম্বা মতমদগী চথরকখিবা মৈতৈগী প্রভাব তাখ্রবা শৈশক্নি। মতমসিদা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র অমসুং শ্রীবংশিবদন লোয়ননা গুরুঅবিবম শাগৈগী শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনচিংবা মূর্ত্তি কয়া সেবা চৎনরে। গরিবনিবাজ সনা হাক্তক্তা রামান্দি ধর্ম্ম মরক্তা চঙলকখি। মতমসিদা শ্রীরামজী প্রভু সেবা চৎখি। লোয়ননা বঙ্গদেশতগী অনিরকশুবা কীর্ত্তনিয়া কাংবু অমসু থুংলখি। কীর্ত্তনিয়া শৈশকপা কাংলুপ অদুদা নিংথেম্না নখোয় কদায়দগীনো হংবদা কীর্ত্তনিয়াশিংদুনা ঐখোয় বঙ্গদেশ লৈবাক্তগীনি, কীর্ত্তন শকপা কাংলুপনি হায়বদগী মহারাজনা অদুদি বঙ্গদেশ পালা কৌরো হায়না সনা য়াথং তাকপিখিবদগী মমৈদা বঙ্গদেশ পালা/বংদেশ পালা হায়না শকখঙনরকখি (মীয়ামদা)।

মতাংসিদা য়াফম অমা থোক্লকই, মদুদি খাগেম্বা সনা হাক্তক্তগী লৈজরক্লবা কীর্ত্তনিয়াশিং অমসুং লৈবাকসিদা লৈজরম্বা শৈশকপশিংগা পুন্না শাগৎচরকপা কীর্ত্তন শকপশিং অদুগা অনিশুবা চঙলকখিবা কাংবুদুগা পুনবা য়াথিদে। তোপ্না তোপ্না লৈনরম্মী। অহানবগী কাংবুনা খোলদগী মৈতৈ পুঙ অরিবা শিজিন্নরক্লবা, রামতালদগী করতাল মখা ফাকপা পায়দুনা নাম শোল্লি। অনিশুবা কাংলুপতি মখোয়না লোয়নরকপা যন্ত্রশিং শিজিন্নদুনা মতম শাংনা লৈরম্মী। হান্নগী কীর্ত্তনবু মীয়াম্না পান্নবা অদুগা অনিশুবা কাংলুপকি কীর্ত্তননা য়ামান্দি ধর্ম্মগী তীনশোল-লাইশোলদা চৎনরম্বদগী মীয়াম অমদি লমদমসিগী নারৈ-নাতা ইন্দবা য়ারক্তদুনা কীর্ত্তন শকপদা বংদেশ পালাসু অহানবগী মতৌ তম্লকখি। পুঙ লৌরকখি। করতাল লৌরকখি অমসুং স্বর অমদি ফীজেৎনচিংবা তপ্না তপ্না ওন্থোরকখি। অসুন্না অহানবা অমসুং অনিশুবা কীর্ত্তন পালা অনিমক লৈবাকসিদা মীরোল মীথাং লান্না শমথনরকখি।

মৈদিংঙু চরাইরোংবা, গরিবনিবাজ অমসুং মচা ইবুংঙোশিংগী মতম ফাওবা নিংথিনা চৎথরক্লবা কীর্ত্তন শৈশক অসি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (১৭৬৩ ১৭৯৮) সনা হাক্তক য়ৌরকপদা অনি নৎত্রেগা অহুমশুবা তাক্কক হৌরে। সনা হাক্তক অসিদা (১৭৭৬ হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ইরাই নুমিৎ) শ্রীগোবিন্দজী নিরূপন তৌবিখিবদগী হান্না চৎনরকপা সংকীর্ত্তনগী মশক ফিজেৎ-লৈতেং, পুঙ করতাল অমসুং শৈশক্তা অহোংবা লাকখি। খাগেম্বা হাক্তক্তগী শমথরকখিবা অহানবা পালাবু অনৌবা করতাল মরি অশাংবা পায়হনবা, হান্নদগী পিকথরগা চোলোম অভিনয়দা খুৎলোয়গদবা মৈতৈ পুঙ অমসুং কোকয়েৎ খ্বাংয়েৎনচিংবা চীং-লেন্না ফজবা মওংদা শেমদোক্লুনা চৎনহনখি। হান্নগী মতৌদগী পুক্লিং নৌনা ফজরে হায়দুনা অনৌবা পালা কৌনবা য়াওখি। পালাসি মণিপুরদা হিন্দু প্রভাব চঙলকপদগী লৈজরক্লবা খ্বাইদগী হানবা পালানি হায়দুনা শ্রীগোবিন্দজীগী থৌগন পুন্নমক্কী মকোক্তা সেবা ফংহনবিখি রাজর্ষিনা। মতম থরা লৈরগা শ্রীগোবিন্দজী, শ্রীবৃনামচন্দ্র অমসুং শ্রীরামজী প্রভুগী থৌগন কোন্নরকত্রদুনা পালাহন কৌনরবা নট

পালা অসিদগী নহা মথৈ খল্দোক্লগা **"পালা নাহা"** কৌবা দল অমা লিংখৎপিখি। চপ মান্নবা মওংদা বংদেশ পালাদগীসু মহারাজগী সেবক মচাশিং অমসুং অতৈ খরগা **'সেবক পালা'** হায়বা পালা অমগা শেম্বিদুনা হান্না পালা অনি লৈরম্বদগী পালা মরি থোকখি। সনা হাক্তকসিদা **"পালাহল, পালানহা, বংদেশ অমসুং সেবক পালা"** হায়না মখল মরি শুখি। শ্রীগোবিন্দজী অমসুং নিংথৌ লাইশিংগী থৌগল লোয়ননা লৈবাক্কী সেবা ফংখি।

সনা হাক্তক অসিদা নুপীশিংনা সংকীর্ত্তন্দা শরুক য়াবা হৌদোকখি। চীংথংখোম্বগী মচা ইবেম্মা বীম্বাবতীনা ঈশৈ হন্দুনা রাসেশ্বরী পালা লিংখৎখি। মহারাজনা ভক্তি শাস্ত্র অমদি সংকীর্ত্তনগী নিংথিজবা কয়া য়েংলগা **"মহাধুমেল"** শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎনবা থৌরাং পুঙ ঈশৈগী ওঝা গুরুশিং অমদি পণ্ডিৎ কয়াগা তান্নরগা শেমগৎখি। অদুবু মহারাজ সনা হকচাং ইরক্লুনা ধুমেল কৎলমদনা লোম্লাখি। মচা ইবুংঙো শ্রীলাবন্যচন্দ্র (১৭৯৮-১৮০০) না মপাবুংনা পামজরবা **মহাধুমেল** শ্রীগোবিন্দজীদা কৎখি। মতুং মৈদৈংঙু মার্জিৎনা **নিত্যাই ধুমেল** পুথোকপিরম্মী। মথংদা মৈদিংঙু শ্রীনরসিংহ (১৮৪৪ ১৮৫০) গী মতমদা **গৌরধুমেল** কৎপিখি। মবিশুবা **লাইরেম্মা ধুমেল** না শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি (১৮৫০ ১৮৮৬) না জীলা দরবারদগী হল্লক্লগা ইং ১৮৭৪ দা **শ্রীদূর্গা পূজাগা** লোয়ননা কৎপিখি। শুবাক ঈশৈ কৌবা সংকীর্ত্তন মখল অসিসু শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) গী মতমদা শ্রীজগন্নাথ দেবগী রথ যাত্রাগা মরি লৈননা হৌদোকখি। লোয়ননা **জয়দেব শৈশক** চংনখি। **খোপ শৈশক** মহারাজসিগী মতমদগীনি। **জলকেলি** অমদি **গৌরলীলা,** মনশেনবা মৈদিংঙু শ্রীনরসিংহগী মতমদগী চংনরকখি। অসুম্না পুঙ-ঈশৈগী নিংথিজবা শৈশক মখল অয়াম্বা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রদগী হৌরগা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক ফাওবদা অঙকপা ফংনো চাওখৎখি। মতমসিদা গুরু শ্রীরসানন্দ রাগ হৈবা, শ্রীপ্রমানন্দ, লাংলেন হনবা, শ্রীকীর্ত্তনা রাধা, কীর্ত্তন রূপা, শ্রীঠাকুর শ্যাম লোয়ননা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা মৈতৈগী স্বর-ছন্দদা কীর্ত্তন ঈশৈ শেম্বিখিবা শ্রীখুন্দ্রাকপম দামু সিংহ অমসুং শ্রীপুখ্রম্বম সেলুংবা সিংহ

লৈবাকসিদা পোকখি। গুরুশিং অসিতা নত্তনা শক্লাইরবা ওঝা-গুরু কয়ানা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী নিংথিজরবা মশকশিং অসি শেমগৎথিরম্মী।

চথরকখিবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী ঈচেন্দা মৈতৈলোনগী শৈশক মহারাজ শ্রীচুড়াচান্দ সিংহ (১৮৯১-১৯৪১) গী মতমদগী মরু হুনবা হৌখি। খৃঃ ১৯৩১ গী মার্চ্চ থাদা শিংজমৈ মুক্ত্যার মাগুপতা শ্রীবাইখোম চাউবা সিংহনা ঈশৈ হন্দুনা শকখিবা মৈতৈলোনগী বাসক অমসুং মতমসিদা লৈরম্বা শ্রীসূর্য্যবোরোন সনা অমদি অতৈ কয়ানা মৈতৈলোনগী সংকীর্ত্তন শন্দোক্লকখি। অদুবু থুন্নক লৈরক্তা শক্লরবসু শ্রীগোবিন্দগী থৌগনদি মহারাজ শ্রীবোধচন্দ্র (১৯৪১-১৯৫৫) গী সনা হাক্তক ফাওবদি চৎনখিদে। মহারাজ লৈখিদ্রবা মতুং মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিন্দুনা নিংথৌগী শক্তি মাঙহনখ্রবা মতুংদা মৈতৈলোনগী ঈশৈনা শ্রীগোবিন্দজীগী মাগুব কারকখি।।০।।

৮/১০/৯৫

# মণিপুরি নট সংকীর্ত্তন গুরু শিষ্য পরমপরা

**শ্রী নিংথৌজম খোলো সিংহ**

*থাংমৈবন্দ খোযাথোং*

অহানবদা ঐহাক্না ব্রজেন্দ্রনন্দন, শ্যামসুন্দব, মুরলীধব বসরাজ, শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজবি। হবি সংকীর্ত্তনগী নিত্য ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু অনিবুশু খুবমজবি মথংদা সভাপতিজী, লাই গুরুজনশিং, ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশিং অমসুং গৌব ভক্ত বৃন্দশিংগী মফমদা নোল্লুকচবি। ঙসিগী মহোৎসব অসিদা কবিশু খঙজদ্রবা মুর্খ ওইবা ঐগোন্দা নৈনজৌ হাযনা সভাগী মাংদা থম্বিবিবা বিষয় ঙসি **মণিপুবি নট সংকীর্ত্তন গুরু শিষ্য পবমপারা** হাযবগী মতাংদনি। অমুত্তগী মশক ওইববা বাগ, বাগিনী, বস কযানা তিনমিন্নগা ওইবকপা মণিপুবী নট সংকীর্ত্তনবু মুর্খ ওইবা ঐহাক্না লাই গুরুজনশিংগী মফমদা থৌগল কপগা তৌবগনি শেম্বাং হাযবা উচেক অপিকপা অদুনা মহাক্কী পিকখ্রবা মচিগা সমদ্রুগী ঈশিং কনা শিংকে তেমশিংনবগুম্লনি। অদুবু ঐহাক্না সাধু সঙ্গ তৌজনিংলুবা প্রেম ভক্তিগী লম্বীদা চৎচনিংলুবনগী গৌব নিতাই অনিনা চিংদুনা অপংবা ঐহাকপু ঙসিদি মফম অসিদা পুবিবক্লমাল্লে হাযনা খল্লে। কবিশু খঙজদ্রবা ঐহাক্না ঙাংজবকপা মতমদা অশোয অবান কযা যাওবক্কনি। মদু-খিবিক গৌব ভক্ত বৃন্দশিংনা ঙাকপিগনি।

ঙসি অসি গুরু কীর্ত্তনগী নিনিচনবা অরোইবা নুমিৎ অদুনি। গুরুগী মতিক মগুণ থাদুনা শকশোল্লি। সংকীর্ত্তনদসু গুরু বন্দনা য়াওরি। গুরু হায়বসি কনানো, গুরুগী অর্থ করিনো? গুরু তাইবং মীরা নৎত্রগা লাইরা? **গুরু মী নত্তে, লাইনি**। মীওইবগী মরক্তা লাইগী শকওং লৌরগা লৈবা

য়াদদুনা গুরুনা মীওইবগী শকলোন লৌরগা কোইচৎ চত্নুনা লৈরি। **গুরু ব্রহ্মানি, গুরু বিষ্ণুনি, গুরু মহেশ্বরনি, গুরু অগ্নি দেবনি, গুরু সূর্য্যনি, তীর্থশু গুরুনি**। তপস্যা, ভক্তি অমসুং যজ্ঞ গুরুনি। উরিবা সংসার অসিশু গুরুগী মশক্তি। "**গুরু**" হায়বা ৱাহে অসিদা য়াওরিবা "**গু**" হায়বা ৱাহৈনা অমম্ববু খণ্ডনৈ। অমম্বা হায়রিবসি থম্মোয়নুংগী অমম্ববু খণ্ডনৈ। সংসারগী মায়া ফীজংনা কুপশিনখিবদগী -জীবনা মশাগী মশক খণ্ডবা ঙমদনা অমম্বগী মনুংদা লৈ। অসিগুম্বা মখলগী অমম্ববু "গু" কৌই। "রু" হায়বনা অমম্বা অসিবু কোকহনববু খণ্ডনৈ। গুরুগী অর্থ তোঙান তোঙানবা মওংদা ফোংদোক্লবশু লৈ। **যোগীনি তন্ত্রদা** অশুম্না হায় গুরুনা লৈরিবা মফম অদু কাশীনি, গুরুগী খুয়া থম্বালদা পকপা ঈশিংগী মরিক্লা জাহ্নবী গঙ্গানি। গুরুগী শকফম্না ধ্যানগী হৌরকফমনি। গুরুগী-থৌজান্না সিদ্ধিগী মরুনি। গুরু তন্ত্রদা অসিশু অমুক হায়— গুরুনা পেল্লবদি শিবনা পেল্লি, গুরুনা শাওরবদি ভগবান শঙ্করনশু শাওই। শাস্ত্রনা অসিমশু হায়—ইষ্টদেবতানা শাওরবদি গুরুনা সাধকপু কনবিবা ঙম্মী, অদুগা গুরুনা শাওরবদি ইষ্ট দেবতানা অমসুং লাইয়াম খিবিক্লা পুন্না হোৎনদুনশু সাধক অদুবু কনবিবা ঙমদে। অদুনা গুরু তইবং মী ওইনা লৌফদে। গুরু কৃপা অমসুং ঈশ্বরগী কৃপা নুংদা অমত্তনি। করম্বনা অহানবনো হায়বসি খঙবদা লুনা থোকই। ঋষি কবিরদাসনা অশুম্না হায় - **গুরু অমসুং গোবিন্দ অনিমক পুল্লপনা ঐহাক্কী-মামেক্তদা** লেংশিন্দুনা লৈররে। কনাদা হান্না খুরুমগনি। মাদুদা মহাক্লা হায়--গুরুদা হান্না খুরুমগনি। মরমদি গুরুনা মঙোন্দা ঈশ্বরগী শকওং হান্না উহল্লি। ৱাফম অসি অচুম্বনি হায়না লৌনৈ। বেদনশু গুরু ভক্তিগী অৱাংবদু থাদুনা শক শোল্লি। সাধনাগী লম্বীদা গুরু য়াওদনা ইতোমতা চৎপা ওইথোক্তে। ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদা নৎত্রগা করিগুম্বা শিল্প, কলাগী লম্বীদা গুরু য়াওদবা শুকয়া য়াদে। ঐখোয় মীচমদি লাইরদুনা লাই দেবতা ফাওবনশু মখোয় মখোয়গী গুরু লৈখি। শ্রীকৃষ্ণগী গুরু সন্দিপনিনা ওইখি, রামগীনা বাসিস্থ, দেবতাশিংগী গুরুনা বৃহস্পতি, হিংচাবশিংগী গুরুনা শুক্রচার্য, নাবদগী গুরু সনতকুমার, ইন্দ্রগী প্রজাপতি, নচিকেটগীনা যমনা ওইখি। দত্তত্রেয়গী গুরুদি প্রকৃতিগী পোৎশক

কুনমরিনা ওইখি। গুরুবু নুংশিবা হায়বসি গুরুগী সেবা তৌববু খগুনৈ। গুরু অজ্ঞা ঙাকতনা চৎপা হায়বসি ইশাগী মোংফম ইশানা তৌজবগা চপ মান্নে। গুরুগী য়াথং ঙাক্লা চৎপনা থবক খুদিংমক মঙ্গল ওইবগী হৌরকফম অমানি। গুরু তত্বগী নুংগী ওইবা শকওং খরা অসিনি। **গুরু শিষ্য পরম পরাদা গুরুগী-ওইবা নুংগী মরম অমগুনি।**

**নট সংকীর্ত্তন গুরু শিষ্য পরমপরা ঃ**

নট সংকীর্ত্তন হায়রগা করিবু খগুনৈ? কীর্ত্তন, সংকীর্ত্তন অমসুং নট সংকীর্ত্তনগী নুংগী ওইবা শকওংদা খেৎনবা করিনো? কীর্ত্তন হায়রগা করিবু খগুনবগে? কীর্ত্তনগী ওইবা শকওং অমা হান্না অমুক্তা লেপথোকচখিগে। ঈশ্বরগী নাম, লীলা, গুন শক শোনববু কীর্ত্তননি হাযনা লৌনৈ। গুংগী **মখোল, করতালগী মখোল, মোইবুং খোঞ্জেল, রাগ অমসুং ঈশৈগী ধ্বনি, কাংশীগী মখোল** হায়রিবা মখোল মগা অসি পুল্লবদা মপুং ফাবা কীর্ত্তন ওই হায। কীর্ত্তনগী ঈচেল অনি লোংই। মদুদি - **শুক কীর্ত্তন** অমসুং **নারদ কীর্ত্তন**। শুক কীর্ত্তনগী মতুং ইন্নদি নুংথিন্দা রাস, অহিংদা গোষ্ঠ লীলা শক শোন্দুনা কীর্ত্তন তৌবা য়াই হায়। অদুগা নারদ কীর্ত্তনগী মতুং ইন্নদি নুংথিনদা রাস, অহিংদা গোষ্ঠ লীলা শকশোনবা য়াদে হায়। নাম কীর্ত্তন, লীলা কীর্ত্তন- কীর্ত্তনগী অংশ অনিনি। **(সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ)** : সংকীর্ত্তন বাহৈগী মমাংদা য়াওরিবা 'সম' না অপুনববু খগুনৈ। (**বৈষ্ণবিজম, কোন্তেমপোরেরি স্কোলার্স দিসকস দি গৌড়ীয় ত্রেদিসন** *ইদিতেদ বাই স্তেভেন জে.বোসেন লমাই* ২৩২)। অদুনা কীর্ত্তন্দা ময়াম পুন্না খোম্বাং থোক্লা ঈশৈ শক্লবদি মদু সংকীর্ত্তনগী মশক্তি। সংকীর্ত্তন হায়বসি বৈষ্ণবগী সাধনা মখল অমনি। নট সংকীর্ত্তন হায়বসিদা সংকীর্ত্তনগী মমাংদা 'নট' হায়বা বাহৈ অমা হাপচিল্লকই। "নট" অসিগী মরমদনি নৈনরক্কদৌরিবসি। ঈশৈ শক্লুনা জগোই শাদুনা অভিনয় তৌববু 'নট' হায়না খগুনৈ। অভিনয় অমসুং নাট্যগী মশক খগুলবা মহাক্লা রসগী ঈপাক্তা তাওরকই। থম্মোয়নুংদা ফাওরক্লিবা ভাবগী ঈথক ঈপোম অদুনা মপাম্বোংদা ঈশৈগী শকওংদা, মিথয়েং নায়েংদা লেংবা ওৎপদা, জগোইগী শাথেক লাকথেক্তা

মশক ওইনা উৎলকই। মসি 'নট'কী মশক্কি। মহাভারতও "নট নর্ত্তকাঃ" (নটগী জগোই শাবশিং) হায়বগী বাফম থেংনৈ হায়না টীকাকার নীলকণ্ঠনা হায়। নট সংকীর্ত্তনগী য়ুম্ফম অসি মীতৈগী লাই হরাউবা, পাক্ষনচিংবনা য়ুম্ফম ওইরগা ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্র, শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং পুরানশিং অমসুং জগোই ঈশৈগী শাস্ত্রশিংদগী লৌথোক্লুনা তোপ তোপ্পা শেম্লম্লবা নাট্য মখল অমনি হায়না "সংস্কৃতি শক্রোন" হায়বা লাইরিক অদুদা লৈখিদ্রবা ওঝা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা হায়। জগোই রাসও নট সংকীর্ত্তনগী মনুং চনবা শরুক অমনি, অতোপ্পা অমা নত্তে। অদুমনদি ওইরগা রাসকী তোপ তোপ্পা মশক অমা লৈজে। অনিমক রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোক্লম্বনি। শ্রীগোবিন্দগী "নটবর বেশ"গী ফীজোল শকওং লৌদুনা নট পালা থোনখিও হায়। শ্রীগৌরাঙ্গগী ত্রিকচ্ছ ফীজেৎকী শকওংদি - গুঞ্জা মতোন, খ্বাংয়েৎকী-ফীজিল অনি, ফেজোম নামৈগী ফীদোন অহুম অসিগী অপুনবা শকওংনো ওই। হকচাংগী দ্বাদশ তিলক, উরিক, নগুন, বনমালা, কোয়েৎ ফীজাংগী-পেক্রক অসিনি। শ্রীগোবিন্দগী মুকুটগী মহুত্তঃ ফীজাং য়েৎলিবা, চূড়াগী মহুত্তা পেক্রক হাপলিবা অসিনচিংবসিনি। অপুনবা ফীজোনগী শকওং অসি শ্রীগোবিন্দগী নটবব বেশগী মশক্কি। নামৈ লৈথোকপনা কামগী জয় তৌই। পেক্রুক্তি চূড়ামনিগী মশক্কি। (শ্রীকোঞ্জেংবম ধন সিংহগী 'মণিপুর সংকীর্ত্তন')। মণিপুরগী ঈশৈগী ওঝাশিংনা শক্লিবা কীর্ত্তনগী মওং অসি নটনি। মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন্দা পুঙ, করতাল, ঈশৈ, চোলোমনচিংবা য়াওই। নট সংকীর্ত্তন হায়বসি ঠাকুর নরোত্তমদাসগী লীলা কীর্ত্তন হায়বা বেঙ্গলদা খৃষ্টগী শতাব্দী তরাতরুকগী অদুবাইদা লৈরম্বা অদুগী মতৌ তম্না চথরকপা শকওংনি হায়। নট সংকীর্ত্তন্দা আলাপ, রাগ, তোঙান তোঙানবা তাল-তিনতাল, দুই তাল, রাজমেল, একতাল (তালচপ অমসুং মেনকুপ) অমসুং পুঙ চোলোমনচিংবা য়াওই। ঈশৈগী রাগ তারবদা ঈশৈ হনবনা গুরু বন্দনা তৌই। গুরু বন্দনা লোয়রগা গৌরচন্দ্রিকা শকই। নিত্য লীলাগী পরেং কায়দনা চথলি, ফেরা-গোষ্ঠ ফাওবা শকই। গৌর চন্দ্রিকাদা ভাবী হায়বদি নুমিৎ অদুগী সংকীর্ত্তন্দা শক্লগদৌরিবা নিত্য লীলাগী মওংগী মমি তাহল্লি। মমৈদা

মনশিক্ষা, নিতাইপদ হুয় গোবাইনা কীর্ত্তন লোয়শিল্লি। গৌরচন্দ্রিকানা হান্না সংকীর্ত্তনগী নিত্য লীলা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা লাক্লিবগী মরম অসি করিনো? বেঙ্গলগী বৈষ্ণব পদাবলীদশু গৌর চন্দ্রিকাগী মফম লৈ। পদাবলী কীর্ত্তনগী অহানবা শরুক্তা গৌরচন্দ্রিকা লৈ। গোর চন্দ্রিকাদা চৈতন্য অমসুং মহাক্কী লোয়নবা খোংলোয় সঙ্গ-পঙ্গশিংগী মতিক মগুন থারগা শকশোল্লি। অদুগা মথংদা রাধাকৃষ্ণ লীলা পরিং লাকই। গৌর চন্দ্রিকানা গৌরলীলা অমসুং কৃষ্ণলীলা অনিগী শমজিন্নবা লাংদাই ওইহল্লি। মমাংদা শকখিবা গৌর চন্দ্রিকাদা ভাবকগী পুক্লিং চিংশিলহন্দুনা থন্নগা মথংগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলা লাকপা মতমদা পুক্লিং মপুং ফানা লুপশিন্দুনা থম্বা ঙমহল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী হৌখিবা ব্রজলীলাগী মতমদা ফোংদোকপা ঙমখিদ্রিবা প্রেম হায়বা মশক অদু কলি যুগতা ফোংদোক্লরি, নদিয়া লীলাদা মপুং ফাহল্লরি। রাধানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ কায়নবা মতমদা ফাওখিবা বিরহগী মৈচাক অদুগী মহাও তংলুনবা, মহাভাবতা তাওরুনবা হায়দুনা কলি যুগতা "**রাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতম নৌমি কৃষ্ণ স্বরূপম**" ওইনা গৌরসুন্দরনা শচিগী গর্ভদা উদয় ওই। শকওংনা খায়না মৈশা লাংদুনা থম্মোয়নুংদা ওমচাক্লরবা (**বিপ্রলম্ভ**) নায়ককী নুংশিরবা শকওংনি। মহাক্কী মাধুর্য্য রসবু চুপকে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধিকাগী মাদন কৌবা মহাভাবপু মশাদা পুদুনা গৌর ওইখি। **সনা অহিংবো মানবা রাধাগী কুচুনা মপান্দা ঙাল্লে; নুংদনা শ্যাম বর্ন ওইরে।** শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ কায়নবদা চাকখিবা বিরহগী মৈচাক অদুগী লমন প্রভুনা কলি যুক্তা বিপ্রলম্ভ ভজন তৌরগা শিংগে লাক্লরি। অনিংবা অহুম (তিনবাঞ্ছা) পাংথোক্লরি। অনিংবা অহুম অদুদি —

(১) রাধাগী প্রেম অসি কয়ামুক খোয়থুম্নবগে, মদুগী-মহাও তংলুরগে।

(২) ইবুংঙো মশামক্কী অঙকপগী মশক ওইরবা খোয়থুম্নরবা রসপু শ্রীরাধা মশানক্লা চুপখিবা অদুগী মহাও ইবুংঙোনা অমুক তংলুরগে।

(৩) অতোপ্পা মরম অমনা ইবুংঙোগা লোয়ননা প্রেমলীলা শান্নখিবদা রাধানা ফংখিবা অশেংবা নুংঙাইবগী মহাও অদু শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা

রস মহাও তংলুরগে হায়দুনা শ্রীরাধাগী শকওং লৌরগা মপুং ফারবা থাজগী শকওংগুম্না গৌরহরি (শ্রীচৈতন্য) ওইনা ঙাম্লরি।

গৌরচন্দ্রিকাদা রাধাকৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী রস খিবিক তুংশিন্দুনা লৈ। থম্মোয়নুংদা রাধাগী অথুম্না তত্ত্বভাব অদু পোক্লবগীদমক নিত্য লীলা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা গৌরচন্দ্রিকা শকই।

সংকীর্ত্তনগী অরোইবদা নিতাইপদ লৌদুনা লোয়শিল্লি। নিতাইপদ হায়বসি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা চংজববু খঙনৈ। করিগীদমক নিত্যানন্দদা চংজগদৌরিবনো? শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদি সংসারগী মনুংদা লৈবা মীওইবা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণ তত্ত্বনি, স্বয়ংরূপ ভগবানগী স্বয়ং প্রকাশনি। গুরু পুন্নমক্কী হৌরকফম মরূ গুরু তত্ত্ব ওইবা অদু শ্রীনিত্যানন্দনি। গুরু হায়দুনা মীওইবগী রূপতা উবা ফংলিবসি শ্রীনিত্যানন্দগী শকওংনি। মীওইবনা পুন্সিদা ফংগে তাম্লিবসি কৃষ্ণপ্রেমনি। গুরুনা থৌজানবিদ্রবদি কৃষ্ণ প্রেম হায়বসি ফংবা ঙমদে। কৃষ্ণপ্রেম ভক্তিদি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুতনা পীনরি। রাধাকৃষ্ণনা প্রেম সম্বন্ধী লৈনগে হায়রবদি নিত্যাইদা চংজবা তাবনি। শ্রীমতি রাধিকা হায়বসি প্রেম গুরুনি। নিত্যানন্দ প্রভুদা চংজদ্রবদি ইবেম্মনা কৃষ্ণপ্রেম অসি কনাদশু পীবিদে। অদুনা পুন্সিদা ফংগে তাম্লিবা কৃষ্ণ প্রেম হায়বদু ফংনবগীদমক শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা চংজগনি। অদুনা শ্রীনরোত্তম দাসনা মহাক্কী প্রার্থনা-লালসা পরেং ১১ দা অশুম্না হায় — হেনো নিতাই বিনে ভাই, রাধা কৃষ্ণ পাইতে নাই।

শ্রীকৃষ্ণনা নৌরিঙৈ মতমদা শাম্নখিবা লীলাশিংগা মরি লৈনবা ঈশৈশিংনা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ ওইনা শক্লরি। শ্রীকৃষ্ণগী নৌরিঙৈ মতম হায়বসি কৌমার, পৌগন্ধ অমসুং কৈশোরগী মতমনি। হায়বিরা মতম অসি গৌড়িয় বৈষ্ণবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু য়াম্না নুংশিবা মতাংনি। গোপ বেশ থোক্লি, চুড়া ধোরানা লৈতেংই, কোক্তা ৱাহোং মতুনা লৈতেংই, খুত্তা বাঁশী পায়, লালিত ত্রিভঙ্গ রূপ ওই। অঙকপা ফংনা ফজবা নট-বর-বপু হায়না খঙনবা মতমনি। রূপ মাধুর্য্য, গুন মাধুর্য্য, লীলা মাধুর্য্য অমসুং বেনু মাধুর্য্য হায়বসি চেল্লি। গোপাল, গোবিন্দ, গোপীনাথ, মদন মোহন,

**গোপীজনবল্লভায়, মদন গোপাল হায়না কৌই।** যমুনা লানগ্রবদি যৌবনগী মতম ওইখ্রে, বীর রস চুপখ্রে, চুড়া ধোরা ছন্দোক্রমে বাঁশীগী মহুত্তা শঙ্খ, চক্র, গদানচিংবা পায়খ্রে। মাধুর্য্য মরি উবা ফংখিদ্রে। ঐশ্বর্যাগী শরুক্তা হেনবা রূপবু গৌড়িয় বৈষ্ণবশিংনা থোইনা নুংশিনা খল্লুদ্রে। অদুনা কৃষ্ণনা নৌরিঙৈগী মতাংদা কৃষ্ণ লীলাগী-ঈশৈ পুম্বা লোয়না থোক্লকই। শ্রীযুৎ গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা (শকাব্দ ১৭৫২) মৈতৈ লৈবাক্তা মান্নদবা মৈতৈ কীর্ত্তনদগী ওইবা ঈশৈ "কৃষ্ণরস সঙ্গীত" ইদুনা থম্বীরম্মী। শ্রীযুৎ দেবেন্দ্রনা মহারাজ ওইদ্রিঙৈ মমাংদা শ্রীযুক্ত খুম্বোংচন্দ্রনা "অষ্টকাল সেবা" ইদুনা থম্বিরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্তক্তা শ্রীলোইতাম ওঝা রসিকান্দনা "প্রেম ভক্তি গীত গ্রন্থ" অমসুং খৃঃ ১৭২২ দা "গীত গ্রন্থ" অষ্টকাল লালসা" ইদুনা থম্বিরম্মী হায়। মৈতৈ ঈশৈগী য়ুম্ফম ওইবা মচং ওইবা লাইরিকশিং খরগী মমিং পনবা তারবদি **গোবিন্দ লীলামৃত, উজ্জল নীলমনি, গৌরাঙ্গ অষ্টকাল, নরোত্তম দাসগী লালসা পরেং, নাম কেলি কৌমুদি, প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা, উজ্জলরস, প্রেম চমপু, প্রেম কল্পতরু, গীত্ত চন্দ্রদয়, রস সিন্ধু, রস কৌমুদি, রস মঞ্জরী, রস চন্দ্রিকা, আনন্দ বৃন্দাবন চমপু, বিদগ্ধ মাধব পদাবলী, পদ কল্পতরু, সঙ্গীত্ত সার সংগ্রহ, রাস উল্লাস তন্ত্র, সঙ্গীত মাধব, চৌষষ্ঠি রস, পদামৃত সমদ্র, নারদ পঞ্চরাত্র, অলঙ্কার কৌস্তুভ, গোবিন্দ রত্তি মঞ্জরী কিরন বৈষ্ণবামৃত সংহিতা, কৃষ্ণামৃত, প্রার্থনা মৃত তরঙ্গীনিনচিংবনি। (শ্রী এম তোমচা সিংহগী সংকীর্ত্তন বিচার-সংগ্রহদগী ফংবা মমিংশিংনি ঃ)।**

হরিনাম সংকীর্ত্তন্দা মহামন্ত্র –

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।**

হায়বসি য়াওদ্রবদি হরিনাম সংকীর্ত্তন কৌবা য়াদে হায়দুনা কন্নাওম্বনা হায়নবগু য়াওই। তশেংবদি সংকীর্ত্তন্দা হরি নাম য়াওই। রাধাকৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী মতাং মতাংদা হরিনাম মহামন্ত্রগী অংশ মচেৎ মচেৎ চংদুনা লৈ হায়। শ্রীজীব গোস্বামীনা হায় নাম অমমম্না কৃষ্ণ লীলাগী তোঙান

তোঙানবা মতাংগা মান্নবা অদু উথলি। শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী বিরহ অগ্নিনা মশা পুম্বশি চাকলক্লবা কালদা প্রেমগী মৈশা কোকনবগীদমক মহামন্ত্র অসি শোল্লি। চৈতন্য মহাপ্রভুশু রাধাগী শকওংদা মহামন্ত্র অসি শোল্লি অদুগা অধিরূঢ় মহাভাবগী থাক য়ৌরকই। রাধানা হরিনাম মহামন্ত্র শোল্লুরিবগী মরমদি নাম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিং য়াওরিবা অদু নিংশিংলক্লগা খায়না মৈশা কোক্লবনি। হায়রিবা বাফম অসি চৈতন্য মহাপ্রভুগা শেংন থানবা লৈতনা লোয়নরম্বা শ্রীরঘুনাথ দাসনা মহাক্কী **"মন শিক্ষা"** হায়বদুদা ইদুনা থনম্মী। (**চৈতন্যস তিচিংস্ বাই সিদ্ধান্ত সরস্বতি**- লমায় ২৩১)। হরিনাম সংকীর্ত্তন্না কীর্ত্তন পুন্নমক্তগী ইহেল হেল্লি। মরমদি হরি নামনা ভক্তদা প্রেম খুদক্তা পোকহল্লি। নাম সংকীর্ত্তন্দা সম্ভোক, বিপ্রলম্ভগী ভাব খুদিংমক শুনা য়াওরি। কৃষ্ণগী নামদা মরু ওইবা রস মঙা- **শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য** অমসুং **মধুর রসশিং** য়াওরি। মরমদি- শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কী নামগা মান্নে। কৃষ্ণনা রস পুন্নমক্কী হৌরকফম রস রাজ ওইবনা নাম রস পুন্নমক শুনা য়াওরি। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুন লীলানচিংবনা জীবগী মঙ্গলগী মশক্নি। শ্রীকৃষ্ণ নাম অমদি মহাক্কী রূপ, গুন, লীলানচিংবা ভাবদা রসং অদু খ্বাযদগী আথোইবনি। মপাল নাইদ্রবা নুংঙাইবা ফংহল্লি। ভাব সমাধি ফংহল্লি, কৃষ্ণ প্রেম পোকহল্লি। পুরুষার্থ মনি হায়বদি **ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ** ফংহল্লি। মথুবাদা লৈরুবা সাধু সঙ্গ তৌবা, শ্রীমূর্ত্তি সেবা তৌবা, শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা ভক্তিগী কয়াংখশিং অসি তৌবা ঙাক্তনা মপুং ফাদে শ্রীহরিনাম কীর্ত্তননু য়াওদ্রবদি। অশেংবা বৈষ্ণবশিংগী উপদেশ মখানা মপুংফানা চৎত্রিবা, মপান্থোংদা উরিক, নগুন শিরিবা, চন্দন চরা থিল্লিবা, নাম খরা শক শোল্লগা অদু সংকীর্ত্তন নত্তে। বেদ শাস্ত্রশিংনা তাকপা মতুংইন্না চৎলিবা অশেংবা ভক্তশিংগা লোয়নরগা সংকীর্ত্তন তৌরবদি মদু হরি সংকীর্ত্তন কৌই। **পূক চৎপা, লাই থোকপা, লাইনা তীন্না কোকনবগী, ইশাগী কান্নবা, মিংচৎ ফংনবগীদক শকপা কীর্ত্তন্দি মায়া কীর্ত্তন ওই।** (**চৈতন্যস তিচিংস বাই, সিদ্ধান্ত সরস্বতি**-লমায় ২৩৪)। হরিনাম সংকীর্ত্তন কলি জীবশিংগী লানবিনবগী অমত্তা ঙাইরবা উপায়নি। হরিনাম সংকীর্ত্তন **মহাযজ্ঞনি, মহামন্ত্রনি, মহাতন্ত্রনি।**

মণিপুর সংকীর্ত্তন বিচার য়াম্না কুপ্পী। ইলায় লায়না খনবা য়াদে। সংকীর্ত্তনগী মুর্ত্তিদি রাধা কৃষ্ণ অনিগী প্রেম মিলনগী মশক্লি। বার্ত্তন তৌরিবা মুখুনা শ্রীরাধানি, বার্ত্তন ফংদুনা লাক্লিবা ভাবক পুন্নমক্লা শ্রীকৃষ্ণনি। খোংহামফমদা অনিমক উন্নরে অদুগা চংমিন্নরক্লে। সংকীর্ত্তন তৌরিবা মফম বৃন্দাবন ওইরে। নবদ্বীপ ওইনশু লৌই। মাগুপ মন্দির অসি মখোং নিপাল শুরবা ময়াইগী যাত্রা অদু থারগা মাপল ওইরবদি গুপ্ত বৃন্দাবন নবদ্বীপনি। নবদ্বীপ হায়রিবসি দ্বীপ মাপলনা পুনশিল্লগা ওই। দ্বীপ অমমমনা মাগুপ মখোং অমমমগী মশক্লি। দ্বীপ মাপল অসি ভক্তি মাপলগী মশক্লি হায়না লৌই। অদুনা নবদ্বীপ ভক্তি মাপন্না লৈতেংই। দ্বীপ মাপল অদুদি –

(১) সিমন্তদ্বীপ (শ্রবন) (২) গোদ্রুমদ্বীপ (কীর্ত্তন)
(৩) মধ্যদ্বীপ ( স্মরণ) (৪) কোলদ্বীপ (পদ সেবনম)
(৫) রিতুদ্বীপ ( অর্চ্চনা) (৬) জহ্নুদ্বীপ (বন্দনা)
(৭) মোদদ্রুমদ্বীপ (দাস্য) (৮) রুদ্রদ্বীপ (সখ্য)
(৯) অন্তবদ্বীপ (আত্মা নিবেদন)।

মখোং তবানিথোই শুরবদি বৃন্দাবন্নি। বৃন্দাবনগী মনুংদা লৈরিবা দ্বাদশ বনবু খঙনৈ। বন তরানিথোই অদুদি –

(১) বৃহ্যবন (বনশিংগী মনুংদগী খ্বায়দগী হেন্না চাউবা)
(২) মধুবন (মধুদৈত্যগী মমিং লৌরগা থোনবা)
(৩) তালবন (তাল-থাংতুপ পাম্বী মবাং কায়না হৌবা)
(৪) কাম্যবন (শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা প্রেমলীলা শান্নে)
(৫) বহুলাবন (মফম অসিদা বহুল দেবী কৌবী শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিজরবী অমা লৈ)
(৬) কুমুদবন (থরো মবাং কায়না হৌবা বন)
(৭) খাদিববন (খাদিব (Catchu) পাম্বী মবাং কায়না হৌবা মফম)
(৮) ভদ্রবন (ভদ্র পাম্বী মবাং কায়না হৌবা মফম)
(৯) ভান্দিববন (ভান্দির পাম্বীশিং হৌবা মফম)

(১০) শ্রীবন (শ্রীলক্ষ্মী দেবীনা লৈবা মফম)
(১১) লোহবন (মফম অসিদা হিংচাবা লোহন্না অকনবা তপস্যা তৌরগা মুক্তি ফংখি)
(১২) বৃন্দাবন (পৌর্নমাসি নৎত্রগাযোগ মায়াগী য়াথং মতুং ইন্না শ্রীরাধা কৃষ্ণগী যুগোল লীলাগীদমক বৃন্দাদেবীনা শেমলবা মফম)

মখোং ১২ না ললিতা বিশাখানচিংবা মঞ্জরী ১২ নিশু হায়। ছয় গোষাইনচিংবা ভক্ত ১২ নিশু হায়। মাগুপনা নিভৃত নিকুঞ্জ ওইরে। মফম অদুমগী মনুংদা কল্পবৃক্ষ হৌবা মফমদু বৃন্দাবন্নে। নিকুঞ্জগী মনুংদা রত্ন মন্দির লৈ। অমুকসু অষ্ট সখী নিপালনা য়ুম্বী মখোং নিপালগী শকওং লৌদুনা লৈ। রত্ন মন্দিরগী অবাং থংবা য়ুম্বীনা ললিতা সখীনি। চীংখৈ থংবনা বিশাখানি। নোংপোক থংবনা চিত্রানি। মৈরম থংবনা চম্পক লতানি। মখা থংবনা তুঙ্গবিদ্যানি। মোইরাং লাইজী থংবনা ইন্দুরেখানি। নোংচুপ থংবনা রঙ্গ দেবীনি। কৌব্রু থংবনা সুদেবীনি। ময়াই থংবদি কল্পবৃক্ষনি। (হরি সংকীর্ত্তন চিন্তামনিগী মোৎ মতুং ইন্না)।

হরি সংকীর্ত্তন বিচারগী মতুংইন্না মনি মন্দিরগী মায়কৈ নিপালদা মঞ্জরী নিপাল লৈ। মখোয়শিং অদুদি ঃ- শ্রীরূপ মঞ্জরী, লবঙ্গ মঞ্জরী, অনঙ্গ মঞ্জরী, রতি মঞ্জরী, বিলাস মঞ্জরি, রস মঞ্জরী, প্রেম মঞ্জরী, অমসুং কাম মঞ্জরী। লক্ষ্মীনা ভণ্ডারীনি। পৌর্নিমাসীনা অরাংফমনি। শ্রীমতি রাধিকাবু বৃন্দাবন্নি অমুকশু হায়রি। মঞ্জরী তরুক্তা রাধাকৃষ্ণ অনিবু মনি মন্দিরগী মনুংদা সেবা চংদুনা লৈরি। চৌষষ্টি মহন্তনা পালাগী পরেং ওইবা লেপ্পগী ভাবশু চেল্লি। চৌষষ্টি মহন্ত অসি শখী হুম্ফুমরিগী মশকনি। সখীশিং অসিনা রাধাগী হকচাংগী মশক্তি। মহাভাব স্বরূপীনি ওইবী রাধাগী মিত্তগী ললিতা পোকখি, মঞ্জরীনা রূপ মঞ্জরীনি। নাকোংদগী বিশাখা সখী পোকখি; মঞ্জরীনা রতী মঞ্জরীনি। নাতোন্দগী চম্পকলতা পোকখি, মঞ্জরীনা অনঙ্গ মঞ্জরীনি। থবাক্তগী সুদেবী ওইখি, মঞ্জরীনা গুন মঞ্জরীনি। পামবোমদগী ইন্দুরেখা সখী ওইখি, মঞ্জরীনা লীলা মঞ্জরীনি। ফৈগন্দগী রঙ্গ দেবী

পোকখি, মঞ্জরীনা লবঙ্গনি। (গোপী মোহন দাসনা লেংবা তত্ত্বপ্রকাশ অমসুং দেবী ভাগবত)। সখী নিপাল খুদিংনা অমুক মশাদগী গোপী ৮/৮ থক পুথোকখি। অদুনা ওম্নমক্লা সখী ৮ না গোপী ৬৪ পুথোকখি। হায়রিবা গোপী ৬৪ অসি ঈশৈ শকপা ওঝাশিংনা নিতি লীলা শকপদা তত্ত্বনা শক্তিবশিং অদু বৈষ্ণবশিংনা শ্রবন তৌরি।

চৌষষ্টি গোপী সঙ্গে রাসলীলা, গোপী সঙ্গে রঙ্গে প্রেম সেবা।

চৌষষ্টি মহন্তগী মমিংশিংদি শ্রীগৌরাঙ্গ গুনদেশ দীপিকাদা উবা ফংবিগনি।

করতালদি শ্রীমতি রাধিকাগী থবাক্কী কুচ অনিনি। করতাল অনিগী মরক্তা হরি রাধিকা দুই ভুয়ি কৃষ্ণ হায়বা খোঞ্জেল থোক্লকই। করতালগী মচুনা সনা মচুনি। মরিনা শ্রীমতি রাধিকাগী বেনীগী মশক্কি। পুঙ য়ৈবা মকোক্তি শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনি, তুংইনবনা ভক্ত গোবিন্দনি। হেক য়ৈবদা পুঙ অদু রাধা কৃষ্ণনি। খোঞ্জেলশু রাধা কৃষ্ণ হায়না তাগনি। শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী উৎকন্ঠদগী প্রেম পোকই। প্রেম পোক্লবা নয়ন অনিদগী পুঙ শেমই। নয়ন অনিদগী শিন্থরকপা প্রেম ধারানা খুউ মথক্তা তাই। পুঙগী রূপ্তি শ্রীকৃষ্ণগী রূপনি, পুঙগী মচুনা শ্যাম বর্ননি। পুঙগী রূপনা নায়িকাগী রূপনি। পুঙগী মমাই অনি শ্রীকৃষ্ণগী নয়নগা পাংখক্কি। পুঙগী মনা অনি শ্রীকৃষ্ণগী নাকোং অনিগী পাংখক্কি। পুঙগী মরীগী (পুঙলী) রূপ্না নবগুনগী মশক্কি। পুঙগী মনাওদা (য়েৎথংবা মমাইদা) পার্ব্বতি লৈ। মরূদা (ওইথংবা মমাইদা) শিব লৈ। পুঙগী খোম্থোক্লা "ওঁ", করতালগী "ক্লীং", মোইবুংগী "হ্রীং" (হরিনাম মহা মন্ত্র) নি। খোংহামফম থারিবা, রাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড অনিনি। পুন্নমক অসিনা তাক্লিবদি সংকীর্ত্তন হায়বসি রাধা কৃষ্ণগী মিলনগী মশক্কি হায়না খঙনৈ। বার্ত্তনশু মী অনিনা চৎকনি। করিগুম্বা হংলক্লবশু শ্রীমতি ইবেম্মগী হস্তগী সন্দেশনি হায়না খুন্নমগনি। খোংফম কয়া শ্বর কয়াদা লাকপগে হায়না হংলক্লবদি ভক্তিগী মতুং ইন্না সম্ভোগকি লাকলিবনি হায়না খুন্নমগনি। কুঞ্জা করম্বগী ফুলচন্দননো? ফুলচন্দন মশক খঙনা তাক্লমগনি। কুঞ্জ অদুদি সখী অদুনি হায়না বার্ত্তন ফংলিবা ভাবুক অদুনা খুন্নক্কনি ঐগী য়ুমদি নন্দগ্রামদনি। অসি হায়না বার্ত্তন লৌগনি।

ঐখোয়গী সংকীর্ত্তন অসি গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী সংকীর্ত্তনগী মশক অদুনি হায়না লৌনৈ। শ্রীচৈতন্য, নিত্যানন্দ, অদ্বৈত, শ্রীবাস মকুণ্ড মঙা অসি তিল্লগা সংকীর্ত্তন কৌই। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গদগী পঞ্চতত্ত্ব চিংথোক্লে। পঞ্চতত্ত্ব হায়রিবসি মন, বুদ্ধি, চিত্ত, ইন্দ্রি, প্রানবুনি। শ্রীবাসনা প্রভুগী 'মন'গী মশক ওইরগা ঈশৈ হল্লে। অদ্বৈতনা বুদ্ধি ওইরগা পুঙ য়েরে। প্রভুগী 'চিত্ত' না গোবিন্দ ভক্ত ওইনা তুংইল্লে। প্রভুগী ইন্দ্রিনা মুরারী ওইনা দুহার ওইরে। নিত্যানন্দনা দুহার ওইশু হায়নৈ। প্রভুগী 'প্রাননা' মুকুণ্ড ওইরে, খোলপাংবো ওইরে। অসুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী শ্রীমুখমক্লা রাগ আলাপ হৌরক্লে। পঞ্চধ্বনি লাওরক্লে। মাগুপ মপুনা মাধবেন্দ্রপুরীনা ওইরে। নিত্যানন্দনা ওইশু হায়নৈ। শ্রীকৃষ্ণনিশু হায়নৈ, শ্রীঈশ্বর পুরীনিশু অমুক হায়। খোংহামফম পুরিবা মীশক্লা ভক্ত কালিদাসনি। লোকনাথ-স্বামীনা ওইশু হায়। গোপেশ্বর মহাদেবনা ওইশু হায়নৈ। খোংহামফমগী লফু মতুপ্না মৃতুদেহনি। থবাইনা মখাদা কুন্দুনা লৈ। ঈশিংনা মানসি সরোবরগী জলনি। চরন শেংবনা শ্রীমতি রাধিকানি। তৈথোক্লিবা ফীনা রাধিকাগী শম্লাংনি। খোংহামফম্না য়ুম্নুনি, লাক্লিবনা বৈষ্ণবনি। বার্ত্তন ফংদুনা ইহান হাম্না থুংলবা ভাবক্তি শ্রীকৃষ্ণনে। শ্রীকৃষ্ণনা থবাইগা লোয়ননা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎখ্রে। কীর্ত্তন লোইশিল্লমদাইদা শ্রীনিবাসনা মাগুপ মপুদা শিম্নরে। মাগুপ মপুনা হরি হরি শোন্দুনা জয় ধ্বনি লাওদুনা বৈকুণ্ঠ ধাম ফাওবা থিঙ্গথ্পিরে।

মাগুপগী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা কল্পবৃক্ষ ওইনা লৈ। মখা মায়গৈদা ফল্লিবা ভাবুক মকোক্লা নিত্যানন্দ প্রভুনি। নোংচুপ্তা ফম্বা ভাবক মকোক্লা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরিনি। অবাংদা ফম্বনা শ্রীনারদ ঋষিগী অবতার শ্রীবাস শিরমনিনি। নোংপোক্কী ভাবুক মকোক্লা শ্রীহনুমানগী অবতার শ্রীমুকুণ্ড দত্তনি। ভাবক মশক খণ্ডনা খুরুমগনি। শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি লিংখৎকনি। (সংকীর্ত্তন মহ্যতম-শ্রীরঘুনাথ দাস)।

নুমিৎ তরেৎথনিগী রাগ মশক খণ্ডনা ঈশৈগী রাগ রাগিনী হৌগনি। পুঙগীশু পুঙগী সঞ্চার তৌগনি।

(ক) নোংমাইজিং নুমিৎকী রাগ মচু ফুলচন্দন নীম মচু মানবনি। কীর্ত্তন থোৎলি।

(খ) নিংথৌকাবা নুমিৎকী রাগ মচুনা ফুলচন্দন শংবান্নবা মচুনি। ঈশৈ থোৎনা নুংঙাই।

(গ) লৈপাকপোকপা নুমিৎকী রাগ মচু নাপু মচুনি। ঈশৈ নুংঙাইগে তৌরম্বদগী মমৈদা নুংঙাইগন্দে।

(ঘ) য়ুমশকৈশা নুমিৎকী রাগ মচুনা অঙৌবনি। ঈশৈ ময়াই ওইনা নুংঙাই।

(ঙ) শগোলশেন নুমিৎকী রাগ মচুনা কোরি মচুনি। ঈশৈ থোৎনা মেংনা নুংঙাই।

(চ) ঈরাই নুমিৎকী রাগ মচুনা লৈহাও লৈরেন মচুনি। ঈশৈ কয়া, নুংঙাইগন্দে।

(ছ) থাংজ নুমিৎকী রাগ মচুনা অমুবা মচুনি। মাগুপ মপু অখংবনা পূজা তৌগনি অদুগা নুংঙাইগনি।

অষ্ট সখী, অষ্ট কুণ্ড, সখী নিপাল, কুণ্ড নিপাল অসি অনুমত আশ্রয় মশক খঙনা নুমিৎ নুমিৎ অদুগী সখী সেবা মশক খঙনা লৈচন্দন চৎকনি।

লৈ চন্দন তৌবদি শ্রীরতি সখীনি। লৈচন্দন তৌবদা "হরে হরে" হায়না শোনগনি অদুগা লৌবদগু "হরে হরে" শোল্লগা লৌগনি। খুৎনিংথৌনা চন্দন শোক্কনি। লৈনা চন্দনদা লুপ্পা য়াদে মাংই। চন্দন লৌবদা খুৎ ওইনা পাত্র মখাদা শোক্লুনা ঙাক্কনি। খুবী, খুৎয়াই, খুৎনিংথৌ অসুন্না চন্দন-শোক্লরবা লৈ অদু ভগবান্দ কৎকনি। লাইৎবক শোক্কনি, নাদ থেৎকনি।

রাগ তান্দ্রিঙৈদা কনাগুম্বা নৌনা লাকপা ভাবক অমতনা মাগুপ মনুং চৎবা য়াদে। রাগ তারবগু মাগুপ মপুনা হেক চৎল্লিবমখৈদি কনামত্তনা চৎদুনা সংকীর্ত্তন খুরুম্বা য়াদে। লৈ চন্দন ফংদনা চংলকপা ওইরবদি মাগুপ মপু ভাবকতমক খুরুমগনি অদুগা ফমফমদা লাইৎবক কৎলগা ফমগনি। সংকীর্ত্তন লোইদ্রিফাওবা লৈ-চন্দনগা কোম্নরকপা পান্না ক্কা চাহৈদে। ঈশৈ হনবনা চাক্লরবদি ঈশৈ নুমিৎ অদুগী নুংঙাইহররোই। ঈশৈহনবা অমসুং

পুণ্ড য়েৎবনচিংবনা মখোয়দা থারকপা কীরোল, পানা-হৈনা শ্রীগৌরাঙ্গগী আসন থারিবা মকম অমদি কল্প তরু মখোংদা থম্বা য়াদে। অহানবা বরিবা কী লেংবান্দগী লৌথোক্নুনা থমকদে। করিগুম্বা ভাবক্কা মশামক্কী ইনকী, কোয়েৎ লৌথোক্নুনা থাদোক্রবদি গুমজবা কী, পানা লৈজরগনা দক্ষিনাগা কোম্না সংকীর্ত্তন লোইববদা থারকইবা কী অদু হুম্নমগদবনি। হুম্নমদবা থোক্রবদি মচা থারা পান্দে। সংকীর্ত্তনদা চংদুনা পুণ্ডয়েবা, ঈশৈ হনবা, দুহার খুরুম্বদা যাত্রা মখোং মপা য়ৌফদে, শোকফদে। অহানবা বরিবদগু য়ৌফদে। ঈশৈ হনবনা অহানবা লেপ্পদগু য়ৌফদে। (হরি সংকীর্ত্তন বিচার শ্রীযুৎ কর্ত্তা মহারাজ সনা হাক্তকগী শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক ফাওবদা চংনেখিবা - শ্রীএম. তোমচাগী সঙ্কীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ)।

সংকীর্ত্তনগী অফ ফত্তা পূন্নমক্কী দায়ী মাগুপ মপুগীনি। রাগ হৌবদা অমদি সংকীর্ত্তন লোইদ্রিঙৈদা অকায়বা থোক্রবদি বসন্ত নৎত্রগা গুঞ্জরী রাগ মচা হৌদুনা সংকীর্ত্তন লোয়দ্রিঙৈদা তৌফম থোকপা প্রতিকার পূম্বা মাগুপ মপুনা তাকপা ব্যবস্থা মতুং ইন্না তৌগদবনি। মরম চাদনা অমদি নুংঙাইতবা মওংদা শিখি নাখিবা থোক্রবগু অমুক তেকশিন হঞ্জিন্দনবা মাগুব মপুনা হায়বা মতুংইন্না সংকীর্ত্তন লোয়দ্রিঙৈদা পাংথোকহৌগদবনি। মতিকচাবা, গুন খিবিক্কা লৈতেংলবা সংকীর্ত্তনগী রহস্য-নচিংবা খংলবা পণ্ডিত ওইবা, থম্মোয় শেংলবা, ইন্দ্রি খুদুম চনশিনবা ভম্বা মীবু মাগুপ মপু ওইহনগনি। (শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহগী সনা হাক্তক্কা হাপচিল্লম্বা, শেমদোক শেমজিন তৌরম্বা শরুক সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ)।

নট সংকীর্ত্তন বিচারগী মরমদা মথক্তা খরা নৈনজখ্রে। হৌজিক গুরু-শিষ্য পরম্পরাদা অমুক লাকচরগে —

**গুরু-শিষ্য পরম্পরা ঃ**

গুরু-শিষ্য পরম্পরা হায়বদি গুরুনা শিষ্যদা তম্বীরম্বা অদু শিষ্যগী খুৎথাংদগী অতোপ্পা শিষ্য কয়াগী মফমদা মথং মথং অরেপ্পা লৈতবা ঈচেলগী মতৌগুম্না য়ৌহনখিববু খণ্ডনৈ। শিষ্য হায়রিবসি গুরুগী মিৎয়েং মখাদা লৈরগা গুরুগী উপদেশ ফংলিবা মহাক অদুনি। মমাংঙৈগী মতমদা

ছাপা তৌবগী থৌরাং লৈরমদবা, খুৎনা ইবা মীগী মশিংগু য়াম্নমদবনা শ্রুতিগী মওংদা চিনফা পুদুনা লৈরম্বা ওঝাশিংগী মুখদগী থোক্লকপা অদু শিষ্যশিংনা মখুৎনা ইখোকলম্মী নৎত্রগা অইবা ওইনা লৈরিবা কোর্ব্বেক্তা যাওরিবা অদু খুৎথাং মথং মথং মশিং লাকগুমদনা শিন্দোক্লরকই। থায়নাদগী পরমপরা চৎনবী ওইরকপনা লাইরিক লাইগু পুয়ানচিংবগু নিংথৌগী সম্পতিগী মনুং চন্না লৈখিবনা অইবা কনাগী মমিং লাইরিকশিং অদুদা থানরমদে। অদুনা ওঝাশিংগী মরম পরম্পরাগী ওইবা খণ্ডবদা য়াম্না ৱানা থোক্লম্মী। গুরু পরম্পরা হায়বসি খণ্ডবদা অবাইবা ওইদে। ঈপা ঈপুনা অহল লম্মনশিংনা থম্বিরম্লিবা অসিবু পরম্পরা হায়না হেক্তা লৌনবি। অদুবু থম্বিরম্লিবা অসিগী অশেংবা মশক করিনো হায়বসিদি য়াম্নমক অরুবা অমা ওইবি। গুরুশিংনা থম্বিরম্লিবা কোর্ব্বেক অদুতনা পরম্পারা ওইনা লৌনা য়াদ্রি। অতোপ্পা মফম কয়াদগী সংস্কৃতিগী ঈচেল কয়ামা লাক্তুনা তিল্লবিবা অদুগু য়েংশিনবিবা তাবনি। মসি থিজিন খোংচিনবা, নৈনবদা অরাইবা অমা ওইদ্রি। ঐনা নৈনজখিন্না নট সংকীর্ত্তনগা মরি লৈনবা লাইবিকশিং (শ্রীকোঞ্জেংবম ওঝা ধন সিংহগী মনিপুর সংকীর্ত্তন, কুমারী রঞ্জনা দেবীগী নট সংকীর্ত্তন শ্রী এম তোমচা সিংহগী সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ অমসুং অতৈ অতোপ্পা লাইবিকশিং)দগী ফংজরকপা খরা অদু সভাগী মফমদা থৌগল তৌজবতনি। নট সংকীর্ত্তনগী কুপশিনবা অর্থদা নট কীর্ত্তন কদায়বু কৌবগে হায়বা তাববদি চুম্নগী চোলোম তৌবতবু খঙনদে। মচিন্দা ঈশৈ শক্লিবা, মশানা চোলোম তৌরিবা অমসুং মখুত্তা করতাল পায়দুনা খিংলিবা, পুঙলোনগী তালদা নেত্তুনা কীজেংলাকচেংতগী হৌদুনা হকচাংগী মপাল অমসুং নুংগী ফোংদোকপা মওংগী রস পোকহল্লিবা অদুবু নট সংকীর্ত্তন হায়না খঙনগনি হায়না মমাংদগু পঞ্জখ্রে। সংস্কৃত ৱাহৈ "সঙ্গীত" হায়বসিদা শক্লোল অহুম য়াওরি। মাদুদি - নৃত্য (জগোই), গীত (ঈশৈ) অমসুং বাদ্য (তাল পুরিবা যন্ত্র) অহুম অসি থাদোক্লবা য়াদনা চৎথমন্নরি। হায়রিবা অহুম অসিগী হৌরকফম্না মণিপুর নট সংকীর্ত্তনগী পরম্পরা ওইবা অদু খিবা তাবনি।

মণিপুর সংস্কৃতিগী মনুংদা য়াম্না মশক নাইবা অমা ওইরিবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন হায়বা অসি গুরু পরম্পরাগী ওইবা পোৎশক্নি। খুদক্তা হেক্তা ওইরকপা নত্তে। লাই ওইরবা, সিদ্ধ পুরুষ ওইবা গুরু কয়াগী অবাদান্দগী ওইরকপনি। অরেপ্পা লৈতনা চেষ্টরকপা ঈশিংগী ঈচেলগুম নট সংকীর্ত্তন্না কলা, সংস্কৃতিগী লৈহাওগা চুনরবা মণিপুর হায়বা লমদম অসিদা অচৌবা ঈচেল অমগুম কন্না চেষ্টরক্নি। মণিপুরগী সংকীর্ত্তন্দা মমাংঙৈ মতমদগী হৌনা অরেপ্পা লৈতনা অপীক অপীকপা সংস্কৃতিগী ঈচেল মচা কয়া লাক্তুনা তিল্লরি। নট সংকীর্ত্তন্দা হাপ্লরি অনৌবা ঈনোৎ অমা। গুরু অমা থুপখ্রে, গুরু অমা হেক্তা ফাওরকই। নট সংকীর্ত্তনগী মশাদা মখল মথেল কয়াগী মচু মখোয়না থোকহল্লকই। ঙসি ওইরিবা নট সংকীর্ত্তনগী মশক অসি গৌরভক্ত ওঝা দীনরসানন্দগী অবদাননি হায়বা য়াই। গৌর নিতাই অনিনা নোংমা পাখং মচা অনিগী মশক লৌরগা রসানন্দগী মনাক্তা থুংলম্মী। অদুগা রসানন্দনা শক্রিবা কীর্ত্তন অদুগী মথক্তা অহিং নুংথিলগী বৃন্দাবনগী লীলা পবেং মতেক-মতেক মখোয় অনিনা শিন্না-শিন্না শক্লুনা তাহনখি। মথংদা শ্যামকোড়া কৌবা রাগ অমা ওঝাদা তম্বীখি। শ্রীযুক্ত আখাম ওঝা রসানন্দনা রাগ ১১২০ লোম হেন্না থম্বীরম্মী। পুঙগী রাগশু ১২০ লোমদগী হেন্না ওঝাশিংনা থম্বীরম্মী হায়। দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণ রাসদা লৈমালীশিং তরাতরুক চামনিপাল ওইরম্মী। অদুগা রাগগী মশিংশু লীশিং তরাতরুক চাম নিপালগী রাগ রাগিনী হায়দুনা শাস্ত্রনা ইদুনা থম্বীরম্মী। ঙাঙবা মালা (ইবাবন্ত) হায়বা ওঝাসি রাগ খঙবা ঈশৈ হৈবা ওঝানি সিদ্ধ পুরুষনি। মহাক্না পীরম্বা ঈশৈ কয়া তাল কয়া ঙসি সংকীর্ত্তন্দা ওঝা মালাগী ঈশৈ হায়না অদুম শক্লরি। রাসকী মমৈদা শক্লবা ওইনা ওঝানা ঈশৈ অমা লেংলম্মী। মাদুদি—

জয়তীত যমুনা দিনকর কন্যা।
জয়তি জয়তি বৃন্দাবন বিপিনে।
রাধা গোবিন্দ পদার বিন্দং ভজন্তু মনরে।

(রস হুম্ফুমরি-শ্রী সুরচান্দ শর্ম্মগী অনুবাদ)। ওঝা শিনাইবা ইন্দ্রনা

অনৌবা মেল কয়া পুথোকখি। পুঙগী ওঝা কয়ামশু শেমখি হায়। সংকীর্ত্তন নোংমো নোংমগী মপুং ফাবা নিংথিবা হেনগৎলকখি। মহারাজ গম্ভীর সিংহ সনা হাক্তগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি ফাওবগী মতমগী মনুংদা সংকীর্ত্তনগী মপুং ফাবা মশক উবা ফংখি। পুঙ, ঈশৈগী লমদা ওঝা কয়া কয়া ফাওখি। পুঙগী-পরেংদা গৌর ধুমেল, নিতাই ধুমেল, দেবী ধুমেল পোকখি। মেল ৬৪ গী মথক্তা মেল ১২ অমশু হাপখি হায়। ওঝাশিংগী মিংগা লোইননা সিনাম ওঝাগী রাজমেল, সনখ্যা য়াইস্কুল লাকপগী রাজমেল, লৌরেম্বম ওঝাগী রাজমেল হায়না রাজমেল ২৩/৩০ রোম লৈ হায়। ঈশৈগী রস ৬৪গী পরেং মতম অসিমক্কী ওঝাশিংনা শেমদুনা পুথোকখি। নিংথেমপিশক মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা রস ৬৪ গী পালা মেল ৬৪ য়ৈদুনা গোবিন্দদা কৎখি হায়। সংকীর্ত্তনগী ফীজোল মওংনা নরসিংহ মহারাজগী মতমদা হৌদোকখি। অদুগা চোলোম্না মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা শেমগৎখি। পালা চোলোম দুহারগীনা শ্রীযুক্ত ওঝা শোরোকখাইবম শেংগুম্বনা পুথোকই। ওঝা শেংগুম্বনা চোলোমগী পরেং, পুঙ করতালগা কোন্নবা উৎখি। চোলোম অসিগী মতুংইন্না অবৈরী চোলোম মওং অমা ওঝা হাওরোকচম শামুনা পুথোকখি। দুহারগী চোলোমদা মপুং ফানা ওঝা খোংজাই (বামন)না পুথোকখি। পুঙ ঈশৈগী চাওখৎপগী মপান নাইখিদে। মতম অসিদা দুহার হায়বসি মশক খঙলকই। হৌজিক্কী মতমগীনা লৈখিদ্রবা ওঝা থাংজম চাউবা অমসুং ওঝা মাইবম ইবুংঙোহলনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা কোয়েৎ অচৌবা য়েৎপা হৌখি হায়। ফী চেৎনবা নামৈ লৈনা পানবা, খাংচেৎ চেৎনা ফাবা, করতালগী মরি শাংবা পুন্নমকসি মহারাজ নরসিংহনা হৌদোকলম্বনিশু হায়। ওঝা প্রেমানন্দ, ওঝা চেশবা নিতাইনচিংবা কয়ানা তান্নদুনা মহাধুমেল পুথোকখি। নিতাই ধুমেলনা ওঝা ঙাঙবা ইরাবন্ত অমসুং ওঝা অখাম রঘুনচিংবনা শেমখি। গৌরধুমেলনা য়ুম্নাম যদুনাথনা মহারাজ নরসিংহগী মতমদা পুথোকখি। ওঝা অসিনা দেবী পুজাদা কৎপা দেবী (লাইরেম্বী) ধুমেল পুথোকখি। অশুম্না সংকীর্ত্তনগী ঈচেল অতৎপা লৈতনা চেম্বরকপা হৌরকখি।

নট সংকীর্ত্তনগী লময়ানবা গুরুশিংগী মমিং পল্লবদা প্রেমানন্দ, স্বরূপানন্দ, লাংলেনহনবা, ধনীরাম, কিতনা রূপা, কিতনা রাধা, ঠাকুর শ্যামা, তেনগুবা, শৌগাইজম ভীমমোনচিংবনি। গুরু মাপল অসি লেংগানি হায়। ওঝা প্রেমানন্দ হায়বসি শ্রীগোবিন্দ অমসুং মহারাজগী সনা য়াথং হঙ্গবা অহানবা থৌগন ফংবদগী ওঝাশিং পুনমক্কী মকোত্তা হাপখি। গুরুশিং অসিনা মহারাজ গরীবনিবাজ সনা হাক্তক্তা রামচন্দ্র থৌগনপালা, পালাকীর্ত্তন, বঙ্গদেশ লিংখৎখি। বঙ্গ কীর্ত্তনগী মশক অসি নোংমে-নোংমেগী অশুম অশুম ওল্লক্না মমৈথংদা মণিপুরী কীর্ত্তন ওল্লকখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাকতক্তা ফাওখিবা গুরুদি গুরু নিত্যানন্দনি। নট সংকীর্ত্তনগী মশক নাইবা ঈশৈ কয়া অবদান তৌবিখি। সনা হাকতক্তা চৌষষ্টি রসগী কীর্ত্তন কংঙৈদা অচৌবা শরুক য়াখিবা গুরুনি। গুরু পরমপরা অসিগী মনুংদা গুন লৈরবা য়ুম্নাম নাতুমগী মমিং পনবা য়াই। বিপ্রলব্ধাগী নুংশিরবা ভাবনা থল্লবা পদাবলী "শুন শুন শুন দুষ্ট কোকিল" হায়না হৌবা "শুনিতে পরান বাহিরায়" হায়না লোইবা ঈশৈনা সংস্কৃতিগী মঙাল অমা ফাওহললি। মথক্তা পঙ্খিবা ওঝা প্রেমানন্দনচিংবগী মথংদা ওঝাশিংগী প্রনালিবাদা য়াওবা ওঝা কুনগতরুক লোমগী মমিং পল্লি। ওঝাশিংগী মমিংশিং পল্লবগী খুদোংচাবদি মতমনা ফংজদ্রে। ওঝা চেশবা চৈতন্যগী মমিংদি পন্দে হায়। চূড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা ফাওখিবা নট সংকীর্ত্তনগী ওঝাশিংনা শ্রীযুক্ত য়ুম্নাম নাতুম্বা, য়ুমশংবী স্নাজাওবা, ওঝা লাইরিকয়েংবম মনি, ওঝা নিংঙোম্বম গৌরি, ওঝা সৌগ্রাকপম গন্ধারসিং, ওঝা লাইশ্রম তোলপিশক, ওঝা লাইখুরাম তোমবুংজাও, ওঝা গুরুময়ুম ইবোতন শর্ম্মা, ওঝা পোৎশংবম ইবুংঙোমচাতোন, ওঝা অমাকচম লক্ষন সিংহ অমসুং ওঝা (ঐগ্যা) অভিরাম শর্ম্মানচিংবনি।

চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা য়াম্না লৈবাক্লা দুহার ওইনা মশক খঙনা ফাওখিবা ওঝাশিংদি-ওঝা শরোকখাইবম শেংগুম্বা, ওঝা হাওরোকচম শামু সিংহ, ওঝা সরোকখাইবম শাজৌবী, ওঝা স্নখা বালরাম শাবা, ওঝা সাগম চাওবসিং, ওঝা ঠাকুর খোংজাই শর্ম্মা, ওঝা ঠাকুর স্নাজাওবা শর্ম্মা, ওঝা

অথা খুদোম্বি, ওঝা ক্ষেত্রি অচৌসিং, ওঝা তোনামবম চাওবা সিংহ, ওঝা ঠাকুর ঈশৈ হনবা, ওঝা সৌগাইজম গোপালমচা, ওঝা চুংখাম থম্বালঅঙৌ, ওঝা হাওমাম তোম্বশিং, ওঝা শোরাম অঙাহল সিংহ, ওঝা শরোকখাইবম অঙৌ সুবিদার, ওঝা থাংজম চাওবা সিংহ, ওঝা মাইবম ইবুংঙোহন, ওঝা ইরেংবম গোলামজাৎ, ওঝা যুম্নাম গোপাল সিংহ অমসুং ওঝা মধুমঙ্গল সিংহ লৌরেম্বমনি। হায়রিবা ওঝাশিং অসিনা পালাগী মপুং ওইনা দুহারগীদা মৈতৈগী মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা থাং তাগী খোংথাং শাথুপ শাথেক অমদি মুক্না লোয়ননা উমং লাই হরাওবদা শাবা লৈতাই নোংদাই জগোই কয়া পুশিল্লকপগা লোয়ননা প্রকৃতিগী ওইবা ৱাহোং শানোয়, লীলগী শাজৎ, ঈশিং ঈপোম অসিনচিংবা ফজবা কয়া পান্দুনা ভাবক্কী পুক্লিং শুমহৎহনবদা নত্তনা কলাগী মথায় হাপ্লি।

পুঙগী লমদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাক্ততগী চুড়াচান্দ মহারাজ ফাওবদা গুরু প্রনালিকাদা পুঙগী ওঝা য়াংখৈ মাপল লোমগী মমিং পল্লি। ওঝাশিংগী মমিংশিং পন্নবগী খুদোংচাবা অদু মতম্না খুয়ৌনখিবনা ফংবা ঙমজদ্রে। অদুগী মনুংদগী চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক্তা লৈবাক্লা মশক খঙখিবা পুঙগী ওঝাশিংদি - ওঝা হাওবম সুবদার মেঞ্জর হঞ্জবা, ওঝা তোম্বুংসনা হঞ্জবা, ওঝা পঞ্জাবীস্না হঞ্জবা, ওঝা নাওরেম ধোজসিংহ হঞ্জবা, ওঝা কৈথেল্লাকপম ভুবনসিংহ হঞ্জবা, ওঝা লৈচোনবম কোইরেং হঞ্জবা, ওঝা ৱাইখোম পার্থসিংহ হঞ্জবা, ওঝা মধুমঙ্গলসিংহ হঞ্জবা, ওঝা লোইতোংবম মনিকচান্দ হঞ্জবা, ওঝা খোমদ্রাম শেলুংবা হঞ্জবা, ওঝা কোইজম শ্যামা সিংহ হঞ্জবনচিংবনি। হায়রিবা ওঝাশিং অসিনা পুঙগী লমদা দান কয়া তৌবিখি। হৌজিক্কী নহারোলশিংনা মখোয়গী মতুংইন্না চৎলি।

মমাংঙৈদা নট সংকীর্ত্তন মৈতৈলোন্দা শক-শোন্নরমদে। অদুবু মৈতৈলোনগী ঈহৌ লাকপদগীদি নট সংকীর্ত্তন মৈতৈলোন্দা শক শোনবা হৌনরক্রে। ওঝাসিংনা বাংলাগী শৈরেংগা কোন্ননা রাগ রাগিনী ময়াম তাল মখল মখল কোন্ননা শকখি অমসুং শেমখি। অদুবু সংস্কৃতিগী পরমপরা

ইনাক খুল্লবা মৈতে কাংলুপ্পা মতমগী মতুং ইন্না মশাগী ওইবা, পুংলোন, চোলোম, শাথেক, শৈশক শেমগৎচদুনা নট সংকীর্ত্তন কৌবা অশেংবো মণিপুরী পরম্পরা লিংখৎচখি। ওঝা খাইদেম নোংয়াইগা ঠাকুর যৌম্যা (বিধু) গা তান্নদুনা মৈতৈলোনগী হোলি মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদা লিংখৎখি। খৃঃ ১৯৩০ দা মৃত্যুারগী মাওপতা বাইখোম চাওবা মেম্বরনা মৈতৈলোলগী বাসক শকখি। খুবাক ঈশৈ, বাসকনচিংবদা মৈতৈ লোলবু নুংশিবা কাংবুনা মমালোন্দা শক শোনবা হৌখি। মৈতৈলোলগী লাক্লিবা ঈশৈ অসিদা অচৌবা শরুক য়াগ্রিবশিংগী মনুংদা মমিং পনবা য়াবা খরদি-হাওরোকচম ওঝা তোম্পোক সিংহ, কোঞ্জেংবম ওঝা তোয়াইমা সিংহ, রাজকুমার ওঝা সূর্য্যবরন সিংহ, লৈমপোকপম ওঝা হেরোচন্দ্র সিংহ, ওঝা চাউমু সিংহ, লৌরেম্বম ওঝা তোম্বী দেবী, খাঙেম্বম ওঝা গুলাপী সিংহ, রাজকুমার ওঝা ইবোতোনন্না সিংহ, ইরেংবম ওঝা গুলামজাৎ সিংহ, ওঝা সুড়চান্দ শর্ম্মনচিংবনি।

মৈতৈলোন্দা রস শুনা ইরমদ্রবশু নট ঈশৈ মৈতৈলোন্দা চৎনবা য়ানা ইরম্বা খুৎমাবা ওঝাদি ওঝা কোঞ্জেংবম ˚তোয়াইমনি হায়নৈ। ওঝাগী লেঙ্গাদা ওঝা চাউমুগী মিং পনবা য়াই। ওঝানশু মৈতৈ লোন্দা ফজবা ঈশৈ খরা লেংলম্মী হায়নৈ।

মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী ক্ষেত্রদা চৌরজিৎ মহারাজগী অবদান মশক নাইবনি। মপাবুং মহারাজ রাজর্ষিগী সনা পূক্লিং মতুংইন্না ঠাকুর শ্যামানচিংবনা শেমগৎখিবা মহাধুমেল মহারাজসিগী থৌজান্দগী মপুং ফাখি। মচাইবুংগো নোংমাইথেম্বা পুত্রম্বগী শ্রাদ্বদা অহানবা মহাধুমেল য়ৈখি হায়। রাজকুমার সূর্য্যবরন সনাদি পুঙ ঈশৈ চুম্নগী তৌবতা নত্তনা মশাগী অঙকপা সংস্কার লৈবা, লাইরিক লাইশু মতিক চানা হৈবা মীশক্লি হায়। মহাক্লা তৌরম্বা অবদানগী মনুংদা নিমাই সন্ন্যাস অমসুং খুবাক ঈশৈনা অথোইবনি। মহাক্কী সেবকশিংগী মনুংদা লৈখিদ্রবা ওঝা শগোলশেম কালিদমননি। মহাকশু য়ান্না মতিক মগুন লৈরা ওঝানি। অদুনা মহাক্কী গুরুনা গুন্ত্র থুপগ্রবশু সংকীর্ত্তনগী লমদা তৌরম্বাশিং লিক্রম কাইদনা চখরি।

মথংদা স্বর্গীয় শ্রীখাংঙেম্বম ওঝা গুলাপী সিংহনি। ওঝাদা কবিগী প্রভাব কল্লা চংদুনা লৈ। ওঝা কবি অমসুনি, নট গুরু অমগুনি। ওঝানা তৌবা পদাবলীগী অনুবাদ অমসুং মশানা লেংবা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ খুদিংমক্তা কবি ওইবগী মঙাল তাদুনা লৈ হায়। শকপদা নুংশিবতা নন্তনা পাবদগু কবিতাগী মহাও অদু চেন্নরি। মহাক্কী কবি ওইবগী কলমদগী শিন্থরকপা খোয়থুন্নরবা রস চেল্লবা শ্রীশ্রীগৌর গোবিন্দ থৌরম শৈরেংনা নিংথিজবা প্রমান ওইরি। রাজকুমার সুর্য্যবরন সনা ঈশৈ অমসুং চোলোমদা দান তৌবিরম্বগুম ওঝাশিনা দীন রসানন্দ হাক্তঙ্গী হৌরক্লবা নটবু অমুক হেন্না থিজিন খোৎচিনবিদুনা নিংথিজবা শৈশক শৈদা কয়া পুথোকপিরম্মী। মসি অচৌবা দান অমনি। ওঝানা থুপখ্রবগু ঙসিদি নহারোলগী পরেংদা মশক মমিং নাইরিবা মচিল তুমখৎলকপদা নন্তনা মমিং চংখৎলক্লিবা, খ্বায়না হায়নরিবা নিত্যাই, লাকপতি, চানবী, ইতোমচা কয়ানা ওঝাগী য়ুমলেপ চারা ওইদুনা লৈহৌরি। নুপীগী পরেংদগু মমিং পনবদা মতিক চারবা কয়া লৈরি। তম্পাকলৈমা, থৌরানী শাবী, গম্ভীনি, ইবেয়াইমা, রঞ্জনানচিংবী ঈশৈদা মমিং লৈরবী কয়ানা ওঝাগী পরম্পরা ঙাক্লা চৎলি।

সংকীর্ত্তনগী লমদা নুপাশিংনা শরুক য়াবগুম নুপীশিংগু শরুক য়ারক্লি। মহারাজ চুড়াচান্দ সনা হাক্তক্তা মনোহরশাইদা মগুন লৈরবী তখেল্লম্বম নিংঙোল মাইপাকপী দেবী কাঙবম লৈকায়দা লৈব্না মণিপুরী সঙ্গীতগী জগত্তা মিংচৎ উরোং থিল্লম্বদগীদি থুনমক মগুন লৈরবী ঈশৈ শকপী কয়ামরুম থোরকখি। পনবা য়াবদি চনম্বম লৈরিক, বামন কুমারী অচৌবী, ব্রাহ্মনী মনি দেবী, থৌরানী মঞ্জুরী, লৈশাংখেম ইবেমনি দেবী, নম্বোল পীশক দেবী, ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী, থম্বাল মরিক দেবী, লৌরেম্বম তোম্বী দেবীনচিংবনি। অসিগী মথক্তা মনোহর শাইগী শৈশক্তা বাসক শকখিবী নিংথেম পুখ্রি মপানগী শাইরেম কৈনা অমগুং চীংঙাখম লৈরক্কী বামন শ্যামা (ব্রাহ্মনী)নি। মতুংদা নটগী রীতিদা বাসক শকপী বিষ্ণুপ্রিয়া চনু বেকুরী অমসুং মৈতৈ চনু থম্বানতোম্বী দেবীনি। মথংদা লাইরিকয়েংবম চন্দ্রকলা, লাংপোক পীশক বাংজীং খোমদোনবী, রাধেসনা, পীশক মচা,

মুত্তারে, পেচী ইবেম্ হঙ্গনচিংবী কয়া চোংথোকলকখি। অসিনা অরোইবা নত্তে। মথংদা নরসিংহগী ইবেম্মা, অমুম্মা দেবী, মাধবী, লৈরেলতোনবী, অঙৌবী, তেলেম ইবেতোম্বীনচিংবী কয়ামরুম অমগু থোরকখি। নুপীগী নট সংকীর্ত্তনগী ইতিহাসদা সনাগী কান্নিনা তাদুনা লৈহৌরগদবা মগুন লৈরবী মৈতৈ চনুরাশিংদি কাওমোং লৈম্বাল, তম্পাকলৈমা, মনিমচা, থাঙ্গ অশংবী, মোইরাংজাতি, থৌরানী শাবী, গম্ভীনিনচিংবীনি। (মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন-কুমারী রঞ্জনা দেবী)। মখোয়শিং অসি নত্তবা কয়ামরুম অমগু মণিপুরগী অথাপ অথান্না মফম কয়াদা খংবী উবিদনা লৈরি।

মল্লার, ধানশী, সিন্দু রাগ, আশ্বাবরী অসিনচিংবা রাগ রাগিনী কয়া ওঝাশিংনা দেশীদা পান্দুনা চৌষষ্টি রসগী ঈশৈ শেম্নম্মীগু হায়। তালদগু দশকোষ, নব চারিতাল, জয়দিক, জলধিমান, ফেরতাল, উজ্জোরহার, বীরদশক, কোকিল প্রিয়তাল, গাজেন্দ্রগুরু, বড়-চৌতালনচিংবা লৈবাকশিংগী ওইবা তাল কয়া পুথোক্রম্বগী মফমগু পল্লি। ওঝা কয়ানা পুথোক্রম্বতা নত্তনা মশাগী শকচনবা রস কয়া শোক্রবা ঈশৈগী কোর্বেক কয়া অমগু খওদ উদনা লৈরিবনি। ঈচেল মচা মচা কয়ানা পুনশিল্লগা অচৌবা ঈচেল অমা ওইবগুম মণিপুরগী ওঝা গুরু কয়ানা পুঙ, ঈশৈ, চোলোমনচিংবা হিরমশিদা পীনবিরম্বা দানশিংনা কংবা নাইররোইদবা মণিপুর নট সংকীর্ত্তনগী ঈচেন্দা তিল্লরী, গুরু পরম্পরাগী মশক লৌররি। মতাং অসিবাইদা নট সংকীর্ত্তন গুরু শিষ্য পরম্পরাগী অরোইবা তাঙ্কক ওইজরগে। বিষয় অসিগী মনুং হঞ্জিন্না চংশিঞ্জবা ঙমজখিদবগীদমক গৌর ভক্তবিন্দশিংনা ঙাকপীগনি।।০।।

৫/১০/৯৮

# নট সংকীর্ত্তন তাল ব্যবস্থাদা হন্না য়েংবা মিথয়েং অমা

সনথ্যা ইবোতোম্বী হাওরোকচম
*কৈশামপাৎ থিয়াম লৈকাই*

নট সংকীর্ত্তন্দা শিজিন্নরিবা তালগী মশকসিং অসি অচম্বা অমত্তা নত্তে, মখোয়শিং অসি ওন্থোক্লা লিরবা, ঙসিদি ভারতবর্ষগী মফম অতৈদা থিরুবদা ফংবা বারগদবা বৈদিক যুগকী তালগী মশক ঙাক্তা ওইরম্বী হায়বসি মমাঙৈদগী চৎনরক্লীবা, য়েনরক্লীবা সংকীর্ত্তনগী পুঙলোনসিং অসিদা হন্না মুন্না নৈনদুনা য়েংলুবদা ময়েক শেংনা উরকই। অসিগুম্বা বৈদিক যুগকী তালগী মশকশিং অসি ঙসি ঙসিমক ভারত শিনবা থুংনো চৎনরিবা দেশী তাল শাস্ত্রগী মিথয়েং মখাদগী য়েংলুরবদি উবা বারগনি, শুপউ উখিদবসু য়ায়। অসিগুম্বা মার্গীয় সঙ্গীত তালগী মশকশিং অসিদি ভারতবর্ষগী লৈমায়দগী মাংথিবা কুইরবনি সুপ্নগী মমিং মথা খরতমক হিংহৌরবনি হায়না অয়াম্বা পণ্ডিৎশিংনা মোৎ পিনরিবনি। অসুক মমল য়াম্লবা ভারতকী অতৈ মফমদা ঙসিদি থিবা ফংলরোইদবা, বৈদিক যুগকী তালগী মশকশিং অসিবু মণিপুর কৌবা পিকথ্রবা চীংনুং অসিদা মতম অসুক শাংনা য়োক্তুনা থম্বিরল্লিবসিমক ভারত পুম্বগী ওইনা লাইবক ফবনি অমদি চাওথোকচনিঙায়নি। মসিগীদমক্তা অহানবদা সংকীর্ত্তনগী তালবু শেম্বিরম্বা, মসিগী পুঙলোন মখল মখা পুথোকপিরম্বা লাইওইশ্রবা অমদি গুরুজনশিংদুগী মফমদা হন্না হন্না ইকায় খুম্নবা উৎফম থোকই। মথংদা শাংথ্রবা চহি কয়াসিদা, লিথ্রবা তালগী মশকসিংবু, মতম মতমগী য়াওন্দা তোয়না হোঙনবা সঙ্গীতকী মহৌশাগা মায়োক্লদুনা য়ারিবমখৈ তেক্ত কায়দনবা, মওং হোংখিদনবা য়োক্তুনা পুখৎপিরকইবা যুগ যুগকী

শক্লায়রবা লাই গুরুজনসিং পুন্নমক অদুবুসু মতিক চানা ইকায় খুম্নদুনা তৌবিমল খওবা উৎফম থোকই। অরোইবদা মমাঙেদগী চিন্থাংদা তন্নদুনা চত্থরক্লীবা সংকীর্ত্তন তালগী পুঙলোনসিংবু লাইরিক ওইনা ইথোকপিদুনা অমদি ছাপা নমথোকপীদুনা, মীয়ামগী খুত্তা শিন্নবিদুনা নৈননবগী তাঞ্জা পীবীরিবা ওঝা গুরুজনশিং পুন্নমকপুসু মতিক চানা ইকায় খুম্নফম থোকই। ঙসি ফাওবদা ছাপা নমদুনা ফোংদোরক্লিবা পুঙলোনগী লাইরিকশিং অসিদা অমগা অমগা মোৎ খর খর খেন্নবনচিংবা কয়া লৈরবসু থায়নদগী চৎনরক্লিবা পুঙলোনসিং অদুদি ইমাং মাংহন্দনা উই অমসুং খুৎফোংদোক্তা খেন্নবগী রাফম থক্তমক ওইনা লৈরি। তালগী ব্যবস্থা ইবা লাইরিক লৈতবনা মরম ওইদুনা পুঙলোন ময়েক চিংথোক চিংশিন অমদি অহাংবা মফমসিংদা হেন্না শাংদোকপা নৎত্রগা হেন্না তেনশিনবনচিংবা লাকপগী ফিভম খবা লৈরিবসিদি, মুন্না নৈনরগা খন্নরগা তালগী মশক্লচিংবা লেপ্পরক্লগা, বাবস্থা অমা লৈবক্লগা লায়না চুমসিন্নরক্লনি হায়বগী থাজবা লৈরি। অহল লমন, লাই গুরুজনসিংনা ছাপা নমদুনা ফোংদোকপিবক্লিবা পুঙলোন লাইরিকশিং অসিগী মপান্না ঙসিগী অমসুং তুংগী মীরোলনা নট সংকীর্ত্তন তালগী পরম্পরাদা হঙ্গৎনা য়েংবা ফংজদুনা নৈনজবা ফংজগদৌরিবনি। মসিগীদমক্তা অরাবা কোঙ্গায় মায়োক্লবিদুনা লাইরিক ফোংদোকপীরকপা ওঝা গুরুজনশিং পুন্নমকপু লৈবাক পুন্নমক্লা হন্না হন্না থাগৎফম থোকই।

ঙসি নট সংকীর্ত্তনগী লমদা চংশিনবীরিবা অমদি তুংদা চংশিল্লক্কদৌরিবা সেবকসিংনা য়াম্না চাওনা মায়োক্লরিবা অমদি লুবসু লুরিবা সমস্যাদি মণিপুরগী সংকীর্ত্তন তালগী ওইবা মরিক চুম্বা ব্যবস্থাবু শুগাযনা ইবা লাইরিক অমা ফাওবা লৈতবা অসিনি। মাংগী লাইওইখ্রবা অহল লমনসিং অমদি আদি গুরুজনশিং অদুনা অসিগুম্বা লাইরিক অমা মখোয়গী তুংগী মীরোলগীদমক্তনি হায়দুনা থম্বীরম্বা থেংনজদে মসিনা মরম ওইদুনা মগুন লৈরবা সংকীর্ত্তন তালশিং অমদি মখোয়গী মরাং কায়না পৈদুনা লৈরবা পুঙলোনশিং অসিনা ওনখৎলক্তুনা ফোংঙমদবা পাখোং ময়াম অমা নৎত্রগা খুম্বদা বারবা বাহং ময়াম অমা পোকথোরকপগী ফিভম

অমদা ঙসি য়ৌরকখিবনি। লোয়ননা করিগুম্বদনা তৌরিবা পুন্নমকসিং অসি করিনো হায়বা চপ চানা খঙবা ঙমদবগুম, অতৈ লেংমান্নবা সঙ্গীতসিংগী মমাংদা মশাগী চপ চাবা মশক অমদি মপাঙ্গল উৎথোকপা ঙমদবগুম, মরিং মরাং শোন্দম-নাদম্না মমায় লুক্না লৈবা তাবগী ফিভম অমদা হেক হেক লৈরকখিবনি।

অবাবা সমস্য অসি কোক্নবা হোৎনবদা মাংগী ওঝা গুরুজনসিং খরনা দেশী সঙ্গীতকী তাল ব্যবস্থাগী মতুং ইন্নবা হোৎনরুবসু ময়াম্না খঙবীরবা ৱাফম্নী। মদুনা মরম ওইদুনা সংকীর্ত্তনগী তালগী জগত্তা মাত্রনচিংবগী চৎনবিবু পুসিল্লকখিবনি। তশেংনমক্তী মণিপুরগী সংকীর্ত্তন পরম্পরাদা মাত্রগী ৱাফম চৎনরক্তে হায়বসি লৈবাকসিগী ওঝা গুরুজনশিং পুন্নমক্না হেন্না খঙনবিরিবা ৱাফম্নি। অদুবু ব্যবস্থা অমা লৈহন্নিংবদগী ময়াম য়ানদুনা মাত্রগী ৱাবু লৌশিন্দুনা মচৎনরকইদি হায়ববু ৱাফম অসিনা থোয়না হেন্না সংকীর্ত্তনগী তালগী মশক মাংহন্নবগী অমদি সংকীর্ত্তনগী পরম্পরাবু লম্মাংনহন্নবগী মরম চাওনা ওইরকই। অসিগী খুদম খরদং লৌখৎচবা তারবদা অহান্বদা মেনকুপ মপী হায়না থায়নদগী খঙনরকপা তাল অসি মাত্রনা মরম ওইদুনা ঙসিদি তাঞ্চপ্নি হায়না নমদুনা হায়হন্নবগী তাঞ্জা লাক্লিবসিনি। থায়নগী অহল লম্মনশিং অদুনা খঙদদুনা নত্রগা হৈতদুনা তাঞ্চপকী তাল অমবু মেনকুপ মপীনি হায়না মমীং পিশিল্লম্বগী ৱাফমদা তাহল্লকদৌরি। তশেংবদি থায়নগী অহল লম্মনসিং অদুনদি য়াম্নমক ময়েক শেংজনা থম্মিরম্বনি, তশেং তশেংনা মেনকুপ্নী, মপীনি, অদুগুম্বা মেনকুপ মপীগী কলানা দ্বিগুন, চৌগুন, লৌদুনা থোন্দোরকপা তাল অমনি। অদুবু ঙসিদি মাত্রগী জ্ঞান অসিনা নমদুনা তাঞ্চপ ওলহনগদৌরি। (খিন খর খর তাং খিৎ তা তা .... খর খর তাং খিৎ তা তা)। অনিসুবদা মাত্রনা মরম ওইদুনা রাজমেলগী মতাংদা মোৎ অনি থোক্না চেকখায়রিবা লৈবাক মীয়ামনা ফজনা খঙনরিবা ৱাফম্নি। অরোয়বদা রাগ হায়বসি হৌবদগী লোয়বা ফাওবনা তাল মপুম অমা ওইজবনি; মরক্তা হজিল্লুবগা য়াবা নত্তে। অসিগুম্বা তাল অসিবু অহান্বা পুঙলোন খরদগী

**ওন্নগা মাত্র মরিনি নথ্রগা নিপালনি হায়দুনা করন্না হায়গদৌরিবনো? অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। তশেংবদি মাত্রদি দেশী সঙ্গীতকী বাকম্নি। দেশী সঙ্গীতশিংগী মরক্তা ফাওবা তং তাদবা চয়েৎনবা বাকম অমা ওইরিবনি। থরনা বর্নকাললনি হায়; থরনা পঞ্চ অক্ষর কাললনি হায়; অমুক্না অক্ষর মরিগী মতমনি হায় অসিগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা মাত্রগী বাকমবু সংকীর্ত্তন তাঞ্জাও ময়াম মরকসিদা পুসিল্লকপা অসিনা সংকীর্ত্তন তালগী মশকপু ময়েক লানা তাকপা ঙম্বা ব্যবস্থা অমা পুথোকপদা মতেং ওইনবদি লায়রদনা হেন্না চমন্নহন্নবগী বাকম ওইনা লৈরি।**

মায়গৈ অমরোমদগী অমুক ওঝা গুরুদ থরনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসিদি গৌড়িয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী থবক্নিনা বৈষ্ণব সঙ্গীত শাস্ত্রসিংদা হন্না য়েংফম থোকই হায়বা বাখলনা লমজিংদুনা নরদ পঞ্চমসার সংহিতা, সঙ্গীত দামুদর, গীতচন্দ্রোদয় অমসুং ভক্তি বত্নাকবনচিংবা সঙ্গীতকী ব্যবস্থাশিং ইবা লাইরিকশিংগী মতেংলৌদুনা নট সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থাবু শাগৎনবা হোৎনরকপসু মীয়াম্না থেংনবিরি। অদুবু অয়াম্বা বৈষ্ণব সঙ্গীত শাস্ত্রসিং অসিদি বৈষ্ণব ভক্তসিংনা ইজরবসু সঙ্গীত রত্নাকরগী মতুং ইনবা দেশী সঙ্গীত ব্যবস্থাবু শন্দোক্না ইবা লাইবিক ঙাক্তা ওইরম্বনা মণিপুরগী থাইনঙৈদগী চৎনরক্লবা সংকীর্ত্তন তালগী মশক্কা চানবা ঙমদদুনা মরিং মরাংদুনা মরৈরি। সঙ্গীত রত্নাকরনা তাক্লীবা তালগী দশপ্রানগী হিরম অসিমক দেশী সঙ্গীতকী মশক তাক্লনবা শেম্বা ব্যবস্থানি হায়না লাইরিক মশানা অহৌবদা অদুম হায়জে। মখোয়শিং অসি মার্গীয় সঙ্গীত ব্যবস্থাগদি পুংওন ওন্নবা মশক ওইবনা মশানা নট সংকীর্ত্তনগী তালগী মশক্তা পানশিন্না অমসুং পকশিন্নবা ঙমদদুনা লৈরক্লিবনি।

অসুম্না মণিপুরগী ওঝা গুরুজনশিংনা মায়গৈ কয়াদগী হোৎনদুনা সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থাবু মরিক চুন্না তাকপা ঙম্বা লাইরিক অমা পুথোক্লবা অঙম্বা উপায়না হোৎনরক্লি। হৌজিক ফাওবদি হোৎনরক্লিবা কয়া অসি মায় পাক্লে হায়বা য়াদ্রি, মরমদি সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থাবু মরিক চুন্না শুগাইনা ইবা সমান লেংমান্নবা সঙ্গীতকী ব্যবস্থাসিংগা লম্বা য়াবা লাইরিক

অমা পুথোকপা ঙমদনা অদুম লৈরি। মগুণ লৈরবা, মমাঙৈদগী চৎনরক্রবা সংকীর্ত্তনগী তালশিং অসিনা চল্লিবা পাওখোংশিং ময়েক লানা ফোংবা ঙম্বা তাল ব্যবস্থাবু তাকপা লাইরিক অমা পুথোরকপা মথা তানা ঙায়খিবা তারি।

মতাং অসিদা হংবা য়াবা ৱাহং অমসু চোংথোরকই মদুদি অদুৈঙগী লাই ওইখ্রবা, বেদবিদ ওইবা, লাইরিক লাইসু চংখোন্না হৈখ্রবা আদি গুরুজনশিং অদুনা করিগীদমক্তা সংকীর্ত্তন তাল ব্যবস্থাবু সুগাইনা ইদুনা লাইরিক ওইনা মখোয়গী তুংগী মীরোলশিংগীদমক্তা থম্বীরমখ্রিবনো?

ৱাহং অসিগী পাওখুম মায়গৈ অমা অনিদগী পীবা যাই। অহানবদা অদুৈঙগী আদি গুরুজনশিং অদুনা খুন্নমবা য়াবদি, ভারতবর্ষ পুন্নমক্কী ওইবা বৈদিক সঙ্গীতকী ব্যবস্থা পুন্নমক শুগায়না ইরবা লাইরিক অমা ইচাও চাওনা লৈববসিমক্তদা করিগীদমক্তা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থা হায়না অনৌবা লাইরিক অমা অমুক ইগদৌরিবনো? মদুগী কান্নবা করিনো? হোয় পাওখুম অসি মতম অদুগী ওইনা অচুম্বা ৱানি। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না দেশী সঙ্গীত হায়বা অমা চোংথোরক্তুনা মার্গীয় সঙ্গীত মুখখরে; মতমগী লৈবোন্নুংদা ৱাংখরে ভাবত পুন্নমক্তা চৎনখিদবে, ফংখিদরে। মসিনা মরম ওইদুনা নট সংকীর্ত্তনগী পরম্পরানসু মাগী তালগী ব্যবস্থা অমা লৈজবি হায়বা ফাওবা খঙনদবগুম তৌরক্রে, অদুনা অহোয়নদুম দেশী সঙ্গীত ব্যবস্থাদা তাংজদুনা, মাগী মতুং ইঙ্গদুনা ফনা হোৎনজরে মদুদা অৱাবা সমস্য কযা মায়োক্নরে। অসুন্না ঙসিদি সংকীর্ত্তনগী ওইবা তাল ব্যবস্থাবু ময়েক শেংনা ইথোকপা লাইবিক অমগী তঙায়ফদবা ফিভমদু লাক্রে।

ৱাহংশিগী পাওখুম অসুন্নশু পীবা য়াই মদুদি-- লাইওইখ্রবা আদি গুরুজনশিং অদুগী অপাম্বদি শ্রীকৃষ্ণ সেবানি, তাল শাস্ত্র নৈনবা, তাল ব্যবস্থানচিংবগী লাইরিক ইবদু নত্তে। অদুনা মখোয়না সংকীর্ত্তনগী ব্যবস্থা অমা শেমদুনা মদুনা শ্রীকৃষ্ণ সেবা ওইনদুনা থাইনঙৈদগী চৎনরক্রি, ঙসিকাওবা সেবাদু কায়দনা চৎথরি। অসুন্না সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থানচিংবা

অমা অমুক ইরুবগী মরম লৈতবনা ইরমদবনি। পাউখুম অসি আদি গুরুজনসিংগী ওইনা চুন্নবসু ঙসিগী মীরোলগী ওইনদি চুন্নক্তবগুম তৌই। মরমদি সংকীর্ত্তনগী ব্যবস্থা অমা শেমদুনা ঙসিফাওবা চথরকইবসিদা শেমখিবা ব্যবস্থা অদু লাইরিক ওইনা ইথোক্তুনা থম্বিরমদবনা মরম ওইদুনা যুগ যুগকী খজিক খজিক হোংলক্লিবা সঙ্গীতকী মশক্লিনা ঙসিদি মওং কয়াদা অহোংবা লাক্তুনা যুম্ফম ময়েক শেংদবা সঙ্গীত মখল অমা ওইরকপগী ফিভমদা নকশিল্লকপগুম তৌরি। সঙ্গীতকী মতেংনা ভগবত সেবা তৌজবদা তঙায়ফদনা চংবা ছন্দ অমসুং তালগী মশক ঙসি শক শোল্লিবা সংকীর্ত্তন অসিদা য়াওরিবরা? হান্না য়াওরম্বদগী মওং হোংদোকখিদুনা য়াওদবগা পাংখক ওইরবরা হায়বনচিংবা ৱাহং কযাসু চোংথোরক্লি।

অরোইবদা ৱাহংশিগী পাওখুম কনাগুম্বসিংনা অসুন্না পিবিরকপা য়াই, মদুদি— আদি গুরুজনসিং অদুনা সংকীর্ত্তন তালগী ব্যবস্থা মপুং ফানা মরিক চুন্না ইদুনা থম্বিরম্মী; অদুবু শা-লান, মৈপোক-লাংহৌ, ঈশিং-ঈচাও তোয়মম্বনা থাইনগী লাইরিকশিংদু ঙন্না ইমাং মাংখরে; অদুম ওইনমক খুত্তা পুহৌবা, চিন্দা পকহৌবা খরমখৈ, ইখৎপিরমদুনা থম্বিরম্মী। মদু কনাগুম্বা ওঝাশিংগী খুত্তা লৈরি; মফম মতম চাদ্রি হায়দুনা ফোংদোরক্তবনি।

অসুন্না ওইবা য়াবা ৱাহংশিগী পাওখুম কয়া পিবা ঙন্নবসু সংকীর্ত্তন তালগী বাবস্থাবু মরিক চুন্না ইথোক্তুনা তাক্লবা লাইরিক অমদি ঙসি মীয়ামগী মাংদা ফোংদোক্তুনা লৈত্রি হায়বসিমদি তশেংলে। অসিগুম্বা লাইরিক অমা ঙসিদি য়াম্না তঙায়ফদ্রে, ৱাফমসি তশেংনা থেংমল্লবনি। নংত্রবদি নট সংকীর্ত্তন তালগী মশক অসি নোংমা নোংমগী শোকচিল্লক্তুনা য়াম্না থুনা মওং কায়থখিবা য়াবগী ফিভমদা লৈরক্লি।

অরোইবদা মমাংঙৈদগী য়ৈনরক্লিবা সংকীর্ত্তনগী পুঙলোনশিং অসি বৈদিক তালগী মশকশিংনি হায়বসি করিদগী কমদৌনা হায়রক্লিবনো হায়বসিগী মতাংদা ৱামাং য়াম্বা ওইনা শন্না ৱাফম খরদং নৈনফম থোকই।

হিরমসিগা মরি লৈননা অহানবমক্তদা থমজরিবসি সংকীর্ত্তন তালগী মহৌশাদগী শিজিন্নরক্লিবা মমীং মথাসিং অসিনি। রাগ, রাগতাবা, রাগমেল, ঙসিদি রাজমেল হায়না খণ্ডনররে, সঞ্চার অমসুং ধ্রুব মেল ঙসিদি ধ্রুমেল হায়না খণ্ডনররে অসিনচিংবা বাহৈশিং অসি সংকীর্ত্তন তালগী য়াম্নমক মরু ওইবা বাহৈশিংনি। অসিগুম্বা বাহৈশিং অমদি বাহৈশিংশিনা তাক্লিবা তালগী মশকশিং অসিমক দেশী তাল ব্যবস্থা নৈনবা লাইরিকশিংদা য়াওবা শুকথেং থেংনবিরোই। তশেংনমক বাহৈশিং অসি বৈদিক সঙ্গীত ব্যবস্থাগী মরোলশিং ঙাক্তমক ওইরম্মী।

অনিসুবা অমসুং য়াম্নসু মরু ওইবা রাফম্না সংকীর্ত্তন তালগী পুঙলোনশিং অসি মুন্না য়েংশিল্লুবদা ধ্রুব পদগী মশক ঙাক্তা ওইরম্বা। মদুগী মনুংদা চতুষ্পাদ হায়বদি তালগী পাদ অহুমগা ধ্রুব অমগা লোয়ননা পুন্না পাদ মরিনা শাবা তালগী মশক অসিনা নম্না য়াওরম্বা অসিনি। অসিগুম্বা চতুষ্পাদগী মশক অসিদা প্রনবকী মশকমক য়াওরে হায়না লৌদুনা বৈদিক সঙ্গীত ব্যবস্থাদা য়াম্না মগুণ চাওনা শৈথাবা অমসুং দেবতাশিংগী অজা পূজানচিংবগা মরি থাংনবদা শিজিন্ননবা শেম্বা তাল ওইনা মশক তাকই। সংকীর্ত্তনগী চারতালগী পুঙলোন য়েংবিরগা ধ্রুবপদা চতুষ্পাদগী মশক তশেং তশেংনা হেক্তা উবা ফংবিগনি। চারতাল মচাগী পুঙলোনসি ধ্রুবনা মাং থাবা পাদ অহুম্নি।।

| ⊕ | ২ | ৩ | ৪ |
|---|---|---|---|
| ধিন গীন্নগ্র | ধিন ধিন তৎ তাং | — তৎ তৎ তাং | — তত্ত তত্ত খিত্তা |
| ০ | | | |
| তা থ্র থ্র | তৎ থ্রাং খিৎ গীন্নগ্র | ধিন ধেন তাগিন ধেত্তা | ধিন ধেন তাগীন ধেত্তা |

অসিগুম্বা চতুষ্পাদগী মশক অসি রাগ হৌবা, রাগ তাবা অমসুং রাগ মেলগী পুঙলোনশিংদা কায়দনা অদুম ফংই। রাগদা পাদ অহুম্না হাল্লগা ধ্রুবনা তুং থংদুনা প্রনবকী মশক চপ চানা লৈহল্লি। রাগ হৌবগী অহানবা পুঙলোন মথাদা থমজরি।

⊕

তেন তেন তা তা – তাং – – | তেন তেন তা তা – তাং – – |

তেন তেন তা তা – তাং – গীনগ্র | ধে – ধে –

০

তেন তেন তা তা – তাং – – | থেৎ – – – ধে – – – |

তেন তেন তা তা – তাং – গীনগ্র | ধে – ধে –

বাগ তাবদগী মেন্নচিংবগী পুঙলোন পুন্নমক্তা ধ্রুবনা মাং থাবা চতুষ্পাদ ঙাক্তা ওইরম্মী। মখাদা তিন্তালগী পুংলোন মকোক থমজরি।

⊕ ২ ৩

ধিন | থেন তেন্তা | তা ধে | তাগীন ধেনগীনগ্র

মথং রাগ মেলগী পুংলোন্দনা চতুষ্পাদগী মশক থমজৈ।

গীন্নগ্র | ধিন ধিন | ধে তা | ধিন তাং

তা | তা তাং | থেন তা | তা তাং

রাগ হৌবদা ধ্রুবনা তুং ইনবা চতুষ্পাদ শিজিন্নরগা অতৈ সংকীর্ত্তনগী তুং তাবকপা তালশিংদা ধ্রুবনা মাং থংবা তাল শিজিন্নবগী মরমসি য়ৌনা বৈদিক তাল ব্যবস্থানা তাক্লমদ্রবসু মণিপুরগী আদি গুরুজনশিংনা শিজিন্নরম্লীবসিগী মসিজন অসিনা হেন্না অর্থ থোকহল্লি। অসুম্না মমাঙৈদগী চৎনরক্লিবা সংকীর্ত্তনগী তালগী পুঙলোনশিং অসি দেশী সঙ্গীতকী তালগা য়াম্না খেন্নবা, বৈদিক তালগী মশকশিংনি হায়রুবগী চাওরবা অতোপ্পা মরম অমনা শিজিন্নরিবা পুঙলোনশিং অসিদা য়েৎ-ওই খায়না তাল য়ৈরম্বা অসিনি। দেশী সঙ্গীত শাস্ত্রশিংদা তালবু য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না য়ৈগনি হায়বগী ব্যবস্থা পীরম্বা থোয়না থেংনদে। তালকোক অমা অমসুং তাম্বা হায়দোকপনা মরু ওইনা শিজিন্নবা তাল ব্যবস্থা ওইনা তৌই। অদুগা বৈদিক সঙ্গীতকী মশক্তদি তাল খুদিংমক য়েৎকী অমসুং ওইগী খায়না য়ৈগনি হায়বা তাকই। য়েৎকী তাম্বা অমসুং হায়দোকপগী মশিংগা ওইগী তাম্বা হায়দোকপা মশিংগা অনিমক মতম লৈবা খিবিক্তা চপ মান্নহনগদবনি; হায়বদি য়েৎ-ওই তাল মশক চপ মান্নগদবনি পুঙলোন খক্তনা খেন্নহনগদবনি হায়বনচিংবা অসিমক মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন

তালগী মমাঙৈদগী চৎনরক্লিবা পুঙলোনশিং অসিদা উবা ফংই। খুদম ওইনা মথক্তা উৎখ্রবা চারতাল অমদি রাগনচিংবগী পুঙলোনশিং অসিদা তিনসিন্নবগী খুদম পীরবা পুঙলোন পরেংশিং অসিনা য়েৎকী শরুক্কী অদুগা শুন্যগী খুদম মখাদা থল্লিবা পুঙলোনশিং অসিনা ওইগী শকক্লি।। তিনতাল মচাগী পুঙলোন অসিদি পুঙলোন অসিমক্তা য়েৎ অমসুং ওই অনিমক্তা হঞ্জিন্দুনা য়ৈবনা মরম ওইদুনা শুন্যু অমগী ময়ায়দা তিনশিন্নবগী খুদম হাপ্পা ওইনা থমজরিবনি। পুঙলোনশিং অসি তাম্বাগা কোন্ননা হায়মিন্নবদা য়েৎকী ওইগী ময়েক শেংনা চোংথোকচরক্লগনি।।

মথক্তা পল্লিবা রাফম খর অসিদা নক্তনা মমাংঙৈদগী চৎনরক্লিবা, য়ৈনরক্লিবা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন তালগী পুঙলোনশিং অসি কুপথনা নৈন- নৈনরগা অতৈ মমল য়াম্লবা রাফম কয়া কয়াসু ফংবা ঙম্লক্লি। খুদম ওইনা বৈদিক সঙ্গীতকী তাল ব্যবস্থাদা মমীংতমক হিংহৌরবা, চৎনখিদবা, য়ৈনখিদবনা মরম ওইদুনা ভারতবর্ষগী লৈমায়দগী মাংখ্রবা, লাই হাক্তক্কী তালনি হায়না খঙনরবা, ঙসিদি ভারতকী মফম কদায়দসু থিবা ফংনদ্রে হায়না লৌনরবা, অমদি চৎনখিদবা, অমসুং উখিদবনা মরম ওইদুনা মশক চপচানা তাকপা ঙম্নদ্রবা বৈদিক যুগকী তালগী মশক মওং কয়া, নট সংকীর্ত্তনগী আদি গুরুজনশিংনা থম্বীরম্বা পুঙলোনশিং অসিগী মতেংনা মশক তাকপা ঙম্লক্কদৌরি। খুদম ওইনা বৈদিক সঙ্গীত ব্যবস্থাদা পল্লিবা **পঞ্চপানি, লয়ন্তরিতা, বৰ্দ্ধমানক, অসারিতা, পানিকা, সঞ্চার, ষটপিত্তাপুত্রক, সম্পর্কেষ্টাক, উদ্ঘতিতা,** অসিনচিংবা তাল কয়া অসিগী চপ চাবা মশক অসি কুইরবদগী মাংখিবগুম তৌদুনা লৈরিবা তাল ঙাক্তনি। অসুম্না লংলা লংজিন মাংখ্রবা ভারতবর্ষগী লাই হাকতক্কী তালগী মশক মওং কয়া মাংদা শংশংনা লৈহন্দুনা পুঙলোন কয়া কয়াদা য়ৈদুনা চপ চানা নৌনা হিঙ্গৎহনবা ঙম্লক্কদৌরি। মসিনা মায় পাকপা নুমিত্তা ভারতবর্ষগী সঙ্গীতকী অনৌবা য়াওল অমদি শোয়দনা ওইরকপা য়ানা লৈরি। মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী তালগী মতেংনা মসি শোয়দনমক ওইরকপা ওইসনু হায়না শ্রীশ্রীগোবীন্দগী চরনখাদা কোতি প্রার্থনা তৌজে।।০।।

৩১/১০/২০০০

# মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শক্তম

**শ্রী খুমন্থেম পবিত্র**
*ৱাংজিং*

ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিদা হায়বদি মণিপুরগী চৎনরিবা নট সংকীর্ত্তন অসি করি মরমগী করম্বা মওংদা শেমখিবগে? মথক্তা লৈরম্বা গুরুজনশিংনা হায়নবা ঙাংনবদা তাজহৌবা ঐখোয়গী মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসিগা মান্নবা অতোপ্পা অমা লৈতে। নট সংকীর্ত্তন অসি তোপ তোপ্পা মণিপুরগী ওইনা মমাংদা পানবিরম্বা নিংথৌসিংনা মণিপুরগী ওঝাশিং অহৈ-অশিং তান্নরগা সংকীর্ত্তনগী নিয়ম শেম্বনী অসুম্না হায়নৈ। করিগীদমক সেম্বনো? জাতি অসিগী পোকপা শিবা অসিদা য়াইফ মঙ্গল ওইনবগীদমক (সত্য যুগতা ধ্যান, ত্রেতা যুগতা যজ্ঞ, দ্বাপর যুক্তা পুজা অমসুং কলি যুক্তনা হরি সংকীর্ত্তন) যুগ যুগ খুদিংদা মহাত্মা ওইবা জ্ঞান লৈবাসিংনা জীবগী লান্নবা পাম্বৈ থিনৈ। শ্রীমদ্ভাগবতনা **যজ্ঞৈ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যযন্তি হি সুমেধস** হায়বা ভাগবতকী অর্থসিদগী য়েংঙগা জ্ঞান লৈরবা ওঝাসিংনা নট সংকীর্ত্তন অসি শেমখিবনি। সংকীর্ত্তন অসিবু যজ্ঞনি হায়না খঙনৈ। যজ্ঞ হায়বা লোল অসি ঐখোয়গী মণিপুরগী লোলদি নত্তে। যজ্ঞ হায়বসি ঐখোয়গী লোলদা হায়বা তারবদি ইরাৎ অমদি থৌরম হায়গদ্রা? করিগুম্বা থৌরম অমা তৌরবদি তৌরিবা থবক অদুগী পোৎচং খরদি চংই। যজ্ঞ কৎপদা হোম পুর্নাহুতি পিবা অদুগুম্না নট সংকীর্ত্তন অসিদা ওঝাসিংনা মতম চঙনা কুপ্পা মুন্না থন্নরগা রাগ, ঘাট, মেন, তাঞ্চপ, মেনকুপ্পচিংবা যজ্ঞগী মওংদা শেম্বনি হায়নৈ। ঙসি মণিপুরদা চৎনরিবা নট সংকীর্ত্তন অসি য়াম্না লুবা হায়বদি জীবগী লান্নবা পাম্বৈ ওইবা রাগ ভক্তিনা মপূং ওইবা শ্রীরাধা গোবিন্দনা শান্নবা অথুপ্পা শৃঙ্গার রস নিত্য লীলাবু ঙসি শুমাং খুদিংদা শক্করি শোন্নরি।

**মসিদা করিগুম্বা অমত্তং**

নিত্য লীলা (কনা অমনা নিতি লিলা হায়বা য়াওই) শ্রীরূপ গোস্বামীগী অষ্টকাল শ্লোক্ত **শ্রীরাধা প্রানবন্ধোচরন কমলয়ো না-হৌব নৈত্তিকং তস্য নৌমি** হায়বা অসিনা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা তত্তনা শান্নবা নিত্যলিলা জিবনা তানগদবা নিত্যবস্তু নিত্যধামৎ নিত্যরাধিকা নাম আনন্দ কৃষ্ণ বিগ্রহ হায়রিবা, ঋাফমশিং অসিনা জিবনা তান্নগদবা অরেপ্পা পোৎ-শক্তি শ্রীরাধা গোবিন্দনা অরেপ্পা লৈতনা শান্নবা নিত্যলিলা অসিতনি হায়না হায়জনিংই।

হৌজিক ঐখোয়গী মণিপুর অসিদা শক্লরিবা শোন্নরিবা নট সংকীর্ত্তন অসিগী মরমদা করিগুম্বা খরদং ঐখোয়গী ঙসি মণিপুর হায়বা ফজরবা মিং অসিদা অমুক হেন্না সংস্কৃতি, কলাবিদ্যা অমদি দান্স কলেজ অসি লৈবদগী অমুক হেন্না ফজরে হায়না খঞ্জে। অদুগা ইম্ফাল অসিদা লৈরিবা ওঝাশিং অসিসু গুন লৈরবা সংকীর্ত্তনগী নিয়ম খঙবিরবা ওঝাশিং ঙাক্তনি। ঙসি ঐনা হায়জরিবা অসিদি ওঝাসিংদা বিজ্ঞপ্তি তৌজবা নত্তে চুন্না ইচম চম্না খঞ্জবনি সংকীর্ত্তন হায়বা অসিদা মখল কয়া অমা হায়বদি নাম **সংকীর্ত্তন, গুন সংকীর্ত্তন, হরিসংকীর্ত্তন, মহাসংকীর্ত্তন** অসিগী মনুংদা করম্বা সংকীর্ত্তন্না যজ্ঞ সংকীর্ত্তন ওইগদৌরিবনো। শ্রাদ্ধকর্ম্মদা শক্লরিবা অমদি লুহোংবা, যজ্ঞ, বাসকনচিংবা অমদি অষ্টি সঞ্চয়দা শক্লরিবা ঈশৈ করম্বনা যজ্ঞসংকীর্ত্তন ওইগদৌরিবা? ওঝাসিংনা ঙাংনবদা তাজহৌবা খরদং মদুদি ঘাট খায়বদা ওইচাবা রাজমেনগী ভঙ্গি নিয়ম এ ঃ-আ-নচিংবা য়ান্না লুন খন্নবগুম তৌই। ঙসি মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক শক্লরিবা অসি নিয়ম কয়া ঙাক্তবা খরসু উই। করম তৌরগা ওঝাসিংনা ঙাক্কদগে?

ঐখোয়গী মণিপুর অসিদা চৎনরিবা অসি ইমান মান্নদবা খরা লৈ মদুদি কনাগুম্বনা অস্থি সঞ্চয়দা রাগ হৌনি, কনা অমনা হৌরোই, কনাগুম্বা মী অমগী শুভ কর্ম্ম তৌবদা মঙ্গল ওইনবগীদমক, রাগ হৌগনি। করিগুম্বা সংকীর্ত্তন ঈশৈ অমা শকপা তারবদি রাগ হৌগনি। অস্থি সঞ্চয়সু সুদ্ধা সুদ্ধি সংকীর্ত্তন্না ওই। অদুনা রাগ হৌফম থোকই। ঝাল মাঙ্গং পায়রবদি পুংগী ধোপ রাগ, ধোপ সঞ্চার য়েগনী, ধোপ হৌরগা নাম ডাকাগী নিয়মদা লোইগনি অসুম তৌনা হায়নৈ।

ঐখোয়গী জাতি অসিগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা কর্ম্ম, শুমাং খুদিংদা শ্রাদ্ধনচিংবা অসিদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লিলা প্রেমভক্তি, রাগভক্তি, যোলনাম, হরিনাম মহা মন্ত্রগা অমত্তা ওইবা অসিগুম্বা য়াম্না লুপ্পবা নট সংকীর্ত্তন অসিবু মতম চঙলা শেম্বিরম্বা ওঝা গুরুশিংগী জ্ঞান শক্তিনা অঙকপা পোকহন্নকপা ঐগী ৱাখলদদি লাইমক্লি থঞ্জে।

মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী শৃঙ্গার রসপু তাল অমদি সঞ্জ মাত্র অলঙ্কার কয়া হাপ্পুনা নট সংকীর্ত্তনগী মওং মতৌ শেম্বিরম্বা ওঝা জ্ঞান শক্তি লৈরবা গুরু থিবিকপু হন্না হন্না খুরুমজৈ।।০।।

১৬/১০/৯৫

# নট সংকীর্ত্তনগী মরিদা বাফম খরদং

**শ্রী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**

*খোংমন মণ্ডজিন*

ভারত্তা সামবেদদগী হৌনা পুরান উপনিষদ অমসুং মশিং য়াম্বা সঙ্গীত শাস্ত্রশিং মরাং কায়না লৈ। ঙসি ফাওবা মসিগী তোঙান তোঙনবা মশা কয়াদা ঈরোং ফাংনা চেষ্টরি। মণিপুরগী নট সঙ্গীতসু শরুক অমনি। সঙ্গীত শাস্ত্র কয়াদা ভারতকি অৱাং-নোংপোক্কী শরুকপু অভিনয়দা হেন্না হৈ-শিংই হায়না শীংথারি। খৃঃ মমাঙ অহুমশুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা ভরতমুনি, মঙাশুবা শতাব্দীদা মতঙ্গ, খৃঃ তরানিথোই-তরাহুমদোইদা শারঙ্গদেব অমসুং রাজতরঙ্গিনীনচিংবা কয়ানা মরমসিদা শীংথারি। নোংপোক ভাবতকি সঙ্গীত শাস্ত্রদি ১৫ শুবা শতাব্দীদা থোক্লকখিবা হরিনায়ক সূবিগী সঙ্গীত সাব না অহানবনি হায়নৈ। মতমসিদা নারদগী নারদ সংহিতা থোক্লকখি। তরাতরুকশুবা চাদ শ্রীচৈতন্য দেবনা কীর্ত্তন হৌদোকপিখি। কীর্ত্তন শৈশক্কী হৌরকফম খা ভারতনি তামিল নাদুগী "আড়বারশিংনা" কীর্ত্তনগী শৈশক মখল হৌদোক্লম্মী। হাযবসু লৈরি। শৈশকসিগা মবি লৈনবা শাস্ত্র কয়াগী মনুংদা শুভঙ্করগী **'সঙ্গীতদামোদর'**, কৃষ্ণদাসকি গীতপ্রকাশ, নারদগী **পঞ্চম সার সংহিতা**, **সঙ্গীতরত্নাকর**, **কৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ**, **সঙ্গীত পরিজাত**, **পদ কল্পতরু**, **উজ্জ্বল নীলমনি**, **সঙ্গীত রত্নাবলি**, অমসুং রাগ **নীর্ঘন্তক** অসিনচিংবা কয়া লৈ। মমিং পঞ্জরিবসি খরদনি অতে কয়া অমা লৈবি। শাস্ত্রিয় লাইরিক কয়াদা য়ুম্ফম ওইরগা চৎনরিবা **নট সঙ্গীত**, **নট সংকীর্ত্তন অসি শাস্ত্রিয় ওইবনি**। অদুবু ভারত্তা লৈরিবা শাস্ত্রিয় সঙ্গীতনি হায়না য়ানরবা কর্নাটিক সঙ্গীত, হিন্দুস্থানি সঙ্গীত অমসুং শাস্ত্রিয় সঙ্গীত্তগী মণিপুর নট সঙ্গীত হন্থবা দেশী সঙ্গীতকি মনুংদা লৈরি।

মণিপুরদতা নত্তনা অৱাং নোংপোক ভারতকি শরুকশিংদা চৎনরিবা নট কীর্ত্তন শৈশক অসিবু শাস্ত্রিয় সঙ্গীতকি মনুংদা অমনি হায়না হায়বিরিবা শক্লাইরবা নৈনবশিংগী মরক্তা ডা. বিমল রায় অমসুং অতৈ খরা নত্তনা অতৈদি থওইবিদ্রি। হিরমসিদা মতীকচাবা প্রমান অমদি শৈশক, রাগ-মাত্র অমসুং তাননচিংবগী শাস্ত্রিয় ওইবা মশক উৎতুনা ভারতকি সঙ্গীত পদ্ধতিদ চন্নবগী অকনবা সাধনা অমগা লোয়ননা চঙশিনবা তঙাইফদবা ওইরি। মায়কৈশোমদা 'গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী' ইম্ফালনসু হোৎনবা য়াবা হোৎনহন্নিংই।

মণিপুরদা খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ মৈদিংঙু ক্যাম্বা অমসুং খাগেম্বা মহরাজগী মতমদগী হৌখিবা সংকীর্ত্তননা খৃ: ১৭৫৯-১৭৯৮ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা মপুং মরৈ ফানা মশা মরেং শন্দোকখি। নট সংকীর্ত্তন হায়না ঙসি পৃথিবী শিনথুংনো খঙনবিরিবা অসিগী নিয়ম লৈ। নিয়ম কয়াগী মরক্তা মতম মতমগী অহোংবা, শেমদোক শেমজিন কয়া লৈখি হায়বসু নট সংকীর্ত্তনগী ইতিহাস অমসুং গুরু মুখদগী খঙনৈ। ঙসিগী উপলক্ষসিগা মরি লৈননা (খৃ: ১৮৫০-১৮৮৬) মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মতমদা লৈবাক্কী ওঝা গুরু, ব্রহ্মসভা অমসুং সঙ্গীত শাস্ত্র-কীর্ত্তন বিচার কয়াদগী লৌখৎতুনা শ্রীগোবিন্দজীগী সেবাগীদমক লেপ্পবিরম্বা নিয়ম খরদং লৌখৎচরি। পাক-চাওরবা অমসুং থুপ্পবা রাগ মার্গগী নিয়মশিং অদু পুথোকচবদি ননাইগী ইতিক নচ্চদে। ননাইবু লমজিং লমতাকপিরম্বা শ্রীগুরুদেব অমসুং গুরুজনশিংগী থৌজান্দগীনী, ফংজহৌবা খরসিদা অশোয় অরান য়াওরবসু পুন্নমক্লা ঙাকপিনবা গুরুজন, কলাকার অমসুং কলা প্রেমী পুন্নমক্কী মফমদা খোরুমজরি।

মণিপুরগী গৌরীয় সম্প্রদায়গী নট সংকীর্ত্তনদি শ্রীমদ্ভাগবত্তম, গোবিন্দ লীলামৃত, চৈতন্য চরিত্তামৃত অমসুং অতৈ বৈষ্ণব গ্রন্থশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা সঙ্গীত শাস্ত্রগী নিয়মদা চৎন-পথাপ শেম্মী। মসিগী প্রমান কীর্ত্তন বিচার অমসুং কীর্ত্তন শৈশক প্রনালি অসিনা শাক্ষি ওইরি। মসিগা লোয়ননা লৈবাকসিদা মহৌশাদগী লৈজরক্রবা লাই হরাউবা অনোইরোল, মৈতৈ

লাইনীং অমসুং থেঙ্গৌরোলনচিংবগী শরুক কয়াসু নট সংকীর্ত্তন্দা হাপচিনখি। মদুগী প্রমান্দি রাগ, মোইবুং খোংবা, ফীজেৎ অমসুং অভিনয় অসিনচিংবা। মসিদগী ভারতকি কীর্ত্তন শৈশক অমসুং নবদ্বীপকি সংকীর্ত্তন্দগী মণিপুরগী সংকীর্ত্তননা পুমতোপ তোপ্পা হেন্না ফজবা হেন্না কুপশিনবা অমসুং অকনবা নিয়ম কয়াদা য়ুম্ফম ওইবা কীর্ত্তন মশক থোক্লককখি। **অভাংগী, নুপীগী, নুপা মচাগী, ফীজেৎ অমদি অঙ্গ শুবা কীর্ত্তন মখল অমসুং অঙ্গ শুদবা কীর্ত্তন মখল অসিনচিংবা কয়া খায়দোক্লি**। পঞ্জরিবা মখলশিং অসিগী বিচার, রাগ, রস, অমদি শৈশক্তা মান্নবা খরা অমদি মান্নদবা কয়া খায়রি। পূন্নমক্কী মতাং অমমম লৌখৎপদা অচৌবা প্রবন্ধ অমমম ওইবনি। অদুবু অশুপ্পা মশক খরদং লৌখৎচরি।

কীর্ত্তন বিচার মখল য়াম্মী। রঘুনাথ ভট্টগী **কীর্ত্তন চিন্তামনি, কৃতকরচ, কীর্ত্তন মহত্ম্য, তত্ত্ব প্রকাশ**। কৃষ্ণদাস কবিরাজগী **হরি সংকীর্ত্তন নির্নয়**। রূপ গোস্বামিগী **কীর্ত্তন তত্ত্ব চৌদ্দবাদন ধুমেন হরি সংকীর্ত্তন** অমসুং **সংকীর্ত্তন চিতোলাসিনী**। নরোত্তম গোস্বামিগী **গৌর প্রেমামৃত**। কৃষ্ণানন্দদাস অমসুং তুলশিদাস অনীগী **নবদ্বীপ সংকীর্ত্তন বিচার** অমসুং **শিব নারদ সম্বাদ হরি সংকীর্ত্তন রহস্য** অসিনচিংবা। কীর্ত্তন বিচারশিং অসিদা খেন্নবা কয়া উবিগনি। খুদম খরদং পঞ্জরবদা—

রঘুনাথ ভট্টগীদা বাইন (দুহার) মকোক মুকুন্দনা ওই। মাগুপ মপূনা নিত্যানন্দনি। কৃষ্ণানন্দ- তুলশিদাসকিদা দুহার মুরারি, মাগুপ মপু মাধবেন্দ্র পুরি। কৃষ্ণদাস কবিরাজগীদি রঘুনাথ ভট্টগা মান্নে। রূপ গোস্বামি অমসুং নরোত্তম ঠাকুর অনীগীদা খেন্নরিবনা খোনপাংবা অমসুং পুঙ য়ৈবা তুংইন্বা অনিসিদনি অতৈদি মান্নে। হায়বদি ঈশৈহন্বা শ্রীবাস, দুহার নিত্যানন্দ, পুঙয়ৈবা মকোক অদ্বৈত, কীর্ত্তন মপূ হায়বদি মাগুপ মপূ শ্রীচৈতন্য প্রভু। গদাধরনা খোনপাংবা অমদনা পুঙ তুংইন্বা, অমদনা মুকুন্দনা খোনপাংবা অমদি পুঙ তুংইন্বা ওইরি।

মণিপুরগী কীর্ত্তন বিচারদি গুরুজনশিংনা গৌর লীলাদা থেংনবিরিবদু নিংশিংবিরগা অকোন্বগী রূপ গোস্বামি অমসুং নরোত্তম অনিগী মশক্তা

য়ুম্ফম ওইরি হায়বা খণ্ডবিগনি। মসিদা ব্রজভাব অমসুং নবদ্বীপভাবকি মশক খায়রি, লোয়ননা ভাণ্ডারি (অরাংফম), খোঙহাম্ফম, ধুপ-থাউমৈ সেবা, চন্দন সেবা, পাম্ন সেবা, সম্ভাবা অমসুং চরন সেবা অসিনচিংবসু লৈরি। পুন্নমক অসিগী তঙাইফদবা অমসুং শৈশক মখল খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্নবা ফীজেৎ, রাগ-রস অমসুং মতম খায়রি। অচংবগী মথৌ কর্ম, অশিবগী মথৌ কর্ম অমসুং অতৈ প্রবদিন-শিংদা লোইননা নৈমিতক কর্মশিংদা শক-শোন্নবগী নিয়ম থম্মীরি। মাগুপ, মায়কৈ, ফম্ফম অমসুং নিংথৌ, পণ্ডিত অমসুং য়োয়বু য়োয়হেল, অঙম অথৌশিংনা লেংশিনগদবা কুপ্না খায়রি।

মণিপুর কীর্ত্তন বিচাবগী চৎনগদবা নিয়মশিং অসিগী মরু ওইবা খরদি শৈশক অযাম্বা পুঙনা অহান্না বাগ হৌবা, নট সংকীর্ত্তনদা পুঙনা অহান্না বাগ হৌরিবসি **"বাল্য মিলন" "ব্রজভাব" "অদ্বৈত মিলন" নবদ্বীপ ভাব** অমসুং **মৈতৈগী লৈশেমলোন অতৈ পুন্নাশিংগী গুরুনা তাইবঙ শেম্নবা য়াকাইরকপগা মরি লৈনৈ**। ঈশৈগী রাগদা রাগগী মশক খেন্নজববসু নত্রগা বাগীনি ওইরবসু **"তা, রি, ন, ত, না, আ। রি, ত, ন, তা, না"** হায়বা শব্দ ৬/১১ অসিদা মপুং ওইবা, পুঙগী রাগদা **"তেন তৈন, তাং, টক, তাং"** অসিনচিংবনা হৌরিবশিং অসিগী অথুপ্পা রস-তত্ত্ব বৈষ্ণব ভক্তশিংনা খণ্ডবিরি। মৈতৈগী সংকীর্ত্তনগা অতৈ সঙ্গীত শৈশকশিংগা খেন্নরিবসু মতাং অসি অমনি। মসিদা কুপশিন্না নৈনবা চংই। মণিপুরী কীর্ত্তন পুন্নমক রাগ অচৌব নত্রগা মচা অমনা হৌদবা ঈয়ামক য়াদে অদুবু অখন্নবা শৈশক খর হায়বদি **মেরাগী শয়ন, কাংগী জয়দেব শৈশক নাম সংকীর্ত্তন,** আর্ত্তি অমসুং **অষ্ঠি সঞ্চয়** শৈশকনচিংবদদি রাগ হৌদে নট ঈশৈ পুন্নমক রাগ-রাগীনিদা য়ুম্ফম ওইব ঙাক্তনি, রাগগা শাগোম্নদবা ঈশৈ লৈতে। মসিগী থোইদোকপদি মথক্তসু পঞ্চখ্রে, ভক্তি তত্ত্বদা য়ুম্ফম ওইবনি অমসুং শস্ত্রিয়নি। পাক চাউখ্রবা ভক্তি তত্ত্বগী মচং ওইব রাগ মার্গ প্রেম রসদ, য়ুম্ফম ওইবা নট সঙ্গীতকি কীর্ত্তন তত্ত্বদা মণিপুরী গৌবিয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না অকক্নবা নিয়ম কয়া ঙাকপদা মখাগী মরমশিং অসিসু মরু ওই। মদুদি –

(ক) শক শোনগদৌরিবা পদ রচনা অদু শ্রীরাধা গোবিন্দ অমদি শ্রীগৌরাঙ্গ অনীগী নৎত্রবা।

(খ) পদ রচনা অদু রূপ বর্নন, ভজন, প্রার্থনা অমসুং মন শিক্ষা ওইরবা।

(গ) সংকীর্ত্তন মফম অমদি মতম অদু অশেংবা ওইদ্রবা (অমাংবগী মহৌশা ওইবা মতৌ)।

(ঘ) সংকীর্ত্তন অমগী চঙবা মণ্ডলি পুজা, ঘট পুজা, ধুপ-থাউমৈ, লৈ-চন্দন, পান্ন সেবানচিংবা য়াওদ্রবা।

(ঙ) গায়ক অদুনা ভক্তি অঙ্গ শুদ্রবা, ফীজেৎ অমসুং অতৈ মচন শুদ্রবা, লোয়ননা মীওই শুদবা।

মথক্কী মরম মণ্ডাসিগা মরি লৈনবা শৈশক অমত্তদা রাগ অচৌবা অমদি রাগ মচা নৎত্রগা পুঙগী রাগনচিংবা হৌরোই হায়ন গুরুজনশিং অমসুং লৈবাক নিংথৌনা লেপ্পবিরম্মী।

মসি নত্তবা অতৈ খরসু লৈরি। ননাইনা লৌখৎচরিবসি অসুপ্পা খরদংতনি। মণিপুরগী তোঙান তোঙান্ন সংকীর্ত্তন মখলশিং, থৌদোক থৌরমশিং অমসুং নুপী, অঙাং-অহন খায়না শক্লরিব-শক্লগদবা পুঙ অমদি ঈশৈগী মনুঙ-মপান খায়বা নিয়ম কয়া থম্বীরি। অসিগুম্বা মপান নাইদ্রবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী বিচারগী কুপ্লবা মশকশিংবু করিশু খঙজদ্রিবা ননাইনা মপুংফানা হঙ্গৎচবা ইতিক ওইদে। গুরু কৃপাদগী ফংজবা খরদং সভাগী থৌগল ফংজবা মতাংসিদা খরুমজরি।।০।।

৫/১০/৯৮

# মোইবুংগী বিষয়

**শ্রী অয়েকপম কেশো সিংহ**

*শিংজমৈ থোংঙাম লৈকাই*

মোইবুং হায়বসি শ্রী ভগবান নরাত্মা অবতার তৌরকপদা লোইনবিরক্লবা পোৎশক অমনি করিগুম্বা থবক অমা পাংথোকপদা মোইবুংগা লোইন-লোইননা থবক অদু তৌরবদি অফবা মহৈ ফংই। মোইবুং খোংদুনা মখোল অদু তাহল্লবদি ভূৎ প্রেত য়েক্লবা পুন্নমক মাংই নোরোক্তা তারবা জীবশিং ফাওবদা মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা পাপ পুন্নমক কোক্লুনা শ্রীভগবান কৃষ্ণ ফংবা ঙমই।

শ্রী বীষ্ণু পুজাদা মহা যজ্ঞদা শিজিন্নদুনা লাক্লবনি শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী হরি সংকীর্ত্তনদসু ধ্বনি মঙাগী মনুং চন্দুনা মোইবুং অসিশু য়াওরক্লবনি।

হৌজিকমকসু শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবাদা নট সংকীর্ত্তন্দ মোইবুং খোংবগী লোইশং থম্লিবা অসিনি।।০।।

১৪/১০/৯৪

# মোইবুংগী মরম

**শ্রী হৈক্রুজম চাওবা সিংহ**
*খাগেমপল্লি পনখা*

হরে কৃষ্ণ, ঙসিগী মতিক ময়াই কল্লবা গুরুজনশিংবু ইরাৎ পুজাগী থৌরম অসিদা ময়াই তাংবল লেঙশিনবিরিবা ইকাই খুম্নজরবা সভাপতি লাইগুরু খিব্বিকপু ননাইনা কোক নোঞ্জরি।

বৈষ্ণব অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা শাগোম্নরগদবা হরিনাম মহা যজ্ঞগী মরমদা লাই ওইরবা অখণ্ড-অহৈ ওজাশিংনা মখল মথেল কয়াগী নৈনবগী নুমিৎ অসিদা করিসু খঙজদবা তোল্লবা ননাইবু শিক্ষা অমা পিবিবা অসি ননাইগী পুক্নিদা অমুক ফংলরোইদবা তাংলবা মতাংনি। সনজিংনা ননবগুম থোকচৈ, ইতিক ইপা চাজদবনিনা, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী, গুরুজনগী কৃপাদগী খঙজরকপা, তাজরকপা, থেংনজরকপা খরদং সেবা ওইজগে।

**নৈনজনিংবা হিরমদি, অহানবদা ঃ-**

সংকীর্ত্তন খুদিংমক্তা মোইবুং শিজিন্নব্রা? ৱাহং অসিগী পাউখুম ননাইনা খঙজরুবা খরদং অমদি লাইগুরুশিংনা তাকপিবগী মত মতুং ইন্না—

**(ক) রাসলীলা (খ) শ্রাদ্ধ (গ) ফিরোই (ঘ) না-হুৎপা (ঙ) নগুনথাংবা (চ) কাং-চিংবা (ছ) বিষ্ণুনা হিয়াংলেংবা (জ) দুর্গা লেঙবা (ঝ) সরস্বতি লেংবা, লাইগী থৌরমশিংদা মোইবুং খোংদবা য়াদে হায়বসিনি।।**

অদুগা তোপতোপ্পা ৱাফম অমনা প্রজা মীচমগা, লৈবাক নিংথৌগা খেন্নবা অসিনি। মদুদি নিংথৌনচিংবগী লুহোংবা, অষ্টি- শঞ্চয়নচিংবদসু

মোইবুং খোংবা অসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরকই হায়দুনা তাকপি। মীচম প্রজাগীদি, অষ্টি, লুহোংবনচিংবদা মোইবুং খোংনদে হায়বসিনি।।

**অনিশুবা হিরমদা ঃ-**

করম্বা ইনিংথৌ সনা হাক্তক্তা মণিপুরদা মোইবুং শিজিন্নবা হৌখিবগে?

ঋহং অসিগী পাউখুমদি, পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা ইনিংথৌ ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তা ইহান-হান্না মোইবুং খোংবা হৌখি তাকপিরকই। অঋাগী পোং নিংথৌনা ক্যাম্বা মহারাজদা খুদোল তৌদুনা বিষ্ণু মুর্ত্তি অমা পিরকখি, মসি খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ গী মনুংদনি। মহারাজনা লম্মাংদোংদা লেঙখি, নট সংকীর্ত্তন তৌখি।। মরম অসিদগী লম্মাংদোংগী অতোপ্পা মমিং অমা বিষ্ণুপুর কৌরিবা অসিনি।।

**অহুমশুবদা ঃ-**

মৈতৈ লৈবাক্তা লাইগুরুশিংনা শেম্বিরম্বা শুর, খোম্বোক, অসিগা মপান লৈবাক্কী খোংলিবা সুর, খোম্বোক্তা খেন্নরিবসি করিগীনো হায়বসিসু খম্বদবা য়াদ্রবনি।।

মসিগী পাউখুম ওইনা, মপাল লৈবাকশিংগী ভক্তশিংনা মখোয়গী চৎনবী সুর খোম্বোক অদুতা হৈনখিদুনা অতোপ্পা লৈবাক্কী মতৌ লৌখিদ্রে। লৌনবা হোৎনবদসু সুর তাবা ঙম্নদে। অদুনা খেন্ননা অসুম চৎনখ্রবনি। মৈতৈগী সুর অসি তশেংনমক ননাইশিং মীতোপশিংনা লৌবা ঙমদবদগী মখোয়গী হান্নগী চৎনবীদু অদুম তৌখি।

সংকীর্ত্তনগা মোইবুংগা তৎন-থানবা য়াদবা মরি কয়ামুক লৈবগে হায়ববু - ওজা হিয়াংলম ঋবগাইদা লৈবা এলাংবম কহ্নাইনা তাকপিরকই – সংকীর্ত্তন অমদা পুঙ য়ৈবা, ঈশৈ শকপা, দুহার অমদি খোম্বাংবা মরি অসিতনা সংকীর্ত্তন মপুং ফাদে হায়দুনা হরিদাস কৌবা ব্রাহ্মন মচা অমবু মোইবুং খোংহনখি চপচাবা অইবদি ফংজদে - লাইগুরুশিংনা তাকপিবনি।

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌনবা কাইনা চীংদগী থৈবোং য়ান্দুনা তুরেন্দা পুরকপদা উরুপ-অরাপ্তি য়ৌরকপদা উদু

লুপপ্রবদা, পুঙ খাল মোইবুংনেচিংবা খোংদুনা আরাতি কংলবদা উদু তাউদুনা সনা কোনুং য়ৌরকখি অমসুং শ্রীশ্রী গোবিন্দ, বিজয় গোবিন্দ, হণ্ডোই চুরানচিংবা ইবুংঙোশিংগী মূর্ত্তিশিং শাখি। ঙসিসু লাইগুরুশিংনো উরুপ-আরাতি তাবিরি খঙবিরি। নাহুংপা নগুন থাংবনচিংবদা মোইবুং খোংবা ওঝাশিং ফংদ্রবদা মোইবুং অমা ৱাইরগা আশন অমা থারগা থম্নরিবনি। কয়াদা কন্না সংকীর্ত্তনগা মোইবুংগা লৈনখ্রবা মরিনো?

**ৱাফম অমনা মোইবুং অনি খোংবা করম্না মতমদগী চংনখি?**

ননাইনা হংজবদা, শ্রীযুৎ চন্দ্রকৃতী সনা হাক্তক্তা য়াইস্কুল চিঙাখম লৈরক্তা লৈবা গুরুময়ুম প্রেমেশ্বর শর্ম্মা খ্বাইনদি মী পীকই হায়দুনা বামোন উচিবা হায়না খঙনবা ঐজ্ঞা অসিনা ইহান হান্না হৌদোকখি। ঐজ্ঞাদি মোইবুং খোংবা নত্তে দুহোন্নি অদুবু য়াব্রা য়েংগে হায়দুনা মোইবুং অনি খোংউবদা মখোল থোকখি। মতুংদা তেলেম্বা ওঝা হায়বা কৈশামথোং হোদাম লৈরক্তা লৈবা ওঝাসিনা মোইবুং অনি খোঙবা চংথখি। ঙসিসু চংথনরিবসিনি।

ননাইনা পুথোকচরিবা খুদিংমক ওঝা শ্রী ময়েংবম কেশো, ওঝাসিনা তাকপিরকপনি।।০।।

১৬/১০/৯৫

# নট সংকীর্ত্তনগী তালদা ষটপিতা পুত্রক

**শ্রী মৈকাম থোইবা সিংহ**

*হাওবম মরক*

মণিপুরদা পুঙ-ঈশৈ জগোইগী মরমদা সেমিনার পেপর কয়া কয়া পানখ্রে অমদি ঋার্কসোপনচিংবা কয়াসু তৌনখ্রে। পানখিবা পেপরশিংদা শাস্ত্রময়াম অমগী মরমদা ইবিরকখি অমদি ৱা ঙাংনখি। তৌববুদি শাস্ত্র ময়াম অমা লৈ হায়বগী মমিং ময়াম অমা তাকপিবা কান্নদবা ফত্রবা নত্তে, মমিং ময়াম অমা খঙজহৌই। মসিদা নৈনবা য়াবদি পুখৎলক্লিবা শাস্ত্রশিং অদুগা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী তাল শাস্ত্রগা কদায় ফাওবা নকশিন্নবা, মান্নবা, অমদি খেন্নবা কয়া উত্তুনা নৈনবদি ইয়াও য়াওখিদে হায়বা তাই। চুম্নগী মণিপুরদা চৎনরিবা তাল শাস্ত্রদি মসিনি শাস্ত্রশিংদা লৈরিবনা মসিনি হায়নফাওবা পনবা থেংনদে। চুম্নগী লাইরিক্কুগী মনুংদা য়াওরিবা চৎনবী খরা অদুগা পনবগী ৱা ওইনা তৌই। মরম অদুনা নৈনখি, ইনখি, ৱা য়াম্না হায়নখি মাসু ফনা শাংনা ঙাংজখি হায়বা নত্তনা কান্নবদি থোইনা ফংখিদে।

ঙসি তিনবিরিবা ওজা গুরু খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা ননাইনা হ্বাহং অমতং থমজনিংই মদুদি- মণিপুরদা হৌজিক পুঙ, ঈশৈ, জগোইগী তাল শাস্ত্রনি হায়না লৈরিবা লাইরিকশিং খুদম ওইনা **গীতচন্দ্রদয়, শ্রীকৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ, সঙ্গীত পরিজাৎ, সঙ্গীত সার সংহিতা, সঙ্গীত দামোদর, সঙ্গীত সংগ্রহ অমদি সঙ্গীত রত্নকরন**চিংবা হায়রিবা শাস্ত্রশিং অসিগী মনুংদগী নট সংকীর্ত্তনবু করম্বা শাস্ত্রগী পাদমদা নৈনগদগে অমদি করম্বা শাস্ত্রগা চান্নবা অমদি নকশিন্নবা য়াওবগে?

নট সংকীর্ত্তনগী মনুংদা য়াওরিবা তালশিং অসি মহা সমুদ্রনি। ঙসি ঙাইহাক্তংদা নৈনরগা লোইবা ঙম্লোই। মসিগী মনুংদা য়াওরিবা তাল

মচা অমতং নৈনবদফাওবা নোংমা নিনিদা লোইশিনবা ঙম্লোই। অদুবু মপুং ফাবা ঙমদ্রবসু 'তাঞ্চপ' হায়বা তাল অসিগী মতাংদা শন্নম্লা খরদং পঞ্জগে।

'তাঞ্চপ' হায়বা তাল অসি নট সংকীর্ত্তনগী মফম কয়াদা য়ৈনৈ অমদি শক্লে। খঙনবগীদি মাত্রা ৪,৮,১৬ লৈবা একতালশিংবু তাঞ্চপনি হায়না খ্বায় পূন্নমক্লা খঙনবিরি। তাঞ্চপকী চপ চাবা definition পীবা তারবদি অসুন্না হায়বা য়াই। তালমিৎ অমদগী মথং মথং দ্বিগুন দ্বিগুন লৌদুনা হায়বদি অনি অনি থোন্দোকহন্দুনা চাওথোকপা য়াবমখৈ চাওথোরকপা কলাগী একতালশিংবু তাঞ্চপ হায়না খঙনৈ।

অদুবু করি মরমগীদমক্তা তাঞ্চপ কৌরিবনো হায়বদুদি কনা অমত্তনা খঙনদে। কলানা দ্বিগুন, চৌগুন লৌদুনা চাওথোক্লিংবমখৈ চাওথোরকপা য়ারবসু তাম্বাদি অমত্তমক থাগদবনি। তাম্বা অমত্তমক থাবগীদমক মহাকপু একতাল হায়না খঙনরিবনি। ব্রাফম অসিন্বু মনিং মমাং ওম্লোক্নুনা হায়রগা, করিগুম্বা অচৌবা অরাওবা কলা অমগী একতাল অমবু মথং মথং তংখায় তংখায় চপথরক্নুনা তালমিৎ অমত্তং ফাওবা চপথরকপা য়াবা একতালবু তাঞ্চপ হায়না খঙনৈ। তালনা তংখায তংখায় চপথরকপা য়াহল্লী হায়দুনা তাঞ্চপ হায়না কৌনরকপনি। তালমিৎ অমত্তংগী তাম্বাদি হায়গৎনবা মতম য়াওদবনা মশানা চপ লেপখ্রগনি। অদুনা তাঞ্চপ হায়বসি য়াম্না ইং তপ্না য়ৈরম্বদগী অসুম মথং মথং থুজিল্লক্নুনা মমৈদা থ্বা য়াবা থুজিন্দুনা য়ৈরগা অরোইবদা অখায়বা পুংলোন অমা য়ৈদুনা থাদোকই। মতাং অসিদা নৈনবা য়াবা, ব্রাফমদি তাঞ্চপনা তপ্না য়ৈরম্বদগী সুম খরা খরা তংখায় তংখায় থুজিল্লক্লিবগী মরম করিগীনো? কনাসু করিগীনো হংনদে। ওজাশিংনসু অয়াম্বনা তশেংনা খঙনিংদুনা হংলুরবসু অদুগা অমরোমদসু পুঙ-ঈশৈ জগোই তৌবা Artiste অয়াম্বনা মসিগুম্বা তালসি খঙনবসু হোৎনদে। ওজাশিংসু মরমদু ছাত্রশিংদা নোংমতসু পল্লুদে। অদুবু পূন্নমক্লা খঙলিবদি তপ্না হৌরগা থুজিন্দুনা কম্না য়ৈরগা থাদোক্নি হায়বসিতনি। অদুগা অমুকসু নৈনবা য়াবদি থুজিল্লক্লিবসি কয়া কয়াগী চাংদা থুজিনগদৌরিবনো?

মথং কয়া ফাওবা থুজিনবা য়ারিবগে? ৱাহংগী ৱাহং ঙাক্তনি পাউখুমদি লৈতবা।

ৱাহং অসিমক লাইওইগ্রবা এলাংবেম ওঝা নীলকান্তনা ননাই ঐঙোন্দা নোংমসু হংগ্রবনি। মতমদুদা ননাইনা খুমজখি। ওজাবু মসি পুঙয়েবগী হৌনবীনি, য়েরম্বা পুঙলোন অমা থাদোক্লগে হায়রবদি থুজিন্দুনা কন্না য়েরগা থাদোকপা চংনৈ। করিগীদমক থুজিল্লিবনো হায়বদি ননাইসু খঙজদে, ওজাশিংনসু মরমদু তাকপিরক্তে। ওজাশিংসু অদুম য়েরগা অদুম মথাদোকই হায়রগা মখা তানদ্রে। মরমদি ওজানা মখা তানবগী মরম লৈত্রে হংলুরগা মদুগী পাউখুমসু ফংলোইদবনা হংদবনা ফরে হায়না খন্নদুনা অদুম মখা তানদ্রে। মসিনি হৌজিক মণিপুরগী পুঙ-ঈশৈ-জগোইগী মরমদা লৈরিবা অশোয়বা অমদি থিজিন্নিংঙাই ওইবা মশকশিং।

তাঞ্চপকী মনুংদা য়েরিবা পুংলোনশিংদু শন্নপ্না হায়জরক্তে। মদুদি — খিৎ গ্রগ্র তঘিন ধিন - ধেন ধিন ঘিন্নগ্র ধিন গ্রগ্র তঘিন ধিন - তঃ তাং। অসুম্না তপ্না য়েরম্বদগী অমুক খরা থুজিন্না ধিন ঘিন-তৎ-তৎ ধিন ঘিন্নগ্র ধিন ঘিন-তৎ-তৎ তঃ- তৎ-তৎ তক গ্রগ্র তৎতেন তৎতেন তৎতেন্তা তাং।

মথংদা অমুক খর থুজিন্না ধেনত্রগ্রতঃতাং-তকতাং-ত্রগ্র তাক তাং তাক তাং। মথংনো খরা অমুক থুজিন্না ধিন ঘিন-তাং ধিন ঘিন্নগ্র। মথংদা তাকঘিন্নগ্র ধেন ঘিন্নগ্র ধেন্তা হায়না থুজিনবা য়াবা থুজিল্লগা মমৈদা গ্রগ্র তাং-ঘিন থেন খিন গ্রগ্র তাং গ্রগ্র তাং খিতা ঘিন্নগ্র ধেন তাঘিন থেৎ ধেন। হায়না কন্না য়েদুনা খায়দোক্লগা থাদোকই। মসি করিগী খুৎয়েনো? করিগীদমক অসুম্না থেনখাং থেনখাং চংশিল্লকইবনা করি হায়রিবনো? কনাসু খঙই হায়না হায়রক্তে। অদুবু অসিগুম্বা অসি সংকীর্ত্তনগী মনুংদা য়াম্না য়াওরি। তাল অসি অরাওবদগী হেক থাদোকপা ফাওবসিদা তাল মপুং অমনি হায়বা ফাওবা অয়াম্বনা খঙনদে। তোঙান-তোঙানবা তাঞ্চপ ময়াম অমা ঈশৈ ঈশৈদুগী মওং য়েং য়েংদুনা শক্লিবনি নৎত্রগা য়েরিবনি হায়না লায়না খন্দোকই। তশেংনা হায়রবদা তম্লুবা পুঙলোন অমা, ঈশৈ অমা অদুম য়েজবনি নৎত্রগা শকচবনি। মনুংদা চেন্নিবা তালগী ঈচেলদুগী

ঈহৌরককমদি ওসি ফাওবদা কনানসু থিনদে অমদি খঙনদে। মসি খঙদবসি ঐখোয়গী অশোনবনি অমদি লাইবক থীবনি। পূন্নমকসি ঐখোয় খঙদোকপা দরকাররনি, ঐখোয়গী ইথৌ য়াম্না লৈরি। তশেংনা হায়রবদা ঐখোয় অয়াম্বনা হৌজিক লৈরিবা ফিভমসি তেনবানা ঝোলোনাম শোনবগা পাংথক ওইরিবনি।

অসিগুম্বা থিজিন্নিংঙাই ওইরবা খঙবদসু ৱাবগদবা ময়াম অমা নট সংকীর্ত্তনগী মনুংদা হায়নিংঙাই খঙদনা নৈননিংঙাই ওইরবা মচাক ময়াম অমা লৈবি হাযবসি মমুৎ তানা খঙলবা মণিপুরগী শক্লাইরবা ওজা সনখ্যা ইবোতোম্বীনা মসি কবম্না কোক্তদগে অমদি মযাম পূন্নমক্তা মবম অসি লৈবনা অসুম্না যৈবিবনি হায়বসি নট সংকীর্ত্তনগী মনুংদা থাওবিবা তালশিংগা শাস্ত্রগা যুক্তি ওইনা নৈনদুনা লৈবম্বা থেংনক্ববদগী ঐ ঈশাসু য়াওনা ওজাগী মতুং ইন্দুনা নৈনবা অসিদা শরুক যাম্ববকখি।

মতাং অসিদা ননাইনা হায়জনিংবাদ অসিগুম্বা তাঞ্চপ অসি তিত্তালগুম্না হাযবদি মেলগুম্না যৈকববর্দি লোইদ্রিফাওবা যৈগদবনি মাগী চংশিল্লকইবা খোঙথাংশিং মথং মথং কাযদনা যৈগদবনি মবক্তা লেপথোকপা যাদে। লেপথোকই হাযবগী ৱাফম নত্তে, হৌজিকসু অদুম লেপ্তুনা যৈনরিবনি।

অসুম্না যাম্না তপ্না হৌরক্লগা অসুম খর খব থুজিল্লক্লুনা মমৈদা থুবা য়াবা থুজিন্দুনা যৈরগা থাবসি ওঝাশিংনা মমাংঙৈদগী অদুম চৎনবকই হৌজিকসু চৎনবি। অসিগুম্বা তালগী শাজৎ অসিবু শাস্ত্রনা ষট্‌পিতা পুত্রক হাযনা খঙনৈ। অদুনা ঐখোয়গী তাঞ্চপ অসিসু ষট্‌পিতা পুত্রকশিংগী মনুংদা অমনি হায়জনিংই। ষট্‌পিতা পুত্রক হায়বদি তাল মপা মচা তরুক হায়বনি। তাঞ্চপপু 'ষট্‌পিতা পুত্রক' হায়না কৌরুবগী মরমদি তাঞ্চপ হাযবসি তালমিৎ মরিনা কলা ওইবা হায়বদি অমা, অনি, অহুম, মরি নৎত্রগা পুংলোন্দা তৎতাখিত্তা হায়না পূঙখোল মরিথক য়াম্না থুনা হায়বদা চংবা মতমবু কলা অমা ওইনা লৌরগা তাল থারিবা অসিবু শাস্ত্রনা চতুরস্য কলা হায়না খঙনৈ। তাঞ্চপপুসু চতুরস্যা হায়না অদুম খঙনৈ। মসিনা তাঞ্চপ

পুন্নমক্কী মপীনি। অসিগুম্বা তালমিৎ মরি চনবা কলা অসিনা লেংদবা মশক হায়বদি মপী ওইরগা মঙোন্দগী দ্বিগুন লৌদুনা হায়বদি মথং মথং অনি অনিরক থোন্দোরক্লুনা মঙারক কাখৎলেকপসিগা অহানবগী মপী অদুগা পুন্না তরুক অসিবু "ষট্পিতা পুত্রক" হায়না শাস্ত্রনা তাকই।

তাঞ্চপতা য়াওরিবা ষট্পিতা পুত্রক্কী মশক অদু পুঙলোনগা কোন্ননা মখাদা পীজরি। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা ৱাফম অমদি পুঙলোন অমসুং তালগী মশকপু নোটেসন তৌদুনা ইবদা 'মাত্রা' হায়বা ৱাফম অসি পঞ্জরোই। মরমদি "মাত্রা" হায়বা অসিগী পাদম অসি মসি ওইরে হায়না চপ চাবা মশক অদু ঙসি ফাওবদা কন্নানসু পীবা ঙমদ্রি। আদি গুরুশিংনসু মাত্রাগী ৱাফম অসি থোইনা পন্নমদে। মদুগী মহুত্তা তালমিৎ হায়না অদুম হায়জরে। '+' খুদম য়েৎকি খুদমনি। '0' না ওইগী খুদমনি। ⁚⁚ কা অমগী খুদমনি. মনুংদা বিন্দু মরি লৈরিবসিনা তালমিৎ মরিগী খুদমনি। অমরোমদা তাঞ্চপ হায়রবদি মশানা তালমিৎ মরি চনবা কলা ওইজবনা কলাগী খুদম মনুংদা তালমিৎকী খুদম বিন্দু অসি হাপচদ্রে। অদুনা তালমিৎ মরি চনবা তাম্থাবু কলা অমা হায়না লৌরগা কলাশিংনা দ্বিগুন লৌদুনা মঙারক কারকপা খ্বাইদগী চাউবা মশক অদু ফাওবা উৎচরি।

(১) 'তালমিৎ মরি চনবা কলা ৩২/৩২ না য়েৎ অমসুং ওইদা লৈদুনা শেম্বা একতাল তাঞ্চপকী খ্বাইদগী চাউবা অনী অনীরক থোন্দোরকপা মঙাশুবা মশক অসি ওঝাশিনা 'তাঞ্চপ অফাকপা' হায়না খঙনরিবা অদুনি।

+
।। খিৎ - - শ্রশ্র তা ঘিন ধিন - । - - ধেন - ধিন - ঘিন্ন গর।
খিন - - শ্রশ্র তা ঘিন ধিন - । - - তাক - তাং - - - ।।

(২) তালমিৎ মরি চনবা কলা ১৬/১৬ না য়েৎ অমসুং ওইদা লৈদুনা শেম্বা একতাল তাঞ্চপকী অনিরক থোন্দোরকপা মরিশুবা মশক অদু ওজাশিংনা তাঞ্চপ 'অরাওবা' হায়না খঙনরিবা অদুনি।

+
ধিন ঘিন - তৎ। - তৎ ধিন ঘিন্নগ্র। ধিন ঘিন - তৎ । - তৎ তাক-।
0 তৎ - তৎ । - তৎ তাক ত্রশ্র । তা তেন তা তেন । তা তেন্স তাং -।

(৩) তালমিৎ মরি চনবা কলা ৮/৮ না য়েৎ অমসুং ওইদা লৈদুনা শেম্বা একতাল তাঞ্চপকী অনিরক থোন্দোরকপা অহমশুবা মশক অসি ওঝাশিংনা 'তাঞ্চপ' অফৈবা হায়না খঙনরিবা অদুনি।

+ o

।। ধেন ত্রগ্র তক অং।-তাক-অং-। -ত্রগ্র তক অং।-তক অং-।।

(৪) তালমিৎ মরি চনবা কলা ৪/৪ না য়েৎ অমসুং ওইদা লৈদুনা শেম্বা একতাল তাঞ্চপকী অনিরক থোন্দোরকপা অনিশুবা মশক অসি ওঝাশিংনা তাঞ্চপ অচৌবা হায়নরিবা অদুনি।

+ o
তাক - - খিৎ। তাক ঘিন্ন গ্র ধেন্তা

(৫) তালমিৎ মরি চনবা কলা ২/২ না য়েৎ অমসুং ওইদা লৈদুনা শেম্বা একতাল তাঞ্চপকী অনীরক থোন্দোরকপা অহানবা মশক অসি ওজাশিংনা তাঞ্চপ ময়ায় হায়নরিবসিনি।

+ o
তাকঘিন্ন ঘিন্নধেন। ঘিন্নঘিন্ন ধেন্তা

(৬) তালমিৎ মরি চনবা কলানা য়েৎ অমসুং ওইদা অমমম লৈদুনা শেম্বা একতাল তাঞ্চপগী অহানবা মপী অদুবু ওজাশিংনা একতাল তাঞ্চপ মচা (মপী) হায়না খংনরিবা অসিনি।

।। তাগ্র । গ্রতাং । ঘিন । থেন। ধিনগ্র। গ্রতাং। গ্রগ্র। তাখিৎ।

তাঘিন্ন ।ঘিন্নধেন। তাঘিন। থেৎ। ধেন । - ।।

মথক্তা পিরিবা তাঞ্চপ হায়বা একতাল অসিদা তালমিৎ মরি চনবা কলানা দ্বিগুন লৌ-লৌদুনা মঙারক কাখৎলকপা মসিগা মপী অদুগা পুন্না ৬ অসিবু ষট্‌পিতা পুত্রক হায়না শাস্ত্রনা পীরিবদু প্রমান তৌজরি। অসুম্না তাঞ্চপকী শাজৎ মওং অসিগুম্বা খ্বাইদগী পিকপদগী কলানা দ্বিগুন লৌদুনা চাওথোরকপদু নট সংকীর্ত্তনগী পুংলোন অমসুং তালশিংগী মনুংদা য়াম্না য়াওরি। মদু পূম্নমক অসি পুথোকপা, থিদোকপা হৌজিক মতম চপ চারবনি।।০।।

৩১/১০/২০০০

# মণিপুরগী মৈতৈ সমাজদা নট সংকীর্ত্তননা কৎচবা সেবাগী শক্তম খরা

**শ্রী পি. যুগেশ্বর সিংহ**

*খাগেমপল্লী পঙ্কক, ইম্ফাল।*

ঙসি তাং ৩১/১০/২০০১ ইং, মেরাগী ১৪ (তরামরিনিপানবা) য়ুমশকৈশা নুমিৎ অসিদা "গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী" না শিঞ্জা লাংজদুনা পাঙথোকচবা গুরু কীর্ত্তন থৌরম অসিদা শরুক য়াজবা ফংবগী অহানবা মিকুপ অসিদা জগৎকী মপু শ্রীহরিগী চরন্দা তোল্লবা মীওই অমা ওইনা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা দন্দবদ প্রনামনা খুরুমজরি। অনিশুরকপদা কীর্ত্তন অসিদা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা হৈরাং লৈরাংগী খুদোন তমবিদুনা ফোটোগী পান্দমদা থমবিরিবা মতিক ময়াই লৈরবা ওঝা গুরু পুন্নমকপু অষ্টাঙ্গ প্রনাম তৌজরি। অরোইবা ওইনা ঙসিগী কীর্ত্তনগী থৌরম অসিবু থোইদোক্লা মরু ওইবা থৌরম্নি খনবিদুনা শরুক য়াবিরিবা অহল্লোন নহারোল নুপী সমাজগী মীওই কয়া অমদি সাধু বৈষ্ণবগোন পুন্নমকপু খুৎ লোন্নদুনা ইকাই খুম্নবা উৎচরি।

ঙসিগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা পুঙফম অসিদা ঐবু মীয়ামদা ঋাহে খরদং খুদোল তমজৌ হায়না তাকপিরিবা ঋাফম অসি "মণিপুরগী মৈতৈ সমাজদা নট সংকীর্ত্তননা কৎচবা সেবাগী শক্তম খরা" হায়বা হিরম অসিনি। মুন্না খন্থদুনা য়েংলবদি হিরম অসিদা মতিক চাবা শিদ্ধান্তা কয়া পুথোক্তুনা বেদ শাস্ত্রগী ওইবা শ্লোক কয়াগা লোয়নননা ঙাং শকপদা মতিক চারবা মীওই অমা ননাইদি নৎচদে। অদুবু ঙসিগী সমাজ অসিদা হিংদুনা লৈরিবা মীওই অমা ওইনা হিরম অসিদা পাওদমগী মওং ওইনা ফোংদোকচনিংবদি লৈজে। ঋাখল্লোন অসিদগী শিনবি লাংবিরিবা কাংবুদগী পিবিরকপা য়াথং

অসি লৌজরক্লবগী মরমনি। মরম খরা অসি লৈবনা ননাই ঐনা ফোংদোকচগদৌরিবা রাফমদা অশোয় অরান য়াওরক্লবসু ময়াম পুন্নমক্লা ঙাকপিগনি খঞ্জে।

মীয়াম পুন্নমক্লা, অখণ্ড অহৈ কয়ানা ইবিরকপা তাকপিরকপা মতুংইন্না মৈতৈ সমাজদা সংকীর্ত্তন হায়বা অসিনা খোঙদারকপদি মৈতৈ লৈবাক্তা খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ দা পানখিবা নিংথৌ ক্যাম্বা থাংবাই নিংথৌবাগী হাক্তক্তগীনি। মথং মথং লাকখিবা মতমগী খোংচৎতা খৃঃ১৫৯৭-১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌগী মতমদা লমদম অসিদা ভারতকী মফম কয়াদা লৈবা ব্রাহ্মন কয়া চংজফম লৌনরকখি। মতম অদুদা নিংথৌগী অয়াবা য়াওনা থুম্বুথোং ময়াদা চেক্কী ফুরা শাদুনা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তিবু নিয়ম নাইনা আরতিনচিংবা কৎতুনা লাৎপা হৌখি। মতাং অসিদগী অরিবা সংকীর্ত্তনগী মরূ অদু ময়োন চোংবা হৌবকখি হায়না লৌজে। মথং লাকপদা খৃঃ ১৭০৯ -১৭৪৮ দা মৈতৈ লৈবাক্তা পানখিবা নিংথৌ পামহৈবগী মতমদদি সংকীর্ত্তনগী থৌরম কয়া পাঙথোক্তুনা ঈশৈ নোংমাইগী লম্বী অসিদা চংশিল্লকপা পান্দম উবা ফংই। অদু ওইদুনসু মপুঙ ফাবা সংকীর্ত্তনগী শক্তম ওইনা চংশিল্লকপদি খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮ দা পানখিবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতম খৃঃ ১৭৭৬ হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী য়ুথক মতুং পুং অমা চংলকপদা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌদুনা জীবন্যাস তৌখিবা মতুং অসিদগীদি কোনুংদা পালা লোইশং লিংদুনা অষ্টকাল সেবা চৎতুনা লৈবাক নিংথৌনা অমতা ওইনা য়ানরদুনা নট সংকীর্ত্তনগী থৌরম অসি চৎনবা হৌরে হায়না লৌনবা য়ারে। মতৌ অসুম তৌনা লমদম অসিগী ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী সেবা ফংজরক্লবা নট সংকীর্ত্তন অসিগী শক্তম অসি মথং মথং অঙ্গ কয়া হাপচিনলক্তুনা খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬ তা পানখিবা নিংথৌ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদদি নট সংকীর্ত্তনগী শক্তম অসি থোইদোক্লা হেন্না মপুঙ ফাবা শক্তম অমা ওইরে। মসিগী মথং লাকখিবা নিংথৌ চুড়াচান্দ সিংহগী মতমদসু অনৌবা থৌরাং খরসু হাপতোক হাপচিন তৌখি হায়বা য়াই।

মতৌ অসুন্না ওইরকখিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন হায়বা লাইনিং লাইশোনগী মওং অসিনা লৈবাক নিংথৌ ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী থৱাইনা তাজবা লাইনিংগী পান্দম ওইরকপদগী মৈতৈগী মহৌশাদগী লৈরকপা য়েক শল্লাইগী খেন্নবা থৌওং কয়াদগী কাংলুপ নাইদুনা খংল-চৈনরম্বা ৱাখললোন কয়াবু থরগী মখৈ মাঙহনখিদুনা ঐখোয় অমতনি, ধর্ম্ম অমতা ওইবা, ইনাৎ লোনচৎ অমতা ওইবা মৈতৈ জাতি অদুনি হায়না অপুনবা শক্তম অসি হায়নৱুবা হংনৱুবা তৌদনা পুন্না লৈমিন্নরকই। অচৌবা থৌদাং লৌখি হায়না লৌবদি য়াই। মতাং অসিৱাইদগী নট সংকীর্ত্তন অসিনা মৈতৈ জাতিগী অপুনবা শক্তম পুরকপা (Birds of same feather froged together) হায়বা পান্দম অদু উৎলি।

মতৌ অসুমতৌনা নট সংকীর্ত্তন্না মৈতৈ সমাজদা শ্রীমদ্ভাগবদতমগী ওইবা পাওমেন পাওতাক কয়া থিজিন হুমজিন্নৱুবদগী ফংজবা ঙমই। ৱাফম কয়া অসিসু অচম্বা ৱাখল লৈতবা ৱাফম অমত্তা ওইরমদে। বৈদিক য়ুগকী ঈশ্বরগী য়াথং ওইনা লৈরবা মতম কয়াদগী চুমদুনা লাক্লবা মতুংদসু চুমদুনা লেংদনা লৈরগদবা মানব জাতিগী মঙ্গলগী-লমজিং ওইবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া ওইবনা লেংদনা লমদম অসিগী মীওইবগী থম্মোইদা বেদ শাস্ত্র অমদি পুৱানগী ৱাফম কয়াবু থোইনা হেন্না থাজনরক্লি। ফিভম কয়া অসিদগী নট সংকীর্ত্তননা অপুনবা মীওই কাংলুপ গৌড় সম্প্রদায়, কৃষ্ণ ভগবানদা ভক্তি লৈজবা ফুরুপ অমগী শক্তম উৎতুনা লমদম অসিদা হৌখিবা চহি ২৫০ গী মথক্তুগী লেংদনা লৈরকই। মতৌ অসুমনা অৱা নুংঙাই পুংফম অনিমক্তা ইবুংঙো মাগী নামবু শোঞ্জবনা পোথানবা ওইনরি, নুংশি চাননা লৈমিন্নবা ফংজরি।

থোইদোকপা ৱাফম অমনা লম অসিদগী তামনা ফিভমনা য়াদদুনা অসামগী মফম কয়া, তখেল (ত্রিপুরা), ম্যানমার, সিঙ্গাপুরনচিংবদা লৈথ্রবা মৈতৈ জাতিগী ইপা-ইপল, ইমা-ইবেল, ইচিল-ইনাও, ইচে-ইচল কয়ানা শোন্নরি **"নুংশিদকো ইমা লৈবাক মণিপুর, ঐখোয়বু শ্রীগোবিন্দগী শরিক মখোল তাদনা শিবদা তারেদকো"** হায়না শোন্নবা ৱাফমশিং অসিনা উৎলি,

ঐখোয় মৈতৈ জাতি লাইনিং লাইশোন পানদম অসিদা লুপ্তুনা লৈনৈ। শ্রীগোবিন্দজীবু অপুনবা মৈতৈগী থাজ খুদমগী ওইবা তাইবংপান মপুগী পান্দম ওইনা লৌনৈ। মরম কয়া অসি লৈবনা পায়শিল্লে খুদাপ হায়বা পান্দমদা য়ামজদবা মৈতৈ জাতিগী মীশিংনা পৃথিবী মফম কয়াদা শিন-থুংনা মফম কয়াদা পুন্না নথক্লগা চোয়না খুন্দাদুনা লৈনরি। অদুগুম্বা মীওই কয়া অদুগী অপুনবা থম্মোই অমগী পান্দমদা লৈহনবা অসিদা নট সংকীর্ত্তননা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকই।

অঙকপা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী প্রতিভানি। অচিকপা মফম কয়াদা ঈশৈ অসি নুংশিনা খোল্লে খোম্বাদা রাধা কৃষ্ণগী-প্রেম লীলাগী ওইবা ময়েক্তা তাজরুরগা শক্লকপদা থম্মোইদা প্রেম ভক্তি পোকহনবা ঙমই। লোয়ননা খোঞ্জেলগী-নুংশিবনা থম্মোইদা মখল মথেল কয়াগী নুংঙাইবা পোকহল্লি। মতৌ অসুম-তৌনা মৈতৈ জাতিদা ঙসিদগী চহি কয়াগী মমাংদগী অহানবা অনৌবা মমি ওইনা তাখিবনা First impression last the longest (অহানবা তাখিবা মমিদি কুইনা শাংনা চথলি) হায়নবা পান্দম লৈরক্লি লোয়ননা birds of same feather froged together হায়বগী পান্দমদা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নজবা ফংলিবা পান্দম অসি পুরকপদা নট সংকীর্ত্তননা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকই হায়বা ৰাফম অসি হেনজিন্না হায়বা ৰাফম নত্তে হায়না লৌবিবা য়াই। নট সংকীর্ত্তন ঙসিদি মৈতৈ জাতিগী ওইবা হি-য়াইগী পান্দমগুম শিংথানবা য়ারবা লমদম অসি থোইদোকপা পারি পুরিনা থম্বিরম্বা লন অমগী মশকনি। মসিগী গুণ মতিক ময়াইগী মমল নোংমা নোংমগী লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলক্লি।

অসিগুম্বা মৈতৈ জাতিনা কুমজা কয়া কাইদুনা চাবদা লোয়ররোইদবা লন অসিনা লমদমসিগী মীওই কয়াদসু তেংবাং ফংহনদুনা হিংনবগী লম্বীদা অচৌবা পোরম অমা ওইনসু মতেং পিবা ঙম্লি। ৰাফম অসিগী মতাংদা মচা থায়না মরম কয়া পুথোক্নুনা মথং মথং হংগৎচগে।

ধর্ম্মগী শক্তম শেমগৎপা হায়বা থৌরম অসিদা প্রেম ভক্তি হায়বা ৰাখলগী পান্দম অসি থোইদোক্লা মরু ওইবা অঙ্গ অমা ওই। পান্দম অসি

য়াওব্রবদি সধারন পুন্সিদসু নুংশি চান্না হিংমিন্নবদা অবাবা ওই। পান্দম অসিবু থাগোন্নদুনা চৎচবা মীওইদি ঈশ্বর ভগবাননা কৃপা তৌবি। পুন্নীংগী অহঙ্কারগী শক্তমবু থাপনা তানথোকচবা ওমজৈ। সদাচার (ফজবা লমচৎ) শেমজবা ওমই। পান্দম অসিগী বাফমগা মরী লৈননা শাস্ত্রগী ওইবা গুরুবন্দনা

অজ্ঞানতিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলা কয়া।

চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।

অর্থ-লৌশিং লৈতবগী অমম্বনা কুপশিনখ্রবা মিৎপু লৌশিংগী কাজল মচৈনা পাঙহনবিরিবা অদুগুম্বা গুরু দেববু খুরুমজৈ।

অমনা

ধ্যানমূলং গুরোমূর্ত্তি পুজামূলং গুরোঃ পদং।

মন্ত্র মুলং গুরোর্বাক্যং মোক্ষমূলং গুরোঃ কৃপা।।

অর্থ-নিংনবগী মরূদি শ্রীগুরুগী মশক্তি, লাৎনবগী মরূদি গুরুগী পদনি। মন্ত্রগী মরুদি শ্রীগুরুগী য়াথংনি। লান্নবগী মরূদি শ্রীগুরুগী থৌজাননি।

অসিনচিংবা শ্লোককী পান্দম অসিনা ভক্তি প্রেমগী ফজবা শক্তম কয়া পুথোক্লুনা গুরুদা চংজবা লুনা চান্না তৌজবা বাখল্লোনগী পান্দম অসিনা শিষ্য ওইবা মীওইদা গুরূগী প্রেম পোকপি, মচা মশু ইমুংগী মীওইগুম খনবিদুনা শিষ্য অদুগী বিদ্য তম্বদা মহৈ য়ানবা ওমজৈ। মতৌ অসুমনা প্রেমদগী প্রেম, ভক্তিদগী ভক্তি পোকহনবা ওমই।

অসিগুম্বা বাখল অসি পোকহনবা ভাবনাগী শক্তিনা শ্রীহরিগী মুর্ত্তিবু থম্মোইদা শাগৎপা ওন্নবগীদমক্তা কৃষ্ণ ধ্যানম -

কস্তুরী তিলকং ললাটপটলে বক্ষস্থলে কৌস্তুভং

নাসাগ্রে গজমৌক্তিকং করতলে বেনুকরে কঙ্কনম

সর্ব্বঙ্গে হরি চন্দন্চ কলয়ন কণ্ঠে-চ-মুক্তাবলিং

গোপস্ত্রী-পরিবেষ্টতো বিজয়তে গোপাল চুড়ামনিঃ।

অর্থ-লাইনক্তা কস্তুরি চন্দন (থোনবা) লৈতেংবা, থবাক্তা কৌস্তুভ মনিনা লৈতেংবা নাতোন্দা লংলবা মুক্তা, খুত্তা বাঁশী-পায়বা, খুজেংদা খুজি থোনবা ঙকশমদা মুক্তা পরেংনা লৈতেংবা, হকচাং পুম্নমক্তা হরিচন্দন অমসুং গোপীশিংনা কোয়শিনবা, গোপী পুম্নমককী অথোইবা ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইরি। অসুম্না ধ্যান তৌজদুনা শ্রীমুর্ত্তিবু শাগৎপা পানদমগী শ্লোক তাবদগী পুক্লিংদা ঈশ্বর ভগবানদা প্রেম ভক্তি ঈহৌ অমা নট সংকীর্ত্তননা পোকহনবা ঙমই। অসিগুম্নবা তরু তনানবা শক্তম অসিমক্তা পৃথিবী জাতি খুদিংনা মৈতৈ জাতিবু অৱাংবা থাক্তা থম্বিবগী মরম্নি।

**নট সংকীর্ত্তন মৈতৈগী অপুনবা শক্তম শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি লোয়ননা হৌজিক হৌজিকমকসু অপুনবা কাংলুপ অমগী শক্তম উৎতুনা চীংলেম্না লৈরি।**

মণিপুর লৈবাক অসি অঙনবা মতমদা য়েক শল্লাইশিং মখোয় মখোয়গী নিংথৌ অমমম লৈনদুনা নিংখা তম্না মাগী মাগী লমগী পনখৈ নাইদুনা পাল্লমই হায়বসিদি অরিবা লাইরিক কয়ানা লেংদ্রবা প্রমান পিদুনা লৈরে। মতম অদুদগী পিক্লবা লমদম অসিদা নিংথৌশিং অসি ঙহাক লৈতনা থৎনদুনতা লৈরমই। অদুবু মৈতৈ হায়বা অপুনবা ফুরুপ অসিদা পুনশিনলকপদগী নিংথৌ অমতগী মখাদা লৈঙাকলোনগী পানদমদা লাকখি। লাইনিং পান্দম সনামহি লাইনিংথৌ নিংথৌবু ঈরাৎচবদি নিংথৌ কাঙবগী মতমদগী ওইনা উবা ফংজে। অদুবু লাইনিং পান্দমদা অকনবা চৈরাক্কী পান্দম চৎনরমদবরা? খৃঃ গী চহি ১৪৬৭-১৫০৮ দা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বাগী মতমদা বিষ্ণু লাইবু অরতী কৎতুনা ব্রাহ্মণ অমা বন্ধান হন্দুনা লাৎহনবা হৌখি। মমৈদা কংলৈদা পুখৎতুনা নিংথৌ লাই ওইনা শাগোন্নদুনা লাইশঙ শাদুনা লাৎখিবগী ঝারী ঝাখোং কয়া অইবা লাইরিক ওইনা লৈরি। অদুবু মৈতৈগী **"পুরান মৈথাবা"** হায়বা থৌদোক অমা খৃঃগী চহি ১৭০৯ - ১৭৪৮ দা থোকখিবা অদুনা মৈতৈ ফুরুপকী অরিবা লাইরিক লাইশু চৎনা লোনচৎ কয়া লৈরমই হায়বগী লারবা খুদমদি উবা ফংই। অদুম ওইনমক মতম অদুদগী লাইনিং লাইশোনগী পান্দম অমা ওইনা

সংকীর্ত্তনগী মওং অসি পামহৈবা নিংথৌগী মতমদগী শ্রাদ্ধ শিরোমনি সম্বৎসরনচিংবদা চৎথরকপা উই। মতৌ অসুম তৌনা অপুনবা লমদম অসিগী ওইবা লাইনিং পান্দমদি মথং মথং শেমদোক্লক্তুনা নট সংকীর্ত্তন অসিনা লাইনিংগী থৌরম অসি পাঙথোকতুনা অপুনবা মৈতৈগী শক্তম ঙাক্তুনা লাকপগা লোয়ননা জাতিগী একোতা শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌরকই হায়না লৌবা য়াই।

থোইদোক্লা নট সংকীর্ত্তন থৌরম অসি পাঙথোক্লবা য়ুম্বু ওইবশিংনা হোৎনজরকপদা ঈশৈ নোংমাইগী থৌদাং পুবিরিবা কাংবুশিংগী অককনবা শেনফম লৌবগী পান্দম মমাংঙৈগী মতমদগী ঙসি ফাওবদা লৈরকত্রি। অঙনবা মতমদদি নোগুন অমমমতা ফাওবা য়েল্লমই হায়না তাজে। অদুগা কনাগুম্বনা থৌরম অসি পাঙথোকপদা খুদোংচাদ্রবসু অঙম্বা মীওইনা মতেং পিদুনা তৌদবা য়াদবা থৌরম অমা ওইনা পাঙথোকহনবা অসি ইশামক থেংনজখি।

অমরোমদা য়াম্না ফজবা পান্দম অমনা কর্ম্মশিং অসি পাঙথোকনবদা চৎনবী অমা ওইনা অঙম্বা পোৎয়েং পিনবা পান্দম অসি অরিবা মতমদগী ঙসি ফাওবা চৎনদুনা লাক্লি।

অসিগুম্বা চৎনরোল অসি নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবগী শেংলবা লেংদ্রবা প্রমান্নি। মরম অসিনা নট সংকীর্ত্তননা মৈতৈ জাতিদা (একোতা) অপুনবা শক্তম পুরকপদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরকই হায়বা ৱাফম অসি হেঞ্জিনবা ৱাফম নত্তে।

অদুবু মৈতৈ জাতিদি থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাখল খনবা জাতি অমদি ওইরকই। ধর্ম্মগী অওনবা পান্দম অসি লাকচরবসু তুংগী মীরোন্না খঙজ-উজহৌনবা মৈতৈগী অরিবা ইনাৎ লোনচৎ অদুদি ঙাক্তুনা শজিবু থাদা চৈরাওবা হায়বা চহি হৌবগী পান্দম, কুমগী অনৌ অপেন কয়া সনামহী লাইনিংথৌদা সিধা থিনবা, লৈবাক নিংথৌগী থৌরম ওইনা কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়বা থৌরম অদু ঙসি ফাওবা কায়দনা চৎথদুনা লাক্লি। লোয়ননা লুহোং কৈহোংবদা ৱারোইপোৎ

হৈজিংপোৎ পুনবা, ঙা থাবা লৈরুম ফিবু হাপনবা কৈন্যানা য়ুম চংলকপদা মঙ্গলগী মশক ওইবা থৌরম ওইনা মৈরা কৎপগী থৌরম (দিন্থতি) পাঙথোকপদি ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চৎথনরি।

মসিদসু নত্তনা (অরিবা) অহল-লমনগী নিংশিং থৌরম পাঙথোকপা ওইনা মাগী হৌরকফম লাইফমদা কুমগী-লাই চাকলোং কৎপা হরাওবনচিংবা থৌরম পাঙথোকপা কায়দনা চৎনরি।

অসিগুম্বা পান্দম থৌওং অসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা নত্তনা ম্যনমার, শ্রীলঙ্কানচিংবা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা লমশিংদসু অসুম চৎনরি। মতৌ অসুম তৌনা নট সংকীর্ত্তনগী থৌরম অসি পাঙথোরুবদা য়ুম্বু ওইরিবা কর্ম্ম কর্ত্তা অদুদা পোৎয়েং চৈয়েংগী অঙম্বা খুদোন তন্নরি অমগা অমগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী লোনচৎপু উৎনরি। থৌরাং কয়া অসি নট সংকীর্ত্তননা পিবা ফজবা অপুনবা শক্তম শাগৎনবা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবা পান্দম অমনি হায়না শিংথাজনিংই। মরম অসিদগী নট সংকীর্ত্তননা মৈতৈ জাতিগী একোতা শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌরকই হায়নিংঙি।

মথংগী নৈনবা য়াবা বাফম অমনা মীওইবা জাতি পুন্নমক্লা য়ানরবা ধর্ম্ম খুদিংমক্কীসু মরু ওইরবা অঙ্গ অমা ওইরিবা পুক্নীং হকচাংবু অমদি শাগোন্নরিবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক অমদি অতিয়াবু লু-নাননা থন্নবা হোৎনবা হায়বা থৌরাংগী পান্দম অসিদা নট সংকীর্ত্তনগী থৌরাং অসিদা মপুংফানা ঙাক্লুনা চৎচবগী পান্দম উবা ফংই। সংকীর্ত্তন অসি পাঙথোরুবা থৌরাংদা নিয়মগী মতুং ইন্না মণ্ডপ খল্লি। অদুগুম্বা মণ্ডব অদু বাই-রম তৈদুনা তরু তনাম্না লৈতেং কয়ামরুমগা লোয়ননা থম্নে। লেংবিরক্দৌরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং অদুগী-ফমফম তরু তরুবা ফিদা কয়া লাংদুনা থম্নে। মন্দলীগী অকোয়বা শরুক অদু ধুপ দ্বীপ থাদুনা নমথি হংগোই লৈহন্দে। লোয়ননা নট সংকীর্ত্তন অসিদা শরুক য়াবিগদৌরিবা মুর্ত্তিশিং অদু ঈরু মাইথজদুনা মাই অমদি হকচাংদা দ্বাদশ তিলক্লা, চন্দন থিনবগী নিয়ম ঙাক্লুনা হকচাংগী অঙ্গ কয়াদা শাপা নম্বা, চন্দন থিনবা মওং অদু উৎলি। তরু তরুবা উরিক, নোগুন শিনৈ, অঙৌবা ফিজোল লৈতেংদুনা অচম্বা

থম্মোইগী পান্দমবু উথনৈ। লোয়ননা নট সংকীর্ত্তনগী থৌরম অসিদা শরুক য়াবা লেংবিরক্লিবা ভক্ত, বৈষ্ণব মীওই খুদিংমক ঈরু মাইথজদুনা অঙৌবা ফিজোন শেৎতুনা উরিক নোঙন শিদুনা লাক্লে। অমনা অমদা ইকাই খুম্নবগী পান্দম উথৎলি। অসিগুম্বা পান্দম কয়া অসিনা মীওইবগী পুক্নীং হকচাংবু লু-নাম্না থম্বা ঙমহল্লি। পান্দম অসি মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংদা চৎনবী অমা ওইনা অঙনবা অয়ুক্তা মাঙ্গোল, তুলশিবোং হাই-তৈবা, ধুপ দ্বীপ থাবা হায়বসি চৎনহল্লকই। য়ুমদগী মপান থোক্লা চৎপা তাবদা তরু তনানবা ফিজোল শেৎ-ইনবা হায়বা পান্দম অসি নট সংকীর্ত্তননা হৈনহন্নবা মৈতৈ সমাজদা থৌরাং অসি তৌদুনা লাকই হায়বা য়াই। মসিমক নট সংকীর্ত্তননা মৈতৈ সমাজদা খুদোল তমজবা থৌরাং অমনি হায়না শিংথাজনিংই। পান্দম অসিদি - চাওখৎলবা জাতি খুদিংমক্লা থোইনা মরু ওইবা থৌরাং ওইনা চৎথনরিবা পান্দমনি।

শ্রীমদভগবতকী অনিশুবা অধ্যায়গী ৫৯ শুবা শ্লোকনা —

**বিষয়া, বিনিবর্ত্তন্তে নিরাহারস্য দেহিন ঃ।**
**রসবর্জং রসোহপ্যস পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে।। ৫৯।।**

বিষয়া = ইন্দ্রিনা পাম্বা পোৎশিং, বিনিবর্ত্তন্তে=হন্দোকই, নিরাহারস্য =চাবা লেপ্লবগী, দেহিন=হকচাং লৌরিবা আত্মাগী, রসবর্জং=মহাও থাদোকপা, রস=মহাও, অপি=লৈরবসু, অস্য=মাগী, পরম=য়াম্না হেনগৎপা, দৃষ্ট্বা=উদুনা, নিবর্ত্ততে=হল্লি।

(ইন্দ্রিনা পাম্বা পোৎশিং থাদোকই চাবা লেপই হকচাং লৌরিবা আত্মাগী মহাও থাদোকপা ওই। মহাও লৈরবসু মাগী য়াম্না হেনগৎপা উদুনা হল্লি)

ইন্দ্রিনা পাম্বা পোৎশিংদুগী মহাও লৈজরবসু আত্মানা ইন্দ্রিগী পেন্নবা ভোগ থাদোকপা (ঙমই) য়াই। মওংদি য়াম্না হেনগৎপা মহাও অমা থেংনরুরগা হান্নগী মহাওশিং অদুদগী হন্দোক্তুনা অহেনবা মহাওদুদা অদুম লুপ্তুনা লৈ।

রাফম অসি লৈবনা মহৌশাগী ওইবা পান্দমদা জাতি অসিগী ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা ঈশ্বরগী প্রেম ভক্তিগী লম্বীদা চংশিনবদা হেন্না মহাও লৈবা পান্দম অমা ওইরকপনা নট সংকীর্ত্তনগী ভাবনাগী পান্দম অসিদা চংশিন্নরকপা মীশিং হেনগৎলক্লুনা লৈবাক মীয়াম্না অমদি নিংথৌনা য়াবা লাইনিং পান্দম ওইরকপা মীয়াম কাংলুপ অসিগী লন ওইরকখি।

**নট সংকীর্ত্তননা মৈতৈ সমাজদা শৌচ (পুক্লিং হকচাংবু লূ-নাম্না থম্বা) হায়বা ধর্ম্মগী অঙ্গ অসি মশক থোক্লা পুথোকপিদুনা সমাজ অসিগী মঙ্গলগী থৌরাং অসি লাংবি হায়না পঞ্জনিংই।**

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন অসি পাঙথোকপা তাবদা য়াঙনাইবা শঙ মাণ্ডপ হায়বা অমা খন্দুনা মদুদা থৌরাং অসি পাঙথোক্লবা হোৎনজৈ অদুগুম্বা মাণ্ডপ অদু নিয়ম অমগী মখাদা শেম শাবা লোয়রগা রাই নুং তরু তরুনা তৈথোক্লুনা থম্নে। মাণ্ডপগী অকোয়বা অদুদা ফক নুংনচিংবা তরু তনানবা ফিদা থাদুনা অরাকপা মীওইশিংবু লেংশিলহন্নবা থৌরাং তৌদুনা থম্নে হায়না পনজখ্রে, মাণ্ডপকী ময়াইদা যাত্রা য়ুম্বীগী মখোঙদা পূজা তৌফম ওইদুনা ধুপদ্বীপ হৈরুক, পানা লৈ-শুনচিংবা কৎনবা মফম অমা মন্দলী ময়াইদা আসন থাদুনা থম্নে। মন্দলীগী মপান্দা মখল মথেল সংকীর্ত্তনগী চৎনবী লৈতেং শেমই। য়ুম্বী খুদিংদা ধুপ কম্বীনচিংবা থমদুনা নুংশিবা মনম থোকহল্লি। মতৌ অসুম্না মীওইবনা ধর্ম্মগী পান্দম ঙাকপগী শাস্ত্রা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক অমদি অতিয়া হায়বা মীওইবনা লোয়নদুনা লৈরিবা পোৎলমশিং অসি তরু তনাননা মপানগী থৌরাংশিং অসি লাঙনৈ। পুক্লীং শেংদোক্লবা পান্দমদা ঈশ্বরগী নাম শোঞ্জদুনা অফবা রাখলগী পান্দমবু ভজন তৌজদুনা লৈনৈ। মসি পুম্নমক অসি সংকীর্ত্তন অমা পাঙথোকপদা চৎনরিবা লোনচৎকী থৌরাঙনি।

মতৌ অসুমনা চৎথজবা নট সংকীর্ত্তনগী পান্দম অসিনা মৈতৈ খুন্নাইগী মীওই খুদিংমক য়ুমগী মাঙ্গোল তুলশিবোংনচিংবা নুমিৎ খুদিংগী রাই তৈজবা ধুপ দ্বীপ থাদুনা নমথিবা হঙ্গোইবা লৈতনবা থৌরাংগা লোয়ননা নুমিৎ কৌবা লাইবু খুরুমজবা হায়বা মৈতৈগী চৎনবী অসিবু

হেন্না মগুন লৈহন্নবা পান্দমদা পুক্লীং শেংনা পাঙথোক্লবা থৌরাংদা সুর্জ পূজা মন্ত্রনচিংবা শোন্দুনা পাঙথোক্লরকই। মতৌ অসুম্না লু-নানবগী থৌরমদা থোইদোকপা গুন কয়া মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী পান্দম্না সেবাগী মওংদা মৈতৈ খুন্নাইদা খুদোল তমদুনা লাকই। পান্দম অমনা লৈঙাং মচুগী ফিজোল শিজিন্নবা যোগী ফিজেৎনচিংবা অসি তরু তনানবা ফিজোলগী পান্দমনি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুম্বা ফিজোল অসি নট সংকীর্ত্তনগী লাইনিংগী ভজনদগী লমদম অসিদা থুংলখিবনি। অমনা অমাঙ অশেংগী রাফমদা পুথোক্লুনা অমোৎপা ফিবু শেৎহন্দবা অশুবা ঈশিং মনম নম্বা ফিরোনবু শেৎহনবা হায়বা অসি নট সংকীর্ত্তনগী ওইবা ভবনা অমদি চৎনরোন অসিদগী থোইনা লাকখিবনি হায়জনিংই।

থোইদোকপা পান্দমদা তুলশিদা ঈশিং চাইথরগা নুংশিবা তুলসি মনম চেনবা ঈশিংবু থকচদুনা থম্মোই পুক্লিংবু ঈংথহনবা হায়বা পান্দমগী চৎনবী অসিসু নট সংকীর্ত্তন লাকপদগী হৌরকপগুম উবা ফংই।

পান্দম অমনা খোঙনা শোকপদা লাইবক কৎনবা, খোংদা তোংবা খোংউপ খুরুমবু লৌথোক্লদুনা মাঙোন কানবা, হান্না লৈরম্বা মীওইবু ইকাই খুন্নবা পান্দম উৎপা মওং, লুনানবগী পানদম অসিগী শক্তম হেন্না ফজনবা থৌরাংদা নট সংকীর্ত্তননা অচৌবা খুদোন কয়াগী পান্দম পুথোরকখি হায়বসিদি পনবা য়াবা রাফন্নি।

হৌজিক্কী মতমদসু ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা অয়ুক্কী অঙনবা মতমদা হৌগৎনদুনা ঈরু মাইথজদুনা চন্দন চবা থিন্দুনা অরু-অনান অশেংবা ফিজোন শেৎতুনা শ্রীগোবিন্দজীগী দর্শনগীদমক্তা পরিক্রমা চৎপগী পান্দম কয়া অসি নট সংকীর্ত্তনগী ভবনাদগী পুক্লীং হকচাংবু তরু তনাননা থম্নবা হোৎনজবগী পান্দমনি হায়না লৌজনিংই।

মতৌ অসুমনা মৈতৈ সমাজদা নট সংকীর্ত্তননা তমজরিবা খুদোল অসি বিজ্ঞানগী মতম অসিদা "অমোৎপদি লায়নাগী পোক্লরুবগী মমানি, তরু তনানবা হায়বসিনা হকচাংবু ফনা থম্নবগী মমানি" (Dirtiness is the mother of diseases & Cleanliness is the mother of health) হায়বা পান্দম অদুবু ঙাক্লা চৎনরিবা কান্নরবা থৌরাং অমা ওইরক্লি।

মতৌ অসুম্না মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তন থৌরম অসিনা civilized society অমগী পান্দম পুথোকপদা শৌচ (লু-নানবা) হায়বা ধর্ম্মগী অঙ্গ অসিবু নিয়ম নাইনা শেমদুনা সমাজ অসিগী মঙ্গলগীদমক্তা সেবাগী খুদোল তমজে হায়না লৌজে।

মৈতৈ সমাজ মৈহৌরোলদগী লু-নানবা পামজবা জাতি অমা ওইনা লাকচে হায়বগী খুদমদি মৈতৈনা অরিবা মতমদগী শিজিন্নরকপা ৱাহৈ "শগোল তোংবা থি নেৎপা, ইরোই তোংবা লুৱাওবা" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদগী অমাঙ অশোয়গী পোৎপু হংগোইনা তৌনবা লৈখোম লৈনাং তৈবা মীওইবু লংনবগী থৌওং অসিদগী খঙবা ঙমই। অমনা মচা মশু ওইবশিংবু ফমুংদগী পুথোক্লগা মমাই মমিৎ তাথোকপিবা অমদি মতম চানা ঈরুজবিবা মতমদা "তিং তিং চাওরো নপা মচুম তারো নপু মচুম তারো থবিনা কারিঙৈ কাহৌরো নুমিৎনা ৱাংলিঙৈ ৱাংহৌরো" হায়বা ৱাহৈ কয়া অসিদগী মৈতৈ জাতি ঈরু মাইথজদুনা লূনা নাননা লৈরকপা জাতিনি হায়বগী প্রমান ফংই।

নাকল অমদসু অহল লমননা ঈরু মাইথাজদনা চাক চাবা মাঙই হায়দুনা অথিংবা পাদম থম্বিরমই। লাই য়াওবা চন্দন উপু থাঙদোকপদা অঙাংশিং নুপী মৌ ফাওবা ইরু মাইথজদনা চন্দন উপু পাইনহনলমদে। মৈতৈনা চেংহি উতি লুজদুনা মকোক মরু তুমদুনা ঈরু মাইথজনরমই। মনম নুংশিবা চেংহী শিজিন্নরমই অসিগুম্বা লৈথেৎ নাচোম, লৈচিন লৈহাও কয়াবু পামজবা মৈতৈ জাতিদা নট সংকীর্ত্তনগী প্রভাব অসিনা চংশিনলকপদা মমানা মচা পম্বগুম থোইনা ফজবা শক্তম অমা থোকখি। লূ-নানবা পান্দম পুথোক্লবা লমজেন তান্নবা মিংকুপ অমা ওইনা থোকখি। নুপী ওইবীশিংনা শেংনা ঈরু মাইথজদুনা উরৈরোম মচুগী ফনেক শেৎতুনা মকোক মরু খুমবগী পান্দমবু ভক্তি প্রেমগী লুরবা মুর্ত্তি অমগুম্না শিংথানরকখি। থোইদোক্লা ঈরু মাইথজদবা মীওইবু হমাং মনম নমই নমথি হায়না হংগোইনা তৌনরমই। হায়নৈ মাদি কেবদা মচুম তাবনি, চাবদা রাশি লৈবনি, অমরোমদা অমুক হায়নৈ কেজবগা ৱাওজবগা

য়াওজবনা হেন্নীদা, মতৌ অসুম তৌনা মৈতৈ জাতিগী মহৌশাগী লৈজবা লূ-নানবগী পান্দম কয়া অসিদা সানাগী মথক্তা তম্ফানা থিনবগী পান্দমগুম ধর্ম্ম অসিগী পান্দমগী থৌরাং অসিনা মৈতৈ জাতিবু লূ-নাননা লৈহনবদা অনৌবা ইনোৎ অমা পিদুনা লাকই হায়বসি লেংদনা চুমদুনা লৈরবা য়াফম অমনি।

লোনচৎ অসিনা ঙসিদি সমাজ অসিগী মীওই কয়াবু লূ নাননা লৈহনবদা অচৌবা তেংবাং অমা ওইরি লোয়ননা মপানগী জাতিশিংদা শক তাকপদা লেমজনিংঙাই ওইরি। ধর্ম্মগী পান্দমদা হকচাংদি ঈশ্বরগী লৈফম মন্দিরনি হায়না লৌনৈ। মপানথোংগী ওইনা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি লেংশিনফম ওইরিবা মন্দিরবু য়াইনুং তৈদুনা লূনা নান্না থমজবগুম পুক্লিং অমসুং হকচাংবু লূনা শেংনা থম্নবা ঈশ্বরগী নামবু শোনগদৌবনি হায়বা পান্দম অসি য়াম্না ফজবা লোনচৎ অমনি। মসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ইশা তরু তনানহন্নবদা ঈরু-মাইথজথোকপা তারকই, য়াইরম তৈবা মফমদা ফমফম চানা ফমননবা ধ্যানগী থৌরাং অমগী তঙাই ফদনা তারকই। মসি পুন্নমক অসিগা শাগোম্না-হোৎনবদা শৌচ (লূ নানবা) হায়বা অসি মরু ওইনা চংলকই মরম অসিনা নট সংকীর্ত্তননা পুক্লীং হকচাংবু লূ-নাননা থম্বদা অচৌবা মতেং পি হায়বসি মথক্কী সিদ্ধান্তশিং অসিনা লেংদবা প্রমান ওইরে। মতম পূমনক্তা বিজ্ঞানগী ওইবা য়াফমগা আধ্যাত্মিককী য়াথলগা খেন্নবা কয়া লাকপগুম তৌই। ভক্তশিংগী য়াথলদা ঈরু মাইথা তৌজবা অসি ইশাগী কান্নবা পান্দম ফংননবা থৌরাং নত্তে। ঈশ্বর ভগবানগী পেন্নবা থৌরাংগী নিয়ম মতুং ইন্না পাঙথোকচবনি। মীওইবগী শিবা নাবা হায়বা য়াফম অসিদি ঐখোয়না ইন্দ্রিগা শন্নরুবদগী লাকপা ফলনি। অদুনা সাধু-বৈষ্ণব ওইবা মীওইশিংনা শিবা নাবা হায়বসি হকচাংগী য়াফম্নি আত্মাগী য়াফম নত্তে হায়না লৌনৈ। হকচাং ফনবগীদমক্তি লূ-নাননবু লৈরবদি ঈরুজদ্রবসু য়াই হায়বা য়াফম লাকই অদুবু ধর্ম্মগী মাইকৈদা য়েংলবদি ঈরু মাইথজদনা পুক্লীং হকচাং তরু তরুনা থমদনা ঈশ্বরগী মফমদা করিগুম্বা হৈ-লৈ অমতা কৎনদবা হায়বসি

বেদ শাস্ত্রগী য়াফম ওইবনা থাদোক্তনা চৎনৈ।পান্দম অসি ঙসি ঐখোয়না নট সংকীর্ত্তনগা সঙ্গ তৌজবদগী ফজরকপা সাধনা অমনি হায়না লৌনফম থোকই।

নট সংকীর্ত্তনগী গুরু শিষ্য পরম পরাগী ফজরবা লোনচৎ কয়ানা লমদম অসিগী অনৌবা মীরোন্দা সদাচার (ফজবা লমচৎ) শেম্বদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরি।

লমচৎ হায়বা অসি ঐখোয় মীওইবা জাতিগীদি থোইদোক হেন্দোক্না মরু ওইবা পুন্সিগী পোৎচং অমা ওইরি। ঙসিগী পৃথিবীদা জাতি কাংলুপ খুদিং মখোয় মখোয়গী নাৎ (Culture) গী ফজবা পান্দম কয়া উৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা জাতি অদুগী লমচৎকী শক্তমসু উৎথোক্লবা পুথোক্লবা থৌরাং তৌনরি। থোইদোক্পা মওং অমদা জাতি অমগী চাওখৎপা চাওখৎতবা হায়বসি জাতি অদুগী সমাজগী ওইবা লমচৎকী পান্দম চৎনরোল অদু য়েংলগা খঙবা ঙম্মে। অসিগুম্বা ইশাগী অমদি সমাজগী মঙ্গলগী ওইবা পোৎশক অসি ফত্তবা পান্দম লৈখ্রবদি সমাজ অদু চাওখৎপা খক ঙম্লোই অমদি মপান লমদগী ইকাইখুম্নবা পান্দম ফংবদা য়ানা থোক্কনি। মরম অদুদগী লমদম অদুগী চাওখৎ থৌরাংগী পান্দম অমতা খুমাং চাওশিনবা ঙম্লোই হায়বসি মশানা তারবা য়াফম্নি।

হায়রিবা লমচৎকী ফজবা পান্দম কয়া অসি ঙসিদি লমদম অসিদা মাঙথরকপগুম উবা ফংলি। ওইরক্লিবা য়াওনগী খোঙচৎ অসিনা খুন্নাই অসিদা মাঙজবা নত্তনা তোংজবা লাক্লোই হায়বসি মীপুম খুদিংনা খঙনরবা য়াফম অমনি। মতাং অসিদা চিননা থরা ঙাঙজবা নত্তনা মীয়ামগী মাইকৈদগী নত্রগা সরকারগী মাইকৈদগী অচেৎপা থৌরাং মশক নাইনা লৌখৎপগী পোরম অমতা চৎথরকপা উদ্রি। অদুবু মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগা সঙ্গ ওইরিবা হৌরক্লিবা নহারোল কয়াদি শাগোন্নদবা য়াদবা পান্দম অমা ওইবনা ওঝা গুরু কয়াদা কোক নোন্দুনা খুরুম্বা অমদি ভক্তিগী পান্দম উৎচবা হায়বসি লেংদবা চৎনবী অমা ওইনা লৈরি। লোয়ননা গুরুগী

বাক্য কয়া ঙাক্লুনা চৎনরি। অহল লমন ওইবা কয়াদা তৌফম থোকপা ইকাই খুম্নবগী লমচৎ অদু থাদোকপা লৈতনা চৎনরি। থোইদোক হেন্দোকপা মওং পান্দম কয়ানা সত সঙ্গগী ওইবা ভক্ত বৈষ্ণব সাধুজন ওইবা মীওইশিংদা ফজবা লমচৎকী পান্দম অসি ঙাক্লা চৎনরি হায়বা য়াই। মীওইবদি লমচৎনা মশক থিহল্লি লমচৎনা মশক ফজহল্লি। ফজবা লমচৎনা চাওখৎপা সমাজ অমা শেম্নবগী খ্বাইদগী মরু ওইবা খুৎলাই অমনি।

অসিগুম্বা মীওইবগী মরু ওইরিবা পুল্লিগী পোৎচং অসি শেমগৎনবা থৌরাং তৌজবদা নট সংকীর্ত্তননা লমদম অসিদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরি।

নট সংকীর্ত্তন্না হকচাংবু লূ নাননা থমহল্লি, পুক্নিংবু শেংনা লৈহনলি তরু তরু অফবা ৱাখল খলহল্লি, ঈশ্বরদা থোইনা থাজবা পোকহন্দুনা ভক্তি প্রেম পোকহনবা ঙমই, নত্তবা পোৎচৈ চাবা থকপা, মীনম্বা ৱা ঙাংবা, মীগী-মপোৎ হুরানবা, মিৎয়েং নত্তবা য়েংবা লমচৎ অদুদা পুক্নিং থমহন্দবা ঙমই। থোইদোক্লা জীবদা দয়া হায়বদুসু পোকহনবা ঙমই।

মরম কয়া অসিগী পান্দম ফংহনবা হায়বসি নট সংকীর্ত্তন যজ্ঞ অসিগী চংদবা য়াদ্রবা পোৎচং ওই। অদুনা **নট সংকীর্ত্তন অফবা লমচৎ শেম্নবা অচৌবা থৌরাং অমনি হায়না শিংথাবা য়াই।**

নট সংকীর্ত্তন ভক্ত বৈষ্ণব ওইবা মীওইশিংতগা লোয়নবা থৌরমনি। মরম অদুনা সঙ্গগী মতুং ইন্না অফবা লমচৎকী পান্দম ফংজবা হায়বা অসি মহৌশাগী লোনচৎ প্রকৃতী থৌরাংনি।

অসিগুম্বা নট সংকীর্ত্তন অসিগা শংঙ্গত ওইজবনা শ্রীভগবত ধর্ম্মদা থাজবা থোইনা পোক্লকই। ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌজনিংলকই, থোইদোক্লা ভগবানগী মফমদা প্রেম পোক্লই। মরম অসিনা গীতাগী ৯ শুবা অধ্যায়গী ২৯ শুবা শ্লোক অদুদা হায়রিবা —

**সমোঽহং সৰ্ব্ব ভূতেষু ন মে দ্বেষ্যোঽস্তি ন প্রিয়ঃ।**
**যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়ি তে তেষু চাপ্যহম ।।২৯।।**

**শব্দ অর্থ** - সম ঃ = চপ মান্নবা মিথয়েংদা য়েংই; অহম = ঐনা; সর্ব্ব ভূতেষু= জীব পুন্নমক্তা; ন = নত্তে, মে = ঐগী; দ্বেষ্যঃ = য়েংথিবা, আস্তি = লৈ; ন = লৈতে, প্রিয় = নুংশিবা অচানবা, যে= মখোয়দু, ভজন্তি = সেবা তৌই, তু = অদুবু, মাম=ঐবু, ভক্ত্যা = ভক্তিগা লোয়ননা; ময়ি= ঐঙোন্দা, তে = মখোয় অদু (লৈ), তেষু = মখোয়দা; চ = সু; অপি = লেপনমক; অহম=ঐ (লৈ)।

**মৈতৈ লোন্দা** — ঐনা কনাবু য়েংথিদে, কনাগীসু মীচং চংদে। ঐ লোয়নমক্কী মফমদা চপ মান্ননা চথলি। অদুবু কনাগুম্বা ভক্তিগা লোয়ননা ঐগী সেবা তৌরবদি মহাক ঐগী মরুপ্নী, অদুগা মহাক ঐঙোন্দা লৈ অমসুং ঐসু মাগী মফমদা মরুপ অমা ওইনা মাগী মনুংদা লৈ।

শ্লোক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ভক্তিগা লোয়ননা ঐগী সেবা তৌজরবদি হায়বা ৱাহে অসিনা নট সংকীর্ত্তন তৌজরিবা ভক্তশিংদা শ্রীভগবানগী কৃপা দৃষ্টী পিরমগদ্রা হায়বগী ভাবনা অমা পোকহনল্লকই। মতৌ অসুম্না নট সংকীর্ত্তনগী ত্তত্তবু থিজিন হৃমজিনদবগী থম্মোইগী অমকপা পান্দম কয়াবু ৱাখলগী তুরৈনা মথং মথং চামথোকপা ঙমই। মতৌ অসুম তৌনা ঐগী থম্মোইগী অশেংবা শক্তম অদুনা ঈশাবু ফজবা সদাচার (ফজবা লমচৎ) শেম্বদা অমদি থৌরম অসিবু লোয়নরিবা মীপুম খুদিংগী লমচৎকী পান্দম ফজহনবদা অচৌবা থৌদাং অমগী শরুক মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তননা লৌরি হায়বা য়াই।

হায়নবা লৈ "নহাগী থম্মোইদি অপেৎপা লৈখোমগী পান্দমনি, শানিংবা পোৎশক্কী পান্দম পুথোকপা য়াই" মৈতৈ জাতিদি ঈশৈ-নোংমাইগী অপাম্বা ৱাখললোন লৈজবা ফুরুপনি। বিদ্যা অসিগী শিখ্যা ওইজবদা মশাগী জাতিগী ওইনা পকচবা হৈনজবসু লৈজে। অদুমকনা নহা চহি ৯/১০ ফাওবদা লৈবা মীওই কয়াবুসু নট সংকীর্ত্তনা নিপা মচা নুপীমচা পালা কয়া শেমবিদুনা কাঙগী মতমদা ঈশৈ শৈশক কয়া শকহল্লি লোয়ননা পুঙ যন্ত্রবু তমহন্দুনা বিদ্যা অসিগী লম্বীদা চিংশিনবিদুনা মখোয়গী ফজবা লমচৎপু শেম্বিনবা থৌরাং তৌরি। নট সংকীর্ত্তনগী ওঝা গুরু কয়ানা

লেপ্পা লৈতনা হৌজিক হৌজিকসু থৌরাং অসি লনাই ওইনা ঘেরেনা লিংদুনা হোৎনজরি। মসিগী ফল ওইনা ওঝা গুরুশিংগী পামজবা বাখললোন্দা গুরুশিংগী পান্দম খোঙগুন মুৎথত্রি। গুরু অমা চৎথি গুরু অমা থোরকই ময়েং তাদে। থোইদোক্লা মপানগী মীওই কয়ানা লমদম অসিদা বিদ্যা অসিগী মতিক ময়াইবু থিজিন হুমজিনবা লাক্লরি। মখোয় মখোয়গী থম্মোইদসু সংকীর্ত্তনকারীশিংগী শুরুন্নবা ব্যবহার অমদি অহল-সমন ইথক থোংবা মীওইদা উৎচবা ব্যবহারগী পান্দম কয়া অসিবু উজবদা থোইদোক্লা মৈতৈ জাতিগী চৎনবীনি হায়না লৌবিদুনা থাগৎথপিরম্বা কয়ানি।

গুরুদা প্রেম লৈজবা অসি কলা বিদ্যাগী শিষ্যাশিংনসু খরা হেনবরা হায়না খঞ্জে। পান্দম অসি ভারতকী মফম কয়াদা অরিবা মতমদগী চৎনরম্বা গুরু কুণ্ড গুরুগা শিষ্য পুন্না মফম অমতদা লৈমিন্নরগা বিদ্যা তম্বা হায়বা পান্দম অদুদগী লাকখিবা মওংনি। তিন্নরগা নুংশিনরকপদি মহৌশানি, মীওইবগী লোনচৎনি। পান্দম অসিদা শেমগৎলকখিবা মীওই অয়াম্বা মতিক চাবা মশক নাইবা মীওই গ্রাক্তা ওইখি। অসিগুম্বা প্রথা অসি নট সংকীর্ত্তন ওঝা গুরুশিংগীদমক্তদি লেংদনা কাইহন্দনা গুরু (গাডি) লিংদুনা লৈনরি।

মতৌ অসুন্না মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী ওইবা ঘেরেনা কয়া মফম মফম কয়াদা লিংনদুনা থম্লিবা কয়া অসিনা মাঙথরক্লিবা মৈতৈ জাতিগী ফজবা লমচৎকী পান্দমবু অমম্বা মফমদা ঙান্দুনা লৈরিবা মৈরাবু নুংশিৎকী অকনবা শাহমদগী মুৎথিদনবা খুৎ অনিনা খঞ্জিনজদুনা হোৎনবগী পান্দমগুম নট সংকীর্ত্তন্না সমাজ অসিগী মঙ্গলগীদমক অণ্ডম্বা থৌনা পুথোক্তুনা হোৎনজরি থোইদোক্লা ইরাং ইশৌ লাঙহন্দনা কনাদসু শিংথাজরুবা তৌদনা সমাজ কৈল্যানগী খুদোল অসি তম্লি। মরম অসিমক্লা শ্রীগোবিন্দ ভগবাননা থৌজানবিদুনা নট সংকীর্ত্তনগী পরগতিগী য়াওন কয়াসু মথং মথং লাকহললি। ওঝা গুরু কয়াদা ভারতকী অৱাংবা থাক্কী মনা মথুম কয়া পিবিরক্তুনা অনৌবা থৌনা হাপকৎপিরক্লি। থোইদোক্লা চিৎথহৌদনা পঞ্জনিংবা বাফম অমনা গুরু নাইনা বিদ্যাবু তমজবা হায়বা পান্দম অসি

চৎনফম থোকই হায়বা তাকপা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক শান্দিপিনি মুনিগী মফমদা বিদ্যা ৬৪ (হুম্ফুমরী) তমজখি। মতম চারক্রবদা গুরুদেবনা সমাবর্ত্তন সংস্কার "সত্যংবদ" = অচুম্বা হায়য়ু, "ধর্ম্মচর" = ধর্ম্মগী লমচৎ চৎলু, "স্বাধ্যায়ান্মা প্রমদ"= নংনা তম্বা বিদ্যাগী মরমদা লাইথোক্কনু।

অফবা লমচৎ চত্তুনা লৈরগা লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা অসিগুম্বা উপদেশ লৌদুনা ময়ুমদা হনখিবা ছাত্রশিং অদুগী পুন্সিদা করিগী চাওখৎপা ফংলোইদৌরিবনো? হায়রিবা উপদেশশিং অসিবু হৌজিক স্বতন্ত্র ওইরবা মতুংদা ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদসু সমাবর্ত্তন সমারোহগী (convocation) মতমদা উপকুলপতি (ভাইস চান্সলর) না বি. এ., এম. এ. গী ছাত্রশিংবু উপাধি পীবা হায়নৈ।

অসিগুম্না শিষ্য কয়াবু নট সংকীর্ত্তনগী গুরুশিংনা শেমগৎচবনা শ্রীগোবিন্দনা মখোয়দা থৌজানগী মিংয়েং থম্বিরি। ৱাফম কয়া অসিদগী নট সংকীর্ত্তন অফবা লমচৎ শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরি হায়বসি য়েংনবা লৈতনা যানফম থোক্রবা ৱাফম্নি।

ওঝা গুরুশিংবু থোইনা ইকাই খুম্নবা অমদি মখোয়গী য়াথংবু ইনজবা হায়বসি নট সঙ্কীর্ত্তনগীদি গুরু শিষ্য পরম্পরা মতুং ইন্না চৎনবী অমা ওইদুনা লৈ। পান্দম অসিমক থোইদোক্না ফজরবা সমাজগী মঙ্গলগী থৌরম অমনি।

Morning shows the day অঙাংদি-নিংথাদা খঙই মশানা শিনফম অসিদা পামজবকপা অঙাংশিংদি মীনা নুংশি। অহল লমনদা থোইনা ভক্তি ব্যবহার লৈবা মীওইসু ওইগন্নি। মতম কুইনদগী শিনফম অসিদা পুক্নীং লুপচরক্রবা ওঝা গুরু কয়া লৈখিবনা কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদবনা চারোন শুরোন ফাওবদা গুরুশিংগী ঘেরেনা লিংনদুনা ফজবা লমচৎ শেম্নবগী পান্দম ওইনা থম্নবসু কয়া লৈরি। ঙসিদি Old is Gold অরিবদি সনানি হায়নবগুম মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী সংস্থানশিং অসি নত্তনা তুংদা লৈহৌগদৌরিবা নহারোলশিংগী মাঙথরক্লিবা লমচৎ-ব্যবহার অসিবু ফংহন্নবা সংস্থান অমতা মশক থোক্না লৈত্রে হায়বা য়ারে।

অদু নট সংকীর্ত্তন সংস্থাননা ইশাগী ইথৌ ইশানা তৌজবনি। জীবগী য়াইফনবগী পান্দমদা থম্মোই শেংনা অথাপ্পদা লৈখিবা ঈশৈদি শকপা য়াগদৌবা নহারোল কয়াবু ময়ুমদা চানা থক্লবা অমদি ফিজেং নুংজেংকী দায়ত্ব ফাওবা লৌদুনা শিষ্য কয়া শেমজবা ওঝা গুরু কয়া মৈতৈ লমদম অসিদা উবা ফংই। থৌরাং অসিদি মতিক চাবা ওঝা অমা চংখ্রবসু মতিক চাবা ওঝা অমা নট সংকীর্ত্তন সমাজনা ফংজবা ঙম্বগী অচৌবা মরম অমসু ওইবিবনি। মরম অসি লৈবনা শিনফম অসিদা চংজহৌবা নুপী ওইবী কয়াস্যু মচা মপুরোইবনা হুন্দোকপিরম্লবা ফাওবদা মনা মনিল নাইদনা নাম অসিবু শকচা শোঞ্জদুনা হিংজবা মীওই কয়া লমদম অসিদা উবা ফংলি।

অসিদসু নত্তনা হায়রিবা মীওইশিং অদুনা লৈকাই কয়াদা নুপী-পালা লিংখৎতুনা মখোয়বু নিংথিনা লমজিংবিদুনা লাইনিংগী লম্বীদা পুশিনবিদুনা থম্মোইদা শান্তী ওইবা পুন্সিগী পান্দম অমদা হিংহনবা ঙম্লি।

থৌরাং পুমনমক অসি লমদম অসিগী মীওইদা নট সংকীর্ত্তননা শিনফম পিদুনা সদাচার শেমদুনা হিংহনবগী শেংলবা খুদমগী মশক অমা ওইবগা লোয়ননা ঙসি নট সংকীর্ত্তন মৈতৈ লমদম অসিদা চীংলেম্না মীওই কয়াদগী হম্মদি অতোপ্পা অথাপ্পা লমদগী ইকাই খুমনবগী মনা মথুম ফাওবা ফংজবা ঙমদুনা পুন্সি শিঙ্খাদা মাই পাকচবা মীওই অমা ওইনা হিংহনবা ঙমহল্লি। পান্দম কয়া অসি নট সংকীর্ত্তন্না ফজবা সদাচার শেমজরকপদগী লাকপা ফলনি হায়না লৌবদা য়ারবা রাফমনি। শোয়দবনি কাকনা লুখাক কোমদা চাকতাগনি, কাঙ্ঙনা থরো থম্বাল শাৎপা অরুবা লাইজা ঈপাক্তা চাকতাজবা মহৌশানি।

**নট সঙ্কীর্ত্তননা মীওইবগী থম্মোইবু ঈশ্বরদা থাজবা ঙমহনবগী শক্তি অমা পি। মসিনা লমদম অসিদগী মীওই কয়াগী থম্মোইদা ভক্তি বৃজ পিদুনা শান্তীগী য়ুমফম থোঞ্জবা ঙমই।**

মৈতৈ জাতি নট সংকীর্ত্তন লাইনিং পান্দম অসিদা পুক্নীং লুপচরুবনা থোইদোক্লা ভক্তি যোগগী পান্দমদা থৌরাং অসি চৎথজবা ঙম্লরি। মরম অদুনা শ্রীমদ্ভগবদতকী কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগগী ৭শুবা শ্লোক ঃ-

**যোগযুক্তো বিশুদ্ধাত্মা বিজিতাত্মা জিতেন্দ্রিয়ঃ।**
**সর্ব্ব ভূতাত্মা কুর্ব্বন্নপি ন লিপ্যতে ।।৭।।**

ভক্তি যোগদা থবক তৌরিবা অমকপা পক্তবা অত্মা, পুক্নীং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লবা মাবু মী খুদিংনা নুংশি অমসুং মানা মী খুদিংমকপুসু নুংশি। মতম পুম্বদা থবক তৌনা তৌনা থবকনা মাবু পুনবা ঙমদে।

হায়না তাকপিবা পান্দম অসিদা থোইদোক্লা ঈশ্বর ভক্তিদা চংশিনবা ঙম্নে।

**বেদ স্মৃতিঃ সদাচর স্বস্য চ প্রিয়মাত্মন ঃ।**

**এতচ্চতুর্বিবং প্রাহু ঃ সাক্ষাদ্ধর্ম্মস্য লক্ষনম।**

বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকপা থবক, অফবা সাধু ওইবা মীনা চৎপা অমসুং তৌবা থবক, মশামক্তসু মদু তৌরগা নুংঙাইবা পোকপা অমসুং তৌনিংবা থবক মরি অসি থাঙ্গৈশেংনমক ধর্ম্মগী লক্ষন (মওং মশক)নি হায়না ঋষিশিংনা তাকই।

শ্লোক অমনা — **শ্রুতিস্মৃত্যুদিতং ধর্ম্মমনুতিষ্ঠন হি মানবঃ।**

**ইহ কীর্ত্তিমবাপ্নোতি প্রেত্য চানুত্তমং সুখম।।** (মনুং · ২/৯)

"বেদ, স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা ধর্ম্ম ওইবা থবক তৌরগা মীওইবনা সংসার অসিদা হিংদুনা লেরিঙৈ মতমদা মতিক মগুন ফংদুনা ফাওবা (মিংচৎ লৈবা মীওইবা) ঙম্মি, অদুগা শিরবা মতুংদসু ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফংই" ।

মতৌ অসুম্না বেদ অমসুং স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংনা তৌ হায়না তাকপা শরী-রিক কর্ম্ম, মানসিক কর্ম্ম অমসুং বাচিক কর্ম্ম পুন্যকর্ম্মশিংবু ধর্ম্ম কৌই।

বেদ শাস্ত্রগী ওইবা কৃষ্ণ ভগবানগী মুখদগী থোকপা ৱাহৈ কয়া অসিনা মীওইবগী থম্মোইবু ফত্তবা ৱাখল কয়াদগী নাম্থোকপা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা ৱাখলগী পান্দম অসি নট সংকীর্ত্তন অসিগা সঙ্গ তৌজবদগী ফংজবা ঙমই। থোইদোক্লা মখা তানা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ৱাখলগী পান্দমবু

কুপ্না নৈনরুরগা থোইনা কৃষ্ণ ভক্তি-প্রেমদা থম্মোই আস চিংশিনবা ঙম্নদুনা জীবদা দয়া হায়বা বাখললোনবু শাগৎনদুনা বিশ্ব শান্তিগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনবা ঙমই। তাইবংদা বিশ্ব শান্তি পুরকপা অসি মীওইবনা ঈশ্বর প্রেম ভক্তিদা লুপত্রিবা মখোই পুরকপা খক ওইথোকপা ঙম্লোই। মীওইবদি অহাওবা চানিংই, ফজবা পামই পুক্নীংবু বারকপা ঙমদে, শাওগম্লি, মশাগী অমদি মচা মশু মরী মতাগী ফনবদা খন্দুনা ময়াগী সংসার অসিদা শিবা ঙাইদুনা লৈনৈ। অসিগুম্বা অধর্ম্মগী-লমচৎশিং থাদোক্তুনা পুন্য কর্ম্ম কয়া তৌনরক্রবা মতমদা হায়নরুবা হৌনরুবা লৈতনা বিশ্ব শান্তি হায়বা পান্দম অদু শোয়দনা ফংবা মশানা তাই হায়বসি সাধু, বৈষ্ণব, মুনি, ঋষি কয়াদি হান্নবা লম্বী অসিদা খোঙদাখ্রবনি। অসিগুম্বা পম্বং অসি তানবদা সধারন মীওইনা সত সঙ্গ তৌদুনা বেদ শাস্ত্র পুরানগী বাফম ইননা ইশাগী ধর্ম্ম ঙাক্না চৎচবা ঙম্নবা সাধননি তাক্তুনা লৈরবা রিতি কয়া অসি ইন্দুনা চৎপা তাবনি।

মরম অসি লৈবনা নট সংকীর্ত্তনগী পান্দম ঈশ্বর ভগবান্দা ভক্তি প্রেম সেবা তৌজবা মওং অসি থোইনা মরুওইবা পান্দম অমনি হায়দবা য়ারোই। মৈতৈ জাতিনা মহৌশাদগী হৈনজরক্রবা লোনচৎ অসিমক্তা অচেৎপা লিপুন অমা ওইনা মৈতৈ খুন্নাই লিংদুনা লমদম অসিগী মৈহৈরোন্দগী ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈবা ঙম্লিবনি।

অসিগুম্বা নট সংকীর্ত্তন তৌজবা লোনচৎ অসিনা তাইবংমপোক অসিদা শান্তীগী য়ুমফমদা পুন্না হিংমিন্নবা ঙমগনি হায়বা অচেৎপা থাজবা লৈবা মীওইতনা বিশ্বশান্তি পুরকপা ঙমগনি। অসিগুম্বা প্রেম ভক্তিগী বৃজ অসি নট সংকীর্ত্তননা মতম কয়াদগী লমদম অসিদা য়েন্দুনা লাক্লি অদুমক্তা অচুম অরানগী বাখল কয়া তৌজবা ঙমলি। থৌওং কয়া অসি কুপথনা য়েংলুরগা নট সংকীর্ত্তন শান্তী য়ুম্ফম থোনবা ঙম্লি হায়না ফোংদোকপদা থোইনা লানবা বাফম ওইফম থোক্তে। থোইদোক্না হায়রবদা **নট সংকীর্ত্তন ভক্তি, প্রেম পোকহনবগী থৌরমদা অচৌবা থৌরাং অমগী মশক্নি।** অসিগুম্বা প্রেম ভক্তি অসিগী মতিক ময়াই শিংথাবা চুমই।

প্রেম ভক্তি হায়বসি মীওইবগী লমচৎপু শেমগৎপদা, সধারন মীয়ামগা হিংমিন্নবদা অমসুং ঈশ্বরবু নিংজবদা য়াম্না মরু ওইবা লমচৎকী শক্তম অমা ওই। মরম অদুনা মীওইবনা নাপীদগী হেন্না তোনবা উপানগুম মরাই লুকপা হায়না প্রমান তৌনৈ। শক্তম অসিগী পান্দম অসি সংকীর্ত্তন কারীশিংগীদমক্তদি থোইদোক্লা মথৌ ওইবা মরম্না মশা মশানা শাগোন্নদুনা লৈফম থোকই। লৈসু লৈনৈ। কনাগুম্বা সংকীর্ত্তনগী মীওই অমনা লমচৎ অসি চৎত্রবদি হিরম অসিদা খঙজ হৈজরবসু মীনা পান্নদবনা চন্নদদুনা কাংখা থাংগুম তাদুনা লৈ। বিদ্যা অসিদসু নত্তনা হিরম খুদিংমক্তা প্রেম ভক্তি ৱাৎপা মীওইদি মীনা পান্নদে। অদুনা থবক থৌরম খুদিংদা চাওখৎপা ৱানা থোকই। প্রেম ভক্তিনা মীগী, লাইগী থম্মোইবু পুনবা ঙম্বগুম অতৈ পোৎ অমত্না থম্মোই হকচাংবু খক পুনবা ঙমদে। সতী সাবিত্রীনা যমরাজদা মশাগী লৈজবা ভক্তিগী শক্তিনা পুনখিবনা থাদোক্তুনা চৎপা ঙমখিদে লোয়ননা তুংগী ৱাখল খলহৌদনা বর পিথোকখিবদগী সতীগী মফমদা মাইথিদুনা মবুংঙো সৈতাবানগী নুংশিজববা থৱাইপু অশিবগী খয়াৎতগী মুন্দুনা পুরকপা ঙমখি। প্রহ্লাদগী ভক্তি প্রেমদা পেনবিদুনা মহাক্না হায়খিবা ৱাফমবু ঙাক্নবগীদমক লিক্লাই য়ুম্বীদগী নবসিংগী মূর্ত্তি ওইনা চোংথোকপিরক্তুনা তমথিরবা হিবন্যকশিপুবু লানবিখি। লক্ষমী দেবীবু তিলোতমা দেবীগী প্রেমনা পুনখিদুনা ঙহাক্তা থাদোকপিদনা লোয়নবিবদগী মমৈদা নুংঙাই য়াইফবা অমগী শক্তমদা মরাইবক থিদুনা লৈরবা মপুরোই অমদি মখোয়গী মচিন মনাও পুম্বা অৱাবা কোকহনবা ঙমজখি। মতৌ অসুমনা প্রেম ভক্তিগী গুননা মীওইবনা মাইপাক্লা হিংজবা ঙমখিবা ৱারী কয়া অমদি প্রেম ভক্তি ৱাৎপদগী আৱানা তাখিবা মীওই কয়াগী ৱারী কয়া কয়া লৈখি।

জগতগী মবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রা প্রভুনা অচম্বী চীংমী চনু সাবেরীনা মহাও তংথোক্লবা বোরোই কয়াবু থম্মোই শেংনা প্রেম ভক্তিগা লোযননা কৎচরকপদা থৱাই তানা বোরোইশিং অদুবু চাদুনা মহাক্না নিংজবা থুংহনখি।

বাখল ফন্তবা প্রেম ভক্তি বাংগা থিন্ত্ররাক্লগী মচানিপা ১০০ গী অহন দুর্য্যধোননা মচিন মনাওশিংগা কোনননা ভীমগী মখুত্তা মাইথিবা ফংথি। প্রেম ভক্তি নন্তনা পরম ব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ মাবু ফংজনবা অতৈ উপাই লৈতে। ঙসিগী লৈরিবা সংসার অসি প্রেম ভক্তিতনা পুন্দুনা থম্বদগী ঐখোয় জীব পুন্নমক হিংমিন্নদুনা লৈজবা ফংলিবনি। প্রেম ভক্তি হায়বসি ঐখোয় মীওইবা জীবগীদমক্তদি হিরম খুদিংদা মথৌ লৈ। মরম অসি লৈবনা কলী যুগনা মালেমদা খোংদারক্রুবদা নারদ মুনিনা মালেম অসিদা জীবনা করম্না হিংলিবগে য়েংগে লাকপদা বৃন্দাবনদা বৈরাগ্য অমদি জ্ঞান অনিনা অৱাবা তারবা ফিভমদা হিংই হায়বতা মঙাইনা মশাগী মথৌ তৌবা ঙমদনা হিংলমই অদুগা মখোয়গী মমা ভক্তিদি লৈশাবী অমা ওইনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নমই। মরম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই ভক্তি হায়বা অসিদি মফম পুন্নমক্তা যুগ খুদিংদা হিংজবা ঙমজবা পোৎশক অমনি। ভক্তি প্রেম হায়বা অনি অসি শাগোন্নবা পোৎশক অনিনি। ঐখোয়না প্রেম লৈবা মফম অদুদা ভক্তিসু লেংদনা লৈ অদুগুম্না ভক্তি লৈজবা মফম অদুদা প্রেমসু লেংদনা লৈ। সংসার অসিদা নুংশিবা মনমনা, মহাও লৈবা পোৎশকনা ফজবা নুংঙাইবা পিবদগী প্রেম ভক্তিনা মতম শাংনা মীওইবগী থম্মোইদা নুংঙাইবা পিবা ঙমই। থোইদোক্লা ঈশ্বর ভগবানবু ফংজনবা অমতা ঙাইরবা উপাই অমা ওইরি। অদুগুম্নবা উপাই অদুতনা মীওইবগী পরমসুখগী মশক ওইরবা মোক্ষ পদবী অদু ফংজবা ঙমজগদৌরিবনি। অসিগুম্বা প্রেম ভক্তি অসি ঈশ্বর মহাক্লা মীওইবা জীবদা পিবিবা মমল নাইদ্রবা দানগী পোৎশক অমনি। অসিগুম্বা প্রেম ভক্তি অসি মীওইবনা মতম পুন্নমক্তা শাগোম্নদুনা লৈরবতদা ঈশ্বর ভক্তিগী লম্বীদা অমদি হিংদুনা লৈজবদা থোইদোক হেন্দোক্লা কান্ননিংঙাই ওইরবা পোৎশক অমনি। মসিগী সাধনা অসি মী খুদিংমক্লা তৌজগদবনি। অদুগুম্বা সাধনা অদু তৌনবগী থৌরাং নট সংকীর্ত্তন অসিনা ওইরি।

নট সংকীর্ত্তননা মীওই কয়াগী শিনফম পিদুনা ঈংনা তপনা হিংজবা পুন্সি অমগী পান্দমদা লৈজবা ঙমহল্লি।

ব্রহ্মন্যধায় কর্ম্মনি সঙ্গং তাকত্বা করোতি সহঃ।
নিপ্য তে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা।।১০।।

"পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা কর্ম্ম ফল কৎথোক্লগা পামশিনবা য়াওদনা কনাগুম্বনা মথৌ পাঙথোক্লবদি থম্নাবু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম মাবু পাপকী মশক ওইবা থবক্লা করিসু শোকপা ঙমদে" হায়রি।

বাফম কয়া অসি মমুৎ তানা খন্থরুরগা নট সংকীর্ত্তনগী মুর্ত্তি অমা ওইবগী শিনফম অসি তৌবা য়াবা শিনফম অমা ওইরকপনা মী কয়া শিনফম অসিদা চংশিন্নরক্লি। ঙসিগী মণিপুর সমাজদা সরকারগী কর্ম্মচারী অমা ওইনবা হোৎনরুবদা মখল মথেল কয়াগী খুদোংথিবা কয়া মাইয়োক্লরি। মতাং অসিদা সরকারগী মাইকৈদগীসু থবক ফংদবা মীগী মশীংনা ঈশিং ঈচাওগী পান্দমগুম হেনগৎলকপনা থবক পিনবা হোৎনবদা অবাবা থৌরাং অমা ওইরি। অদুবু নট সংকীর্ত্তন শিনফম অসিদা চংবদদি মীওই খুদিংগী অথিংবা লৈতে। চন্নফমসু পোফম কয়া থোক্লা লৈবনা চংশিঞ্জরম্বদি লেন্না থক মাঙনম্রি। থোইদোকপা মওংদা অফবা পুন্য কর্ম্মবু পামজবা মীওই কয়াগী সত সঙ্গ ফংজবা ঙমবদগী ঈংনা তপ্না হিংজবা ঙম্নবগী উপাই অমা ওইরকই। মশানা মশাগী মতেং পাঙজবা পুন্সিগী পান্দম হায়বদো শেমজবা ঙম্লকই।

অসিগুম্বা থৌরাং অসি নট সংকীর্ত্তননা খোঙদারকপদগী ঙসি ফাওবা হোংদনা মীওই কয়াগী শিনফম পিদুনা লাক্লি। পান্দম অসিমক নট সংকীর্ত্তননা লমদম অসিগী মীওই কয়াদা খুদোল তমজবা সরকারগী মাইকৈদসু মখোয়গী থৌরাংদো মতেং পাঙবা থৌরম অমা ওইবা চাওরবা খুদোল অমনি হায়না পঞ্জনিংই।

থোইদোক্লা মথা তানা কুপথনা নৈনবা তাবদা নট সংকীর্ত্তন হায়বা থৌরম অসি মীওই অমতনা পাঙথোকপা য়াবা থৌরম অমা ওইদে। মমাংঙৈগী মতমদদি নট সংকীর্ত্তন অসি পাঙথোকপদা পালা ৬৪

(হম্ফুমরী) লেপনরমই হায়না অইবা ওইনা থেংনজে। অদুবু ঙসিদি পালা ৮ (নিপাল) দি লেপ্তবা য়াদে হায়নবদি নৈ। অদুবু য়ুম্মুগী অপাম্বা মতুং ইন্না ৮ (নিপাল) গুদনা পালা লেপ্পসু থেংনরে। অদুম ওইনমক থৌরম অসি পাঙথোকপদা মীওই ১/২ না পাঙথোকপদি শুকয়ামক য়ারোই। অসিগুম্বা থৌরম অসিদা ঈশৈ হনবা, দোহার, খোনপাঙবা পালা অমা অনি পুঙ য়ৈবা অনি হায়বসিদি মশাগী তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা চংলে। মরম অসিদগী ওঝা গুরু কয়ানা মশা মশাগী ঘেরেনা কয়া লিংদুনা শকমিন শোনমিন্নবা পালা কাংবু শেম্মরি। মতৌ অদুগুম্না পুঙ য়ৈবা ওঝাশিংগীসু মাগী মাগী খোঙলোই কয়া শেম্মরি। মীওই মীশক্কী মতুংইন্না মখোল মরা ফবা মীওইনা ঈশৈ হনবা ওইগ্রবসু মীওই মীতৌ ফজবা ওঝা কয়ানা দোহার ওইবদা শক্লাইবা ওইবা ঙম্মরি। অদু নত্তবা ঈশৈ হৈবা মীওই কয়া অমসু খোনপাঙবগী ফমফম ফংনরি। হায়রিবা গুন কয়া অসি লৈত্রবসু চুন্নগী অচম্বা পালা অমা ওইনা চোলোমগী মওং ফিরেপকী পান্দম অমদি করতাল খিঙবগী নিয়ম খঙবদগীসু পালা ওইজবগী খুদোংচাবা ফংজরি। অসিদসু নত্তনা ঈশৈ নোংমাই চোলোম কোঠোনচিংবা পান্দম কয়া অসি ইতৌ তৌদনা স্বর সঞ্জ খঙনবা থৌরাংজবা মীওই কয়ানসু শৈশক্কী পান্দম তাকপি তম্বিবা শিনফমদা ওঝা গুরু অমা ওইনা লৈবা য়ারি। শিনফম অসিদা মখল মথেলগী মীওই কয়াগী তঙাই ফদবা লৈবনা শিনফম অসি তৌনবদা মতমগী মতুংইন্না মীওই কয়াগী শিনফম ওইহনবা য়ারে। থোইদোক্লা শিনফম অসিদা চংবদা অরেপ্পা Education গী ওইবা General Qualification গী থোইদোকপা থাক অদু য়ৌদ্রবদি চংবা য়াদে হায়বগী অথিংবা লৈতে। থোইদোক্লা মশাগী ওইনা শোয়নাইবা মীওই ফাওবা শিনফম অসিদা চংবা য়াবনা মমিং উদবা মখোঙ মখুৎ য়াদবা মীওই কয়াসু মখল মথেলগী মুর্ত্তি ওইনা শরুক য়াজবা ফংনবগী খুদোংচাবা ফংনরি।

**নট সংকীর্তননা লমদম অসিগী নহারোল অহললোন কয়াদা মশাগী শিনফম পিবদা অচৌবা থৌদাং লৌরি।**

নট সংকীর্ত্তন থৌরমদা মীওই খুদিংমক চন্নবা য়াই। মোইবুং খোংবা হায়বা শিনফম অসিদা মাইপাক্কা নিয়ম চুন্না খোঙদুনা চৎথবা য়াই। ব্যদগী ওইবা খোন্থোক পিবা ঙম্বা, শিজিন্নবা ঙম্বা মীওই, থৌরম কয়াদা শিজিন্নদুনা মথৌ পিবা য়াই। মসিদা মরু ওইরিবদি বিদ্যা অদুগী মপুংফাবা পান্দম অদু ফংজবা ঙম্বা মীওই অমা ওইবা হায়বদুতনি।

হৌজিক্কী মতমদা বিদ্যা অসিবু শিনফম ওইবা মীওই কয়াদা থোইদোক্না ইকাই খুম্নবা মতম অমা ওইরে। লৈবাক্কী ওইবা থৌরম খোংজোম লানবু নিংশিংবা অথৌবশিংদা হৈকৎ লৈকৎ তৌবা থৌরমদা মৈতৈ নট পালাগী থৌরম অসি পাঙথোকহল্লি। মতৌ অসুম তৌনা শিনফম অসিদা চংশিনলকপা মীওইগী মশিংসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। বিদ্যা অসি শেংলবা মশানা মশাগী থবক পিজনবগী থৌরাং অমনি। মরম অসিনা বিদ্যা অসি তমজরিবা মীওইশিংগী অফবা মখলগী যন্ত্র লৈবদা সরকারগী শেন্থং পিবগী তঙাই ফদবা ফাওবা লৈ।

নট সংকীর্ত্তনগী ৱাখল্লোন অসি য়াম্না ৱাঙবা ৱাখলগী পান্দমনি। আমেরিকাগী প্রসিডেন্ট John Kennedy না হায়রম্বা সরকারনা নখোয়দা ফনবা তৌবিরকপা ৱাখল্লোন অদু থাদোক্তুনা নখোয়না সরকারগী করি মতেং তৌরগা সরকারগী অফবা ওইগনি। হায়বগী ৱাখল অদু খল্লু হাযরম্বগুম্না নট সংকীর্ত্তনগী মীওই মুর্ত্তিগী শক্তম ওইরিবা মীওই কয়ানা মশা মরোমদোমগী ৱাখলনা সরকারগী মতেং য়াওদনা হিংজনবা Mr. Kennedy গী ৱাফম অদু ইনবনি হায়না লৌবা য়াই। থৌরম অসিগী থৌরাংদা চংশিনলিবা মীওইনা কনাদসু মখোয় মখোয়না তৌজরিবা খঞ্জরিবা শিনফম অসিগীদমক্তা চাওথোকচবা পোঙথোকচবা য়াওদনা বার্ত্তনবু ফংজরবদি মনতিকন্নদনা থৌরম অদু পাঙথোক্লরি। মসিমক মশাগী ওইজবা থাদোকপগী পান্দম অমনি হায়বা য়াই।

"চাবদা চিলহাও থিদবা হিংননবগীদমক্তা চাবা চাননবগীদমক্তা হিংদুনা লৈবা মীশক অমগী পান্দম ওইদবা অৱাংবা ৱাখলবু খনবা" হায়বা ৱাফম অসি জাতিগী মপা ওইবা গন্ধীজীগী অমৃতগী মশক ওইরবা ৱাহৈনি।

পান্দম আসদা থোইদোক্না অহেনবা পান্দম ৱাখল থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী নামল্লু তৎতনা শোঞ্জবা ফংজবা শিনফম অমা ওইবনা শিনফম অসিদা মীওই কয়ানা শিনফম ওইনরক্নি। অমরোমদা বিদ্যা অসি তম্না তম্না ওঝা গুরুগী তুং ইঞ্জবনা শেম্বোক্কী লম্বী অমসু ওইনরক্নি।

শিনফম খুদিংমক্কী নিংথিবা ফজবা মহাও লৈ। নট সংকীর্ত্তনকারীশিংগী কর্ম্মগী পান্দম ৱাংই থোইদোকপা জীবগী সেবাগী পান্দমনি। মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বগী সাধনানি। D Brinda Srinira কৌবা MA, BEd Teacher, Ambasamudram Tamil Nadu না হায If anyone needs peace of mind, let the conscience control the mind কনাগুম্বনা পুক্নীংগা শান্তী পাম্লবদি নশাগী বেবেকনা নপুক্নীংবু ফাজিল্লু। অদুনদি ঐখোয ৱাখল খন্থনা থম্মোইনা ৱাখলবু ৱারক্তুনা হিংবগী তঙাইফদবা লৈ। মবম অসিনা লমদম অসিগী মীওইশিংনা শিনফমগী চিলহাও থিদনা বিদ্যা অসিদা শিনফম অমা ওইনা চংশিন্নবকপদা থৱাই হকচাং পুক্নীং ফাজিন্নিংঙাই ওইরবা শিনফম অমনি খন্নরক্তুনা মীওই কয়াবু শিনফম পিবদা নট সংকীর্ত্তননা লেপ্তুনা থৌদাং লৌরি হায়বা য়াই।

**সংহি ন ব্যথয়ন্ত্যেতে পুরুষং পুরুষর্ষভ।**
**সমদুঃখসুখং ধীরং সোঽমৃতত্বায় কল্পতে।। ১৫।।**

শ্রীমদ্ভগবতগীতাগী অনিশুবা অধ্যায়গী ১৫ (তরামঙা) শুবা শ্লোকনা হাযবি।

যম=মহাকপু; হি=লেপ্পমক; ন=কৈদৌঙৈদসু নত্তে; ব্যথয়ন্তি=ৱাহল্লী; একে= মখোয়সিনা; পুরুষম=নিপাবু; পুরুষর্ষভ =নিপালক্তা অথোইবা, সম= মান্নবা, হেন্দোক্তবা; দুঃখ=অৱাবা; ধীরম=অখাঙ কনবা মী, সঃ=মহাক; অমৃতত্বায়= মুক্তিগীদমক; কল্পতে=লৌখৎপা য়াই হাযনা খন্নে।

**মৈতৈলোন্দ হন্দোকপা**

নিপালক্তা অথোইবা হে আর্জ্জুন, অৱা নুংঙাই অনিনা লাংতক্নদ্রবা অমসুং ফিভম অনিমক্তা অখাঙ কনবা লেংদ্রবা মীদুদি অরান খুভম ফংবদা মতিক চারে হায়না খন্নে।

শ্লোক অসিগী পান্দমদা মশাগী ওইবা ময়াগী পোৎলম কয়া অসিবু থাদোকপদা থম্মোই অবাবা লৈত্রবা নুংঙাইবগী পান্দম কয়াদসু থোইনা হেন্না পামশিনলুদবা মীশক অমগী পান্দম্বদা নট সংকীর্ত্তন মুর্ত্তিশিং অসিনা লৈরবতদা অশেংবা নট সংকীর্ত্তনগী পান্দম অসি ফংনগদৌরিবনি। মতাং অসিদা শ্রীভগবাননা তাকপিরিবা ফিভম অনি হায়বদি অবাবা নুংঙাইবা অনিমক্তা। চপ মান্নবা অখাঙ কনবা পান্দমদা লৈবা হায়বসি অশেংবা কলা বিদ্য অদুবু পামজবা মীওইদি ঙমফম থোক্লিবনি। অসিগুম্বা অবাংবা পান্দমগী বাখল্লোন অসিদা চংনরকপা হায়বসি জ্ঞাননী ওইরবা মীওইশিংগী থোইদোক হেন্দোক্লা দরকার ওই। মরম অসিদগী কনাগুম্বা মীওই খরনদি মচাবু ইঞ্জিনিয়ারিং সার্ভিসতা অমদি ডাক্তর ওইবগী হৌজিক কাল অরেম্বা পোষ্টশিং অসিদা চংহন্নিংদে মরমদি মখোয় থম্মোইদা শোয়দনা ফত্তবা বাখলগী মমি তাখিগনি হায়না নুংশা থিজদুনা নট সংকীর্ত্তনগী শিনফম অসিদা general ওইবা Education গী মমি অমা তাহল্লগা শিনফম ওইনদি নট সংকীর্ত্তনকারী অমা ওইহন্নবা থৌরাং তৌনরি।

নট সংকীর্ত্তনগী রসনা প্রধান ওইবা শৈশক কয়া অসিনা ভক্ত বৈষ্ণব কয়াগী থম্মোইদা শেংলবা প্রেম ভক্তিগী ঈথক হৌহনবা ঙমই হায়বসিদি সংকীর্ত্তনগী ময়াইদা ভক্ত বৈষ্ণব ওইবশিংনা চংনরক্তুনা মিৎকী পিবু দান তৌবা ঙম্নরিবা অসিনা শেংলবা প্রমান অমনি।

মপুং ওইবা বারোল ঈশ্বর প্রেমদা থবাই লুপচবা মীওই কয়াদি মচা মশুবু অশেংবা লম্বীদা লমজিংজরিবনি হায়বা বাখললোনগা লোয়ননা পুক্লীং চংনা বিদ্যা তমবগী নিয়মদা গুরু বোরিজদুনা মচাবু ওঝা গুরুগী মফমদা শিন্নজদুনা বিদ্যা অসিবু তমহন্নরি। মতৌ অসুমনা লাইর ইনাকখুনবা মীওই কয়াগী মচা মশু কয়াসু শিনফম অসিদা শরুক য়ানরক্লি। শিনফম অসি লৈরমদ্রবদি সরকার অসিগী মকোক থোইনা শানিংঙাই ওইগনি।

মতৌ অসুম তৌনা নট সংকীর্ত্তন ঙসিগী শিনফম পিবা ঙমদ্রবা নহারোল নুপী অঙাং অমদি অহল্লোন কয়াসু শিনফম অসিদা থবাই তানা চংশিন্নরক্লি লোয়ননা বিদ্যা অসিদা থবাই লুপচরক্লবা অহল্লোন কয়াদসু

ঙসিদি পেনশিলগী মতেং ফাওবা পিরক্রে। থোইদোক্লা হিরম অসিদা মখা চংথনা থিজিন হৌমজিনজবা পামজবা মীওই কয়াদসু অচৌবা শেলগী মতেং পিরক্রে। মরম কয়া অসি নট সংকীর্ত্তন-না লমদম অসিদা মনা মনিল নাইদনা তৌজবা দানগী মশক্কি শিনফম পিবগী পান্দম্নি হায়না লৌনবা য়াই।

*The roots of happyness grow deepest in the soil of service (W M. Athur Word)*

**নট সংকীর্ত্তনগী সঙ্গদা লৈবা মীওইশিংদি অয়াম্বনা পুকচেল তপই। সাধুতা ওইবা থম্মোই চেল্লি। মীগী মাঙনবা বাখল য়াওদে। মতম পুন্নমক্তা খুরুম লৈপাইদুনা ব্যবহার তৌনৈ। লোয়ননা "হরে কৃষ্ণ" হায়বা ঈশ্বরগী নাম অসিবু শোনমিন্নৈ। অসিগুম্বা লোনচং অসিনা ঐখোয় মশেল নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবদা অচৌবা মতেং অমা ওই।**

মখা তানা নৈনবা তাবদা সংকীর্ত্তনগী মরুওইরিবা নরোত্তম ঠাকুরনা খুদোল তম্বিরম্বা লাইরিক 'প্রার্থনা' অমসুং 'প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা' নৈনবদা কন্নাগী থম্মোইবু পেৎতবা ঙম্লোই। মতৌ অসুম্না নট সঙ্কীর্ত্তন অসি ঙসিদি লমদম অসিদা রসনা থল্লবা সংকীর্ত্তনগী শক্তম অমা ওইবনা প্রেম ভক্তিগী পদ্ধতিদা মখোঙ য়াঙনা খোঙকাপ লাউনা চংশিনলক্কুনা ভক্ত বৈষ্ণব কয়াগী থম্মোইবু শুমহৎপিবা ঙমদুনা কৃষ্ণ ভক্তিদা পুক্নীং লুপচবা ঙম্লি। শাস্ত্রীগী শক্রোন পুবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা ইবুংঙো মাগী অবতারদা জীবদা দয়া নত্তনা অবাবা পিখিদে অদুমক্লা মরম ওইদুনা "অবতারো শিরোমনি" হায়বা মিংথোল অসি পিনরিবনি।

অদুগুম্নবা প্রভুগী মরুওইবা পান্দমদি মানব জীবদা কলীগী তারক ব্রহ্মনাম পিবিদুনা মোক্ষগী পান্দম ফংহনবা হায়বসিনি। অসিগুম্বা প্রভুগী বাখলগী পান্দমদা চংথজবা নট সংকীর্ত্তনগী পান্দমনা মীওইবা কাংলুপ অমদি জীব অতৈগী মাঙনবা থৌরাং তৌদে শুপনতগী মুক্তি লম্বী ফংনবগী লম্বী ওই। ভক্তিগী পান্দম মিংথোল পুন্নমক থাদোক্কুনা লুরবা কয়াৎ তরামাথোইনা সেবা তৌজদুনা ভক্তিগী পানদমবু তারবদি সখী মঞ্জরীদদি চংজদবা লাইরিক্কী বায়েন কায়দনা তৌজবা সেবা "বৈধী-ভক্তি" নত্রগা

য়াম্না পাম্না সখী মঞ্জরীগা মতুং ইঙ্গদুনা তৌবা কৃষ্ণ সেবা রাগানুগা ভক্তিবু ওইরবসু ইবুংঙো মাগী মফমদদি থম্মোইবু শেংলবদি ইয়া য়াই দোষ পিদে। মতৌ অসিদা চংশিনলি লাইনিংগী পান্দম লোনচং অসিনা মীওইবগী মফমদা শোয়দনা শান্তিগী ঈরিক থিকপা ঙমজবা হায়বসিদি নুমিৎনা মঙালবু লোয়নজবগুম্বনি। মশানা তারবা ৱাফমনি। নট সংকীর্ত্তন ভক্ত বৈষ্ণবশিংগীদমক্তদি মমল য়াম্নবা কল্প বৃক্ষ অমগী পান্দমনি।

মহাত্মা গান্ধীজীনা তাকপিরম্বা Stength does not come from physical capacity. It comes form an indomitable will. পাঙ্গল থৌনা হায়বসি হকচাংদগী লাক্তে খাঙবা ঙমদ্রবা ৱাখলদগী পোক্লকই হায়বা ৱাফম অসি চুমদুনা লৈরগদবা ৱাফমনি। ঐখোয় মীওইবনা খাঙদুনা লৈবা ঙম্বা পাঙ্গল অমদগী চিন্না শান্তী শান্তী হায়রবসু থবক্তা ওন্থোকপা ঙমগ্রিবা অসি will power ৱাৎপদগীনি। অসিগুম্বা শক্তি অসি লাইনিংগী অচেৎপা পান্দমদা ৱাখলগী অরেপ্পা শক্তমদা শাগৎলবতদা শোয়দনা ওইথোক্কদবা ৱাফম্নি। অদুবু লেপ্তুনা লম্বী অসিদা চংশিললিবদি ধর্ম্মগী পান্দম কয়া অসিনি।

ৱাখল্লোন অসিদা নট সংকীর্ত্তন হায়বা লমদম অসিগী লাই তিনগী থৌরম কয়াদা চৎথরিবা থৌরাং অসি বিশ্ব শান্তি পুরক্লবা লমদম অসিগী মরু ওইবা থৌদাং অমা ওইবনা থৌরাং অসিনা য়াম্বা য়ামদবা লম্বী অসিদা চংশিন্দুনা লমদম অসিগী বিশ্ব শান্তীগী য়ুমফম থোঙ্গনবা থৌরাং অসিদা মাই পাক্লা চংশিনবা ঙমজরি হায়বা ৱাফম অসি মশানা তারবা তর্কা লৈত্রবা সত্বসিদ্ধনি।

পান্দম অসিগী পম্বুংদা থৌরাং অসিগী মথাদা নোংমদি শোয়দনা স্বর্গগী পারিজাৎ কুম্লা লৈরাং অসি মালেমদা মপান মরা তানা শাৎকাইরখিনি। থুপ্পা ফংলখিগনি মহাক্কী অইংবা উরুমদা নোংমদি শোয়দনা। য়োকখৎসি ঈপোৎ ঈরল ওইরবা নট সংকীর্ত্তন মানব জীবগী মঙ্গলগীদমক্তা শ্রীহরিগী কৃপাগী দৃষ্টি নিজদুনা।

**নট সংকীর্ত্তননা মৈতৈ জাতিবু শক্তাকপদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরি।**

ঙসিগী ওইবা মালেমগী মীরোন অসিদা মাগী মাগী কাংলুপ্পু মশক তাক্লবা অকনবা থৌরাং কয়া লেপ্পা লৈতনা চৎথনরক্লি। থৌরাং অসিদা

লম খুদিংগী সরকার সরকার খুদিংমক্কা অঙম্বা মতেং কয়া পিদুনা খুমাং চাওশিনবা ঙম্নবা থৌরাং তৌরি। পান্দম অসিদা ভারত সরকারনা Human resource হায়বা অচৌবা Dept. অমা লিংখৎহুনা State খুদিংদা মতেং পিদুনা পান্দম অসি মপুঙ ফানবা খুজিন থৌরাং কয়া লেপ্তুনা পাইখৎলকলি।

মতাং অসিদা লমদম অসিদা লৈরিবা কাংলুপ ৩১/৩২ অসিগী মী কয়াগা লোয়ননা লমদম অসিগী নাৎকী শক্তম তরু তরুনা পুথোক্লবা হোৎনবদগী Manipuri জগোইগী পান্দম থোইনা থাগৎনবগা লোয়ননা পৃথীবীদা খঙনরক্রে। থোইনা নট সংকীর্ত্তনগী পুঙ ঈশৈগী ফজবা কয়া অসি মনুং হুঞ্জিন্না খঙবা ঙম্নবা থৌরাং কয়া চৎথরনক্রে।

অসিদসু নত্তনা France, Germany, Italy নচিংবা লৈবাক্কী মীওইনা বার্ত্তন কয়া তৌনরক্তুনা শেল থুম চংনা মৈতৈ কলচরবু মশক খঙনবা হোৎনরকপনা ঙসিদি মণিপুর কদাইদনো লমদম অসিদা লৈবা মীওইগী শক্তম করম তৌবা করি করি হেন্দোক থোইদোকপা রাখল লৈবা হায়বা কয়া থিনরক্রে। মতাং অসিদা মণিপুরগী নাৎকী শক্তম মগুন শুনা য়াওবা নট সংকীর্ত্তন শক্তম অসিনা পৃথিবী মফম কয়া উৎচবা ঙম্বগী খুদোংচাবা ফংজবনা লম অসিগী মীওইশিংবু মালেমদা শক তাকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরি হায়বগী রাফম অসি অচুম্বা ওইহল্লি।

ঙসিগী পৃথিবী অসিদা জাতি খুদিংমক্কা মশা মশাগী মনাৎ অমদি লাইনিংগী পান্দমনা শক তাকপা ঙমননবা অকনবা থৌরাং কয়া লৈবাক লৈবাক্কী ওইনা লৌখৎনরক্রি। থৌরাং অসিগী মখাদা ভারত সরকারগী Human Resource Dept না অকনবা মিৎয়েং থম্বিদুনা মৈতৈ Culture গী ফজবা পান্দম কয়াবু অইবা Record ওইনা থম্বা য়ানবা থৌরাং কয়া লেপ্তুনা চৎথবিরি।

পান্দম অসিদা হায়নরি শাস্ত্রগী ওইবা রাফমদা "মীগী ধর্ম্ম মপুমদগী ঐগী ধর্ম্ম মচেৎ অদুনা হেন্না ফৈ" হায়না মতৌ অসুম তৌনা চৎথরনকপা থিজিন হুমজিনবগী থৌরাং কয়া অসিদগী খঙনরক্রি— "Every culture has got its own beauty" হায়বদি নাৎ খুদিংগী মশা মশাগী ওইবা

ফজবা পান্দম লৈজে হায়না য়ানরক্নি। অদুগা অমুক মশাগী Identity তাকপগা লোয়ননা জাতি অদুগী মৈহৌরোলগী হৌরকফমসু পুথোক্লবা থৌরাং লেপ্পা লৈতনা থৌরাং তৌনরক্নি। অদুনা মতম অসি Identity Research তৌনবগী মতম অমা ওইনা শিংথানরি।

মতাং অসিদা Manipuri জাতিগী Originality অমদি Identity পুথোকপদা খুদোংচাবা কয়া ফংলি। মনিপুর ভারতকী অৱাং নোংপোক লমদা লৈজবা লৈবাক অমনি হায়বসি পৃথিবীগী ওইনা অনিসুবা লাঞ্জাও তৌখিবা মফম অমা ওইনা খঙনরি। অনিশুবদা তোপ তোপ্পা শগোল কাংজে শান্নবা অপিকপা শগোল শিজিন্নবা হৈবা হৌজিক্কী মতমগী ওইনা পোলো কাংজৈগী হৌরকফম ওইরবা মণিপুরনি হায়নসু জাতি অসিবু শক তাকপদা খুদোংচাবা ফংলি। অহুমশুবদা ফজবা পান্দমদগী কলাগী শক্তমদা মৈতৈ জগোই, মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন, মৈতৈগী পুঙ অমসুং মোইবুংনচিংবগী মরমদা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা কন্না থিনরকপা উরি। মণিপুর জগোই পৃথিবীদা মমিং চৎলে হায়বসিদি মালেম অসিদা য়াম্নরবা ৱাফমনি। মরম অসিদগী ঐথোয় করম্বা মীওইনো করি করম্না চাদুনা হিংই মথোয়গী লিচৎ শাজৎ করম তৌই হায়বনচিংবা কয়া অসি মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী পোৎথোক জগোই ঈশৈ কয়া অসি শক্তাকপদা অচৌবা থৌদাং অমসু লৌরি হায়বদা হেঞ্জিনবা ৱাফম ওইদে।

অমসু থোইদোক্লা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী ওইনা হেন্না ফজবা পান্দম কয়াগী তুত উৎপা নট সংকীর্ত্তন মীমাংসা হায়বা লাইরিক অমা পুথোরকপা ঙম্লবদি মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী মগুন থোইনা হেনগৎলক্কনি অমদি থোইনা মৈতৈ জাতিগী অশেংবা মশক তাকপদা হেন্না মতেং ওইগনি হায়না থম্মোইশেংনা হায়জনিংই। ৱাফম খরা অসি মতিক চাদ্রবা মীওই অমা ওইনা মীয়াম খ্বাই খিবিক্কী মফমদা থমজবা অমদি ভক্তি কৎচবগা লোয়ননা ময়ামদগী বিদায় লৌজরি।।০।।

হরে কৃষ্ণ

# গৌরীয় বৈষ্ণব লায়নিংদা
# নট সংকীর্ত্তনগী মরূ ওইবা মফম

শ্রী টি. অমুসনা শর্ম্মা শাস্ত্রী
*শিংজামৈ বাংমা ক্ষেত্রি লৈকাই*

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যং ভগবন্তং কৃপার্ণবম্ ।
প্রেম ভক্তি বিতানার্থং গৌড়েশ্বরততার যঃ ।।
স্বদয়িত নিজভাবং যো বিভাব্য স্বভাবাৎ।
সুমধুরমবতীর্ণো ভক্তরূপেণ লোভাৎ ।।
জয়তি কনকধামা কৃষ্ণ চৈতন্য নামা।
হরিরিহ্ যতিবেশঃ শ্রীশচীসুনুরেষঃ।।
জয়তি-জয়তি দেবঃ শ্রীশচীর্ভজন্মা।
জয়তি জয়তি ভক্তিপ্রেমদানৈকধর্ম্মা।।
জয়তি-জয়তি মেরুস্পর্ধি গৌরঙ্গধামা।
জয়তি-জয়তি ধন্যঃ কৃষ্ণ চৈতন্যনামা।।
নমো মহাবদান্যায় কৃষ্ণপ্রেম প্রদায়-তে।
কৃষ্ণায় কৃষ্ণচৈতন্য নাম্নে গৌরিত্বষে নমঃ।।
হৃদি যস্য প্রেরর্ণয়া প্রবর্ত্তি-তোঽহং বরাকরূপোপি।
তস্য হরে পদকমলং বন্দে চৈতন্যদেবস্য।।
বাঞ্ছাকল্পতরুভ্যশ্চ কৃপাসিন্ধুভ্য এব চ।
পতিতানাং পাবনেভ্যো বৈষ্ণবেভ্যো নমো নমঃ।।

সংকীর্ত্তন ঃ

শ্রীমন মহাপ্রভু গৌরাঙ্গবু সংকীর্ত্তনগী পিতা (অপোকপা), শ্রষ্টা (শেম্বীবা) নত্রগা প্রবর্ত্তক (লুচিংবা) নি হায়নৈ।

"চৈতন্যের সৃষ্টি ঐহ প্রেম সংকীর্ত্তন।" (চৈ, চরি, ২। ১৮। ৮৬)

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা ফোংদোকপিরকপসি "প্রেম সংকীর্ত্তন" অসিগীদমক্তনি।

সংকীর্ত্তনগী লক্ষন পীদুনা শ্রীপাদ জীবগোস্বামীনা ইরি -

"সংকীর্ত্তনং বহুভি মিলিত্বা তদ্‌গানসুখং শ্রীকৃষ্ণগানম্।" (ক্রমসংদর্ভঃ)

মী কয়া কয়া পুনশিন্নরগা স্বরতাল বাদ্যনচিংবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী নাম শক শোন্নবু "সংকীর্ত্তন" কৌই। অদুগুম্বা সংকীর্ত্তনগী পান্দম শুপ্নগী কৃষ্ণ প্রেম ওইবনা মদুবু "প্রেম সংকীর্ত্তন" কৌই। মসিগী লুচিংপুরেল প্রবর্ত্তক শাস্ত্রদদি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনি। শ্রীমহাপ্রভু, আবির্ভাব ওইদ্রিঙৈ মমাংদগী "কীর্ত্তন" তৌনরকই। নববিধা ভক্তিগী অনিশুবা মফমদা হায়বদি শ্রবনগী মথংদা "কীর্ত্তন" ভল্লেখ তৌবা শ্রীমদ্ভাগবত-নচিংবা মশীং লাকণ্ডব্রবা শাস্ত্রশিংদা ফংই। অদুগা কীর্ত্তন অসি মফম অয়াম্বাদা চথনরম্মী। তৌইগুম্বসুং কীর্ত্তনগী নুংগী ওইবা বাফমদা ভুক্তি মুক্তিগী অপাম্বা কয়া অমা শাগোন্নে। মী মী অদুনা মশা মশাগী পুক্লিংগী পামজবা ফংনবগীদমক মফম অয়াম্বদা কীর্ত্তন, মতম কয়াগী মমাংদগী ফংনবগীদমক মফম অয়াম্বদা কীর্ত্তন, মতম কয়াগী মমাংদগী চথনরকই। অদুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণ প্রেম মূলক ওইবা কৃষ্ণ সংকীর্ত্তনগী প্রচারদি শ্রীমান মহাপ্রভু আবির্ভাবকী মমাংদদি ওইরমদে।

**কীর্ত্তন ঃ**

কীর্ত্তনগী অর্থদি — নাম-রূপ-গুণ-পরিকর অমসুং লীলা কথাবু শৈথাবা "**কীর্ত্তনংকেথনম্**" হায়বনি। চাউরাক্লা, করিগুম্বা বিষয় অমদা, কনাগুম্বা অমগী মরমদা করিগুম্বা থরা হায়বা অসিমক — কীর্ত্তন কৌই। অসিগুম্বা কীর্ত্তন অসি অতপ্পা (ধীমী) স্বরদা শকপা য়াই নত্রগা অবাংবা (উচ্চ) স্বরদা শকপসু য়াই। সুর-তাল-লয়-বাদ্যনচিংবগা লোয়ননা শক শোন্না য়াই, মী অমথক্তনা শকপসু য়াই, নত্রগা ময়াম তিন্নরগা শকপসু য়াই।

**শ্রীনামসংকীর্ত্তন** - "সংকীর্ত্তন" মথক্তা পনজখিবা কীর্ত্তনগী মখল অমা ওইরবসু থোইদোকপা অর্থ অমা থোকই — **"সম্যক্ প্রাকারেণ দেবতা, নামোচ্চারণম্" - (শব্দকল্পদ্রুমঃ)** মশামক্কী ইষ্টদেবতাদগী নামবু চঙখোন্না উচ্চারণ তৌবা শোঞ্জবা অসিমক — "সংকীর্ত্তন" গী মরু ওইবা

"কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গস্ত্রপার্ষদম্।

যজ্ঞে ঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধস ঃ ।। ১১। ৫। ৩২ (ভাগবতম্) অসিনচিংবা শ্লোক্তা "যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ" দা বর্নন তৌরিবা "সংকীর্ত্তন" গী ব্যাখ্যাদা হায়রি —**"নাম সংকীর্ত্তন খেদমুচ্চৈরেব প্রশস্তম্"** হায়বদি অপুনবা মওংদা মীয়াম পুন্দুনা অবাংবা খোল্লাংদা নাম কীর্ত্তন তৌবনা হেন্না ফৈ। মতাং অসিদা শ্রীসনাতন গোস্বামী পাদনা হরি ভক্তি বিলাস গ্রন্থদা নৈনরি —কলি যুগতদি পূজাদগীসু শ্রীনাম সংকীর্ত্তনগী মহাত্মনা হেল্লি, মরমদি - পুজানচিংবগী পোৎলম শুনা শেংবা হায়বসি কলি যুগতা ওইথোক্তে। শ্লোক অসিদা ইরিবা নৈনবোলগী মতুং ইন্না নাম সংকীর্ত্তনগী মহাত্মনা পুন্নমক্তগী অথোইবনি, মরমদি মসিনা ভগবদ প্রেম পোকই। মতৌ অসুন্না ভগবৎ নাম খোঞ্জেল রাংনা শক শোল্বা, মহাক মশা মরোমদোম নত্রগা ময়াম পুন্না তিন্নরগা খোঞ্জেল রাংনা বাদ্যযন্ত্র সুর-তাল-লয়গা লোয়ননা শকপি শোনবিখিবদি শ্রী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু সংকীর্ত্তন-পিতা ইবুংঙোতনি।

**বেদদা শ্রীনামসংকীর্ত্তন ঃ**

(১) বিষ্ণোর্নু কং বীর্য্যানি প্রবোচন।। **(ঋক বেদ)**।। ১।১৫৪।১।।
= হৌজিক শ্রীবিষ্ণুগী লীলা নামনচিংবা শকচরি।

(২) তৎতদিদস্য পৌংসাং - গৃণীমসীনস্য ত্রাতুরবৃকস্যা মীলহুষ ঃ।
**(ঋক্)**।১।১৫৫।৪।।
= ত্রিভুবনেশ্বর, জগদ্ রক্ষক, কৃপালু, সর্বেচ্ছা পরিপূরক ভগবান বিষ্ণুগী চরিত্র = লীলা শকচরি।

(৩) ওঁ আহস্য জানন্তো নাম চিদ্বিবক্তন্ মহস্তে বিষ্ণো সুমতিং ভজামহে।। (ঋক) ১।১৫৬।৩।।

= হে বিষ্ণো ! নহাক্কী মিংলেনদি চিৎস্বরূপনি, স্বপ্রকাশরূপনি, মরম অসিনা নহাক্কী নাম-মিংলেন খরদং খংজরগা, সুপ্নগী নাম-মিংলেনগী ময়েক্তং শকচ-শোঞ্জরগা নহাক্কী ভক্তি ফংজগে।

প্ররব্রহ্ম বাচক ওইবা নামগী মরিদা কঠোপনিষদ্‌তা হায়রি — **"এতদ্ধ্যেবাক্ষরং ব্রহ্ম"**। ব্রহ্মগী নামদি প্রনব - "ওঁ" হায়বা অসিনি। মসিমক ব্রহ্মনি নাম অক্ষর অসিমক ব্রহ্মনি।

মতৌ অসুম্না বেদদা শ্রীনামগী মহিমা শিংথারি। পূন্নমক্কী অথোইবা মহৈদি - ভগবৎ প্রেম ফংবনি। বেদগী, ব্রহ্মসূত্রগী, গায়ত্রীগী, ভাষ্যগী মশক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবত মহা পুরানদা - নাম মহাত্ম্য অমদি প্রেমগী ফল মহৈগী মরমদা কয়ারক হন্না শিংথারি। শুপ্নগী কলি যুগতগী নত্তে। যুগ পূন্নমক্তা নাম সংকীর্ত্তন অসি সবর্বসাধ্য সাধন-শিরোমনি হায়বা মশক লেপই। অদুবু মসিগী অথুপ্পা ৰারোল অসিগী মায়কৈদা পূক্লিং চিংশিনবিখিবা অসি শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ইবুংঙোনা আবির্ভাব ওইরবতদা ইবুংঙোনা লমজিংখিবনি।

ইবুংঙোগী শ্রীমুখনা তাকপিখি —

**"আরধ্যো ভগবান্ ব্রজেশতনয়স্তদ্ধাম বৃন্দবনং।**
**রম্যা কাচিদুপাসনা ব্রজবধুবর্গেন যা কল্পিতা।।**
**শাস্ত্রং ভাগবতং প্রমাণমমলং প্রেমা পুমর্থো মহান্।**
**ইত্থং গৌর মহাপ্রভোর্মতমতস্তত্রাদরো নঃ পরঃ।।**

(চৈতন্যমত মঞ্জুষা-।)

"নিংজগদবদি শ্রীব্রজরাজনন্দন কৃষ্ণতনি চঙজগদবা ধামদি শ্রীধাম ব্রজ বৃন্দাবনতনি। উপাসনাগী লম্বীদি প্রেম শক্লোন ওইবী ব্রজগোপী ইবেম্মশিংনা চৎখিবা অনুরাগগী লম্বী অদুতনি। পূন্নমক অসিগী প্রমান্দি মক্‌ত্রবা শ্রীমদ্ভাগবতম্ মহাপুরানতনি। মীওইবগী অথোইবা লনদি প্রেমতনা ওইবনি।"

অসুম্না তাকপিখিবা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মত অসিদা ভক্তা পূম্বসু মত অমত্তা ওইনা লুপচরি।

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা তাকপিরম্বা —

**কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।**
**দ্বাপরে পরি চর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ।।**

(বিষ্ণুপুরান ৬)

**দ্যায়ন কৃতে যজন্ যজ্ঞৈস্ত্রেতায়ং দ্বাপরেঽর্চয়ন্।**
**যদাপ্নোতি তদাপ্নোতি কলৌ সংকীর্ত্ত্য কেশবম্ ।।**

(বিষ্ণুপুরানে - ৬-২-১৭)

পঞ্জরিবা শ্লোকশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা -
সত্য যুগতা — ধ্যান তৌদুনা
ত্রেতা যুগতা — যজ্ঞ কৎতুনা
দ্বাপব যুগদা — সেবা পূজানচিংবা তৌজদুনা ফংজবা হরি অদু
কলি যুগতদি — হরি সংকীর্ত্তনতনা ফংবা ঙম্মী।
শ্রীগৌরাঙ্গগী জীবনদি — শ্রীরাধা কৃষ্ণময় জীবননি।
শ্রীগৌরাঙ্গ ক্রিয়া কর্ম্মদি — রাধাকৃষ্ণ - গুণ-লীলা কীর্ত্তনতনি।
শ্রীগৌরাঙ্গগী পুন্সি চেংজেন্দি — "হরে কৃষ্ণ" নাম মিংলেনতনি।
গৌরীয়া বৈষ্ণবগী লাইনিংসু - ভাগবত ধর্ম্ম অসিতনি।

গৌরীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনিংদা সংকীর্ত্তনগী য়াম্না মরু ওইবা মফম অমা লৈ। মরমদি হরিসংকীর্ত্তন অসিতনা হিংলিঙৈগী মতমদসু পুক্নিংগী অৱাবা ৱাখল কাওথোকহল্লি, অৱা-মৈশা, পাপ পূম্নমক কোকহল্লি। থৱায়গা হকচাংগা খায়নরবা, শিরবা মতমদসু জীব আত্মাবু - নিত্যধামদা থুংহল্লি। অরান খুভম ফংহল্লি। মসিগী শ্রদ্ধা ভক্তি অসিদনি গৌরীয়া ওইরিবসি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা হরিনাম সংকীর্ত্তনগী মহাত্ম্য।

হৌজিক নট সংকীর্ত্তনগী মায়কৈদা পুক্নিং চিংশিঞ্জরি।

নট — হায়বা শব্দ অসিগী অর্থ— নৃত্য জগোই হায়বনি। **ইবুংঙো ইবেম্মগী প্রেম সেবা চংজবা মতমদা প্রেমদা লুপ্থুনা মখল মথেলগী খোঙগী খোঙথাং, খুৎকী শাথেক উৎথোরকপা, চরন-চোলোমগা লোয়নবা সুর-**

লয় -তালে, ছন্দ চানা, পুঙ করতাল, মোইবুং অমসুং জয় ধ্বনিগা লোয়ননা পাঙথোকপা হরি সংকীর্ত্তনবু নট সংকীর্ত্তন কৌই।

নাট্য শাস্ত্রগী পরম্পরা কায়দনা অমদি অমরোমদা মনিপুরগীতা ওইবা মমাংঙৈদগী লৈরক্লবা চৎনরক্লবা লাই হরাউবগী লাইবুংদা অমাইবা-অমাইবী কয়ানা কৎথিবা লৈতাই-নোংদাই জগোই, অদুগা অমুক ওই-ওইননা হরাউফমবু কোয়দুনা লাইবৌ জগোই শাই। পুন্নমকসি, তাইবঙ শেম্বা মপুনা পেনবীনবগীদমক শাবনি। মসিদগী লৌরগা হরি সংকীর্ত্তনদা হেক তৌরিবা পুন্নমক নাট্য শাস্ত্রগা ঙম্না চাশিন্নে। অদুন্নদি ওইরগা করিগুম্বা মখল অমগী সংকীর্ত্তন কৎপদা সংকীর্ত্তনগী কাখল কুয়োম' নুংদা মণিপুরগী ওইবা লিরবা সভ্যতাগী কলা সংস্কৃতিগী লুরবা ঈচেল ঈৱায় ঈনিলগা লোয়ননা গৌরীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইরগা নট সংকীর্ত্তন শেম্বনি।

নট সংকীর্ত্তন অমদা তঙায় ফদনা লৈগদবা মওং খরা —

অহানবদা — মাগুপ, মণ্ডলী শেম্বা,

অনিশুবদা — মায়কৈ মরিমক্তা ভাবোক চোম্না তিম্বা।

অহুমশুবদা — যাত্রা মখোঙদা - ধুপ, দীপ, লৈচন্দন, হৈরুক, পানা, আসন অমা থৌরাং তৌবা।

মরিশুবদা — মাগুপ মপু - (সভা নাথ) লেঙশিনবা।

মাগুপ মপু ওইবদা লৈগদবা গুণশিং —

শ্রীমান, ধীমান, বিবেকী, গান বিদ্যা প্রবীণ রসজ্ঞ, সদাচারী, দয়ালু, ধীর, মধ্যস্থ, কৃতজ্ঞ-প্রবিণ ওইগনি।

মঙাশুবদা — য়ামদ্রবদা ঈশৈ হম্বা, দুহার, খোনপাংবা মকোক, খোমদোন লংবা, পুঙয়েবা মকোক অমসুং তুংইনবা অসি লৈগনি।

পদ্মপুরাণদা হায়রি —

মৃদঙ্গ তাল ললিতং কর্ত্তব্যং কীর্ত্তনং ততঃ।
জয় শব্দং নমঃ শব্দং শঙ্খ শব্দং চ কারয়েৎ।।

সংকীর্ত্তন হৌরমদায়দা মাগুপ মপুনা হরি ধ্বনি লাউদুনা মোইবুং খোংদুনা হরি সংকীর্ত্তন হৌগনি।

হৌজিক পঞ্জরিবা অসি সাধারন ওইবা নট সংকীর্ত্তন অমদা চঙগদবা, পাঙথোক্কদবা খরমখৈ উৎচবনি।

নট সংকীর্ত্তনগী মরু ওইবা মফম, হায়বসি নট সংকীর্ত্তন মণ্ডলীনা অরেপ্পা দিব্যবৃন্দাবন শেম্নগা মণ্ডলীগী মধ্যদা যুগল মুর্ত্তিগী ভাব বিগ্রহ শাগৎচরগা হরি সংকীর্ত্তন কৎচবনি। সংকীর্ত্তন অসি চুড়াকরণ, উপনয়ন, বিবাহ, শ্রাদ্ধ, সম্বৎসরনচিংবা কর্ম্মশিংদা পাঙথোকই।

মসিতনা জীবগী কল্যান ওইগনি। মসিতনা মীওইবগী লান্নফম ওইগনি। অসিগুম্বা ভাব শরণী অসি মণিপুরী গৌরীয়া বৈষ্ণব সমাজদতা ওইবনি হায়জনিংই। অতৈ রাজ্যশিংগী বৈষ্ণবশিংনা চারিবা রসকা, মণিপুরী গৌরীয়া বৈষ্ণবশিংনা চারিবা রসকা খেন্নবা খরা লৈ।

ঐখোয়গী ওইবনরা? মণিপূরগী গৌরীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লায়নিংদা নট সংকীর্ত্তনগী মফম অসি রাধাকৃষ্ণগী প্রেম রসদা অরাংবা থাক্তা লৈ হায়জনিংই।।০।।

৩১/১০/২০০০

# মণিপুর নট সংকীর্ত্তন পরম পরাদা
# নুপা, নুপী অমসুং অঙাংনা শরুক য়াবা

**শ্রী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**
*খোংমন মণ্ডজিন*

মথক্কী ৱাহৈসিনা কোল্লিবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী ঙমখৈ পাক চাউই। মসিগী মনুং মপান খায়বা চৎনরোল লৈ। অধ্যাত্মিক ওইবা শাস্ত্রিয় ওইবা অমসুং ভক্তি তত্ত্বগী শরুক্কা মপুং ওই। সঙ্গীত শাস্ত্র অমসুং নাট্য শাস্ত্রগী পরম্পরাদা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন অমসুং নট সংকীর্ত্তন আদি কানদগী লৈজরক্লে। ভগবানগী নাম, রূপ-গুণ অমসুং মতিক থাদুনা শক শোনবদা নুপা, নুপী অমসুং অঙাং পুম্নমক্কা শরুক য়াবদা অকায়বা লৈতে। অদুবু মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনদি মসিগী অকক্নবা থম্মী। মপুং ফাবা মহা যজ্ঞগী মশক ওইবা সংকীর্ত্তনদি অঙ্গ শুবা নূপাশিংনা অশেংবা মফম মাণ্ডপ অমসুং মণ্ডলী পূজা য়াওনা পাঙথোক্কনি। নুপী অমসুং অঙাংশিংগীদমক্তি ভক্তি শাস্ত্রনা য়াবা শরুক খরদমক লৌখৎলি। মহা সংকীর্ত্তনদি নুপী অমসুং অঙাং য়াওবা নত্রগা শরুক য়াবা য়াদে। মসি শাস্ত্রিয় ওইবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী গুরু পরম পরানি।

লৌখৎলিবা ৱারেংসিদা মসিগী মচা খায়বা শরুকশিং ময়েক শেংনা থম্বা ওইথোক্তে। পাক-চাউখ্রবা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী নীংথিজখ্রবা মশা মরেংশিং অসিগী অঙ্গ শরুক খরদংনা লৌখৎলিবা মিংথোল ৱারেংসিগী মশক তাক্নবা হোৎনজগে। বৈদিক যুগতগী লৈজরক্লবা কীর্ত্তন, সংকীর্ত্তন অমসুং নট সংকীর্ত্তন হায়বসিগী শরুক অমা ওইরিবা বাঙ্গলা কীর্ত্তন ১০ শুবা শতাব্দিদা বাঙ্গলাদেশতা চাওখৎখি। শ্রীচৈতন্য দেবগী

মতম খৃঃ ১৫০৯ দা নবদ্বীপতা শ্রীগৌরাঙ্গনা নট সংকীর্ত্তন অমুক হন্না হৌদোকপিখি। বাঙ্গলাদেশতগী মণিপুরদা খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা য়ৌরকখি। খৃঃ ১৭০৯- ১৭৪৮ মৈদিংঙু পামহৈবা গরিবনিৱাজগী মতমদগী শ্রীচীংথংখোম্বা রাজর্ষি ভগ্যাচন্দ্রগী মতম খৃঃ ১৭৬৩ - ১৭৯৮ দা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী অনৌবা মশক লেপখি।

## সংকীর্ত্তনদা নুপানা শরুক য়াবা

মণিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদয়দা পোকপদগী শিবফাওবদা লোয়নদুনা চৎলিবা নট সংকীর্ত্তন হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা শাস্ত্র কয়াদগী লৌখৎপনি। মসিদা ভক্তি শাস্ত্র, সঙ্গীত শাস্ত্র, রস শাস্ত্র অমসুং গোস্বামী পাদ কয়াগী অকুপ্পা বিচারশিংগী মথক্তা মণিপুরগী অনোইরোল, থেংগৌরোল, খৌশারোল অমসুং লাই হরাউবগী শরুকসু তিনশিনখি। নবদ্বীপতগী লাকখিবা কীর্ত্তন-সংকীর্ত্তনদি কোকয়েৎ অমসুং খ্বাংয়েৎ য়াওরমদে। পুঙ অচৌবা ওইরম্মী। করতাল মখা ফাকপা, মরী অতেনবা পায়নরম্মী। দ্বাদশ তিলক, লীক-নোগুণ, ফৈজোম অমসুং লেংয়ানফি য়াওবগা লীকলেংবগুম লেংদুনা সংকীর্ত্তন পাঙথোক্লরম্মী। মণিপুরগী বৈষ্ণব সম্প্রদায় অমসুং লৈবাক নিংথৌগী মীথয়েং মখাদা ভক্তি শাস্ত্রগী অথুপ্পা নিয়ম লৌখৎতুনা কোকয়েৎ সলাই মপুম, খ্বাঙয়েৎ অমসুং করতাল অউম্বা মথং মথং শেমদোরকখি, হাপকৎলকখি। সংকীর্ত্তনদা শরুক য়াবশিংবু কীর্ত্তনিয়া মমৈদা কীর্ত্তনা হায়না শকখঙনরম্মী। নুপা ঙাক্তগী শৈশক ওইরম্মী। কীর্ত্তনিয়াশিং অয়াম্বা নোংচুপ হারম্নী। মমৈদা মৈতৈ শৈশকপশিংনা শিনখি। কীর্ত্তনিয়াশিংনা চারোন-শুরোনদি কীতনা ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী কোনফেং-ৱাইতৈবা সেবারী ওইরকখি।

মৈদৈংঙু পামহৈবা গরিবনিৱাজ (খৃ ১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা অনৌবা কীর্ত্তনিয়া কাংলুপ অমসু মণিপুরদা চঙলকখি। মখোয়বু বংদেশ (বঙ্গদেশ) পালা হায়না খঙনখি। মখোয়সু লৈবাকসিদা চঙলকপদগী মখোয়গী হান্না চৎনরকপা সংকীর্ত্তনগী শৈশক, ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং পুঙ-করতালদা অহোংবা নাইদুনা কোকয়েৎ অমসুং করতাল মখা ফাকপা পায়খি।

শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংখি। মণিপুরদা চৎনরিবা সংকীর্ত্তন মখল অয়াম্বা পুঙনা হান্না রাগ হৌরগা মথংদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি। মসি বৈষ্ণব শাস্ত্রগী অমসুং নট শাস্ত্রগী বিধান্নী। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা হান্না চৎনরকপা সংকীর্ত্তনগী মণ্ডংদগী অনৌবা মণ্ডং খরা লৌখৎখি। মদুদি কোকয়েৎ সলাই মপুমদগী পাকথোকই মপান্দা চুমথাং মপান থেৎলি। করতাল মরী অশাংবা (খুদুপ অমা) শীজিন্নবা, পুঙ-মনাউ পিকথবা, পুঙয়োম ফি থোনবা। ফৈজোম খুজেং য়ৌনা চোনবা। গুঞ্জা খোঙদোন য়ৌনা চোনবা শামু নাতান শাবা অমসুং শৈশক্তা অয়ুক নুংথিল অমসুং নুংদাংগী রস খায়দোক্নুনা অষ্টকালগী নিয়ম ঙাক্না শক-শোনবা অসিনচিংবা কয়া ভক্তি শাস্ত্র অমসুং রস শাস্ত্রনচিংবগী নিয়ম মখাদা লৌখৎখি। নৌনা শেমদোক্নুনা লৌখৎখিবা পালাবু অনৌবা পালা হায়না খঙনখি। শৈশক অয়াম্বা ভক্তি অঙ্গ শুবা ঙাক্তনি। অদুবু শাস্ত্রনা য়াবা ভক্তি অঙ্গ শুদ্রবসু পাঙথোকপা য়াবা শৈশক মখলশিং হায়বদি নাম সংকীর্ত্তন, পোরোক, অস্থি সঞ্চায়, আরতি, শ্রাদ্ধ অসিনচিংবা নট সংকীর্ত্তনদা লৌখৎলি। লোয়ননা রস শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ঈশৈ শকপনা রূপ বর্নন, প্রার্থনা, মনশিক্ষা অমসুং ত্রিকচ্ছ ফিজেৎ শেত্তবা নত্রগা অশোয়বা ওইবা মফম মতমদা শক্তদবা সংকীর্ত্তনগী মখল খায়দোকই। মসি মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী পরম পরানি। মহা যজ্ঞগী মশক ওইবা নট সংকীর্ত্তনদি শাস্ত্রীয় বিধি কায়বা য়াদে। মরমসিদগী নাম ফংলবা ভক্তশিংনা ভক্তি অঙ্গ শুরবা, সঙ্গীতশাস্ত্র, রসশাস্ত্র, অমসুং বৈষ্ণব বিধান্না য়ারবা মাণ্ডপ, মণ্ডলী অমদা ধুপ-থাওমৈ, পানা অমসুং লৈ-চন্দন সেবানচিংবা য়াওনা সংকীর্ত্তন পাঙথোক্তনি।

**নুপীনা শরুক য়াবা**

পরম পরা অসিগী পরিংদা নট সংকীর্ত্তনদা নুপাশিংদগী নুপীনা শরুক য়ারকপদি শ্রীচীংথংখোম্বা রাজর্ষিগী মতম (খৃঃ ১৭৯০-৯৫) মচা ইবেম্মা বাঙমলোন অনুরূপা শিজ লাইওইবী বিম্বাবতীনা মপাবুং মহারাজদা হায়জদুনা শ্রীগোবিন্দজীদা রাসেশ্বরী পালা কৎচখিবা অসিনা অহানবনি। রাশেশ্বরী পালাদা নিংথৌ মচাশিজশিংনা শরুক য়ারবসু অহৌবদা নুপানা

রাগ হৌদুনা সংকীর্ত্তন হৌরগা মরকতা ইবেম্মশিংনা শিন্দুনা শক্কনি। অরোইবদা নূপাশিংনা অমুক জয়-ভায় লৌরগা লোইশিল্লি। শৈশক মনুংদা নুপীশিংনো জগোয় অভিনয় খরগা লোয়ননা চালি খুথেক জগোই শাই। মসিসু ভক্তি শাস্ত্রনা য়াবা অদুমথৈতনি, নুপীনা তান্দপ জগোই অভিনয় শাবা য়াদে। পুঙ য়ৈবা য়াদে। করতাল পায়দে অমসুং নোগুণ থাংদে। সংকীর্ত্তন্দা শরুক য়াগদবী নুপী পূন্নমক ফনেক ময়েক নাইবনা ফিদোন চিংখত্তুনা শেৎকনি। ইন্নফি ইনগনি। ইন্নকি মথক্তা লেংয়ানফি য়ানগনি। ফুরিৎ লিৎপা য়াদে।

নুপী অমসুং অঙাংশিংনা সংকীর্ত্তনদা শরুক য়াবা

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ্ (খৃঃ ১৮২৫-১৮৩৪) গী মতমদা শ্রীজগন্নাথ বলভদ্রা অমসুং সুভদ্রাগী মূর্ত্তি লিংখত্তুনা রথ যাত্রাদা দশাবতার, জয়দেব অমসুং খুবাক ঈশৈনচিংবা মখল কয়া সংকীর্ত্তনদা পুশিল্লকপদগী অনৌবা মচল খরা হেনগৎখি। শৈশক মখলসি শাস্ত্রগী নিয়ম য়েংলগা ভক্তি অঙ্গ শুদ্রবসু পাঙথোকপা য়াবা শরুক খরদা পাঙথোকপনি মরমসিদগী নুপী, নূপা অমসুং অঙাং মখল খুদিংমক্কা শরুক য়াবা শৈশক ওইহনখি। অসুন্না হান্না লৈরম্বা অঙ্গ শুবা সংকীর্ত্তন মখন্দগী খরা কোমথোকপা শৈশক মখল ওইনা লৌখৎখি। লোয়ননা নুপীগী শৈশক্তা নূপা য়াওনরম্বা তোকখি। নুপী ঙাক্তনা অমসুং অঙাংশিংতনা পাঙথোকপা শৈশক চৎনবা হৌখি। শৈশক মখলশিং অসিদি মহা যজ্ঞগী মনুং চন্দে। নৈমিত্তক কীর্ত্তননি। নাম শোনবনি। মরমসিদগী নাম ফংদ্রিবা, নোগুণ থাংদবা, ত্রিকচ্ছ ফিজেৎ, খাংয়েৎ অমসুং কোকয়েৎ য়াওদ্রবসু চন্না শক শোনবা লৌখৎলি। করতাল পায়বা য়াদে। খুৎ ঙাক্তগী খুবাক নত্রগা মন্দিলানচিংবা যন্ত্র খরদমক শীজিন্নবা লৌখৎলি। অশুন্না মেরা থাগী শয়ন শৈশক্তসু ঝাল অমদি মাঙ্গং নত্তনা করতাল পায়বা য়াদে। মসি মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী ধর্ম্মীক ওইবা পরম পরানি।

অশুন্না মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন পরম পরাদা অধ্যাত্মিক রসকী মহাযজ্ঞ ওইবা সংকীর্ত্তনদা নূপা, নুপী অমসুং অঙাংগী তোঙান-তোঙানবা শৈশক

মখলশিং শাস্ত্রিয় ওইবা নিয়মশিংগী মখাদা লৌখৎলগা পাঙথোকই। নুপী অমসুং অঙাংনা রাগ অচৌবা হৌবা য়াদে। মেন অচৌবা য়েবা অভিনয় তৌবা য়াদে। মসি নট সংকীর্ত্তনগী পরম পরানি। সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞগী রস ঙাক্লবনি। মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী শাংলবা চহী ৩০০ হেনবগী পরম পরাদা করিগুম্বা শৈশক মখল খরদি রাগ হৌবা য়াদবা অমসুং পুঙনা অহানবা রাগ হৌবগী মহুত্তা ঈশৈনা শৈশক চথরগা পুঙনা কোন্না ইনবা মখলসু লৈরি। মখল খরদুদি নামসংকীর্ত্তন শৈশক, আরতি, জয়দেবশৈশক অমসুং শয়নশৈশক অসিনচিংবনি।

ভারতকী লৈজরিবা সঙ্গীত মখলশিংগী মনুংদা ভক্তি শাস্ত্র অমসুং বেদ-পুরানশিংগী নিয়ম ঙাক্লা পাঙথোকপা শৈশক মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন নত্তনা অমা লৈতে। নট সংকীর্ত্তন শৈশক্তি স্বর অমসুং ছন্দনা তাল-মাত্রাগা লোয়ননা রসতা মতেং পাঙঙী, রসনা প্রধান ওই। নবদ্বীপতা শ্রীগৌরাঙ্গনা হৌদোকপিখিবা সংকীর্ত্তন নাম কীর্ত্তনদগী মণিপুর নট সংকীর্ত্তন্না ভক্তিদা হেন্না কুপ্পী। মরমসিদগী মোইবুং খোংবা য়াওদবা য়াদে। কীর্ত্তন মপু য়াওদবা য়াদে।

লাইবক থিবদি মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনদা মতমগী শাফুনা মহৌশাগী ধর্ম্মীক ওইবা অধ্যাত্মিক পরম পরাবু কোমথোক্লরকপা অসিনি। অহিংবা কলা অমগী পুন্সি খোঙচত্তা অনৌবা ইনোৎ হাপকৎনরকপা হায়বসি মহৌশানি। অদুবু অসিগুম্বা অধ্যাত্মিক তত্ত্ব অমসুং মীওইবগী লাইনীং লম্বীদা য়ুম্ফম ওইবা থৌরম অসিগীদমক্তি ভক্তি অমসুং বৈষ্ণব বিধান কায়দবা লম্বীদা চঙশিনবা হায়বসি তঙাই ফদবনি। মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী পরম পরা ঙাকপদা পূন্নমক্কী থৌদাং লৈ।

লৌখৎচরিবা ৱারেং মতেকসি গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী ইম্ফালগী ৯ শুবা গুরু কীর্ত্তন উৎসব তাং ৩১/১০/২০০১ ইংদা পাঙথোকখিবা থৌরমদা পাথোকচখিবনি। চৎলিবা চহীসিদা সংগীত নাটক একাদেমী ভারত সরকারনা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন (পুঙ অমসুং ঈশৈ-

অভিনয়-য়াওনা) বু ভারতকী অৱাংবা থাক্কী ঈশৈনি হায়না শকখঙবিবা হৌখ্রে তাজে। অশেংবমক ভারতকী সংগীত বিদ্বানশিং শাস্ত্র খঙবশিংনা মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনবু স্বর-ছন্দ-লোম্‌দতা য়েংলম্বদগী মসিগী মনুংদা থুপ্না লৈরিবা অধ্যাত্মিক তত্ত্ব অমসুং শাস্ত্রগী নিয়মশিং অসি খঙলক্লবদি ভারতকী লৈজরিবা সঙ্গীত মখলশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ধর্ম্মীক ওইবা সঙ্গীতনি হায়রোইদবগী মরম লৈতে। শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপানা অৱাংবা তাংবল ফংলখিগনি। ৱারেংসিগী মনুংদা অথুপ্পা তত্ত্বশিংদি রিজর্ব তৌজে।।০।।

# নট সংকীর্ত্তন ঈশৈগী হৌরকফম
# অমসুং হোংলক্লিবা অনৌবা শক্তম

শ্রী নামৈরাকপম ইবোমচা সিংহ
*খোংমন পার্ট থ্রি*

ঈশৈ হায়বা বিদ্যা অসি তাইবঙ লৈশেমঙৈগী মতমদা লাইয়াম্না মখোয়গী পোথানবা মওং অমত্তং শেম্বীয়ু হায়না বিষ্ণু ভগবান্দা হায়জবদগী ইবুংঙোনা দেবী সরস্বতী কৌদুনা বিদ্যা অসিবু শেমহন্দুনা পুথোকহনখি হায়না হিন্দুগী ওইবা বেদপুরান কয়াদা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরি। মরু ওইনা সাম্-বেদদা ঈশৈগী ওইবা হিরমদা শুগাইনা সাম-গান্ কয়া নৈনরি। অসিগুম্বা ঈশৈগী মওং অসিদা গীতং বাদ্যং অমসুং নৃত্যম্ অহুম অসি পুল্লগা সঙ্গীত হায়না হিন্দুশিংনা খঙনৈ। অসিগুম্বা সঙ্গীত বিদ্যা অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা শ্বর জ্ঞান বাদ্যং অমদি নৃত্যমগী মরমদা শিংথানরিবা লাইদি মহাদেবা ভগবাননি। ভগবান অসিদগী নারদ ঋষিনা তমখি হায়না অরিবা হিন্দু লাইরিকশিংদা ময়েক শেংনা ইরম্বা ৱারী কয়া থেংনৈ। মতৌ অসুম্না সঙ্গীতকী খোঙচৎ অসি পৃথিবী, আকাস অমদি পতান্দা মীওই কয়ানা শন্দোকখি হায়না হিন্দুগী ওইবা অখণ্ড অহৈ কয়ানা মোৎ পীনরি। মথং মথং লাকপা খোঙচত্তা বিদ্যা অসিবু খা-ভারতকী তামিল আরবাড় ব্রাহ্মনশিংনা ঈশ্বর ভগবানবু কৌজবা হায়জবগী মওংদা খোঞ্জেলগী ফজবা পান্দম্ পুথোক্তুনা শকচা শোঞ্জবগী মওং অমা কীর্ত্তন হায়দুনা চৎনরম্মী।

অদুগুম্বা কীর্ত্তন অদু ছাখা বিছাখা নাইদুনা বেঙ্গল উরিষ্যানচিংবা মফম য়ৌরকপদা মীয়াম পুম্না খোঞ্জেল বাংনা শক শোন্দুনা ইবুংঙো মাবু কৌজবা শৈশক্তা সংকীর্ত্তন হায়বা মিং অসিদা ওহোক্তুনা থৌরম অসি

পাঙথোক্লবা হৌরকখি। থৌওং অসিদা ভারতকী অঙনবা মতমদা হিন্দু সনাতন ধর্ম্মদগী লৈ-থরক্লুনা হিন্দু ধর্ম্ম পান্দম অসিদা য়াম্না কন্না চত্থরকখি।

মতম অদুদা হিন্দুশিং অসি লম-কোয়না চৎপগী থৌরাং অসি চৎনরম্মী। অদুবু তরানিথোইশুবা শতাব্দী লোইরমদাই ফাওবদা মণিপুরদা আর্য্যবর্ত্তগা নক্লবা মরি লৈনরম্মী। মরম অদুনা আর্য্য হিন্দুশিংগী প্রভাব মণিপুর সমাজদা কন্না লৈরম্মী। অদুবু তরামাথোইশুবা শতব্দীদা মুশলমানশিংনা অৱাং ভারত্তা লান-তাবা হৌরকখি। লোয়ননা লম কয়া লৌশিনবসু হৌরকখি। মতৌ অসুমতৌনা তরানিথোইশুবা শতাব্দী অসিদা বেঙ্গল লৌশিনবা হৌরক্রে। হিন্দু-নিংথৌ লক্ষনশেন জয়দেবগী মতমদা পাল্লম্বা নিংথৌ অসি মুশলমানশিংগী মখুত্তা মায়থিবসি তরানিথোইশুবা শতব্দীদনি।

মতাং অসিৱাইদা হিন্দু লাইনিংগী পান্দম অসি ময়েং খংতা তাবগী মওং ভারতকী অরিবা লাইরিক্ কয়া অমদি ইতিহাসনা ময়েক শেংনা তাকই। অদুবু ১৪ শুবা শতাব্দীনা লোইশিল্লকপদা নদিয়া জিলাদা গৌরচন্দ্রা মহাপ্রভুনা অবতার ওইরক্লুনা মশাগী চহি ২৪ শুবা মতমদা সন্যাস ধর্ম্ম লৌদুনা ধর্ম্ম প্রচারগী মওংদা ভক্তি প্রেমগী পান্দম কয়া হাপচিন্দুনা চত্থরকপা ধর্ম্মগী ঈহৌনা ভারত লৈবাক অসি মথুম মরাং হৌখি। মতম অদুগী মমাঙ খরা ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা খৃঃ ১৪৬৭ - ১৫০৮ দা পানখিবা নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমদা হিন্দুগী বিষ্ণু লাইবু নিংথৌনা বিষ্ণুপুরদা লাৎপদি হৌখি। অদুবু লৈবাক্কী লাইনিংদদি অকন্নবা ধর্ম্ম ওনবগী ঈপোম ঈথিল লৈরমদে। মতাং মতাংগী ওইনা বদত্ত - কৃষ্ণমুর্ত্তিবু নাগমপাল কাংজাবিদা লৈবা অরিবম শাগৈদা মৈতৈ লৈবাক্তা খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ দা পানখিবা নিংথৌ খাগেম্বা অমদি খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯ দা পানখিবা চরাইরোংবা মহারাজনা থম্বুথোং ময়াদা চেক্কী ফুরা শাদুনা অরিবম শাগৈদা রাধা কৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু লাৎহনখিবা মওং অসি লাইনিং শক্তম অসি চাওখৎহনবগী লাইজ ঈচাই থিকপা পান্দম ওইখি।

মতৌ অসুম তৌনা মরায় লুকথনা লৈরম্বা লাইনিং শক্তম্ অসি খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ দা পানখিবা নিংথৌ পামহৈবগী মতম অসিদদি অচৌবা ধর্ম্মগী অওনবা অমা থোকখি। লোয়নননা রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা হৌরকখি।

মথৎ লাকপা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮ ফাওবা পানখিবা নিংথৌগী মতমদদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজিবু খৃঃ ১৭৭৬ তা নির্পন তৌদুনা লাংথবান কোনুংদা লাৎপা হৌখিবদগীদি নট সংকীর্ত্তনগী ওইবা শঙ-লিংদুনা অষ্টকাল শেবা চৎপা হৌরে। মতম অদুদগী বঙ্গদেশকী সংকীর্ত্তন শৈশক্লা শ্রীগোবিন্দ থৌগল তৌবা হৌরে।

অদুবু মতম অদুদা মৈতৈগী লাই ওইখ্রবা ওঝা গুরু কয়ানা বঙ্গদেশকী শৈশক অমদি মনোহর-শাই শৈশক অসি ইহৈ হৈনদনা মতম খর চথদুনা লাকখি। মতম অদুদা মৈতৈ জাতি মহৌশা লাইরেনবীনা পিবিবা মতিক ময়াই নিংথিবা ফজবা কয়াগা লোইননা থাং-তা, শরিৎ-শরাৎ, চেন চোংবা, শগোল তোংদুনা আরাম্বাই তেন্দোং শিজিন্নবা অমদি মুক্না কাংজৈ শমান লেংমান্নবা মায়োক্নবগী বিদ্যাদা থোইদোক হেন্দোক্লা মতিক ময়াই লৈবা জাতি অমা ওইনা লৈরে। জাতি অসিগী ওইনা পুঙ, ঈশৈ অমসুং জগোইগী থাক্তা অৱাংবা পান্দমদা লেপ্তুনা মালেম অসিদা মৈহৌরোন্দগী লৈরকই।

লমদম অসিগী পোখোক্ খুদিং তোপ তোপ্লা মহাও লৈ। জাতি অসি মিশিং য়ামদবা ফুরুপ অমা ওইজরবসু মালেমগী মৈহৌরোন্দগী মী-তাদুনা লৈরক্লবা ফুরুপ অমগী লমদম্পী হায়বা বাফম অসিদি লমদম অসিগী শুরুংদগী ফংবা পোৎশিং অসিনা প্রমান ওইরি।

জাতি অমা ওইবগী কয়াৎ কয়া অরিবা ইপা ইপুগী মতমদগী লৈরকপনা কাংলুপ অসিবু মালেমদা শকখঙনরি। মথৎ লাকপা মীরোন্দা লৈবাক নিংথৌনা লৈহাওনবা, লৈচাওনবা পান্দমদা মীওই কয়া খুন্দাদুনা লৈজখ্রবসু মখোয়না ঐখোয়গী ইনাক্তা লুপশিন্নকপা নত্তনা মৈতৈনা মখোয়গী নাক্তা থক লুপশিন্দুনা লৈরকখিদে।

ভারতকী লাইনিংগী য়াওন, অসিদা মনিপুরদা অনৌবা মথেল ওইনা সংকীর্ত্তন লাইশোনগী থৌরম মথং মথং চত্থরকপা হৌরকখি। লমদম অসিগী লৈহাওগা চান্নবা অমদি নিংথৌগী অপাম্বা ওইখিবনা ঈহৌগী কা-হেনখি, ঈরাংগীময়োল লেপ্তুনা চোংখৎলকখি।

অদুবু মৈতৈ ফুরুপকী ওইনা লাইনিংথৌ সনা-মহিবু থাগোন্নবদি তোক-লক্লি। মৈতৈ লৈবাক অসিদা গৌর ধর্ম্ম চৎপা মীওইগী মশিংদি য়াম্না লৈরম্বা য়াই, অদুবু সনামহি লাইনিংথৌ ইবুংঙোবু খুরুমদবা অমদি ইরাৎ থৌনিদবা মৈতৈদি থিবদা ৱানা থোক্কনি। অদুবু লাইনিং পান্দম অসি লাকখিবগী মওংদি লাইদি অমত্তনি হায়বগী থাজনবা ৱাখলগী পান্দমনি।

মওং অসিদা চৎপা লৈবাক ম্যানমার, চিন, অমসুং শ্রীলঙ্কাদা অদুম উবা ফংই। অদুম ওইদুনসু মৈতৈ লৈবাক অসিদা সংকীর্ত্তন্না খোংদারক্লিবা অসি ঙসিদি ভারত্তা সংকীর্ত্তননা মফম কয়াদা শন্দোরকপদা ঐখোয়গী ফুরুপকীসু সংকীর্ত্তনগী পান্দম মওং অসি-লৈজৈ হায়দুনা পুখোকলিবসিনি।

ৱারিদি মৈতৈ ফুরুপকী ওইনা লাইনিংথৌ মার্জিং অমসুং খম্লাংবগী মতমদগী হৌনা ফুরুপ অসিগী ঈশৈগী ওইনা লাইশঙ লিংদুনা লৈরম্বা অমদি অশৈবা কয়া লৈরম্বা, পুঙ তিংদুনা পুঙগী মখল মথেল মমিং থোল্লম্বা অমদি খ্বাই নুংজেংপীবানা পুঙবু অহানবা ওইনা য়েখিবগী ৱারি ৱাখোঙ কয়া মৈতৈগী অরিবা পুয়া লাইচৎ-লাইয়াৎ কৌবা লাইরিক অদুদা মপুংফানা ইদুনা য়াওরি।

মথং লাকপা মতমগী পুঙফমদা পোইরৈতোন খুম্ভোকপগী মতমদা অমুক নৌহৌনা মৈতৈ ঈশৈ অমসুং পুঙগী লাইশঙ লিংলম্বগী ৱারি ৱাখোঙ নোংশোবা লাই-হুই, কৌবা অরিবা লাইরিক্তা ইদুনা থম্বিরম্মী। মতৌ অসুম্না মথং মথং চত্থরকপা শৈশক শৈদাগী মওংদা মৈতৈনা মৈহৌরোনদগী মৈন-ৱায় তাঙন শম্, তাঙন-ৱায় মৈন-শম্ পেনা শৈশক শিজিন্নরকই। লোয়নননা খুলং ঈশৈ, খুল্লক্ ঈশৈ অমদি লাই হরাওবা ঈশৈ পেনাগা শাগোন্নবা ঈশৈ কয়া ফুরুপ অসিগী ওইনা লৈজৈ।

থোইদোক্লা পেনাগী অরিবা শৈহৌ (৭) তরেৎ অমদি শৈহৌ অতেনবা তরানিথোই (১২) অসিদগী পেনাগী শৈশক কয়া থাব-লাইফনবা, পাখণ্ড তোম্বা কৌবা মীওই অমনা অরিবা মতমদা পুথোকলম্মী হায়না পেনাগী অরিবা লাইরিক্তগী ফংই। মতম অদুদা পুথোকলম্বা পেনাগী শৈশক্তি লাইরোন, শীঙকপলোন, জাৎ, লমইন, হিরিপাবোৎ, হিরি-থাংয়ে, কালেন শৈজিং, অসিনচিংবা কয়া অসিনা থোইদোক্লা ঙসিদি ভারতকী শৈশক কয়া মৈতৈগী শৈশক্তা তিল্লরি।

মতৌ অসুম তৌনা মৈতে ফুরুপকী ওইনা অরিবা মতমদগী শৈশক শৈদা লৈজবনা দেশী-গান-দা শক্লা-শোম্নরকপা হায়বসি ঈশৈগী মশাগী ওইবা (রিতিনি) লমচৎনি।

ঙসি মৈতে নট সংকীর্ত্তনগী শক্তম অসি করিগুম্বা অতোপ্পা লম-অমত্তদা তৌনদে। ফম্বদা, কোয়শিনবদা, চৎপদা (চোংবদা) তোপ তোপ্পা মৈতৈতগী ওইবা মওংনি। শক্লিবা শৈশক, শৈহেক শৈদা, হেকথবা, হিকথবা অনিকপা মখল কয়াগী শৈশক পান্দমনি।

ঈশৈগী শৈওং শৈদা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ মৈতৈগী ওইবা শৈওং শৈদানি হায়বদা ওইথোক্তবা ওইররোই। বাফম কয়া অসি লৈবনা মৈতে নট সংকীর্ত্তনগী তোপ-তোপ্পা ফজবা লৈ হায়দুনা লৈরক্লবা বাফমনি।

মৈতে নট সংকীর্ত্তনগী দুহার চলোম তোপ তোপ্পা প্রকৃত্তিগী জীব কয়াগী ফজবা খোঙচৎ খোঙথাং, শানোম শাথেক কয়াদগী নিংথিবা পান্দম লৌবা মওংনি। মসিমক অতে সংকীর্ত্তন্দা তৌনদে। মরম কয়া অসি লৈবনা মৈতে নট সংকীর্ত্তন ঈশৈগী চোলোমগী মওংগা চাননা শেমখিবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। মরম অসিনা মৈতে খুন্নাইগী ঈশৈগী য়ুম্ফমদগী হৌরকপনি হায়না অরেপ্পা ওইনা লৈরবা বাফম্নি।

মথংদা সংকীর্ত্তন অসিগী হোংলক্লিবা শক্তম্ হায়বসিদি মশানা লৈফম থোকপা অহিংবো কালা অমগী লিচৎনি। হায়বদি মতমগা চুনবা মীনা পাম্নবা মওং চথরকপা কালাগী চৎনবী (রিতিনি) লমচৎনি। মসিদা শেমদোক শাদোক্লদবা হায়বব্তু লেংবা য়াদবা মরু ওইবা অঙগশিং অদুতনি।

মতৌ অসুম তৌনা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা অহিংবা কালাগী শক্তমদা লাকহনবা হায়বশি লাই-হাক্তক্তগী চৎনরকই। মসিদি অহিংবা কালা অমা ওইহনবগী পান্দমনি।

পান্দম অসিদা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শক্তমসু অহোংবা কয়া লৈখি। খুদমদি — অহানবদা বাঙ্গলা পদাবলিশিং শক্লা শোন্নরম্বদগী মথং মথং হোংলক্তুনা মৈতৈগী ওইবা নাৎকী পান্দমদা অসুম অসুম চত্থরকই। মসিগী অচৌবা মরমদি বিদ্যা অসিদা মৈতৈগী মহৌশাগী পোৎথোক মরাং কায়না লৈজরম্বদগীনি।

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী য়াওনগী শক্তম অঙকপনি শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোগী কৃপা ফংখ্রবা গুরু কয়া ঈশ্বরগী খুয়া তানখ্রবশু মতিক ময়াই লৈবা গুরু কয়া অমুক হেক্তা থোকহনবিরকই।

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী মতিক ময়াই লৈখ্রবা ওঝাগুরু কয়া চৎখ্রে মথংগী ওইনা ওঝাগুরু কয়াসু লৈবিরমদুনা অনৌ অনৌবা মওংদা মতিক্ চারবা ওঝাগুরু কয়া মথং মথং পরেং ওইনা হৌজিক ফাওবা লৈরি। তুংগী ওইনসু মতিক চাবা ওঝাগুরু কয়া লাকখিগনি থাজনরি, মরমদি লমদম অসিগী লৈহাও অসি কালা বিদ্যাগী মতিক চাউবা সনা লৈবাকনি, মপুং ফারবা লমদম অমনি।।

ঐখোয় ফাওবনা তাজবদা য়ুম্নাম ওজা ইবুংঙো নাতুম হৌখিবা ওজাশিংগী মরক্তা শিংথাবা য়াবা ওজা অমনি। ওজা অসি কবিগী প্রতিভা লৈবা মীওইনি। ওজানা শেম্বীরম্বা ঈশৈ কয়া ঙসি ফাওবা শক্লা শোন্নরি। ওজা ইবুংঙোগী মতমগী শৈশক শোন্নরি। ওজা ইবুংঙোগী মতমগী শৈশক পুম্বা অয়াম্বা ওজাগী ঘেরনাগী মীশিংনা য়াম্মী। মথংদা লাকপা গুরুদেবা ইবোমচা শর্ম্মা মীয়াম্না অভিরাম শাবা হায়না খঙনবা গুরু অমদি মতম অদুগী শৈশক অপুম্বা বঙ্গালিগী পদাবলি ওইনা তৌই। অদুনা চোলেম কঠলগী লমদদি মমাংগী মওং মতৌ অদুদগী অমুক হাপতোক হাপচিন কয়া তৌনরকখি। মথং অমুক কোম্বুরকপদা ননাই ঐগী গুরুদেব লাইওইখ্রবা শ্রীখাঙেম্বম গুলাপী সিংহগী মতমদা অমুক মৈতৈরোলগী

শৈশক্কী মওং অসিদা ওজানা মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা লাই তিনগী থৌরম কয়াগী শৈশক অয়াম্বা শেমদুনা থম্বীরম্মী। ওজাসি মতমগী মীওই অমা ওইনা কবি অমা ওইবগী অঙকপা প্রতিভা লৈবা শৈশকপনি হায়না ঙসি ফাওবা শোম্নরি।

থোইদোক্না ঙসিগী অনৌবা মতম অসিদসু অকুপ্পা শৈশক্কী শ্বর জান্নচিংবা থিনরদুনা নোটেশন কয়া (থম্নদুনা) তৌনদুনা নট সংকীর্ত্তন পুঙ, ঈশৈ, চলোম করতালনচিংবা শিজিন্নবগী তাক্লবা অকনবা থৌরাং কয়া চঙশিন্নরক্লি। মতৌ অসুম তৌনা মতমগী চৎনবী মীয়াম্না পাম্নবা মওংদা কালাগী শক্তম হোংদোক হোংজিন তৌবা হায়বসি নাৎকী ওইবা কালা খুদিংমক্কী হৌনশানি হায়না মথক্তসু হায়জগ্রে। মরম কয়া অসি লৈবনা নাৎকী ওইবা নট সংকীর্ত্তনগী শক্তম মউ নত্তনা মশা মরেংদা হোংলকপা হায়বসিদি তুংগী ওইবদসু কয়া অমা লাকখিবা য়াবা লৈ। মহৌশাগী ওইনা লৈরম্বা শক্তম্ কয়া ঙসি নট সংকীর্ত্তন্দা অহোংবা কয়া লৈখ্রে। মহৌশাগী ওইনা হায়রবদা পালা মশিং হুম্ফুমরি (৬৪) ফাওবা শুনা লেপহন্দুনা সংকীর্ত্তনগী থৌরাং তৌনরম্মী। ভক্তি প্রেমগী চৎনবী কয়াগী লিপুন্না চেৎনা পুন্নদুনা চৎনরম্মী হায়না ওঝাগুরু কয়াদগী তাজবা ফংজে।

অদুবু ঙসিদি থরমখৈ কোমথোক্লরক্লে। থোইদোক্না পালাগী মশিং য়াম্বা য়ামদবগী মওং অরেপ্পা লৈত্রে। য়ুম্বুগী অপাম্বা মওংদা চৎনরক্লে। মগোপ মপু অমদি মেইবুং খোংবা য়াওবা য়াওদবগী বাফম য়ুম্বুগী বাখলগী মওং মতুং ইন্না পাংথোক্লরক্লে। ঈশৈ শকপগী মওং কনাগুম্বা কলাকারনা অষ্টিগী শৈশক্তা রাগ হৌবা য়াওনরক্লে। মসি মমাংঙৈগী মতমদা চৎনরমদে। পুন্নমক অসি নিংথৌ পান্দুনা অকনবা চৈরাক্তি মখাদা লৈরিঙৈদদি গোবিন্দদা কত্তবা লৈবাক নিংথৌনা মশক খঙদবা শৈশক্তি গোবিন্দ থৌগল তৌহনলমদে। মরম অদুনা ঈশৈ অদু লৈবাক্কী ওইদনা মরম্নাই ওইদুনা কাংখ থাংগুম অরেম্বা তাদুনা মাঙনরম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি মানা মানা ফাবা মরম্নাই শৈশক কয়াসু পঙশক শক্লরে। মসি পুন্নমক অসি মীয়ামগী ওইনা য়ানবা সংকীর্ত্তন বিচার অমগী মতুং ইন্নদবগী ফজনি।

সংকীর্ত্তনদি সংকীর্ত্তননি। ঈশ্বর ভগবান মহাক্না পেনবিনবা মীয়াম চণ্ডদুনা অহৌবা খোঞ্জেল অমত্তদা কৌজবা শোঞ্জাবগী মওংনি। মদুগুম্বা থৌরম অদুদা কলাকার অদুগী হৈনবী মওংদা শকচ-শোঞ্জবনি হায়না থম্মোয় পেঙ্হোক্তুনা লৈজবনা অশেংবা ভক্ত বৈষ্ণব অমগী ৱাখল ওইফম থোকই।

মথক্তা খৃঃ ১৭৭৯ দা নিপা পালাগা লোয়ননা লাংথাবাল কোনুংদা জগোই রাস (মহারাস) কৎথিবগী ৱাফম পনজখ্রে। মসিগী মতুংদগী মৈতৈ লৈবাক্তা নট সংকীর্ত্তন চাওখৎপগী শকতম নোংমা নোংমগী ওইনা হেনগৎলকখি।

মসিগী মমাংদা কিয়াম্বা মহারাজনা খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ দা মৈতৈ লৈবাক্তা পাল্লম্বা নিংথৌনা বিষ্ণু লাইবু আরতি কৎতুনা লাৎলম্বা মতম অসিবাইদা "নামোই খুরাই ওনবনা" চৈথাবা কুম লমদা পুর্নিমাগী নবদ্বিপ্তা মহাপ্রভু চৈতন্য পোকখি। মতম অদুদা "রাম কৃষ্ণ গোবিন্দ" হায়বা খোঙ্হোক তরেৎ অসিনা ছন্দ পান্দুনা পুঙ ঝালগা লোয়ননা সংকীর্ত্তন শক্লরে হায়না অরিবা মৈতৈ লাইরিকশিংদা ইদুনা লৈরম্বা থেংনৈ।

মতম অদুদা ঝাল য়ৈববু পুখম মচেৎ য়ৈবা হায়না খঙনরমই। মমৈদা ঝালগী ঝা-ঝা লাউবা মখোলশিদগী ঝাল হায়না যন্ত্র অসিগী মমিং থোনখি হায়না ইরম্বা থেংনৈ। মতম অসিগী মমাং খৃঃ ১৫৪-২৬৪ দা পাল্লম্বা মৈতৈনিংথৌ খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদগী মৈতৈগী পুঙ শারম্বা অমদি খাগী লৈবাক্কী নিংথৌনা হায়জরকপদগী মৈতৈ নিংথৌনা পিখিবা অমদি মনামথুম ফংলকপগী ৱারী ৱাখোঙ কয়া লৈখ্রে। থোইদোক্লা মৈতৈগী মহৌশাদগী লৈজরকপা কলা বিদ্যা অসিগী যন্ত্রশিংগা লোয়ননা মৈতৈগী "হোংনেম শিক্লোন" থৌরম অসি পাঙথোক্তুনা লাকই। মথং মথং চংশিল্লকপা সংকীর্ত্তনগী খোঙথাং অসিনা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবা খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯ দা পানবা মতমদদি সংকীর্ত্তন শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা পাঙথোকনবগী ৱাফম মৈতৈগী অরিবা লাইরিক কয়াদগী ফংবা ঙমই।

মসিগী মতুংদা মৈতৈ লৈবাক্তা পানখিবা নিংথৌ পামহৈবা (খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদদি মৈতৈ লৈবাক্তা রামন্দি ধর্ম্ম চৎনবা হৌরে।

**ঋাহৈখৈ পুথি অচৌবা (নিংথেম পুথি) মপান্দা রামজি প্রভুগী লাইশং মাগুব শাদুনা লাৎপা হৌরে। মোংবা হনবা উমংদা হনুমান ঠাকুর লাৎপা হৌরে।** অদুগী মতুং নিংথৌরোল কয়া মথং মথং চৎথরক্লবা তুংদা মৈতৈ লৈবাক্তা তোমথিন ওইনা রাজর্ষি মিংথোন ফংদুনা কৃষ্ণ ভক্তা ওইখ্রবা ভাগ্যাচন্দ্র মহারাজ (খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮) মতমদদি নট সংকীর্ত্তন থৌরম অসি মপুঙ ময়ে ফনা চাওখৎলকখি। মথং মথং মৈতৈগী শক্লাইরবা ওজা গুরু কয়াবু অনৌবা শৈশক কয়া শেমদোক শাদোকহন্দুনা মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তনগী পুকৈবু থলহনখি। ইনিংথৌ অসিগী মখাদা পানখিবা চৌরজিৎ, মারজিৎ, গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ, চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং চুরাচন্দ মহারাজগা কোন্ননা শিক্ষা গুরু শ্রীশ্রী ১০৮ গোবিন্দজিউদগী হৌদুনা মথংদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রদগী থাদুনা ঙসি ফাওবদা পালা লোয়শংদা গুরু প্রনালিকাগী ওইবা রিকোড অমা থমলি। প্রনালিকা অসিগী চৎথরকপদা মাপল শুবা ওইনা ওজা ইবুংঙো চেশবা চৈতন্যগী মমিংবু থমলি। মতৌ অসুন্না পুঙগী ঈশৈগী ওইনা তোপ্পা তোপ্পা ওজা গুরু কয়া লৈরিবশিং অসি থিজিনবা কাংবুনা পালা লোয়শংদগী ফংনবগী খুদোংচাবা কায়দনা লৈরি। পুন্না হৌজিক ফাওবগী মনুংদা ঈশৈহনবা অমদি পুঙ য়ৈবা হঞ্জবা ওজা থারগা ওজাশিংগী ওইবা মিং চামা কুনমাথোই দগী হেন্না থেংনজে।

মসিগী অয়াম্বা মশীংদি অরিবা মতম মহারাজ চুরাচন্দসিংহগী মমাংগী ওজাশিংনি। ওজাশিং অসি অয়াম্বনা অনৌবা ঈশৈ কয়া লেংবা ছুর ছন্দ শেম্বদা থোইনা থৌ-চিন্নরমই। অদুগুম্বা শেন্নবা শৈশকশিং অদু লৈবাক নিংথৌ খঙনা শ্রীগোবিন্দদা কৎতুনা লৈবাক্কী সম্পতী ওইনা থমনদুনা চৎনৈ।

লমদম অসিদা পুঙ ঈশৈগী ওইনা ওজা চাম্মা কুনমাথোই অরিবা মতমদা লৈরমই হায়না মথক্তা পনজখ্রে। মসিগী মথক্তা সনাপালা অথনবা শ্রীগোবিন্দজিউগী সনা থৌগল ফংখ্রিবা পুঙ য়ৈবা হঞ্জবা অমদি ঈশৈহনবা হঞ্জবা কয়াসু লৈরি। অসিদসু নত্তনা বামোন পালাগী ওজা কয়া অমদি মফম মফম খুদিংদা ওজা কয়াসু লৈরমখিগনি।

**ওজাশিং অসিগী পুকোক প্রনালিকাগী মথং মথং লাকপদা –**

১। ওজা ইবুংঙো প্রমানন্দ, পুঙসু জগোইসু হৈবা

২। ওজা ইবুংঙো স্বরুপানন্দ, জগোইসু ঈশৈসু হৈবা

৩। ওজা ইবুংঙো লাংলেনহনবা, পুঙ ঈশৈ অনিমক হৈবা

৪। ওজা ইবুংঙো ধনিরাম, পুং ঈশৈ অনিমক্তা হৈবা

৫। ওজা ইবুংঙো কিতনা রুপা, পুঙ ঈশৈ অনিমক হৈবা

৬। ওজা ইবুংঙো কিতনা রাধা, পুঙ ঈশৈ অনিমক হৈবা

পুম্নমক অসিগী মথক্তা ওজা ইবুংঙো প্রেমানন্দদি হঞ্জবা ওইনা মতম অদুগী পুকোক্তা লৈহনলমই। মতৌ অসুম তৌনা লৈবাক নিংথৌগী ঈশৈগী পুঙগী হঞ্জবা হাপ্পগী চৎনবী অসি লৈরমই।

**মথাদা ঈশৈগী ওজাশিংগী ওইবা মথা চৎথরকপা প্রনালিকাগী শরুক কয়া থমজরি –**

১। ওজা ইবুংঙো তেনশুবা, ঈশৈ হনবা

২। শৌগ্বাইজম ভিমো, ঈশৈ হনবা

৩। ঙাংবম ইরাবত্ত, ঈশৈ হনবা

৪। অখাম রসানন্দ, ঈশৈ হনবা, রাগ হৈবা

৫। লোয়তাম রসিকানন্দ, লালসা ছন্দ পালম্বা

৬। লৌক্রাপম ময়ুংঙম্বা, ঈশৈসু জগোইসু হৈবা

৭। লাইরিকয়েংবম হেরামনি, ঈশৈ হনবা

৮। নাপেৎ খেলেম্বা, ঈশৈ হনবা

**পুঙগী ওইনা মথা চথরকপা প্রনালিকা শরুক খরা থমজরি।**

ওজা ঠাকুর শামা, হঞ্জবা, ওজা চবুংবম তোলেন, হঞ্জবা ওজাশিং অসি শীংথাবা য়াবা খরদংগী মিংপনজবনি। মসি নত্তবা মফম মফম খুদিংদা ওজা কয়াসু লৈরমখিগনি থাজনরি।

ওজাশিং অসিগী মথং মথং লাকপদা শিংথাদবা য়াদবা ওজাশিংগী লোন-লোনগী ওইবা পরিং কয়া মথং মথংগী ওইনা লৈখি।

ওজা ইবুংঙোশিং অদুগী মনুংদা ঈশৈগী ওইনা পনবা য়াবা মতিক ময়াই লৈবা ওজাশিংগী মনুংদা নোংমাইথেম ওজা চাইগোই, চোংথাম ওজা (বেঙ্গুল), নিত্যাইবাদ সনাখ্বা, পোৎশংবেম বোকুল, শবান্দুরাম ওজা, ঈশৈ লেংবা অমা ওইনা শগোলবন্দা লৈরম্বা ওজা তোয়াইমাগী মিং অসিনাচিংবা ওজা কয়া ঙসি ফাওবা শোন্নদুনা লৈরি।

মতৌ অসুম তৌনা মতমগী মতুং ইন্না শৈশক্তা মখোল মবা নুংশিবা, অভিনয়দা পকচবা মানা মানা শকপা শোনবদা পকচবা কয়া অদুসু মতাং মতাংগী ওইনা হাপতোক হাপচিন কয়া তৌনরকখি। মতৌ অসুম তৌনা সংকীর্ত্তনগী শকতমদসু অওনবা অহোংবা কয়া কয়া পুথোক্লরকখি।

অশেংবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী অশেংবা মউদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শেমদুনা পুথোক্লম্বা অদুনি। মসিগী তুংদা লাকপা নিংথৌরোল গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ হাক্তক্তা ফিজেৎ চাকচা মওং মতৌ কোয়েৎ য়েৎপগী মওং কয়াদি হোংদোক হোংজিন শেমদেক শেমজিন কয়া তৌখি হায়বা লমদম অসিগী অখণ্ড অহৈ কয়াগী মফমদগী তাবা ফংজে।

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন ঙসি ফাওবা চৎনরিবা মওং মতৌ পন্দম অসি হেক্তা শেমজিন শাজিনদুনা পুথোকপা শকতম নত্তে। মৈতৈ লৈবাক্তা পানখিবা নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬) না পানবা মতমদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ কয়া য়াওনা বেঙ্গল, উরিষ্য অমদি কর্নাটিকা পণ্ডিত কয়াগা লোয়নননা বেদ শাস্ত্রগী যুক্তী কয়াগা কোন্ননা মৈতৈ নাৎকী লোনচৎ কয়াগা শাগোন্ননা শেমখিবা সংকীর্ত্তন বিচারগী য়ুমফম ওইবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শক্তমনি। শক্তম অসিগী (রিতি) চৎনবী অতৈ লমগী সংকীর্ত্তনদগী মতৌ তম্বা নত্তে।

সংকীর্ত্তন অসিগী ওইবা তোপ তোপ্পা ফজবা নাৎ শকতমনা য়োমশিনদুনা শেমজবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তননি।

লাইরমলেনগী হাকতক্তা লাইনিংথৌ সনামহী, পাখঙবা অনিনা লাইয়াম সিংগা লোয়নননা মরোং সঙলেন খন্দুনা হরাও কুম্মৈ তৌববু অমদি মরু ওইনা লাইনিং থৌরম পাঙথোকপবু থোকপবু হোংনেম্বা হায়দুনা থৌরম অসি ইহান হান্না পুথোকখি হায়না মৈতৈগী "তুথেক লৈরোং

শাৱা" হায়রিবা মৈতৈগী অরিবা ময়েকনা ইবা পুয়া অদুদা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈ।

**"অরিবা শিঙ্খোং"** হায়বা পুয়াদনা মীরমলেন্দা হরিচক্কী অহানবা **নিংথৌকাংবাগী** সনা হাকতক্তা উক্রোং-হোংবা থৌরমদা **"অহোংলোন"** কৎতুনা থৌরম অদু লোইশিল্লী। **নিংথৌকাংবা অমসুং লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা অসিনচিংবা নিংথৌরেল কয়াদা মথংশিংনা অহোংলোন কথখি** হায়না ইরি।

অরোইবা ওইনা হায়জবা তাবদা নট সংকীর্ত্তন ঈশৈগী হৌরকফম তাকপা তাবদা মথক্তা পনজখিবা মরম কয়া অসি লৈবনা ঈশৈগী ওইবা খোম্থোক, খোলহায়, নিকপা, হেকপা 'আ' 'এ' শিজিনবা অসিগী পানদম মপুংফানা য়াওবা শৈশক অসি ওইবনা "কুহু" হায়না খোঙলবদি কোকিল হায়বা উচেক্কী খোঞ্জেলনি, "ক্বাক" হায়না খোঙলগা ক্বাক হায়বা উচেক্কী খোঞ্জেলনি হায়না খঙনবা ঙম্বা স্বর জ্ঞানগী শক্তি অদুম লৈজবা হায়বসি সাধারন ওইবা ৱাফমনি।

মতৌ অসুম্না ঝরকখণ্ডি শৈশক, বাঙ্গালীশিংগী ভাতিয়া শৈশক আসামী হিহোনবা ঙা ফাবা কাংবুগী ঈশৈনি হায়না তোঙান তোঙানবা শৈশক্কী শৈদাগী মতুং ইন্না লেপনবা হায়বসি সাধারন ওইনা মহৌশাদগী চৎনদুনা লাকই।

মরম অসি লৈবনা নট সংকীর্ত্তন শৈশক অসিগী হৌরকফম মৈতৈ নাৎকী শৈফমদগী পোকখিবনি হায়বদা থোইদোকনা চিংনফম লৈতে। শৈশক অসিগী তোপ তোপ্পা মতিক ময়াইদি ঈশৈ অসি অর্থ খঙবা ঙমদ্রবসু ঈশৈগী রসগী ঈচেল ভক্তশিংগী থম্মোইদা প্রেমগী ঈহৌ অমা পোকহনবা ঙমদুনা মাশুব ময়াইদা মিৎকী পিগী দান কৎপা ঙমনরিবা অসিনি।

অমরোমদা নট ঈশৈগী ওইনা হোংলকলিবা শক্তম হায়বসিদি ফনা নিংথিনা হোংলক্রে।

মসিগী মরু ওইবা মরমদি মীওইবগী ওইনা লৈরিবা হৈনবী অহোংবা লৈবা শাজৎ অসিনা শোয়দনা ওইফম থোকই। লোয়ননা ইশা ইশাগী-

নিংজবা খঞ্জবা পান্দমদা ঈশ্বরদা ভক্তি কৎচবা হায়বসি শাস্ত্রগী বিধিনসু অদুম য়ারি।

মতৌ অসুম্না শৈশকপগী মশীং হন্থনা শরুক য়াহনবা মাগুব মপু মোইবুং খোঙবনচিংবা য়াওনরক্তবা হায়বসি ভক্তশিং অমদি কর্ম্মধারী ওইরিবা অপাম্বা বাখললোনগী মতুংইন্না চৎথরকপা হায়বসিদি মশানা তারকপা বাফমনি। অদুবু সংকীর্ত্তনগী শক্তমদা মহৌশাদগী হোংলক্পা মওং অমদি ওইরি। মৈতৈ লৈবাককী ওইনদি সংকীর্ত্তন কুইরবা মতমগী লাইনিং লাইশোনগী পান্দমনি।

অসিগুম্না শকপা শোনবা পান্দম অসিদা ভারতকী ষ্টেট কয়াদা ঈরে লৈত্রে হায়বা য়াবা মতম ওইরে। অদুবু মৈতৈ লৈবাক বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচেৎপা য়ুম্ফম ওইবা, কলা বিদ্যাদা থবাই য়াওজবা জাতি অমা ওইনা কৃষ্ণ ভগবানদা থাজবা থমজবা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী বৈষ্ণব ভক্তি প্রেমদা লুপচবা কাংবু অমা ওইনা শাংলবা মতম কয়া অসি সংকীর্ত্তনগা শাগোম্নদুনা লৈনরকলি। পুন্নমক ঈশ্বর ভগবানগী লীলানি।।০।।

হিরম অসিদা থোইদোক্না খঙজা হৈজবা মীওইদি ঐহাক নচ্চদে। হিরম খুদিঙদা অবাৎপনা থম্নবা তোম্নবা ননাইনি। অদুবু মীয়ামদা ঐনা খুদোল কয়া হিরম অসিদা তমজনিংবনা ইখুৎলো লাম্বা ফংজবা লাইরিক থরগী মতেং লৌজখি।

লাইরিকশিং অদুগী মমীং ঃ-

১। মনিপুর সাহিত্য ইতিহাস, অফোংবো মনিপুর সাহিত্য পরিষদ
২। মৈতৈ নট পালা অমসুং চলোম, অইবা থাংজম চাওবা সিংহ
৩। মৈতৈ নিংথৌরোল ছুম্ফুমাথোই, অইবা ইনাওচা সিংহ
৪। মৈতৈ সংকীর্ত্তন অহানবা, অইবা কোঞ্জেংবম ধন সিংহ
৫। মনিপুর সংকীর্ত্তন, অইবা কোঞ্জেংবম ধন সিংহ
৬। পেনা অনোই, অইবা আর. কে. অচৌবীম্না
৭। ইনাৎকী হয়াও কুম্মৈ, অইবা শ্রীথুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

# মতমগী লীলা মঞ্চদা নট সংকীর্ত্তন

শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্র
*শগোলবন্দ মৈনো লৈরক*

মতমগী লীলা মঞ্চদা নট সংকীর্ত্তন হায়বা ফাফম অসি নট সংকীর্ত্তনগী মহৌশাগী লৈজরিবা মশক অমদি মথৌ হায়বদি ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমদা শক শোনবা অসি নত্তবদা মতম অসিগী ওইনা পুথোক্লিবা ড্রামাদা "নট সংকীর্ত্তন" অসি কদাইদা অমসুং করম্না পুন্সিনবগে হায়বা অসি ওইগনি হায়না খল্লি। ফাফম অসি নৈনবদা নট সংকীর্ত্তনবু ষ্টেজদা পুথোক্লুনা ভাবোক্তা উৎপগী মওং অমদি ড্রামাদা করম্না শিজিন্নবগে হায়বা ফাফম অনি অসি নৈনফম থোকই।

**অহানবদা ঃ-** নট সংকীর্ত্তন অসি ধর্ম্মগা মরি লৈননা লৈরিবা ফিবম অসিদগী ষ্টেজদা পুথোক্লুনা উৎননবগীদমক য়াম্না তেন্না শেম্বগী মওং অমা থোরকখি। মসি মরু ওইনা মনিপুরগী কলচরেল আইতেমশিং (Cultural item) কুম্মে অমা ওইনা ভাবোক্তা উৎনবা, খঙহন্নবা হোৎনবদা চঙশিল্লকখিবা খোঙথাংনি, মরু ওইনা মণিপুরগী মপান্দা মণিপুরগী কলচরেল (Cultural) শো উৎপদা পাঙথোকই অদুগা মণিপুরদা ভারত অমদি মপাল্লমগী অচৌ-অশাং লাকপদা কলচরেল (Cultural) প্রোগ্রাম ওইনসু পুথোকই। মওং অসিদা পুথোক্লিবা শরুক অসি নট সংকীর্ত্তনগী য়াম্না থিয়েট্রিকেল (Theatrical) ওইবা শরুক পালা চোলোম অমদি পুঙ চোলোম্নচিংবনি। মসি নট সংকীর্ত্তনবু ষ্টেজদা পুথোরকপগী অচৌবা শরুক অমনি।

অদুগা অমুক নাকল অমরোমদা মনিপুরি জগোইদা মথৌ অমা ওইনা লৈরিবা ভারতকী কলাকারশিংদা নট সংকীর্ত্তনদি শোয়দনা খঙদবা য়াদবা,

মরু ওইবা পোৎশক অমা ওইবনা মখোয়না নট সংকীর্ত্তনবু কুপ্না নৈননবা হোৎনৈ অমদি মখোয়না শেম্বা মণিপুরি জগোইদা নট সংকীর্ত্তনবু য়ুম্ফম ওইনা অদুমক শিজিন্নৈ। থোইদোক হেন্দোক্না নিউ দিল্লিদা ত্রিবেনি কলা শঙ্গমগী দিরেক্তর (Director) ওইরিবা রাজকুমার সিংহজিৎনা মহাক্কী কলাগী লম অসিদা নট সংকীর্ত্তন তত্তনা শিজিন্নবা থেংনৈ। শিজিন্নবগী মওংদি নট সংকীর্ত্তনবু মপুম ওইনা ষ্টেজদা মতম খুদিংমক্তা থাংজিনবা নত্তে। নট সংকীর্ত্তন্দগী মচাক লৌদুনা মহাক্না শেম্লিবা জগোইগী কম্পোজিসন্দা (Composition) শিজিন্নবনি। গুরু বিপিনসু লম অসিগী মীওই অমনি।

**অনিশুবদা ঃ-** নট সংকীর্ত্তনবু ওসিগী ড্রামাদা শিজিন্নবগী মওং অসি লৈরে। ৱাফম অসিদা নৈনগদবসি মণিপুরগী মশক নাইরবা ড্রামা ডিরেক্তর (Director) অনিগী থবকশিংনি, মখোয় অনি অদুদি শ্রীশনখ্যা ইবোতোম্বী অমসুং শ্রীরতন থিয়াম্নি।

শ্রীশনখ্যা ইবোতোম্বী নেশনেল স্কুল (National School) ড্রামাদগী থোরকপা গ্রেজুয়েট (Graduate) নি। মহাক্না অহানবা ওইনা মশাগী ওইনা থিয়েটর (Theatre) গী লম অসিদা চঙশিল্লকপা মতমদা কন্না মিৎয়েং থম্লিবসি ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসিদা মপান লৈবাকশিংগী ফজবা থিয়েটর (Theatre) মশক অমদি পৃথিবীদা শক্লাইখ্রবা ড্রামাটিষ্টশিংগী লীলা য়েংহনবা অসিনি। মিৎয়েং অসিদগী মহাক্না নোংচুপকী ড্রামাশিংদা কন্না খুৎ থাখি। মারিয়ো ফ্রেটিগী "কেজ" (Cage) সেমুয়েল বেকেটকী 'ৱেটিং ফোর গোদো', তেন্দুলকরগী "সান্টটা কোর্ট চালু আহে" মোহন রাকেশকী "আধে আধুরে" অসিনচিংবনি। হায়রিবা লীলা কয়া অসি পুথোক্লুবা তুংদা মহাক্কী ওইবা থিয়েটরগী (Theatre) ফিলোসোফি (Philosophy) অমদা চঙশিল্লকখি। ইবোতোম্বীনা হায় **"করিসু লৈতবদগী করিগুম্বা পোৎশক অমা শেম্বা হায়বসি ওইথোক্তে, পোৎ খুদিংমক করিগুম্বা অরৈবা পোৎ খরদগী থোরকপনি"**। ৱাথল অসিদা মহাক্না মণিপুর থিয়েটর (Theatre) গী মশক অমা পুথোকপা তারবদি মণিপুরগী মশাগী লৈজরিবা কলচরেল

ট্রেডিসন (Cultural Tradition) অসিগী ফজবা মচি ওইবা, ফজবা হায়বসিগী নুংগী ওইবা মরু অদুদগী শাগৎকদবনি হায়বা অসিনি। মসিবু মহাক্না **"থিয়েটর ওফ দি ইসেন্স"** (Theatre of the essence) হায়না কৌই। মিৎয়েং অসিদগী মহাক্না মণিপুরি কলচর (Culture) গী লমদা থোইদোক্না মপাঙ্গল কন্না লৈরিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অৱাংবা মশক শেংনা ফোঙদোক্লিবা নট সংকীর্ত্তনগী নুংগী ওইবা ফজবগী শক্তম অদুদা চঙশিন্দুনা মহাক্কী অনৌবা চাংয়েং লীলাশিং পুথোক্লকখি।

শ্রীইবোতোম্বীনা নাট্য শাস্ত্রবু কুপ্না নৈনৈ অমদি নট সংকীর্ত্তনবু কুপ্না নৈনদুনা মসিগী শাস্ত্রীয় ওইরিবা মশক অসি প্রমান তৌনবা হোৎনৈ। শাস্ত্রগী **প্রারম্ভ, প্রয়ত্ন, প্রাপর্টি সমভবা অমদি নিয়্যু টু প্রাপর্টি কলা প্রাস্টি** অসি নট সংকীর্ত্তনগী রাগ হৌবা, রাগ তাবা, মেন, তাঞ্চপ অমদি মেনকুপনি হায়না প্রমান তৌই। অমসুং মহাক্কী কলাগী পোৎথোকসু শাস্ত্রীয় ওইগদবনি হায়না খল্লি। ৱাখল অসিদগী মহাক্না শাস্ত্রগী য়ুমফমদা চঙশিন্দুনা **"তোনু লাইজিংলেম্বী"** দগী চাংয়েং তৌবা হৌরকখি। লীলা উৎকদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী ঙরাংদগী অধিবাস হৌরগা নোংঙাল্লগা হায়রিবা লীলা অসি উৎখি। মহাক্না নট সংকীর্ত্তনগী মচেৎ মচেৎ লৌবগী মহুত্তা মহাক্কী লীলাবু নট সংকীর্ত্তনগী মপূং ওইবা য়ুম্ফমদা শেমগৎনবা হোৎনখি। অসুম্না স্বপ্নবাসবদত্তা, অভিজ্ঞান সকুন্তলম, অমদি ইকুই কুইদনা জি:সি: তোংব্রাগী **"ককপ্পবা কোকয়াম"** পুথোকখি।

মহাক্না লিলাশিং অসি য়ারিবমখৈ নট সংকীর্ত্তনগী সোমদা নকশিন্নবা হোৎনৈ। ঈশৈগী, পূংগী তাল অসি খন খন্দুনা লীলাগী মতাংগা চান চান্না রাগশিং পুংলোনশিং শিজিন্নবা হোৎনৈ। শ্রীরতন থিয়াম্নসু নেশনেস স্কুল ওফ ড্রামা (National School of Drama) গী গ্রেজুয়েট (Graduate)নি। মহাকসু পোৎ অমগী ফজবা হায়বা অসি করম তৌনা পুথোকসিগে হায়বদা য়াম্না কুপ্না ৱাখল চঙবা ডিরেক্টর (Director) নি। মণিপুরগী কলচরেল (Cultural) ট্রেডিসন (Tradition) অসিদা লৈরিবা কলাগী মচাকশিং অসিদা মিৎনা য়েংবদা নুংঙাইবা নাকোংনা তাবদা মীওইবগী

থম্মোয়দা পানগদবা মচাকশিং য়াম্না মুন্না খঙনা খন্দোক খনজিন তৌরগা মহাক মশাগী ক্রিয়েটিব (Creative) ওইবা খুৎথাদা শেম্নবা হোৎনৈ শ্রীরতন থিয়াম্না।

ফিভম অসিদগী মহাক মণিপুরগী কলচরেল ট্রেডিসন্দা (Cultural Tradition) থোইদোক হেন্দোকপা বৈষ্ণব ট্রেডিসন্দা লৈরিবা মচাকশিং মহাক্কী লীলাগী টেক্স অদুদা পানশিন্দুনা মশা নান্না পুথোকপদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈশিংবা ডিরেক্তর (Director) নি। মহাক্কী লীলাশিং নট সংকীর্ত্তনগী মচাকশিংনা য়োমদুনা পুথোকপনা অয়াম্বনি।

নটকী শৈশক, রাগ, তাল, ফিজেৎ, পুঙ, কর্তাল, মোইবুং, ছত্র, ফিরাল, পুন্নমক অসি মফম মফম চানা শিজিন্নবা, লীলাগী মতাংদা লৈরিবা এটমোস্ফেয়র (Atmosphere) থোকলিবা কেরেক্তর (Character) অদুগী পূক্লিং ফিভম অসিনচিংবা অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা নটকী পুঙলোন ঈশৈগী স্বর লৈরিবা পুন্নমক অসিগী অকনবা অনৌবা রাগ কয়াদগী খ্বাইদগী চুনবা খন্দুনা শেম্বদা থোইদোক্লা হৈশিংই। শেৎলিবা ফিজেৎ, ফি-রোল শিজিন্নরিবা ষ্টেজগী মচাকশিং অহানবা হেক উবদা ভাবোক্কী পুক্লিংবু লাকশিন্নবা হোৎনৈ। হায়বিবশিং অসি বৈষ্ণব ট্রেডিসনগী (Tradition) পুক্কেদগী পুথোরকপনা অয়াম্বনি। অদুমকপু শ্রীরতন্না নট সংকীর্ত্তনগী শৎচাদা হৈজিন্দুনা লীলা পুথোকপা নত্তে, মহাক্কী লীলাদা দরকার ওই হায়না খনবা পোৎতমক লৌথোক্লগা শিজিন্নবনি। মহাক্কী দরকারগী মতুং-ইন্না ফোক ইলিমেন্টস্ (Folk Element) নিংথিনা শিজিন্নৈ। নট সংকীর্ত্তনগী ফ্রেমদা হৌদোকপা লীলা "কর্ন ভরম" দা কর্ন অমসুং মমা রাধাগী সিন (Scene) উৎলকপদা অনৌবা হরাওবগী পুঙগী তাল শিজিন্নৈ। এন্টিগোনে লীলাবু ষ্টাইলাইজ ফোর্মদা পুথোকই। 'কর্ন ভরম' সংকীর্ত্তনগী মচাক য়াম্না শিজিন্নবা লীলানি ধুমেনগী পুঙ ময়াম য়েবা শিজিন্নদুনা, পুঙয়েবনা, থোকখিবদা স্ক্রিন (Screen) হাইদোকপগুম শিজিন্নবা কর্ননা লান চঙবগী রাখলগী ফিভম ফোঙদোকপদা পুঙয়েবা তরুক্লা অকনবা পুঙখোলদা

য়েবা মখোল ওইনা রসকি তাকা ওইনা শিজিন্নবনা শ্রীরত্নগী ইমাজিনেসন (Imagination) অমদি ক্রিয়েটিব পবার (Creative Power) শিংনা উহল্লি।

অসুম্না ওল্লিরৈগী **শল্লেব্রী চাইশ্রাদা** নটকী ঈশৈ, লৈমা য়েংলিঙৈদা খুমু কাবদা "ফনেক খোইদোম শেৎলিঙৈ কুমলং নাদ চিল্লিঙৈ" নটকী শৈশক্লি। অসুম্না লাকপনা ক্লাসিকেল (Classical) সংস্কৃত ড্রামাশিং পুথোকপদদি নট সংকীর্ত্তনগী মচাকশিংনা হেন্না মপুঙ ওইনা শিজিন্নরে। লীলা হৌদোকপদা সংকীর্ত্তন পালা মওংদা পুংগী রাগ হৌবা, মোইবুং খোংবা, অশেংবা রাগ কোর্ত্তান্না টপ টপ থাবা অসিনচিংবা লীলাগী মুদ শাগৎপা, **'উরুভঙ্গম'** লীলাদা দুর্য্যধন্না খুকউ তেক্তুনা তাদুনা লৈবা সংকীর্ত্তনগী রাগদগী অহিকপা ফোঙদোকপা রাগ থিদুনা রাগ অদুবু ফিজিকেলাইজ (Physicalize) তৌনবা হোৎনবা, অসিনচিংবা কয়াদি **কর্নভরমদা** কুন্তিনা গঙ্গাদা ইরুজবা চৎপদা **রাধা অভিসারগী শৈশক**, কর্ননা পরশুরামগীদা মহে তম্বদা **কুঞ্জগী রাসলীলাগী শৈশক** অসিনচিংবা।

**চক্রবিহুদ**দদি হায়রিবা মওং কয়া অসিদগী হেন্না চঙখোল্লবা মচাকশিং পুনশিন্দুনা শিজিন্নরে। অদুদগী ইকুই কুইদনা পুথোকখিবা **'অন্ন যুগ'** তদি সংকীর্ত্তনগী মশক অসিদা লৈরিবা ফিজেৎ, অঙৌবা ফৈজোন্নচিংবা শিজিন্নরগা ফিশিং অসি খরা জোম-জোম লাউহনবা লেংয়ান্নচিংবশি খরা শাংদোকহনবা এক্সটেসনগী (Extension) মওংদা শেম্মী। ফিজেৎ অমদি খোঙ্গোক্তা শাংদোকহন্নবা হোৎনৈ মরুওইনা ইমোসনেল (Emotional) এক্সপ্রেসন (Expression) অসি পিনবা হোৎনবনি। হকচাংগী লেঙ-ওৎপা অমদি ঈশৈদা সংকীর্ত্তনগী ঈচেন্দা য়াম্না চঙশিন্নবা হোৎনৈ। লীলাগী থৌদোক তাকপদা সংকীর্ত্তন্দা ছন্দ নাইনা বারীশিংগী মওং নিংথিনা থম্মী।

শ্রীসনখ্যা (সনখ্যা) ইবোতোম্বী অমদি শ্রীরত্ন থিয়াম অনি অসিনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী ট্রেদিসন্দা লৈরিবা মচাকশিং য়াম্না মুন্না মশক খঙনা ড্রামাদা শিজিন্নে তৌবতবু মখোয় অনিগী মরক্তা খেন্নবসি সনখ্যা ইবোতোম্বীনা সংকীর্ত্তনগী মওংদা লীলা পুথোক্লবা হোৎনবনি অদুগা রত্ন

থিয়াম্না মাগী ড্রামাদা চানগদবা মচাক শিজিন্নবনি। মণিপূরগী ঙসিগী ড্রামাদা নট সংকীর্ত্তনগী মচাক শিজিন্নবদি হায়রিবা দিরেক্তর (Director) অনি অসিনা মরু ওইবনি।

তৌবতবু মখোয় অনি অসিনা নট সংকীর্ত্তনগী ওঝা কয়াদগী মতেং লৌজবনি মখোয় অনিমক নট সংকীর্ত্তন মপুঙ ফানা খঙবা হৈবদি নত্তে।

*বারেং অসি ইবদা বারী শাজখিবশিং ঃ*

১। শ্রীতোংব্রম সুরেন্দ্র
২। শ্রীসনখ্যা ইবোতোম্বী
৩। শ্রীলোইতোংবম দোরেন
৪ শ্রীশোরাইশম ধিরেন।

নৈনখিবা চে

(1) 'Sakuntala'
National Schools of Drama Bawalpur House, New Delhi 11 0001.

(2) Avant Garde Production
(Theatre of Essence Experiment).

# নট সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা অনীগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী

শ্রীমতি ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী থৌরানিশাবী দেবী
*য়ুম্নাম লৈকাই*

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপীরম্বা ভক্তিগী সাধন ৫ গী মনুংদা নাম সংকীর্ত্তনসু অমনি। মসিদগী শ্রীকৃষ্ণপ্রেম পোক্কনি। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তননা থম্মোয় মিংশেল শেংদোক্কনি, সংসারগী মৈচাক মুৎহল্লি, সংকীর্ত্তনগী মশক ওইবা ভক্তিনা ঙাম্ব্লোইরকপদা পুম্নমক মঙ্গল ওইরকই হায়বসি শ্রীমহাপ্রভুমক্না তাকপীখ্রবনি। নাপীদগী হেন্না ফাওবা তোন্না খঞ্জদুনা, উ পাম্বীগুম্না অখাঙ কন্না নামকীর্ত্তন তৌগদবনি হায়বসিমসু তাকপীরমই। কলিযুক্তা লাম্নবগী উপাইদি শ্রীহরিগী নামসংকীর্ত্তনদনি। মরমদি কৃষ্ণ নামদি কৃষ্ণদগী তোঙানবা নত্তে। অনিমক অমত্তনি। কনাগুম্বনদি কৃষ্ণনামনা কৃষ্ণদগী হেন্না মগুন লৈ হায়নরি।

শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা লিংখৎলম্বা সংকীর্ত্তন হৌজিক্তি নট সংকীর্ত্তন হায়না খঙনৈ। নটকী মতৌগুম্না ঈশৈ শকপদা নত্তনা করতালনচিংবা খিঙদুনা জগোই শাবদগী নট সংকীর্ত্তন হায়না খঙনবনি। পুংগী রাগ অচৌবা নত্রগা মসিগী মান্নবা রাগ অমা হৌদুনা পালাশিংনা সিদ্ধদেহগী ফিভম য়ৌদুনা সখিভাব য়ৌরবা মতমদা শ্রীগৌরচন্দ্রদা চঙজে। মরমদি গৌরাঙ্গদি রাধাকৃষ্ণ অনিগী অপুনবনি। নুংদা কৃষ্ণরূপ, পান্দা গৌরাঙ্গরূপ হায়দুনা হায়নরি। শ্রীকৃষ্ণগী অনীঙবা অহুম পাঙথোক্নবা গৌরাঙ্গ অবতার তৌবনি। ব্রজ লীলাসি নবদ্বীপ লীলাদা মপুঙ ফারে হায়বসি বৈষ্ণবশিংগী চেৎনা থাজবনি। মরম অসিনা গৌরচন্দ্রিকা হৌদবা য়াদে। অমুকসু নিত্যাইনন্দনা বলরামগী মশক্তি, নবদ্বীপ লীলাদি

গৌর-নিত্যাই অনিগী লীলানি। অসিনা সংকীর্ত্তনগী লোইশিনবদা নিত্যাই পদ তাদবা য়াদে। সংকীর্ত্তনগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা চত্থরিবসি ভক্ত অমগী ভজনগী মশক্তি, লাইনিং পরৈ অমনি। মরক্তা থুগায়বা শুকয়া য়াদে মহাযজ্ঞনি।

অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী লাইনিং পরৈ অসিদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীকৃষ্ণমক্কী মংতাক্তগী রাসলীলা পুথোকপীরমই। শ্রীমদ্ভগবততা তাকপীরম্বা গোপীগী প্রেম হায়বসি কয়ামুক মগুন লৈবগে হায়বদুগী অঙকপা মশক অমা জগোই ঈশৈনা ফোঙদোকপীরমই। গোপী প্রেম কমদৌবগে মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীরাধাগী প্রেম্না কমদৌবগে হায়বদু শ্রীগৌরাঙ্গগী অরোইবা পুন্সিগী শরুক্তা গম্ভীর লীলাদা মশক শেংনা তাকপীরম্মী। চুম্নগী শকশোনবদগী শকমক হেক উবনা ভক্তশিংদা পেঞ্জবা হেল্লি। জগোই ঈশৈ পামজবদা ঙাওরবা লমদম অসিদা ভাগচন্দ্র মহারাজনা রাসলীলা ৩ (অহুম) পুথোকপীরম্মী। কুঞ্জরাস, মহারাস অমসুং বসন্তরাস। নিত্যরাস অমসুং দিবারাসনা কোন্না চঙলকপনি।

লূরিবদি সংকীর্ত্তনগী লাইনিঙ মওং অসিদা রাসলীলাসু চঙহনবা তাবনি। মপান্দা তোপ্না থম্বা য়াবা নত্তে। শক্লিবা ঈশৈসু ব্রজলীলা ঙাক্তনি। অদুনা রাসলীলা কৎপা তারবদি গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভাবীদা ব্রজলীলা শান্নহনবা তাবনি। বৈষ্ণবগী লাইনীংদি ভাব রসকী মওংনি - ভাবতগী প্রেম অমসুং প্রেমদগী মথং মথং মহাভাব য়ৌনবা ভজনগী মওংনি। অসিনা ইবুংঙোগী ভাবাবেশতা, ইবুংঙোমক্কসু রাধা কৃষ্ণগী অপূনবা ওইরিবনিনা, বৃন্দাবনগী রাস লীলা অসি শান্নবা তাবনি। অসিনা সংকীর্ত্তনগী শৈশক্তা মতাং চানা থমম্লগা রাসলীলা শান্নহল্লিবনি। রাসলীলা কৈদৌঙেদসু মতোমতা কৎপা য়াদে। সংকীর্ত্তনগী শরুক অমা ওইনা, বৈষ্ণবগী লাইনিং পরৈগী মতাং অমা ওইনা, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লীলাবু ভক্তশিংদা দর্শন তৌহনবীরিবনি। ভাবকশিংনা রস চুপচল্লিবনি। রাসলীলাগী ঈশৈ, পুংগী মশক পুন্নমক সংকীর্ত্তনগীনি। জগোইগী শরুক্তা রাধা, কৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী ওইবনা মৈতৈগী হান্নগী লৈজরম্বা খুৎথেক শাথেক্তা রস

চুপ্পবদা নুংঙাইনবা খঙহৈরবা ওঝা গুরুশিংনা অনৌবা থরা পুথোক্রম্বতনি। সংকীর্ত্তনদসু পালা অমসুং পুঙগী চোলোম ওঝাশিংনা শেম্লম্বনি।

তশেংবা হায়রবদি রাসলীলাদি সংকীর্ত্তনগী থানবা য়াদবা নুংগী মশক অমনি। সংকীর্ত্তনদা পালানা শক্লিবসি বৃন্দাবনগী লীলানি। অষ্টকালদা শক্লবনিনা অহিংগী লীলাগী শরুক য়াওদবতনি। অদুবু ভজনদদি চিংখবা য়াদে। অসিগুম্বা ভাবীগী শরুক্তু মুর্ত্তি পালহন্দুনা রাসলীলাদা পুথোরকপনি। সংকীর্ত্তননা অমা, রাসলীলানা অতোপ্পা অমা-হায়না লৌবা অসিমকসু কুপ্পা য়েংশিল্লবদি লানগনি। অনিমক অমত্তনি। মপানগী মরী নত্তে-কুম্মৈ অনি শম্লহনবা নত্তে। ভাব অমত্তনি। নুংদসু পান্দসু অনিমক অমত্তনি হায়না লৌবদা অচুম্বা ওইগনি।।০।।

# ফিজেৎকী ইতিহাস

**শ্রী নামৈরাকপম মনাও সিংহ**
*তেরা লুক্রাম লৈরক*

সত্যদা ধ্যান্না বিষ্ণু ফংখি। ত্রেতাদা যাগ যজ্ঞনা শ্রীহরিগীচরন ফংখি। দ্বাপরদা নিংজবা সেবা চঙজবনা শ্রীকৃষ্ণ চরন ফংখি। কলি অসিদদি শ্রীগৌবাঙ্গ কৃপাদগী মহা সংকীর্ত্তন্না শিনবিররে। অদু গুম্বা সংকীর্ত্তন যজ্ঞসিদা চঙগদবা নট পালা মমিং অসি করম্না থোনখিবনো হায়বগী মরমদা খরদং শ্রীগোবিন্দগী নটবর বেশ ওইরিবা খুদম অসি লৌদুনা নট পালা হায়বসি থোনখি। অমসুং শ্রীগৌরাঙ্গগী ত্রিকচ্চ ফৈজোম গুঞ্জা মতোন, খ্বাঙয়েৎকী ফিদোন, অনি অসিগা অমদি ফৈজোম নামৈগী ফিদোন অমা অহুম অসি তিল্লগা গৌরাঙ্গগী ত্রিকচ্চ ফিজেৎ ওই। হকচাংগী দ্বাদস তিলক, উরিক নগুন, বোন মালা, কোয়েৎ ফিজেৎকী পেক্রক অসিনি।

শ্রীগোবিন্দগী মুকুটকী মহুত্তা ফিজাং য়েৎলিবা অসিনি। চুড়াগী মহুত্তা পেক্রক হাপ্লিবা অসিনচিংবা শুরগা শ্রীগোবিন্দগী নটবর বেস হায়বসে থোকই। মওং অসি লৌদুনা মমিং নট পালা থোনখি। মসি মৈতৈতগী ওইবা চৎনবিনি। মতম অসুক কুইরবনি হায়বসি মৈতৈ পুয়াদা তাক্লি। মতৌ অসুম তৌদুনা মতম মতমগী য়াওন মতুং-ইন্না অওনবা কয়া শুনখ্রবদা জগৎ সংসারগী ইবুংঙো শ্রীগোবিন্দনা মনাইশিংবু লানবীগে হায়দুনা মৈতৈ লৈবাক্তা ঙানবীররে। মতম অসিদা মনাই অচানবা শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাকতক্তা মনাইদা পাওতাক ওইনা তাকপীদুনা পুন্নমপু খঙহনবীরে। মহাক্কী কৃপাদগী ইবুংঙো মাগী পারি-সাদ লোয়নবা ওঝাশিং কয়ামরুম থাবীরক্লুনা মথং মনাও নাইনা থম্বীররে।

তম্নীংবা হৈনিংবা কয়া পোকহল্লে, মওং মতৌ কয়া শেম্বীরে। পুথোকপা পুন্নমক শিদ্ধ ওইরে অরোইবা লৈত্রে। নিংঙকপা পুন্নমক থোকহল্লে। মতাং অসিদা অনৌবা অমসুং অরিবা মশক নাইরক্রে। অরিবা বঙ্গদেশ পালা অনৌবা নট পালা থোনখরে। মীওইবগী পোকপা, শিবা, হিংবা পুন্নমক্তা সংকীর্ত্তন্না লানবীরি। অখঙবা খঙদবা নাইদবা মৈতৈ ঐখোয়গী জাতিগী ওইনা লান্নফন্নি হায়নরি। অদুনদি মসি তৌবা তারবদা মহাক্কী মচাক ময়াম অমসুং পুক্নিংগী ওইবা মরু চঙদবা য়াদ্রবা খঙদবা য়াদ্রবা ওইবনা ঐখোয়না হোৎনরিবা পুন্নমক অসি ভগবান্না পেনবীনবগীদমক্তনি। মানা পেল্লবতদা জিবগী অফবা ওই হায়বসে শাস্ত্রা কয়াদা লাউদুনা লৈখ্রে। বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলিবা বৈষ্ণবশিংনা পুক্নিং শেংনা ঈশ্বরবু মীয়াম তিন্নদুনা অখঙ-অহৈ থিদুনা থাজবগা লোয়ননা যোতির্ম্ময় রূপ। গৌর গোবিন্দ ভগবানগী গুন লীলাবু যজ্ঞ ওইনা তৌজে শাস্ত্র কয়াগী মত লৌদুনা। পঞ্চতত্ত্ব, পঞ্চরস, পঞ্চগবৎ। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাস, মর্ত পৃথিবী।ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, ত্রিব্যান তত্ত্বঃ-নব দেবতানচিংবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু সাগত্তুনা সংকীর্ত্তন্না পুজাগী পোৎলম ওইদুনা কৎচৈ অমসুং পুজা তৌজৈ, মাগী মাগী অঙম্বা শক্তিনা। মসি মৈতৈ জাতিগী চৎনবীনি। লাই হাকতক্তগী মওং মওং চৎনবগী মতুং-ইন্না মওং হোংঙকই। লম্বেন্দি অমত্তনি। মরোল অহুম, মকোয় অহুম, নুমিৎ তরেৎ, থা ১২ (তরানিথোই) ঋতু তরুক, পুন্নমক অসি য়েংদুনা ব্রহ্মান্দ অমগী মওং লৌদুনা ঈশ্বরগী লীলা খোঙচৎপু লীলা সাধন ওইনা পুজা কৎলি। তৌরিবা পুন্নমক অসি ঈশ্বরদা জিবনা থাজবা লৈদুনা উৎপনি।

শমলপ্না খরদং পঞ্জবনি। মহাক্কী লীলা মহাক্না খঙই। সংকীর্ত্তন্দা চৎনরিবা রাগ, সঞ্চার, তিনতাল, রাজমেন, তাঞ্চপ, মেনকুপ তরুক অসি ঈশ্বরগী মুর্ত্তি অমা ওইবা মমিং তরুক চঙই। থব্বায় মঙা মিগা থানা তরুক হায়নৈ। মসিসু সংকীর্ত্তনগী মুর্ত্তি অমা ওইরে হায়না লাই গুরু ওঝাশিংনা লৌনৈ। মরম অসি লৈবনা সংকীর্ত্তন অসিদা চঙগদবা ফিজেৎ-লৈতেং চৎনবী খিত্তং মখাদা ইজরি।

**ফিজেৎ লৈতেংগী ইতিহাস ঃ**

লাই গুরু, ওঝাশিংনা থোইনা-হেন্না খঙবীরবনি অদুবু খিত্তং ইজৌ হায়না তাকপীবদগী ইজগদৌরিবনি। সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ্য অসিদা পুকচেল মকপা য়াদে। থম্মোয় শেংদবা য়াদে। থম্মোয় শেংবগুম্না শেংকদৌরিবা ফৈজোম লাংঙরা আভরননচিংবা পুন্নমকসি য়াম্না সুদ্ধ ওইনা শিজিন্নগদবনি। ওঝাশিংনা সংকীর্ত্তন মফম য়ৌরগা ফৈজোম হোংদোকইবসে ওহ্লোক্লা ফজখ্রবা নিতিনি। হকচাং অঙ্গ শুনা দ্বাদশ তিলক থিন্নরি চুমখ্রবা মওংনি।

ফিজেৎকী মরমদা ফৈজোম শেৎপগী মরম খিত্তং ফৈজোম শেৎপা মতমদা ওইগী খুৎনা পায়বা ফিনা থাদগদৌরিবা অসি খোঙ য়েৎকী খুমিত্তগী খিত্তং হেন্না থাদগনি মদুনা নামৈ লৈরকপদা মী চাউরবসু পীক্রবসু চপ চাগনি। গুঞ্জা থাদবা য়েপ্পদা খোঙ কুপ্নি কুপ্নি থাদগনি মাগী অর্থ লৈ।

ফিরৈলৌবা পুক নাক য়েৎকী তম্বায় ফাওবা লৌগনি। ফিরৈ চিংখৎপা মতমদা কাপ অমা খর হেন্না লৌগনি। শামু নাতান শাহনগনি। অদুনা চোংবা ফনবা মতমদা হকচাংদা অপনবা পিরোই। খ্বাঙয়েৎ য়েৎপা নামৈ লৈবগী ফিদোন তাব অসি খ্বাঙয়েৎকী ফিদোন তাবগা নামৈ লৈবগী ফিদোন তাবগা মান্নহনগনি। চোন্দবা য়াদে কৌহনবা য়াদে। খ্বাঙয়েৎ য়েৎলগা ফিদোল অদু কাপ নত্রগা হুই অমদা থমগনি। অদুগা **ফৈজোম শেৎপা মতমদা খোয়দৌ মপাদা শেৎকেনি খোয় উহনবা য়াদে, হেন্না চিংখৎপসু য়াদে**। ঐনা ওঝাশিংদা হংজহৌবদা মওং অসুম তাকপীরম্মী। অরানবা ঙাকপিগনি মতাংসিদা লোইজরে।।০।।

৭/১০/৯৫

# নট সংকীর্ত্তনগী যন্ত্রগী শুর অমসুং শৈশক

**শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ**
*উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই*

যন্ত্রগী লমদা (মায়কৈদা) ইবুংঙো ইবেম্মশিং নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈশিংবু যন্ত্রগী মতেংনা সুরদা ওন্থোকপিগনি হায়না খোঙদাবীরকপা থোইদোক্না থাগৎচনিংই। ইতিহাসকী লমায়দা অনৌবা য়াওন অমা পুরকপদা নত্তনা মণিপুরি নট সংকীর্ত্তনগী পুক্কৈদা অচৌবা খোঙথাং অমা পীদুনা খ্বাইনা খঙনবীদ্রবা সংকীর্ত্তন অসি মণিপুরগী মপান্দা লৈবা লৈবাকশিংদা খঙহনবদা চাউরবা শরুক অমা য়ারগনি হায়না খঞ্জে। তৌবগীদি হায়দোকপদা লায়রবগী ৱানি, লাইগুরুশিংনা চহি কয়া চঙনা চাদ থক্তুনা সুরগী য়াওল শৈহেক শৈদা তম্ন তম্ন হৈবা ঙমদনা অদুমক পুন্সি লোমনখ্রবনি। অদুবু ইবুংঙো-ইবেম্মশিংনা ফজখ্রবা মণিপুরগী লৈতেং ওইজরিবা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ কয়াবু সুর পানবীদুনা ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা পুথোক্কনি হায়না অচেৎপা আসাগা লোয়ননা পায়খৎপিরকপা ইহৌ অসিবু ননাই ঐনা সংকীর্ত্তনগী মাইকৈদগী অমসুং সংকীর্ত্তনবু নুংশিজবা অমা ওইনা থরায় হকচাং য়াওনা থাগৎচরি।

তশেংনমক হায়রুরবদি, **নটকী ঈশৈবু কনানা পামবীগবনো অশি অনাগী মরমদা শক-শোনবশিংসিনবু** হায়না লৌবীবা য়াই। ভারতকী মমিং লৈরবা (চৎলবা) লতা মঙ্গেস, কিশ্বরকুমার, মুহম্মদ রাফি নচিংবা শৈশকপা-শৈশপী (আর্টিস) কয়াগী ঈশৈ থম্মোয়দা অপাম্বা, মীহৌবা পোকই করিগীনো? লোলগী অর্থসু খল্লুদনা শক্রিবা সুর অদুনা মপুঙ ওইখিদুনা অর্থগী ৱাখল কাউথোকহল্লি, অমরোমদা হায়রগা আর্টিসসিং অসিগী সুরনা

নট সংকীর্ত্তনগী সুরদগী হেনবা নত্তে, কাচিন কোয়া য়ৌনা শৈহেক শৈদা চুম্না ঐখোয়না তম্বীদবা শকপীদবনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তননা হন্থবনি। লাই ওইগ্রবা মিং ওইনা পঞ্জরবদা য়ুম্নাম ওঝা নাতুম, লাইশ্রম ওঝা তোলপিশক, এলাংবম লৈকাইগী ওঝা খাংঙেনবম গুলাপী সিংহনচিংবা ওঝাশিং অসিগী সুর, শৈহেক শৈদা অসি য়ৌনা ইবুংঙো ইবেম্মশিং অসিনা যন্ত্রগী থাক্তা পুখৎপিবদা মণিপুরগী চাউরবা শকতম অমা পৃথিবীদা শকতাকপা ঙমগনি হায়বা অসে ঐগী অচেৎপা থাজবনি। অমরোমদা যন্ত্রগা ইরোইননা ঈশৈ ওঝাশিংনা স্কেল চানা চানা হারমনিয়মগী সুরদা শৈশকপা কনা য়াওরিবগে?

শৈহেক শৈদা চুমদবদুনা মানা মানা নীঙবা, পামজবা সুরদা স্কেল চায় চাদে খঙদনা শক্তুনা শেন্দাল লম্বী ওইরকপদুনা ঙসি মণিপুরদা নট সংকীর্ত্তন মাঙথরক্লব্রা হায়বসি ননাইগী ৱাখল্লি। অদুবু যন্ত্র পায়বা ইবুংঙো ইবেম্মশিং ময়াম অমা থোকপীরক্তুনা সুর পানবীদুনা অনৌবা খোঙথাং অমা পীবিবা থাগৎচনিংই। লুরিবদি **ওঝাশিং কয়ানা তম্ন তম্ন শৈহেক শৈদা য়ৌবা ঙমদনা হৌগ্রবা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈশিংবু যন্ত্রগী সুরদা ওন্থোকপা অরায়বদি নত্তে।**

অকনবা শাফু অচেৎপা ৱাশক অমসুং কৎথোকপগী ৱাখল্না সংকীর্ত্তন অসিবু পৃথিবীগী লৈরিবা কলচর (Culture) গী থাক্তা পুখৎতবা য়াদে হায়বা ৱাখল অসিনা লমজিংদুনা হোৎনরবদি মতমগী ৱাতনি শ্রীগোবিন্দনা শোয়দনা কৃপা তৌগনি। সংকীর্ত্তনগী শক্লোন্তনা জাতিগী মশক তাকই, সনমান তৌনৈ। নট সংকীর্ত্তনদি পৃথিবীগী করিগুম্বা মফমদা লৈত্রবা তোপ তোপ্পা মণিপুরগী সংস্কৃতিনি। কথক্কলি, ভারত নত্যম্নচিংবা হৌজিক হৌজিক ফোং ফোং শানা মমিং চৎলিবা জগোই শিংনা পীবা রসকী চীক্লা লেম্না শান্নবা মণিপুরগী রাসকী জগোইনা পীবা রস অনী অসি যন্ত্রগী পাম্বেনা মাগী মাগী জাতিগী সুরদা শক্লবদা অথোৎপা অমেঙবা অমদি মণিপুরগী রাসনা মহেম্লগনি মিংৎকী অথকপা অরংবা পোকহনবনা মপুঙফাবা রসতি ওইদে ননাইনা আশা তৌজে।

অসিগুম্বা কালাকার অসিবু য়োকপীবা, শৌগৎপিবা, শেম্বিবা তঙাইফদে। কালাকার অয়াম্বা লায়রে অদুনা মরম ওইদুনা তাঙলবা যন্ত্রশিং অসি লৈবা অরায়বা থবক নত্তে। পামজবা কয়া পাঙ্গল থোকপা ঙমদনা কাঙখ-থাঙগুম মাঙখিগনি। মণিপুরদা লৈরিবা পুঙ, ঈশৈ, জগোইগী সংস্থান কয়াসিদা সরকারনা অতোপ্পা শেনগী মতেং পীবিবা তঙাইফদে। হৌজিক হৌজিক জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমি (Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy) দা মসিগী ক্লাস অমা হাংদোকপা দরকার ওইরবনি। **কলচর** (Culture) **অমা য়োকখৎপা হায়বসি জাতি অমা য়োকখৎপনি। কালাকারশিং য়োকখৎপনা কলচর** (Culture) **অমা য়োকখৎপনি**। নোংমদি লাইগুরুশিংনা থম্বিরম্বা নট সংকীর্ত্তন অসি পৃথিবীদা মশক খঙহনবদা যন্ত্র পায়বা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌগনি হায়বা অচেৎপা থাজবসি থমজরগা ননাইগী বাহৈ অনী মরিসি মতাং অসিরাইদা লোইশিঞ্জরগে।।০।।

৭/১০/৯৫

# শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী "রসতত্ত্ব"

**শ্রীপুরুম্বম শ্যামকিশোর সিংহ**
*কৈশামথোং অহল্লেম লৈকাই*

প্রেমতনা, ঈশ্বর ফংগে হায়বা তোপ-তোপ্পা অমসুং মায়-পাকনিংঙাই ওইবা, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী ৱাখললোন্দু রসতত্ত্বগী ফোংদোকফমনি। বৈষ্ণব সাহিত্যদা রস হায়বসিমক খরা তোঙানবা অমসুং য়াম্না মচং ওইবা ৱাফম ফোংদোক্লবা শব্দনি।

**রসতত্ত্ব ঃ**

রস হায়বসি তেকখৎনব ওইবা মহাওদুনি। করিগুম্বা পোৎ অমনা নুঙাইরবা অমসুং নুংঙাইবা পীববদি পোৎ অদু রস চেনবা কৌরে। রস পুন্নমক ভগবানগী ওইবা রসনি হায়রে। করিগুম্বা পোৎ অমনা নুংঙাইব অমসুং অহাওবা মহাও পীবা ঙমলবদি পোৎ অদু ভগবানগী রস য়াওরবনি।

পুক্নিনা নুংঙাইব ফোংদোক্লবা অমসুং নুংঙাইবনা পুক্নি ওইহল্লবদি হিন্দু দর্শনগী রস হায়না ফোংদোক্লিবা শব্দসিনা চপ-চানা পোৎ অদুগী ৱাফম অনিমক ফোংদোকলবনি। রস হায়বসি পোৎ খুদিংমক্কী হিংবা অমসুং লৈবদা য়াম্না মরুওই। রসনা নুংঙাইবা পীদুনা জীবনা হিংলিবনি অমসুং থৱায়গী প্রকাশ হায়বদু ওইরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা শ্রীকৃষ্ণবু মধুর-প্রেম মপুং ফানা চেনবা অমসুং রস থন্না য়াওবা লাইশিংগী মকোক ভগবান কৌরিবনি **(প্রেমময়-রসরাজ)**। প্রেম অমসুং আনন্দ হায়বসি রসগী অমত্তা ওইবা মওংনি। রসবু পুক্লিংদা লেপচনবগী লৈরিবা খ্বাইদগী মচং ওইবা নুংঙাইজবদুনি হায়নৈ অমসুং ভগবান হায়বসি কুণ্ডশিনলবা রস অদুমকনি **(রসঘন)**। **প্রেমগী আনন্দ**

**ওইবা অশেংবা শক্তম্না ফোংদোক্রবদি কনাগুম্বা নায়ক নত্রগা কনাগুম্বী নায়ীকা অমা চঙলিবনি।** মহাক মশাবু মপুং ফাবা ওইহননবগীদমক ভগবাননা নায়ক-নায়ীকাশিং শেমলিবনি।

**হৌরকফমঃ**

মরূ-মক্তদদি নায়ক-নায়ীকা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবসু প্রেমগী আনন্দ ফোংদোক্লবগীদমক মখল-মখা য়াম্বগী মওংদা নায়ক কয়া অমসুং নায়ীকা কয়া শেমলিবনি। পুনশিনলিবদুমক খাইদোক্তুনা লৈ হায়বা খঙনবা ফোংদোকলি। মসিনি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী মরুওইবা ধর্ম্ম পাওতাক্কী মচং হায়বদো।

অশেংবা মধুর প্রেমনা তানলিবা মপানথোংদা, অনি থোকপাওইনা উববসু রাধা অমসুং কৃষ্ণ অশেংবমক মশা অমত্তনি। আত্মাগী জীব শক্তিমান (শ্রীকৃষ্ণ)দু দেহদা ফংলিবা নিংথিনা-নুংশিজববা অমসুং খ্বাইদগী হেনবা আনন্দগী তুংনফমনি। ফোংদোকপগী থবাই (শক্তি) শ্রীমতি রাধিকানা ওইরিবসি নুংগীওইবা মচং অমসুং প্রেম-আনন্দগী পুন্সিবু শেম্বিরীবদুনি।

নুংশিবা প্রেমগী ঈহৌসি সান্ত-দগী দাসাদা; দাস্যদগী-সখ্যদা, সখ্যদগী-বাৎসল্যদা, বাৎসল্যদগী-মধুরদা অসুম অসুম হেনগৎলকই। ফোংদোক্লফমগী থবাই ওইরিবী শ্রীমতি রাধানা অসুম অসুম নকশিন্নক্তুনা আত্মাগী জীব শক্তিমান ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণদা পুমলুপ লুপশিনখি (তিনশিনখি)। অসুম্না অমত্তা ওইনা তিনশিনলবা শ্রীকৃষ্ণদু হেন্না লেম্বা অমসুং মহাপ্রেমগী শকফম মদনমোহন ওইরকই। শক্তিগা শক্তিমানগা পুনসিনবগী অরোইবা শকমদু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা ওইরে। মসিমক প্রেমগী আনন্দময় হায়বদুনি। রাসদা শব্দ, স্পর্স, রুপ, গন্ধ অমসুং রস হায়রিবা রস পুন্নমক চুপমিন্নদুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা মাদন ওইবা আনন্দময় ওইখি।

মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেবগী দর্শনদা য়াম্না তোপ-তোপ্না অমা য়াওরিবসি মহাক মশামক্কী মফমদা ফংলিবা অদুবুনি। করিগুম্বা মফম অমত্তদা মহাক মশাগা চান্নবা মশামক্কী ওইবা দর্শন শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নত্তনা

ফংদে। মসি অঙকপা ওইথোক্তবা শক্তম অমা ওইরবসু অশেংবা ইতিহাসকী ওইনা, অচুম্বমক ওইনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদা ফংলে। মসিনি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী রসতত্ব হায়বদু।।০।।

গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা
পাংথোকখিবা তোঙান তোঙানবা থৌরমশিংগী
ফোটোশিং



গুরু শ্রীখাংঙেনবম ঁগুলাপি সিংহ

পোকপা খৃঃ ১৯১৯ - নোঙ্গাখিবা খৃঃ ১৯৮০



গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী মেম্বরশিং, (খৃঃ ১৯৯১)
(ওইদগী মাংদা লেংশিনবিখিবা) শর্ব্বশ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, চোংথাম মিখু সিংহ, অহঞ্জেম গৌবমনি সিংহ, লাইশ্রম থানিন সিংহ, খুমুকচম অমুযাইমা সিংহ, মাইবম চন্দ্রহাস সিংহ অমসুং এলাংবম চাউভল সিংহ।



গুরু কীর্ত্তন সেবা থৌরমদা লমদম অসিগী পুঙ, ঈশৈ, জগোই,চোলোমনচিংবা সংকীর্ত্তনগী লমদা শরুাইরবা লাই ওইশ্রবা গুরুশিংগী ফোটো খরা।



**শক্লাইরবা লাই ওইশ্রবা গুরুশিংগী ফোটোদা পুস্পাঞ্জলি কচ্চবা**
(ওইবোমদগী) শর্ব্বশ্রী রাজকুমার মধুর্যজিৎ সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা সিংহ অমসুং একাদেমীগী মচা মনাওশিং।



শর্ব্বশ্রী রাজকুমার মধুর্য্যজিৎ সিংহ অমসুং প্রোঃ নিংথৌখোংজম তোম্বী (এক্স এম পি) অনিনা চিফ গেষ্ট, প্রেসিদেন্টগী ফম্ফমলাংদা লেংশিনবা (খৃঃ ১৯৯৩)।



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা মেরাগী ১৪নি পানবা অহৌবা নুমিৎকী
আর্টি কৎনবা থৌরাং তৌবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা মে রাগী ১৫নি পানবা (পুর্ণিমা) অরোইবা নুমিৎকী
অর্টি কৎনবা থৌরাং তৌবা।



চহি ১০০ (চামা) গী মথক ওইববা পদ্মশ্রী কোংগ্রাইলাৎপম ইবোমচা শর্ম্মা (অভিবাম শাবা) গুরুনা **গুরু কীর্ত্তন সেবা** থৌবমদা নট সংকীর্ত্তন গী মাগুব মপু ওইবিনবা লেংবিবক্তুনা মীযামদা ভাষণ পিবীখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন** সেবাগী থৌবমদা শরুক যাবিখিবা শক্লাইববা কলাকাবশিং



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা লেংশিল্লিবা ওজাশিং
(ওইদগী মাংদা লেংশিনবিবিবা) শর্ব্বশ্রী গুরু মধুমঙ্গল শর্ম্মা, গুরু কালিদমন সিংহ, গুরু ইবোমচা শর্ম্মা (অভিরাম শাবা), গুরু ইবোতোন শর্ম্মা অমসুং শরুাইববা কলাকারশিং।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌরমদা লেংলকপা শরুাইরবা ওজাশিং
(ওইদগী মাংদা লেংশিনবিরিবা) শর্ব্বশ্রী রাজকুমার মধুর্যজিৎ সিংহ, ওজা গৌরচন্দ্র শর্ম্মা (পুঙ), ওজা মৈন্যা (পুঙ), নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ, খুমনথেম প্রকাস অমদি অবেপ্পশিং ওইদগী ওজা ইবোমচা, ওজা চাওভল, ওজা লাকপতি অমসুং ওজা মঙ্গি (পুঙ)।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা শরুক যাবিখিবা নট সংকীর্ত্তনগী শরুাইববা ওজা গুরুশিং।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা শ্রীগৌবচন্দ্র প্রভুগী চবন্দা লুক সেবা কচ্চবদা ময়াম্ব লুচিংবীখিবা শর্ব্বশ্রী নামৈবাকপম ওজা ইবোমচা, তোইজম ওজা নিতাই।



**গুরু কীর্ত্তন সেবাদা** নট সংকীর্ত্তন শৈশঙ্গা *চিত্রবট* মতাং অসিবু মৈতৈলোন্দা (ওইদগী) দুহার গুরুশ্রীঅবুজম চাওবা, শৈশকপা গুরুশ্রী লাইশ্রম ইবোহল মচা সিংহ অমসুং মচা-মনাওশিংনা সভাদা থৌগল তৌখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন সেবাদা** গুরুশ্রীহাওবিজম কেশো সিংহ অমদি শরুাইরবা ওজাশিংনা মৈতৈলোন্দা বাসক (অভিসার, বাসক শয্যা, উৎকণ্ঠা, বিপ্রলপদ্ধ) থৌগল তৌখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা অহানবা চহিগী নিনি চনবা থৌবম পাঙথোকপা (ওইদগী) শর্বশ্রীগুরুময়ুম ইবোতোন শর্ম্মা, রাজকুমার মধুর্যজিৎ সিংহ, গুরু শগোলশেম কালীদমন সিংহ, সভাদা ভাষণ পিবিখিবা এন তোম্বী সিংহ অমদি লৈমপোকপম চন্দ্রহাস সিংহ।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা গুরু শ্রীগুরুময়ুম ইবোতোন শর্ম্মানা মাংলমচৎকি গুরুজনশিংনা থম্বিবম্বা নট সংকীর্ত্তনগী মতিক মগুণগী মবমদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌরমদা গুরু শ্রীওইনাম গুলাপ সিংহ, দুহারনা
চালোমগী মরমদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌরমদা গুরু শ্রীঅবুজম চাওবা সিংহ, দুহারনা
মাংলমচৎকি ওজাশিংনা শেম্বিরম্বা চলোমগী মওং-মতৌ পাংথোকপগা
লোয়ননা মরিক চুম্না পাওদমবিখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন সেবা** গী থৌবমদা বৈষ্ণব শ্রীথোকচোম অমুমচা সিংহনা নট সংকীর্ত্তন অসিদা ওইবিবা ভজনগী লম্বীদা লৈবিবা অথুপ্পা ভাব রস কযাগী মবমদা ভাষণ পিবিখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন** সেবা গী থৌবমদা গুরু শ্রীকোন্থৌজম সনাতোন সিংহনা মাংলমচংকি ওজাশিংনা শেম্বিবম্বা চলোমদগী হৌজিক যাওবদা ওইবক্লিবা চলোমগী পবমপবাগী মতাংদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌবমদা প্রোঃ শ্রীচোংথাম মনিহাব সিংহনা মাংলমচৎকি গুরুজনশিংনা থম্মীবম্বা পাক চাওববা মণিপুরী কলা সংস্কৃতিগী মবমদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌবমদা গুরু শ্রীহাওবিজম শ্যামকেশ্বর সিংহ, শৈশকপনা সংকীর্ত্তনদা লৈবিবা গুরু শিশ্য পরম্পরাগী মতাংদা ভাষণ পিবিখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন** সেবা গী থৌরমদা গুরু শ্রীহৈস্নাম ইরাবোৎ সিংহ, লাইরিক থিবনা বৈষ্ণব অমনা চৎকদবা লিচৎকি মরমদা পাওদম্বিখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন** সেবা গী থৌরমদা গুরু শ্রীশৌগাইজম থানিল সিংহনা নট সংকীর্ত্তনদা রাগ অচৌবগী পুংলোন হায়বা হিরমদা পাওদম্বিখিবা।



**গুরু কীর্ত্তন সেবা** গী থৌবমদা শ্রীময়েংবম অক্ষয়কুমার সিংহনা
নট সংকীর্ত্তনগী চাওখৎ থৌবাংগী মরমদা শম্নপ্পা বাবোল পিরীখিবা



**গুরু কীর্ত্তন সেবা** গী থৌবমদা ইস্কোন, মণিপুরগী ভক্তা শ্বামি শ্রীদামুদর-না
নট সংকীর্ত্তনগী নুংদা চেল্লিবা ভক্তি রস-তত্বগী মরমদা কুপ্না নৈনর্খিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌরমদা (ওইদগী) শর্ব্বশ্রী রাজকুমার মধুর্য্যজিৎ সিংহ. প্রোঃ নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ, য়েংকোকপম গোপাল সিংহ, প্রোঃ এলাংবম নিলকান্ত সিংহ-না সভাদা লেঙশিনবা, রাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ-না ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌরমদা (ওইদগী) শর্ব্বশ্রী রাজকুমার মধুর্য্যজিৎ সিংহ, প্রোঃ নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ, লোংজম জয়চন্দ্রা সিংহ-না সভাদা লেঙশিনবা, ইরেংবম গোকুলচন্দ্রা সিংহ-না ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌরমদা (ওইদগী) শর্ব্বশ্রী রাজকুমাব মধুর্য্যজিৎ সিংহ, গুরু শগোলশেম কালিদমন সিংহ অনিনা সভাদা লেঙশিনবিবা, শ্রীমতি যাইস্কুল গর্ত্তিনি দেবী-না নট সংকীর্ত্তনদা নুপীগি পরমপবাগী মবমদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌবমদা শ্রীমতি থৌবানিশাবী দেবীনা নট সংকীর্ত্তন অমসুং বাস লীলা অনিগী নুঙগী ওইবা অথুপ্পা বারোল কয়াগী মরমদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌবমদা শ্রীমতি থম্বালসনা দেবী না নট সংকীর্ত্তন অমসুং বাস অনিগী নুঙগী ওইবা অথুপ্পা বারোল কযাগী মবমদা ভাষণ পিবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গীদমক সঙ্কলপ ওইনা পাংথোকপা ভাগবত সম্পূর্ন পাঠ থৌগনবিখিবা ব্রম্মণশিং শৰ্ব্বশ্রী ফুৰাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা, শাস্ত্রী, অনৌবম বিনোদচন্দ্র শর্ম্মা অমসুং ফুৰাইলাৎপম ব্রজবীহারি শর্ম্মা, ব্যবস্থকাবি দা শম্পুর্ণ দান কচ্চবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা গী থৌবমদা একাদেমী অসিগী ওনবেবি ডাইবেক্টৰ শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহনা গুরু কীর্ত্তনগী মৰমদা ভাষণ পিবিখিবা



**গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী মহৈবোযশিংনা গুরু কীর্ত্তন সেবাদা**
গুরু বন্দনা-না শৈহৌ ঈশৈ ওইনা গুরুজনশিংদা কচ্চবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা সঙ্খধনি (মোইবুং) ওইবীখিবা ওজা অহুম (ওইদগী) শর্ব্বশ্রী ওজা কেশো সিংহ, ওজা বিবমঙ্গোল সিংহ অমসুং ওজা বামেসকুমাব সিংহ-না গুরুজনশিংনা থম্বিবম্বা পবমপবাদা ছোলো নাম, হবি নাম মথং মথং কায়দনা থৌগল তৌবিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা হৌদোকপগী শৈহৌ ঈশৈ শকখিবা সংস্থান অসিগী মহৈবোইশিং



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা সংস্থান অসিগী মহৈবোইশিংনা পাঙথোকপা খুবাক ঈশৈ পালাগী শক্তম অমা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা সংস্থান অসিগী মহৈবোইশিংনা নট সংকীর্ত্তন পাংথোকপা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা গুরু শ্রীঅবুজম চাওবা সিংহনা (ওই)নট সংকীর্ত্তন দুহাবগী অমদি গুরু শ্রীসোবাম বুধ সিংহনা (যেৎ)মৈতৈ পুংগী চলোম-কঠণ অমসুং চলোম-গটি পাংথোক্লুনা উৎপিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা সংস্থান অসিগী মহৈরোইশিংনা নট সংকীর্ত্তনগা শান্নবিন চলোমগী ফিরেল ফিথুপ্পচিনা পাংথোক্লুনা উৎপিবি।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা সংস্থান অসিগী মহৈবোইশিং পুন্না নট সংকীর্ত্তনগা শাগোন্নবিবা চলোমগী ফিবেপ-ফিথুপ্পচিংবা পাংথোক্কুনা উৎপিখিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা সংস্থান [illegible]
[illegible]



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা সভানেত্রি ওইনা শ্রীমতি খুবাইলৈমা দেবীনা
যমফম লাংদা লেংশিংবীবি (মেবাগী ১৪ নি পানবা ২০০২)



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা একাদেমীগী শৈশকপীশিংনা গৌরাঙ্গ রূপ বর্নন, গৌরাঙ্গ ভাবী, বৃন্দাবন বর্নন, যুগোল রূপ পার্থনা গী শৈসকশিংবু ঈশৈ হনবী লৈমাপোকপম ওংবী ইবেমচাওবী দেবী অমসুং কাংবুনা সভাদা থৌগল তৌবিখিবা ।



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা গুরু শ্রীমতি থৌরানিশাবী দেবী অমশুং মাগী কাংবুনা গীত গোবিন্দগী শৈশকপু সভাদা থৌগল তৌবিখিবা ।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌরমদা বাসক খন্দিতাগী শৈশকপু গুরু শ্রীমতি য়াইস্কুল গম্ভিনী দেবী অমদি মাগী কাংবুনা সভাদা থৌগল তৌবিখিবা



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা মান্দব মপু ওইবিখিবা শ্রীনিলবির শাস্ত্রীনা নুপীগী নট সংকীর্ত্তন হৌবদা হরিধনি সেবা ফংবিখিবা।



নোর্থ-ইষ্ট জোন কলচরেল সেন্তর অমসুং দিপার্টমেন্ট ওফ আর্ট এন্দ কলচর, মণিপুরগা পুন্না শিনবা ইন্দিয়ান ক্লাসিকেল ম্যুজিক এরারনেস থৌবমদা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী আর্টিশশিংনা শরুক যাবা।



গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী মহৈবোইশিংনা পুন্না মৈতৈ পুঙ চোলোম পাংথোক্লুনা সভাদা থৌগল তৌবিঙৈগী শক্তম অমা।



গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী মহৈবোইশিংনা জে এন মণিপুরী দান্স একাদেমীগী হোলদা পাংথোকখিবা ফেস্টিবেল অমদা হোল্লি শকখিবগী শক্তম অমা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা থৌরমদা শ্রীৰাজকুমাৰ মধুৰ্য্যজিৎনা নট সংকীর্ত্তনগী গুরু শ্রীঅৰুজম চাওবা, দুহাবদা মনা খুৎশিন্নখিবগী শক্তম অমা।



গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী গুরু শ্রীএল লাকপতি সিংহনা পুথোকপা হল্লিগী শৈশকপা গৌবদাসতা সঙ্গীত নাটক একাদেমী, ন্যু দিল্লিগী সেক্রেটবি জৈন কস্তুবানা মনা পীরিঙেগী শক্তম।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌবমদা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ (এক্স এম পি ) নট সং
কীর্ত্তনগী শক্লাইববা গুরু শ্রীঅয়েকপম কেসো সিংহ মোইবুং খোংবদা মনা পিবা



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ (এক্স এম পি) না নট
সংকীর্ত্তন শৈশকপী শ্রীমতিলৈবাকলোৎপী দেবীদা মনা পিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাদা প্রোঃ শ্রী নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহনা পুংগী গুরু শ্রীঙাংবম যাইমা সিংহদা প্রমান পত্র পিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌরমদা শ্রীএন তোম্বী (এক্স এম পি)না সংকীর্ত্তন শৈশকপা শ্রীপুখ্রম্বম ইবাবৎ সিংহদা মনা পিবগী শক্তম।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌরমদা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ (এক্স এম পি) না নট সংকীর্ত্তনগী মোইবুং খোংবা ওজা শ্রী বিরমঙ্গলদা মনা পীবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌরমদা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী সেক্রেটরি রাই গোপাল সিংহনা শক্লাইরবা শৈশকপা গুরু শ্রীলাইশ্রম ইবোহলমচাদা মনা খুৎশিন্নবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবাগী 'থৌরমদা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বীগী স্বধর্ম্মীনি শ্রীমতি চন্দ্রমোহিনি দেবীনা নট সংকীর্ত্তন শৈশকপী শ্রীমতি মংগলক্ষ্মী দেবীদা মনা পিবা।



গুরু কীর্ত্তন সেবা থৌরমদা লৈখিদ্রবা শ্রীরাজকুমার মধুর্য্যজিৎ সিংহগী স্বধর্ম্মীনি শ্রীমতি খুবাইলৈমনা নট সংকীর্ত্তন শৈশকপী শ্যামা দেবীদা মনা খুৎশিন্নবা।

# গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা পাঙথোরকখিবা গুরু কীর্ত্তন সেবাগী থৌরমশিংদা নট সংকীর্ত্তনগী মরমদা ভাষণ পিবিখিবশিং ঃ



গুরু শ্রী শগোলশেম কালিদমন সিংহ



গুরু শ্রী নোংমাইথেম চাওবি সিংহ



বৈষ্ণব শ্রী থোকচোম অমুমচা সিংহ



পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ



শ্রীলাইশ্রম বিবেন্দ্রকুমার সিংহ



শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ



গুরু শ্রী শামুলাইলাংপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা



ওজা শ্রীশঞ্জেনবম চন্দ্রহাস সিংহ



প্রোঃ শ্রীএলাংবম নিলকান্ত সিংহ



গুরু শ্রীথিংবাইজম বাবু সিংহ



গুরু শ্রী কৈশাম পারিজাৎ সিংহ



গুরু শ্রী কৈশাম থম্বালঙৌ সিংহ



গুরু শ্রী ইকুংবম ইবোতোম্বী সিংহ



গুরু শ্রী লাইশ্রম ইবোহলমচা সিংহ



গুরু শ্রী পুখ্রমবম নাত্তেক সিংহ



গুরু শ্রী অহন্থেম ব্রজচান্দ সিংহ



গুরু শ্রী গুরুমযুম সনা শর্ম্মা



ওজা শ্রীগুরুমযুম বাগেন্দ্র শর্ম্মা



শ্রী খুমন্থেম প্রকাস সিংহ



শ্রী জি সি শর্ম্মা



ওজা শ্রীআয়কপম কেশো সিংহ



প্রোঃ শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা



শ্রীপোশঙবম যুগেশ্বর সিংহ



শ্রীফুরালাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শাস্ত্রি



শ্রীতখেলচংবম অমুস্না শর্ম্মা শাস্ত্রি



শ্রীঅবিবম চিত্রেশ্বব শর্ম্মা



শ্রী নিংথৌজম খোলো সিংহ



শ্রীহাওবোকচম ইবোতোম্বী সিংহ




গুরু শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহ



গুরু শ্রীথোকচোম ইবোহল সিংহ



শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহ



শ্রীপোৎশংবম অচৌবা সিংহ



ওজাশ্রী বিনয় সিংহ



শ্রীমৈকাম থোইবা সিংহ



ওজা শ্রীবিববল সিংহ



ওজা শ্রীহৈক্রুজম চাওবা সিংহ



শ্রীঅহন্থেম গৌবমনি সিংহ



গুরু শ্রীতোইজম নিত্রাইসিংহ



গুরু শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম মঙ্গি সিংহ



গুরু শ্রীরাংখৈমযুম নিল্লচান্দ সিংহ



গুরু শ্রীনামৈবাকপম মনাও সিংহ



ওজা শ্রী নাওরেম বোকুলজাও সিংহ



পদ্মশ্রী রতন থিযাম



শ্রীএলাংবম বিবমনি সিংহ



শ্রী অবাম্বম সমবেন্দ্র সিংহ



শ্রী বাজকুমাব তোনদোম্বীসনা সিংহ



সংস্থান অসিনা শিনখিবা অথোই-অহেন তান্নবগী থৌবমশিংদা
বিচাব তৌবিখিবশিংগী মবক্তা যাওবিখিবী সঙ্গিৎ নাটক
একাডেমী এবাডী, গুরু কুমাবী য়ুম্লেম্বম বঞ্জনা দেবী

গুরু কীর্ত্তন শেবাদা মনিপুরগী তোঙান তোঙানবা মযমদগী নট সংকীর্ত্তনগা মরি লৈনবা মচলশিংদা নুমিৎ নিনি চুপ্না পাঙথোকখিবা নহাবোলশিংগী অথোই অহেন তান্নবগী থৌরমদা কুপ্না যেংবিদুনা মকোক মথং ওইবশিং খনগৎপদা বিচার তৌবিখিবা নট সংকীর্ত্তনগী লমদা সঙ্গিৎ নাটক একাডেমী এরার্ড ফংবিখ্রবা-ফংবিখ্রবী লমদমসিগী গুরুশিং



গুরু শ্রী অরুজম চাওবা সিংহ



গুরু শ্রী থিংবাইজম বাবু সিংহ



গুরু শ্রীমতি যুম্লেম্বম গম্ভিনি দেবী



গুরু শ্রীমতি ক্ষেত্রিমযুম ওংবী থৌবানিশাবী দেবী



**বৈষ্ণব শ্রীলৈমপোকপম চন্দ্রহাস সিংহ (৯২)**

কোংবা নান্দেবম লৈকাই, ইম্ফাল

*( গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী, ইম্ফালগী শঙলেন অসি বৈষ্ণব অসিনা দান তৌবিখিবনি )*

# লৈখিদ্রবা লৈখিদ্রবী গুরুখিবিকপু নিংশিংজবা

ধ্যানমুলং গুবো মর্ত্তি পূজামূলং গুবোঃ পদং।
মন্ত্রমুলং গুবোর্বাকাং মোক্ষমুলং গুবোঃ কৃপা।

(গুরু গীতা)

গুরুদি ব্রহ্মানি গুরুদি বিষ্ণুনি।
গুরুদেবদি মহেশ্বরনি
গুরুদি ব্রহ্মমকনি গুরুদি বাধাকৃষ্ণমকনি।
গুরু চংজকম চঙজবিবনি ।
গুরু গুরু গুরুনা মকনি। গুরু গুরু গোবিন্দ মকনি।
গুরু গুরু গুরুদি গৌবাঙ্গনি
গুরু গুরু 'গ' মযেক্রা গোবিন্দনি। গুরু গুরু 'ব' মযেক্রা বাধিকানি।
গুরু গুরু বাধাকৃষ্ণ পুল্লবনি
গুরু গুরু গঙ্গানা কৌদৌনি। গুরু গুরু জিবগী পাম্বৈনি।
গুরুগী চবন্দা চংজবিবনি।

(খাং ডম্ফম গুরু গু লাংপি সিংহ)

ধ্যায়ন কৃতে যজন যজ্ঞৈস্ত্রেতায়াং দ্বাপবেহর্চ্চযন।
যদপ্নোতি তদাপ্নোতি কলৌ সংকীর্ত্ত্য কেশবম।।

প্রমাণং বিষ্ণুপুরাণ (৬, ৩/১৭)

কলিং সভাজয়স্ত্যার্য্যা গুণজ্ঞাঃ সারভাগিনঃ।
যত্র সংকীর্ত্তনেনৈব সর্ব্বস্বার্থোহপি লভ্যতে।।

প্রমাণং শ্রীমদ্ভাগবতে (১১ ৫ ৩৩)